কবি বাণভট্টগী

# কাদম্বরী

---

মৈতৈ লোন্দা ওহোকপা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

মমল লুপা ১৩·০০

থোংহোঁবা—
শ্রীমতী সুবদনী দেবী
খাগেমপল্লী হুইরোম লৈকাই,
ইম্ফাল।






অহানবা নম্বা
কপী ১০০০
সেপ্টেম্বর ১৯৬৫



অনম্বা
শ্রীরাসবিহারী সিংহ
ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল,

# কাদম্বরীগী অরমদা খরদং

চাউরাক্লা কাব্য মখল অহুমনি—দৃশ্য কাব্য, আখ্যান কাব্য অমসুং খণ্ড কাব্য। কাদম্বরীদি আখ্যান কাব্যগী মখল চল্লি। বংশ অমগী, মী অমগী, থৌদোক অমগী মরমদা ইবা—য়ারীনা মপুং ওইবা লাইরিকপু 'আখ্যান কাব্য' কৌই। উপন্যাস হায়না খঙনরিবশিং অসিসু মসিগী মখল চল্লি। দৃশ্য কাব্যনা নাটক-নচিংবা অসিনি। দৃশ্য কাব্য অমদি আখ্যান কাব্য নত্তবশিং অদুনা 'খণ্ড কাব্য'নি।

কাদম্বরী গদ্যনি, কথা কাব্য অমনি। মসিদা কবিনা উৎলম্লিবা অনুপ্রাস-অলঙ্কার অসিদি অঙকপনি। কাব্য অসিগী লোন অমদি য়াহৈ য়াত্তাগী ফজবসু অঙকপনি। কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা তাকপিরম্মী—'য়াম্না কেবা, মৌবা হৈবা, মশা নোয়মনবনদি হেনবা মী অমগুম, সুমাসুত্তনা য়ম্বা কাদম্বরীগী অচৌবা মশা অসি উবদা মখোঙ মখুৎ তয়াং তম্নাংনা মশা খিঙনা চৎথোক চৎশিন তৌনবগীদমক্তি নত্তবোয়রে হায়বসি ইরায় লায়না হেক্তমক খঙ বগুম তৌই, অচৌ অচৌবা টীকাকার ভাষ্যকার পণ্ডিতশিংনা দোলাইলেং ওইনা মবেংবান্দা গ্রোংদুনা মাবু পুত্রবদি মশা মথন্তা চৎচবদি ওইথোক্কে। অসুম্না মথন্তদি লেঙডম শানগুমদবা ওইদুনসু কিরীটি কুণ্ডলনা, খুজি নাশিনা অমদি নিঙথিবা লীকথাঙ পরেংনা লৈতেংদুনা, মণি মুক্তানা থাম্নবা অরাংবা তাঙবন মথক্তা নিংথৌগুম্না কাদম্বরীনা চীং লেমলি।"

সংস্কৃত-সাহিত্যগী গদ্যদা ইবা উপন্যাস খরা লৈনরিবশিং অদুগী মখুংদা কাদম্বরীনা থ্বায়দগী হেনবনি লৌনৈ। মসিগী শরুক অনি থোকই—অহানবনা কবি বাণভট্টনা ইবনি, অনিশুবনা মচানিপা ভূষণ ভট্টনা শমথরম্বনি। কাদম্বরীকার বাণভট্টগী শম্নপ্প পরিচয়দি—

"কান্যকুব্জ লৈবাক্তা, শোণ তুরেলগী নোংচুপ্তা লৈবা 'প্রীতিকূট' কৌবা খুন্দা বাণভট্ট পোকখি। গোত্র 'বাৎস্য'নি, কুবের পণ্ডিতকী মচা পাশুপাতনা পোকপা অর্থপতিগী নিপানশুবা মচা চিত্রভানুনা রাজ্যদেবী পাম্রদুনা বাণভট্ট পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা মমা শিখি অদুগা মশাগী চহি ১৪ শুবদনা মপা লৈখিদে। অয়াম্বা লৈব্যাক কোয়দুনা মহৈ মশিন তানশিল্লুবগা হল্লক্না মহারাজ হর্ষবর্দ্ধনগী অথোইবা উপাধ্যায় অমা ওইথি। মহাক্না হর্ষবর্দ্ধনগী মতিক মগুণ শকপা 'হর্ষচরিত' কৌবা লাইরিক অমগা 'কাদম্বরী অহানবা শরুক' কা ইরম্নগা নোংগাখি। খৃঃ অব ৬০০—৬৫০ লোইরকপা মতম অদুরাই কাওবনা মাগী মতমনি। মচানিপা ভূষণ ভট্টনা 'কাদম্বরী অনিশুবা শরুক' শমথখি।

কাদম্বরীগী অশম্বা য়ারীদি—

"শূদ্রক হায়না কৌবা মতিক মগুণ চাউরবা নিংথৌ অমা বিদিশাদা

# কাদম্বরীগী মরমদা খরদং

চাউরাক্লা কাব্য মথল অহুমনি—দৃশ্য কাব্য, আখ্যান কাব্য অমস্তুং খণ্ড কাব্য। কাদম্বরীদি আখ্যান কাব্যগী মরুং চল্লি। বংশ অমগী, মী অমগী, থৌদোক অমগী মরমদা ইবা—য়ারীনা মপুং ওইবা লাইরিকপু 'আখ্যান কাব্য' কৌই। উপন্যাস হায়না খণ্ডনরিবশিং অসিসু মসিগী মরুং চল্লি। দৃশ্য কাব্যনা নাটক-নচিংবা অসিনি। দৃশ্য কাব্য অমদি আখ্যান কাব্য নত্তবশিং অহুনা 'খণ্ড কাব্য'নি।

কাদম্বরী গদ্যান, কথা কাব্য অমানি। মাসদা কাবনা উৎলায়বা অনুপ্রাস-অলঙ্কার অসিদি অঙকপনি। কাব্য অসিগী লোন অমদি য়াহৈ য়াতাগী ফজবনু অঙকপনি। কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা তাকপিরম্মী—"য়াম্না কেবা, মৌবা হৈবা, মশা নোয়মনবনদি হেনবা মী অমগুম, সুম্মাসুতনা থম্লবা কাদম্বরীগী অচৌবা মশা অসি উবদা মথোঙ মখুৎ তয়াং তয়াংনা মশা থিঙনা চৎথোক চৎশিন তৌনবগীদমক্তি নত্তরোয়রে হায়বসি ইরায় লায়না হেক্তুমক খঙ বগুম তৌই, অচৌ অচৌবা টীকাকার ভাষ্যকার পণ্ডিতশিংনা দোলাইলেং ওইনা মরেংবান্দা থোংহুনা মাবু পুত্রবদি মশা মথন্তা চৎচবদি ওইথোক্তে। অস্নুম্না মথন্তদি লেঙডম শানঙমদবা ওইহুনসু কিবীটি কুণ্ডলনা, খুজি নাশিনা অমদি নিঙথিবা লীকৃথাঙ পরেংনা লৈতেংহুনা, মণি মুক্তানা থাম্লবা অরাংবা তাঙবন মথক্তা নিংথৌগুম্না কাদম্বরীনা চৌং লেমলি।"

সংস্কৃত-সাহিত্যগী গদ্যদা ইবা উপন্যাস খরা লৈনবিবশিং অহুগী মনুংদা কাদম্বরীনা খ্য়াদগী হেনবনি লৌনৈ। মসিগী শরুক অনি থোকই—অহানবনা কবি বাণভট্টনা ইবনি, অনিশুবনা মচানিপা ভূষণ ভট্টনা শমথরম্বনি। কাদম্বরীকার বাণভট্টগী শম্নপ্প পরিচয়দি—

কান্যকুব্জ লৈবাক্তা, শোণ তুরেলগী নোংচুপ্পা লৈবা 'প্রীতিকূট' কৌবা খুন্দা বাণভট্ট পোকখি। গোত্র 'বাৎস্য'নি, কুবের পণ্ডিতকী মচা পাশুপাতনা পোকপা অর্থপতিগী নিপানশুবা মচা চিত্রভানুনা রাজ্যদেবী পাম্নহুনা বাণভট্ট পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা মমা শিখি অতুগা মশাগী চহি ১৪ শুবদনা মপা লৈথিদে। অম্রাক্না লৈবাক কোয়হুনা মহৈ মশিন তানশিল্লবগা হল্লক্কনা মহাবাজ হর্ষবর্দ্ধনগী অথোইবা উপাধ্যায় অমা ওইখি। মহাক্না হর্ষবর্দ্ধনগী মতিক মগুণ শকপা 'হর্ষচরিত' কৌবা লাইরিক অমগা 'কাদম্বরী অহানবা শরুক'কা ইরম্নগা নোংগাখি। খৃঃ অঙ্গ ৬০০—৬৫০ লোইরকপা মতম অহুরাই কাওবনা মাগী মতমনি। মচানিপা ভূষণ ভট্টনা 'কাদম্বরী অনিশুবা শরুক' শমথখি।

কাদম্বরীগী অশম্বা য়ারীদি—

"শূদ্রক হায়না কৌবা মতিক মগুণ চাউরবা নিংথৌরেল অমা বিদিশাদা

পাল্লম্মী। নোংমা চণ্ডাল কন্যা অমনা মীরোন থোকপা 'বৈশম্পায়ন' কৌবা তেনবা অমা পুরক্তুনা কৎখি। নিংথৌনা বৈশম্পায়নগী মচৌন্দগী ৱারী তাখি—"দণ্ডকারণ্যদা লৈবা পম্পা কৌবা পুখ্রী মপান্দা গৌবা অচৌবা তেরাপাম্বী অমগী মথক্তা উচেক ময়াম মহুম শাদুনা লৈবম্মী। মমা লৈত্রবা বৈশম্পায়নসু অহল ওইরবা মপাগী শেগা তাংদুনা উক্রোংড অমদা লৈখি। পাইজবা ঙমদ্রবা মপানা মহাকপু উচেক অতৈনা চাবদগী তারকপা চৌঞ্জাক মকুপশিং অহু খুল্লগা ইনবীদুনা ৱানা য়োকখি। নোংমদি, উচেক মপী মখৈনা কোয়না চাক্তাবা চেনখ্রিভৈদা শাতানবা অমনা উচেক মচা মখৈ লোক্তুনা হাংলগা লৈমায়দা লংথখি। মপাগী মখোড কারক্তা লোৎলগা বৈশম্পায়নসু মপাবু হাংক্লগা লংথবকপদা য়াঙখি। উনা অকংবদা তাবদগী শিত্রবা বৈশম্পায়ননা শাতানবা অহু কুম্নক্তি ভৈদা তমাল পাম্বী মখোড অমদা চঙদুনা লোৎখি। শাতানবনা মাগী মপা অমসুং অশিবা উচেক মচা ময়াম পুদুনা চৎখ্রবা বৈশম্পায়ননা 'পম্পা' দা ঈশি থক্কে থোরকপদা মতম অহুম্মক খঙবা—জাবালি মুনিগী মচানিপা হাবীতনা থেংনদুনা খুনগৎপিরগা আশ্রমদা পুবীরকখি। মাবু উবদা—মপোক অমদা লঙশিল্লবপা অবানবা থবক্কী মহৈনা হুজীক মহাক্কা তেনবা ওইববনি হায়বগী মরমদা জাবালিনা ৱারী লীদুনা আশ্রমবাসীশিংদা তাহনখি মতুদি—

অবন্তী লৈবাক্কী উজ্জয়িনী সহরদা প্রতিক মগুণ চাউনবা 'তারাপীড' কৌবা নিংথৌ অমা পানখি। মাগী মন্ত্রী 'শুকনাস' কৌবা ব্রাহ্মণ অহুনা লেবাক্ক ডাকপগী অয়াম্ব' থবক পুই। নিংথৌ অসি চহি য়াম্লবা মতমদা মহারাণী বিলাসবতীদা চন্দ্রাপীড় কৌবা মচানিপা অমা পোকখি অহুগা। মন্ত্রীগী নুপী মনোরমাসু ঙমিৎ অহুমক্তদা বৈশম্পায়ন কৌবা মচানিপা অমা ফংখি। নিংথৌনা অভাং অনিমক পুন্না মহৈ মশিন তম্মিন্নহনখি। মহৈ তম্বা লোইহদুনা যুবরাজ হাল্লবদা চন্দ্রাপীড়না থোংমি লাম্মী পুদুনা দিগ্বিজয় চৎখ। অয়াম্বা নিংথৌশিংবু লোই চনশিল্লগা 'সুবর্ণপুর' কৌবা লৈবাক্তা লৈবিভৈদা চন্দ্রাপীডনা নোংমা শাতানবা চৎখি। 'কিন্নর মৈতৈ মনাউ' অনিথক উবদা ফাগে হ'য়না তাদ্রকপদা মাগী তে গোল কায়নদুনা কৈলাস ময়া য়ৌরকখি। মফম অহুদা অচ্ছোদ পুখ্রী মপান্দা কুচু পানবী শকহেনবী মহাশ্বেতাবু লাইনিঙবী অমা ওইনা থেংনদুনা মহাশ্বেতানা মাগী ৱারী তাহনখি মতুদি-

মহাশ্বেতানা নোংমা মমাগা লোয়ননা পুখ্রী অসিদা ঈকজবা লাকপদা, পুণ্ডরীক কৌবা মুনিকুমার অমগা উন্নবদা মখোয় অনিমক অপাম মুংশি মরু হুন্নখি। ঈরুজবা লোইদুনা মহাশ্বেতাবু মমানা পুদুনা চৎখ্রবদা পুণ্ডরীককী মরূপ কপিঞ্জলনা মহাশ্বেতা কাম্মধদা ৱাব্বনা পুণ্ডরীক অহু শিগদোরে—থুনমক উন্নদুনা মাবু কনবীয়

হায়না মহাশ্বেতাদা হায়জররগা থাঙ্বা ভমজ্রবা মহাশ্বেতানা থাহল থোকপা ঙাক্না ঙাইরগা মতুং ইনবী তরলিকা লোয়ননা লেংম্না লেনথিবদা পুণ্ডরীকপু শিরম্না থেংনখি। মহাকম্সু শিবগে হায়না থৌরাঙ লিংঙদা থাগী লৈবাক্তগী লাই অমা কুমক্তনা পুণ্ডরীককী অশিবা মশা অহু পুথংখি। কপিঞ্জলসু মাবু ভমহ্না পাইখংখি। লাই অদুনা মহাশ্বেতাবু 'শিগনু, পুণ্ডরীক হিংলকখিগনি, লাই নিঙউ' হায়না লাউরম্মদগী ভসি ফাওবদা মহাক্না মহাদেব নিঙহ্না পুখ্রী মপান অসিদা চৌংগী গুহাদা শাইদাংহ্না লৈরকলিবনি। মতাং অসিদা চন্দ্রাপীড়না তরলিকাগী ঙ্রা হংলকপদা মহাশ্বেতানা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মচানুপী মাগী মমান্নবী 'কাদম্বরী'গী পরিচয় তাকখি। মথংদা চন্দ্রাপীডবু পুহুনা মহাশ্বেতানা কাদম্বরীগী মনাক্তা চংখি। চন্দ্রাপীড়গা কাদম্বরীগম্ন হেক উম্নবমক্তদা মুংশিনবা পোক্লখি। মতৌঙ অম্নম্না চন্দ্রাপীডনা কাদম্বরীগী মনাক্তা লৈবিংঙ চৈরক অসিদা চন্দ্রাপীড়বু মপানিংথৌনা কৌরক্তুনা মাবু খিরকপদা ক্লনবরবা বৈশম্পায়ণবু তেংগোল পুহুনা তপ্না লাক্লবা য়াথং পীবম্নগা অমম্মুং পাউ পুরকপা সুরাপতিগী মচানিপা মেঘনাদপুসু কাদম্বরীনা থামহৌবী মাগী কাগোকপুবী পত্রলেখাবু পুহুনা লাক্লবা শিম্নবম্নগা মশানা উজ্জয়িনী কোম্নুং পাংলকখি। মতম খরা লৈরগা মেঘনাদনা পত্রলেখা পুরকলে। বৈশম্পায়ণদি হম্লকহ্রা উবদা অহুগী মথক্তা পত্রলেখানা তমহ্না কাদম্বরীগী ঙ্রাহৌবা পাউগা তাবদা, পম্নবা ভমজ্রহনা মাগী তেংগোল ওকম্নুংগ হায়না মপানিংথৌগী য়াথং লৌহুনা অমুক চংখি লাম্মী তেংগোলনা তমহ্না বৈশম্পায়ণদি অচ্ছোদ পুখ্রী মনাক্তা লৈহৌবে তাবদগী থুনমক মফম অহু ঙাম্না অমুক লাকখি। মহাশ্বেতাগী মচীনমক্না তমহ্না থঙলে—মাগী মরূপ বৈশম্পায়ণদি মহাশ্বেতাদা মিংয়েং নম্নবা য়েংল্লবদগী শাপ তৌহ্নুনা উচেক ওলহনখ্রে। চান্নবা মরূপ শিবগী পাউ তাবা খুদক্তা চন্দ্রাপীড় ঙ্রাম্নহনা তাখ্রে—অমুক হিংগৎলকখিদ্রে। মবক অসিদা কাদম্বরীসু থুংলবে। পত্রলেখানা চন্দ্রাপীড়গী শকপুম অদুবু মপু লৈত্রবদা মাবু করি কান্নগনি হায়হুনা ঈশিংদা ঈম্নখি। অঙকপনি, শগোল অহ্না পুণ্ডরীককী মরূপ কপিঞ্জল ওহুনা কাথংলকলি। মানা তম্নী—পুণ্ডরীকনা মহাশ্বেতা কায়নবগী ঙ্রাবিংঙদা থাগী মচান্না অমুক হেন্না মাবু লৈত্রবা চূরবদগী শাউহ্না থাবু শাপ তৌকবদা থানসু শাউহুনা মাগী অশিবা মশা পুথংখ্রিবহুনি, থুনমক পুণ্ডরীক হম্নরগনি। অমবোমদা কাদম্বরীনা মহাকম্নু চন্দ্রাপীডগা লোয়ননা পুন্না মৈ থামিম্ননবা তৌরিংঙদা আকাশ বাণী তৌরকই—'চন্দ্রাপীডবু মৈ থাদোক্লনু, অশিবা মশা অহু পংথ পুমথবা তৌরোই—লোংম্না হিংলকখিগনি।' অম্নুম তৌনা কাদম্বরীনা অশিবা [illegible]

ইক্ষ্বাকুবংশজবিদুনাগী লৈ-গুনা চিংবনা লৈতেংহুনা শগ্ত্ত্হুনা লৈরিবৈন্দা লোংমদি খণ্ডহৌদনা হিংলকখি। মতম অসিদা পুণ্ডরীকস্তু কপিঞ্জল লোয়ননা চন্দ্রমণ্ডলদগী কুমুক্তুনা পুন্নমক নিঙ্বা থুংনখি। নিংথৌ তারাপীড়গা মন্ত্রী শুকনাসকস্তু লাক্তুনা মচা মমৌবু ভরাম ভরাম ভৌবীখি। হুজিক উরিবা পুণ্ডরীক অসি বৈশম্পায়ন-মক্কী অহানবা মপোকনি হায়বা খঙ্বদগী শুকনাসনা মচাগী মশক উদবগী অন্নাবা কোকখি।

কাদম্বরীগী ৱারীদা য়েংশিনগদবা অমদি পুণ্ডরীকনা মীওইনা পোক্লগা অমুক উচেক ওইনা পোকপা অহুগা চন্দ্রাপীড়না শ্রিরগা শূদ্রক ওইনা পোক্তুনা অমুক পান্নুরগা মাগী মাগী মথন্নায় থাদোক্লহুনা হান্নগী মশা অহুদা মথন্নায় চণ্ডহুনা অমুক মশক উৎনরক্লবা অহু ফাণ্ডবদা মহাশ্বেতাগা কাদম্বরীগদি হান্নগী লৈশাবী অহু অহুমক ওইহুনা লৈবমলি

ৱারীগী শকক্তি মথক্কী অসিনি। মসিদা চন্দ্রাপীড়না অনুকুল ধীরোদাত্ত-লক্ষণনা তিনবা নায়কনি, কাদম্বরীনা পরকীয়া—মুগ্ধা নায়িকানি। অন্নাংপা মশক খঙ্দবা, ফজবা নিঙ্থিবগী মপা লৈতবা, সমুদ্রগুপ্তা ৱাহৈগী লোইবা নাইদবা সংস্কৃত শব্দ-সমুদ্রবু নৈত্তুনা থুনগৎলকপা মণি মুক্তা মপৈ মপৈনা কাদম্বরীবু অন্নাংবা তাঙ্বন থক্তা সনাগী মথক্তা তম্ফা থিন্দুনা চীক্লা লেম্না অমদি মণ্ডাল চাউনা কবিনা থাংগৎলম্মী। ৱারীদি ৱারীনি, চুম্নগী তাংজকম অমা নাইবতনি। কবিগুরুনা হায়রম্মী—সংস্কৃত লোনগী নিঙ্থিবা ফজবা য়েংনিঙ্লবদি মহু কাদম্বরীদ কংগনি। লোন অসিবু—মনাই মশলনা য়োমহুনা থোগনবা, অচৌবা নিংথৌরেন অমগুম্না চিঙ্না-লেম্না অমদি মণ্ডাল চাউনা মাঙ্দা চৎহল্লগা, ৱারীদি মহুগী মহুংদা চুম্নগী পে-থানবা থৌগন্নাই অমগুম্না ইলহনবতনি। মরু ওইবদি লাইরিক অসিদা সংস্কৃত লোলতগী ফজবা উৎননবা কবিনা হোৎনরম্মী। শূদ্রক নিংথৌদি চুম্নগী ৱারী তাজবনি, মাগী মরমদদি অহুক কুপ্পা নৈনরুবগী থোইনা কান্নবা লৈতে, অদুবু কবি অসিনা অপীকপা অচৌবা থোদোক পুন্নমক চিথবা তৌদনা নিঙ্ মাঙ্ অমদি নাক-য়েৎ মায়কৈ পুন্নমক্তা মশা মরেং চুমহন্না বর্ণনা তৌরম্মী. য়েংথি য়েংখ্রিবা খুন্নিঙ্দা মশক শেংনা শেংনা অহুমক উবা ফংই। অসিগুম্বা—ৱারীনা মপুং ওইদবা ৱাহৈ ৱাতাগী ফজবা থিবতনা মরু ওইনা চৎনরম্বা মতাং অমা রামায়ণ মহাভারতকী মথংদা লৈথি। কাদম্বরীবু পাবা হোৎখ্রবদি—পারিবা মী অহুম্ম অচৌবা শূদ্রক নিংথৌগী থৌগল্লোম্না হারবা, মণি মুক্তাগী মণ্ডানতনা অমগা অমগা য়েংশিন্নরবা, অরংবা, সুথকুপা, অমেঙ্বা অমদি অচিকপনা শীনবা থুংনা লৈরবা [illegible] অহুদা ৱাণ্ডহুনা বৈশম্পায়নগী ৱারী তাদবা থক ৬মদে।

লোইবা নাইদবা অয়াংবা ভাবগী-মত্তিকচাবা লোনগী ঈফূৎ খোককমহি সংস্কৃত লোনতনি। অসিগুম্বা লোনগী ঈফূৎ অসিনা, কুমগী নোংহোনা মপূক চোয়বা তুরেলগুম কাদম্বরীনা ঈথক ইরৈ অমদি ঈরাউখোল লোয়ননা ইরং লংনা চেম্বহরি। অদুবু অঙকপদি, অস্থুম তৌনা লোন অমদি ভাবতগী মরীক চূম্নবা হোৎনহ্নবস্থু মন্নুংদা লোৎলিবা চিত্র অতুগী শক্তম মাঙ্ হনবদি থক তৌরমদে—মহুগী মশকস্থু তশেং তশেং অতুম্মক উবা ফংই।

য়াহৈগী ফজবা থয়দং য়েংসি—'একদা তু নাত্তিদূরোদিত্তে নব-নলিন-দল-সম্পুট-ভিদি কিঞ্চিন্মুক্ত পাটলিম্নি ভগবতি মরীচি মালিনি ......... ।

নোংমগী মুমিত্তা অনৌবা থম্বালগী ফীরূক হাংদোকপা মুমিৎ কৌবা লাইনা ঙাঙ্নবা মচু হাইফেৎ থাদোক্লমহুনা আতিয়াদা য়াংলপ হাইগৎলক্লবদা... ......

মসিগী মশক অসি উংননবা হোৎনবদা কবিনা লোনগী অঙকপা-মিত্রং-শক্তিগা অমদি হাপখ্রিবা বিশেষ্য বিশেষণ অসিতগী মপানগনা,—মেঙ্লবা হৈনম লৈনম্মা চূরবা, সনা অহিংবা মচুনা তিন্নবা, ইঙ্লবা অয়ুক অমা থম্মোইস্নুংদা কাঙহল্লি। অসিগুম্বা য়াহৈ অমত্তনা অমুক তপোবনদা সন্ধ্যা য়াচঙ্বগী বর্ণনা তৌরি মহুদি—'দিবাবসানে লোহিত তারকা তপোবন ধেনুরিব কপিলা পরিবর্তমানা সন্ধ্যা ......। মুমিৎ তারমদাইদা মমিৎ পিঙ্গলা থুংবী তপোবনগী যণবীনা শংগোন তম্না কারকপগুম্না তপোবনদা সন্ধ্যা য়োরকলে।" যণ য়োংমানবীগা সন্ধ্যা মচুগা চাংদম্নবদা সন্ধ্যাগী মতমদা তপোবনদা ওইবা মচু অহু পূক্নিঙ্দা হেক্তনক মমি তাহল্লি।

অসিগুমহুনা মহোশা লাইরেম্বীগী মিৎকূপ থূদিঙ্ হোৎহুনতা লৈরবা শক্লোন পূম্নমক্কী অয়াকপা অনৌবা অমেঙ্বা মচু অসিদি সংস্কৃত লোন্দা কবি অতৈ কনানস্থু মশক শেংনা উৎপা ঙম্নদে। অতৈনদি অঙাঙববু অঙাঙবা হাম্নরগা লোইরে। কাদম্বরীকারনদি অঙাঙবা অমুবা মচুগী মন্নুংদা অমুক মথল মথেন কম্না থোক্লা থাম্নদোক্লম্মী, মহু শীংথাক্লবা ঙম্বা নত্তে মহুদি—চাঃ গুম্না ঙাঙবা, থুম্নু মখোঙ্গুম্না ঙাঙবা অমদি ঈ-তৈরবা নোংশা থূজীন মাম্না ঙাঙবা অসিনচিংবা।

অস্থুম্না কবি অসিনা চুম্নগী মচু মমেনতা থারগা তোক্লস্থস্থু নত্রি, মথল্লাকপ্প হাপ্পবা হোৎনরি। থূদম অমা অমুক য়েংসি—'শাতানবনা তেরা মথক কাহুনা মপীমথৈ লৈত্রিঙৈদা উচেক মচাশিং পূম্নমক লোক্তনা লৈমায়দা থাদখি, মখোয় অতুগী মচুদি—থয়না মক্লম পোকথাম্নহুনা খোরকপা কুইত্রি—মচুনা তেরা মপাল মাল্লি, অমগীনা থম্বাল লৈরীকী অকোয়বদা মনা মচা চোয়ক্তবা মশা বিন্দোকচনকপতমক ঙায়রি, কনাগীনা থম্বাল অঙাঙবা মচু মাল্লি, অমগীনা মচীন মচা অহু

খিন্নগংলকপদ ভায়রিবা থম্বালগুম্নি, থরুনা শা-তানথবু তৌগত্মু হায়না থামজবগুম্না মথৈ নিকৃলি—অসিগুম্বা চেনজ চোংজবা ওমজ্রিবা তেনম্না মচা মথৈবু উশা কারক্তগী, উক্রোক্ত সুংদগী উহৈ হেকপগুম পাক পাক ফারগা হাত্তোক্তনা লৈবাক্তা লংথবা হৌরক্লে……অসিনচিংবা।

কয়াদা সুংশিহনখ্রবনো, অত্থমদি ওইরগা কবিনা কপ্পা লাউনদি বর্ণনা তৌরমদে। চাংদম্নরিবা তনৌ তনৌবা য়াহৈশিং অসিতনা মত্থ মথন্তা অত্থম ফুখোকচরকই। অমগা অমুক য়েংসি—'শরৎকী থানিনদা অপাবা লৈচিন্না কুপ্পগুম মহাশ্বেতানা ফীজিনা মায়থোং খুম্না কপখ্রে।' মতেক অসিতদা মহাশ্বেতাগী মশক মচু অমদি ফি অত্থগী মওঙ্ পুম্নমক উৎলি। অসিগুমত্থনা মতাং খুদিঙ্গী, পৃথ্রীগী, উরী য়ারী মরক্কী, মীগী, শাগী, লাইগী, নুংপাক্কী, য়ুম্বীগী—পোৎ পুম্নমক্কী বর্ণনা তৌবদা অমত্তদস্ম নিঙ্তম্নরমদে। মরম অত্থনা কাদম্বরীনা ওসি কাওবদা নিংথৌ-রেল অমগুম্না, মগান মশা চাউনা চীং-লেম্না লাক্লি।

অরোইবদা নিজরি মত্থদি—কাদম্বরীবু মৈতৈলোন্দা ওম্বোকচবসি মহামহোপাধ্যায় পণ্ডিত হরিদাস সিদ্ধান্তবাগীশ ভট্টাচার্য্যগী অহানবা শরুক্কী বাঙ্গালী অনুবাদ অমদি পণ্ডিত তারাশঙ্কর তর্করত্নগী বাঙ্গলাদা ইবা কাদম্বরী অনি অসিনা লমজিংবীবনি। অয়াম্বনা থঙনৈ—লাইরিক্কী চপ মান্নবা মওঙ্দি অনুবাদনা থক ওইহনবা ওমদে। মরম অত্থনা হোৎনজবা শাকবা মৈতৈলোনগী কাদম্বরী অসিদদি মাগী নিঙ্খিবা মতৌ অমত্তম্ম য়াওরম্ফম থোক্ত বনি। অত্থম ওইনমক চাউরাকপা মম্নি অমত্তংদি তাহনজবা ওমগদ্রা হায়না ইতিক নত্তনা ইঙন হাপচরুবনি—মত্থগী ইরান পুম্নমক ইজাত্তিনা ভাকপিবা নিজে।

লাইরিক অসিগী অরু অরুবা মতাং কয়াদা পণ্ডিত শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ অমদি পূকচেল চাউরবা সাহিত্য সেবি শ্রীমীনকেতন সিংহ অনিমক্তা অথোইবা লমজিং পীবিখিবা অমসুং ইয়াম্বা শ্রীরাসবিহারী সিংহ ক্রেগুস ইউনিয়ন প্রেসকী মেনেজরনস্মু অরানবা চুমথোকপদগী হৌত্থনা লাইরিক্কী মশক থীবা থোকখিদনবা কুপ্পা য়েংশিনবীত্থনা অয়াবা কয়া থাঙবিখিবগীদমক লোইবা য়াইদনা থাগচে।

অরোইবদা—শেলগী মতেং পীবিত্থনা লাইরিক অসিগী অহানবা শরুক্তং ছাপা লমত্থনা পুথোকচবা ওমহনবীবগীদমক মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না তৌবীমল উচ্ছরি অমসুং মথাগী শরুক ফোঙবদস্ম অথোইবা মতেংনা অত্থম্মক পুক্তিঙ থৌগৎপিগনি হায়না আশা তৌজে। ইতি—

নোমজরিবা

শ্রীসুরচান্দ

# হীরম লামায়

# হীরম লামায়

রাহৈ খোনফম থীবা ওমদি মীগী দোষ পুথোকপতনা মথৌ ওইনবা ফত্তব-শিংদি মখোল য়াকপা ওমদি কোহিল্লং কারবা য়োহিল্লং ঘলাংগুম্না থম্মোইদা অহকপা চৈনাখোলতমক পীদুনা লৈ। অদুগা মণিথাম্বা নূপুরদি খোঙ্থাংখুদিঙ্গী তুংশিরব মখোলনা, তাবদা পূক্লিং হুইল্লি; অদুগুমদুনা পূকচেল চাউবা মীশিংদি মফম পূম্নমক্তা নিংথিবা রাহৈ খোনফমতনা পূক্লিং শুম্মংলি ৬।

থাগী অমৃতন বান্ধুগী খোজেঙ্ মথা তাদবগুম পূক্লিং হুবা রাঙাঙ্না ফত্তবা মীগী খোজেঙ মথা থক য়োকবা ওমদে। তৌইংগুম্বসুং নারায়ণন থম্মোইদা লংলবা কৌস্তুভ মণি থোনবগুম অতোপ্পাগী হৃৎমক য়েংবীবা অযবা মীশিংদি থম্মোইন্নুংদা পূক্লিং হুবা রাঙ চত্তবু লৌশিনবী। ৭।

## নিংথিবা রাহৈগী গুণ

নিঙ্থনা মঙৈক শেংনা রা ঙোংঙ্লী অমদি নিংথৌবা য়েংনায়েংলচিব মতৌ মঙন্দে য়ৌনা নিংথজবা অদুগা তন্নুবাগনা মরম ওইদুনা হিপ্পফমদ মবম্নাই অদুম চঙ্জ-বকপী, মশম হাইগৎপদমক ডাবর্বিবী মৌনত গুম্না, অগোত ঈশৈনচিংবগা মনী কৈনবা রাহৈ রাতো শেম্বদা তানিংবা পোবহনবী অদুগা শৃঙ্গার (কেবা মৌবা) নচিংবা কবিশংস্থা রস অমগী মতুংইন্না শৈরেংলকপ মতমদা ঈবোংয়নবকপা নিঙ্থিনা লৈচন রাহৈ পবেংনা মীগী থম্মোইদা ওডকপা ফংনা হেন্না গামাশনবা পোক-হল্লি। ৮।

লায়না হঙ্নবা দীপক অমসুং উপমা অলঙ্কারনা তিনবা, নিঙথিবা পদার্থ-শিংনা পূন্না লেংবা অমসুং তোয়না তেংয়ন য়াওবা শ্লেষালঙ্কারনা হাংইফেস্তং লুহনবা নিঙ্থিবা শেবেংনা অঙানব থাংমৈগুম, নৌনা পম্লনিংঙাই ওহবা মালতীনা মবক মবত্ত থনব বূংন লেংশিনব অশাংবা লৈহাউ পরেংগুম করম্বা মীওইবু পাম্নহন্দবা য়াওবগে ? ৯।

## কবি বংশ বর্ণনা

ব্রহ্মাগী অংশ অবতারগী মশক ওইনা কুবের হায়না কৌব ব্রাহ্মণ অমা বাৎস্য গোত্রদা পোকখি; মতাক সাধুশিংগী লুচিংবনি, তাইবঙ্মী পূম্বনা মাগী মগুণ শক্ল শোন্নখি অদুগা বৈশ্যগী জাৎ মথৈনা মাগী মখোঙ্ থম্বান-সেবা তৌজখি। ১০।

* দীপকালঙ্কার— অয়াম্বা ক্রিয়াগী কারক অমত্তমক ওয়বা।
† উপমা— মান্নবা পোংনা পান্দম্লনা।
‡ শ্লেষালঙ্কার— রাহৈ অমনা নত্রগা পদ অমনা অর্থ অনি চপা।

মতম পূম্নমক্তা মচীন্দা সরস্বতী তোংলম্মী অমসুং বেদপাঠ তৌবমক্তনা করি-গুম্বদা মাগী রাডাঙদা য়াওখিবা পাপমৈথ গাড়খিবম্মী, যজ্ঞগী অবেম্বা চাবতনা মচীনবান অনিমক অমকপা চেনখিদে, যজ্ঞগী মতমদা সোমরস থকপনা মচীন্দা সুংশিবা মনম চেল্লম্মী অত্তগা শাস্ত্র 'পূম্বগী রাবম হায়দোবকপা মতমদা মাগী মায়থোং অত্থু য়েংবদা নিঙথিজবা মশক ওইরম্মী। ১১।

তত্থনা তাশিল্লক্লবনা শাস্ত্র অয়াম্বা মচীন্দা পক্লবা পোন মত্থুংগী চোডা-তেনরা-শিনা মতাং থদিংদা মায়থীহনবীবতনা শকক ওইববা ব্রাহ্মণ মচাশিংনা, অকি হংগোই য়াম্লনা মাগী মযমদা যজুর্বেদ অমসুং সামবেদ ঐবাইনরম্মী। ১২।

তাইবঙ-নাউয়োম-মুংদগী-থোরকপা—ব্রহ্মাগুম ক্ষীর-সমুদ্র-মনুংদগী থাও-গৎলকপা থানিনগুম অমদি বিনতাগী গর্ভদগী পোক্লকপা গরুডগুম্না হায়বিবা কুবের অসিদগী 'অর্থপতি" কৌবা অথোইবা ব্রাহ্মণ অত্থু পোকখি। ১৩।

নাপ লৈতেং-চন্দন পান্নগী লৈয়োম্না শকহনবী নুপীশিংগী নিঙথিবা হেক্ল-হনবগুম মনাকোনদা শাস্ত্রগী অর্থ হাপচনিংতনা মুনিংখুদিংগী অযুক অডনবদা তিল্লবা অনৌ অনৌবা ছাত্রশিংনা অতং অথম লৈতনা পাক চাউববা শাস্ত্র থিবীক লৈনববনা অর্থপতিগী নিংথিবা হেক্লহনখি। ১৪।

শাস্ত্রনা তাকপা মত্থুংইন্না লনথুন পীথোক যেন্থোকপনা মশাগী লৈতেং ওইন-ভনা, অত্তৎপা লৈতনা গৌনা লৈব হোমগী মৈতগা য়ান্নত্থনা লৈবনা অকনবা চপ ( যপ ) কী মশক ওইববা ( কোযনা চীঞ্জক যেনাতা বাত্থন শিন্থবকপা মশাগী মচুমনা ( হুমানা ) লৈথোংলব—অমদি মনাতোম্ন অকনবা চপকী মশক ওইবা শামুগা পাংথক্রবা অত্থুগুম্বা ) মশীং লাকচদন যজ্ঞ তাত্থনা মহাক্ন ঈশ্বর লায়না স্বর্গব খুত্থম চনশিনখি। ১৫।

অসিগুম্লবা অর্থপতিনা চীংশিংগী মবক্ত স্ফটিক মণিগা মান্নবা লংলবা কৈলাস কৌব চীংগুম্বা, মবৌশিং চাউবা, থাকপিরবা অমদি বেদশাস্ত্র চংথোন্না হৈববা অথোইবা মচাশিংগী মনক্তা চিত্রভানু কৌবা মচানিপা অম ফংখি ॥ ১৬ ॥

হোংগায থিনগায়বদ ১থকগী মঙওন মশাগী লমতক্ত ফবা মচীন থৌবা তা-গী মশক ওইবা নরসিংহগী অথৌবা খুজীন মপৈ অত্থুগুম্না থাপ্প মচন শান্দোকপা, পানথংলকপা থ-গুমনা তক তক্তেনবা পূকচেল চাউব অসিগী মক্ত্রবা অনংব মগুণ থিবীক্লা য়েক্ল থম্মৈ ই মুং যাওবদ লায়ন চঙশিনখি ॥ ১৭ ॥

ডমথৈ-লৈমশিংগী মবাইপক্তা তানকপা নিঙথিন শেম্লবা শমজোইগুম অমদি বেদ-লাইরেম্বীগী নাপদা থৎপা অপোনা তাং য়েম্নিঙগুন—মাগী যজ্ঞগী

অমুবা মৈথু মপৈন্তনা অমুক্ত হেন্না ময়েক শেংনা মশাগী মিংচৎপু পানবা (ভৌথোকপা) হেলহনখি। ১৮।

(অসিগুম্নবা) হোম তৌবতদা ৱাবদগী শিন্থরকপা মশাগী হুমাং পূন্নমক সরস্বতী দেবীগী মথুংমক্লা নান্থোকপিথ্রবা অমদি মাগী মিংচৎ মঙানন্তনা মরোল তরেৎমক্কা অঙৌবা মঙাল ফাওহনখিবা অতুগুম্নবা চিত্রভানু অতুদগী "বাণ' হায়না কৌবা মচানিপা অমা তারকখি। ১৯ ॥

খৌজেঙ্গী মনিঙ্ তম্বা ফংজদ্রিবা, পূক্নিঙ্ তয়াং তশোইমনবনা অমকপা বুদ্ধি ওইহ্নিরা, অফ ফত্ত ৱাথল চুন্না লৈপচবা হৈদ্রিবা অতুগা পণ্ডিত অমা ওইবগী হৌনবা হৈ-শিংবা মতৌ ৱাৎপনা—ইতিং তিংজন্নিবা ইবুদ্ধি অতুনা ব্রাহ্মণ বাণভট্টনা অসিগুম্বা অনি শুদ্রিবা কথা কাব্য অসি লেংশিঞ্জে ॥ ২০ ॥

---

# মাহৌদোক

## শূদ্রক নিংথৌগী মতিক মগুণ

অনিগুবা শোবাবেনগুম্বা শূদ্রক কৌবা নিংথৌনা সমুদ্র মবিনা লৈপবেংগুম খ্বাঙ্গায় ওইনা কোয়শিনবী মাংলেম লৈকোয় অপুম্বগী নিংথৌবেল ওইনা পাল্লম্মী। মাগী মথৌনাদা অমদি মীয়োকমীচান্দা খুত্তম চনখিবা নিংথৌ মথৈনা মথা পোনবা ময়াখিবা, নিংথৌরেল অমগী লক্ষণ পূম্নমক্কা তিনবা, বিষ্ণুগুম মথূক্তা শঙ্খ চক্রগী খুদম ফাওবা, শিবগুম কামবু জয তৌবা, কার্ত্তিকৃকুম মায়থীবা পীডমদবা,

ক—ট কাংগা শাদোংবা বসাগুম মডান চাউবা অমদি য়েক্লবা নিংথৌগী নাপল মাঙহনবা সমুদ্রনা লক্ষ্মী (লৈম্রেমা) গী পোক্লফম ওইবগুম লনথুম পূম্নমক্কী থোকফম ওইবা,—অদুগুম্বা মহারাজ শূদ্রকনা ভগীবথকী দোলাই-চাকা-লীক্লমদা চেম্ববকপী গঙ্গাগী ঈচেলগুম মহাকস্ভ ভগীবথনা চংখিবা ধর্ম্মগী থোঙ্গুন লীথি।

কোবৌহনবগুম মুমিৎ খুদিঙ ঙানবা, লাইশিংনা শনজীং মনাক নকপা চীংশা মরুমশিংদা থূপ্পবগুম মথোঙ খুযা-মকমদা প্রজাশিংনা থূপচবা, শাক্লপ পুবা শামুগী চায়কুংদগী চেম্ববকপা মচুম্না মনাতোন চোক্তনবা লৈবগুম দান তৌবগী ঈশিংনা মতম পূম্নমক্কা মখুং চোক্তনবা মইবা, থম থেংনা ওকপা যজ্ঞ তৌবা—শাস্ত্র পূম্নমক্কী তুংনফম, ঈশৈ জগোইনচিংবা কলা বিদ্যাগী তম্নফম—মতম পূম্নমক্কা মীয়োক মীচান হৈবনচিংবা গুণগী হৌবকফম অমসুং অমৃতগা মান্নবা কাব্যরসকী ওইবা, অদুগুম্বা শূদ্রকনা উৎসবা চীংদা মুমিৎ থোকপগুম নত্মপ মপাংশিংগী চাওখৎনফম ওইবম্মী অমসুং য়েক্লবগী মকাদনা ধূমকেতুগুম্নম্মী।

লৈপাক্কা অমসুং সহরদা সভা লিংখত্তুনা মহাক্কা বস থঙবশিংগী লুচিংবনি— মথৌনা লৈবশিংগী লক্তা অথোইবনি, মহৈ হৈবশিংগী মকোবনি, গরুড়না অপোকপী

খ—ন মমাগী নুংঙাইজনবা ওইথিবগুম মথা পোনব নিংথৌশিংগী মুংডাইজনবা ওইব, পৃথু নিংথৌনা মহেন্দ্রনচিংবা * কুলপর্ব্বতশিংবু লীক্লং মতোন্না তকথোকখিবগুম (মাগী) লীক্লং পায়বা মশীং লাকঙমদবা লাম্মীনা য়েক্লবশিংবু মকোক মমৈ থঙহনখিদবা—মমিংত তাবদা কিবনা য়েক্লবা থম্মোই চিংথায়হনবা, অনি শুদ্রবা মথৌনানা তাইবঙপানবা অপুম্ববু লাকশিননা অসিগুম্বা মহাক অসিনা হিরণ্য কশিপুগী মথবাক শেগায়নবা † নরসিংহ মূর্ত্তি ধারন তৌনবা হোৎনবদা থৌরাঙ

* কুলপর্ব্বত---মহেন্দ্র, মলয়, সহ্য, শুক্তিমান, ঋক্ষ, বিন্ধ্য, পারিযাত্র অমসুং হিমালয় নিপাস অসিবু কুলপর্ব্বত কৌই।

† নরসিংহ---মী নোংশা য়াম্নবা মশাক,

চাউথিবা অতুগা। * অহুম্নক হোৎনহনা মবোঙ্গ অহুম্মকপু রানা ফংজথিবা নারায়ণ-মকপুস্থ থানদবগুম পানথি।

মমাৎঙদা পানথিবা ফত্রব নিংথৌশিংগা তোৎনরুবদগী মতম কুইনা পক্লব্রা অথীবা মিংচং অদু চামথোকচনবা ওইনা বাজলক্ষ্মীনা মাগী থাঙশাং মচুম মথাদা তং-তানা থুপচফম ফংজথিবা —মাগী থম্মোইস্নুংদনা ধর্ম্ম, অণাউবদা যম, থৌজান্দনা

প—ফ কুবের, তৌওম্বদা মৈ, মপাম্বোমদনা লৈপাক লৈমা, মমিত্তা লক্ষ্মী; ব্বাঙাঙদা সরস্বতী, মায়থোংদা থানিন, পাঙ্গন্দা মুংশিং, বুদ্ধিদা বৃহস্পতি, মশক্তা কামদেব অমস্থং মতিক মচান্দনা স্নমিং—অসিগুম্ব গুণ ময়াম অসি লৈবনা শূদ্রক কোবা নিংথৌনা লাই পূম্নমক্কী অমদি তাইবঙপানবা পূম্নমক্কী মশক ওইবা ভগবান নাবায়ণগা পান্দম্নডাইনি।

মহাবাজ শূদ্রকন লানফমদা ময়াই কাববা য়েক্লবগী শামু মপৈগী মরাইবক অতোওবতু য়ানশিল্লুবদা মাগী থাঙশাংদা পক্লকপা অচৌ অগৌব মুক্তান—থুতুম চেৎনা পায়তুনা শুম্বদগী তাবকপা ঈশিং মচুম মবীকুম কেল্লকপদা থাঙ অদূবু হাহগৎ হাইথ তৌতুনা লৈগা মালহনবা; অমবামদনা অথোইব লাম্মীশিংগী

ব—ভ মথবাক কল্লিবা মিক্তুৎথোঙ মানবা য়োৎকী কবচশিং অতুনা অমদি মচুম তাবা শামুশিংগী মনাচোন্দগী থোক্লকপা মচুমগী ঈশিংতনা শুক্লা মমশিন-থিবদগী অহিংগা পাংথক ওইবক্লবদা মাগী থাঙশাংনা চিংশিল্লকপী বাজ-লক্ষ্মীনা অভিসার চৎপী নায়িকাগুম মাগী মনাক্তা হন্না হন্না লাকচথিব —মাগী অকনবা মতিক ময়াই মৈরিনা, কায়না মৈশা লাংলবী য়েক্লবা নূপীশিংগী থম্মোই মনুংস্থ মৈণা না চদুনা মথোয়নী লকান্নুংদা লোৎচবা মপুৱোয়বশিং ফাওবনু চাক-থেকহনগে মতাগুম অহিং মুংথিল অনিমক্তা চাক্তুনত মবৈবা অতুগুম্বা নিংথৌ অহনা মালেম-লৈকোয়-পূং পূম্নমক জয় তৌতুনা যোকপি থাকপি তৌবীবক্লবদা প্রজাশিংগী মরক্তা লাইয়েকপা মতমদন্তা মচু ভমগা অমগা তিন্নরম্মী অতুগা সমাজদদি জাতি (বর্ণ) অমগা অমগা তোৎশিন্নতুনা মচ শেংদবা থক থোকথিদে; লৈপুনগী মতমদক্তা শন পায়নবা মচায় শাফম লানফমদদি থক শম চিংনদে; শৈবেংদতা অচেৎপা নিয়মগী অপুনবা লৈ—কৈগুম শঙদদি চেৎনা কন্না পুনবা লৈথিদে, শাস্ত্র-তদা ব্রাথল লৈবম্মী চাক ঈনশাংনচিংবগীদি থন্নবগদে, মঙ হা-তদা নমথাক লৈবম্মী অতৈ মতমদদি থোকথিদে, শেকপিনতদা সনাগী মথোক (দণ্ড) পাল্লি অতুগা

(ম) কনাদস্থ সনান ব্রাকোংহনবদি (দণ্ড) চৎনবমদে, ফিবালতনা ফব ফব হায়বনি, মীগী থম্মোইদি নিয়রমদে, ঈশৈগী মতমদতা রাগ শীজিন্নৈ অতুগা

* অহুম্নক হোৎনহুনা—খোংথাং অহুম্নক থাংহনা

কনানসু কনাদা শাউবা ( রাগ ) খোৎপদি লৈনদে, শামুত্তদা ময়াই কাবনা মচুম তাই অদুগা মীগী থম্মোইদি ময়াই কানরমদে, লীক্লুংতদা লীরী (গুণ) হিক্তোকপা নাইবনি, মীশিংগী থৌজান অমসুং পীনহৈবা গুণ ময়েং তাবদি থক থোকখিদে, মীহুৎথোঙ্তদা মখুন হোবা মুথল থন্নবনি অতৈ মফমদদি করিগুম্বা য়ুথল ( নংথাকলাং ) লৈরমদে ; থা, থাঙশাং, অমদি য়েংকী কন্চতদা কোহ্লিং কাবনি কনাগুম্বা মীগী লমচন্দ্রা কোহ্লিং কাবদি য়াওখিদে, মতৈ মনাউনা মুংশি- মুংওনগী থৎনা-ওইনবা মতমদতা পাউ চৎপা মী থানবনি, লানগী দমক্তদি পাউ চৎপা মী থানদে, অদুগা চৌবব-শত্রংনচিংবা শান্নবগী পোফমতদা অহাঙবা কা লৈবনি খুঙ্গংদা কবিগুম্বা অহাঙবা য়মদি থক য়াওখিদে।

অদুগুম্বা নিংথৌ অদুগী লৈবাক্তদি লাইরমলেনগী অকিবা অমত্তং লৈনব- তুনা লোইবে অতৈদি—সঙ্গাই মনুংদা লৈবা লৈমশিংগী মশমতদা অথোয়বা

হায়বদু লৈ, নূপুরতনা মচীন থী, লুহোঙবতদা খুং মপায়নৈ, অতৎপা লৈত্রবা
( য ) যজ্ঞগী মৈখুতনা মিৎকী পি তানবা মডায়, শগোলতদা শাজৈ থানৈ অদুগা

কানদেবগী লীক্লুংতনা মখোল থোকই।

কলিযুগপু কিজবনা মশা থুপচিনখ্রবা সত্যযুগকী মতৌ মানবী অমদি মবোল অহুম্মকী পোরফম ওইবী লৈপাক লৈমগুম্না পাক চাউববী বিদিশা কৌবী সহবনা

অদুগুম্বা মহারাজ শূদ্রক অদুগী কোম্মুংনি— মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা বেত্র-
( ৱ ) বতী তুরেলনা কোয়না চেল্লি—কুমদুনা ঈরুজবা মতমদা মালব লৈবাক্কী শকহেনবী নূপী শিংগী মথবাক অতোঙবনা থেংবদা মদুগী ঈথক পরেংনা কূপখ্রবা ঈরাক মচামচা ওনখি—শামু শেন্নবা মহুৎশিংনা শামু ঈবর্জবিনবা পুথরক- পদা মকোক্তা থৈবথা সিন্দুব চামথোরকপাদগী বেত্রবতীগী ঈশিং অদু য়াচঙবা মতমগুম ডাঙনখি অদুগা হরাউ মথোহ কাববা কাংভশিংগী মখোননা তোর্ব্বান পূম্নমক থুংনা ঈনিল নিল্লম্মী।

পৃথিবী পূম্নমক খুদুম চনশিল্লবনা লৈবাক শন্দোক্লিঙবগী লাঙতক্লবা লৈএবা মহারাজ শূদ্রকনা জগতকী ভাব পূম্নমক মথুক্তা শিবা খুজাগুম ঈরায় লায়না পুদুনা বিদিশা হায়বী কোম্মুং অসিদা পূরিঙ লৈতানা মতম কুইনা অসুম মুংডাইনা পানখি। অতোপ অতোপ্পা দ্বীপগী লাক্লবা অয়াম্বা নিংথৌশিংনা অাক হংগোই য়াম্ননা মাগী মথোঙদা মকোক্না শোরখি—বৃহস্পতিগা মান্ননা শিংলবা, নীতি শাস্ত্র নৈনমনবদগী পূকচেল শেলবা, অপাম্বা অমদি মিহৌবা লৈত্রবা, পেনবিহৈবা অমদি থবক পূম্নমক্তা চেকশিনবা—অসিগুম্নবা মপা মপু হাক্তকগী মথাঙশমথরকপা মন্ত্রিশিংনা মহাকপু কোয়না থোগনখি। অদুগা শেংলবা ঈশিংনা মকোক্তা হৈদুনা

( ল ) অভিষেক তৌখ্রবা, নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা, কলাবিদ্যা পূম্নমক নৈনবদা চঙ্‌খোনবা বুদ্ধি চেল্লবা, থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই শিংথোইরবা, মতম তাঞ্জা থঙ্‌না থবক তৌবা, হুংশি হুংওন্দা লূপ্পা অমদি লৈবাক মচা তাবা য়াহৈনা ফাগি তৌবদা হৈশিংবা, অতোপ্পগী পূক্নিঙ্‌ অমদি শাজং শাথেক মুন্না থঙ্‌বা, কাব্য ( য়ারেং শৈরেং ল ইরিক ), নাটক ( লীলা ), আখ্যানক (ইতিহাসন-চিংবগী য়াবী ), আখ্যায়িকা ( প্রবন্ধ ), য়েকপ খোৎপগী মহৈ অমস্তুং শন্দোক্লা তাকপা—অসিনচিংবদা থবক্তা হৈশিংলবা—মরেং নোয়বা অমস্তুং চকন্ চকন লাউবা, কৈ অমস্তুং পাখোম কনবা, লানফম অয়াম্বদা য়েক্রবগী অঙাওবা শামুবু ঙম্লব্রবা, নোংশা মচাগুম য়াম্না থৌবা অদুমদি ওইবগা নোল্লুক শাজংস্তু নিঙ্‌থিনা ঙাকপা, চহি লেংমাম্নবা, মহৈ মাম্নবা, অদুগা যিজেং লেতেংস্ত্র ইমান মাম্নবা অমদি মশামক্তী মমি শক্লবা অদুগুম্নবা নিংথৌ মচাশিংগা লোয়ননা মহারাজ শূদ্রক্না মাগী ঈনথৎলকপা মতমদা হয়াউ তয়াম তৌমিন্নদুনা লেনখি।

অঙম তানগনবা অমস্তুং হোৎনবা কনমনবনা নূপী হায়ব জাৎ অসিবু নাপী-গুম্না কান্নদবনি থনবদগী হৌনা মশক ফজব। অমাদ মথোন কাবা মতম ওইদুনস্ত্র অদুগা অমরোমদা মাগী মন্ত্রীশিংনা মাবু মচা ফনা পোকহন্নি দুনস্থ নূপা থিবগী হুংডাইবা হায়বদু পামজদবা মহাবাজ শূদ্রকন— মশক্ত অমাদ মিৎয়েং নায়েংন-চিংবদা কামগী লালোয় রতি দেবী মক্তগীস্থ হেন্না চেঙ খোল্লবী, খোৎনা নোনা নিঙ্‌-থিবী, নোল্লুক শাজং চৎপী, অচৌ অশাং কোন্দা পোকপী, হে বদ। পূম্নিঙ্‌ হুনবা মশক ওইবী— অসিগুম্বী শক চু-হেনবী নূপাগী অয়াংপা লৈতদুনস্থ মহাক্না, অযক হুংথিন্দা মশামক্লা পূংয়েবা হৌদুনা ঈশৈ নেনবকপা মতমদা, মাগী খুজেং আনমক্তা শিরবা মণি মুক্তাতনা শাবরা খুজী অনিনা হুংশিবা মথোন থোকখি—

র—শ বীনা খোংবা মতমদনা মকোক হাইবদা মনাকোঙ্‌দা য়াম্লিবা সাণগী নাপ লৈতেংশিংনা তনিক তনিক ঙানখি—করিগুম্বদনা অতৎপা লেতনা তেনগী নোং চুহন্দুনা বনগী লমদমদা শাহিং চাবা শা মথে তানথ।যদুন। মতম লোল্ল; করিগুম্বদনা পণ্ডিত ময়াম কৌরগা য়ারেং শৈরেং লে নদুনা মতম লৌল্লি, করিগুম্বদস্তু শাস্ত্র নৈনদুনা, য়ারা মচা, বাসবদত্তানচিংবা অসিনু শাংদোকহন্দুনা পুরাণ ইতিহাস তাদুনা; লাইয়েকপা অমাদি লাইয়েংবগী বূম্মেদা লূপ্তুন — করিগুম্বদনা বীণা খোংবা তাদুনা, করিগুম্বদনা মাগা উন্নজগে লাকপা মুণিশংগা মথোঙ্‌ সেবা তৌদুনা, অদুগা করিগুম্বা মতমদস্তু অক্ষরচ্যুতক ( ময়েক নাস্তবী , মাত্রাচ্যুতক ( মাত্রা নাস্তবী ), বিন্দুমতী (অণুস্বারনা লোপ্বা), অমাদি লুহবা চতুর্থ পাদগা ( মুত্তিগা লম্বী)

মরম নৈনদুনা অমসুং পাখোঙ্‌ চন্নদুনা, নৃপী লৈমিন্নবগী থুংডাইবা থাদোক্লুনা মরূপ মপাংতনা থৌগল তৌরগা অযুক থুংখিলগী মতম লেনখি।

ষ অসুম তৌদুনা মহারাজ শূদ্রকনা থুমিদাংদসু মরূপ মপাংশিংগা মথল মথলগী শান্নবা মশান্না কয়াদা পুক্লিঙ্‌ লুপ্তূনা অমদি ফাগি ফারাং তৌনদুনা অহিংগী মতম লেল্লি।

"নোংমগী থুমিৎ অমদি, থন্বালগী লৈয়োন হাইদোকপা থুমিৎ কৌবা লাইনা ঙাঙ্‌নবা মচু হাইফেৎ থাদোক্লমদুনা আতিয়াদা য়াংলপ্পা হাইগৎলক্লবদা, সভা মণ্ডপ ময়ায়দা ঙান্থোইরিবা শূদ্রক নিংথৌগী মমাঙ্‌দা থোঙ্‌শঙ্‌বী অমা চঙ্‌লকলে—নৃপীগা তায়োন্নরবা থাঙ্‌শাং অমনা মাগী ওয়থংবা নাকন্দা য়াম্থদুনা লৈবনা মহাকপু মতম অদুদা মহু পানবা লিন্না কোয়না য়েৎলবী চন্দন-উরীগুম, অকিবা অমদি পুক্লিঙ্‌ থুবা অনিমক য়ান্ননা উথি; কুংনা তক্লবা চন্দন তৈবনা মাগী থা গী শক্তক অহু ঙোরোকঙোবি; মবম অদুনা শামু ঐরাবতকী মকোক্লা ঈশিং মনূংদা লুপথখিবা হৌরক্লবদা ওইবা মন্দাকিনীগুম ফজরি; তিল্লিবা নিংথৌশিং অদুগী লুহুপ্তা থামলিবা মনিশিং অদুদা থোঙ্‌শঙ্‌বী অদুগী মমি তাবহু উরগা মথোয়না (নিংথৌশিং) নিংথৌগী য়াখংবু মশক পান্না মকোক্তা হাপচরিবগুম উবি; মক্তুবা শবৎকী আতিয়াদা পাইবা কাংগুম্না ঙোরোক ঙোবা
স ফজোন্না লৈতেংলি; পরশুরামগী শীংজঙ্‌ মযা অথৌবনা অকিবা পোকহন্দুনা নিংথৌ পুম্নমকপু থুদুম চনশিনখিবগুম থোঙ্‌শঙ্‌বী অসিসু মাগী মিৎচিনা য়েংবদা তিল্লিবা নিংথৌ খিবীক অদুবু থুদুম চনখি; বিন্ধ্য চীংগী উমংদা লী পাম্বী হৌবগুম মাগী মথূঙ্তসু য়াইবী অমা পায়রি, মতম অদুদা মহাকপু লৈবাক অদুগী লাইবেম্বাগুম্না উনখি। অদুগুম্বী থোঙ্‌শঙ্‌বী অদুনা মণ শানা খুকউ খুদক কুম্লগা থৌগল্লোন মতিক চানা হংগৎলকই—

"লায়নিঙ্‌থৌ! অশাউবা ইন্দ্রগী মীচৈনা লৈথা তাবকপী, স্বর্গ কাক্লববা নিংথৌ ত্রিশঙ্কুগী বাজ লক্ষ্মীগুম্বী, দক্ষিণাত্যদগী লাকপী সনথোঙ্‌দা লৈহৌবী চণ্ডাল কন্যা অমনা পোনগা লোয়নননা তেনব্রা অমা পুবক্লনা সনা চরণদা হংগৎ-
হ চবকলি—'সমুদ্রগুমনা তাইবঙ্‌পানবা পুম্নমক্তা লৈবা মণিমুক্তা পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা মহারাজ সনা চরণদা তাইবঙ্‌দা তাঙ্‌লবা মণিগী মশক ওইববা উচেক মচা অসি কৎচদুনা (মহারাজবু) দর্শন ফংবগী থুংডাইবা অহু ফংজনিঙ্‌ই।' সনা নাকোঙ্‌দা হানবিরগা তাকপিবা সনা য়াখং অমা"—অসি হায়রগা থোঙ্‌শঙ্‌বী অদু রা ঙাঙ্‌বা লেপখ্রে।

থোঙ্‌শঙ্‌বীগী মরাদা লাঙ্‌তক্করবা নিংথৌনা মনাক্তা ফমলিবা নিংথৌ-
(ক) শিংদা য়েংলম্লগা য়াথং পীরকই,—"করি ফত্তবা লৈ, চঙ্‌হল্লকউ।"

নিংথৌগী য়াথং ফংলবী থোঙ্‌শঙ্‌বী অদূনা হৌগত্তুনা থোকখ্রগা চণ্ডাল কন্যা অদূবু পুশিল্লক্লবদা চণ্ডাল নিঙোল অদুনা উরকলে—নিংথৌনা চন্দ্রকান্ত মণিনা শাবা তাঙবন অমগী মথক্তা ফমদুনা বজ্রবু কিবদগী পুল্লপ পুনশন্নখ্রবা কুলপর্ব্বতশিংগী ময়ায়দা সনজীংনা ডানবগুম মথা পোনবা নিংথৌশিংগী মবক্তা ডাল্লি—মণি-মুক্তা-

ক—ঙ তনা হত্তুনা শারবা ঈরং ঈবং লংবা ফিজেৎ লৈতেংতনা মশা অপূম্বগী লৈতেং ওইনবনা মায়কৈ নিপানমক্তা চুমথাঙ্‌ মপৈ মপৈগী অথকপা মঙাল লোয়নবা অমংবা নোংনা শীনখ্রবা মুংথিল পোবোপকুম উরি—মন্দাকিনী তুরেনগী কোংগোন মপৈগুম ডোরোক ডোবা অদুক হাক্লা পাক্তবা মুগাগী থাকন অমনা মথক্তা থল্লি, মদুদা অচৌ অচৌবা মুক্তা ময়াম য়াম্থরি অদুগা চিথেক মরিমক অদুনা মণিনা থামদুনা শাবা য়ম্বী মরিথক্তা সনাগী য়োৎলীনা পুল্লি—সনাগী মথোক পানবা চামর মথৈনা তত্তুনা হুমদুনা ৎথৌগল্লি।

মথক্তা য়াংনা হাইগৎখ্রবা মাগী মায়থোং মঙান্দা মায়থীরবা থানা খূয়া-থাদা চঙ্‌জদূনা লৈরবা মানবা, মণিনা শাবা অকোয়বী থোঙ-য়া-ফান অমদা থাংগৎলিবা ওইগী থোঙ্‌ অদুগী খূজীন মঙানশিং অদূনা নীলকান্ত মণিনা শাবা থোঙ্‌য়া-ফাল

চ—ঝ অদুগী মঙালগা তিন্নথিবদগী মথা পোল্লবা য়েক্রবা নিংথৌশিংগী নুংশাশোর মপীনা মথোয় অদূবু মকশিলহনবগুম্না শংবানবা মচু ফাওহল্লি—মধু অমসুং কৈটভ কৌবা হিংচাবা অনিগী ঈথেংনা ডাংশঙ্‌ডাঙ্‌হল্লবা ফৈবোম অনিনা নারায়ণগী নিঙ্‌থিবা হেলহনথিবগুম মহারাজ শূদ্রকস্থ তাঙ্‌বন্দা থামলিবা পদ্মরাগ মণি মঙান্না য়ৈবদা ডাঙ্‌শিলহল্লবা ফৈবোম অনিনা নিঙ্‌থিরি।

মহারাজ শূদ্রকনা শেৎলি ইল্লিবা (থাংজেৎ নমথাঙ্‌ ওইরিবা) অমৃত কোংগোনগুম ডোরবা মুগাফি অনি অদুগী মচি মচিদা গোরোচননা কাংডা অনি অনি য়েকলি অদুগা চাংমরগী নুংশিৎনা ফীনাশিং অদু ফর ফর হায়রি মনম নুংশিরবা চন্দন তৈবনা থবাক ডোরোক ডোরি—মদুগী মথক্তা কুঙ্কুমনা থম্বাল শানা

ঝ—ঙ অমূক য়েকলি; থোকপা কুইদ্রিবা নুমিৎ মঙান্না মদুগী মরক মরক্তা য়ৈরবদি নিংথৌবু কৈলাস চীংজাউ মালহল্লি অদুগা অতোপ্পা থানিন অমা ওইরমাল্লে নিঙ্‌দুনা তিল্লবা থরাম্বীচাক মপৈ মাল্লবা মুক্তা পরেং অমনা সনা মায়-থোং অদূবু কোয়শিল্লি—

চন্দনগী মনম মিতাদুনা লাকপা লিন অনিগুম অমদি কা হেন্না থোঙ য়াম্বী রাজলক্ষ্মীগী পুম্ন-য়োহ্লিংগুম নীলকান্ত মণিনা হন্দুনা শাবা পাম্বোম কাবী অনি-

থক্লা মাগী মপাম্বোম অনিমক্তা লৈতেংলি—থম্বাল মওড্ মানবা নাপ লৈতেং অনিনা নাকোঙ্দগী চোম্থন' য়াল্লি—নিংথৌগী নাতোন য়াংই, মিৎস্না অনিমক্লা শাৎকায়রবা অভৌবা থম্বাল মওড্নি পাক্লব লাইপক্লা সনাগী চঙ্গোয় মাল্লি—

চ—ত নিপান্নি পানবা থা মচেৎকুম তংথায় অমা কোইবপ কোয় ; পীশূম কারক্ত অথোয়বা তু খরা হৌরিবত্ন পৃথিবীগী লৈবাক অপূম্বগী অভিষেক ঈশিংনা তক্ত তক্ত শেংদোক্লবনি। মনম মুংশিরবা মালতী পবেংনা কোক্কী শম্নাংদা কোয়না য়েৎলি—মসিদা নিংথৌবু অযুক অডনবদা থম্বাম্মীচাক মপৈনা মথক্তা পুম্নপ তাশিল্লবা আস্তাচলগিরি ( মুমিৎ তাফম চীং ) গুম উবি।

মথল মথা অয়াম্বা সনাগী ফীজোন মঙান্না নিংথৌগী সনা হকচাং পুম্নমক অদুবু হাইফেৎ ঙাত্নবা মচু ফাওহনবনা মগাকপু মহাদেবগী মিৎয়েং-মৈরীনা

থ—ন য়োমখ্রবা কামদেবগুম উবি, লমলৈমা মানবী নূপীশিংনা কোয়না থৌগন তৌনবি, মক্তুবা মণিগুম লংলবা লৈমায়দা তাবিবা মাগী মমি অদু উরগা মপুবোয়বা নিঙ্জবী লৈপাক লৈমনা নিংথৌবু থম্মোইদা কোনশিঞ্জবা মাল্লি ; মহাক্লা বাজলক্ষ্মীবু মী-পুম খূদিঙ্দা য়েন্থোকখ্রবমক্তদস্ম থ্ৱয়গা মান্নবী রাজলক্ষ্মী অমনদি মাবু কোঞ্জবি।

মশীং লাকডমদ্রবা অডম অথৌশিংনা কোয়শিন্দূনস্ মহাক্তি অনি শুদবনি,

প—ব অয়াম্বা শগোল শামুগী মতেং লৌনিংঙাই লৈদূনসূ লানফমদদি থাঙ্শাং-তনা মাগী পাম্বৈনি, লৈবাক অমন্তদা লেঙদনা লৈববসূ তাইবঙ্ শীনবা থুংনা লৈবনি।

তাঙবন্দা ফম্নবসূ লীকুংতদা থাজবা—য়েক্লবগী মশক ওইববা শীংগী মপৈ চাকথেকখ্রবমক্তদস্ মতিক-ময়াই-মৈবিদি চাক্তনতা মংরবা—মিৎস্না কোইবাও-নববস্ত জ্ঞানগী মিৎয়েংদি মপা লৈতনা থৌবা—কনবা থৌবদা মপা লৈতবা ওইদুনসূ

ভ—য গুণ পুম্নমক্লা তিনবা, পৃথিবী অপুম্বগী মপু ওইদুনসূ নূপীশিংনা লুনা তৌন-জক্কম ওইব'—দান তৌদূনতা লৈববসূ মদূগী নাপলদি হাপুবা—লুববা স্বভাবনা মাগী ওইদুনস্ত কৃষ্ণগুম্না লমচৎ নিঙ্থিব'—অমসূং লোইপোৎ কাবা নাইদ্রবসূ তাইবঙ্ পুম্নমক্কীদি মপু ওইবা অদুগুম্বা শূদ্রক নিংথৌনি।

চণ্ডালকন্যানা থাপতক্লা নিংথৌবু উরগ', তঙাং তঙাংবী অমদি থম্বাল লৈকা-গুম থোৎলবী, হংগৎহন্দা লেঙবা সনা খুজীনা লৈতেংবী মখুত্না মতোন কায়বা

র রা মকক অমা পায়দুনা নিংথৌগী মিৎয়েং চিংশিন্নবগীদমক সভাগী লৈমায়-পুং-মথক্তা ফুরকপা মখোল তাবদা, থঙহৌদনা খূবাক মখোল তাবদা

ৱনগী শামু লমশাশিংনা তৌবগুম তিল্লল্লিবা নিংথৌ পূম্নমকনা নিংথৌদা থম্লম্বা মমিংশিং অদু লৈদুনা চণ্ডালকন্যা, রোমদা য়েংথোক্লরকলে।

"হে চণ্ডাল শাগৈদা পোকপী! থাম্না নিংথৌবু দর্শন তৌজৌ" অসি হায়দূনা থোঙ্‌শঙ্‌বী অদূনা রাজ সভাদা মশক তাক্লক্লবদা, শূদ্রক মহারাজনা চণ্ডাল নিঙোল অদুবু মিং কৃপ্তুনা য়েংলকলে। অহল ওইবনা মশম ঙৌরবা—মমিংকী
চিদাইদা থম্বালগুম্না মচু ঙাঙ্‌বা—শূমন নোম্মনবদগী পাথং ওইবা মপুন্সী
ল হৌখ্রবস্থু হকচাং কায়াং হিকথবদি তৌত্রিবা,—অতুগা চণ্ডাল ফনমক ওই-
তুনস্থু চূগম্নবা মতৌ থক য়াওদবা—লৈবাক মচাগুম শেং চাবা—অঙৌবা ফিনা ফিজেৎনবা অহল অমনা চণ্ডালকন্যা অতুগী মমাঙ্‌দা লেপলি।

মতুংদনা, মশম মনা ইচোই চোইনা তাবা—সনাগী মচৈনা লেংতুনা শাবা
পোন অমা মথূত্রা পায়বা নিপা মচা অমা লেপলি। পোন মম্নুংদা লৈরিবা
ব তেনয়া অদূগী অশংবা মঙান্না য়েবদা সনা মচু অদুবু মণি অশংবনা শাবগুম উরি।

কুচু শংবানবী চণ্ডাল নিঙোল অতুনা, হিংচাবনা লৌশিনখ্রবা অমৃত চফূ অদু তুননবগীদমক ভগবান নারায়ণনা ওইখিবী মোহিণী মূর্ত্তি অদূগা পাংথকনি—য়েংবদা মণি অশংবনা শাবা লেঙ্‌বা চৎপা তৌবা লাইফদীবি-গুম উরি—অচোনবা ফূরিৎ অশংবা অমনা মথোঙ্‌ ফাঞবা কূপশিল্লি, অঙাঙ্‌বা ফি অমনা মকোক খূমলি
—মতুনা মরম ওইতুনা মহাকপু, থম্বাল অশংবগী লৈমায়দা, তারমদাই
শ—ক মুমিৎ মঙান্না য়েবগুম উরি। মনাকোঙ্‌নামদা য়াল্লিবা শামু-ময়াগী লৈতেং
অদূগী মঙালনা য়েবদা ঙৌথোক্লবা মাগী চায়রুং অদূনা মকোক লৌংথৎলকপদ ঙায়রিবা থাগী মকোয়না নিঙ্‌থিজহল্লবা অহিংগুম ফজরি—হাইকেৎ নাপু মানবা গোরোচম্না অতুমগুবা মমিংকুম মরাইবক্তা চন্দন থিনবনা মহাকপু শাতানবীগী ফীজেংতা শিবগী তুংইনবী তুর্গাগুম উরি।

নারায়ণগী থবাক্তা তুংফম ওইরুবদগী মদূগী মচু পঙ্কজ্‌না কুচু শংনা উখ্রবী
লক্ষ্মীগুম—শাউরবা মহাদেবগী মিৎয়েং-মৈরীনা চাকথৎলক্লবা কামদেবগী
ক—গ মৈথুনা য়েবদা মকশিল্লবী রত্তিগুম অমদি কনবদা ময়াই কারবা বলদেবগী
লাঙ্গলনা কোৎশিনবীগনি হায়না কিতুনা চেঞ্জরবী যমুনা তুরেনগুম চণ্ডাল নিংঙোন অদুবু উরি।

মরাং কায়না তৈরবা অকূংবা যাবোৎ মহিনা অনৌবা য়েম্নিঙ্‌ মচুগুম তঙাং তঙাং লৈতেংবা অথোৎপা মথোঙ্‌ অতু উরগা চণ্ডাল নিংঙোল অদুবু, হাৎপদা

ঙায়রিবা মহিষাসুরগী ঈনা মথোঙ্ চোৎলবী দুর্গাগী মতৌগুম উরি—
ঘ—ঙ ঙাংঙ্নবা থোঙ্জা-মঙান্না ঙাংয়েক মচু মালহল্লবা থোঙ্গী খুজানমথে
অদুনা কল্লবা অমদি মণিগুম লংলবা লৈমায় অতুদা থোংমন নৌমনবদগী মথোঙ্
থাংজবা ঙমদ্রহুনা অনৌবা উনা ( য়েম্নিঙ্ ) থারগা মথক্তা নেত্তুনা চৎচবা মাল্লি—
নূপুরদা থামলিবা হাইফেৎ নাপু মানবা মণিশিংগী মচুনা অমদি মথক্তা হাই-
গৎপা মঙাল অতৈ অতৈনা মাগী মশা অপুম্বদা য়ৈরিবহু উরগা ফজবা
চ শক্তুগী মীচঙ্দা লৈবা মৈ কৌবা লাইনা, নোংদম্বা লাইবু করিস্থু থৌশাদনা
নৃপী মচা অতুগী চণ্ডালগী মপোক অহু শেংদোকপিনবগীদমকৃতা মশা পুম্মক্তা নান-
বীরবা মাল্লি।

কামদেবগী শাদোং-শামু-মকোক্তা শিবা মুক্তা পরেংগুম্বা অমদি তুগী পরেং-
গুম্বা উরী ম্নারীগী উথোঙ্দা কোয়না থাবা পল মানবা খ্বাঙ্লাক্লা মহাক্কী নিঙ্-
জোন কোয়শিল্লি—গঙ্গাগী ঈচেলনা যমুনা ওইববোই নিঙ্তুনা মাগী মঙক্তা
চেনশিল্লকপা মানবা অপৌবা মুক্তা পরেং অমা শিবি—তগপ্ তগপ্ পাঙ্লিবী
মমিৎ অনি অত্তনা অঙৌবা থম্বালনা শরৎ থাগী মমিৎ ওইনা শাৎপা মাল্লি
ছ—ড —নোংজু থাগী আতিয়াদা অমংবা নোংনা শীনবগুম মাগী মকোক্তা শৃঙ্গ
মুববা শম্বুন্না লৈতেংলি—মলয়া পর্ব্বতকী ময়ায় থংবা শক্তকী চীংদোন্দা চন্দন মনা-
তনা লৈতেংবগুম মাগী মকোক্তস্থ চন্দন মনানা লৈতেংলি—চিত্রা, শ্রবণা অমদি
ভবণী নক্ষত্রদা অতোপ্প নক্ষত্রশিংনা লৈতেংঙ্গবগুম মাগী মনাদস্থু অঙকপা লৈতেংনা
নিঙ্থিরি—খুত্তা থম্বাল পায়বনা-নিঙ্থিজবী লক্ষ্মীগুম মাগীস্থু মখুত্তা থম্বাল-মম্নি
ফাওরি ( মখুৎ থম্বাল মাল্লি )।

অত্থগা মহাক মূর্চ্ছাগুম্না পূক্লিঙ্ হুবীনি, বনগী লমদমদা বহেড়া পাম্বী হৌব-
গুম ফজবা শক্কী মবল ব্রাত্তবীনি, স্বর্গগী লাইবেম্বীশিংনা লৈমায় থক শোক্তবগুম
অফবা শাগৈদা পোক্তবীনি—নিদ্রা দেবীনা মিংকী মথৌ থিংবগুম মীগী মিৎয়েং
চিংশিনবীনি—চণ্ডালগী শাগৈদা পোকপতনা শামুনা নৈহৎপী লম্লক্ থম্বালগুম্বীনি
—শক্লাইদবী লৌশিংগুম শেক্ল পম্ন য়াদবী—অয়েকপা লাইগুম য়েংনবদগী
ঢ—ড হেন্দ্রবী—লমদা-থাগী থাবৃক্তা শাৎপী লৈরাংলক্তা জাতাকুসুম য়াওদবগুম
মশাগী জাতী লৈতবী—কাম কোবা লাইনা পায়বা লৈগী লীরুংগুম খুৎনা লাক-
শিনবা য়ানা মখ্বাঙ্ চেংত্রিক চেংবী, কুবেরগী মরলনা অলকাপুরীগী ফজবা লৈতেং
ওইনবগুম নিঙ্থিবা শম্নাংনা লৈতেংবী, মথোন কারকপী অমদি য়োনা মশক ফজবী
অমা ওইরম্মী।

মাবু উবদা ঙক্লবা নিংথৌনা থম্লকই ; ‘‘কয়াদা ঙকখ্রবা ! মাগা চাংদম্নবদা

তাইবগু পানবগী ফজবা পূন্নমক্লা করিস্সূ ওইদবমথৈ বিধাতানা মহাকপু অস্নুক ফজনা শেম্বীরবা মক্তদা শোক্লা শন্নবা অমদি লৈপুন ওইবগী মুংঙাইনিঙাই লৈতবা
ম—ম মতিক চাস্রবা চণ্ডাল শাগৈদা মাবু পোকহনবদি করিগীনো? বিধাতানা, চণ্ডাল জাতিগা শোক্নবা কিবনা ইশোক শোক্ল শন্নদনা শেমথিবনা অস্নুক মপূং মরৈ ফাথিবা ওইরমগনি নক্ষত্রবদি থুংনা মেৎপগী চৈনা ফংলবা হকচাংনদি অসিগুম্না থক পূক্লিঙ হূবা ওমদে।

চণ্ডাল জাতিগা অমদি য়ৌনা শক ফজবা হায়বা অসিগা উতাই চানদ্রবা পোৎশক অনি অসিবু পুন্নপ তিনশিন্নবীরমতুনা—থোইনা হেন্না শক্ চু হেন্নবী অমদি
ম থোৎচ নৌজবদা মপা লৈত্রবী—ফনমক ওইতুনস্সূ মতম পূন্নমক্তা লাইশিংবু নিন্দা (তাথীবা) তৌবতমক থংবী হিংচাবগী লক্ষ্মীগুম্না চণ্ডাল শাগৈদা পোকপীনি হায়তুনা মাগা লৈপুন ওইনকবা ফাওবা তূকচনবগী মশক ওইবনা খোয়রাঙবা পোক্হল্লি।

নিংথৌনা অস্নুম্না মওল মওল থল্লিবৈদা ঈকাই খঙদবী নূপীগুম চঙশিল্লক্তুনা মনাদা থেংলিবা উনা অনি অতু মথারোমদা হাইফেং হাইথহন্দুনা চণ্ডাল কন্যা
ন—ব অতুনা মহাকপু থুকম্নগা মণিগুম লংলবা লৈমায় মথক অতুদা ফমথখ্রবদা নিপা অহল অত্রনা পোনগা লোয়ননা তেনব্বা অদূবু মাঙদা থজীক্তং থাংজিল্লগা নিংথৌদা থুদোল ওইনা কত্তনা হংগৎলকই—

"মহাবাজ। পৃথিবী পূন্নমক্কী অমতা ঙায়রবা মণিগী মশক ওইবা তেনব্বা অসিগী মমিং 'বৈশম্পায়ন' হায়না কৌই। মহাক অসি শাস্ত্রপূন্নমক্কী মরম মুন্না খঙই, রাজনীতি মুন্না খঙই, পুবাণ ইতিহাসকী ব্বাবী লীবা য়াম্না হৈ, ঈশৈ অমদি শ্রুতিগী মরম খঙই, কাবা, নাটক অমস্সূং আখ্যায়িকানচিংবগী (শৈরেং, লীলা অমস্সূং ব্বারী লাইবীক) লুংশি লুংশিবা ব্বাহৈশিং পাবা ঙম্মী, মশামক্সু অদূগুম্বহু
শ লেংবা হৈ, ফাগীস্সূ য়াম্না হৈ। বীণা বাঁশী অমদি পূংনচিংবা যন্ত্রশিংগী মখোল তাবগা মতুগী অক ফত্ত অমদি খেন্নবা খেন্নদবা থন্দোক থঞ্জিন তৌবদা মপা লৈতে, জগোই য়েংলগা অশোয় অঙাম তাকপা ঙম্মী, লাইয়েকপা হৈ, চৌবব শান্নবদা য়াম্না হৈ-শিংই। লুংশি লুংওন-ব্বাথোক্তা শাউববী নূপীবু থেমজিন্নবা উপায় পুথোকপা য়াম্না হৈ অত্তগা শগোল শামু অমদি নূপীগী মওঙ মতৌ পূন্নমক নিঙথিনা খঙই। সমুদ্রগুম্না মহারাজস্সূ মণিমুক্তা পূন্নমক্কী তুংনফমনি থন্দুনা ঐগী ইবূঙোগী মচানূপীনা মাবু সনা চবণদা কৎনবা পুজরকলি—লৌশিনবীয়ু" অসি হায়তুনা মহাক্না পোন অতু নিংথৌগী মাঙদা থম্নগা হন্দোকখ্রে।

মানা হন্দোকখ্রবদা উচেক অথোইবা তেনব্বা অদূনা, নিংথৌদা ওনশিন্দুনা

১৬

য়েৎকী মখোঙ্ থাংগৎলগা ময়েক শেংনা খোন্থোক চুম্না অমদি না-পু কাম্নহন্দনা ফজবা লোন্না খুরুম্বগী ম্রাহৈ হায়রগা মথাগী অসি শৈরেং ওইনা নিংথৌদা থারকই —"মহারাজগী য়েক্লবগী নুপীশিংনা চাবা থকপা থাদোক্কনা মমিৎকী পি-

ষ—স রাংনা মথবাক চামথোক্লগা থম্মোইম্নুংদা হৌরিবা অম্রাবা মৈরী মনাক্তা লৈত্নুনা করিগীদমক্তনো ব্রতগী নাওঙ্ গুম তৌনরি।"

শৈরেং অদু তাবদা য়ৌনা ঙকখ্রবা নিংথৌনা মাগী মনাক্তা মমল য়াম্লবা সনাগী তাঙ্বন্দা ফমলিবা বৃহস্পতিগুম নীতিশাস্ত্র পূন্নমক থঙ্বা, মন্ত্রী পূন্নমক্কী মকোক ওইবা, অহল ওইরবা 'কুমার পালিত' হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ অত্নুদা হায়রকই— "তেনব্রা অসিগী ম্রাঙাঙ্ ময়েক শেংবা অমদি খোন্থোক নিঙ্থিজবা অসি ময়াম পূন্নমক তাবিরিব্রা? অহানবমক্তদা থ্বায়দগী হেন্না ঙকপদি মহাক্না তালব্যশ অমদি দন্ত্য-স অসিনচিংবা মান্নদবা ময়েকী খোন্থোক থেন্নহন্না হ্রস্ব, দীর্ঘ অমসুং

হ—ক্ষ প্লুতগী খেন্নবা, অনুস্বার, স্বর অমদি ব্যাকরণগী অচুম্বা খোন্থোকনা ময়েক শেংনা ম্রা ঙাঙ্বা ঙম্বা মতৌ অসিনি। অতোপ্পা অঙকপা অমনা, মচীন খোয়্নবা উচেকসু তাইবঙ্ মীগুম মশানা নিঙ্বা হিবমদা মপুক্লিঙ্গী ম্রাথন মতুং-ইন্না ম্রা ঙাঙ্বা হৌখ্রিবা অসিনি; মত্নুগী প্রমাণদি, উচেক অসিনা য়েৎকী মখোঙ্ থাংগত্তুনা খুরুম্বগী ম্রাহৈ হায়রগা শৈরেং অসি ময়েক শেংনা ঐড়োন্দা থারকলি। শা-উচেক হায়বসিতবু অকিব, চীঞ্জাক, তুমানবা, তুম্বা অমদি পোন মনুং চঙ্বা থোকপা অসিনচিংবতদা হৈনবা ওইনা উই, অদুবু মসিগী অসিগুম্বা খোন্থোক অসিদি য়াম্নমক ঙক্লিংঙাই ওইবা মরমনি।"

নিংথৌনা অসুম তাকপিরবদা হাইফেৎ নোক্কনা কুমার পালিতনা হংগৎ-লকই—'মহারাজ! ঙকপিফম করি থোকপগে? অসিগুম্বা চোঙা তেনব্রানচিংবা অকন্নবা উচেক থরদি মনানা ভাবা ম্রাহৈশিং অত্নু হেক্তমক হায়দোকপা ঙম্মী হায়বসি মহারাজসু সনাবুদ্ধি ওইবীরিবনি। অত্নুগী মথক্তা হান্নগী মপোক্তা তান-শিল্লকপা মতুংইন্না নত্রগা মখোয়্নবু য়োকলিবা মপু অত্নুগী হোৎনবা মতুংইন্না

ক অমুকসু য়াম্না হেন্না থঙ্হন হৈহনবা য়াই। মবম অত্নুনা মসিদা হেক্লিন্না ঙক্লুনবগী মরম থোইনা লৈতে। অদুগা অমরোমদসু অমুক—য়েলহৌতৈ-দদি মখোয়গীসু মীগুম্না অশেংবা ময়েকী ম্রাহৈ লৈজরম্বদা মৈ কৌবা লাইগী শাপনা তেনব্রাশিংবু মরোল শেংহন্দবনি অত্নুগা শামুশিংগী মরৈবুনা মশক ওন্থোকহন-খিবনি।"

কুমার পালিতনা মসি হেক হায়বা লোইবদা ময়েক শেংনা য়ৈরক-খোংলকপা যন্ত্রশিংগী মখোলগা লোয়ননা খোংলকপা মোইবুং খোঞ্জেলনা পূন্নমকপু হুরিৎ

খুংলে হায়বা খঙ্‌হল্লক্রবদা মহারাজ শূদ্রকনা চাইথবা মতম ওইরে খঙ্‌ছুনা লোই নিংথৌশিংগা বিদায় তৌনছুনা সভা মণ্ডপতগী লেঙ্‌খৎলকলে। অমুম্মা মহারাজনা লেঙ্‌খ্রবদা লৈহৌরিবা নিংথৌ মচাশিংনা মহৈ মহৈ ক্রক্‌ ক্রক্‌ ঈম্মনা হৌগৎনছুনা তফিং তফিং চৎনরকপদা হুংগৎ হন্দা হাইরিবা মপাম্বোমদা শিনবা তালদা, উনা মওঙ্‌গী লৈতেং অমদি ঙা-কিয়োং মানবা নাইনগী মচীন্দা মহৈ মহৈ মফি
থ—প মরোনমথৈ লৌশিন্নছুনা তৎনথি, মশা খংনোম নোম্বদা লীক পরেং অয়াম্বা হাইরি; লেংজ্‌মদগী কেল্লকপা কুঙ্কুম অমদি তকৃথায়তুনা শেম্বা মনম মুংশিবা পোৎলমশিংগী কূপখ্রবা মরীক মরীকশিংতনা মায়কৈ পূন্নমক ন্নাউথাংনহল্লি; কোক্তা ন্নেৎপা তনিক তনিক তৌরিবা মালতী পরেংশিংদগী থোইমু মপৈ মপৈ পাই-থোক্লরক্লি; নোম্ফেৎ নোম্ফেৎ তৌবা নাপ-থম্বালনা চায়রুংগা হেক হেক থেংনরি, মহারাজবু খুরুমজনিঙ্‌বা নিংথৌশিংনা মহৈ মহৈ হানবা তান্নছুনা চৎনবদা মথবাক্তা ঙাল্লিবা লীকমথৈনা হাইনা হুমনা ঈরং ঈরং লংলি।

মরেংবান্দা চামর থোংছুনা মচি খূদিঙ্‌ চৎনরিবী চামর থৌগনবীশিংগী মখোঙ্‌ খোঙ্‌থাং খূদিঙ্‌দা মণিগী নূপুরনা থম্বালগী লৈহী থকপদা ময়াই কানরবা অহল ওইরবা কাংডা শিংগী থোঙ্গেলগুম তোপ্না তোপ্না মখোল থোক্লরি। চৎপা মতমদা ফেৎ ফেৎ লেঙ্‌লিবা বেল্লাশিংগী নিংজোন্দা মণি মুক্তাগী খাঙ্গোয়না 'ঝণ
ধ—ছ ঝণ" হায়না মুংশিবা মখোন থোকলি। সনা কোম্মুংগী পূথ্রীদা তাবা কাং-ঙাশিংনা নূপুর মখোন তাবদা শুস্কৎথিছুনা সভা মণ্ডবকী কাথৎফম থাক পরেংশিং অতুদা ইভৌ ডৌনা লাঙ্‌নরি। খাঙ্গোয় মখোন তাবদা লাঙ্‌তক্লরবা মহৌশাদগী মখোন হৌজবা সনা কোম্মুংগী ম্নাইনুশিংনা শেঙ্গেং-পাত্রদা তকপগী মখোনগুম হৌনা হৌনা খোংনরি।

তফিং তফিং চৎনবা নিংথৌমচাশিংগী মখোঙ্‌খোঙ্‌থাংদা সভা মণ্ডপতগী নোংঙৎবগুম অরুম্বা মখোন থোক্ত্রনা লৈপাক লৈমবু নিকহল্লি। নিংথৌ সনা মাঙ্‌দগী মী তকথোক্লবা হোৎনবদা চৈ পায়বা থোঙ্‌-ঙাকপশিংনা 'উপীত্তনা' য়েং-ঙোয়, য়েংঙোয়' হায়না লাউরকপা অরাংবা খোঙ্গেলনা সনা সঙ্গায়গী কাচিন
জ—ট কোয়াদা য়েক্লছুনা য়াম্না শাংনা অমুক খোন্থাঙ্‌ য়েরকলি। নিংথৌশিং অতুনা ঈকাই খুম্নবগা লোয়ননা নিংথৌরেন শূদ্রকপু মকোক নোম্না খুরুম-জকপদা মকোক্তা থেৎপা মণিশিং অতুনা তনিক তনিকলি অমস্থং তোঙান তারিবা লুহুপ মতোনগী মচীন তুম্বা অরংবা মণিগা তক্লবদা সঙ্গাই মাংগোন অদু মখোল থোকলি। অমুম্মা মখোয়না খুরুম্নরকপদা মখোয়গী অরংবা নাপ-লৈতেংশিংনা লৈমায়দা তারকপদা "রণ রণ" হায়না মখোল থোকলি।

মাঙ্‌ থারিবা স্তুতি পাঠক ( লৈশী লৈথোনবা, মতিক মগুণ শকপা ) শিংনা নিংথৌগী মতিক মগুণ থারগা "জয় ওইসনু, পুন্সীসনু" অস্তুন্না হায়নবা মুংশিবা-য়াইফ-য়াহৈশিং অসিতনা পূমনিন নিন্দুনা অবাপ্পা মকম ফাওবা মখোল্ অহু শন্দোকলি। মাগী মাগী লম পাংদূনা চৎনরকপা মীয়াম অতুগী মখোঙ্‌-খোঙ্‌থাং-
মখোল অদুবু কিজববা খোইমুমখৈনা লৈগী মপৈ থাদোক্তুনা 'ড্রঙ্‌ ড্রঙ্‌'
ঠ—ট ঙংনা পাইথোক্লরি। ফিংনমনবদগী হাথু হাথু চৎনরবা নিংথৌমচাশিংগী মপান্থোম লৈতেংনা থেংলুবদা সনাগী য়োংলীনা কোয়শিনবা মণি থাম্লবা যুম্বীশিংনা মখোল থোক্লবি—মথল মথা অয়াম্বা অসিগুম্বা মখোল অসিমক্তনা সভা মণ্ডপ অদুবু অমূক্ত ওইনা পূমলাঙ্‌ লাঙ্‌হল্লি।

অতুগী তুংদা তিল্লবিবা নিংথৌশিং পূম্নমক অদুবু নিঙ্‌থিবা য়াহৈনা বিদায় তৌখ্রগা নিংথৌ শূদ্রক মশামক্তা চণ্ডাল নিংডোল অদুদা "নহাক হুজীক পোথা-ক্লথো" অস্তূম্না তাকপিবম্লগা কাগোক থনবীদা "বৈশম্পায়নবু সঙ্গাইন্নুংদা পুশিল্লু" হায়না য়াথং পীবম্লগা সঙ্গাই মন্নুংদা লেঙশিনথি। লেঙ্‌শিল্লগা নমথাঙ্‌নচিংবা লৈতেং পূম্নমক লৌথোক্তনা যাচঙ্‌বা মতমগী মশেক থাংদ্রবা মুমিংকুম অমদি থা, থম্রান্মীচাক থোক্রুবা আতিয়াগুম সনা হকচাংদা ফি থোংদনা, থোগয়াইশিংনা হান্নদগী থৌবাঙ্‌ তৌদুনা য়োংকী গদানচিংবা থমদুনা থৌগন ডাইবিবা অদৃগুম্বা
শাজেন-শঙ্‌দা অমূক লেঙ্‌শিল্লকলে। লেংমান্নবা নিংথৌমচাশিংগা লোয়-
৭—থ ননা মুংডাইববা শাজেন কয়া তৌমিন্নবকপদা চায়কং অনিমক্তা কারকপা হুমাং মবীক মরীক্লা পোমশাৎনরবা 'সিন্ধুবাব' কোবা লৈগী ময়োনগুন ফজবি—থবাক্কী হুমাং মবীক মবিক্লা থবক কনমনবদগী লীক্লাং পবেং তত্তনা কেল্লকপা মুক্তা মতূম মতূমগা পাংথকনি—লাইপক্তা কাবিবা হুমাং মবীক মরীক অতুনা নিপাম্মি পানবা মপূং-ফাদবা-থাগী-মথক্তা-লৈবা অমৃত মরীকুম লৈতেংহুনা সনা হকচাং অতুগী নিঙ্‌থিবা ওইহল্লি।

মতম অতুদি সনা কোম্নুংদা মীয়াম থোইনা তিনবা মতম নগুত্তুনসু মায়কৈ খুদিঙ্‌দগী চাইথনবা পোৎ পুশিন্নকপদা তফিং তফিংনববা লোয়শঙ্‌ মচাশিংতনা মহৈ মহৈ মাঙ্‌থাবা তান্নবদা ঈবাঙ্‌ লাঙ্‌নবনা মখুত্তা চৈ পায়বা অডাকপশিংনা মথৌ মতুংইন্না মী থত্তনা মহারাজগী চাইথফম লেঙ্‌শিন্নবা লম্বী ফাংলি। চাইথফম অদুগী মথক্তা অডোবা থাকন থল্লি, স্তুতি-পাঠকনা ঈকোয় কোয়না লেপলি, ময়ায়দা; মনম মুংশিরবা ঈশিংনা থল্লবা মচীন লাওবা অচৌবা সনাগী চাইথ খুদেং অমা লৈরি, লীক্লাইগুম লংলবা চাইথফাল অমসু মনাক্তা লৈবি—অমরোমদনা মনম মুংশিরবা ঈশিং থম্না হাপ্পা সনাবুন ময়ান অমা থিল্লি—ঈশিং মনম ফংবদা

পাইশিল্লকপা থোইমুশি না সনাবুন মচীলশিং অদুবু অকনবা হুংশা মডাল ফংদনবা অমুবা ক্ষিনা কুপশিনবা মান্না ইমম মমহন্না তোংলবি। মহারাজনা লেঙশিল্লক্লগা খুদেং অচৌবহুদা কাথংখ্রবদা বেশ্যা নৃপী থবনা মনম হুংশিরবা হৈক্রু মহী পায়হুনা নিংথৌগী কোক্তা তৈত্তুনা থৌগল্লবে অতুগা অতোপ্পা বেশ্যা নৃপী থরা অমনা দ—ন ইন্নক্ষিনা কন্না মথবাক পুনশিন্দুনা, মখুংকী খুজী শিংকত্তুনা, নাকোঙগী লৈত্তেং ফাগত্তুনা অমদি মনাকোঙ্ নাকচিদগী শমজোই মথৈ হাইগত্তুনা—মহারাজবু চাইথনবগীদমক অভিষেক লাইরেম্বীশিংগুমনা মাইকৈ মবিমত্তা ঈশিং সনাবুন পাযহুনা থৌগন ডাইনবি।

থবাক তোঙবী বেশ্যা নৃপীশিংনা (খুদে মন দা লেববা নিংথৌবু) কোয়শিন্দুনা শামু অমোমশি না কোযশিন্দনা লৈবা শমু লমশা লাবগুম নিঙথিজবব নিংথৌনা ঈন্নুংবঙ্দগী ফাঙগৎলক্লগা থকুণনা কাউদা শাদোশনবগুম্ন খুদেংদগী থোরক্ক্না ডৌবোক ডৌবা লীক্লাহগী চাইথফাল মথক্তা লেঙ্খৎলরবদা মণি অশবগী মচুগুম্বা ঈশিং চক্ মডান্ন। যৈবদা মশাগী বুচুম্ব শাজিন্ন উনবা বেশ্যানৃপী থরনা মীগী মশক লৌববী থম্বান কোবা লৈব ল লনা খুজোন নিংথৌবু চাইথবা মান্না মাগী ঈশিংনা নিথৌবু চাইথবা হৌবক্লে। থব অমন লুগাগী সনাবুন্দা হাপ্পা ঈশিংনা চাইথবকপদা মপূম ফাববা পূর্ণিমা থাগী মকোযদগী থোরবপা থাবলগী ঈচেলদা অমম্বা অহিংমথৈনা ঈকজনবা মাল্লি। সনাবুন থাংগৎপদা প—ল য়াত্তুনা হুমাংনা মশা লৈতেংলবী থবনা ঈশি লাইহবেম্বানা লীক্লাহগী সনাবুন্দা হাপ্পা তীর্থগী ঈশি না নিথৌবু চাইথনবা মান্ন ঈশা হৈখাব। থরা অমনা অমুক মলয়া চীংদ চেনবী ভূরেল মান্না চন্দন যানশিল্লব ঈশিংন চইথবি। থরনা, মথঙদা সনাবুন থংগৎলগা মচান পৈথত্তুনা মখুংনা মথাদা থল্লগা খুবক খুদিঙদগী লিংথোরকপা ঈশিংনা পেবে কাপ্পা লাইনূপা অশ শুম লেপ্পনা ঈশিং হৈথবদা মখূজানশিংদগী মডাল থ ক্লকলি। অত্তগা বেশ্যা থবা অমনা, ঈশিংগী অঈ বা কোকহন্নবগীদমক থোক্লকপদ ভায়ারিব অমেঙ্বা হুমিং মডাল য়ানশিনখ্রবামল্লবা কুঙ্কুমগী ঈশিংনা থল্লবা সনাগী পুন পায়হুনা হুংথিল লাইহবেম্বাগুম মথং মথং নিংথৌবু চাইথবি।

মথংদা, মচৌন্দা হুংশিংন। থল্লব চাইথবা মতম তাকপগী মোইবুং থোক্লেল থোরক্লে; মত্তুগা লোয়না লোয়ননা মায়াম অমনা য়ৈবা খোংবা য়াইবুং, কাংসী, ম পুং, বাঁশী, বীণাগী মথোল অমদি মঙ্গলগী ঈশৈশু তাবক্লে, লৈশী লৈথোনবা কাঙবুগী নিনথোংবম্ব ময়াম অত্তুগা তিনশিন্নথ্রে—অম্মা মথং মথং য়াংথক-

শকপা অপূর্বা মথোল অতুনা নাকোঙ চক্র শেগায়গদবগুম তাইবঙ্ থোনবা অহাঙ্বা আতিয়া মকোয় শীনবা থুংগ্রে।

মতৌ অস্মুমা চাইথবা লোইক্তুনা ঈশিংনা চামথোকখ্রবা শবৎথাগী তক্ত তক্তবা আতিয়াগী শরূক অমগুম তক্ত তাহল্লবা মহাবাজ শূদ্রকনা কূপ্রবা লংলানা শাবা শিন মকুগুমনা চৌব। ফীজোন অনিথক থোল্লগা, নৈচিন মফোনগুম্না ঙৌরোক

শ ঙৌবা মুগাফি অমনা কোকথোন ওইনা য়েংশিল্লবদা মহাকপু মন্দাকিনী ঈচেলনা চীংদোন কোয়শিনখ্রবা হিমালয় চীংজাউগুম উবে। মথংদা মহাক্না পিতৃ তর্পণ কৎলগ ক্লমিংতা ওনশিন্দুনা মন্ত্রগা লোয়ননা ক্লমিংপু ঈশিং থূজাক্ল অর্ঘ্যদান তৌবগা খুরুমজনা লাইগী মন্দির তান্না অমূক লেঙ্লকলে।

লাইশঙ্দা শিবপূজা কৎলমগা যজ্ঞশালাদা অমূক লেঙ শিন্দুনা ক্লমিং থূদিঙ্গী ছৌনবী হোম কৎলকলে। মথংদা আনিক (আহ্নিক) তৌফমদা অমূক লেঙ্ শিন্দুনা কস্তুরী, কুঙ্কুম অমদি কর্পূরগী মনমনা ন্থংশিহল্লবা চন্দননা হকচাং পূম্নমক তৈবকলে—ন্ শিবা মনমদা মিতাজবনা থোইমু মথৈনা তৈরিবা চন্দন অত্তুগী মনাক্তা

ষ পাইরবে। মনম ন্থংশিববা মালতী পরেংনা কোক্তা য়েংশিল্লগা অনৌবা থাঙ্জেং নমথাঙ অমক হোংলকলে। নাপদা কুগুলদং চিনশিনবনা লৈতেং ওইনচনা লুক হাক্মদা লেঙ শিল্লগা ফম্নিল্লনা চামিন থকমিল্লবদা মতিক চাবা নিংথৌশিংগা লোয়নননা মথল মথলগী চানিঙ থরিঙ্বা পোং চান-থরুহুনা পেন্নবগা লুক হাংগী থবক লোইশিল্লে।

অতুগী তুদ চান বপ্পগা নিংথৌনা * থাদাং ফান্দনা (চরুপকুম্বা অশাংবা জ্বাং তমা) পানা হ বগা লোং থংলক্লবদা অনকপদা লেগ্রম্বা থোঙ্শঙ্বীনা ঈকাই খুম্নমা থুনা য়াঙ্নমা চঙ শিল্লক্লন লীচনা পায়বদা উনাগুম্না হাইকেৎ চগন্নরবী মথুবাক তিংথোবক্লে—নিংথৌনা মতুদা পায়বগা মণিগী মশক মাল্লবা লৈমায় অতু-দগী সভামণ্ডপ তান্না লেংথোবকপদ সঙ্গাই মনুংকোইব থাজববা থৌগনমচা-মথৈনা সনা থৌগল ইন্নবি। সভামণ্ডপ অতুগী অরোইব মতাই থুংনা ইকোয়

স—গ কোয়না অঙৌবা ফিগ লন লীক্লানা মণ্ডপ অতুগী সম্ফম ওইনবগুম উবি। নাতোন্না নম্বদা হৈনজবব, কস্তুরী মনান, ন্থংশিহল্লবা মহীলাঙ্বা চন্দনগী ঈশিংনা মণিগুম লংলবা লৈমায অতুদা চাইবন সভামণ্ডপ অদুব্ তঈং তঈংহল্লি। মফম থূদিঙ্ শীনবথুংনা ব ন গাইথোকপা লৈমজনা অব ন, লৈমায় অদূব আতিযাদা থরাম্মীচাক মপৈ থোকপাগুম নিঙ থংল্লি। মনম ন্থ শিববা ঈশিংন চাংথোক্লবা লুপাগী যূম্বীদা হন্দনা শাবা লাইশিং অদনা যামগোইবা লাই ময়াম থারক্লনা

* মসি ধূপকী মৈথুগুম্বা ন্থংশিব। মৈথু চিংশিন্দুনা লৌবদুস্ ওইবা য়াই।

মূপীশিংগী মথক্তাইগুম্না অমেও বা মঙাল ফাওবল উনা মপৈনা—মচি খুদিঙ থুংনা চৎপী বন লাইবেম্বীশিংগী মথোঙ দ' তৈবা যাবোৎ মহীনা মচু শঙ্ জিল্লবগুম তৌতুনা বনগী মচি অমস্ত ঈপাক পাক্র কৃপশিল্লি। মথক্ল মথা অয়াম্বা উরীনা মহৈ মহৈ য়েৎশিন্নতুনা করি কবিগুম্ব' মফমদা মাগুপকী মওং মালহল্লি, তেনম্ব' মচীন্না কফোয় মফ্ক চীকৃথায়কগী মহীন' উবীগী মাগুপ মথা অতু ইচোৎ চোৎলি লাঙ্জবা পাম্বা য়োংশিংনা নোম্বদা কেল্লকপা কমলা অমদি মতুগী মনানা মন্নং অতুদা ইচাই চাইবি, অতৎপা লৈতনা কেল্লকপা লৈ মযামগী লৈবীক্ল উবীগী মাগুপ মথা-

ন—প শিং অতুদা উফুলগুম্ন' চাইবি যুবী, কেতকী, তিংথংনা মশা 'পুম্বা য়োম্বা মনা পান্দবা মৈপোকপীগী জাৎ ( কবীল ) অমস্তং বকুল পাম্বীশিংনা উবীগী মাগুপ-শিং অতুগী মাযকৈ মনিমক কাযশিন্দুনা তৌবি—পান' মন' মবী য়েৎপা ক্বা মপাম্বীশিংন' মাগুপশিং অতুগী নিঙথিবা হেনগৎহল্লি; মবম অসিনা বন লাই-বেম্বীগী লৈনফম সঙ্গাইশিংগী মকৌগুম্নবা উবীগী মাগুপশিং অতুনা বিন্ধ্যাটবী হায়বা উমং অদুব য়ৌনা নিঙথিজহল্লি।

ময়াই কাবা শামুশিংগী চায়রুংদগী তাকপা মচুমনা চোৎপমক্তদা এলাইচি পাম্বীগী বননা শামু মচুমগী মনম হাপ্পগুম মুংশিহন্দুন' কবি কবিগুম্বা মফমদা কূংনা অমদি পাকনা তৌলি। শাতানব-লুচিংবশিংন', নোংশাশিংগী মথুজীন্দগী নান্তোবকপা গজমুক্তা মিতাবদগী নোংশা মশীং য়াম্না হাৎনবি। অতুগা বিন্ধ্যাটবী হায়বা উমং অতুগী মন্নং অতুদি যমগী লৈবাকুম লম ইবোইশিতগী থপ্পফম ওইবদগী অকিবা ফংলবা অশিব কৌবা লাইনা লেঙদনা লৈবা মাল্লি। লান চঙলকপা লাম্মীনা

ফ—র লীকাংদা তেনগা থাংলগা অকনবা লাল্লাভ লাউবগুম বিন্ধ্যাটবীস্ত মপান শাৎপা উপালশিংদা খোইমু মপৈ মপৈ কায়দোংল্লি অমস্তং নোংশাব তৌনা লংহল্লি। দুর্গা দেবীন' থাঙ হাইবদা অকিবা শকলোন লৌবগুম অমদি মশাদা বক্ত চন্দনস্ত লৈতেংবগুম বিন্ধ্যাটবীস্ত শামু গণ্ডাশিংনা মচি খদিঙ থুংনা চৎপনা অকিবগী মশক ওইবি মমস্তং বক্ত চন্দন পাম্বীনস্ত লৈতেংলি। নিংথৌ কর্ণীসুতগী ব্রারীদা অনৌবা ( বিপুল ) অমস্তং লঙদবা ( অচল ) কৌবা মক্লপ অনিগা থেব ( শশক ) বৌবা মন্ত্রীগা যাওবগুম্না উমং অসিদস্ত চ উব চাউববা চীং ময়াম অমস্তং থেংশিং লৈ।

প্রলয় তৌবমদাইগী যাওবা মতমনা অকিবগী মশক ওইবা মহাদেবগী জগোইগী মশক ওইবগুম অমদি অনৌবা য়েন্নিঙগুম ভাঙ লৈনবা মচুনা তিনবগুম উমং অসিস্ত মতৌ অতুগুম্না ব্রাহোং জগোইনা পুননোম নোমলি অমস্তং উপালদগী চোংলকপা অনৌবা য়েন্নিঙতনা ভাঙ লৈনবা মচু ফাওরি। অমৃত ফংনবগীদমক

* সমুদ্র নৈবা মতমদা লক্ষ্মী অমসুং কল্পবৃক্ষনা লৈতেংখিবা অদুগা ময়াই কারবা অমৃতসু থোকখিবা অদুগুম্না উমং অসিদসু হৈ-থাগোক পাম্বীনা লৈতেংই অমসুং নোংচুপ মায়কৈগে থুংলি। অমংবা নোংনা শংমুনবা অমদি নোংথাংগনা কুংনা লৈতেংলবা নোং থাগুম বিন্ধ্যাটবীসু কুংনা হৌববা উপাম্বীশিংতনা শংমুনবা মচু ওইহল্লি অমসুং মশীং লাকডমদ্রবা পাংকী মপৈনা লৈতেংলি। থাদা থরাম্মীচাক
ল—স মপৈনা কোয়শিনবগুম অমদি মমায়দা শজি মান্না মায়হিং কাবগুম বিন্ধ্যাটবীসু শংমগী মপৈনা থল্লি অমসুং শজি শঙাইশিংগীসু ভু ফমনি। চামর থৌগলনা অমদি ময়াই কাবা শামু মপৈনা কোয়শিন্দুনা লৈবনা নিংথৌগী অরেম্বা ফজবা ওইবগুম বিন্ধ্যাটবীসু চমরী কৌবা শজিগী মমৈ-মতুনা হুম্বদা নিঙথিজরি অদুগা ময়াই কাবা শামুশিংনসু কোয়শিল্লি।

নোংশানা সেবা তৌদুনা পার্ব্বতীনা মহাদেবগা লৈমিন্নবগুম বিন্ধ্যাটবীসু মনা মশা য়াওদ্রবা উপালশিংগা লৈমিন্নবি অমসুং নোংশানসু সেবা তৌবি। কুশ অমসুং লব পোকপী সাতাবু অহিং চাঙ্গাব বাবণন পুকবগুন কুশ ময়োন পোকপী বিন্ধ্যাটবীসু অহি চাংঙন মকুনচিংবা থরায় পানবশিংগী মাক বৃংনি। নহা ওইবী নূপীশিংনা চন্দন, কস্তুবা অমাদ অগুরু তেহন মশ বু মনম হুংশিংনবা অনসু চন্দন ফজনা থিন্দুনা নিংথিহনবা অদুগুম্ন বিন্ধ্যাটবীসু চন্দন পাম্বী অমাদ কস্তুবীনা হুংশিবা মনম চেনবীনি অদুগা পুংউ হূনবগী মশক ওইবন অগুরু অমদি থোইদিং পাম্বীনসু লৈতেংল। হুংশিজবা নিপাগীদমক্তা লাউতেররবী অপাম হুংশি
হ—গ য়াথলনা লাবহৎলবী নূপীগী মশাদা মমান্নবা মতাশিংনা মথল মথা অয়াম্বা অনৌ অনৌবা উনানা হুমাই হুমতুনা হকচাক লাংহনবগুম্ন 'ময়না' পাম্বী থন্না হৌবা বিন্ধ্যাটবীদসু মতৌ মদুগুম্না নহৌশাগী ওইবা অনৌবা উনাগী হুমাই হুমলি। কৈ-খূজীন-পবেংন অমদি গণ্ডক কৌবা লৈতেংন অডাংগী মতক্তা লেতেংনবগুম বিন্ধ্যাটবীসু কৈ-খূজাল মফম পবেং পবেংন অমসুং শামু গণ্ডাশিংনা লৈতেং ওইনরি।

অমৃত (য়ু) থকফমদা অমৃত অমসু মচু থরবা পাম থম্বগুম অদুগা অয়াম্বা লৈগী জাংসু চাইথে ফুনা লেবগুম উমং অসিদসু লৈগী লৈহা অনসু মদুগী থোকফম লৈ অদুগা মহল মথলগী লৈসু চাইথোকলি। প্রলয়গী মতমদা আদিবব দেবগী (নারায়ণ) ময়ানা মালেম লৈকোয় অসিবু থাংগৎলকখিবগুম উমং আসগী

ময়াই কাবা অমৃত—য়ুবু—সংস্কৃততা 'বারুণী' হায়, মসিগী অর্থনা অমুক নোংচুপ মায়কৈবু থঙলৈ। লক্ষ্মীবু—শ্রী হায়নসু থঙলৈ, হৈথাগোকপুম্ব 'শ্রী যশ' হায়—মসি লেখালঙ্কারদা অর্থ তোঙান্না থোকহনখিবনি।

করি করিগুম্বা মফমদস্থ লমওক অচৌবশিংগী ময়ানা লৈমায় ফক্কায়রি।—লানগী মতমদা মশা খিঙলবা য়োংশিংনা লম্বা কোনুংগী অরাং অরাংবা য়ুম মথৈ থুদেকথিবগুম বিন্ধ্যাটবীগী করি করিগুম্বা মফমদস্থ মশা খিঙলবা য়োংমথৈনা অরাংবা চীংগু পাম্বী ময়াম থুদেকলি।—লুহোঙবা লোয়খিবদা ভায়রিবা লুহোঙ-যমগুম মচি মচিদা অশংবা কুশ, শীং, লৈ অমদি ক্যামলৈ মনানা লৈতেংলি।

ঘ—ঝ অভাওবা নোংশানা ভংবা তারগা কিন্থনা তুজুংলবী নুপীগুম মফম মফম খুদিঙদা তিংখংতনা য়োমলি—ময়াই কনবা অমৃত থকপদা ভাওরবী নুপীনা মরোল শেংফাত্তনা কোকিলনা তৌবগুম সুংশিনা চোইরোন লোনবা মান্না মকা ফোংদবা কোকিলগী নুংশিবা মখোলনা করি করিগুম্বা মফমদা ইনিল নিলহল্লি।

নুংশিৎ কম্না শিংলকপা মতমদা অভাওবী নুপীনা হৌনা খুবাক খুবগুম করি করিগুম্বা মফমদস্থ নুংশিৎকী শউমদা কোনা পাম্বীনা মখোল থোকলি।—লুখ্রাবী নুপীনা নাপ-লৈতেং মথৈ থাদোরবগুম মচি মচিদা নুংশিৎকী শউমদা কোনা পাম্বীদগী মনামথৈ কেল্লকলি।—লানফমদা তেনুতনা লাং শাবগুম মচি মচিদস্থ থাগড়া পাম্বীনা শীনবা থুংলি।—লাইনিংথৌ শোবারেনগী মশাদা মমিৎ লীশীং অমা পানবগুম বিন্ধ্যাটবীগী মফম মফমদস্থ উ-রু লীশীং লীশীং লৈ। তমাল পাম্বী

মান্না নারায়ণগী কুচু-শংবানবগুম বিন্ধ্যাটবীগীস্থ কবি করিগুম্বা মফমদা

ঞ—দ তমাল পাম্বীতনা ঈশং ঈশং শংলি।—অর্জ্জুনগী রথ-ফীরালদা হনুমান তোংবগুম তোপ তোপ্পা মফম অমদস্থ য়োংগী মপৈ লৈ। নিংথৌগী থোঙদা লীচৈ ময়াম থম্বগুম উমং অসিদস্থ লী ভাক্তা হৌবনা চঙবা ডম্লদবা মফম য়াওই। বিরাট নিংথৌগী কোম্বুংদা কীচক চামথক লৈরম্বগুম বিন্ধ্যাটবীগী মচি অমদস্থ কীচক (মখুল হোবা রা) মপৈ হৌবি। মমাংদৈদো শাতানবগী মশক লৌবা মহাদেবনা মতুং ইন্নবদা কিরবা ব্রহ্মানা ইথক থক্ল মৃগশিরা নক্ষত্র ওইনা অতিয়াদা লৈখিবা অহুগুম্না উমং অসিগী থোইদোকপা মচি অমদস্থ শাতানবশিংনা থোঙ্গল লীবদা কিরবা শক্তি শভাইশিংনা মমিৎ মনা ঈথক থক্লরি।

ব্রত তৌবী কনাগুম্বী নুপীনা অমনবা ফি, জুটা, অমদি উকু ফিজেৎনম্থনা কুশতগা য়াওম্লম্থনা লৈবগুম বিন্ধ্যাটবীগী করি করিগুম্বা মফমদস্থ কুশ, অতোপ অতোপ্পা নাপীগী জাৎ, উগী মরু অমদি উকুনা ফিজেৎনরি। মশীং লাকওমদবা

উনা খিবীক্লা বিন্ধ্য উমং অসি থন্না লৈরবস্থ সপ্তপর্ণ (মনা তরেৎ লোঙবা)

ধ—ন পাম্বীনা অথোইবা লৈতেং ওইরি, শাহিং চাবা শানা থন্না লৈদুনস্থ মুনিশিংগী অচীকপা লৈফমনি, নুপীগুম ঋতু নাইনা লৈ শাৎলবস্থ অমাংবা মফমদি নত্তে হায়রবদি তশেং তশেংবা মফমনি।

মকোয়গুম উরি। আদি বরাহ দেবনা লৈপাক লৈমবু থাংগৎখ্রবদা লৈহৌবা মক্কম অদুবু ঈশিংনা থলহন্দুনা থমথিবগুম নিঙ্ই—ইত্তত্তনা কুমতুনা ইকজবী, মথোন-কাব ঈথক্র-ঈরাং পুববী ভিল লৈশাবীশিংগী মথবাক চফু শাবনা অয়াম্বা মতমদা পম্পা সরোবরগী ঈশিং অদুবু নৈথায়হল্লি—পুথ্রী অসিদা অঙৌবা অশংবা, অমদি অঙাঙ্বা মচুগী থম্বাল শাদনত লৈ। রাহো মতুগী অকোযবদা য়াওরিব থাগী মকোয় অতু মাম্না ঈশিং ঈমায় মথক্তা ফুগায়না শাংলবা থম্বালগী লৈহী

ঝ—থ মবীক মরীক শিন্থবি। মনম হুংশিববা থম্বাল অঙাঙ বী মপৈদা খোইমুনা শয়োম শানা শানা য়োমশিল্লি—হবাউ মথোই কাজববা রাইন্নুশিংনা তত্তনা খোংলি—থম্বাল লৈহী থকপদা ময়াই কাববী কাংঙা অমোমশিংনা কোয়রাঙ্ লাঙ্জরি—ঈশিংদা চাক্তোবা অয়াম্বা উচেক মখৈনা কোয়তান তান্নবদা ঈথক পরেং পরেং হৌহন্দুনা মথোল থোকলি—হুংশিং ইপোমদা হৌরকপা অচৌ অচৌবা ঈথক্তগী ঈংলবা ঈবীক চাইথোংক্তুনা নেং তাবা নুংথিল মালহল্লি।

ঈশিংদ শান্নজনিঙ্বী উমং লাইরেম্বীশিংনা ইকজবা মতমদা ঈশিং কুমথরগা চিংনবা লৈতনা শমজিরৈ মপৈনা পুথ্রীগী ঈশিংবু মনম হুংশিহল্লি। নাকল অম-রোমদন মুনিশিংনা ঈশিং বমগ কমণ্ডলু থন্না থন্না ঈশিং শোক্লবা মতমদা থোক্লক-পা হুংশিববা শফাত্তবা মথোলনা পুরিঙ্ শুন্দংলি। থবোগী মরক্তা চঙ্তুনা চান্নবা কাংচশিংগা অশাংপা থাবীকথাগা মচু মান্নবদগী কাংডাগী মশক উবা ফং-ত্রবম্ম মথোল তাবগা মপ লাকপা ঙমহল্লি। কিরাত নিংথৌগী তালোয়শিংনা ঈশিংদা ঈকজব কুম্লকপদা মথবাক্তা তৈরম্বা চন্দন মবুপশি অতু পাক্লা

ন—য শন্দোকখিতুনা ঈথক মপৈবু চেংবোক চোইহল্লি। ঈশি ময়া নক্লা শাংপা কেতকি লৈবীক-মপৈনা ঈশিংদা তাবগা লৈচোই-শেক্তাগুম ঈশিং চিদাইদা পূন-শিনখ্রি। অনকপা-আশ্রমগী লাইনিঙ্বশিংনা খোংক্তোকপদমক ঙায়রিবা উকু ময়াম চামথোক্লরবদা থোক্লকপা উকু মঙপ্ নঙ্গা মরেক অতুনা লৈরাই মম্নাগী ঈশিংবু কর্পূর থাংহল্লি। মথল মথা অয়াম্বা লৈরাই নক্লা হৌনবিবা উপাঙ্গীশিংগী হুংশিং চেনবা উনাশিংনা ঈশিং মথক্তা হুমাই ওইনা হুমলি।

পম্পা সরোবরগী অকোয়বা মপালগী লমদম পূম্নমক অতুদা শূক্লবা উম তন-কোয়থং থংলি—বৃ না হৌরবা তমাল পাম্বীতনা উমংশি অদুবু অমুকসু হেন্না মম-শিলহল্লি। য়োং নিংথৌ বালীনা কিষ্কিন্ধ্যাদগী তান্থোকপিরক্লবদা সুগ্রীবনা ঋষ্যমূক পর্ব্বততা লৈরগা হুমিং থুদিঙ লাক্তুনা মথল মথা অয়াম্বা উহৈ হেকলব-দগী মশাদা অক্লম্বা শক্লক য়াওদ্রবা উরীশিংনা বনশি, অসিদা শীনবা থুংলি। ঈশিং মমুংদা লেপ্নগা তপ তৌবা মুনিশিংনা লাইগী পূজা মতমদা শীজিন্নবা লৈ-সু

পুম্নমক উমংশিং অসিদা লোইনা ফংই। ঈশিং-চাক্তাবা উচেকশিংনা মথক্তা পাইত্থনা চংপা মতমদা মথোয়গী থল্লিবা মশাদগী তাবকপা ঈশিং মবীক মরীক্না বনশিং অসিগী উনা পূম্নমকপু শমূক্ক হেন্না থোংহল্ল নোইহল্লি। হনশিং অসিগী উবীগী মাগুপ মন্নুংসিদা ব্রাহোংশিংনা কোয়না জগোই শাই।

র—স মথল মথা অয়াম্বা হৈনম লৈনম চেং সনা ঈংলাইশিংনা হোন্দোক্লবকপা স্নুংশা শোবনা উমংশিং অসিবু মনম স্নুংশিহল্লিবগুম নিংলি।

অতোপ্পা সমুদ্র অমা ওইববোই নিংতুনা ঈশিং চিংথংনবগীদমক পৃথ্বী ময়ায়দা কমথবকপা অমংবা নোং মপৈ মানবা—লৈখোম লৈনাং তৈমনবদগী মশা ঈব্রাউ ব্রাউনববা শামু লংশা শঙ্গু শঙ্গুনা মতম পূম্নমক্তা পৃথ্বী অতুদা ঈশিং থক্লবৈ। অসিগুম্বা পম্পা সবোবর অসি মপা লৈতনা লুই—য়াম্না পাক চাউই. চাংদম্ফম থগ্রদে, ঈশিং ময়েং থক তাবা নাইদে অতুগা থম্বাল্লস্ন লীকথন্না শাংলি।

ক—ক যুগায়না শাংপা থম্বাল অশংবগী মপ্তান্না যৈবদা মশাদ (পক্ষ) অশংবা মচু ক্কাওববা থংগোং কৌবা উচেকশিং অদবু রামচন্দ্রগী মীচৈনা (শাপ) ওসি ফাওবদা মশক নাইনা লৈবগুম উরি।

অদূগুম্বা পম্পা সবোবরগী থম্বাল শাংফম অদূগী নোংচুপ থংবা মপান্দা—রামচন্দ্রগী তেন্না থাবদা ব্রানা থাংখ্রবা অবিবা কোনা পাম্বীশিংগী মনাক্তা চাউরবা তেরা-পাম্বী অমথক হৌরি। মায়গৈ ওাকপা শামুগী মনাতোন মানবা মতম কুইনা পুন্সীবক্লবা অচৌব লিন গমনা হায়বিবা তেবা পাম্বী অসিগী মথোং কোয়শিন্দুনা লৈবনা উথোং-ঈশিং চাইনবা কোয়না থোনবা অচৌবা পল্লী অম লৈবগুম উরি। উপাল অসিগী অব্রাংবা কাবোংদগী ইশাং শাংনা যান্তবল্লিবা লিন মকু অতুনা স্নুংশিং ইপোমদা হংই হুম্নকপদা মতুং তেব পাম্বী অতুগী মরেংবান্দা থাংবা উম্ববীগুম উবি। মায়গৈ মবিমক্তা শাংনা শন্দোক্লখ্রিবা উশাশিং অতুনা মায়কৈগী ওমথৈবু কয়া শাংবগে হায়নগী মচাং থংহল্লি—মতুনা মবম ওইদুনা তেবা

খ—ছ পাম্বী অদূবু, প্রলয়গী মতমদা মায়কৈ মবিমক্তা মশীং লাকৃতমন্দ্রবা মপাম্বোম তিংথোক্তনা অকিবা জগোই শাব মহ দেবগী মতৌ তমগে হোংনব মতৌ মাল্লি। অতুগী তেরা পাম্বী অতুনা অহল ওহশিল্লক্লতুনা তুগনি হায়না কিবমক্তনা আতিয়াগী মবেংবান পায়বগুম ব্রা লি। তেবা পাম্বী অতুগী মশা পূম্নমক্তা য়াম্না ব্রাংনা য়েংশিল্লিবা উবাগী মপৈ অদূবু অহল ওইংক্লবদা শিংপী কাপথোরকপা মাম্না উরি। অহল ওইবা হকচাংদা অমুবা থূদম ময়াম ফাওরকপগুম তিংথং মক্তনা মশা পূম্নমক য়োমলি।

সমুদ্রগী ঈশিং থক্লরগা আতিয়াদা মায়কৈ পূম্নমক্তগী পাইশিল্লরকপা উচেক-

শিংগী মতৌগুম তেবা মশা কায়ক্কা হরাউ হবাউনা ভাইহাক্কুং পম্নবম্বা অহুগা ঈশিংনদি লৃমথহনবনা খোঙচং থীল্লবা অমংবা নোং মপৈনা মথাদা লৈবা ভীনা মথৈবুদি ঈশিংনা চোংহল্লি অদৃগা উপাম্বী অত্তগী মতোন্দি থক উবা যংদে। নন্দন কাননগী নিঙ্থিজবা য়েংনিঙ্হুনা মংঙ অস্নম্মা ব্রাংথংখ্রিমাল্লে নিঙ্ই। মথক্কা নক্কা পাইনবা, আতিয়াদা পায়দৃনতা লৈবগী অন্নাবনা লাকহংলবা কোবৌঙনবগী রথ চিংলিবা শগোলশিংগী মথয়াং-তগী থোক্রকপা লশিং মফোন মানবা কোংগোন

জ ড মপৈনা তেবা পাম্বী অত্তগী মতোন থংবা মশা মথৈবু ভৌবোক ভৌরোক ভৌহল্লি। মাগী মথোঙদা শামু লমশাংশিংগী মবাইবক্কা তক্কনা শান্নপিবা মত্তমদা কৈহৌবা শামু মচুম অত্তগী মথক্কা খোইমু মপৈ মপৈ তোংলবত্তদি য়োঙ্লিংনা ফাত্তুনা থদ্বনা মাগী মথোঙ অদ্ পেন্সয মত্তম ফাংবা অত্তম্পক লেঙলবোইদবা ওইনা নিঙ্লি। উথুল অহোবশিংদা মবেং মরেং চত্তুনা শয়োম শানা লৈরিবা থোইমু মপৈশিং অত্তু উবগা তেবা পাম্বী অত্তব্ মথৱায় পানবা ওইনা নিঙ্লি। দুর্যোধননা শকুনিগী ( অর্থ অমদা উমাইবী লঙজা ) মীচেঙ্ চঙ্বগুম তেবা পাম্বী অত্তস্থ উচেকশিংবু লুনা তৌবি।

তেবা পাম্বী অত্তু নংবায়নগী মতৌগুম লৈপবে পাবেংনা লৈতেংলি। অমংবা নেংনা ইঙেন থাদা মশা নোযথোক্লা উবগুম তেবা পাম্বা অসিস্ত অহাংবা আতিয়াদা মশাগী অন্নাংবা উত্তন লৈ। তাইবংপানবা পূন্নমকপু কোয়না য়েংননবা থম্বা

চ—ভ উমং লাইনিংগী থায়দগী ব্রংবা যম অমগুম—দণ্ডকারণ্যগী নিংগৌগুম—উপাল পুংগী মবুংচাগুম অমদি বিন্ধ্যা চৌংজাউগী লৃনা তিন্নবা মমান্নবগুম্না তেবা পাম্বা অসিনা মাগী মশা পাম্বোম ময়াম তিংথোক্কনা বিন্ধ্যাটবীবু কোন্দূনা লৈবি।

হায়রিবা তেবা পাম্বী অসিগী মশা মতোন্দ, উত্রো ঙ্ মঙ্গংদা, মায়কৈ মবিমত্তা লৈরিবা মনা সহত্তা, আচৌ সাচৌ মশা শংথ যম বাবোল দা ত্তমদি অনিবা উকুদা লৈবা মথুল অহোবশিংদ মবাং কাযনা কাযনা মফম লৈবদগী চিংনবা লৈতনা মহুম শানত্তনা মফম অতৈ অতৈদগী লাক্লবা চোংলে, তেনগ্না অমস্তুং অতোপ

থ—দ অতোপ্পা উচেকশিংনা মত্তদা বনানস্থ কাথংপা ভমগদবা লৈতে থন্নত্তনা শিগনি হায়বগী লুংশা থীন, য়াংনদন লৈনরম্মী অহল ওইমল্লহুনা মনা থবত্তমক পাল্লবস্থ উচেকশিং অত্তনা অহিং লুংশিল নাইদনা লৈনবদগী উপাল অদুবু বৃংনা পানবা মনাগী মপৈনা ইশং শংহল্লিবগুম উবি।

হায়রিবা উচেকশিং অসিনা তেবা পাম্বী অত্তদা হুমিৎ থৃদিঙগী মাগী মাগী মত্তমদা অহিং অহিং য়াবেক্কত্তনা লৈনবগা, অযুক অহেনবদা হৌগত্তুনা মচিঞ্জাক

থিরুনবা পবেং পরেং আতিয়াদা পাইথোরুথিবা মতমদা পয়েংশিং অদূবু মম্নাই-কাবা পোং থক্কুনা ইঙাও ঙাওরবা বলদেবগী লাঙ্গলনা চিংশিনবদা ঈচেল খোয়রবী যমুনা তুবেলগুম উরি। অমবোমদনা পবেং অদূবু শামু ঐরাবতনা আতিয়াদা লৈবা গঙ্গা তুবেন্দা হৌবা মরী চংপী থম্বালগী মরী ফৃক্তোক্কনা মথাদা তারকপা মরী মাম্লি—অতুগা মশাগী মচু ইশং ইশ' শংবনা মুমিংকী রথ চিংলিবা শগোল-শিংগী মঙালনা আতিয়াবূ মচু শঙবগুম নিঙথিরি।—অচংপা মলি-অশং-

ধ — য

বগী লৈবাকুম- থম্বাল হৌবা আতিয়া-পৃথ্রী অচৌবগী থম্না খেঙ্গোং পলেংগুম য়েংবদা ফজরি। লফৃ-লারাক মানবা শুন্দা ফন্দোক্লিবা মশা শারুংনা, অয়াকপা নুংশা মঙাম্না লাকহংপিববা মায়গৈশিংগী মমায়দা ছুমায় ছুমহুনা হক-চীক লাংহনবগুম তৌরি। মথোয়বু য়েংবদা—আতিয়াদা পাক্লা শাংনা থাবা নাপী হানৌ পবেংগুম অমদি চুমথাঙ থানবা আতিয়ানা অস্তুম কোয়না পাইবগুম উরি।

মথোয়না মচৈঙাক তাবা লোইরহুনা অমূক হন্নরুগা, অশিবা-শজিগী-ঈ-তৈববা-কৈ-থূঞ্জৌনগুম তঙাং তঙাংবা মচিনশিংনা মহুম মহুমদা লৈবা মচামথৈবু মথল মথা অয়াম্বা উহৈ-মহী অমস্থং অঙন ফৌগী চেঙ পীজহুনা—হুংশিবা

ঝ

মথল অতৈ পূম্নমক্কগী হেঞ্জিন্না অমদি চাংদম্নিংঙাই লৈতনা হকচিন হেঞ্জিন্না হুংশিজবনা মবম ওইহুনা মথাহুংদা মচাশিংবু কোল্লগা তেরা পাম্বী অহুদা অহিং অহিং লেম্নথি।

অহল ওইরবা ঐগী ইপানা উক্রোঙ অমনবী অমদা ইমাগা লৈমিন্নরম্মী; লাইগী নোংদম্ন খোম্না য়াম্না ৱানা মথোয়গী মচানিপা ওইনা ইথন্তমক পোকথি। ঐ পোকপা মতমদা চাবোক ৱাবদগী ইমাহু লাইগী থুয়া তানথি। মতম অহুদা ঐগী ইপানা, লুনা তৌজবী ইমা লৈথিদ্রবদা য়াম্না হেন্না ৱারবস্থ মচা হুংশিজবনা মরম ওইহুনা থাংঙমদ্রবা মৱাবা অদূবু থম্মোইহুংদা লাকশিন্দুনা থম্নগা মথন্তনা ঐবু য়োক্কবা হোৎনরকলে। য়াম্না হেন্না অহল ওইরবা ইপাগী মশা শাগল অনি-

মক অহু কুশনা শাবা ফিমনগুম্না শোঞ্জিল্লকথি; মতু পূম্নমক কোক-

ন — য

শিল্লকথি। লেমহৌবা শরুক্লা য়ামদ্রবনা মশা অনিমক ইতৎ তৎথি অহুগা কাঙথংঙ্গেনদ্রবা শারুং অহুনস্থ শোনবনা মাগী পাইবা ঙম্নবা পাংগল য়াওরমদে। অহুম ওইনমক অহল ওইরকপগী ফংলকপা মশা তনিক তনিকপনা হেম্না অৱাবা ওইজরবা ফাওবা অহুদা মহাক্লা লায়থুংগী মশক ওইনা মশাদা পল্লিবা মশা অনি অদূবু শীজিন্নহুনা থর থরদি চংথোক চংশিন তৌজরম্মী।

অথোংপা শেফালিকাগী লৈথোক্কুম য়োংগী মচু মাম্না ৱাউথোক্কবা মচীল অহুনা ফৌ মরু হনগায়বদা অরোইবা মতাইগী শরুক অহু শিং নানশিল্লক্কনা পীক-

শিনখি অমস্তূং অতুম্বা মতোল অদূস্থ তুমশিনখি। মহাক্লা, মফম অতৈদদি চৎচবা ছেমদ্রহ্ননা উচেক মহংম অতৈদগী কেল্লকপা ক্ষৌ মরূশিংদ য়াওরকপা চেক্কূপ্-

স—হ ণিং অদূ মল্লগা অমদি অতোপ্পা তেনৱাশিংগী মচীম্না হনগায়হ্ননা উথোঙ্দা থাদরকপা উহৈ মচেৎ মচেৎশিং অদূ খূল্লুরগা ঐডোন্দা চাননবা হেক হেক পীবিখি অহুগা ঐনা চাবদগী লেমহৌবা মথাক অহুনা হুমিৎ খূদিঙ্গী মাগী চরা তমনৈ।

নোংমদি—আতিয়াদা অমদি থোক্লিবা থাগী মকোয়দা চীংথৈ হুনবগী ভাঙ্বা-নবা মচু ফাওরক্লবদা অমদি; মশা অনিমক্তা থম্বালগী লৈহী তৈরবা অহল ওইরবা কাংডগুম্না মথক্তা থোক্লিবা থানা—আতিয়াদা চেল্লিবা গঙ্গাগী লৈডোই তোর্ব্বান্দগী লাক্নূনা নোংচূপ সমুদ্র তোর্ব্বান পাংলক্লবা অহুগুম্বা অয়ূক অঙনবগী মতমদা শা-তানবশিংগী অরাঙ্বা মথোল অমা তারম্মী। মথং মথং অমম্বা তাকশিল্লক্নূনা, অহল

ক—খ ওইরবা-ময়াংলেনদা সনা মচুগী মরী চেনবা শজিগী মতুগুম ৱাউথাংনরবা মায়গৈ ডমথৈনা, অস্তুম অম্নম পাকথোক শন্দোরক্খি। শামুগী ঈ-তৈরবা-নোংশা-মশোংগুম-ভাঙ্লবা অমদি মৈ ঈক্লবা-চা-গী-লংলাগুম ভাংঙ্বা তৌবা হুমিৎকী মশেক্লা, মণি অভাঙ্বা মচৈতনা শাবা গুমজিৎকুম আতিয়াগী মশক ওইরবা লৈমায়থক্তগী থৱান্মীচাক্কী মশক ওইরবা লৈগী মপৈ মপৈবু শীৎতোক্পা হৌরক্লে।

অৱাং থংবদা লৈবা সপ্তষিমণ্ডলনা অয়ূক্কী সন্ধ্যা তৌনবগীদমক মানস সৱোবর মপান্দা কূমথনরকলে। নোংচূপ সমুদ্র-তোর্ব্বান্দা মখুম হাংদোক্লরক্লবা কোঙ্গেঙ্-মমুংদা লৈবা মুক্তাশিংগী মভাম্না ভোরোক ভৌথোকহল্লবা লৈভোই শেক্তা মপৈদা নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা থৱাম্মীচাক মপৈনা লৈমায়-মথক্তা কেল্লকপগুম উরি।—

গ—ঙ উমংদা, উনা ৱানা শিংদগী লীক্লা মরীক তোপ তোপ তারক্লে—ৱাহোং মথৈস্থ য়াকায়নরক্লে—মিৎকপ থোক্লবা নোংশাশিংনা হৌগহ্নূনা হকাম চন্ন-রকলে—শামু অমোমশিংনা মচুম তারবা লমশা লাবশিংবু হৌদোক্লরক্লে, অহুগা মথল মথা অয়াম্বা উপালনা মনা খূজোক খূজোক্লা উদয়গিরি ( চীংথৈ চীং ) মথক্তা ভাল্লিবা কোরৌহনবদা ওনশিন্দুনা, অহিং লীক্লানা চোংলবা মশাদা শাংচবা লৈগী মপৈ মপৈ কংনজরকলে।

ব্রাহ্মণশিংনা হুমিৎ খূদিঙ্ পাঙ্থোক্লবা গাধাগী মতুগুম ৱাউথাংনরবা—তপোবনগী যজ্ঞ-মৈখু-মপৈতনা উমং লাইশিংগী ফূরা-দলাল শক্লবা অৱাংবা উপাল-শিংগী মথক্তা লমথুনুগুম নপশিন্দুনা ধর্ম্মগী ফীরাল মান্না মথক্তা হাইগংহল্লকলে।

চ—ছ লীক্লা মরীক্লা চোংলবা অয়ূক অঙনবগী হুংশিংনা থম্বাল-বনবু ইপোম হৌ-হন্দুনা, ৱারবী শাতানবগী নূপীশিংগী লাইপক-হুমাং লোকপিদুনা, লম-

ইরোইশিংগী মচীন্দা কাবা কোংগোন মবীক চেন্দুনা, তনিক তনিক তৌবিবা উনা অমদি নোম নোম তৌরিব উবাগী মপৈবু তথকপী জগোই তম্বীদুনা, ফুগায়না শাংপী থম্বালশিংগী লৈহী মরাক থিকৃথরমদুনা— ফুংশিবা মনমনা খোইমু মপৈবু খোয়রাঙ্তম্লমদুনা তপ্পা তপ্পা শিংলক্লে।

নিংথৌশিংনা য়াহৌবমদাইদা য়াকয়বোল শকপশিংন মঙ্গলগী ঈশৈ শকপগুম—খোইমু কযামকমনা থম্বালগী বন্দ থম্বাল শাংপা হৌনক্লবদা শেংফাত্তবা মখোলন ঙংলক্লে— খোইমু খিবীক অমনা মচুম তাবা শামুগী চায়কুংদা তোংদুনা

ঙ ঙ্রুঙ্রুঙ্ ঙংবা হৌবক্লে—অদুগা লৈহী পাম্মনবদগী অশাংপা থরো অঙৌবশিংগী মনুংদা অহিং লেনখিবা খোইমু খবা অমনা অগক্কা লৈক উমশিল্লগুনা মখোং ফাংথিদ্রবদ মনুংদা অদুম্মক লেত্তুনা মখোল শংদল ঙংলকলে।

উতাগী শকক্লা মংক কাববা লৈপাক মথক্ত বুল্লবদগী মথাদ হৌব মতুপুম্নমক য়াউথাংনরবা লমলক শজিাশংগী মমিত্তা নোংঙাল্লকপগী অঙ্গং ফুংশিংনা য়েররবা ফাওবদা তুমশিং যাবন্দনা মিংনহা চুম্না লেথিাদ অদুগ মিংকাপা শিং

ঋ—ঞ অদুনা শৌদোক্লবা চ-মহীন হফা ফাজিনবগুম তৌবি। অম্মম উমংদা লেব থব্রায় পানবশিংনা মচি থৃদিঙদ চংথোক চংশিন শোংবা হৌরকলে, পম্পা সবোবরদ তাবা কাংডাশিংনা ফুংশিনা খোংব মখোলন অস্তুম অস্তুম নিন খোংলকলে, থৃবাক থৃবগুম শামু লমশাশিংগী মন-তান্থা-মখোলদ য়াহোংশিংবু জগোই শানিঙবা পোকহল্লকলে।

অস্তুম তৌনা ফুমিং কৌব লাইনা আতিয়াদ মথং-থং কাহংপা হৌনক্লবদা মতম অদুদা লাকপা শামুগী মনাকোঙ্ ময়াদা মথ্ব ওন্দন হৌব অশংবা নতু ময়াম উব ফংবগুম্না অডাঙবা উনা মচ মচাগুম তঙাং কডাংবা ফুমিংকী মশেক ময়াম উবকলে। মথং মথং ফুমিং মঙাল তপ্প তপ্পা শন্দোবকলে। ফুমিংকা মচানিপা

ট— ড য়োং নিংথৌ সুগ্রীবনা তাবাবু লৌবগা বিষ্কিন্ধা চাংদোন্দা লৈত্তুনা, পম্পা সবোবর মন ক্লা হৌব উপালশিংগী মথক্ত চংলগা নক্লব বন মনুংদা চঙ্বগুম—অমেঙ্বা ফুমিং মঙাল্ল অহানবদা আতিয়াগী থরাম্মাচাকশংবু মুংহল্লম্লগ, উদয় পর্ব্বতকী চীংদোন্দা থোক্তুনা পম্প সবোবর মনাক্তা হৌবা উপালশিংগী মথক্তা মঙাল শন্দোবক্লগা মথ মথং বন পুম্নমক্তা শীন্দোরক্লে।

অস্তুম তৌদুনা, নেংগী মনুংদা অহানবা যুথক মথায় অমদি লাম্তোকখ্রবদা ফুমিংনা মক্কম পুম্নমক্তা অয়ুক অঙনবগী তংশেং তংশেংলবা মঙাল অদু শন্দোকপা হৌরক্লবদা—মচীঙ্গাক থিনবগীদমক তেনরাশিংনা মানা মানা পাম্বা মায়কৈদা থাপ্পা থাপ্পা চাইথোক্লখ্রে—মচাশিংনা মহুম মহুমদা তুমিন্না লৈনখিবদগী করিগুম্বা মখোল

অমত্তা খোরুদবনা ভেরা পাম্বী অদুবু করিস্মু লৈতবা ইহাঙ্ হাঙ্বা ওইনা নিঙ্হল্লি। ঐগী ইপাস্মু মশাগী মহুমদা লৈ—ঐহাকস্মু ইপাগী মনাক্তা উক্রোঙ
ঢ—ত মন্নুংদা অত্থুমক লৈ। য়াম্না নৌরিবা মতম ওইবনা ঐগী পাইবা ভম্নবা পাংগল লৈরমদ্রি—ইশা চোংথৎলকপদ মভায়রি।

খুদক অত্থুমক্তদা, অচৌবা বন মন্নুং অত্থুদা শাতানবগী নিনখোংবা মখোল তান-রক্লবদা বনগী থল্লায় পানবা পূম্নমক মিপাইনরকলে—কোয়না পায়রিবা ময়াইকাবা খোইমুশিংগী শেংকাত্তবা মখোলনে, মনাতোন থাংগত্তনা মচি খুদিঙ্ থুংনা চংপা লমওকশিংগী 'ঘর্ ঘর্' হায়বা মখোলনে, অমসুং লোক্লুংদা তুম্নম্বদগী হৌগৎন-রকপা নোংশাশিংনা অকিবা ফংনা ভংনরকপা খোঞ্জেলনে পূম্নমক অসিনা
থ—দ পুল্লপ তিম্নথিত্থুনা অমূক্তা হেন্না নিলহনখ্রে।—ভগীরথনা হিমালয় চীংথক্তগী লৈমায়থক্তা পুথরকপা মতমদা থোকখিবা গঙ্গাগী ঈরাউখোনগুম্না পাক্লা চাউনা লাঙ্বা খোঞ্জেল অত্থুনা উপাল রাপাল পূম্নমকপু নিকহনবগুম তোরক্লবদা উমং লাইশিংনা কিরত্থুনা ঈরাং অত্থু তাবা হৌরকলে।

অমূক্তস্মু তাজখিদ্রিবা ঈরাং অত্থু তাবদা ঐ কিবনা হায়ফম খঙ্খিদ্রে—ইশা নিকপা হৌরকলে অমসুং নাকোঙ্ চক্র শেগায়থিবগুমখ্রে। মতম অত্থুদা অকিবা কোক্লবা ইনাক্তা লৈবা ইপাগী শোল্লবা মশা-কারক্তা চঙ্শিন্দুনা লৈরে। মথংদা "মফম অমদা শামুশিংনা থম্বাল মরী ময়াম নৈহৎপগী মুংশিবা মনম ফাওরকলে—মফম অমদনা লমওকশিংনা মনম নুংশিবা পালগুম্বা মরু জাং অমা ( মুথা ) ফুক্তুনা চাবগী মনম নম্নকলে—অসিদনা শামু মচাশিংনা চিগোংলৈ পাম্বী থুদেক্লম-
—লে মত্থুগী মনম লাক্লি। অসিদনা উপাম্বীদগী মনা অকংবা কেল্লকপা
ধ—ণ মখোল তারি—মচি অমদনা লম ইরোইশিংনা বজ্রগা মাম্নমা কল্লবা মচীনা লৈশৌবুংগী লৈপাক থিনগায়বদগী উফুল পাইথৎলি—অশোমদনা শজি ময়াম চৎলি—আ-রাইদনা শামু লমশাশিং লৈরি—অসিরাইদনা লমওক সঙ্গু চৎলি—অশোমদনা লম ইরোইমথৈনা শজীক চানরি—অসিদনা রাহোং খোংলি—অসিদনা খ্রঙ্ মখোল তারি—মসোমদনা নোংশাশিংগী মখুজীম্না মরাইবক হোগায়বিরবা শামুশিংনা খোংবা তারি।

অসি য়েংউ—মশাদা লৈনাং তৈবা ওকশিংনা চৎথিবা লম্বীনি—শজী মথৈনা হানৌ-নাপী-শগুপ শায়বদা অশংবা মহী খোরক্তনা মচীন্দগী তারকপা কোংগোন-মথৈস্মু ইশং ইশং শংলি—ময়াই কারবা শামুগী মরাইবক্তা রাইথায়রম্বদা মচুম-মনম-চুহৌরবা উশিংদা খোইমুশিংনা ভংত্থুনা তোংলি য়েংউ—শভাইশিংনা চৎখিবা লম্বী অসিদা ঐ তৈবা উ-না অকংবা ময়াম লৈবনা ইভাঙ্ ভাঙ্না উম্নি। শামুশিংনা

নেৎথংলম্বা ঊনা উশা মম্নাম অসে য়েংউ ; শামুগণ্ডাশিংনা শান্নরম্বগী খুদমশিংমু লৈরি—মসিনা নোংশা চৎখিবা লম্বী শোয়দনা ওইগনি মরমদি—মথোয়গী
ক—ব খুজীন মতোন্দগী তারকপা ঊনা মওঙ্ মানবা অকিবগী মশক ওইববা ঈ-গী খুদম ভাক্তা লৈরি অতুগা অহাৎপা শাগী ঈতনসু লম্বী অসি ঈভাঙ্ ভাঙ্লি অমসুং গজমুক্তাতনা মকুৎ মতোঙ্ নাইহল্লি।

মফম অসিদনা মচা পোকপদা ভায়বিবা শজি অমোমগী মপূক্তগী তারকপা ঈতনা ভাংশঙ্ ভাঙ্লি, কোক্কী শমনা লোনবা বেণীগুম খোয়রবা বনগী লম্বী অসিবু শারুপ পুদুনা চৎপা অচোবা শামুগী মচুমন ইমক মকশিলহল্লি। চমরী কৌবা শজি চৎলিবসে তান্নৌ, ক্রং ক্রং লাউববা শজি মথীতনা বনগী লমদম অসিবু ঊফুল হৌহল্লি—মরম অতুনা থুনা চেনশিল্লু—উ অসিদা কাথংলু, অশোমদা
ভ—ম য়েংউ, মথোল অসি তাও ; লীরুং থুনা পায়য়ু—চেকশিন্না লৈযু—হুই থাদোকলো" অস্মুম তৌনা মহৈ মহৈ রা ভাঙ্নবা—শাতানবদা মপূক্লিঙ্ চঙ্লবা, উপাল মরুমদা থুপচানবা অমদি অপাকপা মফম কনখ্রবা মীয়াম্না লাঙ্বা লাউবা মথোলনা বন অতু ফেৎফেৎ হাইবগুম নিঙথ্রে।

অতুগী তুংদা শাতানবগী তেন্না পান্দুনা নোংশাশিংন'—মরু মনাউ অনিমক্তা মহী লাঙ্বা গাফ থাবনা চোৎলবা পুংগী মথোলগুম লুম্নবা খোঞ্জেলনা চৌংগী গুহা মনুং ফাওবদা খোম্থাঙ্ য়ৈহন্দুনা অমূক্তা হেন্না হৌনা ভংলকপদা থীম্বা তৌদনা বন পুম্নমক অতু থক থক নিকপগুম তৌনকলে। কিবন ইথক থক্তা মশাগী
য—ল শাক্তগী চোইথোক্তুনা নায়তোম চৎনরবা শামুশিংনা মনাতোন ফূবগী মথোলগা লোয়ননা নোং ভংবগুম মথোল লুম্না ভনরকলে। য়াঙনা চেনবা হুইশিংগী ময়ানা মশাগী তোংশা ককূপা হৌবক্লবদ, য়াম্ন নারবা শজিশিংনা ইথক থক্তুনা মথরায় রানা মমিন্তা ঈরা চেন্দুনা অকিবা খোঞ্জেলনা খোংনরকলি।

শারুপ পুবা শামুবু শাতানবনা হুংখ্রবদা কায়না মৈহুম লাংহৌববী শামু অমোমশিংনা মচি খুদিঙ্ কোয়না কোয়না চত্তুনা খুদক্তা ষংলবা মপুরোয়বগী রাবনা শাংনা শাংনা খোংলকলে অমসুং ঊনাগুম পাক্লবা মনা থাংগৎলগা শাতান-বশিংগী ইনিল তানবা হোৎনতুনা মশা কোয়রৈ লৈরকপা মতমদা মচা
হ—স মথৈসু মথোয়গী মতূং কোয়না অস্মুম ইন্নরি। মচা পোকপা কুইদ্রিবী শামুগণ্ডা অমোমশিংনা কিতুনা মপাং কায়নখ্রবা মচাশিংবু কোয়থি থিবদা মথোল রাংনা রাংনা তেংথানরক্লে। উচেক মথৈনা উথক্তগী পাইথোক্তুনা লৈনা লৈনা কিনা কিনা খোংনরকলে। শা-তানবশিংনা থুনা য়াঙ্লী চেন্দুনা শা-কোয়তাব তাম্নবদা লৈমায় নিকহন্দুনা থাংবা মথোয়গী অরুম্বা খোঙ্থাং মথোল তাবা ফংলকলে।

শাত্তানবশিংনা নাকোঙ্ নাকৃচি য়োনা লৌরী চিংথোক্লুনা তেন ক্বাপথোক-থিবদা থুনুখ্রঙ্না থোংবা মথোলগুম লৌরুং মথোল থোকহৌরি। মুংশিত্তা পন্দুনা থাঙ্শাংনা 'হুইস, হুইস' হায়না মথোল থোকলি অত্তুগা ইরোইশিংগী হ—ক মরেংজুমদা য়ানশিনবদস্মু মথোল থোকলি। অত্তুগা য়াঙ্না চেনবা হুই-শিংনা থোংবা মথোলতনা অত্তোপ্পা টুমং ফাওবা তাখ্রি।

মতম থরগী মনুংদা শাত্তানবগী নিল থোংলম্বা অত্তু নেমথখ্রবদা মপূং ফানা নোং হৈথখ্রবদগী মনা মনিন নাইথিদ্রবা অমংবা নোংগী মতৌগুন্না পাক চাউরবা বন পূম্নমক অত্তু—লাই হিংচাবা কাঙ্বু অনিনা নৈবা লোইখ্রবদা ইথক ইপোম হৌথিদ্রবা সমুদ্র ইপাক্লুম মপূক নেমথখ্রবদা ঐগী কিরম্বা অত্তু থরা ফরক্লত্তুনা অঙাং ওইবগী হৌনশা 'করি থোকখ্রবগে' হায়বত্তু থঙ্নিঙ্ উনিঙ্বনা লাঙ্তক্লরকলে—কিবনা অমূকস্মু মিৎ কুফেৎ কাযেৎ তৌরগ' ইপাগী শেগাদগী থজীক্তুং লিৎথোক্লগা উক্রোঙ্ মনুংদগী ঙক মথৈদং থিন্দোক্তুনা মায়কৈ অদোমদা য়েংবা হৌরকলে। ঐনা উরক্লে—বন অত্তুগী মনুংদগী শাত্তানবা লাম্মীশিংনা ঐথোয়রোমদা চঙ্-শিল্লকলি। কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুননা মপাম্বোম লৌশীং অমনা ওৎথায় নৈথায়রবা নর্ম্মদা তুরেলগী ঈচেলগুম—অকনবা মুংশিংনা মক্ল ফক্তুনা হুমদোক্লবা তমাল বনগী মতৌ-গুম, পুল্লপ পূনশিন্নরবী খুদোংথৌরবী অহিংশিংগী য়ুথক মপৈগুম—য়ুহারাবদা ওস্থ-রকপা, কাঁজলমুক মুবব নংগী যূম্বীগুম—মুমিৎ মঙাম্না তানথায়বিরবা অমম্বা ঈচেলগুম খ—ভ —কোয়না চংপা যমগী মনাই ময়ামগুম—পৃথ্বি ফাওদোক্লুনা পাতালদগী কাথংলকপা হিংচাবা মপৈগুম্—পুল্লপ পূর্নশিল্লবা পাপকী থবক ময়ামগী মশক্লুম—দণ্ডকারণ্যদা লৈবা মুনিশিংগী মচান্দগী থোকথিবা মশক নাইবা অভিশাপ মপৈগুম—রামচন্দ্রগী অত্তৎ অথম লৈত্রবা তেনগী নোংদা মথৱায় থাখ্রবা খরদুষণনা মাবু মাঙ্নবা থল্লুবা রাখলগী পাপনা অমূক হন্না শাহিং চাবা ওন্দুনা লাকপা হিংচাবা লাম্মী তেংগোলগুম—মফম অমত্তদা পূল্লরবা কলি যুগকী মরূপ মপিজা কাঙ্বুগুম--পম্পা সরোবরদা লৈয়োনবা লাকপা লম ইরোইশিংগুম—অৱাংবা চীংদোন্দা তোংবা নোংশাগী মখূৎনা কম্বদা মচেৎ মচেৎ তারকপা অমুবা নোং মপৈগুম—বনগী থৱায় পানবা পূম্নমক্কী মাঙলমদাইদা খুদম তাক্লবা থোক্লকপা ধুমকেতু ময়ামগী মশক্লুম—অমদি তাইবঙ্পানবা পূম্নমক্কী অমাঙবা থোকহন্নবা লাকপা ভূতকী মপৈগুম—থোইদোক্লা অকিবা শকফম পুরবা শাত্তানবা লাম্মী লৌশীং কয়া কয়ানা বন পূম্নমক মমশিলহন্না লাক্লি।

পাক চাউরবা শাত্তানবা লাম্মী মপৈ অদূগী মরক্লা কনবনা মশা অত্তু য়োৎনা শাবা মানবা 'মাতঙ্গ' হায়না কৌবা সেনাপতি অদুবু উবা ফংলে। লৌরুংতেন

শ্রীজিন্নবদা একলব্যনা মপোক অমা হোংহনা পোক্লকপগুম্মী। মর্মান্নদা মকোই থবা থবা চোংবা হৌরকপনা ময়াই কাবনা মচুম তাবা হোৎরুবা—চায়রুং অনিমক চোৎপা অচৌবা শামু মচাগুম উরি। থম্বাল অশংবা মানবা শংবানবা মঙাল্লা মহাক্না বনগী লমদমদা যমুনাগী ঈশিং হৈদোক্লবগুম নিঙ্‌লি। শামু মচুম পক্ত্‌না

চ—ঠ মকশিল্লবা নোংশা মশোং মানবা মতোল হাইকেৎ থোইবা অমস্থং মুশিন মুবা মশম্না লেংপাক য়ৈনা শাংলি। মাগী লাইপক পাকই—মনাতোন ৱাংই—অমস্থং য়েংবদা অকিবা ফংই। ওয়গী মনাকোঙ্‌দা লিন মতোকী মণি অমা লৈক্তেং ওইনা য়াল্লি—মতুগী ভাঙ্‌নবা মঙালনা ওয়গী নাকল অতুমা তঙাং তঙাংহল্লি; মতুনা মরম ওইহনা মহাকপু, মতম পূন্নমক্তা ঊনা ঊশাগী ফম্মুংতদ য়াতাবদগী মশাগী ওয়থংবা নাকন্দা অনৌবা ঊনাগী ভাঙ্‌লৈনবা মচু পকখিবা মালহল্লি।

সপ্তপর্ণি অমদি অমুবা অগুরুগী মতৌগুম মনম মুংশিরবা হাংপা কুইত্রিবা শামুগী চায়রুং অনিদগী লোয়কপা শামু মচুমতনা মশা অপূন্নদা তৈরি—শামু মচুম অতুগী মনমদা ককভাওনরবা তমাল-মনা-মচুগুম-মুরবা থোইমুশিংনা য়াহোং মতুনা শাবা থাকনগুম মাগী কোক্তোন্দা কোয়না পাইহনা মুংশা মঙাল য়ৈহন্ত্রি।

ড—ণ মাতঙ্গগী মপাম্বোম পাংগলতনা নমথেক্তনা মাম্নথীথ্রবা বিন্ধ্যাটবীমক্তা কিরহনা মাবু থৌগল তৌবগী মওঙ্‌দা ঊনা লেঙ্‌বা শাদূনা মথুৎমক্তা মাগী মরাই-কক্তা কাবা হুমাং-মরীকশিংবু তৈথোকলি।

শক্তি শঙাই পূন্নমক্তী শিবমদাই অক্টিংগী মুমিদাংৱাই-মচুগুম ভাঙ্‌শিল্লবা মাতঙ্গগী মমিৎ অনিমক ঈখেংতনা চোৎপা মাল্লি অদুগা মমিৎ অনি অদূনা মহাক্না মায়কৈ পূন্নমকপুস্থ মচু শঙ্‌জিনবগুম তৌরি। নোংদম্বনা, কালীগী থোংজীন্দা শা-বলি তৌদূনা কৎনবগীদমক থৃৎলাই মল্লা থাংবা হোৎনবদা হোগায়-থিনগায়প্রবা মায়গৈ ভাকপা শামু নাতাল মানবা—থৃকউ য়ৌনা চোম্বরবা মাতঙ্গগী মপাম্বোম অনি অদূ শেম্বিহনা মাগী কজবা হেলহল্লি। গুঞ্জামালা মহৈগা গজমুক্তাগা তক্‌-থায়নহনা থবাক্তী লৈতেং ওইনবগুম বিন্ধ্যা চৌংজাউগী নুংদূম মাল্লবা পাক্লবা মথবাক্তী মরীক মরীক কুংনা শৌরিবা হুমাং মরক্তা মুশিল্লা ভাঙ্‌লবা শক্তিগী ঈ মরীক মরীক পকপনা মঙাল অমা ফাওরি। মুমিৎ থৃদিঙ্‌ পোখাবা

ত—দ লৈতনা শূবা নোম্বা তৌবনা মথ্‌ঙ্‌ চেংত্রিক চেংলি—নোয় পেল্লবা মফে-গজ অনি অদূনা শামু-মচুম তৈবদগী মোৎ-ৱাউনরবা শামু পুনফম চুপ অনিবু করিস্থ ওইনা থানদবগুমলি। মহাক চা-মহীনা শঙ্‌বা মুগা কি অমা শেৎলি (ফেরো-মুগা)। পীশূম শৃকূনা অশাউবা ঊৎনবগী করিগুম্না মরম অমত্তা লৈবা নক্রবস্থ লুংশিহৈক্লবা ৱাৎ-তা পোক্লবদগী, মহাক্না পীশূম কন্না শূরুকপা মতমদদি লৈই

অহুমথক থোক্লক্তূনা মাগী মরাইপক অদূবু অকিবা মশক ফংহল্লি—মহু উরগা মাতঙ্গনা ভক্তিগা লোয়ননা য়াম্না কন্না নিঙ্জবদগী পেনবীরবী দুর্গা দেবীনা মাতঙ্গ অসিবু মাগী মীনি হায়বা থঙ্হনবীনবা মরাইপক্তা ত্রিশূলনা থূদম তৌবীরম্বনি থল্লি।

মতম কুইনদগী থঙ্নরক্লবা হুই কয়ামক্নমনা মাতঙ্গগী মতুং কোয়ন্না অম্লম ইল্লি—ৱাবনা মরৈ হা হা তমলি। চান্নদগী অহুম্মক ভাংশঙ্ ভাঙ্বনা মরৈশিং অহু ইকং ক'লবস্থ শক্তিগী ঈতনা মতিল ওইনা চোথরকপগুম নিঙ্হম্বুনা মহুনা মথোয়না অৱাবা ফোংদোকচরি। কাথোক্তূনত্তা লৈবা ময়াগী মভাল্লা মচীনবান্দা নোংশাগী মশোং পক্তূনা লৈবগুম নিঙ্লি। অচৌ অচৌবা লীকোনগী পরেং মভক্তা

ব—৪ শিবি অহুপা অচৌবা ওক ময়ানা হাইবদা মশাস্থ ঈহং নাইহং শানরি। হুইশিং অদূ মরেপকা য়েংনবদা ময়াং কংতক্ উরবস্থ মপাংগল্লি কনবনা মশোং হৌত্রিবা নোংশা মচাশিং মাল্লি। মথোয় অসি তোঙান তোঙানবা মচুনি অহুগা শক্তি অমোমশিংবু লুখ্রা শীংদা চলহনবস্থ য়াম্না হৈ। নোংশা লাববু কনবীযু হায়জনবা লাকপী নোংশা অমোমগুম্বী অচৌ অচৌবা হুই অমোম থম্বস্থ মাতঙ্গগী মতুং ইম্নরি।

মাতঙ্গবু কোয়শিন্দূনা চংলিবা শীংথাবা ভমত্রবা শাত্তানবা লাম্মী মপৈ অহুগী মরক্তা থরনা চমরী কৌবা শক্তিগী মতু অমদি শামু মম্না পুদূনা চংলি—থরনা মথুল হোত্রবা ডুনাগী দোনাদা খোইহী হাপ্লে ন' পুরি—থর অমনা, নোংশানা তৌবগুম মথূত্তা গজমুক্তা পুরি, থবনা হিংচাবগুম্না মরেংবান্দা অতেকপা শদুম হাইগন্তূনা

শ—৬ চংল্লি. থরনা প্রমথগুম নোংশা মউন ফিজেৎনরি—থরা অমনা বৌদ্ধ লম্বোইবগুম ৱাহোং মতু কোকথোং নারি—অহুগা অতোপ্পা থরা অমনা মকোক্তা কাক মতু থেংপা অঙাংগুম্না কাক মতু পুদূনা চংলি। লাম্মী থরনা নোংজুথাদা নোংনা শীনখ্রবা আতিযাগুম্না অমোংপা ফীজোন শেংলি—অসিগুম্বা শাত্তানবা মপৈনা মাতঙ্গবু পূম্নপ কোয়শিল্লগা শাজং শাথেক তোপ্পা তোপ্পা চংনরি।

উমংদা গন্তা অমদি শামু অমোম অনিমক লৈবগুম মাতঙ্গগী মশাদস্থ থাঙ্ মচা য়াওরি। অপাবা অনৌবা নোংদা ৱাহোং মতু মান্না চূমথাঙ্ থানবগুম মহাকস্থ

শ—৫ ৱাহোং মতুগুম্না লাংবা লীরুং অমা পায়রি। একচক্র কৌবা মক্কমদা বক হিংচাবা লৈবগুম অকিবগী মশক ওইরবা মাতঙ্গস্থ চক্র অমা পায়রি। গরুড়না লিন অয়াম্বগী ময়া শত্তোকপগুম মহাকস্থ অয়াম্বা শামুগী ময়া শত্তোকথি। ভীষ্মনা শিখণ্ডীগী য়েক্লবা ওইবগুম মাতঙ্গস্থ ৱাহোংগী য়েক্লবনি।

ওল্লাংথাদা ইথৌ লাংনবগুম মাতঙ্গস্থ মতম পূম্নমক্তা শক্তি হাংনিঙ্লূনত্তা লৈ। মানস সরোবর তম্না মথোঙ্ য়াঙ্না থাংবা বিদ্যাধরশিংগুম্না অকনবা মপাং-

উদনা চৎখ্রবদা, শাউবনা ঈ মরীক হাইগৎলক্কনা ঈথেংমুক ভাঙলবা অমদি নাপু মচু-মানবা পীশূম অনিনা কোয়শিনথিবদগীসু অকিবা ফংলবা,—ঐথোয়গী পুন্সী পূম্নমক থক্তোকখ্রবগুম নিঙলবা মিৎয়েংনা য়েংছুনা তেনবা মহুমশিং অদুবু
হ—ক মশীং থীবগুম তোরম্মগা, খ্রঙ্‌ কোবা উচেক্কী মতৌগুম্না উচেক্কী মশা চানিঙ্‌বনা মতিন তাহুনা উথক্তা কানিঙবদগী তেরা-পাম্বী অদুবু মথোঙদগী মতোন ফাওবা কুইনা অস্তুম য়েংহুনা লৈরকলে। মাগী মতৌ উবদা কিবনা তেনবাশিংগী মথরায় অছু হ্লামচৎনখ্রে।

তাইবঙ্‌ পানবা অসিদা মিন্নুংসি থঙদবা মীনা তৌঙমদবা কবিবু লৈবগে? অনেম্বা মফমদগী অরাংবা মফম ফাওবদা থূবাক অস্তুম থূগৎলকপদা মথোলস্তু অস্তুম অস্তুম য়াংবা হেনগৎথিবগুম্না মতোন থংবা উশানা লৈচিন থেৎনা য়াংখ্রবা তেরা পাম্বী অদুবু শাতানবা অতুনা যূমগী সিঁড়ি কাবগুম ঈরায় লায়না কাথৎলক্কনা পাইজবা ঙমদ্রিবা তেনবা মচাশিংবু উহৈ হেকপগুম্না উ কারক অমদি উক্রোঙ্‌ মনুংদগী অমমমতা ওইনা ফাদূনা হান্তোক্লগা লৈমায়দা লংথবা হৌরকলে। তেনবা মচাশিং অদূগী মরক্তা থরদি মক্কমদগী লিংথোকচরকপা কুইদ্রিবনা পোকথাম্নদ্রিবৈঙদা ওইরম্বা অঙৌবা অমদি অঙাঙবনা তিনবা মশাগী মফোন অছু উরগা তেরা মপাল ওইরবোই নিঙলি, মশা শৌগৎচরকপদা ভায়রিবা থরনা অপোম্বা থম্বান্দা মনা য়াৎলকপা মাল্লি, থরা অমনা অঙ্গোৎ মহৈ অঙাঙবগুম্মী, মচীনতদা তঙাং তঙাং তঙাংবা থরনা, থজীক্তুং শান্তোকপা হৌরক্লবা মতোন ভাঙবা থম্বাল অপোম্বগুম নিঙথিজরি অতুগা অতৈ অতোপ্পা থরনা শাতানবা অদূবু থাম-
ক—খ জবা ওইনা অতৎপা লৈতনা মঙৈ নিকচরি—অতুমদি ওইরগা মথোয় কনানম্ব খুদোং থীবছ কোক্লবা তৌজবদি ঙমথিদে। থঙহৌদনা থোক্লবা, কোক্লবা পাম্বৈ অমত্তস্তু লৈত্রবা, শোয়দনা থরায় মাঙলগদবা অসিগুম্ব খায়দগী হেন্না খুদোং থীবসি উরহুনা ঐগী ইপানা হান্নদগী শোন্দূনা নিকচরম্বা অতুদগী শক্তক অনি হেন্না নিকপা হৌরকলে; মাগী অবংবা মিৎনহা অতু কোয়রৈ লৈরকলে; মথরায় য়াখিবনা পোৎ অমত্তস্তু তশেং তশেংনা উরক্তে—পিনা মমিৎ থুম্নাৎথবে, তরক তশোন মিৎয়েংনা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়না য়েংলকলে—মথৌরী চরম খ্রক খ্রক কংখ্রে। কবিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তস্তু মশানা তৌজবা ঙমদ্রবদগী কিথিবনা লূ-তাং পূম্নমক ঈশি শিথরক্কনা পঙথরবা মশা শাগল অনিনা ঐবু কূপশিন্দুনা লৈবনা মতম অসিগী মতিকচাবা উপারনি হায়না থম্দূনা অমস্তুং অতৈ তৌফম থঙলক্কহুনা ঐবু কন্নবগী অমক্তা ইথক থকতুনা মথাদা ঐবু চেৎনা মুংশিনা কোনশিন্নকলে।

থম্নমেৎনা মুংশি হৈজ্রবা পাগী শাতানবা অতুনা মথং মথং উশা অমদগী

অঙৌবা উশা অম কামদুনা চেংলগা মঙৈদা এথোয়না লৈরিবা উক্রোঙ মচীন তদুদা লাক্লগা শবিনা যংলবা মুশিন মুন লিন হন্নুবা মাঙ্লবা—লমওক মহাউ তৈরবা অঙেকপা শদুম মনম নম্লবা অদুগা ভুংলা লীবা চিংমনবদগী মথুজেংদা দাগ লৈরব — যমগী দণ্ড মানবা ওয়থবা মপান্থৈনা অদু উক্রোঙ মহুংদা থিংজিল্লকলে। খোঙ্জেল ৱাংনা থোক্লুনা, পাখংলবা হুপ না মখুং অদু মচীন্না হল্লকলে—মতম অদুদা মহাক্না হুপাবু চিংথেল্লগা অদুমক লালহনখ্রে। এদি যাম্না পীক-
গ—ঙ লিবা ওইবগা, কিবদগী অমুকন্দ হেন্না চপাকনখিবগা—শিয় হায়না ভম্লম-দবগনা হুপাগী শাগল মবনদ ভুমেন্ন লোংপদু মহাক্না উবা ফংখিদে। মহাক্না, শিরদুনা মডক লেকখবা হুপাবু মকোক মমৈ ওইনা লৈপ ক্ক ন থরক্লে। হুপাগী খোঙে কারক্তা চেক থিংজিন্দুনা মথাক্তদা লাংপান এম্ন হুপাগা লায়না তামিন্ন-রকখি। এগী শিংন হাইবদুনা মরম ওইদুনা থুংলাংন ভুমডিহল্লে না পূনশিন্নবম্বা উনা অকংন থবগা মথক্ত এগা হুশা ভাসা ভাবুনা লৈরম্ব উবে। এগী হকচাংদা তেবপা বাহং কবিন্দ থোয়না থোকখিদে।

শাতানব অদুনা উদগা কমগাংভু চেক ভবুদ হুংশি থডদবগুম অশিবা হুপ নুংথদ রামদুনা, অংতাং ওম হামগী মংখ্রভ কথংলবহম্না অনকপদা হৌবা অচৌনা ভমাল পাম্বী অমগী মখোংগী অতোবা কানক অমদা চঙ্শিন্দুনা লৈরে। এগী কুচগ বেহককপদ ভায়রং উনাং মংম মাখং এবু বলান্দু শেনা উবা ফংখিদে। থরায়মক থানমদাহ য়াবং মতম ওইনবন্ন, অডাং ওইবনা চাউবরগতা থঙ্লক্কদনা মাশব হংবা মশক অদু মতম অদুদাদ কবিন্দু থঙ্লমদে— পোক-চৈদগী লেখনকপা অকিব অদুভনা এবংনাবহংখি। চোংথংলকপদা ভায়বিবা
চ—ছ হুশা আননা লেমায়দ খড়াক খঙাক শৌদুন তুংবায় ভামলোয় থনা থবা চখোকচবক্লুনা যমগী গাংমংভগী নংগ্ন বক্লবগুম হবাউজরকলে। ভমাল মনাশিং অদুন ভেল পূগীগী মনাক লেংভ ওইনা চিন্নবায়ান নিঙ-থিজরম্মা— পপাম্বা অদুন বলব মগী মকং ফাজোন মচোন্না, ফজবব কুমওগী কুচু ফাওববু লোরথিবগুম্মা— মতুগা মনাশ অদুনা যমুনাগী ভক ভকব, ঈশিং থজাক থজাক্লা শেমাথংওম হংক শাল অনাদ শাম্নু লমশাদগী তাবকপা মচুমনা মনা পূম্ন মক অদু হচোং ইচোং চোংপন অযুক ভু থিল ফাওবদা মাগী উশা কাবকশিং অদু ইমম মমকম্মা, অদুগা এনা শাহেনবের মখোঙগী তহোবা অদুম্ম নুমিৎ মতাল চঙদে অমসু অতোম্বা বনাগুম্বনা চদ্ব উমগদবস্থ ওইবমদে।

শাতানব অহল অদুনা তেবাপাংদগী বূমথনল্লগা হুদক্কা মচি থাডি চাই-থোক্লিবা ভেনরা মচাশিং অদু খে মাভাপুনা উবা মযাম অমনা পুনশিনলগা উনাগী

থুম্মূক অমদা হাপচিন্দুনা মাগী সেনাপতিন' চৎথিবা মায়গৈ অতুদা মমায় ওন্দুনা থুনা য়াঙ্না চৎখ্রে। মতম অদু ভদা ঐ হিংলগদবোই খল্লকলে—অতুমদি ওইরগা হপা শিথিবগী অন্নাবনা হুজীক্তদা থম্মোই খ্রক খ্রক কংশিন্না ন্নারক্লে,— য়াম্ন' ন্নাংবা মফমদগী তারকখিবনা হান্নদগী ইশা চোকথরম্মী—হেক্তিন্ন' কিথিবনা ইশ থক থক নিকলম্মী—তাঙ্গা অতুদা ঈশিং খৌরাংবনা লাকহৎলক্ত না ইশ পূন্নমক অসিবু অমূক হিক্থহল্লকলে। শাতানবা পাপী অতু ডাইহাক অসিদদি ফনা থাপ্ন' চুং-খ্রিগনি থন্দুনা ডক খজীক্তং থাংগৎচরকলে অমসুং কিবনা মায়কৈ পূন্নমক্তা তথক তথক য়েংলকলে। অবেঙ্বা নাপী অমম্বং উবদস্থ হক হঞ্জিল্লি—অস্তম তৌনা চিনা চিংননা পাপী অদূবু খোঙথাং খূদিঙ্ য়েংনা য়েংনা তমাল পাম্বী মখোঙ্ অতুদগী খোক্ত না ঈশিং লৈফমদা চৎননবা হোৎনজরকলে। তৌইগুম্বসুং

জ—৳

ইশাদি পান্ত্রিবা ওইবনা তবিৎ তবিৎ খোঙ্ থাংদুনা চৎলকপদা হন্না হন্না মাঙদা উপথুননা ভুশিন্দুনা থবো থরো ওল্লকলে—নাকল অনিমক্তস্থ তুগদবগী তোয়না তোয়না তৌবল্লবদা চোংলকপা কুইড্রিবা ইশা শারুং মতোম্না লৈপাক্তা খজীক খজীক শোদুনা চৎপা ঙম্নবা হোৎনবদা শদো থোংখ্র। চৎপ' হৈভবদগী অমুক্তং খোঙ্থা নবা হোৎনবদ ডক তি থভনা শোব মপী হেক হেক হোনখি—উযূলতনা ইশা পূন্নমক ইন্নাউ ন্নাউবকলে— অসুম তৌনা চৎন চৎনা এন খল্লকই—তাইবঙ্ পানবা অসিদা য়াম্না হেন্ন অন্ন'ব তঙ্গা থোল্লববস্থু থন্নায় পানব-শিংনা শিনিঙবদি থক লৈতে—মরম অতুনা হায়বা তাহ; তাহবঙ্পানবদা থন্নায় পানবা পুন্নমক্তা মথন্নায়দগী হেন্না ঙাশিবা অতৈ পোং অমওস্থু লৈতে। মরমদি, অযূক য়াহৌরকপদা নিঙশিংজনিংঙহ ওহববা অপোকপা, হপামন্ন মতৌ অস্তুম্না শিতুনা লৈরবা ফাওবদা এদি, পূন্নিঙ্ লৈতনা হিংদুন লৈনিঙলি। কয়াদ ঙক্লিবনো। হপা শিবগী ভন্ন'বা অসিবু অসুম্না থাঙ্দূন অকিবগী মশক ওইনা হিংদুনা লৌব, মানা এগী কান্নবা তৌব'বম্বাশিং অদূ যাওদা নিঙশিংত্রি—মরম অতুনা ঐ অস নুংশি হৃতবা, তৌবীমল থঙ্দব', তোনথ্রবা মচা অমনি।

অপোকপী ইমান লাইথুয়া তানথ্রবদা; অন্ন বা মৈচাক অতুবু থম্মোইন্নুংদা ফুমদূনা থম্নগা, অতুক অহল ওইতুনা শোল্লবদস মচা ন্নুংশিবন থূন্দাৎখিতুনা এনা পোল্লকপা নুমিৎ অতুদগী হৌনা, মচা চাউনবা যোকপগী থম থেংব' অন্নাবা পূন্নমকপু

ভ—৭

পবিস্থ লৈতনা থন্দুনা মথল মথা অয়াম্বা প'ম্বৈনা ঐবু য়োকপিবকখিবা—মত পূন্নমকপু থংকাউ কাউথোকপা ভমখিবনা ঐগী থম্মোই অসি অশেং-বমক লাঞ্জরিকমুক্ত' চাউই হায়বসি ইশান' থঙজবা ঙম্মী; অসিদস্থ নত্রি—ঐগী থন্নায় অসিস্থ অচৌবা ওইদে, মরমদি; ইপানা অস্তুক য়াম্না তৌবীরম্নগা ঐবু

থাদোক্কনা চৎখ্রবা অসি ফাওবদা ঐগী থরাযনদি মতুং ইনখিবা তৌগ্রি। হিংনিঙ্বা রাখলতমা থরায় পানবশিংবু হিবম খুদিঙ্মক্তা পূকচেল পীকথহল্লি, মরমদি— য়ৌনা থরায় নুংঙাইত্রবা মতম অসিমক্তদস্ম ঈশিং খৌবাংবনা ঐবু হেন্না রাহনবা ঙমলি। ঐনা খল্লি—ইপা শিবগী অবাবা থৌশাক্তদবন' ওইহল্লকপা মুংশি হৈতবা অহুতনা ঐবু অস্নুম্না ঈশিং খৌবাংহল্লক্লিবনি।

তুজীক ফাওবা পূগ্রী য়োগদহ'য়ায় রাংলি—ঈশিং-লাইবেম্বীগী মথোঙ্দা শিবা নূপুর থোঙ্গ্লেলগুম শেংফাগুবা কাংভা অমদি রাইমুগী মথোগ তুজীকসু থাপ্পা তাবি। থাপথিবদগী অমদি মায়কৈ থুংনা চাইথোকথিবদগী অস্নুম অস্নুম পাথ-বক্লবা থম্বাল বনগী নুংশিবা লৈনমস্মু থর থবতমক লাকলি। নোংমগী মমুংদা,

ড—দ তুমিংনা কোক্কোন্দা লৈতুনা অতং অথম লৈতনা মৈ মরীকুম্না মডাল শন্দোক্তনা থরায পানবশিংবু ঙমথৈ লৈতনা ঈথৌ লাংহন্দুনা রানহনবস্ম

মতম তাঙ্গা অসিন্দনি। নুমিংকী অকনবা মৈশানা-চাকথেক্রবা উফুম্না লৈমাযদা থোং থাংবা ঙমথিদ্রে, হন্না হেন্না থৌবাংশিল্লকপনা ইশা হিকথবক্লে—থজীক্তং ফাওবা চঙশিনবা চেম্নক্লে—মমৈদদি ইশা ইথম্বা লেংজবা ফাওবা ঙমশিল্লক্তে, থম্মোক্তই শোন্তরকালে, মিং উরক্তে। অদুনদি, নোংদম থীবা বিধিনা ঐগী ঙসিমক শিনিঙদনা শিহনগে তৌবমাল্লে।

ঐন অস্নুম্না মওল মওল খল্লিবৈং মতম অসিমক্তদা—পূগ্রী ময়াগী তপোবন্দা লৈবা মগুণ চেল্লবা জাবালি কৌব ঋষিগী মচানিপা—মহৈ পুন্নমক লোইনা তম্লতনা সনৎকুমারগা মান্নন পূবচেল শেংলবা 'হারীত' না মমান্নবা মুনিকুমার অতৈ অতৈগা লায়নন থম্বালতনা থল্লবা স্নপন্ম সরোবরদ ঈকজনবগীদমক লম্বী অহু-মক্তদ লাবথি মঙোন মশা চাউৎদা অনিগুবা মৈ কৌবা লাইগুম্লবা, হারীত কৌবা মুনিকুমার অসিগী মশক যেংবা রনথে রম্মী—মাগী শকুংঙ অহু থোক্লিবা তুমিং মকোয়দগী হন্দোক্তনা পুথে বকপগুম্মী—মশ পম্নমক নোংথাঙতনা শাবগুম নিঙ্ই অহুগ মৈদা মহী চেলহল্লবা সননমগী উনশাদা তৈবগুম উরি। হাইফেং নাপু মানবা, অদুমদি ঔইবগা ঔক তরুন শন্দোরকপা মশাগী মডালদা নোনা

ব—ভ হুন্দোবকপা নুমিং মডালনা অংগ গোমজিল্লরগুম অমদি বন অদূবু লম্মেনা রাযশিল্লকপগুন উইনখি। মৈ ঈক্লবা য়োংকুম্না ঙাশঙ ঙাড্বা অমদি তীর্থ অয়াম্বদা লূপ্লবদগী শেংলরবা ডট মপৈনা মাগী লেংপাক যৈবম্মী অমসুং মকোক্তা শিথাসু পুনবনা থাগুব-বন মৈ থানবগীদমক্তা ব্রহ্মণগী শকলেন পাখিবা মৈ কৌবা লাইগুম—মাগী শকফম অহু মঙাম্না ঈবং লংলম্মী।—তপোবন লাই-রেম্বীগী নূপুবগা মান্নবা মনুং-ফাগুনা উবা-ঈরং লংবা নুংলা শাবা জপমালানা,

ধর্ম্মগী পাউত্তাক ঙাক্লবগীদমক ঈকোয় কোয়না লেপ্পা লাম্মীগুম য়েৎকী মনা-কোঙ্দা য়াম্থত্না লৈবনা মাগী ফজবা হেলহল্লি।—চাবা শেংপা পূম্নমক থাদোক্লবা য়াশক অহুম্নক লৌখিবগী থৃদম ওকৈন' মবাইপক্কা য়েকপা উংকী ত্রি-পুণ্ড্রনা মাগী লৈতেং ওইনবি।

পাইথংকে নিঙলবা উবোক্লুম মতম পুক্লক্ত মকে থাংগত্তনতা মরৈবা নুং-ঙৌনা শাবা কমণ্ডলু অমা মথুংতা পায়বনা স্বর্গগী লক্ষ্মী তাকপগুম তৌবি। অশংবা অমদি য়াউথাংনব মচুনা তিনবা শাবং মউম্না—হেন্না তপ তৌবা শক্লবা মানা থক-চিনখিবা মৈথুগী মপৈনা মপূক মকুংদগী থোনব্লগা মশাদ কোনা য়েৎশিল্লনগুম মবেংবান্দগী য়াম্থবক্তনা মশাদ' কোযনা য়েৎশিল্লি। ওযগী লেংবান্দগী য়াম্থবক

ম—ল লিবা অকুপ্প' লংভাগী নগুণ অদনা থম্বৌ মশিন্দ' শানা মাম্লি অতুগা মং-মনবদগী কু শিংকী ইপোমদা ফব ফব ত যশিবা মতৌ অতু উবগা নগুণ অতুনা—মতোংগী শক্নক য়াঙদ্রবা ইবল কন্ন লৈব গাবীতকী নাকথ' শক্ন অদুব মশীং থীবিবগুম উবি। মাগী মথং য়েৎক' পাযনিবা পাংগাং চেগু অগী মতান্দা লাইগী পূজাগীদমক চেকচিল্লকপ লমনক-উবাদ শাংপ লৈতন থম্লব-উনাগী য়েন্দায় অমা যানশিল্লি।

কুমিৎ থদিঙ্গী মহাক্কা য়াইন্ন চবা থৃযা খা পাযতুন' কৌশিল্লগা পীজবদগী শকথঙনখিবা তপোবনগী শক্তি মইখনা মাগী ঈকজদদ শীজিল্লনবা মচা মকোন্দা লৈপাক কোক্না পুবগা অস্ুম অস্ুম মত ইম্নবকপ মকমদা লক্ষ্মী নাকল অনি-মক্তা হৌবা কুশ পাম্বী অমসুং যপান শংপা উযাগা থে নদা চেনাথোল ফংলত্তনা তুথক তথক তৌবি। উগী উশাগুম চাবাতগী মশা অদুগু অংথ ংপা উকুনা কপ-শিল্লি—চাউজাউগুম থুাঙলাক্লা লককশিল্লি: থাব বাল্লনা হন্না হন্না উম্নগুম হাবীতম্ম সোমরস ইতগুত্তনা থকঊ-পথাগ্লিতপস। (মায়ইক মবিমক্তা মৈ, কোকথক্তনা কুমিৎ মডা অসিগী মবক্ত ফমতুনা তপ লৌবা। তৌব মতমদা মহাকম্ম

ব—শ থম্বালধুম্না হেক হেন কুমিৎ মঙাল থকচিল্লি—ঈশং ঈচেলনা মতম পুম্নমক্তা চোর্ব্বানগী উক চাংথোকপগুম লোংমদা অতুম গল্লমক ঈকজনা হ বীতগী জটাশিং অদুম্ন কশেং তশেংলি; শামু ময়া মানবা মাগী ময়াশিং অদুসু অশাংপা থবো অঙৌবগুম ঙৌরেক থৌবি. কৃপাচার্য্যনা মাকম পুম্নমক্তা অশ্বত্থামাগী মতুংদা লেপ্পগুম হাবীতক্কী পাম্মাউদম্ম মতম পম্নমক্ত চানবী হৈবা মগুণ চেল্লম্মী—চিত্রা, মৃগশিরা, কৃত্তিকা অমদি অশ্লেষা নক্ষত্রনা থরাম্মাচাক মপৈগী লৈতেং ওইনব-গুম অয়াংবা লক্ষ্মী মউম্না মশাদা কি ওইনা থোংবনা মহাকম্ম নিঙথিজরম্মী—ওলাক্তপ্রাদা ময়েং তাশিল্লকপা (তেনশিল্লকপা) অকিংগুম মাগীম্ম অশাউবা,

য়েংথৌবনচিংবা দোষ পূম্নমক ময়েং তাখি ; নোংজুথাগী ঈশিংনা লৈমায়-উফুন ফাবগুম যোগ সাধনন। অপাম্বা মিত্তৌবনচিংবা ফাজিনখি—বরুণদেবগুম ঈশিংতদা নম্না লৈ—কৃষ্ণনা নরকাসুর হাত্তনা মাগী অকিবা কোকহনখিবগুম অকনবা তপ-স্যানা মহাকস্তু নবক-কী লম্বী থিংখি—য়াচঙ্‌বা মতমনা থরাম্মীচাক মপৈবু নাপু মচু মালংনবগুম মাগী মিংনহাস্থ হাইফেং নাপু কারি—অয়ুক অঙনবগী মুমিং মঙানগুম মশাদা নাপু মচু ফাওরি—মুমিং কৌবা লাইগী দোলাইদা ( রথ ) য়ৃম্বী অমস্থং কাংথোঙ্‌নচিংবা পূম্নমক চেংনা চেংনা ফাজিন্দুনা লৈবগুম মাগী ইন্দ্রিশিংস্থ কন্না কন্না ফাদ্রনা থম্নম্মী—থৌবাঙ্‌ চাউবা নিংথৌনা ব্রা লেন্না তান্নতুনা লাললহৌ নেমথহনবগুম ইষ্ট মন্ত্র শোন্দুনা মশা ময়েং তাহল্লি—সমুদ্র ঈমায়দা লৈবা কোয়না লৈশিনবা ইরৈনা উরু উরু লৈশিনবগুম মাগীস্থ মকৃৎ মতোঙ নাইবা মোইবুং মবৈগুম্বা অংকোয়বা খোয়দো পাল্লি ; ভগীরথনা পৃথ্বীদা গঙ্গা কৃমকপা উথিবগুম মহাকস্থ গঙ্গাগী তাবকক্ষম হবিদ্বার দর্শন তৌখি—থোইমুনা থম্বাল-বন-তদা চাক্তা-বগুম মহাকস্থ তপ তৌনবগীদমক পুস্বব তীর্থদা অমদি অপৌ অচৌবা উমংতদা লৈ।

উমংদা লৈরবস্থ হারীতনা থুযায়দগী হেন্না ফজবা মলান্দা চঙখি ( উমংদা লৈতুনা পরমাত্মাবু জ্ঞাননা উখি )। মশাদা কবিগুম্বা অপুনবা অমত্তা লৈত্রবস্থ অরানবা খুবম হায়বতুদি পামজৈ ( ইন্দ্রি খুতুম চনবা ওম্নমদ্রবস্থ মতুংদা ওম্নক্তুনা মুক্তি ফংনব তানগে খল্লি )। মহাক্না সামবেদনা হায়বা থবক পূম্নমক য—ক তৌখি অদুগ মথুক্তুনা চৈস্থ পায়। মমিং উত্তৈশিন্নবস্থ মহাক তূম্বদি তূমদে ( তূম্লিব লৌগুম মপানগী ঈবাং থঙ দে অদুগা পবমাত্মাগী জ্ঞানদি ফংলম্মী )। মমিং অনি পাল্লবস্থ ওয়্গী মমিংতি থাদোকখি ( নৃপী মশক য়েংখিদে )।

শূকচেল চাউবা মাশিংদি, মবম লৈত্রবস্থ মতম পূম্নমক্তা অতোপ্পগী কাম্নবা রাথলতা থংবা অমস্থং থোজ ল হৈবনা ঐবু উদগী হুংশিবীতুনা মহাক্না মনাক্তা লৈবা ঋষিকুমব অমদা হায়নকই—'তেনব্রা মঃ অসি মশা পান্দ্রি, কবিগুম্বা অমদগী উথক অসিদগী পবকপা নত্রগা থুন্নখ্রঙ্‌ মচীন্দগী তাহৌবা ওইরম-খ—গ গনি। সেংউ, মসি শিগাদোবে ; মমিং উত্তৈশিনখ্রে, হুংশাশোব অশাংবা থুন থুনা হোল্লে, হন্না হন্না মকেকসোমদ তুশিল্লে, ভাত্তৈহাক লৈতনা ময়া কারকলে — মঙক হাইগৎচবা ঙেমদ্রে। মবম অসিনা লাউ—শিবনা হানখিদ্রি ঊঙদা মাবু ঈশিং মনাক তান্না পুশিনবীযু" অসি হায়বদগী ঋষিকুমার অতুনা ঐবু পূথ্রী মপান তান্ন পুনবে।

ঈশিং মপান য়োবগা নাকল অমদা চৈস্তু অমস্থং কমণ্ডলু থম্নগা হারীত মশা-মক্না, লেঙ্‌ব, ওৎপা ভমদ্রবা ঐবু পায়হুনা কোক থাংগৎপিরগা—মথুৎ মতোম্না

য়াদা ঈশিং মরীক থর়া থরা তাহনবীতুনা পীথকপিরে। মথূংনা ঈশিং থীকপিতুনা মপূংফানা জ্ঞান তাহনবীরগা পৃথ্বী মপান্দা তৌবা থম্নাগী ঈংলবা মরুমদা ঐবু থম্বীরমতুনা মহাক ঈরুজবা কূমখ্রে। ইরুজবা লোইরগা হন্না হন্না প্রাণা-
ঘ—চ য়াম তৌতুনা মশা শেংদোক্লবমক্তদসূ অঘমর্ষণ সূক্ত ( পাপ কোক্লবা তৌবা মন্ত্রজপ মথল অমা ) জপ তৌরগা খূদক্তা হেকপা থম্বাল অঙাঙবা থরা থম্নাদা হাপ্তুনা সুমিত্ত' অর্ঘ কৎলম্নগা কাথৎলকলে।

মথংদা মহাক্না শেংনা শূদোক্লবা ঊকু অঙৌবগী ফি অমা হোংদোক্লে—মতম অতুদা মহাকপু য়াচঙবগী থা মঙালগা তিনশিন্নরবা সুমিৎ মঙালগুম ফজনা উরে। মতুংদা মথূং অনি চঙতুনা জটাশিং অদূ শুমদোক কন্থোক্লগা, ঈরুজবদগী মকোক্কী জটা চোংনরবা মুনিকুমারশিং অদূগা লোয়ননা ঐবু পুদূনা তপ্না তপ্না তপোবন মায়কৈ পাংলকলে। থরদং চৎলগা ঐনা—অনিশুবা ব্রহ্মালোক মানবা নিঙথিজরবা আশ্রম অমথক উবা ফংলে। আশ্রম অতুগী অকোয়বদা বননা কোয়শিল্লি —মতম পূম্নমক্তা শাংপা হৈ নৈনা লৈতেংই—থোইদিং পাম্বী, কোনা পাম্বী, তমাল, কোনা মানবী অমসুং বকুল পাম্বী য়াম্না হৌই—এলাইচী উরীনা কোয়-
শিনবা য়ুবী পাম্বীসু য়াম্না হৌরি—লোধ ( উঙৌ ), নোয়াড়ি ( থোয়দিং
ছ—জ অঙৌবা ) অমদি লবঙ্গ পাম্বীগী উনাশিংনা সুশিং ইপোমদা ফর ফর হাইরি —সুংশিংনা হৈনৌ মপান্দগী লৈরীক খিকৃথবি, খোইমুনা ঙংবদা,—মনম সুংশিরবা হৈনৌ পাম্বীশিংনা মখোল থোকপগুম তৌরি - ঙাওববা কোকিলশিংগী শেংফাত্তবা মখোলনা ইনিল নিল্লি—শাংকায়ববা কেতৃকি লৈরীক্তনা বন অদূবু নাপু মচু মালহল্লি,—বনগী লাইমথৈন' পীক্লিবা ক্বা পাম্বীশিংদা তোংলগ নোমহুনা শান্নরি—পাপ মাঙহন্নবগী লংজীন ওইবা পুমঙৌ ঙৌবা; সুংশিংকী ইপোমনা তনিক্ তনিক্হনবা লৈগী মপৈনা নোংথক্তগী থরাম্মীচাক নোং চুবগুম অতৎপা লৈতনা কেল্লকলি অমসূং উপাম্বী পূম্নমক অমগা অমগা নক্নুনা কূংনা হৌরি।

আশ্রম অতুগী মতাইদা দণ্ডকারণ্যগী শরুক মচেৎ অমনা লৈতেংলি—শবেং চায়বা শজিগী জাংশিং অতুনা অকিবা লৈতনা কোয়চৎ চত্তুনা দণ্ডকারণ্যগী মচেং থরা অতুগী লৈতেং ওইরি- কৃগায়না শাংলবা স্থল পদ্মনা মফম অদূবু ইঙাঙ ঙাঙহল্লি, মারীচ হিংচাবনা মায়াগী শজি ওন্দূনা বন অতুদা হৌবা উরী পূম্নমক্কী মনা চাথোকখিবতু হুজীক অমূক লোইনা ময়োল চোংথৎলে—রামচন্দ্রগী লাক্রুং মতোন্না উরু ফূক্তোকখিবগী অহোবা মফমশিং অতু হুজীক ফাওবদা অতুম্মক লৈবদগী বন অদূবু লৈকুৎ-লৈতোঙ নাইহল্লি। মায়কৈ পূম্নমক্তগী কুশ, লৈ, শীং অমদি লৈপাক পূনহুনা চঙনরকপা, লেপ্তুনা মচৌন্দা অসুম বেদপাঠ তৌবা শিষ্যশিংনা মতুং ইম্নবা

অদুগুম্বা মুনিশি অদূতনা আশ্রম ময়া অদু ইথন থল্লি। চফূদা ঈশিং হৈজিনবা মথোল তারগা নোং-খোংবনি থন্দুনা ম্রাহোং মথৈনা ঈরাং হৌরি তন্তুনা পীজবা ঘি-গী অাহুতিদা পেনবিরবা মৈ কৌবা লাইনা মুনিশিংবু চঙনা চঙনা স্বর্গদা পুথৎ-পিনিঙবদগী নুংশিৎনা পুথৎখিবা, মপুং মবৈ ফারবা মৈখু মবা ওইনা স্বর্গ কানবা কৈরাক্কুম মালেম লৈথক্তগী থোং অমা শাবা হৌগৎলিবগুম তৌরি। অনক-
ঝ — ড পদা লৈবা পৃথ্রীমচা কয়ামকমনা আশ্রম অদুবু কোয়শিল্লি—মুনিশিংগা শমজবদগী মথোয় অদু তক তহেল্লি। মথোয়গী ঈথক থুদিঙমক্তা নুমিৎকী মঙান তাবদু উরগা জাবালিনচিংবা মুনিশিংগা উন্নবা লাকপ সপ্তর্ষিনা বমথদুন ঈকজন-বগুম নিঙলি—অদুগা মুনিশিংগী উপাসনাগীদমক কুমথরকপা থন্নাম্মীচাক মপৈ মাল্লবা থরো অডোবনা পৃথ্রীশিং অদুদা মকা ফন্না অহিংদা শাৎলি।

নুংশিৎকী শউমদা উবামথৈনা মকোক নোম্না থুকমলি—উপাস্বীনা অতৎ অথম লৈতনা লৈ চাইথদুনা পূজা কৎনরি—উশাশিংনা উনাগী মশক ওইনা মখূং লোম্নদুনা লাই নিংনরি। উনাগী থাংপোকশঙ মমাঙদা অশংবা নাগী ময়াম নুংশাদা শন্দোকুনা যৌবি। হৈক্রু, লবঙ্গী, বং, বড়ই, লফু, হৈনৌ, থৈবোঙ অমসুং কোনা মহৈনচিংব মপৈ মপৈ লৈরি। ব্রাহ্মণ মচাশিংনা বেদধ্বনি তৌবি—তেনবাশিংনা মচীন্দা তন্তুনা তাশিল্লকপদগী হৈখ্রব আহুতিগী মন্ত্র পূম্নমক শোল্লি, চোংঙা মপৈ অমনা মথোল হৌনা বেদপাঠ তৌনবি—লময়েন শিংনা মৈদা কৎপা পিণ্ড চানবি—অনকপ, পুথ্রাদা লৈবা কাংডশিংনা ব্রাইন্ন চবা চানবি—শজি
ঢ - শ অমোমশিংনা মুনিমচাশিংবু মবৈনা লেকংল- যজ্ঞকুণ্ডদা থাদথ্রবা, চাকপা লোইদ্রিবা কুশ, লৈ অমসুং শীং-মথৈনা 'প্রোক প্রেক' লাউন মথোল থোকলি। নুংনা থুগায়বা যুবী মহীনা মথা থাবিবা নুং অদুবু চোৎহল্লি। উপাস্বীদগী থোক্লক-পদমক ভায়বিবা উকু মচুম্না ভাঙ লৈননা লৈবাক্তা মরেক কারি। রক্ত-চন্দন্না লৈমায়দা হুমিৎকী মকোয় য়েন্নগা মতুদ লৈ কংলমলি। মায়কৈ মরিদা উংনা লৈই থাদুনা মুনিশিংগী চাকচাফম তোপ্না তোপ্না থাম্নদোকলি। থঙন-চান্নরবা য়োংশিংনা মমিৎ উদ্রবা কনা কনাগুম্বা মুনিব্ চৈগু পায়দুনা ইমুদগী মপান্দা পুথোকপিবকলি অদুগা অহল ওইরবা মিত্তাঙবা কনাবুনা ইমুংদা পুশিনবীরি।

শামুমচাশিংনা চাবদা মচীন্দগী তাখিবা থম্বৌ মচেৎশিংনা, মহৈ লাইরেম্বীগী থুজেংদগী নাম্থোরকপা মোইবুং থুজী মতৌগুম আশ্রম অদুবু নিঙথিজহল্লি। মুনি-শিংগী চাননবা শজি মথৈনা মচী মতোম্না থম্বৌ অমসুং লেফ কোংথৎনরি। উশানা কলম তৌদুনা থাখিবা পাম্বীদা শামু লমশাশিংনা মনাতোন্দা ঈশিং চিংথৎ-লগা ঈশিং চাইকম পল্লী থল্লবা ঈশিং কামশিল্লি। ঋষিকুমারশিংনা লমওক ময়াদা

য়েপ্লকপা থম্বো চিংথোকপা লাক্লবি। শকথঙ্নরবা রাহোংশিংগী মশানা হোমগী মৈ হৌগৎনবা হুম্ব হোৎনরি। ঘি তোৎলব চক্ক থোংবা মনম্না রাব্র শন্দোবকলি।

থাইবোক চন্না মুল্লক্লবা যজ্ঞগী তলগী শেংলবা মনম ফংবদা পৃক্লিঙ্ মকা-
ষ—ছ রামলি। তৎপা লৈত্রবা ঘি-গী ধাবা কৎপদা যজ্ঞগী মৈদগী থোবকপা ড্রুং ড্রুং ঙংবা মথোলন আশ্রম অদূব ইনিল নিলহল্লি। কনা কনাগুম্বনা অতিথি সেবা তৌনরমলি— কনানা পিতৃশ্রাদ্ধ শোল্লি— কনা অমনা লাইগী পূজা তৌরি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শিববু মফম তোপ্পা তোপ্পা পূজা কৎনবি।

কন অমনা শ্রাদ্ধগী লাইবিক তম্বীবি, কনান যজ্ঞগী মবমদা শন্দোক্লা তাক-পিরি, অতুগা মুনি অয়াম্বনদি ধর্ম্ম শাস্ত্র নৈনবি। করি কবিগুম্ব মফমদনা মথল মথা অয়াম্বা শাস্ত্র পাঠ তৌনবি—শাস্ত্রগী অর্থ তৌনতুনা য়েৎনরি। থবা অমনা উনাগী থাংপোক শাগৎলি— কনানা শূমাঙ্ রাই তৈনি—কনানা থাংপোক মন্ত্র

শেংদোকলি—কনানা ধ্যান, কনানা মন্ত্র সাধন, কনা অমনা যোগ সাধন
জ—ব তৌবা হোৎনবি— কনা অমনা উমং লাইশিংবু পূজা কৎলি— কনান লাং-গোম থৌরী তাবি, ঈশিংদা উকু থাদোকলি, কনানা শী চল্লি, কনানা শবেং মউন শেংদোকলি, কনানা শূহন্দ ফৌ হৈজিল্লি, কনানা ৎমচেৎ সন্ধ্যা দাকলি, কনানা জপমালা লেংলি, কন অমনা লাইং ক্তা ত্রিপুণ্ড্র য়েবলি, কনা অমন লাগী চৈগু পৈশিল্লি— কনানা কমণ্ডলুদা ঈশিং হৈজিল্লি।

আশ্রম অদূবু কলিনা উদ্রি—মীনম্বনা থঙ্দ্রি অমসু কামদেবনসু মদুগী কবিগুম্বা ঈ-পাউ তারমদ্রি। অসিগুম্বা আশ্রম অসি রক্ষাগী মতৌংদ মবোল অহুম্মক্কী পূজা তৌনথমনি। নারায়ণনা বরাহ (ওক) অমসু নরসিংহ (মী-নোংশা য়াম্নবা মশক) অবতার তৌথিবগুম আশ্রম অদুসু ওক, মী, লা শা অমসুং শক্তিগী মশক ওইরম্মী। সাংখ্য-দর্শনা কপিল মুনিগী শেগা তাংভবগুম আশ্রম

অদূসু যণ য়োংমানবাগী শাইদাংযমনি। মথুর উমদ বনথৌববা অমদি
শ—গ নাপল চাউরবা ধেনুকাসুর লৈরম্বগুম মসিদসু মশা মউ যবী, মপা-গল কনবী যণবীময়াম লে। উদয়ন নিংথৌনা বৎস লেবাক্কী প্রজাশিংবু লুনা য়োকপিথিবগুম আশ্রম অসিদসু মুনিশিংনা যম্নাউ মচাশিংবু লুনা য়োকপিরি। কিন্নর লৈবাক্তা মুনিশিংনা ঈশিং অথনবা সনাবুন পায়বগা 'ক্রম' হায়না কৌবা নিংথৌবু অভিষেক তৌথিবগুম মুনিশিংনা ঈশিং পুন পায়দুনা উপাল ঈশিং চাই-রীরি। কালেন থাগী মাবৃমৈদা কুমগী নোং নক্কা লৈবগুম আশ্রম অসিদসু পুখ্রী অমসুং ইফুৎ ঈশিং নক্কা লৈ।

নোংজু পান্থাদা নারায়ণনা অক্কবা সমুদ্রগী ইন্দুংবগুদা মুংঙাইনা চেপ্তুনা

লৈবগুম মসিদস্থ বনগী মন্থং হুজিনবা শরুক্তা লৈবা গুহাদা নোংশাশিংনা মুংঙাইনা তুমখুন হুল্লি। হনুমাননা রাবণগী মচানিপা অক্ষয়কুমারবু নুংহুম্না থাহুনা শরু-শয়াঙ্ পূম্নমক শিংকূপ শানা মাঙ্হনখিবগুম মুনিশিংস্থ থাউ গুম্নবা বহেড়া মরু শুগায়রি। থাণ্ডববন থানবা অর্জ্জুন্না মৈ হৌগংপগুম মুনিশিংস্থ হোম তৌনবা থৌরাঙ্ পায়থংনরি। চন্দন্নচিংবা হকচাং তৈননবা পোংলম ম্লাত্তুনা লৈহুনস্থ মতম

ঘ—ট চপ্পদা মুংশিবা মৈথু মনম শন্দোকল্লি! চণ্ডাল ময়াম লৈহুনস্থ (শামু) আশ্রমগী অশেংবদি থক মাঙ্ত্রি। ধূমকেতু ময়াম থোক্তুনস্থ (হোমগী মৈ) আশ্রমগী মাঙনবদি থক তৌদে। মকোয় মাম্নবা থানিননা লৈতেংলবস্থ (ব্রাহ্মণ অথোইবশিং) উরকশিং অহু মমদূনতা লৈ। অহুগুম্বা অনিগুবা ব্রহ্মলোক-মক্কা মাম্নরবা আশ্রম অহু ঐগী ইম্মিংনা উজবা ফংলে।

হোমগী মৈথুনা মমহন্দূনতা লৈরবস্থ আশ্রমদা লৈবা মী অমত্তগী মরমচংতা অমকপা য়াওবদি লৈতে, তেনৱা মচীন্দা অঙাঙ্বা মচু লৈবহু নত্তুনা শাউবনা কনা-গীস্থ মমায় ভাঙ্বদি লৈতে। কুশ মতোনগী অতূম্বা অহু নত্তুনা কনাগী লমচত্তা অতূম্বা (ফত্তবা) য়াওবদি লৈতে, লফূ লায়াক্তুনা ফেং ফেং হাইবনি মীগী মপূক লাঙ্বদি য়াওনদে, কোকিলতনা মমিং ঙাঙজবনি অতোপ্পগী নূপীদা মিংনা য়েংনবদি তৌদে—কমণ্ডলুগী মঙক পায়নবা অহু নত্তুনা সম্ভোগকী মতমদা মঙক পায়নবদি থক তৌনদে, নগুণ থাংবা মতমদতা লাংগোম থৌরানা থাঙ্লাক ওইনবনি, থংনা চৈনবদা থাঙলী থাংবদি (কবাক থাঙ্ মথোক পায়বা) লৈরমদে, হোম

ঠ তৌনবা সণবীতগী মথোম শুমনৈ নূপীগীদি নত্তে, লময়েনতনা লৈমায়দা মশানা কল্লি শাস্ত্রগী রাফম নৈনবা মতমদা মীচঙ্ সঙ্গন নাইনবদি তৌনদে। হোমগী মৈতবু কোয়বনি শাস্ত্রগী অকাউবদি লৈনরমদে। স্বর্গগী রারী লাবা মতমদা বস্থশিংগী (লন থুমগী) মরম পন্নবা অহু নত্তুনা কনানস্থ শেল থুমগী রা পন্নদে। জপকী মতমতদা রুদ্রাক্ষ মালাতদা মশীং লৌনৈ, মশাবু শীংথানবদি কনাস্থ য়াও-নদে। যজ্ঞ হৌরমদায়তদা মুনিশিংনা শম কোকথোক্লে—অঙাংদি থক শিনদে (বাল—শম, অঙাং)। রামায়ণ তারগা রামগী ভক্তি পোক্লে—পাথংনা নূপীদা ভক্তি লৈবদি তৌনদে। অহল ওইবগী শক থিরক্লবস্থ লন লৈবগী নাপলদি থক য়াওনদে।

মহাভারত তাবা মতমদা শকুনি হাংপগী রারম পন্নে (দুর্য্যোধননা মমাগা পোকমিম্নবা মামশিং হাংপা), আশ্রম অসিগী করিগুম্বা মফমদা শকুনি (উচেক) হাংপদি উবা লৈতে। পুরাণতদা নুংশিংকী বর্ণনা তৌবনি অহুগা আশ্রম অসিগী য়ুম অমত্তদা নুংশিং হাইগত্তুনা নারগা চোইরোল পারোল লোনবদি তানবা লৈতে,

অনিশুবা মশক মানবা উকু-ফি অমা জাবালিনা শেৎলি। মখোঙ্ অহুম পানবা ফাল মথক্তা গঙ্গাজলনা থল্লবা নুংঙৌনা শাবা কমণ্ডলু অমা মনাক্তা খিনবনা কাং-ঙনা মনাক্তা লৈতুনা হেন্না নিঙ্থিজহল্লবা ফুগায়না শাৎপা থম্বাল অঙৌবা মপৈশুম

জাবালিবু য়েংবদা ফজহল্লি। জাবালিগী অথাঙ্কনবা মপূকচেলনা চৌং-
ম—ল জাউশিংবু, মাগী চৌংলেম্বা মতৌনা সমুদ্রবু, মশাগী মঙান্না মুমিৎপু ইন্দ্রি খুহুম চনবনা নোংমদোন থানিনবু অমদি মাগী অশেংবা মতৌনা আতিয়াবু তোপ্পা তোপ্পা মশক থায়দোকপিখিবনি থল্লি। মশাগী মগুণনা গরুড়না উচেক পুন্নমক্কী মপু ওইখিবগুম জাবালিস্থ ব্রাহ্মণ পুন্নমক্কী মকোকনি।

ব্রহ্মানা ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রম মরি শেমখিবগুম মহাকস্থ আশ্রম অদুগী তাকপি তিকপীবা গুরুনি, অরিবা চন্দন পাম্বীদা, লিনমকুনা পোক হৌরবা জটা মান্না য়েংপগুম মাগী মকোক্তস্থ পোক্কী জটানা লৈতেংই। অচৌবা শামুগী য়াং-কোক শাবা মনা অনি অমস্থং মমৈ মৈতোন্দা অপৌবা মতু পানবগুম মাগী মনা-কোঙ্দস্থ অপৌবা মতু ময়াম তৌরি। বৃহস্পতিনা মচানিপা কচবু পোকঙৈদগী

চাউনবা য়োকখিবগুম মহাকস্থ পোকঙৈদগী মশম য়োক্লকখি। ছন্দোবক-
ৰ—ঘ পদা ঙায়রিবা অয্ক অঙনবগী অমেঙ্বা মুমিং মঙানগুম মাগী মায়থোংস্থ ঙাল্লি। শরৎ-থাদা নোংজুথা লোইশিল্লকপগুম মাগী পূন্সীস্থ লোইশিল্লকখি। ভীষ্মনা শান্তনুগী অচানবা মচা ওইবগুম অচুম্বা ৱাঙাঙ্ অমস্থং অচুম্বা শাজৎনা জাবালিগী পামজবা ওইবম্মী। পার্ব্বতীগী মখুৎনা মহাদেবগী মমিং নানবদা হৈ-শিংবগুম জাবালিস্থ রুদ্রাক্ষমালা পায়বদা হৈশিংলি। * ৱাকচৌং থাগী মুমিৎনা অৱাং মায়কৈ অমুম পাংবগুম জাবালিস্থ মরেংবান্দা ফি য়াল্লি। সমুদ্রদগী হৌরকপা প্রলয়গী মৈনা মতম পুন্নমক্তা সমুদ্রগী ঈশিংতমক থকপগুম মহাকস্থ মুমিৎ খুদিঙ্গী শংগোমতমক থকই।

মী তাদবা সহবনা, লৈতেং য়াওদ্রবা অমদি মী লৈত্রবা অহাঙ্বা যুমতগী
ঙ—চ থুপ্নকম ওইবগুম মহাকস্থ লায়রবা, মমা মপা লৈজদবা অমদি অৱাবা তারবা মীশিংতগী চঙ্জকম ওইরম্মী। মহাদেবগুম উৎমুক ভোরবা মতুনা মশা অপূম্বা থুংনা হৌরি।

মাবু উবগা ঐনা থল্লকই—"তপস্যাগী মগুণ অঙকপনি; মরমদি—সনা অহিংবগুম তরু তরুবা মাগী মঙালনা ইমেঙ্ মেঙনা উববস্থ নোংথাঙগুম ঐগী মিৎ থকহল্লি, অহুগা ছজীক্তদা নৌনা লাকপা অতোপ্পনি থন্দুনা মহাক্তা ঐবু কিহল্লরুবগী থোইনা কান্নবা লৈত্রবস্থ ঐনদি কিবা হৌরকলে। অকংবা শীংউৎ

* উত্তর—অৱাং, উত্তরীয়—ইনফি—বাহৈ অনি অসিগী অর্থ তোপ্পা শীজিন্নবনি।

অমদি মীংনাং মপালগী মথক্তা তাবা মৈরীনা থূদক্তা হেক্তমক শন্দোক-পগুম—মায়বনা হানবা, মীগী মতিক মগুণ য়েংঙমদবা অচম্বা মুনিশিংগী মঙালমকসু থাঙঙমদবদা, তাইবঙ্ মী পূম্নমক্তা মথোঙ্ শোক্তা থুক্লম্নরবা, তপস্যাগী ঈশিংনা

অতৎপা লৈতনা মশাগী ফজবা অপূম্বা চামথোকখ্রবা, অমদি জ্ঞানগী মিৎয়েংনা

ছ য়েংবদা থূবাকত্তা হাপ্পা ইক্রুগুম জগৎ পূম্নমকপু উবা ঙম্বা, চুম্নগী মিৎয়েং-ঙনসু মীগী পাপ কোকহনবীবা ঙম্লবা—অসিগুম্বা মতিক মগুণ চেল্লবা অতুগুম্বা মহর্ষিশিং অদুগী মঙালদি করি অমুক হায়রুগনি !

' হকথেংননা উজবদি লায়রক্তুনা মহর্ষিশিংবু মমিং শোঙ্গবতনসু পুণ্য ফংনরিবনি—অতুগুম্বা মহাক্তা লুচিংলিবা আশ্রম অসি ধন্যনি ; অতদগী হেন্দোক্তনা তাইবঙ্ মীবমলেন অসিগী ব্রহ্মা ওইনা মহর্ষি অসিনা লৈবীবনা মালেম-লৈকোয়-পুং পূম্নমক অসিসু ধন্যনি। থবক পূম্নমক থাদোক্লত্তুনা মাগী মায়থোং য়েংজবমক্তদা মমিং কৃপচবা শংদবা, মথল মথা অয়াম্বা ধর্ম্মগী পাউতাক ফংজত্তুনা অহিং নুংথিল অনি-মক্তা মহাকপু ঈড়াং পূজা তৌজবা ফংবদগী—মনাক্তা ফমলিবা মুনি পূম্নমক অসিসু পুণ্য চেল্লবা ঙাক্তনি। অতুগা ফজরবা উচেকশিংনা কোয়শিন্দুনা কাংঙা

জ অমোমনা থম্বালগা লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা ফংজত্নুনা—থরোই মহীগুম লূরবা-ঈশিংনা-চোল্লবা অমদি থ্বায়দগী হেন্না লুবা মানস সরোবরদা মতম পূম্নমক লৈবা অদুগুমনা পূকচেল শেংলবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা কোয়শিন্দুনা মাগী মচৌন্দা পকপগী নুংঙাইবা ফংজবগা লোয়ননা, থৌজাল অমসুং মিন্নুংসিগী তুংনকম ওইবা, চীং লেপ্পদা মপা লৈত্রবা মাগী থম্মোইদা লেঙদনা য়াতাবা ফংজরিবী অদুগুম্বী সবস্বতী অদুসু লাইবক ফবীনি। মাবু উরগা, মমায় মরি পানবা ব্রহ্মাগী মংঘর্থোংতদা তুংলম্বী বেদ মরিমক্তা মতম য়াম্না কুইরবগী তুংদা অনিগুবা তুংফম অমা ফংজরদূনা লেঙদনা লৈরবগুম নিঙ্লি।

নোংজুথাগী ঈচাউদা মোৎহল্লম্বা তুরেনশিংনা শবং ওইবক্লবদা অমুক তরু তহেল্লকপগুম কলিকালগী প্রভাবনা মোৎহল্লবা শাস্ত্র-পূম্নমক্কী মহৈশিংসু মাবু ফং-জরকপদগীদি অমুক হন্না তরু তরু শেংজরকথি। ঙম্বমথৈ যতন তৌবীবদগী ধর্ম্ম কৌবা লাইনা আশ্রম অসিদা লেঙদনা লৈত্তনা কলিগী শাজৎ পূম্নমক মাঙহনখ্রবনা

ঞ - ঙ কনানসু সত্যযুগপু নৌনা নিঙশিংনরুবা লৈত্রে ( সত্যযুগকী শাজৎ লমচৎ তম্বীদ্রবসু য়ারে )। সপ্তর্ষিশিং লৈজবদগী আতিয়ানা তৌরম্বা নাপল অছু পৃথিবীদা মহাক্তা লৈবা উবদগী হুজিক্তি লৈথিদ্রে। কয়াদ ঙকখ্রবা ! কোং-গোন মপৈগুম ঙৌরবা গঙ্গানা অকিবা লৈতনা মহাদেবগী জটা মরক্তা মশা তাশিনবা ঙমথিবগুম—প্রলয় মতমগী নুমিৎ মঙালগুম য়াক্লবা অমদি থাবলগী মশেক্তম

ভৌথোক্লবা শমতনা ওইরকখিবা মাগী জটা মপৈ অসিদ অকিবা লৈতনা চঙ্লকপা ঙমখ্রিবা অহল ওইব মতাং অসিস্থ কনবদা মপা লৈতবগুম উবি।

মৈদ ঘি হৈজিন্দুনা কৎপদগী থোবকপা মৈখু মপৈনা আশ্রম অদূবু মমশিল-হল্লিবহু উরগা মুমিৎ মঙনস্থ ভগবান জাবালিগী মতিক মগুণবু কিজবমক্তুনা থাপ্না নাকোই থৈথিবগুম নিঙলি। মুংশিংকী শউমনা অমত্তা ওইনা মবৈ মৱৈ তাশিন্ন-খ্রিবা হোমগী মৈরীশিং অদূবুনা মহষিবু মুংশিবীতুনা মৈ কৌবা লাইনা মন্ত্র শাগোল্ল-বরা ঘি-গী আহুতি অদূবু খুং থু.জাক্লা য়াবিবা ওইনা উবি। আশ্রমদা
চ—দ হৌব, মরী চত্তনা-শাৎপা-লৈগী-মুংশিব মনম চেন্নবা নামিবা মুংশিংনা মুগা মাল্লবা মহর্ষিগী ফীজোন-উকু ফি অদূবু হুমত্নুনা নিকহল্লুবদগী হুক্রীক কিনা কিনা মাগী মনাক্তা চঙলকলি. মরমদি—শামু নেং শানচিংবা অচৌবা থরায পানব-শিংগী মথৌনা মরুস্থ অতোপ্পবু পাক হক লান্থোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রিবনি অত্তগী মথক্তা মহাক্তি পূম্নমক্তগী হন্না মঙাল চাউবিবনি। -পূকচেল চাউবা মুনি অসিনা লৈবীবদগী তাইবঙ পানবদা মুমিৎ অনি শুনা থোকপগুমলি।

মহাক্তা শাইদাংবীবতনা পৃথিবী অসি লেঙ্দ্রিবনি। অসিগুম্ব মহর্ষি অসিদি থৌজালগী ঈচেলনি, সংসার সমুদ্র লাম্নবা থোংগী মশকনি, ডাকপি-হৈনা কৌবা ঈশিংগী তুংফমনি; মুংঙাইবা অপাম্বা থিদ্রক্কী (অমকপা অপাম্বা) মশক ওইব উবী-রাবী পূম্নমক্কীনা শীংজঙনি—পেনবিহৈবগী মশক ওইব অমৃত মহীগী সমুদ্রনি, অবানবা খুবম য়োনবা লম্বী মশক তাকপিননি, পকচেল ফত্তবগী মশক ওইবা পাপ-গ্রহগী মংখিফমনি, শান্তি পাম্বী-মকুনি, জ্ঞান চক্রগী থ্বাযগী মযায় থংবা
ধ—ন ময়োম্নি—ধর্ম্মগী-মশক-ওইবা ফীবালগী লেপচফম অরাংবা দলংনি, মহৈ পূম্নমক্কী মশক ওইবা ঈশিং-ইরেল মনুং-কূম্নবা হিদেননি, মিহৌবা কৌবা সমুদ্র চুপ্নবা মৈরানি, শাস্ত্রগী মশক ওইবা মণি মুক্তা ময়ামগী অফ ফত্ত য়েংননবা চাংয়েং নুংনি, কাম্নদ্রবা তাইবঙ মালংপানগী-বিষয়দা-লুপ্পা কৌবা উনাগী মপৈবু চাকথেক্রবা লম্মৈনি,অশাউবুগী মশক ওইবা লিনগী হু কোকহনবা ঙম্বা মহামন্ত্রনি, থঙদবা কৌবা অমম্বগীনা মুমিৎকী মশক্তি।

নবক-কী থোঙ পূম্নমক লোনশিন্নবা পোবোলনি, ফজবা লমচৎকীনা মপা-মপুনা থনম্বা সমজ্জাউনি মঙ্গল পূম্নমক্কীনা য়াইফকোম্নি। মহাক অসি নাপলদগী পোক্পা বিকারশিংগী তুংনফম নত্তে—অচম্বা লম্বীগী লমজিংবনি, থৌজালগী হৌ-ফমনি, উৎসাহ চক্রগী মতাই থংবা শন্দকনি, সত্ত্বগুণগী য়াম্ভাফমনি, কলিগীদি য়েক্ল-বনি, তপস্যাগী পূক্কৈনি, অচম্বগী মরূপন, অতিংবা পূকচেলগী হৌফমনি, পুণ্য পূম্নক্কী সংর্জিননি, কলক য়েংথাগী লৈনফম নত্তে, খুদোং থীবগী য়েক্লবনি, কনাগীস্থ

থোওই-উশীত্তফম ওইদে, কনাগী নাপলগীসু য়োকথৎফম নত্তে—পূক্চেল পীকপগী লৈক্ষম নত্তে, অশাউবগী মথা পোন্দে অমদি মাওইবা মপোক্কী নুংঙাইবা থিবত্তুসু নত্তে। মাগী মপান্তনা তপোবন অসিদা লৈবিবা থব্লায় পানবশিংগী মহৈ মহৈ য়েংথীন অমদি নল্লরুবা পূম্নমক পূমকোক কোকখি। মওঙ্ অস্নুম্না মতম কুই-নদগী হৌনা মহৈ মহৈ য়েংথীনরক্রুবা শা-উচেক ফাওবা মফম অসিদদি কল্লক য়েংথী

প—ম পূকচেল অমত্তা য়াওনদনা নুংঙাইনা লৈমিন্নরি—অসিগুম্বা মহাত্মাশিংগী মপাংগল অসি কয়াগী মতিক ওকলিবনো! মত্তুগী প্রমাণদি—নুংশাগী মৈশাদা শাববা লিন অসিনা, ফুগায়না শাৎলবী থম্বাল অশংবগী কনগুম্না পূক্লিঙ্ হুবা—থাগী মকোয় মানবা ময়েকশিংনা লৈতেংবা অমদি শজিনা থত্তনা চাবা মতমদা মথোয়গী মমিৎকী অবংবগা মান্নবা নিঙ্থিজরবা হানৌনা কুপ্পবা লৈমায়থক মান্না হাইগৎলিবা. য়াংকেক শাবা ব্রাহোং মমৈগী মরুম অদূ ফংনবগীদমক অকিবা লৈত্তনা মথাদা চঙশিনখ্রিবা অসিনি।

মশোং পান্দ্রিবা নোংশা মচাশিংগ, হান্নদগী মুন্না থঙ্ন চান্নরবা শজি মচা অসিনা, অপোকপী মমাবু থাদোক্লম্লগা মখোম শিন্থবিবা নোংশা অমোমগী মখোম চিংলুবি। শামু মচাশিংনা থম্বৌ মপৈনি থন্দূনা থাগী মশেক্কুম ভ্রৌববা নোংশা মশোংশিং অদূবু মনংতোন মচানা কেৎশিনবা হোৎনবি—অত্তুগা, শাগী নিংথৌ নোংশান মত্তদা নুংঙাইজবত্তুন ইমুন মুনবনথৈ মমিং উইশিল্লগা মপূক্লিঙ্দা মাগী মশোংশিং অদূবু থাগচ্চবি। থকচবতনা মনাৎ ওইনবা য়োংশিং অসিনা থকচানবা মত্তৌ থাদোক্লনা ঈকজত্তুন কাথংলক্লবা মুনিকুমারশিংদা পীজনবা উহৈ হেক হেক

য—শ লাল্লি। ময়াই কাবনা কনাবুসু উশীত্রবা শামু ফাওবনা মথোয়গী চায়রুংদা তোংত্তুন মচুম থকচবদা মুন্নবা খোইমুশি বু নুংশিবাদূনা পাক্লবা খূবাক মানবা মনান হুমত্তুনা তাংখোকপিথিদ্রি। হেন্না হায়রুত্তুনা কাগদে—মতম পূম্নমক্তা কাথত্তুনতা লৈববা মুনিশিংগী যজ্ঞদগী থোকপা মৈখু মপৈনা, শজি মউনগী ইন্নফি-গুম্না লৈতেংলিবা উগী উশা পূম্নমক অত্তু উবগা মহর্ষি জাবালিগী আশ্রমদা হৌবিবা শোকৃপা-পনবা খঙ্দবা-মহৈ মপান শাংপা উকু-পানবা উপাম্বীশিং অসি ফাওবনা ব্রত তৌরিবগুম উবি—মথব্লায় পানবশিংগীদি কবিবু হায়রুগদগে!"

ঐনা পূক্লিঙ্দা অস্নুম্না থল্লিৱৈ অসিদা হারীতনা ঐবু অঙাঙ্বা অশোক পাম্বা অত্তুগী মরুম-মচি অমদা থম্বীবগা মপাগী মখোঙ্ অনিমক শোক্লা থুকমত্তুনা মনাক্তা লৈবা কুশকী আসন্ অমদা ফমথখ্রে। মানা ফমথ্রবদা মুনিশিংনা হংলকই —"তেনৱা মচা অসিদি কদাইদগী পুরক্লিবনো?" হারীতনা মথোয়দা হায়রকই— "ঐনা অসিদগী ঈরুজবা চৎখিবদা থম্বাল থম্না শাংপা 'পম্পা' গী মপান্দা হৌবা

উপাল অমগী মহুমদগী তারক্কূনা তেনরা মচা অসি উফুন মরক্তা, মুংশা মৈশাদা য়াম্না রানা লৈরগা থেংনরুই—অরাংবদগী তারকপনা মশা ইচোক চোকথরম্মী অমসুং শিগদোরম্মী। ঐনা খুনগৎপিরগা, উপাগী অতুদা কাথত্তুনা মাগী মহুমদা অমুক হাপচিনবীরুবদি ঐথোয়না ঙমগদবা উত্রতুনা, মুংশিবদগী ঐনা মসিবু মকম অসিদা পুবীরকপনি। মরম অতুনা মাগী মশা চোংলক্কূনা পায়জবা ঙম-

য ত্রিবা ফাওবদি আশ্রমদা হৌবা উপাল অমগী উক্রোঙ্দা লৈজতুনা ঐথোয়না অমদি অতোপ্পা মুনিকুমারশিংনা হুনবীবা রাইমু চরা মকূপ অমসুং মথল মথা অয়াম্বা উহৈ চাজতুনা চাউবা হেল্লরকসনু। মরমদি ঐথোয়গুম্বা মীওইগী ধর্ম্মদি লৈকম লৈজত্রবশিংবু য়োকপিবনি। মশাবু পান্নরুবদি আতিয়াদা কোয়না পাইজবা ঙমজরকনি; মতম অতুদা মানা চৎনিঙ্বদা চৎচখিগনি নত্রগা ঐথোয়গা খঙ্ন-চান্নবা থোক্লগা মকম অসিদা অশুম মরৈজগনি।"

ঐগী ইরমদা অশুম্না রারী শানবা অসি তাবদগী ভগবান জাবালিনা করিনো খঙ্ননবা হাইফেৎ লৈথোরক্লগা মাগী পুণ্যগী ঈশিংনা ঐবু চামথোকপিরবগুম, য়াম্না হরাউবীবা মিৎয়েংনা য়েংবীরকুবদা, ঐবু উরগা মহাক্না, মতম কুইখ্রবা রাফম অমা নিঙ্শিংলকপগুম তোতুনা হন্না হন্না য়েংলম্লগা হায়রকই— "তেনবা মচা

স—হ অসি, হুজীক মশাগী শাজৎ চুমদবগী মহৈ চাজববনি।" মহর্ষি অতু মতম অতুম্মক খঙ্বা ঙম্মী অমদি অকনবা তপকী পাংগলনা ফংলকপা দিব্য-চক্ষুনা জগৎ পুম্নমক অসিবু মখুবাক্তা লৈবগুম উবা ফংই। কনাগুম্বা মীগী হান্নগী মপোক্তা থোকখিবা থোদোক মথৈস্থ লোইনবা খঙ্ই—ওইরক্কদবসু হায়বা ঙম্মী অমসুং থরায় পানবশিংগী মপুন্নীস্থ হেক উবগা পাক হেক্তা হায়বা ঙম্মী।

অতুগী তুংদা, মুনি পুম্নমক অতুনা জাবালিগী রা অতু তাবদগী অমসুং মাগী মতিক মগুণসু খঙ্নবা ডাক্তা ওইহবদগী—মপূক মপুক্তা লাঙ্তরুবা পূকচেন্না থন্ন-রকই—"তেনবা মচা অসিনা করম্বা অরানবা তৌরুরিগবা, মফম কদাইদা মানা কনা ওইরিডৈদা করিগীদমক্তা মহুম তৌথিবা ওইরিগবা?" মথংদা মথোয়না ভগ-

ক বান জাবালিদা রারম অতু তাকপিনবগীদমক হন্না হন্না হংগৎনরকলে—"ভগবন্! ঐথোয়দা চানবীতুনা তাকপিয়! তেনবা মচা অসি মপোক অমদা কনা ওইরম্বগে, মানা করি অরানবা তৌরুতুনা মতুগী মহৈ ফংলরিবনো, মানা মতৌ করম্না উচেক্কী শাগৈদা পোক্লরিবনো, মমিংনা করি কৌবগে,—অসি পুম্নমক তাকপিতুনা ঐথোয়গী খঙ্নিঙ্বা-লাঙ্তরুবা অসি কোকহনবীয়ু, মরমদি নহাক্না হায়দগীসু ঐথোয়দা অঙক অঙকপা রারম পুম্নমক তাকপিতুনতা লৈরক্রিবনি।"

মুনিশিং অতুনা অশুম্না হায়জরবদা মহর্ষি অতুনা হারকই—"রারী অসিদি

ওস্তোক্লা চাউখ্রে অদুগা অঙকপনস্থু থল্লি ;—হুজীক্তি নুমিৎ য়াম্না লৈথখ্রে—ঐখোয়গী স্নান তৌবা মতমস্থু ওইশিল্লকলে—নখোয় খ্বায়গী লাই-সেবা-পূজা কৎনবা মতমস্থ হৌনখিগদৌবে। মবম অদুনা হুজীক্তি হৌগৎনরো—নোংমগী তৌগদবা থবক পূম্নমক লোইথোক্লকরো। সন্ধ্যাগী মতম হৌখ্রবদা উহৈ-য়াহৈ খরা খরদং চানবগা পূক্লিঙ্ লৈতানা ফম্নগা ঐনা য়ারী অসি মকোক্কগী লোইবা

ফাওবা চীথদনা লীগনি। তেনরা মচা অসিনা হান্নগী মপোক্তা করি ওই
ক রম্বা, মানা করি তৌরম্বা অমস্তুং মপোক অসিদনা কমদৌনা পোক্লকখিবা মচু পূম্নমক লীগনি। নখোয় ময়াম্না মচীঞ্জাক থবা থাবীহুনা মসিবু মশা তেক-থৎতনবীয়ু। ঐনা য়াবী হৌববা মতমদদি তেনরা মচা অসিস্থ মমঙ্দা খোক্‌খি-বগুম্না মাগী অহানবা মপোক্কী য়ারী-য়াখোঙ পূম্নমক শোয়দনা নিঙশিংদক্কনি।" অসি হায়হুনা মুনি পূম্নমক অদুগা লোয়নননা মহর্ষি জাবালিস্থ হৌগত্তুনা ঈক্ক মায়থ-জবনচিংবা তৌবগা নুংথিলগী থবক পাঙথোকপা তৌখ্রে।

নুমিৎ পূমতা তাশিল্লকলে। মুনিশিংনা ঈকজথোক্লহুনা কাথৎনবক্লগা সূর্য্যদা অর্ঘ কৎনবা মতমদ লৈনায়দা য়েন্নবিবা রক্ত চন্দনগী নুমিৎ অদূবু অশেংবমক আতিয়াদ থাকলিব' নুমিৎনা বুমথক্লুনা মশাদা রক্ত চন্দন অহু ধাবণ তৌরব-গুম নিঙ্ই। অদুগ' ঋষিশিংনা মমায় হাইগৎনহুন' নুমিৎতা মিৎয়েং থম্নগা মডাল থকচিন্নখিবদগী মশাদা মডাল য়াম্না চেঞ্জ্রবা নুমিৎ অহু অস্থম অস্থম পীকশিনখিবা

হৌরকলে। থোকপ হৌরক্লব সপ্তর্ষি মণ্ডলগা শোক্ল-শন্ননিঙ্দবদগী মণ্ডাল
খ ঙ পীকশিনখিহুন' ( মখোঙ্ কোনশিন্দুনা ) খুন্থ মখোঙ্গুম ডাঙলবা মশাগী মডাল লোয়নননা নুমিৎনা আতিয়াদগী চোংথখ্রে। মমাইঙদা ক্ষাব সমুদ্রগী মনুংদা নারায়ণনা চেপথ্রবদা মাগী খোয়দোদগী খিনগৎলকখিবা ; ঈচেল নাইনা চেন্থবা-লৈহীনা-থল্লবা থম্বাল অভাঙ্বা অদুগী মমিগুম—নোংচপ সমুদ্র মনুংদা ডাঙ্নবা মশেক মঙাল লোয়নননা নুমিৎকী মমি উবকলে।

অস্থম্না নুমিদাংয়াই য়োবক্লবদা—নুমিৎকী মশেকশিংন', লৈমায় মথক অমদি থম্বালগী বনবু থাদোক্লম্নগা উপাম্বী মথক্‌তা অমস্থং অয়া বা চাংদোন্দা উচেকুমনা তোংলকলে। মশুঙ্ অস্থম্ন মতম অহুদা আশ্রমগী উপাল য়াপালশিংগী মথক্তা

অডাঙ্ব' নুমিৎ মঙাল তাববা অহু উর্বাদ মুনিশিংনা উতোন্দা অডাঙ্বা
চ—ঝ মচুগী উকু ময়াম ডাইহাক্ক' যান্দুন' থথ্ব মাল্লি। নুমিৎ কোব' লাইনা লৈথখ্রবদা, নোংচূপ সমুদ্র মপান্দগী থোরকপ—পোংহালগী উরী মাম্না য'চঙ্বগী মডাল ফাওরকপা উবকলে। মতম অহুদা মুনি মথৈনা মহৈ মহৈ ধ্যান তৌহুনা সন্ধ্যা খুরুম্নরি— আশ্রমগী মায়কৈ অমদা হোমগীদমক শংগোম শুথ্বদ। শংগোম

মরী তারকপা মখোলনা আশ্রম অদুবু পুক্লিঙ্ ছুহল্লি, মুনিশিংনা হোম তৌনবগী-দমক্তা যজ্ঞগী পুং মথক্তা কুশ মনা অশংবা থারি অদুগা ঋষি কন্যাশিংনা মায়কৈ-ডাকপা লাইশিংগী পুজাগীদমক মায়কৈ পূম্নমক্তা চাক থাদোক্লরি।

ধ্যান তৌবা লোইরহুনা পুক্লিঙ্ মকারামনা লৈনরবা মুনিশিংনা উরকলে মহুদি—নাপীনা শংনা কুপ্পা অনৌবা করিগুম্বা লমহাঙ্ অমদা কোয়না শজীক চারুবী—মীৎনহা ভাঙ্বী, সনা মচু মানবী হোমগী ষনবীশিংনা মুমিৎ তারক্লবদা কাথৎনরকপগুম্না, ভাঙ্লৈনবা থরাম্মীচাক্লা-লেতেংবী অমদি য়োংগী মচু—মানবী

ঞ—ট সন্ধ্যা লাইরেম্বীনা মুমিৎ লৈরিডৈদদি, খণ্ডমদবা লৈবাক অমদা লৈক্লরগা হুজীক মুমিৎ তারক্লবদা অমুক হন্নকলি। মুমিৎ তাথিবমকস্তু কুইত্রিডৈনা, মাগীদমক রাবনা তপথকম খণ্ডদ্রবী থম্বালনা লৈকা উমশিন্দুনা মহুনা কমণ্ডলু ওইনরগা, কাংগী মশক ওইবা ফীজোল অডোবা হোংহুনা, থম্বৌ মানবা নগুণ থাংলগা, খোইমুশিংগী মশক ওইবা জপ-মালা পায়হুনা মুমিৎকা অমূক হন্না তিন্ন-জবা ফংনবগীদমক করিগুম্বা ব্রত অমা তৌরিবা ওইনা উরকলে।

মুমিৎনা নোংচপ সমুদ্রদা চোংথখিবদা হাইগৎলকপা ঈরাক ময়ামগুম অমদি মুনি কন্যাশিংনা য়াচঙ্বগী তৌবা হৌনবা পুজা কৎনবা মতমদা হুন্থবা লৈশিং অহুনা পকথিহুনা ঈরং লংলবগুম—আতিয়াদা থম্বাম্মীচাক মপৈ মপৈ উরকলে। থরগী মতুংদা; মুনিশিংনা মমায় লোংথক্তনা নিঙ্জবা লাইবু খুকম্নবা মতমদা

ঠ—ত খুজোক থন্না থন্না মথক্তা চাইথৎনখিবা ঈশিং ময়াম অহুনা য়াচঙ্বা মতমগী ভাংলি ভাংলিরম্বা মচু পূম্নমক আতিয়াদগী চামখোকখ্রে। য়াচঙ্বা মতম লোইখ্রবদা; মাবু উদবদগী রাজরবা অগিংনা মশাদা অনৌবা অমম্বা অমনা উনশা অমুবগুম কুপশিনবা হৌরকলে। অদুগুম্বা অমম্বা অহুনা মুনিশিংগী থম্মোইতদি নত্তনা অতৈ পূম্নমক্তি লোইনা কুপশিনখ্রে।

মথং মথং থা ছুন্দোবকলে। মতম অহুদা, দেবর্ষি বশিষ্ঠনচিংবগী আশ্রম চিদাইদা ঋষি তরেৎকী লৈফম ওইনবা তমাল পাম্বীপবেং পরেংনা হাইফেৎ মায়গৈ মমহন্দুনা হৌবা অহুগা মপুরোয়বা নিঙ্বী অরুন্ধতীনা চথোক চৎশিন তৌহুনা লৈবনা ইশেংতা শেংহন্দুনা লৈবা, পাংগোং চৈশু মথৈ নিঙ্থিনা পৈরিবা; চান-নবা উহৈ রাহৈ ময়াম লৈবা উরিবা, অহুগা মচি অমদনা মমিৎ তনৌ তনৌজবী শর্জিশিংনা কোয়চৎ চৎনরিবা—অদুগুম্বা আশ্রম অহুদা, লুনা তিন্নজবা মরূপ অমা শিবগী পাউ তাহুনা করিগুম্বা অমত্তদস্তু খোয়জঙ্দ্রবা কনাগুম্বা নিপা অমনা শূদোক চামখোক্লবা মূগা ফিগুম্না ভৌরোক ভৌরবা উকু-ফি শেৎলগা ধ্যান তৌহুনা লৈবা অদুগুম্না, থা কৌবা লাইনা, মুমিৎ তাখ্রে হায়বা খঙলহুনা খোক্লমদাইগী মচুনা

লৈতেংলগা থৱাম্মীচাক্কী মশক ওইবী নূপীশিং লোয়নবা আতিয়াদা হুন্দোবক্লবদা আতিয়া অসিনা শূদোক্লবা মুগা অমদি উকু-ফিগুম্ন মচু ভোখোবকলে—তমাল পাম্বী পবেংগুম লৈবম্বা অমম্বা থৱা অত মচি অমদা থৈদোক্‌না লৈখিদ্রে—

থ সপ্তর্ষি মণ্ডল থোবকলে—অরুন্ধতী নক্ষত্রনা থোক্লকপদগীদি আতিয়া অসি তশেং তশেংলে থাগী মনাক্তা পূর্ব্বষাঢ়া অমসুং উত্তরষাঢ়া নক্ষত্র হুন্দোরকলে; মূল নক্ষত্রসু মশক উবকলে অমদি পূর্ক্কিড্ হূববী মৃগশিরা নক্ষত্রসু চিদায় অমদা ফাওবকলে।

মমাংভৈদ, সমুদ্রগী মপূক থলহনবী অমদি কাংড ময়াম তাবনা ভোরোক ভোরবী গঙ্গান, থা মচেংনা লৈতেংবা, মী-মকোক্তা লৈপরেং ওইনবা মহাদেবগী মকোকুগী লৈমাম থক্তা তাবকখিবা অতুগুম্না সমুদ্র ঈমায় চোলহনবী অমদি কাংভগী মতৌগুম কুচু থোবী থাবলনা, থা অমসুং থৱাম্মীচাক মপৈনা লৈতেংবা আতিয়া মকোযদগী লৈমায়থক্তা অসুম অসুম তাবকপা হোবে। ফুগায়না শাংলবী

দ—ন মক্তুবী অভোবা থম্বালগুম ভোবোক থোরবা থাগী মশক ওইবা পূথ্রীদগী থাবলগী মশক ওইববা ঈশিং থরিক্‌ড্‌বদগী কূমথকবা শজি অমনা অমৃতগী মশক ওইববা লৈখোমদা পূথতুনা লেঙ্‌বা ওৎপা ভমদনা লৈবিবগুম উবি। শাংকায়বদ ভাযরিবা মল্লিকা লেগুম্না মচু পানবা অমদি সমুদ্রদগী পাইবকপা কাংভশিংগুম্না থোবোক ভোবা থা-মঙালনা, নোংজুথাগুম্নবা অমম্ব মপৈনা মাঙখ্রবদা থরো অভোবা থন্না শাংপা পূথ্রীশিংদা মঙাল হৈথবক্লে।

থোক্লকপা মতমগী ভাঙলৈনবা মচ অতুনা মাঙখ্রবদা থা-মকোয় অহু, মন্দাকিনীগী ঈশিংদা লপলুবদগী মকোক্কী শিন্দূর চামথোকখ্রবা শামু ঐরাবত মকোক্কুম্না পূমভৌ ভোথোবকলে। অসুম্না থা কৌবা লাইনা তপ্পা তপ্পা আতিয়া মথক্তা য়াংনা হাইগৎলক্লবদা 'সুধা' কৌবা হকচাং তেনবা পোৎ অতুগী মকপ-কুম্বা থাবল মঙালনা মালেম লৈথক অসিবু ফিডৌ ফোবগুম তোইহল্লক্লে। যাচঙ্‌ব মতমগী ঈংলবা নামিবনা, লাক্লা মবাক পুতুনা অমদি অশাংপা থবে থারীকথা বন্দগী হুংশিবা লৈনম চেল্লক্তুনা তপ্পা তপ্পা থাঙদোয় হুল্লক্লবদা হুংভাইনা কুন্দুনা,

প—ফ হুমলবিবা হুংশিং অদূবু মপ্যাকিঙ্‌দা থাগৎনববা তপোবনগী শজি মথৈনা তৃপ্তিঙ্‌বনা মমিৎ উইথনবকলে—লায়না লোয়নন মশাগী মতু পুম্নমকসু ভুথন রক্লবদা শগুপ শায়বম্বা মচীন অতুসু লেপখ্রে। মতম অসিদা হাবীতন ঐবু চাঙ্গাক পীবকলে। অসুম তোনা অহিংগী অহানবা য়ুথক মথায় অমা হৌজিনখ্রবদা হাবীতনা ঐবু পুতুনা, মুনি ময়াম অতুগা লোয়নন মপা ইবুংগো জ বালিগী মনাক তান্না লাকপে। থাবল মঙান ফংবা তপোবনগী অঙানবা মায়কৈ অমদা

লীকক্ অমগী মথক্তা জাবালি মুংঙাইনা ফম্লম্মী। 'জালপাদ' হায়না কৌবা শিষ্য অমনা কুশগুম শেংলবা শজি মউম্না শাবা হুমাই অমা পায়ত্লনা মনাক্তা লেপ্লগা মাগী গুরুদা তপ্না তপ্না হুম্লম্মী। মওঙ্ অসুম্না নৈরিঙৈদা মচানিপা হারীতনা হায়রকই—

"ইপা ইবুংঙো! মুনি পূম্নমক অসি অংকপা ব্রাবী অদু তাজনিঙ্ত্লনা লাক্জরি অমসুং কোয়না ফমত্লনা ব্রারী হৌরকপা ঙাইনজরি অত্লগা উচেক মচা অসিবুসু মচীঙ্গাক পীজত্লনা অব্রাবা কোকহঙ্গরে। মরম অত্লনা কুপা তৌবিত্লনা তাক পিরো—হাম্নগী মপোক্তা মসিনা করি তৌখিবগে অত্লগ' করি ওইরম্বগে, মতুংদন' করি অমুক ওইরকখিগনি?" হারীতনা অসুম হায়ববদ', মহর্ষি জাবালীনা, মমাঙ দা নৈবা ঐবু য়েংলগা অমদি মুনিশিং অত্লনসু য়াম্না তানিঙ্লে হায়বা উরত্লনা তপ্না তপ্না হায়রকই—"নখোয়না খঙ্নিঙ্লবদি ফরে—তারো।"

# বারী হৌবা

## উজ্জয়িনী বর্ণনা

অবন্তী লৈবাক্তা, তাইবঙপানবা পূম্নমক্কী হেন্দোক থোইদোক্লবা অমদি সূত্যাযগকী হৌরকফমগুম্না উজ্জয়িনী কৌবা সুহব অমপক লৈ। তাইবঙ্পানবা পূম্নমক্কী সৃষ্টি ( শেম্বা ), স্থিতি ( লৈহনবা ), অমসুং প্রলয় ( অমুক মাঙ্হনবা ) গী মবম ওইবিবা মহাকাল হায়না কৌবা—প্রমথশিংগী মবুংঙো-মহাদেবনা, অনি-

ক—গ শুবা পৃথিবীগুম্বা সহব অসিবু মশানা লৈবদা মতিক চানবা শেম্বীথিবা ওইনা তৌই। অনিশুবা পৃথিবী অমা ওইবলোই নিঙ্হুনা লাকপা, সমুদ্র-

গুম্না লুববা থাংগপাৎ অমনা সহর অসিবু কোয়শিল্লি। য়াম্না ওন্না ৱাংলবা অমদি শুম্না লৈবনস্ত গৌহল্লবা চেকপল পবেংনস্ত সহব অদূবু কোয়শিনবনা মদূবু, মহা-দেবনা অশেংবমক ‘মহাকাল’গী মশক শৌদুনা মফম অসিদা লৈবরে হায়না মুংঙাই-জলবা কৈলাস পর্ব্বতনা মাগী আতিয়া থেংলবা চীংদোন পরেংশিং লোয়ননা লাক্নুনা কোয়শিল্লবমক মাল্লি।

অগস্ত্যান ঈশিং পূম্নমক থাক্লোকখিবদগী কংলবা সমুদ্রশিংগুম্না পাক চাউ-রবা অশাংবা লম্বী ময়াম্ন কোক্লং অদূগী নিঙথিনা হেলহল্লি—সনা তকথায়দনা

ঘ মদূগী উফল মপৈ মপৈনা লম্বীশিং অদু শমলি অদূগা, মোইবুঙ্, কোং-গ্রেঙ্, মুক্তা, পোহাল অমসুং মরকত মনি অশংবা ) নচিংবা মনি মপৈ মপৈনা শেম শাদুনা লৈংবা দুকান পরেং পরেংনা লম্নাবল অনিমক্তা লৈতেংলি।

অতৎ অথম লৈত্রবা কৈম্মো য়ংনিঙবদগী লংহুনা আতিয়াদগী পৃথিবীদা কমথনরকপা লাইনচিংবনা তোংনরকপা স্বর্গগী বথ পরেং মানবা মশীং লাকতমদ্রবা লাই-য়েক-শঙ শিংনা কোন্নুং অদু লৈতেংনবি, মরমদি—শঙ্শিং অদুগী মন্নুংদা লাই, হিংচাবা, সিদ্ধ, গন্ধর্ব্ব, বিদ্যাধর অমসুং নাগশিংগী মথল মথা অয়াম্বা মূর্ত্তি য়েক্লনা

ঙ—চ লৈ। লমলোঙ্ মরি ফাংবা মফম থূদঙ্দা ৱাংল ৱাংলবা লাইগী মন্দির অমমম লৈ। মথোয়শিং অতু, ক্ষীর-সমুদ্র লৈবা মতমদা কারকথিবা শং-গোমনা ভোথোকহনখ্রবা মন্দর কৌবা চীংগী মতোংনা থোরোক ভোরোক তৌই—অতুগা মথক মথক্তা থিল্লিবা সনাগী পুলশিং অদূগী মতোন্দা থেংপা অভোবা ক্ষী-রালশিং অতুনা মুংশিংকী ইপোমদা হাইবিবত্ত উবদা মন্দিরশিং অদুবু গঙ্গানা আতিয়াদগী তাথরকপদা ওইথিবা হিমালয় চীংদোনশিংগুমনা উরি।

সহরগী মতাইদনা কেতুকি লৈরাক্তনা রাউথাংনরি অত্থগা মক্ষম অত্থগী লৈ-কোনশিং অত্থনা অতৎপা লৈতনা লৈদূনা লৈবা ঈশিং চাইবীদগী কাপথোরকপা ঈশিংনা তচোৎ তচোৎলি অমস্থং মক্ষম অত্থদা অঙোবা বেদিনা কোয়শিনবা কুহাম্থ মশীং য়াম্না লৈ। লৈনরিবা য়ুমগী মনাক্তা লৈবা লৈকোনশিংদা লৈহী চুপ্পদা ময়াই কারবা থোইমুশিংনা ভ্রুঙ্ ভ্রুঙ্ ঙংনা পাইত্থন' ঈমম্ মম্না মুহল্লি। খুৎলেমগী বন্দা হৌবা উরী-মথৈনা মুংশিংকী শঙীমদা হাইবা হুম্বা তৌবনা নিংথিবা লৈনম
ছ—ঞ চেন্দূনা পেম্ননিংঙাই ওইরি। কামদেবগী পূজা লোইখ্রে হায়বগী খূদম ওইনা য়ুম খূদিঙ্মক্তা পোহাল পবেংনা কোয়শিনবা– ঙা য়েকপা কাম-দেবগী ফীরাল হাইগৎনরি—মুংশিংনা হুম্বদা মদূগী শবাকশিংনা মথোল থোকলি, মচু অঙাঙ্বা ফীরাল অদূগা; মথাদা য়াম্থরিবা অঙাঙবা চামর মথৈস্থ মুংশিত্তা ফর ফর হাইবি!

মতম পুম্নমক্তা বেদপাঠ তৌবা মথোলনা পাপ কোক্সরি। ঈশিং-মরৈ থম-লিবা য়ুম অত্থগী মনুংদা ফক্লা' রাংমদগী থোক্লকপা পূং-থোল অদুবু নোংঙংলিবা ওইনা নিঙ্থনা অমদি ঈশিং মরৈদগী অতংপা লৈতনা চাইথোরকলিব' ঈশিং মবীক মরীকশিং অদূবুনা নোং-মংবনি থন্দূনা অমস্থং মিংশেল থোঙ-মচা মচা ফাওদোক্তুনা তারকপা মুমিৎ মঙালবুনা চমথাং থনবনি নিঙ্দূনা হরাউ মথোই কাজরবা রাহো'শিংনা মমৈ য়াংকোক শানা জগোই শাদূন' থোংনবতদা ইনিল
ট—চ নিলহল্লি।—মকা ফন্না শাৎলবা থম্বাল অশংবা মপৈগুম্ব'—শাৎকায়রবা থরো অঙৌবগুম ময়ায়দা ঙৌবা অমদি কুপ্পা লৈতনা অস্থম য়েংত্থনতা মরৈবা ইন্দ্রগী মমিৎ লীশীং অমগুম—অশাৎপা থম্বাল অশংবনা লৈতেংবা ময়ায়দা থরো অঙৌবা শাৎপনা ঙৌবোক ঙৌবা অমদি মথল মথ অয়াম্বা ঙানা কোয়চা চাদূনা লৈব' অয়াম্বা পৃথ্রীশিংনা কোন্নুং অদূবু নিদ্'থজহল্লি। কংনা ফীবাল থেৎপা অমদি অমৃত-কোংগোন চবুনগুম পূমঙৌ পূমঙৌ ঙৌবা, শান্নু ময়ানা শাবা চন্দ্রশালানা (য়ুমথক্তা শাবা কা মচা অমা) কোন্নু' অদূগী মায়কৈ পূম্নমকপু ইঙৌ ঙৌহল্লি।

উজ্জয়িনীবু কোয়শিন্দূনা চেল্লিবী শিপ্রা কৌবী তূরেন্দ', মথোন-কাবা-মতমগী-ঈবাংনা-তিল্লবী মালব লৈবাক্কী নূপীশিংনা কূমত্থনা ঈরুজনবা মতমদা মথবাক
ণ— চক্না ঈশিং ওৎথায়ব' অহুগুম্বা শিপ্রান মহাকালগী মশক ওইরবা মতিক মগুণ চাউবা মক্ষম অত্থগী মহাদেবগী মকোক্তা লৈবী গঙ্গাবু উরুব-দগী কল্লক্তুনা আতিয়াবু চামথোক্কদব' মানবা অঙাওবা ঈথক হৌহন্দূনা পীশূম শূকপগুম তৌরি।

তাইবঙ্ পানবগী মক্ষম পূম্নমক্তা মমিং চৎলবা থম থেংনা কেবা মৌবা হৈরবা

মী কয়া কয়া উজ্জয়িনীদা লৈ। থা-মচেৎ অমনা মহাদেবগী জটা-লৈতেং ওইনবগুম মসিদস্থূ লন-থুম কোটি কোটি লৈ। 'মৈনাক' কৌবা চীংজাউদি ইন্দ্রনা মশা ককথৎপা হায়বত্থু মশক খঙ্খিদবগুম লৈবাক অসিগী মীশিংস্থূ থৎনবদা মীচঙ্ সংগন নাইবমদে ( পক্ষপাত—মশাককপা, মীচঙ্ চঙ্বা )। মন্দাকিনী তূরেন্দা

ত – ন সনাগী থম্বাল মশীং খঙ্দনা শাংপগুম—মথোয়গীস্থু ইফোং ফোংনা সনা কোটি কোটি লৈনৈ। স্মৃতিশাস্ত্র, সভা, অনাথআশ্রম, কুহা, ঈশিং থক্ফম, হৈকোল, লৈকোন, লাইশঙ্, থোং অমদি ঈশিং চাইনবা মরৈ—পূম্নমক অসিগী মতৌগুম মাগী কান্নবগীদমক মথোয়স্থূ সভানচিংবা লিংখৎনরম্মী।

সমুদ্র নৈবা মতমদা মন্দবপর্ব্বতনা সমুদ্রদা লৈবিবা মণি-মুক্তানচিংবা রত্ন পূম্নমক্কী মচি ওইবা অমৃত অমদি শামু ঐরাবতনচিংবা পুখৎলকখিবগুম্না মথোয়স্থূ সমুদ্র অপূম্বগী মণি মুক্তানচিংবা রত্ন মপৈগী মচি ওইবা মথৈ লৌশিন্দূনা পৈশিনখি। হু-গী লায়েং খঙ্দূনস্থূ মথোয়না লিনবুদি কিনরম্মী—( মরকত মণি লেপশিন্নৈ অতুগা ফঙবা মাবুদি কিনৈ )। ফঙবাশংবু চঙ্জফম পীনববস্থু মথোয়গী মবল

প—ব মথুমদি অফবা মাশিংতনা চায় ( লো ইংথেলনা মরলনি—চান্নবা হুশিননবনা মতু চায়। অকনব অথৌবা ওইচনস্থু নোল্লুকই ( থৌনা লৈ, লাইরৌক হৈ )। মীনা য়াবা রা ভাচলবস্থু ওহদবদি হায়দে। ফজবা শক পামৈ অদুবু মশাগী নূপীতদা পেমৈ ( লাহরাক হৈ, মশাগী নূপীত্তদ পেল্লি )। ময়ুমদা অতিথি থুংবীরনবা হায়জ চৎচ তৌববস্থূ অতাপ্পদদি থক হায়জদে ( অতিথি লাকপীনবা প্রার্থনা তোনে তাইগুম্বস্থূং অতোপ্পনা শেগ নিবদি তৌনদে )। অনিঙবা অপাম্ববু অমদি শেলবু অথোইবান থল্লবস্থু ধর্ম্মনা অথোইবান নিঙনৈ। য়াম্না কল্লবস্থু য়েক্লববু কিনৈ ( য়াম্না কল্লি অদুগা মতুংগী মপোক্তা ফংলুগদবা পাপ অদুবু কিনা চৎলি )।

মা পূম্নমক খুংশা হেনৈ, শাস্ত্র খঙ্ই, দান-তৌগল্লি, থবক পূম্নমক্তা হৈশিংবা ওই, রা ভাঙবদা নোকমি নোকমি তৌই, ফাগি তৌগল্লি, ফিজেৎ তরু তরুই, লৈবাক পূম্নমক্কী লোল হৈনবা তৈম্নৈ, রাহৈ অমনা অর্থ অনি চৎপা রা ভাঙবা য়াম্না হৈ, রারেং-শৈরেং নিঙথিনা খঙ্ই, খুৎই পূম্নমক পাবা থোকই ; রামায়ণ, মহাভারত অমস্থুং পুরাণ শাস্ত্রবু য়াম্না লুনা তৌনৈ, অশেম্বা রারী লাবা য়াম্না হৈ, চৌবব

শ—ক শান্নবনা চিংবা কলা বিদ্যা পূম্নমক্তা হৈ শিংই, শাস্ত্রগী জ্ঞান ফংননবা কন্না হোৎনৈ, মতম পূম্নমক্তা রাভাঙ্থুমই অমসূং পূকচেল তপ্ই। বসন্তগী মতমদা মুংশিংনা মথা মায়গৈদগী শীৎলকপগুম, মথোয়স্থূ মতম পূম্নমক্তা নোল্লুক শাজৎতমক চৎলি। হিমালয়গী উমংদা উপাল অচুম্বা হৌবগুম মথোয়গী থম্মোইস্থু

থোযরমদে। লক্ষ্মণনা বামগী পেন্নবা তৌবদা হৈশিংখিবগুম মথোয়স্থু নূপীবু পেলহনবা য়াম্ন' হৈ। শক্রঘ্ননা ভবতপু ভক্তি উৎখিবগুম মথোযস্থু ভবতকী নাট্য-শাস্ত্রদা য়াম্ন হৈশিংহৈ। অয়ুক ম্নংখিল অনিনা কোবৌহনবগী মতুং ইনবগুম মথোযস্থ মথোয়বু ফননা নিঙ বিবা মীগী ফৌবোয় ইল্লি।

বৌদ্ধশিংগী মবক্তা, পোং পূম্নমক লৈতবা লৈতে হাযনা থাজনবা য়াওবগুম, মথোয়গী মবক্তা নল্লোনবশিংস্থ মীনা হংলবা পোং পূম্নমক লৈতে থক হায়নদে।

ঘ—ঙ সংখ্যা শাস্ত্রদ প্রকৃতি অমদি পুরুষ হায়বা অথোঙবা অনিথক লৈবগুম মথোয়গী মরক্তস্থ অথোহবা মী ব্রাংপা লৈখিদে। জেন বর্ম্ম চংপা মীগুম্না মথোয়স্থ থর্রায় পানবা পূম্নক্তা থৌজাল হে। কেবা মৌব হেবা মী ব্রাংলমদে।

অসিগুম্বা উজ্জযিনী অসিদা লৈবিবা ব্রাল ব্রালবা লাইগী মন্দিব অমস্থং নিংথৌগী সঙ্গাইশিং অদূব চীং অমমম ফহন নিঙহ—হৈ। অহৌবা দল ন ময়াম লৈবিবতুনা সহব মচা ময়ান লৈবগুম অদুগা মহাপ্রবব ময়াম লৈবন কল্পবৃক্ষ ময়াম হৌবগুম নিঙহ অতুগা ফল্লাংনচিংবদা য়েল্লবা মশী লাকউনদবাল হ শীনশিং অতুনা

চ—ঝ সহর অতুদা তাইবঙ পানবগী পোং পূম্নমক শুন ফংপগুম উই। য়াচহুবা মতমনা পদ্মবাগ মণিগুম্ন চাউবগুম উজ্জয়িনীস্থ পদ্মবাগ মণিগুনা কোয়না থম্বনা ইঙাঙ ঙাঙনা উব। অশ্বমেধ যজ্ঞ চামগী লেখুন চন্দ্রগা মশ শেহন-খিবগুম উজ্জয়িনীস্থ মশীং লাকপা মমদ্রবা যজ্ঞগী লেখুন শেহল্লি। শিবনা জগোই শাহনা শান্নবদা অমৃতগী মশক ওহববা অভৌবা মচৌ মানাক লোক থবগুম উজ্জ-য়িনীস্থ মশীং লাকচমদ্রবা অভৌবা ক্ষবা-দলান্ন লৈতেংহ।

অহল ওহববী নুপীগী ফজবা মাঙশিল্লকপগুম উজ্জয়িনাদস্থ অদুগুম্বা সনাগী যুম য়াম্না লৈ। বিষ্ণু তোংবনা গরুডবু যজনা উনগুম উজ্জয়িনীস্থ চীং লেম্না লেতা-বনা ফজহল্লি। অয়ুক হঙনবদ' মী পূম্নমক মিংকপ থোঙনা হৌগংনবগুম উজ্জ-য়িনীগী মী পূম্নমকস্থ মথল মথা অয়াম্বা হিরমগী জ্ঞান ফংনখি। নিঙথিব চানব

ঞ—ধ অমস্থং শামু ময়ানা থন্না লৈবনা শাতানবগী মযুমদ ইচৌ চৌবগুম উজ্জ-য়িনীদস্থ হমুংদ শামু মযাদা চামর ময়াম য় ম্নহুনা থম্বা অভৌবা যুম য়াম্না লৈ। পৃথিবীনা মতম পূম্নক্ত অনন্ত নাগগী মশাদা লৈবগুম উজ্জযিনী মনাক্তস্থ চীংজাউ য়াম্না লে। সমুদ্র লৈবদ মায়কৈ পূম্নমক্তা নবেল থোকথিবগুম মসিগী মায়কৈ পূম্নমক্তস্থ গোয়ালানা থল্লি। নিংথৌগী অ ভযেক তৌফমদা সনাগী পুন ময়াম পৈবগুম যুম খুদিঙগী হোজঙ থোঙ মথাদ সনাবুন থিম্নে। নোংশা নিং-থৌভনা চুগাগী মতিক চাবা শাদোং ওহনবগুম উজ্জয়িনীস্থ অচৌবা সিংহাসন ময়ামগী মতিক চাবা মফমনি।

লাইশিংনা অপোকপী মমা অদিতিগী সেবা তৌখিবগুম উজ্জয়িনাগী মীশিংস্তু লাইগী মন্দির সেবা তৌই। নারায়ণনা ববাহ মূর্ত্তি ধাবণ তৌরগ' * হিরণ্যাক্ষ হিংচাবগী মথল্লায় মাঙ্বা উহনবীথিবগুম মক্ন অদুগী মাশিংনা সনানা শাবা চৌবর মরূ হুনবা উহল্লি। আস্তীক মুনিনা, লিন হাৎনবা তৌখিবা যজ্ঞ থিংহুন লিন-মথৈবু হরাউহনবীথিবগুম উজ্জয়িনীস্তু অকে অমৌ পান্দবশিংগী মতিক চাবা য়ুম ময়াম শাবীত্নুনা হুংডাইহনবী। হরিবংশ পুরাণদা মখল মখা অয়াম্বা অঙাং
দ—য শান্নবগী ব্রারম ভাক্তা ইবনা পূক্লিড় হুবগুম উজ্জয়িনাদস্তু অঙাংশিংগী শান্নবা মথল মথলনা পূক্লিড় হুরি। উজ্জয়িনীগী নূপীশি'না কেবা মপান থে'ক্লপস্তু মরম-চৎ মোৎনবদি থক য়াওবা লৈতে। মচু ভাঙ্লবস্তু (ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ শুনা লৈর-বস্তু) উজ্জয়িনী অসি অমৃতগুম মচু ভৌই। মুক্তাপবে, শিবংস্তু মুক্তা পরেং য়াম্‌দনা লৈতেংই (বৌদ্ধ আশ্রম য়াম্না লৈ)। মণ্ডপ য়াম্না থোল্লবস্তু ইচিক চীকই (মীয়াম্না তারবস্তু চীকই) ফজবদা স্বর্গমক্তগীস্তু হেনবানি।

হায়রিবা উজ্জয়িনা অসিদা, কোন্নুংগী য়াম্না রাংবা মথক থংবা কাদা নূপীশিংনা নুংশিবা থোঞ্জেন্দা ঈশৈ শৈরাইনবা তাবদা নুমিৎ কৌবা চাহগী দোলাইচিংবা শগোলশিংনা হস্থনা য়েংথবক্তনা লেপখিবদগী দোলাই চংশিন্দ্রনদা দো-
র— লাইগী ফীরালস্তু মমাঙ্দা হাইথবল্লবদ নুমংনা মহাক'লবু খুকুম্নগা হেক হেক চৎথি হায়বসি নুমিৎ খুদিংগী অঙুম্মক উনৈ।

অসিগুম্বা উজ্জয়িনা অসিগী পোহাল মচু মানবা মাংগান্দা। নুমিৎকী মঙাল তাবদি য়ংচঙ্বা মচু মাল্লি, শূমাঙ্ ময়ায়দা লৈবা চিথেক মরি নাইবা মণি অশংবগী বেদি মথক্তা তারগনা থম্বাল অশংবা মরক্তা ওন্না যোহনা শান্নববা মতোনি, বৈদূর্য্য-মণিগী লৈমায়দা তারগনা নুমিৎ মঙাম্না আতিয়া মথাদা কোয়না শান্নবগুম নিঙ্ঙই, অগুরু চন্দন মৈ থাদূনা থোক্লকপা অমুবা মৈখুবক্ত য়েনবগন অমম্, চবুন মাঙ্-হনগদবগী হোৎনরিবগুম থল্লি, মুক্তাগী ঝালব মথক্ত। য়ৈবদি নুমিৎ মঙাল
ল অদূবু থর'ম্নীচাক পরেংনা কূপশিন্দুনা থম্বা মাল্লি, নিঙ্থিজবা নূপীগী মায়-থোংদা তারুরগনা যুগায়না শাংপী থম্বালদ' চুপ্লিবগুম নিঙ্‌ঙই, পৌক্রাহগী ফল্লাদা ফাওজিনখ্রগনা অযুক অঙনবগী থাবলদা তাক্লবা ওইন' উই, ভোবোক ভোবা ফংবাল মথক্তা তারগনা পাকথোক শন্দোক্লিবা ওইনা নিঙ্ঙই, অংগা নীলকান্ত মণিগী মীঙ্ৎথোঙ্ অহোবদা চঙ্খ্রগনা রাহুগী মচী মনুংদ চঙ্‌খিবগুম উই।

অসিগুম্বা উজ্জয়িনী অসিদদি অহিংমক্তস্তু মনশিলহনবা ডংদবা নূপীগী খিডেং লৈতেং মঙাল অদূবু নুংথিলমক্লি থন্দুনা থংগোং লাখা অমোমশিংনা অহিংদস্তু

* হিরণ্যাক্ষ—হিংচাবগী মমিং, অমরোমদা সনাগী চৌবর মক্ল।

অতুম্মক থাদোক্লবা লৈত্তে। ফজবা শঙ্কা, মায়কৈ চাকপগুম্ কামগী মৈরী হৌহন্দুনা অমেঙ্বা হুমিৎ মঙালনা নাপু মচু মান্না অহিং হৌহনথিবগুম উহল্লি। মহাদেবগী মিৎয়েং মৈরীনা কামদেববু চাকথেক্খ্রবদা রতিনা তেংথাখিবগুম—অয়োকপা কাং-ঙগী নুংশিবা মখোলনা নিন্দুনতা লৈবনা মহাকালগী মশক ওইবা শিবগী লৈতাফম উজ্জয়িনী অসিবু ঈরাং হৌহল্লি। অসিগুম্বা উজ্জয়িনী অসিগী অৱাংবা

ৱ—ব

দলান মপৈনা,—মপাম্বোম তিংথোকপা মান্না মথক মথক্তা য়ুংলিবা—নুং-শিৎনা ফর ফব হায়বিবা ক্ষীরালগী মশক ওইবা ইন্নফি থাংগত্লনা, মালব লৈবাক্কী নৃপীশিংগী নিঙ্থিবা মায়থোং থম্বাল উবদা ঈকাইজ্ববা থাগী মমায়দা কাবা মায়-হিং অতু মুিং খূদিঙ্গী তৈথোকপিবিবগুম নিঙই।

অতুগা সঙ্গাই মন্নুংগী লৈমশিংনা দলান মথক্তা কাথৎলক্লবদা মখোয়গী মায়-থোং মিতাবনা লাকহৎলবা থানা, মবাং কায়না চন্দন মহী চাইদূনা ঈংহল্লবা মণিগী যূমথক্তা মশাগী মমি তাহনবা শাত্তুন হেক হেক লৈ-ওন্দুনা লৈবৈ। পোনগী চোঙা তেনৱাশিংনা অহিং মমৈ ওইবক্লবদা মিৎকপ থোক্তুনা খোঙ্গেল ৱাংনা পাঠ তৌবকপা অমদি মঙ্গলার্ত্তিগী ঈশৈ শক্লকপা মতমদা অয়োকপা ৱাই-

স—ক্ষ

নুগী নুংশিবা মখোলমকপু নৃপীশিংগী খূজী নাচিনচিংব লৈতেং মখোলনা নমহৎখিত্রনা তোপ্পা তাবা ফংদনা অতুম্মক তোকহ। উজ্জয়িনী সহর অসদা মণিনী থাউমৈতদি মৃৎপা মরৈত্রে, মুক্তা মালাতনা ইথক ৎকই, পূং ঈশৈ মখোলতদা লৈতাফম থঙদে, ভানু থংগোংতনা মতৈমনাউ কায়নৈ, সনা শাবতনা মচু পরীক্ষা তৌই, ক্ষীরালত্তনা ফর ফর হাই, থবোতনা মরূপ য়েংথী (হুমিৎপু) অতুগা থাঙ্-শাংতনা মথুম মন্নংদা লোত্তনা লৈ।

থোইনা হায়রুবগী কান্নবা লৈতে মবমদি—লাই হিংচাবশিংনা খুকম্নজবা মতমদা মখোয়গী মকোক্তা থেৎপা মণিগী মঙালদ মাগী খুজীন মঙান তিন-খিবা, থৌরবা ত্রিশূলনা কল্লবা অন্ধকাসুরবু থিনগায়খিবা, মুংশি-হুংওন-ৱা-থোক্তা-শাউবরী পার্ব্বতীগী খোঙ্না মবোক্তা কাওখিবা মতমদা, মখোঙ্দা শিবা নূপুরনা মাগী কোক্কী লৈতেং থা মচেৎত। থেংগায়খিবা, ত্রিপুরাসুরবু উৎ ওইহল্লগা উৎ অতুনা মশাগী লৈতেং ওইনা তৈনখিবা, কামদেববু চাকথেকহনখ্রবদা

ক

মাগীদমক ৱাহৌবী রতিনা অমুক হন্না মাবু হয়াউহন্দুনা চানবীরক্লবগীদমক মাগী মখোঙ্ কোঞ্জগে হায়না তিংথোকচরকপা মথূৎ অনিমক্কগী নাম্বোক্তুনা তারকপা খূজী অনিনা মাগী মখোঙ্ অনিমকপু পূজা কচ্চথিবা—অমদি প্রলয় মৈরী মপৈগুম ভাঙ্লৈনবা মাগী জটা মপৈদা তাত্তুনা গঙ্গানা মতম কুইনা কোয়চৎ

চত্তুনা লৈখিবা—অদুগুম্বা ভগবান মহাদেব অতুমক্তা কৈলাস ধামদা লৈবগী মুং-ঙাইবা থাদোক্তুনা মহাকাল হায়না কৌতুন' উজ্জয়িনী অসিদা লৈখিব্রবনি।

অসিগুম্বা উজ্জয়িনী অসিদা. নল, নহুস, যযাতি, ধুন্ধুমার, ভরত, ভগীরথ, অমদি দশরথকা মান্নরবা, মরোশিং চাউবা, মথৌনা লৈবা 'তারাপীড়' হায়না কৌবা নিংথৌ অমা পানখি। মপান্থোম পাংগলনা মহাক্ত' পৃথিবী পূম্নমক থুতুম চনখি; মকোক্ক থোংবগী পাংগল, মথৌনাগী মতিক অমদি মন্ত্রগী শক্তি—পূম্নমক্তা মহৈ য়ানখি। নীতি শাস্ত্র নৈনবদা মতম পূম্নমক ম'ঙ্খিবদা মাগী অরাবা ওইদে—ধর্ম্ম শাস্ত্র পূম্নমক তমখি, অতুগা মতিক মঙান্দা অমদি মশক মতৌ ফজবদা—

থ—ঘ ন্থমিং থাগী মথংদা মহাক্তা অতুমগুবা অমা ওইখি; যজ্ঞ য়াম্না তৌখিবনা মশা ইশেং শেংলম্মী, অমসুং মথল মথা অয়াম্বা পান্বেনা পৃথিবী পূম্নমক্তা ওৎপ' নৈবা অমত্তসু লৈহনখিদে। যুগায়না-শাংপী-থম্বাল থুৎপায়নবী—অকনবা মিপাক্তদা মায় ওনশিনবী রাজলক্ষ্মীমক্তা থম্বালগী বন থাদোক্লমতুনা অমসুং নারায়ণগী থম্মোইদা লৈজবগী তুংঙাইবা অতু ফাওবা শীংথানরক্তুনা মপূক্নিঙ শেপ্পুনা মাবু তবাম তরাম কোঞ্জখি। বিষ্ণুগী চরণন', মহর্ষিশিংগী পূজা কংনফম ওইবী গঙ্গাগী ঈহৌফম ওইখিবগুম মহাকসু মহর্ষিশিংগী পূজা তৌনফম ওইবী অচুম্বা ধর্ম্ম হায়বা অতুগী হৌফমনি।

থানা সমুদ্রদগী থোকখিবগুম মহাকসু মিংচৎ অপূম্বগী থোকফমনি; থাগী ঈংলবা মঙাম্না কায়না মৈশা লাংবীশিংগী মৈচাক হাপবৎপগুম ঈংলবা মাগী মিংচৎনসু য়েরুংগী মৈচাক হাপকংলি লেঙ্দ্রেবসু থান' মতম পূম্নমক্তা চত্তুনতা লৈবগুম মাগী মিংচৎসু মতম লৈবা খিবাক্ত' লেঙ্দনা. কোয়না থুংনা চত্তনতা লৈ।

ঙ—ছ মচু পাল্লবা থ'না কায়না মিহুম্না চুববা নৃপীশিংগী মায়থোং থম্বালবুদি মকশিলহনবগুম মাগী মক্তুনা 'মংচৎনসু য়েরুবা নৃপীশিংগী মায়থোং থম্বালগী ফজবা মকশিলহনখি; তঙোবা থাগী মঙালবু শাউবা মী য়াঙনবগুম মাগী মিংচৎনা ফনমক মচু পান্দ্রনসু মীগী অশাউবা পোক্রবা য়াওক্ত। ইন্দ্রনা মশা ককৃপিখিগনি হায়না কিন্তুনা অয়াম্বা চিঙ্ন' পাতালদা থুপ্পখিবগুম অয়াম্বা নিংথৌশিংসু মশাগী অমাঙ্ব' থোক্কদবা অতুগী কিবমক্তনা তারাপীডদা চঙজরকখি। গ্রহশিংনা মতুং ইনবা বুধগুম পণ্ডিতশিংনা থৌগল্লি।

কামদেবনা শক্লাইরবসু শানাইদবগুম মাগীসু কবিগুম্বদ' শা-লান থোকপা লৈখিদে। নিংথৌ দশরথনা সুমিত্রা কৌবী মহারাণীগা থেংনখিবগুম মহাকসু অথোইবা মরূপশিংতগা তিন্নখি (সুমিত্র—অথোইবা মরূপশিং)। কাত্তিকনা শিবগী তুংইনবগুম—পাক চাউববা লাম্মীনা মাগী মতুং ইল্লি। লিন নিংথৌ অনন্তনা

পৃথিবী কোকথোংনাবগী অৱূম্বা থাঙ্‌বগুম—মহাকস্মু খোইদোক্না ভাকপিহৈবা গুণগী ইবাই খুম্নফম ওইবস্মী। পাক চাউববা *(বংশ) ম্বাগী বননা নর্ম্মদা
ঙ—ড তু্‌বনগী .হৌবক্কফম ওইবগুম মহাকস্মু অচৌবা শাগৈদা পোকপনি। মহাক ধর্ম্মনক্না শায়োন্নক্পগুম্মা—না‹ায়ণগী মহুৎশিনবা মীগুম্মী—কবিগুম্বদা প্রজাশিংবু অন্নাবা পীখিবা লৈতে।

বাবণনা কৈলাস পর্ব্বতপু মরু ফৃক্না থাংগত্তনা হাইহল্লবদা মহাদেবগী খোঙ্‌বীনা নমদুনা অমুক ৈল‌হাহনখিবগুম—তমো' গুণ হেন্না লৈমনবদগী মচু মুশীন মুববা —খোইদোক হেন্দোক্না পাপ চেল্লবা কলিনা ধর্ম্মবু মরু ফক্তোক্কু্না তোল-
ঢ হাইনহল্লবদ' তাবাপীডনা শ্রুতি অমস্মূং স্মৃতিগী হৌনবী লোনচং পুখোক্ক্ুনা ধর্ম্ম অদুবু অমুক লৈতাহনখি।

ণ মী পূম্নমক্না মাবু উৱগ'—বতিগী তেংথ নাউ-ওই মীকপ্তা হুংশিবীরবা মহাদেবনা অতোপ্পা কাম‌দেব অম' শেমদুনা থাবিন্নকপনি থন্নখি।

নোংপোকলোমদ'—সমুদ্রগী ঈথক্না মাগী ময়ায় থংবা শক্নকপু চামথোক্ক্ুনতা মরৈবা, মথক্তা হোবা উপা'লশিংগী মশা কারক অহোবদা কোয়ন' চৎপ' থন্নাম্মীচাক মপৈবু উবগ মহুদ' শ ৎপা লৈবু শক্ক অনি হেনগংহনবগুম উব', হুন্দোৱকপা থাগী মকে'য়দগী শিন্থবকপা অমৃ' মরীক্নী নো'তনা মডোন্দা হোবা চন্দন
ত পান্ধ'শিংবু ঈ‌েৎ চোৎহল্লিব—কোবোহনবগী বথা‌িংবা শগোলশিংগী মখোঙ লো'ঙ্‌খুমনা কা‌ঙখা'ম্নবদা ঈতৎ তংলব' লবঙ্গলতানা তনিক তনিক থাঙ্‌নহৌবা অদুগ' শামু ঐ‌াবত্তক" মনাতোন্ন মহুদা হৌবিবা 'শল্লকী' কোবা উপালগী মনা হেক হেক ধংগা। *দৃগুম্ব উদয়াচল কোব চা অদুদগী হৌন লান্নবা নিংথৌ পূম্ননক্না তা্রাপীডবু লৈশা 'লথো'ন খুক্কুন্নবৈ।

১৩। বো'মদন।—ৱা'মগ' লোয়নন। লঙ্কাদ চৎমিন্নখিবা শীংথাকম থঙ্‌দ্রব' য়োংলাম্মাশিংন থংনবদা 'লবলী' কোবা উহৈ অদু থজীক্তমক ঙায়শিনখিবা—সমুদ্রদগী কাথংনবকপা' চশিং-লাইশিংনা ফম অদুদা তাবিবা বামচন্দ্রগী খোঙ্গুলশিংবু পূজা কৎনখিব—মা'বু শা'খিব মতমদ' য়োংশিংনা লংশিন্নবকপা চোংগী মপৈনা
থ থাবদা কাযখিবা মোইবুং মচেৎ মচেৎনা মহুগী নুংমায় নুংমায়দা থন্নাম্মীচাক মপৈগুম পবশিনখিব—য়ো' লুচিংবা 'নল' গী মথুংনা হুল্লক হুল্লকপা চোংজাউতনা মরু ওইনা শাখিবা অদুগুম্বা 'সেতুবন্ধ' হায়না কোবা থোং অদুদগী হৌরক্ক্ুনা লাকপা নিংথৌ পূম্নমরু তাবাপীডবু খুকমজখি।

অতুগা নোংচুপ লোমদনা—ৱা'লবা মাগী ঈফুৎ ঈশিংনা থন্নাম্মীচাক মপৈবু

* বংশ—ৱা অমৱোমদা শাগৈ।

তক্ক তক্ক চামথোকখিবা, অমৃত নৈবা মতমদা বিষ্ণুগী পাম্বোমদা শিবা ঙা মওঙ্ মানবা 'তাল' থিবীক্কী মচীন্না তকপদা মাগী নূং পূন্নমক শৃং নানখিবা—লাই হিং-চাবশিংনা, থৌন্নী ওইনা য়েংশিল্লবা বাস্তুকি কৌবা লিনবু ঈরায় লায়না চিংনরক-

পদা তফিং তফিং থাংনবা মখোয়গী থোঙ্থাংনা মাগীময়ায়থংবা শরক

দ পুন্নমকপু লৈথোম থোকহনখিবা অমদি থকলোমদা হাইগংলকপা অমৃত মরীক মপৈনা মশা অপূম্বা চোংহনখ্রবা অতুগুম্বা 'মন্দরপর্ব্বত' হায়বা অতুদগী হৌবক্ক্না লাকপা নিংথৌ পূন্নমক্না তারাপীড়বু খুরুম্নখি।

অতুগা অৱাং মায়গৈদন'—নর অমসুং নারায়ণগী চরণ চিহ্ন পক্কনা লৈবা বদরিকাশ্রমনা পূক্লিঙ হুনা ফজহল্লিবা,—কুবেবগী কোন্নুং 'অলকা' কৌবা সহরগী নূপীশিং অতুগী ফিজেং নৈতে' মখোলতনা মাগী চীংদোন খূদিঙমক ইনিল নিন্দূনতা

মরৈবা অতুগা সপ্তর্ষিশিংনা সন্ধ্যা উপাসনা তৌবীবদগী মাগী ঈফুৎ ঈশিং

ধ পূন্নমকপু শেংদোকপিবিবা অমদি ভীমসেননা থরো থম্বালগী বন নৈহংখি-বদগী মাগী ময়ায়থংবা নাপে'ম পূন্নমকপু মনম ন্নংশিহনখিবা অহগুম্বা গন্ধমাদন হায়না কৌবা চীংজাউ অতুদগী হৌনা লাকপা নিংথৌ পূন্নমক্না হায়বিবা নিংথৌ তারাপীড় অসিবু খুরুম্নবখি।

মাবু খুরুম্বা মতমদা নিংথৌ পূন্নমক অতুনা অপোম্বা থম্বাল মওঙ্ মাম্না মরাইবক্তা মথূং লেন্নহনা থম্নবগা অনেম অৱাং মাগ্নদনা নোম্ব্নরকপা মকোকশিংদা তারাপীড়গী মখোড দগী হাইগংলকপা খূম্বান মঙান্ন মখোয়গী লূহুপ্ত নৈবিবা ডিরা ঊনাগী ময়েকশিং অতুদা য়েববদা কিবনা মখোয়গী ম্বরংবা মিংনহাশিং অতু কোয়রৈ নৈতনা থাঙখি—মবমদি মখোয় পূন্নমক অহ মাগী মপাম্বোম পাংগলতনা নম-

থেক্কনা মায়গীথিবা মক্কনি। কনাগুম্বা ময়গৈ-ডাকপা শামুন কল্পবৃক্ষদা

ন—প থেংজিল্লনদগী মতুদগী পাইথোক্করকপা থে ঈমু মপৈ মপৈনা তোংশিল্লহুনা লূম্বনা নোম নোম তৌববা ডিরা মথৈনা নোম্বহনা থাঙজবগুম—মণি মুক্তা অয়াম্বা থাম্বনা লাপ্ন মঙাল শন্দোকপা অমদি মুক্ত পনং পরেংনা ঈশাং ঈশাং শাংনা য়াম্বরিবা সিংহাসন মথক্তা মহারাজ তারাপাড়না লেঙশিল্লবদা মানা নম্বরকপগী অরুম্বনে, তেম্না থাবীবক্কনি হায়বগী কিজবনে অসিনা তনিক তনিকচববী মায়গৈ অপূম্বনা মঙোন্দদি মপূংফানা মকোক নোনজখি।

ঐনা থল্লি—লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রমক্কম্ব তারাপাডগী, খ্বাম্নদগী হেন্দোক থোই-দোকপা মপাংগল অমদি মরল মথুম অসি উবদা লিহৌখি। মমাংডৈদা 'ক্রৌঞ্চ-পর্ব্বত, না কাংভশিংগী থোকফম ওইথিবগুম, থৌডাল অমদি পীনহৈবনচিংবা গুণগী মপৈ পূন্নমক্না মঙোন্দগী থোরক্লগা তাইবঙ্ পূন্নমকপু লংথৎহনথি অমদি মী পূন্নমক্কী

থম্মোইদা মুংঙাইজবা পোকহনবীথি। অদুগা মুংশিবা অমৃত মনম্‌গুম্ মমম্ লৌবা ইন্দ্রবু পেলহনবা অমদি মন্দরপর্ব্বতনা নৈবদা থোক্নৃথিবা ক্ষীরোদ সাগরগী অয়াম্বা কোংগোলগুম ঙৌরোক ঙৌরবা মাগী মিংচৎ মপৈনা লাইরৈবাক অমম্বং হিংচাবগী লৈক্ষম পূন্নমকপু কাওবা লংবা হেলহন্দুনা অমদি মাগী মগুণত শোন্নহনবদা তাইবঙ্-পানবা অপূম্ববু হৈনিল নিলহন্দুনা মহুগী থোঞ্জেলনা মায়কৈ তন্নামক্তা শন্দোকখি।

ক—খ মাগী থাঙওমত্রবা মঙাল মৈশা ফংবদা লাকহৎলবী বাজলক্ষ্মীনা মিংকূপ অমত্তগীদমকস্মূ মাগী শেকপিন মরুম থাদোকৃচখিদে। অদুগা মী পূন্নমক্তা মহাক্কী মরমচৎ মতৌ পূন্নমকপু, পাঞ্চীগী মচৌন্দগী তাবা মশা মশাগী লাইবক ফবগী রারমগুম থরাম্ন য়াওনা য়াওনা তানৈজে—গুরুগী পাউত্তাকুম ফিদমৈ—মশাগী অফবা ওইনজনবা লুনা তৌনৈ—নিঙ্জবা লাইগী মিংথৈ শোনবগুম শোন্নজে অমম্বং বেদগী য়াথংগুম কৈদোঁউদস্মূ কাউনদে।

অদুগা মহাক্কা নিংথৌ ওইরবদা চীংতনা পৃথিবী অসিদা মশা য়াওদনা লৈ—মীরক্তদি য়েংথীনবা থক য়াওদে, 'স্নুপ' অমদি 'তিঙ্' নচিংবা প্রত্যয়তগী তোপনা তোপ্পা মত লৈনবহু মঙায় (প্রকৃতিনা কোল্লি হায়বগী), মীরক্তদি অমগা অমগা অতোপ্পা রাথল থন্নবমদে, শকয়েং মিংশেলতনা মায়োক য়াবনি, মী অমগা মী অমগদি থক মায় ওনশিন্নদে (থংনদে), শিবগী মূর্ত্তিতদা দুর্গাগী শক্তম লৈবনি,—কনাগুম্বা মীনা লানবন্দা থূপ্পদি তৌনদে, অমংবা নোংতদা চমথাঙ্ থাল্লি—লানগী দমক্তা লীকং পায়নবদি লৈতে; থোঙ্শঙ্বতনা থাঙ্ পায়বনি—মী অতৈদি পায়নদে, থাঙ্ ময়াতদা অথৌবা নাই—মরমচৎ ফত্তবা মীদি য়াওথিদে; ক্ষীবান চৈ থোক্তনা য়ুংথৎপনি—নাপলনা রাংবদি লৈরমদে; লীরুংতনা লীরী চিংবদা নোপ্থবনি—মীগী অবস্থা নোপ্থবদি য়াওথিদে; রা-তদা থোইনা মথুল হুংলি

খ —মীবুদি তেন্না হুংনদে; লাইগী যাত্রা পালন তৌনবা নত্তনা লানগী যাত্রাদি থক তৌরমদে, লৈ-তনা লৈথোক্তা শাংলি—কৈত্তমশঙ্দদি কনাস্ম লৈতে; ইন্দ্রিতবু লাকশিনবা নাইনরম্মী—মীবুদি লাকশিনবা নাইনরমদে; শামুতবু শাফমদা চঙ্হনবনি—অবান অচুম বিচারগীদমক মীবু ঈরূপ্পহনবদি চৎন-রমদে; ব্রতগী মতমদা মৈ পায়নবা নত্তনা রাশকপদা মৈ পায়নবদি তৌবমদে; গ্রহশিংতনা তুলা রাশিদা চৎনবনি—রাশরুবগীদমক কনাস্মূ তুলা দণ্ড (থলওন চৈ) দা কাথৎনবদি লৈত্তে; অগস্ত্য নক্ষত্রনা থোক্লবতদা ঈশিং লূবা (ঈশিং ফবা) ওইরম্মী—পাপ তৌই তৌদে থঙনবা রাশক লৌবগী মশক ওইনা মীনা হূ থকপদি লৈনরমদে; শম অমদি থূর্জীনতবু শাংলগা ককপনি—মীগী পুন্সী শাংদোক্নক্নগা অয়াং অপা নংবদি থক থোক্লমদে; নোংমৈংবা আত্তিয়ানা মমশিনবা নত্তনা মীগী

মক্কি মরোন্দি মোৎনরমদে, মণি মুক্তাতবু মথুল হুৎনৈ — মী অমগা অমগা পূক্কিঙ্ মরুহন্নবা শীনবদি লৈরমদে ; মুণিতনা যোগ সাধন তৌনৈ মী হাৎনবা লোন্না মীহাৎপা মী শীনজিন্নবদি লৈবমদে ; কার্ত্তিকপু লৈশী লৈথোনবা মতমদা তাবকা-সুরগী : নিং পন্নবা নত্তনা মীগী মমিৎ কোৎথোক্তনা চৈবাক পীবদি তৌনরমদে, সুমিৎ-ভনা গ্রহণ লাক্কনি হায়না কিবনি—মীনা কনাগুম্বগী মপোৎ মচৈ মুনথিগনি হায়বগীদি কবিস্সু থন্নরমদে ; থাতনা জ্যেষ্ঠা-নক্ষত্র লাস্থোকপনি—মীনা মথক্কী অহনবু নমহৎপদি থক তৌদে, মহাভারততা দুঃশাসন ( শাসন কত্তবা ) গী মা তাবতু মঙায়—লৈবাক্তা মায়েল চুমদবদি থক লৈখিদে, অহলতনা চৈঙু পাম্নবনি —মরালগী চৈ চাবদি থক থোক্তে ; থাঙথুমতনা কোহিলং কাবনি - ইমুংগী মী মশেল পূক্লিং মরুবদি য়াওদে ; নৃপীগী মথবাক্তা যেকপা ঙনাতনা থোয়বনি— মীগী পূকচেন্দি থোয়বা লৈতে ; শামুতনা মশাগী মচুম্না মচু শঙবনি—ইনাক-খুনবা কনানা দান তৌনবা লেপ্পদি লৈখিদে ( দানচ্ছিত্তি—অর্থ অনি পুবনি ) ; অতুগা চৌবব শান্নবনচিংবতদা অহাঙবা পোকম লৈরম্মী—সহরদা নত্রগা খুঙ্গংদা মী লৈতবা যুমদি য়াওখিদে।

শুকনাস হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা অতুগুম্বা মহাবাক্ত তাবাপীড অতুগী মন্ত্রীনি। বেদনচিংবা শাস্ত্র পূম্নমক অমদি জগোই ঈশৈনচিংবা কলা পূম্নমক শুনা হৈবনা মহাক মপা লৈতনা শিংলম্মী। অঙাং ওইবিদৈদগী হৌনা মহাক্না মহারাজবু
ল—ব য়াম্না লুনা তৌজবকই, মহাক নীতি শাস্ত্রদা য়াম্না হৈ, অমদি রায়েন থৌদাগী থবক্তা থোইদোক্না হৈ শিংই অমসুং তাইবঙ্পানবগী লৈবাক রায়েন পূম্ন-মক্কী হিনাউ শাবনি। মহাক অথাঙ কনবগী তুংনফমনি, ফজবা লোনচৎকী হৌফমনি, অচুম্বগী সমুদ্রনি, গুণ পূম্নমক্কী তাকৃপি তিকৃপি তৌবীবা মীতানি, লৈবাক মচা তাবগী হৌফমনি অমদি ধর্ম্মগী তুংনফমনি।

অনন্তনা পৃথিবীগী অরুম্বা কোকথোং পুবা ঙম্বগুম মহাকস্সু পৃথিবীগী রায়েন থৌদাগী থবক শীনবা ঙম্মী। সমুদ্রদা অচৌ অচৌবা ভানচিংবা জীবশিং লৈবগুম মহাকস্সু থোইদোক্না হোংনবা কনবগী তুংনফমনি। জরা কৌবা হিংচাবীনা জরা-
শ—ক সন্ধগী মশা তংথায় অনিবু শমজিন্নহনখিবগুম মহাকস্সু মতিক চাবা চাবা মফমদা সন্ধি নত্রগা লান তৌহনা লৈবাক চাউখৎহনখি। মহাদেবনা দুর্গাবু লৈতেংবীখিবগুম মহাকস্সু মফম অয়াম্বদা লানবন শাখি। যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মদগী থোক্লকখিবগুম ( মচা ওইবগুম ) মহাকস্সু যাগ যজ্ঞনা ধর্ম্মগী থবক ময়াম তৌখি। বেদ অমসুং বেদাঙ্গ শুনা থঙই অতুগা লৈবাক অতুগী অনিশুদবা অথোইবা মী অমা ওইরম্মী।

বৃহস্পতিনা ইন্দ্রগী, শুক্রাচার্য্যনা হিংচাবা নিংথৌ বৃষপর্ব্বাগী, বশিষ্ঠনা দশরথকী, বিশ্বামিত্রনা রামচন্দ্রগী, ধৌম্যনা যুধিষ্ঠিরগী, দমনক মুনিনা ভীম নিংথৌগী, অদুগা সুমতিনা নল নিংথৌগী মন্ত্রী ওইখিবগুম থবক পূম্নমক্তা লৈজবা মবুদ্ধি থাকচবা লৈতনা শুকনাসমু তারাপীড়গী মন্ত্রী ওইথি। মহাক্কবু পাম্নবদি, নরকা-
খ—গ সুরগী খুৎলাইনা থবাক্তা থাখিবগী অশোকপা মফমনা অকিবা ফংখ্রবা অমদি সমুদ্র নৈবা মতমদা উরুরু লৈরিবা মন্দর পর্ব্বতনা কন্না তকুখিবদগী মহুগা নরুবদা লৈবা লেংজুম অনিমক তঙ্দূনা কনশিনখ্রবা নারায়ণগী অদুগুম্বা থবাক্তা তুংখিবী ফনা ওইদুনসু—লক্ষ্মীদেবীবু মরোংশিংগী পাংগলনা ফ'বদা থোইনা ব্লাগদবা লৈতে থল্লমী।

অদুগা কবিগুম্বা উবীনা অচৌবা উপাল অমা ফংলগা মহুদা য়েত্তুন অনৌ অনৌবা মনানা ইশং শংহল্লগা মহৈ পান্দুনা অসুম অসুম চাউথৎলকপগুম—বুদ্ধি লৌশিংনসু, শুকনাসপু ফংজবদগী অনৌ অনৌবা লৈবাক ফংবা অদু উজদুনা অমদি অয়াম্বা হিরমদা মনুং চঙ্শিল্লহনা অতোপ্পনা থওভমদনা মথং মথং
ঘ—ঙ অসুম চাউথৎচবকথি। অদুগা মীনা মশাগী ইমুংগী থৌদোক পূম্নমক শিংশীংনা থঙ্বা ভম্নবগুম—সমুদ্র মরিনা থাংগপাৎ ওইনা কোয়শিনবা পৃথিবী পূম্নমক্তা গুপ্তচর ময়াম চাইথোক্তুনা থমথিবনা অতোপ অতোপ্পা নিংথৌশিংনা হুমিং খুদিঙ্গী হোন্দোক হোজিন তৌবা মুংশাশোব ফাওবা শুকনাসনা থঙ্দবা লৈখিদে।

অদুগুম্বা নিংথৌ তারাপীড়না অভাং ওইরিভৈমক্তদা শামু মনাতোনগুম্না মপুং মরৈ ফাদুনা—লক্ষ্মীগী মোনথাঙ্নফম ওইদুনা, তাহবঙপানবা পূম্নমকপু অকিবা কোকহন্নবা হোৎনবদা ময়াই কাদুনা, লানগী যজ্ঞ হৌরমদাইগী যজ্ঞগী চুপকী মশক ওইনা, নোংথাঙ্ কুপ্পগুম লংলবা থাঙ্শাংগী মঙাস্তনা পূমল' লংহন্দুনা অমসুং
চ ধূমকেতুগুম য়েক্রবা মাঙ্হনবা ভম্বা মপান্বোমনা দ্বীপ তরেৎনা শাবা পৃথিবীবু জয় তৌরগ', মরূপ ওইনা থোইদোক্লা থাজরবা অদুগুম্বা শুকনাস হায়না কৌবা মন্ত্রীগী মথক্তা লৈবাকী অরান্বা কোকথোং পূম্নমক শিন্নথোক্তূনা প্রজাশিংগী গুংডাইহল্লম্নগা, মশানা মপুং ফাত্রিবা অতৈ অতোপ্পদা মিৎয়েং চঙ্শিনখি। মতুংদা, পৃথিবীগী ব্লায়েন থৌদাগী থবক্তা থোইনা য়াওকবা লৈতনা, অমরোমদা য়েক্লবশিংনসু থোইনা মকোক কাঙ্থৎনরকপা য়াওখিত্রবনা অয়াম্বা মতমদা মপুক্লিঙ্ লৈতানা মথোন কারকপা ঈরাংদা তাউদুনা মুংডাইনা মতম লেনখি।

করিগুম্বদসু, চাম্নবী নূপীশিংগী অমৃত চেল্লবী মোমোন নোকপী মীনোক্কী নিঙ্খিজবা লাইজনা অতকপা চন্দন মরীক মরীকুম নিংথৌবু অভিষেক তৌখিবা মতমদা মথোয়গী চায়রুংদা হরাউ তুজুংখিবদগী মনাদা চিল্লিবা লৈয়োনশিং অদুবু

লৈজদবগুম—মমিং পান্দূনস্থ উজবা ফংত্রবা অমগুম—অমদি মশানা তাইবঙ্-পানবা পূম্নমক্কী চঙ্জফম ওইনা লৈদুনস্থ মহাক্কগীদি চঙ্ফম লৈজত্রবগুম থনবা হৌরকলে।

থা-মচেৎনা মহাদেবগী জটাদা, কৌস্তুভমণিগী মঙালনা নারায়ণগী থবাক্তা,—লৈপরেংনা বলরামগী ভক্তা, অঙুগুমতুনা ভার্গান্না সমুদ্রগী, মচুম চেন্থরকপনা মায়গৈ ভাকপা শামুগী, ভুবীনা উপালগী, মরাং কায়না শাৎপা লৈরাংনা লমদাথাগী, থাবলনা থানিনগী, থম্বালনা পূথ্রীগী, থরাম্নীচাক্ক আতিয়া মকোয়গী, কাংও
মপৈনা মানস সরোববগী, চন্দন পাম্বীগী বননা মলয় কোবা চীংগী, অমসূং
ক মতোক্তা ভানবা মণিনা অনন্তদেবগী লৈতেং ওইনবগুম — মপা লৈতনা ফজবী অমদি নিঙ্থিবী মিৎয়েং নায়েংত্না মরোল অস্থম্মকপু ভকহনবী অমদি কেবা মৌবদা নূপী পূম্নমক্কী ফিদম ওইবী—সঙ্গাইন্নুংগী লৈমসীজ পূম্নমক্কগীস্থ থোইদোক্লবী 'বিলাসবতী' কৌবী মহারাণীনা মহাবাজ তারাপীড়গী লৈতেং ওইনরম্মী।

নোংমদি মহারাজ তাবাপীড়না, মহাবাণী বিলাসবতীগী সঙ্গাইদা লেঙ্শিনথিবদা, মহারাণীবু, ওয়গী থূত্রা চূবা শোদূনা, মক চেংলবা অমদি পীক্তক তোবা কাংথোন অমগী মথক্তা ফমত্তুনা কপ্লস্বা উরুবে—মশাগী লৈতেং অমত্তা য়াওদে,
অতৎপা লৈতনা শিন্থরকপা পিনা ফিবান পূম্নমক চোৎলি, মহল ওইবী
খ নিংথেম নুবী থরনা লাপতক লৈবগা থেমজিল্লি, সঙ্গাই শঙ্বীশিংনা মমিং মনা কূপ্তুবমথৈ মথরায় রানা মনাক্তা থৌগল্লি, অত্নগা তৌফম থঙ্নদ্রবী সঙ্গাই মম্নুংগী নূপী অতৈনা ইকোয় কোয়না তূমিন তূমিন মথরায় রানা লেপ্পবমল্লি।

নিংথৌবু উবদা মহাবাণীনা হৌগত্তনা লেপ্লদা নিংথৌনা মহাকপু কাংথোন অদূমক্কদা অমূক ফমথকল্লগা মশাস্থ নাকল অমদা ফমত্তুনা, মহাবাণীনা কপ্লস্বা মরমদি খঙ্দবনা নুংশা থিবপ থিবপ্পা, মথুৎনা চায়কুংদগী মপি তৈথোকপিরগা হায়রকই—"মহারাণী! থরায় মুংঙাইত্তবা উরুনা হাক-হৈনা কপ্লিনদি কবিগীনো? নঙ্গী মিৎস্নাদা পাল্লিবা পাশিং অত্তুদা মুক্তাগুম্না পিবাং মরীক মরীক য়ান্থরি। হে
থাঙজেংবী! নশাদা লৈতেং য়াওরমদবা কবিগীনো? থম্বাল অঙাঙ্বা
গ—ঘ অনিগী মথক্তা অনৌবা মনিং মঙাল য়ৈবগুম্না নথোঙ্দা যাবোৎ তৈরমদবা কবিগীনো? কামগী পূথ্রীদ-তাবা কাংও মচৈ মনাউগুম নথোঙ্ থম্বালনা শোকপীতুনা নূপুর পরেং অনি অদূবু লুনা তৌবীরমদবা কবিগীনো? চেংলবী নথাঙ্দা থাঙ্লী থাংদদূনা মথোল থোক্লমদবনা কবিদগীনো? কবিগীদমক্তা, থাগী মমায়দা শজি ময়েক লৈবগুম অনোয়বা থবাক্তা অমুবা অগুরু চন্দন্না উনা য়েক্লমদ্রিবনো? শাবান্ ফজবী! হে য়াইফথোইবী! কবিগীদমক্তা—মহাদেবগী কোক্তা লৈবী

গঙ্গা ঈচেলদা থা-মচেংনা লৈতেংবগুম নিঙ্থিজবী নঙক্তা মুক্তা পরেংনা লৈতেং-লমগ্রিবনে ?

লুবা নানবতনা নশরুক ওইজবী। অবেপ্নদা কবিগী কপ্লি ? মিংসম্বাদগী চেম্বকপা পিগী মবীক্রা চায়কুং অনিমক্তা যেক্লিবা ঊনা ময়েকশিংবু মুংহনথরে। থম্বাল লৈকাগুম তগে ং তথোংগী থুং ংনা লৈতেংবী নথুং ওয় অতুন কবিগীদমক্তা

ঙ—ঝ থম্বাল অঙাঙ্বি মানবী নাপগী লৈতেং ওইহনবনে ? গোরোচন মরীক্রা িঙ্থিজনবী লাইবক্তা চন্দনসু থিন্দ্রে—অতুগা অফাবা শমজোইনসু লাই-বক মথক্তা কপশিনখরে—কে মাবো চাউবী! কবিগীদমক্তা অসুম্না লাইবক লৈতেং-দবনো ? থা গেক্কুলনা, থা-শিথবকপগী য়াচংবদ—মমশিনমল্লক্তনা মিংকী মুং-ঙাইতনবা ওইবগুম—শমজিবব থেংতবনা অমৃক্তা হেন্না মুশিল্লবী অমুবা শমলাং অসিনা ঐগী মিং তসিব মুংঙাইহন্দে।

মহাবাণী। মাযথোং মণাবামউ। অৱাব মরম কোঙদোকউ। তপ্না শিংপা মুংশিংনা আনৌবা উনাব লংহনবগুম—নঙ্না কোনবা শোব মপী অসিনা নঙ্গী থা-খুম-ফি অসিব মব কব কাইহন্দুনা লাঙ তরুন ঐগী থম্মোইব নিকহল্লে। ঐগী কনম্ব ইথাল লশ্রবে ? নত্রগা কনাগুম্বা ঐনী ইনাই ইশনশিংনা লংজবা মবাল

ঝ—ট লেংব ? ঐগী পুংগা অমদি ঈবৈপাক অনিমক নংগী নথ পোন্না লৈবনা, ঐনা যলনা ... ন্যুনা খণ্ডহুনসু কবিগুম্বা হিরম অমত্তুদসূ ঐগী চুম-দবা শাজং মং ং না পাওং য়াওগি হায়ন উজা ঙদে। অতুনা শক্তনবী! ৱাইচ্চিবা নম তজ অমুত্তা হায়দোবউ”- নংথৌনা অসুম্না থেম্নবা ফাওবদা নিলাদ ত্তৌনা নাবম পাংগখিদবদা, লৈবক্তি নাইশিং অদুদা. মাগী মমিত্তা অহুক যম্ম ঈব চেনবচুগী বম হংনাজে।

অতুগী তুংদা, নলাসবতাগী ক্কাগোক থন। অমস্থং মতম পূন্নমক্তা শাগোন্নবী ‘মকবিকা’ হায়দ্য ফাবী লৈ মনাই তমনা মযান ঙদা হংগংলকই—“মহাবাজ! মহাবাজদগীন কংম চমদব শাংই মচেং নং ফাওবা থোক্লিঙ্ডাই লৈবগে ? অতুমদি ওহবগা “নকলথা খুতেল ভাংথ্রবা বলাগুম্বা নুপীদা ভূতবী মাইনা ফনা লাক্তনসু কান্নদব অংগুম ঐগানসু হনিংঙ্নোগ লেপুন ওংবগী কবিসু কান্নবা ফং-

ঠ—ড দ্রেদকে” হায়বা থন্দুনা নাইউ হংবেম্মনা অসুম্ন মাযথোং লাগি নবীবনি— অসুম্ন মৈচাক হাঙ্লকশিবসু মতম যাম্ন কুহবল্লবনি। হিংচাবগী লক্সানা মতম পুম্নমক্ত লাইশিংবু চৈব-থাংবতা তৌবগুম মহাবাণীসু ‘লেপুন’ হায়ব অদূতবু. চৈবা থাংবা তৌগদা, মসিগী মমাঙ্দসু নাই ঐথোয়না হংগং থোংকত্তুন য়াম্না ৱানা তুক চেম্না কপ্পা, চাইথবা, লূক হাব, অমদি ফিজেং লৈতেং তুক তৌবা

অসিনচিংবা নোংমগী তৌদবা য়াদ্রবা থবকশিং অদুত য়ানা শানা তূক পাঙথোক-পিবতুমডায়, অদুগা অময়োমদস্থ মতৌ অসিনা মহারাজ সনা পুক্লিঙ মকৃহনবা থোকখিগদ্রা হায়দগী চিংনবা অসিনস্থু অরাবা ময়াম অদূবু মপান থক থোকহন-বীরক্তে।

অদূবু ঙসিদি, চতুর্দ্দশী নুমিৎনি হায়দুনা ভগবান্ মহাকালগী পূজা কৎলুন-বগীদমক মফম অসিদগী লেংথোক্লুবদা মফম অদুদা মহাভারত তৌবস্বদা তাবিরুরে মথুদি—'মচানিপ পোক্তবা মীশিংদি, নুংঙাইবগী মশক ওইববা স্বর্গলোক হায়বদু তৈদোক্তেদস্থু থক ফংবা ঙমদে; 'পুং' হায়না কৌবা নরক অদুদগী মপা মমাবু লানথোকহল্লি হায়দুনা মচানিপাব পুত্র' হায়না কৌবনি' হায়বসি তাবী-

চ রকপদগী সনা সংগাইদা লেংশিন্নরুবদা মনাইশিংনা মকোক নোন্না ফনা হংগৎচতুনস্থু লুক হাবীযু য়াখিদ্রে, কবিগুম্বা লৈতে অমত্তস্থু থোনবীদ্রে, কবিগী-দমক্তা অস্থুম তৌবীবিবনো হায়না হংগৎচকুবস্থ পাইথুম অমত্তা পীবিবা তৌদে, অতৎপা লৈতনা পি শিংদুনা মায়থোং মক্লা কপ্পুনত্তা অস্থুম লৈবীবকলিবা অসিনি। মহারাজ সনা নাকোংঙদা হানবীব। ফংজবা সনা য়াথং মতুংইন্না—" অসি হায়বগা মকবিকা অদু ভূমিন লৈখে।

মকনিকপনা মথা তাখিদ্রবদা, হাইহাক ভূমিন লৈরুরগা অশাবা মুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দুনা নিংথৌনা তাকপিরকই—"রবি। হৈদ ফংবদি লাইগী নোং-দমনি; মবম অদুন কবিস্থ লৈব্বা মীওইব মপোক্তা পোকপা নঙ-এগুম্বনব তিবম অসিদা কবি পোক্ত ঙমগনি? মবম অদুনা পোথাবা লৈতন কপ্পুনত্তা লৈরগম্থু—হিরম অযাম্বদা পাইনা চানবীবা য়াবগী মতিক চাবা হায়নদু এথোয় থৈদ্রি অদুগা ইরার পরভু-চপাচব ফংবগী অনত্তগা মান্নবা থুম্নবা মহাউ অদূব ফং-জনবগী মতিকচাবা থম্মোনিস্থ পান্দ্রি মবমদি, এথোয়না হান্নগী মপোক্তা কবিগুম্বা

ধর্ম্মগী থবক অমত্তস্থু পৌনকপা লেখিদে—হায়গী মপোক্তা তানশিল্লকপা

ণ—ম ধর্ম্মু নত্রগা হান্নু হৌনী মতিক চাবা মশক লৌথুন হন্দক্তা মীওইবা মপোক অসিদা ঐশ শ্মশান কংডা লৈ। নপা লৈতনা যাগ সাধন তৌবব অফাওবা মীনস্থ নোংদম থোনব থক ওন্তোকহনবা সম্বা নত্তে। দেবী! মীবমলেন অসিদা, মীনা তৌবম্ব থবক-তৌ ঙচ ফংবগীদমক হোৎনো; গুরুজনশিংবু হেন্না লুনা ভক্তি তৌশিল্লু, হান্নদগী চেনগৎনা লাইগী ঈভাৎ-পূজা কৎলু মুনিশিংগী সেবা তৌবদা থোইদোক ওন্দোরা লুনা তৌশিল্লু, মবমদি—মুনিশিং অসিদি অথোইব লাইমক্তা মশক্তি; নম অদুনা চেকশিন্না মথোমনু লিঙ জরবদি ফংডমদ্রবা, তাঙলবা নিঙ-ঙবা বর ফাওব ঈদায় লায়না ফংনবিবনি।

অয়াম্বা থুম্নবা য়াথংনা মহারাণীবু হন্না হন্না থেমজিন্দুনা মতম কুইনা লৈরম্লগা লেঙ্‌থোকখ্রে।

মহারাজনা লেঙ্‌থোকখ্রবদা মাগী মযাথংদগী অন্নাবা চাং হন্থখ্রবী মহারাণী বিলাসবতীনা, হান্নগুম ফিজেৎ লৈত্তেংনচিংবা নোংমগী হৌনবী থৌরম পূন্নমক তৌবা হৌরকলে। অদুগা নুমিৎ অদুদগী হৌনা লাই নিঙ্‌বদা, ব্রাহ্মণ অমদি গুরুজন-শিংবু পূজা তৌবদা থোইদোক্না পুক্নিঙ্‌ চঙ্‌লকলে। অমবোমদা, কনাগুম্বা মীনা

ঘ—চ হায়বা ব্রত নিয়ম পূন্নমকস্তু মচা ফংনিঙ্‌বা ময়াইনা লোইনা পাঙ্‌থোকপা হৌরকলে।—মতুম তৌবদা পাংগল য়াম্না ৱাববস্তু মদূবু থক শীংথানখিদে। চরা হেল্লগা ফীডৌ শেত্তনা শেংনা লৈবগা, অতৎপা লৈত্তনা চাক্কুনতা লৈরবা গুগ গুলু ধূপকী মৈখুনা-মন্নবা চণ্ডী-মাণ্ডপতা ভনৌবা কুশনা শাবা য়োৎশূকমুক কল্লবা ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈ।

শংগোম্দা চঙ্‌দূনা, গোয়াল নূপীনা সিন্দূর, চন্দন অমসুং লৈপরেংনচিংবনা-লৈত্তেংবীরবী, মতৌ নিঙ্‌থিবী যণবাগী মথাদা ফম্লগা, অশেংবা ঈশিংনা থল্লবা মথল মথা অয়াম্বা হেলে হাপ্লবা হৈনৌ অমদি বটনচিবা মথোম থোকপা পাম্বীগী মনা অমসুং মণি মুক্তা য়াওরবা-সনাগী পুন্দা-হাপ্পা ঈশিংনা হেক হেক মথক্তগী

ছ-ঝ হৈথবম্মী। নুমিৎ খুদিঙগী হেক য়াহৌবকপগা সনা লুপা মণি মুক্তানচিংবা হাপ্তনা ব্রাহ্মণদা থোহদিংগী পাত্র ময়াম দান তৌই। তবামবিনি পাল্লকপা থাশিগী আহংদা লমলোঙ মবি যাংবদা চংলগা, অহৈবা ভূতকা মাইবনা য়েকপা পল্লান্দবী (মণ্ডপ) মপুংদা ফমতুনা মথল মথা অয়াম্বা পোৎচঙ্‌না মায়কৈ ভাকপা লাইশিংবু পেলহন্নবা থা দোক্লগা মঙ্গল ওহনবগীদমক ঈকজথোকহ।

"ইচ মশক্তবু উজববদি অমুকস্তু অসিগুম্না কৎচগনি' অম্থুম্না পুক্নিঙ্‌দা লেপ্তুনা লাইশিংবু মথল মথলগী অথেনপোৎ কৎলগা ভক্তি যাম্না তৌনা অফাও অফাওবা অয়াম্বা লাহফমশিংগী সেব তৌজখি। অপান অপাম্বা থুংহনবীবদগী মী পূন্নমক্না থাজনখ্রবী অনক অনকপদা লৈবা 'ব্রাহ্মী' নচিংবী মাতৃকাশিংগী মন্দিরদস্তু হেক

ঞ—ণ হেক চংখি। লিনতনা খূবক হাঙ্‌খিদ্রবা অফাওবা পাংতস্তু কুমতুনা লপ্লুই। সনা থোংনাংনচিংবা উজাউশিংবু হৌনবী পূজা কংলগা কোয়তুনা থুকমজে। ঈরুজথোক্লগা, লুপাগী পাত্রদা চেঙ্‌ মচংনা থোংবা অমদি শংগোম অফম্বা তোংলবা চাক হাপ্তনা মথুংমক্না ৱাকশিংদা হুংদুনা পীজবদা মথুম্তা শিবা খুজীশিংন মথোল থোকখি। নুমিৎ খূদিঙগী . চাং খঙ্‌দবমথৈ লে, ধূপ, অতক্পা চন্দন, তেল, শা, শংগোমক্ষীর অমদি কবোকঅথিঙ্‌বা কত্তুনা দুর্গা দেবীগী পূজা তৌজখি।

থম্মোইদা অচেৎপা ভক্তি লোয়নবা মশামক্না চাকলুক চাকলুক কচ্চতুনা মফি

শেত্তবা, অচূম্বতা ডাঙ্বা বৌদ্ধ লম্বোইবশিংদা, মাগী মচা লৈত্রা লৈতবরা হেক হেক
হংজখি। মাইবীশিংগী লাইফাও তারগা য়াম্না লুনা তৌজৈ। মিৎ না চোংবন-
চিংবগী অফ-ফত্ত মরম থঙ্বা মাগী মনাক্তা হেক হেক চৎখি। উচেক-
ত—ভ মবোল-তাকপা লাইবিক মুম্না থঙ্বা মীশিংবু য়াম্না থাজৈ। থায়না
অহল্লম্মন হাক্তক্কগী চৎনবক্লবা অবোনবা অমদি অরিব মন্ত্র কয়া কয়া সাধন তৌখি।
মাবু চুম্না উন্নজবা লাকপা ব্রাহ্মণ ফাওববু মচা ফংজানঙ্বা য়াথলন লাঙ্-
তক্কমন্দুনা হেক হেক বেদপাঠ তৌহল্লি। য়ারা লীবা মীশিংদগী পুণ্য চেনবা য়াবী
কয়া তাজখি। ভূর্জ্জপত্র মনাদা গোবোচননা থন্না ইবা মন্ত্র হাপ্পা যন্ত্র কয়া শিখি।
লাই-তীন ফত্তবা ডাকথোক্লবা খূজ্রেংদা খূজ্রী কয়া শিখি অমসুং হিদাক শঙ্বা লং
পুনখি।
মাগী মনাইনুবীশিংনসু অথঙবা মাইবা মাইবীদগী অফ-ফত্ত থঙ্লুনবা হেক
হেক চৎনৈ অমদি মথোয়গী মন্না অত্ত য়াম্না চেকশিন্না তাজৈ। নুমিৎ খূদিঙ্গী
অহিংদা লমহূই অমোমশিংবু শদুম অতেকপা পীজৈ, গ্রহপূজা তৌবা
ম ব্রাহ্মণশিংদা অঙকপা মঙ্গী য়ারী লাত্তুনা হেক হেক ত হল্লি—অতুগা
অয়ুক নুংথিন্দা ফাওবা, সঙ্গাই শূমাঙদা লমহূই অমোমশিংগী চাঙ্গাক হেক হেক
থাদোকই।
অসুম তৌরন মতম হৌজিল্লরবদা নোংমগী অহিংদ, লো ডাল্লমদাই-য়ৌবক্ল-
দুনা আতিয়া মকোয় অসিসু অহল ওইববা খুন্নগী মশাগুম মচু রাং উথোবক্লবা অমদি
থোক্লিবা থরাংম্মীচাক পূম্ননকসু অঙুম অসুন মকশিনরিববা হৌবক্তনা মমি মশা থব
থবতমক ডায়নবক্লবা—অসিগুম্বা মতমদা চেংবা হাবাজনা মঙদা উরকই;
য —শামু অমোমগী থায়াৎতা পকৃপা থম্বৌ মকোয়গুম্না, সঙ্গাই মথক্তা লেবী
মহাবাণী বিলাসবতীগী মায়থোং মনুংদা মপূং ফাববা থাগী মকোয় অমা অসুম
অসুম চঙ্শিনখ্রি।
নিংথৌনা খুদক্তা হৌগত্তনা খুদাদগী লঙখৎলগা হরাউ ভুজুং য়ান্নরবা,
লাওনা পাঙ্থোক্পা মিৎস্নাগা মডালত্তনা চেপ্ফম কা অদুবু ইডান ডালহন্দুনা
থীম্বা তৌদনা মন্ত্রী শুকনাসপু সনা য়াথংনা বৌরগা মঙ্ তম্নবলে। নুংডাইজববা
শুকনাসসু নিংথৌদা হংগৎলকই—"মহারাজ। মতম কুইনগী তুংদা
র—ল ঐথোয়গী অমদি প্রজাশিংগী থৌরাংজবা মহৈ য়াঙ্করে, মরমদি নুমিৎ
থরতগী মনুংদা চিংনবা লৈতনা নজাইবুংডোগী মায়থোং থম্বাল সনামিৎয়েং তাবীহনা
নুংডাইবা ফংবিরগানি। ঐসু ডসি অহিং মঙ্ অমা মঙজৈ মহুদি—শেংনা শূদোক্লবা
অডৌবা কীজোন শেংপা, অঙ্গৈঙ্বা শকফয়া তিনবা অমদি শাওঙ্ শাদা ফজবা

ব্রাহ্মণ অমনা, মকা ফন্না শাংলবা, থাংমচেং শাবা অডৌবা লৈকা পানবা, কোক্কী জটাগুম তনিক তনিক তৌবা লৈরীক্কা লৈতেংবা অমস্তুং মরাংকায়না লৈহী মরীক মরীক শিন্নহনতা লৈবা অডৌব' থম্বাল অমথক মনোরমা দেবগী মতম্বাক্তা থাদংবীরম্মী।

মতম থরতগী মনুংদা ওইরগদবা, থোইদোক্কা মাঙজোননা উৎলকপা অফবা খুদম ময়াম্না, থুনা ফংলরগদবা হেন্না মুংঙাইবগী লংজীননি। মসিদগী হেন্না মুংঙাইফম থোকপা অতৈ করিবু লৈরিগদগে? নোংঙাল্লমদাইনী মঙদি লেপ্পমক মহৈ য়াম্নবা মক্তনি। মবম অতনা ননউ ইবেম্মা মহারাণী বিলাসবতীদা, থীন্দনমক মাঙ্কাতাগা মান্নববা, রাজর্ষিশিংগী মবক্তা অথোইবা অমদি তাইবঙপানবা অপূম্বগী মুংঙাইজনবা ওইবা নচা ইবুংঙো অমা পোয়দনা পীবিরক্কগনি।

শবং থাদা, ফৃগায়না শাংগী থম্বালনা লৈনম পাম্বা শামুবু হরাউহনবগুম, মহারাণী বিলাসবতীস্তু ফংডমদ্রবা নজাইবুংঙো অমা উহনা মহারাজগী সনা মায়থোং মকবামহল্লগনি। অতংপা লৈতনা, মায়গৈ পুবা শামু লমশংগী মচম মহীনা
ব—হ শিন্নহনত লৈবগুম, নজাইবুংঙো অনিনা মহারাজগী লাই ওইখ্রবা নবুধো ইবুংঙোশিংগী মবী তত্তনবা শনথরনা পৃথিবীগী অন্দম্বা কোকথোং পূম্নমক লায়না পুববা ঙমগনি" অম্নন হায়না শুকনগনা চংগংগবদ, মহাবাজনা মাগী মথৃৎ শমহুনা পুবগা সঙ্গাই মনূংদা লেঙশিনখিহনা মঙ অনিমক অহুগী রাবম পূম্নমক তমহুনা মহারাণী বিলাসবতবু হবাউহনবাংগ্রে।

অহুগী তুংদা মতম থরা হৌখ্রবদা লাইগী নোংদন্না পৃথ্রী মনূংদা থাগী মমি তাবগুম বিলাসবতীস্তু গর্ভ পুথরে। পারিজাত পাম্বীনা নন্দন বনগী লৈতেং ওইনবগুম, অমদি কৌস্তুভমণিনা নারায়ণগী থবাক্তা ঙানবগুম, গর্ভ অহুনা বিলাসবতীবু থোইনা হেন্না নিঙখিজহনখি। মিংশেলদা মমি তাবগুম, বিলাসবতীস্তু গর্ভ পীবা ওইনা চঙখ্রবা নিংথৌগী শক্তম মমি মশাদা পুজখ্রে অমস্তুং তপ্পা তপ্পা নুমিৎ
ক্ষ—ঘ খুদিঙগী অস্থম অস্থম চাউথংলকলে—মতম অহুদা মহারাণী বিলাসবতীনা সমুদ্রগী ঈশিং হেঞ্জিন্না থকচিল্লুবদগী মশা লূমথহুনা তঞ্জানরবা অমংবা নোংগী মপৈগুম চংপদা মঙম শাল্লক্তরে। হন্না হন্না হকাম চন্দূন', মিংস্না অনিমক উইথহুনা য়াম্না হৈনিঙদবা লোয়ননা শোর মপী হোল্লকলে।

চাবা থকপদা মৌথোবকলে, থবাক ঙানফম চীন্দোন অনিমক নোংজুথাগুম্না মচু শংজিল্লকলে অমস্তুং গর্ভ পুবনা কেতুকি কৌবা লৈগুম্না মশাগী কুচু তাই শিল্লকপে—মাগী ফিজম অসি উরগা মতৌ মুন্না থঙলবী মনাই নূপী পূম্নমক্কা মহাক গর্ভ লৈরে হায়বসি থঙনথরে; অহুগী তুংদা, মাগী মনাই নূপীশিংগী

মরক্তা অথোইবী, মতম কুইনা কোম্নুং মন্নুংদা লৈরক্লবদগী য়াম্না হৈথোই শিংথোই-রবী, নিংথৌমকপুস্ন কিত্ত্রবী অমদি মঙ্গলগী থবক থনা পূম্নমক্তস্ হৈ-শিংবী 'কুল-বর্দ্ধনা' হায়না কৌবী শূদ্র মীনাইম্নুবী অমনা, অফবা ম্নমিৎ অমগী ম্নমিদাংৱাইরমদা, কোম্নুংগী ময়োন্দা লৈবা সভা মাগুপতা লেঙ্ শিল্লিবা—অকোয়বা মায়কৈ পূম্নমক্তা মনম ম্নুংশিরবা থাউনা থাউমৈ য়াম্না থানবনা. থৱাম্মীচাক মপৈগী মবক্তা থোকপা থাগুম্না অমদি মকোক লীশীং অমা পানবা অনন্ত কোবা লিনগী মতোক লীশীংদা লৈবা মণি মপৈগী মবক্তা ঙান্থোইবা নারায়ণগুম্না উবিবা ; ফম্বান তোংবা মকোক ওইবা নিংথৌ থরনা কোয়না ফমহুনা থৌগল্লিবা, মনাইশিংনা লাপতক্লা থোগন ঙায়নহুনা লৈবা অহুগা মনাক্তনা, অৱাংবা লৈগী তাঙ্বন্দা ফম্বা, শূদোক চামথোক্রবা অঙৌবা ফি শেৎপা, হাইফেৎ মচু লংবা ফি ইনবা অমদি সমুদ্রগুম্না য়াম্না চৌং-লেম্লবা অথোইবা মন্ত্রী শুকনাসনা থৌগন্দুনা মাগ' লোয়ননা মথল মথা অয়াম্বা মন্নুং হুঞ্জিনবা ৱাবী শানহুনা লৈবম্বা অহুগুম্বা নিংথৌ তারাপীডগী সনা নাক্তা চঙ্লক্লগা সনা না'কোঙ্দা লোম্না, মহাবাণীনা মশা ৱাহ শংদবগী ৱাবম হংগৎলবে।

অমুক্তস্ত তাজরক্তি্বা অমদি ৱাথলনা লাম্বা ফংলমদ্রবা কুলবর্দ্ধনাগী ৱাহৈ অহু তাবদ' নিংথৌগী সন' হকচাং পূম্নমক অমৃতনা থিকপগুম থোকখি। খূদক্তা, হৱাউ তুজুংনববা, হৱাউজখিবনা মথোঙ্ থঙজদ্রবা নোকফেৎ তৌবনা চায়কুং অনিমক মকাবাম্লবা, য়াতোন কাঙ্বা শাহুনা ইথন থল্লবা সনা পূক্নিঙ্দগী
ও
নুংঙাইবা মপৈ মপৈ চাইথোবক্লবা -নিংস্না তথক তথক্লবা অমদি নুংঙাইবা ঈবানা মিৎকৌ পা চোংলবা মিংস্না অনিমক অহুনা খূদক্তা শুকনাসকী মমায়দা মিৎয়েংনরকলে।

মমাংঙৈদা অমুক্তস্থু উথিদ্রিবা—নিংথৌগী অসিগুম্বা হৱাউ মথে'ই কাবা মতৌ অসি উবদা অহুগা নোকচবনা মকারায়বী কুলবর্দ্ধনাবুস্ন উবদা অমদি মঙগী ৱারী অহু তাখিবদগী হৌনা মতম পূম্নমক্তা মহারাণীগী গভগী ৱাকম অহুতমক কাউঙমদনা অস্নুম লৈবকপগা, শুকনাসনা, অশেংব মরম করি ওইরি-
চ
গদগে হায়বা অহুমক্তি থঙ্লুদ্রবস্ন, মতম অহুমক্তদা মঙঙ্ অহুম্না থোইনা হেন্না নুংঙাইবা ম্নাবা মতিকচাব' মবম অতৈস্ন উদবনা, মথক্তগী মপূক্নিঙ্না শাদূনা, মশাগী ফম্ফমলাংদগী হৌগঙূনা নিংথৌগী সনানাক য়াম্না নকশিম্না চঙ্থ্রগা নাপ-চীক্লা হংগৎলকই—

"মহারাজ ! নহানগী মঙ্ অদূবু হাইফেৎনা চুম্লববরা ? মরমদি—কুলবর্দ্ধনাবু, য়াম্না কা হেন্না নুংঙাইবীবা সনা মিৎয়েংনা য়েংবীবগুম উবি, তাবিনিঙ্বা ৱাহৈ তান-নবগীদমক ইথক থক্লা সনা নাকোঙ্ মনাক নকশিম্লক্লিবা মহাবাজগী মিংস্না অনি

অহুনা সনা নাকোঙ্দা থোনবা থম্বাল অশংবগুম নিঙ থিজরি—মুংঙাইবা ঈরানা চোংলি অমসুং তক্রু তরু পাঙ্লি, মিংনহা অনি অতুস্ত্র তথক তথক্রুনা সনা মিংয়েং অহুনা য়াম্না কা হেম্না মুংঙাইবীবগী মবম ফোংদোকলি। হেম্না মুংঙাইবা
ছ পাউ অসি তাজনিঙ্বনা ঐস্সু লাঙ্তক্করে অমদি য়াম্না চিংনবা পূক্নিঙ্না ঐবু য়াহল্লবে; মবম অহুনা সনা য়াথং তাকপীরো—কবি পাউনো?"

শুকনাসনা অসুম্না হংগংলবদা নিংথৌনা নোক্ত্না হায়বকই—"কুলবর্দ্ধনানা হায়রিবা অসিনা অশেংবা শইরবদি মঙ্গী য়াবম পূম্নমক অতু চুম্বা তারে; অদুবু ঐদি থাজবা ঙমদ্রি মবমদি—ঐখোয়গীবু অসুক লাইবক ফবা অসি কদাইদগী লাক্কদগে, ঐখোয়দি অসিগুম্বা মুংঙাইবা পাউ অসি তাবদা মতিক চাবা মীওই নত্রে। হান্নদগী ঐনা কুলবর্দ্ধনাবু অচম্ব ঙাঙ্বীনি হায়না থঙলকই—
জ অদূব্ ঐনা অসুম্না লাইবক ফবা ওইগনি হায়বসি ওইথোক্রবনি হায়না থনবদগী ঙসিদি মহাক অসি হান্নগী অচম্বা ঙাংবী অতু নত্রমাল্লে হায়না থল্লে। মবম অহুনা, চংসি, ঐখোয় ইশামক্কা চংলগা হিরম অসিগী অশেংবা করিনো হায়না মহারাণীদা হংলগা থঙ্নবা হোৎনক্নসি।"

অসি হায়রুনা, তিল্লিবা নিংথৌশিং অদুবু বিদায় তৌথোকখ্রগা, সনা নমথাঙ্ লৌথোক্ত্না মনাই কুলবর্দ্ধনাদা পীনবীরে। কুলবর্দ্ধনাসু মাব অসুম্না চানবীরবদা মকোক নোম্বহুনা মবাইনক্না লৈপাক শোক্ত্না নিংথৌবু খুরুমজখরে। নিংথৌনা শুকনাসকা লোয়ননা লেংথত্তনা সনা পুক্নিঙ্দা হবাউবা পান্দম লৈতনা মন্ত্রীবু
ঝ সঙ্গাই মনুং তান্না থুনা য়াঙ্না লমজিংলক্তনা, নুংশিৎ ইপোমদা নোম নোম তৌবিবা থম্বাল অশংবগী মতৌগুম চোংলকপা য়েংথংবা মিংস্নানা সনা পূক্নিঙ্ অমুক্কা হেম্না পেলহন্দুনা মতিকচাবা থৌগাল্লায় থরনা তুংদা ইন্দুনা—মুংশিংনা নিকহল্লবা মাঙ্ থারিব থৌগল মৈবাশিংগী মঙান্না অতোপ অতোপ্পা কাশিংগী অমম্বা মাঙ্হন্দুনা—সনা সঙ্গাই মনুং তম্না লেঙ্শিল্লক্লে।

লেঙ্শিল্লক্লগা উবে—মহারাণী বিলাসবতীনা মশাগী সঙ্গাইদা, ফম্মুংথক্তা হিপ্পুনা লৈবমলি। মণি, মন্ত্র অমদি হিদাক লাংথারুক্নিংবনা সঙ্গাই অদুবু মপুং ফানা ঙাকথোক শেংদোকলি। অদূগা নোনা শুন্ন হাইদুনা যূম অদুবু ঙোবোকস্ন ঙোহল্লি। মনুংদনা মঙ্গলগী থাউমৈ থাল্লি, থোঙজীন ময়াদা ঘট চকু
ঞ অমা থমলি, মঙ্গলগী মশক ওইরবা ফক্লাংদ য়েকপ লাইশিংনা সঙ্গাই মনুং অদুবু নিঙ্থিজহল্লি। মথক্তা অঙোবা থাকল অমা থল্লি, মহুগী মায়কৈ মবিমক্তনা মুক্তাগী ঝালর য়াম্থবি—অহুগা মণিগী থাউমৈ মঙালতনা ইমুং অদুবু ইঙাল ঙালহল্লি।

অদুগা রাণীনা চেপ্-লম্মিবা ফম্মুং অদুগী অকোয়বা লৈমায়দনা চেণ্ডীগী রাম্মা রক্ষামণ্ডল (পলাশ্মবীগুম্বা) য়েকপি, লুখুমদনা—মচু ভোবা নাউগুম চক্ অমা (নিদ্রাকুম্ভ) থিল্লি, মখল মথা অয়াম্বা হিদাক, মগুণ লৈবা উগী মবা, লাঙ্গননচিংবা খুংলাই অমদি গোবোচননচিংবা অশেংবা পোৎ মথৈনা হিপ্পকম অদুগা শম্মনা লৈরি। গর্ভ অদুবু তেক্ক কায়দ থম্বীনবগীদমক ব্রাহ্মী অমসুং বৈষ্ণবীনচিংবী মাতৃশিংগী
ট মন্ত্র শোল্লবা খুজী খরসু ফম্মুং অদুগী মথক্তা থমলি। মায়কৈ মরিমক্তা হংগাম্ম মরু অভোবা চাইথোকলি, লংগুং তা-তুনা লেংশিনবা য়োৎ মচেৎ খবগা; সনা খোংনাং মনাগা অমসুং কুংনা লেংলবা অশংবা নিম মনা খরগসু ফম্মুং মথক্তা থমলি, অরাং অরাংবা উ মকক মকক মথক্তা কাংথোল অদু থাবি; থাবল মণ্ডালগুম ভোরবা ফিদক অমনা ফম্মুং অদুবু কুপশিল্লি। ফম্মুং অদু—হিমালয় নুংপাক অমগুম, মশা ব্রাই শংদবী অমনা হিপ্পদা মতিক চানা পাকই।

অহল ওইরবী নূপী অমনা সনাগী পুখমদা হাপ্তুনা বাণীগীদমক্তা ভোরোক ভোববা চাক পুশিল্লরম্মী। চাক অদুগী মথক্তা ইশম শম্মনা মবীক মবীক চাই-থোকপা শংগোম অফম্বা অমদি লন-তক্তা লৈ খবসু চাইরম্মী, অমসুং ঈশিং ইপোম মান্না চাক অদুগী মনিল কাবম্মী। অহল ওইরবী কনাগুম্বী অমনা মকোক য়াওবা ভা খবগা শা মচেৎ খবগসু য়াম্মনা পুশিল্লকলি অহল ওইববী খরা অমনা কেগাম্মদা
ঠ—থ কর্পূর থাউমৈ থাব্দুনা লাকলি, খরা অমনা মখোয়গী মতুংদা লম্বীদা তক্তুনা ঈশিং চায়বকলি। কনা অমনা লম্বীদা হংগাম মরু অভোবা চাইরি; অদুগা অতোপ্পী অমনা ঈশিং খুঙ্গোক থন্না পুশিল্লকলি।

মতৌ অসুম তৌনা লৈবাক অদুগী, শাগৈ অদুগী চৎনবী লোনচৎত হৈশিং-লবী সঙ্গাইনুংগী অহল ওইবী নূপীশিংনা মহাবাণীগী লূক চল্লকপা মতমদা ভূত-প্রেতকী ফত্তবা চাকথোক্রবগীদমক্তা মঙ্গলগী খবক ময়াম তৌনরকলি। অদুগা অভোবা, তরু তরুবা ফীজোন শেৎপী মনাই খরনা মথরায় হরাউনা মহৈ মহৈ মঙ্গলগী ব্রারী শানতুনা মহারাণীগী থৌগল তৌনরি।

কুলপর্ব্বতশিংনা মথাদা লৈবী লৈপাক লৈমগুম, ঐরাবত শামুনা ইবোম্মুংদা লুপ্তুনা লৈগ্রবী স্বর্গ গঙ্গাগুম, লোক্তী কুহাদা নোংশা কুন্দুনা লৈবা হিমালয়গী চীংশা-নাপোমগুম, নোংনা ত্রুমিৎপু খুমজিনখ্রবা অম্বক নুংথিলগুম, থাবু উদয়া কোবা
দ চীংনা থজিনখ্রবদা ওইবা অহিংগুম, ব্রহ্মাগী পোক্লকফম ওইবা থম্বাল অদুনা থিনগৎলগদাইদা ওইথিবা নারায়ণগী খোয়দো চক্র মতৌগুম, অগস্ত্য ঋষিনা ফাওবমদাইদা ওইথিবা ভারতকী থা-থংবা লৈবাক্তুম, অমদি কোংগোল-তনা মমায় কুপ্লগা মনুংদনা অমৃত চফু লৈবদগী ঈশিং ময়েং হেনগৎলকথিবা ক্ষীরোদ

সমুদ্রগী মতৌগুম—থোইদোক্লা ডৌরবা, গোরোচননা মপান্দা লৈরোং য়েকপা অপাবা অহনবা ফি অনিথক শেংপা ইনবা তৌদুনা লৈরিবী মহারাণী বিলাসবতীবু মহারাজনা উরক্লে।

নিংথৌ লেঙ্‌শিল্লকপা উবদগী রাণীনা য়েংকী মখূৎনা মনাই নুপী অমগী তিং থোকলিবা মখূত্তা পায়রগা, ওয়থংবা খুকউদা ওয়গী খূৎনা শোৎদুনা তপ্না তপ্না হৌগৎলকলে। অসুম্না হকচাং লেঙ্‌বা ওৎপা তৌবদা লাঁকোন্নচিংবা লৈতেংশিংগী মথোল তারকলে—মতৌ অদু উবদা মহারাজ সনা য়াথং তাকপীরকই—"হৌগৎ-

ধ লগনু, হৌগৎলগনু—ফিভম অসিদা কা হেন্না ঈকাহথুম্নবা উৎপগী কান্নবা লৈতে, অদুম্মক লেঙ্‌লগনু।" অসি হায়দুনা নিংথৌনা মশামক লেঙ্‌শিনখিদুনা ফম্মুং অদুদা মহারাণীগা পূন্না ফম্মিন্নথরে।

শুকনাসসু মনাক্তা লেবা, ফাডৌনা কূপ্না, সনানা ইবং লংনা মথোঙ্‌ পানবা

ন—প ফম্মুং অমদা ফমথখবে। অদুগী তুংদা বিলাসবতীবু অশেংবমক মশা-লুমলে হায়বা উরদুনা হরাউজবনা মথোহ কারবা নিংথৌনা ফাগি তৌবকই—"দেবী! শুকনাসনা হায়রি—কুলবদ্ধনানা হায়বিবশং অসিবু অশেংবমক্রা?"

সনা য়াথং অসি তাজবদদা খোহক্লম মোমোন তৌবা মানোক্ত চায়ক্লং অনি, চীনবান অনি অমাদ মিংস্না অনিমক ডম্না মকারামজববা বিলাসবতীনা

ক—ৰ হকাহজবনা মবম ওইদুনা য়াগী মভাল উৎপগুম অডোব, ফীজিনা মায়থোং খুম্নগা লূকথদুনা লেপ্রে।

নিংথৌনা সনা য়াথং হন্না হন্না তাকপিরক্লবদা মহারাণীনা হংগৎলকই—"এবু অসুক ইকাহবা পীবিরবা কারগীনো? এদি কারিসু অমত্তা থড্‌জবা লেতে।" অসিদং হায়বম্লগা মায়থোং লূকথাখিদুনা খোহথোয়বা মিৎয়েংনা য়াম্না শাউবগুম য়েংথোরকলে।

থাবল মভানগুম, মোমোন নোকপনা মায়থোং মকারাম্নবা নিংথৌরেলনা সনা য়াথং অমুক তাকপিরকই—"নিঙ্‌থিবী! এগী ৱা-দা ইকাইরবদি ফরে, এ তূমিন লৈরগে। অদুমদি ওইবগা কুঙ্কুম চন্দন তৈদুনা মনম মুংশিহল্লবী, পোমশাৎনবী লৈহাউ লৈরেন মচু মাল্লবী নঙগী কুচু অসিদি অসুম অসুম তাইশিল্লক্লমাল্লে নিঙ্‌ই

ড—ল —মদু কোক্লবা পাম্বৈদি কারিনা ওইগদৌরি? অদুগা—অমৃত পুবা থবাক অনিগী মচান্না শংত্রিক শংজিল্লকপা অদুনা তাকপদি—নশা লূম্বগী মশক ওইরবা অমৃতনা থিকপদা অন্নাবা মৈচাক মুৎখ্রদুনা মহুগী মৈখু কারকপগুম—অমদি মচান্দা থম্বাল অশংবা চীকপা ভাম্ন থংগোং মতৈ মনাউগুম—অমুবা অগুরু

চন্দনগা মথক্ত', ঊবী ঊনা য়েকশিনবা তমাল মনানা ১চীন কূপশিন্‌বা সনাগী চক্ষু অনিঙ্গুম উরি মতুগীনা কবিনা কোকৃহনগদৌরি ?

অতুগা চেংলবী নথ্‌্যাঙ্‌না নোংমা নোংমগী চাউথোরকপনা পূক্কী ফিদূপ পূম্ন মক অস্নুম অস্নুম মাঙ্‌শিল্লকলি অতুগা থ্‌্যাঙ্‌লী অদূনস্সু অস্নুম চিনশিল্লক্ক্‌না চৈনাথোল ষংহল্লি—মতুগীনা করম তৌনা ফহনগদৌবি ?

নিংথৌনা অস্নুম্ন তাকপিবক্লবদা. নোক্লিঙবা ফাত্নুনা শুকনাসনা হায়রকই—"মহারাজ ! কবিগীদমক ননাউ ইবেম্মবু অত্নুম্না অন্নাবা পিবিবিবনো, তাকপিবা সনা য়াথং অতুতনস্সু হকাইহন্নবা ওইবে : মবম অতুন' কুলবদ্ধনানা হংগংচববা ব্লাফম অতুগী মবমদদি সন' য়াথং অমুক মথা তাবীরগন্নু ।" অস্নুম তৌনা ফাগি তৌনত্নুনা মতম শাংনা ন্নুংঙাহম্নিরম্নগা শুকনাসস্নু মশাগ' মযমদা হনখ্রে , মহা-রাজস্নু আহিং অতু মহাবাণীগী সঙ্গাইদা অত্নুম্মক চেপ্‌খ্রে ।

নিংথৌনা, ঙম্নিবমথৈ হোৎনত্নুনা মহারাণীবু মারোল্লিঙৈ মতম অতুদা হিরম খুদিঙ্‌মক্কা মনিঙ্‌ থুংনবা হোৎনবিরকলে । মথ দ, অস্নুম অস্নন অফবা ন্নমিং অমদা, অঙাং উন্নবা মতম য়ীবক্লবদা মাহবা পাঞ্জাশি না ঘটিকা যন্ত্র ( মথুন হাবা তেংকোং অমা ঈশিং মথক্ত থন্নগ' ঈশিং থনগৎলক্ক ন তেংকোং অত্নুনা ল্‌প্‌থখ্র-বদা পুংশিংনচিংবা থঙ্‌নবা শেম্বা পাম্বৈ মথল অমা, মাসবু ঈশ ন তাকপা মতমনি হায়ত্নুনা 'পানিঘণ্টা' হায়নস্নু কৌনৈ, মতু হুজাকস্নু হস্ফাল কোম্নু দ। তানয়্নেশঙ্‌দা কায়দনা তৌবি, মগুঙ্‌ অসিদা তে কোংতা ঈশ থন্না হান্নগা মথুন অহো-
ৰ—শ বদা তাবকপা ঈশিংদগী মচাং য়েংত্নুনস্নু মতম লেপ্নবম্মা , লাহৌরিক অসিদা হায়বিবদি মতুবুনি ) দগী তপ্‌ তপ্‌ তারকপা ঈশিং মবাক মরাকাশং য়েংত্নুনা য়াম্না কূপ্না মতম লেপ্পনবা হোংনরকলে অত্নুগা পাঞ্জী থবনা হমুংদগী মপান থোক্ক্‌না মথোঙ্‌গী মমি ওন্নগা লগ্ন থঙ্‌নবা হোৎনবকলে—অসিগুম্বা তাঞ্জ অসিমক্কদা অমংবা নোংদগী মৈ পোক্লকপগুম মহারাণী বিলাসবতীনা অফবা পূ ফম ক্ষেণফমদা মী পূম্নমক্কী ন্নুংঙাইজনবা ওইববা মজাইবুংঙো অমা ফংলে ।

অস্নুম্না মজাইবুংঙো অমা ফংত্নুনা নিংথোগী লাইবক ফবা হেনগৎপগীদমক সনা কোন্নুং অত্নু মীতনা পূমলাঙ্‌ লাঙ্‌ পূমনিল নিনখ্রে । মায়কৈ খুদিঙ্‌ চেন্নরিবা লৈমনাই, নিংথৌনাইশিংগী থোঙথাংতনা লৈমায় থক থক নিকহনখ্রে—হরাউজবনা লুত্তোন কারবা সঙ্গাই-শঙ্‌বী মথৈনা নিংথৌদা থোগন-পাউ হংগৎলুনবা
য মঙম শান্দনা চেম্নবি । মনম পোনবা, মথীক নেম্বা অমদি ময়াঙ্‌কংবা মথৈদি মীয়াম ঈন্নবদা চপথায়বিত্নুনা লৈমায়দা তুশিন্নরকলে । সঙ্গাই-মুং কোইবী নূপীশিংগী খুজা, নাশি, নূপুরনচিংবা লৈতেংশিংগী মথোল—হৌনা অমদি মেঙ্‌না

জানরকলে, মী পুম্নমক্না মহৈ মহৈ অমনা অমগী ফিজেৎ লৈতেং মুন্নরকপদা লৈপাক্তা ইচাই চাইনা জানরকলে —অসুম তৌহনা কোন্নুং মন্নুং অতু ঈথক ঈয়াংতনা পূমনোম নোমখ্রে।

মথংদা, হরাউ কূম্মে মখোলনা মরোল অহুম্মক ইথন থলহল্লকলে, মন্দর পর্ব্বতনা নৈথায়বদা থোকপা সমুদ্র ঈরাউখোনগুম্না লূম্নবা য়াইবুঙনা মখোল পূম্নমক্কী মাঙ থারকলে;—পূংগী মুংশিবা মখোন, মোইবুং, অপীকপা অমদি অচৌবা ঢোলনচিংবগী মখোলতনা মীনিল অদুবু অসুম অসুম লাঙবা হেন-

স গৎহনখি অমস্থুং হোৌববা লানবুং মথোনগা মী লৌশীং লৌশীং তিনবশী লাঙবগা তিনশিন্নখিহনা ঈরাউখোন অত অসুম অসুম চাউখোরকখি। মতম অদুদা লোই-নিংথৌশিং, সঙ্গাই মনূংগী লোইশঙ মচাশিং, থৌগন্নাইশিং, ফম্নাই ফনাইবশিং, ওকুবী নূপীশিং, অডাং অমদি অহল থাক্কুনা গোয়ালানচিংব প্রজা পূম্নমক্না হবাউ মথোই কানখিঠনা, য়ৌ য়ৌ ঠোনা অডাওবগুম জগোই শানরকলে।

অসিগুম্বা মজ্জাইবূংচো ফংবগী লুংডাইরবা কূম্মে অসিনা, থা মডান্দা সমুদ্রনা কামথংশগুম—অসুম অসুম হেনগংলকপা লাঙব মিনবতনা পূমথন থলহনখি।

মজাইবূংডোগী মায়খেং সন মিংয়ে তানিঙবদগী হবাউ কূম্মে ময়াম অদুদা

হ—ক্ষ তিন্নিঙবনা লাঙতক্রবন্নব নিংথৌন মাইব প্রজাশিংনা হায়বা ইতুং ইন্না, অফবা মতম ডাইবগা মঠা মনাই অমত্তবুসু থৌগল হলহন্দনা গুকনাসতগা লোয়ননা ব্রাংগোন-শঙ তান্না লেঙশিল্লকলে।

ব্রাংগোন-শঙগী থোঙজীন অনিমক্তা মঙ্গল চফু অনিথক থিল্লি। মথক্তা অনৌবা উনা হাপলি—মচানিপা য়াম্না পোকপী নূপীশিংনা মফম অদুদা লেপ্লনা ফজবা হেলহল্লি, সনাগী লাঙ্গল অমগা গুদা অমগসু থমলি, মনা পাকপা

ক—খ নাপীনা মরক মবক্তা থন্দুনা লেংবা অডোবা লৈগী পরেং অমথক থোঙথক্তা য়ান্দুনা লৈতেংলি, মচি অমদনা কৈ মডুন শবু অনা য়াল্লি, অদুগা হোজঙ থোঙ মথক্তসু ফীবালগুম্না লৈ পরে অমনা ইশাং শাংনা য়াম্থবি—মদুগী মবক মবক্তনা শরীক মচা মচা থেংলি—অগুম্না লৈতেংলবা থোঙশিং অসিন ব্রাংগোন-শঙ অদুবু থোইদোক্না নিঙথিজহল্লি।

নিংথৌ-কোনগী হৌন লোনচং থঙলবী মচা-মন্না পাল্লিবী নূপী থরনা থোঙ অদুগী নাকল অনিমক্তা যন্ত্রানা স্বস্তিক (চিথেক অহুম নাইবা) মান্না শারগা মথক্তা লিক্কোন থন্না লোংনা লোংনা হাপ্লগা তোঙথংহন্দুনা, নিঙাম্বনা মচু শঙলবা লশিং মফোন মচেৎ মচেৎনা মদুগী মথক্তা অমুক থেংলগা লৈগী লৈরীক চাইশিন্দুনা মদুবু অমুক অঙাঙবা মচুনা লৈতেংলি।

কনা অমনা ভগবতী ষষ্ঠী দেবীগী মূর্ত্তি শারগ। মদুবু য়াইঙং শঙ্বা ফিনা লৈতেংলি। কনা অমনা, মশা অনিমক ফন্দোক্লবা চাউববা য়াহোং মথক্তা তোংবা, ফর ফর হাইবা ফীরাল অঙাঙ্বা থেংপা অমদি য়াংনা থাংগত্তূনা তা পায়বনা অকিবা ফংলবা কার্ত্তিক-কী মূর্ত্তি শারমলি।

কনা অমনা, ময়ায়দা যাবোৎ মহীনা ভাঙ্হল্লব' ন্নুমিং অমদি থাগী মূর্ত্তিশারি।

গ—চ থরা অমনা লৈপাক মতূম মতূম তারগা নিঙ্থিনা থমলি— লৈতূমশিং অদুবু কুঙ্কুম মহীন' ভাংলৈনহল্লি অতুগা মথক্তনা সনাগী যব মক্ক-ময়াম নপ-শিল্লি অমস্তুং য়াম্ন' কৃংনা হংগাম-মক্ক-অভৌবা অমূক তোংশিনখিংন' সনাগী কোংগোন থিনবগুম নিঙ্থিরি।

চন্দন্না য়াই তৈত্থনা ভৌরুনহল্লবা লৈমায়দা, অতোপ্পী থরনা, মচু মঙানা লাংবা ফি মচা অমনা কোয়শিল্লগা, নাপু মচুগী য়াম তৈরবা কেগাম থর, পরেং শানা শেমত্থনা থমলি অতুগা কনা কনাগুম্বী থরনা য়াংগোন-শঙ্ অদূগী ফজবা হেনগৎনবা অমদি মঙ্গল ওইনবা অতৈ অতৈ থবক পায়নরি।

মনম ন্নুংশিরবা লৈ মথল মথলনা লেংবা লৈপরেং শিবাত্থনা অহল ওইরবা হামেঙ্ অমথক থোঙ্জীন মনাক্তা পুন্দূনা থমলি। ফম্মুংগী লুখুমলোম থংবদা শরৎ থাদা মুনবা মথল মথা অয়ান্বা মহৈ মরোংগী মথক্তা শাগৈ জাৎ ফবা অহল

ছ—দ ওইরবী নূপী অমবু ফমহল্লি। লিন মকুগা, য়াউগী মচাগা কৃপ্না ভকৃথায়-নরগা ঘি তোংশিন্দুনা অতৎ অথম লৈতনা মৈ থাত্থনা মৈখু খুহল্লি। অঙাংবু ভাকথোক্লবগীদমক মৈদা নিম-মনা থাবগা মৈখু মনম শন্দোকৃহল্লি।

ব্রাহ্মণশিংনা মন্ত্র শোন্না শোন্না শান্তিগী ঈশিং থীকৃলি (কোকথোক চামথোকলি)। য়োকচবীশিংনা, ফিনা পাং তিংলগা নৌনা য়েকৃপা মাতৃশিংবু পূজা তৌনবা হোৎনরি। য়াম্না অহল ওইরবী নূপীশিংনা অঙাং মমাগী য়াইফনবগীদমক ঈশৈ শকৎনরক্লিবা মতৌ অতু য়েংবদা মণ্ডঙ্ অমা ওইনা গুংভাইনিভাইনি।

কনা অমনা লাইতীন ফত্তবা চঙ্দনবা হোৎনরি। কনানা, অঙাংবু ভাক-পিনবগীদমক লাইদা ছিধা থিন্নরি। থরনা অভৌবা লৈপরেং মশীং য়াম্না থেংলি। কনা অমনা, নারায়ণগী সহস্রনাম লেপ্তুনা পাঠ তৌরি।

অতুগা মক্ত্বা সনাগী (থাউমৈ) মথোঙ্ মথক্তা থানবা থাউমৈনা মৈরী ঈংনা চাক্লুনা মপুক্লিঙ্দা ভূমিন ভূমিন্ন' চাবোকপী অমসুং অঙাংগী মথল মথা অয়াম্বা

ধ—ন য়াইফনবা য়াথল থন্না থন্না য়াংগোন-শঙ্ অদুবু পূমভাল ভালহল্লি। অতুগা মিংকূপ নাত্থম য়েংবা অশঙ্বা নিপা মথৈনা মখুক্তা থাঙ্শাং পায়ত্থনা য়াং-গোন-শঙ্ অতুগী মায়কৈ মরিমক্তা কোয়না অসুম চত্থনা লৈরি।

মমৈদা, নিংথৌ অমস্থুং শুকনাসনা খুৎনা মৈ অমস্থুং ঈশিং শোক্লগা ম্লাংগোন শঙ্‌ অত্নদা চঙ্‌নখ্রে। অস্থুম্না শুকনাসকা লোয়ননা লেঙ্‌শিনমিন্নখ্রবা নিংথৌনা, অঙাং উন্নবদগী হকচাং মযেং তারবী অমদি কুচু তাইফেৎ তাইরবী বিলাস-
প—ঘ
বতীগী তম্পাক্তা, মশাগী মঙান্না ম্লাংগোন শঙ্‌গী থাল্লিবা থাউমৈ মঙান পূম্নমক অদূবু মকশিনহনবমথৈ ঙাল্লিবা—ফুংঙাইজবগী পান্দমফম লৈত্রবা মজাই-বুংঙো অদূবু সনা মিৎয়েং তারকলে।

মতম অত্থ ফাওবদা গর্ভদা লৈরিবৈগী অঙাং অঙাংবা কুচু অদু কোক্লমত্রিবনা—ঙাংশঙ্‌ ঙাঙ্‌না ছন্দোবকপদা ঙায়বিবা অনৌবা কোবৌহনবগুম, কুমিদাংম্লাই-ম্লমগী অঙাং অঙাংলবা থানিলগুম—কল্পতরুগী অনৌবা য়েম্লিঙ্‌ মনাগুম—ফৃয়না শাংলী থম্বাল অঙাঙ্‌বা-চরোংগুম অমদি তাইবঙ্‌ মীরমলেন অসিবু য়েংননবগী-দমক স্বর্গদগী কৃমথরক্লবা মচ্‌ঙাঙবা মঙ্গল গ্রহগী মতৌগুম—অঙাং অত্নুনা ঙাল্লমলি।

নোংদম্বা লাইনা, অঙাঙ্‌না পোহালগী অবংবা মঙাল মথৈনা নত্রগা ছন্দো-বকপদা ঙায়বিবা কুমিং মঙান্না নত্রগা পদ্মবাগ মণিগী মশেক-মঙাল মথৈনা পূন-শিন্দুনা অঙাং অত্নগী মশা পূম্নমক অদূবু শেম্নকপা মতৌ মাল্লি।

অঙাং অত্নগী মঙাল মশা অত্থ উবগা—মমায় মঙাশুনা লোঙ্‌ত্রিবৈদা হাম্না লৈবম্না মমায় অমত্তা পানবা কার্ত্তিক-কী মতৌগুম অমদি, কনাগুম্বী লাইরেম্বী অমগী মখুংগী নাম্থেক্তনা তাবকপা লায়নিঙ্‌থো শোরাবেনগী মচা পিশক অম-গুম্না নিঙলি।

লৈন্থংদগী চিংথোকপদ ঙায়বিবা সনা অহিংবগুম লংলবা মশাগী মঙালনা চাবোক-শঙ্‌ অদূবু পূমঙান ঙালহনবগুম তৌরি। মপোক্কী লোয়নজবকপা লৈতেংগুম্নবা অথোইবা মীগী খুদম মথৈনস্থু মশাদা লৈতেং ওইনা য়াওবকলি। অমস্থুং "মতু দা মসিনা ঐবু যোক্লগদবনি" হায়ন থন্দুনা পেনজববী লক্ষ্মীদেবীনা অঙাং অদূবু চেংনা কানশিনবীবগুম্ তৌরি।

নিংথৌগী মিংশ্ন অদু কৃপর্কা হায়ব কাউথোকখ্রে—প লেঙ্‌খিদ্রে, হম্না হন্না তৈথোক লৈথোক্না শিন্থবকপনা হেল্লবা ফুংঙাইবা ঈরানা মতম চৃপ্পদা মিৎস্না অনি-
মক ঈথৌদূনতা লৈখ্রে—অস্থুম তৌনা থোইদোক্না হবাউজরবা অমদি তনৌ
শ
তনৌবা মিৎয়েংনা মজাইবুংঙে অদূবু চপ্‌চত্নুনা অঙা অত্নুদা ম্লাবী শাজত্নুনা অমদি কোনথৎচত্নুনা—তাইবঙ থোনব পূক্লিঙ্‌না তাঙন লুনা ফংজববা মচাগী মাযথোং থম্বাল অদূবু পেঞ্জবলৈতনা খৌবাংনা য়েংদূনা থম্মোই থনজরবা নিংথৌ তারাপীডনা মশাবু লাইবক ফংনি থঞ্জথবে।

নিঙ্‌জবা থুংলবা শুকনাসনা, তপ্না তপ্না অঙাংগী মশা পূম্নমক মুম্না য়েংলগা

হয়াউ হয়াউনা মনিঙ্‌থৌদা হুংগংলকই—"মহারাজ! মিৎয়েং তাবিয়ু; গর্ভগী অন্নাবা খাঙ্‌বদা মশাগী নিঙ্‌থিবা থিবীক মপূং ফানা শেংনা উত্রবস্থ নিংথৌরেনগী থূদমশিং অসি চেনবনা মহাপুরুষ অমা ওইরগনি হায়বা তাকলি। সনা
খ—ঘ মিৎয়েং অমুকস্থ তাবীয়ু, সন্ধা-য়াচঙ্‌বগী মচুনা তিল্লবা থা-মচেৎ শাবা লাইপক অসিদা থুদেক্‌পদমক্ ঙায়রিবা থম্বা া ম্‌খোক্কী মশিংগুম্না কূপ্লবা তু মথৈনা কোয়না লৈশিন্দুনা হৌরি।

শাংকায়রবা থম্বাল অঙৌবগুম ভৌবোক ভৌববা পীশূমদা অথোয়বা তু হৌবা অমদি নাকোঙ্ নাকৃচি যৌনা শাংবা মমিৎ অনি অসিনা অমুক অমুক পাঙ্‌থোরকপদা ম্বাংগোন শঙ্ অসিবু হেক হেক মাম্হোকহনবগুম তৌরি। সনাগী লৈই মাল্লবা অশাংবা নাতোন অসিনা, পোমশাংনবা থম্বালগী মতৌগুম্না মহৌশাগী ওইজবা পূক্নিঙ্ হুববা মচীনগী মনম লৌগদবগী হোৎনবগুমলি।

অতুগা মাগী মচীনবাল মথক মথা অসিনা পোমশাংনবমদাই য়ৌরবা থম্বাল অঙাঙ্‌বগী লৈয়োনগুম নিঙ্‌থিবি। থম্বাল অঙাঙ্‌বগী লৈয়োন-মাল্লবা তংাং তঙাংলবা থূবাক মচা অসিদা ভগবান নারায়ণগী মতৌগুম— শঙ্খ, চক্র অমদি অঙ্কুশ (শামু কাতি) নচিংবগী ময়ি শেংনা ফাওরি। অনৌবা কল্পতরু মনাগুম থোংলবা অমস্থং ফীবাল, দোলাই (রথ), শংগোল, পে, অমদি থম্বালগী ময়ি য়েকপা অপীকপা মখোঙ্ অনি অসিনা, অয়াম্বা নিংথৌগী মকোক্তা থেংপা মণি মপৈনা শোকচবদা মতিক চপ্ চাবা উংলি। অতুগা মানা কপ্‌লকপা মতমদা, থোক্লকপা মথোঙ্গেল অসিনা য়াইবৃং মথোলগুম হকৃলি।"

শুকনাসনা অস্থুম হায়বিডৈ চৈরক অসিদা থোঙ্‌দা লেপ্লবম্বা নিংথৌশিংনা তফিং তফিং লম্বী থাদোক্লরবদা—হয়াউ তুজুংনরবা, মমিৎ লাওনা পাঙ্‌বা
ঙ—চ অমদি মায়থোং মকারাম্লবা 'মঙ্গলক' হায়না কৌবা নিপা অমনা য়াম্না ফিংনা লাক্লগা নিংথৌগী চরণদা খুরুমহুনা হংগুংলকই—

"মহারাজ! য়াইফবগী মথক্তা য়াইফথোইরি; মহারাজগী য়েক্লবা পূম্নমক মরু ফংনা মাঙ্‌সনু, মহারাজগী পুন্সী তোলোইবা ওইসন্নু অমদি পূম্নমক জয় তৌবী-সনু! শ্রীযুৎকী কৃপাদগী ঐথোয়গী ঈকাই খুম্নফম ওইরবা মন্ত্রীগীস্থ নূপী অহল মনোরমাগী গর্ভদা; রেনুকানা পরশুরাম পোকথিবগুম্না মচানিপা অমা ফংজরে। হংগৎচরিবসি সনা বুদ্ধি ওইবীরগা সনা পূক্নিঙ্ মতুং ইন্না তৌবীনবা নিজরি।"

অমৃত থীকৃলবগা মান্নরবা রাহৈ অহু তারগা অপেনবা, হয়াউবা মিৎয়েং য়েং-বীহুনা মহারাজ সনা-য়াথং তাকপিরকই—"অঙকপনি! ঙসিদি মঙ্গলগী ঈচেল পারেং অমা চেন্থরকলি। মীনা হায়নবা চুম্মী—অরাবনা অরাবগী, মুংঙাইবনা

মুংঙাইবগী মতুংইন্দুনা চৎলি। নোংদম্বা লাইনা মঙ্‌ ঐ অসিবু অরাবা, মুংঙাইবা চপ্‌ চপ্‌ মান্নুনা ফংহনবীরক্তৃনা ঙসিম্ম ঐবু, নশামক্কা মুংঙাইবগুম নুংঙাইহনবীরি।”

অসি হায়রতুনা অপেনবা, মকারাম্নবা মায়পোংন' হরাউবগা লোয়ননা শুক-
ছ—অ নাসপু কোনবীরগা নোক্না নোক্না সনা খূৎনা মন্ত্রীগী ফীজি চিংলক্লে অমস্থং পেনবিরত্থনা ‘মঙ্গলক’ তা মুংঙাইবা পাউ তম্নবগী মতিক চাবা মনা মথুম পীবিখিনবা সনা য়াথং তাকপিখ্রে।

নিংথৌনা লেঙ্‌থত্তুনা অতুম্না অহুম্মক শুকনাসকী মযূম তান্না লেঙ্‌লগা শরুক অনি হেনগৎন' হবাউ কূ‌ৈয় তৌহল্লে—নিংথৌনা লেঙ্‌বদা তুংদা অশুম থৌগল ইল্লকপী নিংথেম মুবীশিংগী থোঙ্‌থাং খূদিঙ্‌দা থোক্লকপা নূপুব মথোলনা
ঝ—ন মায়কৈ শীন্না নিল্লি; থম্বৌ হেরা মানবী মপাম্বোমশিংনা কন্না কন্না হাইন-বদগী মণিগী খূজী মথোল মুংশিনা থোকলি—মথোয়গী লোংনা থাংগৎ-লকপা মখূৎশিং অহুনা—হুংশিৎনা হুমথত্নুনা আকাশ-গঙ্গাদগী তাথরকপা থম্বাল ময়ামগুম নিঙ থিবি; ক্রেক্‌ ক্রেক্‌ ইন্ননা চৎনবদগী নাকোঙ্‌দগী কেন্নরকপা নাচোম মপৈ থোঙ নেৎনবি।

মহৈ মহৈ ঈন্নবদা অমগী পাম্বোম ফাবীদা অমগী মফি লৌশিন্দুনা শেগায়-নরি। হকচাংদ' তৈনা কুঙ্কুমনচিংবা হুমাংনা চামথোকথিবনা অপাবা ফি মখৈদা ইচু চুনবি। মহৈ মহৈ ঈনথোক ঈনশিন তৌনবদা হকচাংদা থিনবা চন্দনমখৈ মূৎনরি। শাথেক নিং্‌থিবী, ওক্তবীশিংগী মনোক অদূনা শাৎকায়রবা থরোগী বনগুম নিঙ্‌থিবি। হাইনা হুয়া মশা লেঙ্‌বদগী ফেৎ ফেৎ হাইরবা লীক পরেং মখৈনা মথোয়গী মথবাক্তা হন্না হন্না ফূরি।

আবের মপৈ মপৈ চাইনবদগী মথোয়গী শম্বূনশিং অদূ ঈঙাঙ্‌ ঈঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌-নরি। মরোল থোক্তবা, মনম পোনবা, ময়াঙ্‌ কংবা, মথীক নেম্বা, মনা পঙ্‌বা অমদি ঙাউবি শারি তৌবা মী মখৈনা চোংনা ফম্না জগোই শাদুনা হরাউ মথোই কানা খ্বায়গী মাঙ্‌ থাদুনা চৎনরি।

কনা কনাগুম্বী নূপীগী মফিনা অহল ওইরবী সঙ্গাই-শঙ্‌বী কনা কনাগী মঙক্তা লৌশিনথিবদগী মদূ চিংথোক্লব। হোৎনবদা সঙ্গাইশঙ্‌বীশিং অহুগী অরাবা অমা ওইহল্লি। মথোয় পূম্নমক, থোংলিবা বীণা, বাঁশী, অমদি পূং শেলগী মথোলনা
প—ভ পীরকপা তাল অদূগা চাননা মথোঙ্‌ থাংলি—মথোল হৌনা, মুংশিনা ঈশৈ শক্লরি। হরাউবা মথোই কানমনথিবদগী কবিগুম্বদা অঙাওবগুম, অমূক্তা ভূতনা তেংলবা মীগুম্না চোইরোন পারোন লোন্দুনা অমদি হায়বা হৌনদবস্থু হায়-নহুনা জগোই শানা ঈশৈ শক্লা অমদি শান্ন শান্ননা রা রা নিন্দুনা চৎনরি।

নিংথৌগী মরুবা মীওইশিংস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা অসুম চৎনরি। মনাদা চিল্লিবা মণিকুণ্ডলমথৈনা মশা মশাগী চায়রুংদা ফৎ ফৎ ফুনবি, নাদা থেৎলিবা থম্বালনা ফেৎ ফেৎ হান্নবি—পোক পোক নোম্লবা মকোক্কী লৈতেংনা লৈমায়দা তাগদবগী তৌনবি, লৈপবেংন থবাক্তা হাইবি—ম্নাইবুং পুং-শেল অমদি চোলন-
ম চিংবগী হৌরবা মথোলগা ঈবোয়নখ্রবা পেবে মোইবুংনচিংবগী মথোলনা মথোয় পুম্নমক্কী মুংডাইজনবা ওইতুনা কন্না কন্না থাংনবা খোঙথাংনা লৈমায় থ্রুক্ থ্রুক্ নিকহল্লি।

নিংথৌগী তুংদা খোগল ইল্লিবা, লৈশী লৈথোন ঈশৈ শকপা হৈবা 'চারণ' থবনা মচীন্না পুং য়ৈদুনা ইরাঙ লাঙলি—থব অমনা নিংথৌগী মতিক
ঘ মগুণ থাদুনা ঈশৈ শকলি, থব অমনা চোংবগা ফনবগা জগোই শাদুনা চৎলি।

ইপান থাবগী থবক লোইখ্রগা তরানিগুবা মুমিক্তা অফবা পুংজা-ক্ষেণফম য়েংদুনা ব্রাহ্মণশিংদা নিংথৌনা ষণ অমসুং সনা কোটি কোটি দান তৌরগা
র—ব 'অঙাং অসিগী মমাগী মচীন মন্নুংদা মপুং ফাববা থানিন চঙখিবদু ঐনা মঙদা উখ্রবনিকে' হায়বসি নিঙশিংলক্তুনা মঙতাক মতুং ইন্না মজাইবুংডো অসিবু মমিং 'চন্দ্রাপীড' হায়না থোনখ্রে।

থংনবা মুমিক্তা শুকনাসস্থ ব্রাহ্মণগী হৌনবী থবক পুম্নমক লোইথোক্লগা নিংথৌগী ম্নাথ মতুংইন্না মপাবু ব্রাহ্মণগী ওইবা মিংগৌ 'বৈশম্পায়ন' হায়বসি থোল্লে। অসুম্না মথং মথং অঙাংবু মুমিং খুকমহনবা, চাকইনবা অমসুং মনা হুৎপগী থবক লোইবদুনা মথোয় অনিমক পুংকক পুংকক চাউনরকলে।

মথংদা, মহারাজ তারাপীড়না, চন্দ্রপীডবু শাম্নবদা মপূক্লিড হক্চিনথিদনবগী-দমক সনা কোম্নুংগী ব্রাংমদা 'শিপ্রা' তুবেন মপান্দা হিমালয় চীংদোনগুম ব্রাংবা অমসুং শুন্নু হাইবনা ভৌবোক-ভৌবা চেকপন্না কোয়শিনবা মাইল অমা শাংবা মহৈ-তম্ফম শঙ অমা শাহনখ্রে। চেকপল ময়াদা অচৌবা থাঙ্গপাৎ অমনস্থ মদুবু
শ—স কোয়শিল্লি। খোঙ অতৈ পুম্নমক চেৎনা পোরোল থাদুনা লোনশিল্লগা অমত্তং হাংদোক্তুনা মদুনা লমজঙ-খোঙ ওইনরি। মচি অমদা শগোল গাড়ী ময়াম থম্ফম লৈ—মথাদনা শাজেন তৌথম শঙ শেমলি। পুম্নমক অসিনা লাই-রীক তম্ফম-শঙ অদুবু স্বর্গদা লেবা লাইশিংগী ময়ুমগুম নিঙথিজহল্লি।

মথংদা মহৈ পুম্নমক তম্বীহন্নবা শী কোয়না থিরকলে।—নোংশা মচাবু শাবং মনুংদা কাজিন্দুনা থম্বগুম চন্দ্রাপীড়বু শঙ অদুদা থম্লগা মদুদগী মপান খোকপা য়াদনবা অকনবা নিংথৌ সনা য়াথনা কন্না থিংখ্রে। ওজাশিং অমদি অচৌ অশাং-

মচাশিংতগা লোয়নহন্দুনা অঙাং ওইবগী শান্নবা মখল পূম্নমক থিংহুনা, পুক্নিঙ্ লোঙ্দনা মহৈ তমশিন্নবা পাউতাক পীহুনা মখল মখলগী মহৈ পূম্নমক
হ—ক
তম্নবা, অফবা ন্নুমিৎ অমদা বৈশম্পায়নগা লোয়ননা চন্দ্রাপীড়বু ওজাশিংগী মথৃ্না শিন্নখরে।

নিংথৌনা, বিলাসবতী লোয়ননা ফম্মুংদগী লেঙ্থৎপগা, মনাই খরতমক পুদুনা লাইরীক তম্ফম শঙ্ অত্নদা মজাইবুংদো চন্দ্রাপীড়বু য়েংবা ন্নুমিৎ খূদিঙ্গী লেঙ্ই।
মহারাজনা মতৌ অসিগুম্না চাং-পুহনপিবদগী অমদি ওজাশিং পূম্নমক্না ;
ক—খ
চন্দ্রাপীড়বু য়াম্না হেন্না হান্নদগী য়াম্না মতিক চারম্বা উৎদগী হৈনিঙ্বগা লোয়ননা মশা মশাগী খঙ্জবা থাক্তনা ভম্বমথৈ হোৎনহুনা তম্বীখিবনা মতম খরতগী মন্নুংদা চন্দ্রাপীড়ম্ম মহৈ পূম্নমক শুনা হৈবা ঙমখি।

মণিগী শকয়েং-মিংশেলগুম্নবা, লংলবা চন্দ্রাপীড়গী থম্মোইদা জুগোই ঈশৈনচিংবা কলাবিদ্যা অপূম্বা ওজাশিংদগী লৌহুনা মমি তাখি। হায়বদি—ব্যাকরণ, পূর্ব্বমীমাংসা ( অচুম্বা মশক লেপ্পা ), ন্যায় ( অচুম্ব থিনবা হোৎনবা ), বৈশেষিকনচিংবা দর্শন-শাস্ত্রশিং, স্মৃতিশাস্ত্র, নীতি শাস্ত্র, কুস্তী তৌনবা, লারুং শীজিন্নবা, চক্র হুনবা, চুং পায়বা, থাঙ হাইবা, তা-লংবা, লম্বু হুনবা, শীংজঙ্ পায়বা, গদা হাইবা, অসিনচিংবা মরু ওইবা খুৎলাইশিং শীজিন্নবা, দোলাই, শামু, শগোল অসিনচিংবা তোংবা ; বীণা, বাঁশী, পুং, করতাল অমসুং দর্দুরপুট ( হঙোংহ মখোল মান্না থোকপা যন্ত্র মখল অমা ) নচিংবা য়েনবা খিঙনবা যন্ত্রশিং শীজিন্নবা, ভরতমুনিনচিংবনা লেংবা নাট্যশাস্ত্র, নারদনচিংবনা লেংবা গান্ধর্ব্ববেদ ( ঈশৈগী শাস্ত্র ) ; শামু লাকৃপা, শগোলগী চহি মতাং খঙবা, খুবাক ময়িনচিংবা য়েংলগা মীগী মরাইবক হায়ব ঙম্নবা লাইরিক—য়েকপা খোৎপা, দূরবীণ ( অরাপ্পা য়েংনবা খুৎলাই ) য়েংহুনা গ্রহ নক্ষত্রনচিংবগী মরম লেপ্পা, লাইরিক লেংবা, খুৎই মরোল নাইনা ইবা হৈবা, চৌবরনচিংবা শান্নবগী মখলশিং, মনম নুংশিবা পোৎ শেম্বা, উচেক মখোল তারগা অফ ফত্ত খঙবা, পাঙ্গীগী মরম ইবা লাইরিকশিং, মণি মুক্তানচিংবগী অফ ফত্ত খঙনবা য়েংবা, উগী পোৎ মখল মখল চনবা অমদি শাবা, শামু ময়ানা মখল মখলগী পোৎ শাবা, য়ুমশারোল, আয়ুর্ব্বেদ, মিস্ত্রং, য়ারী লীলা, য়ারেং শৈরেং, মহাভারত, পুরাণ, ইতিহাস, রামায়ণ, লৈবাক খূদিঙ্গী ময়েক খূদিঙমক অমদি লোন পূম্নমক খঙনবা হোৎনবা, মখল মখা অয়াম্বা অরোনবা খূদম খঙনবা হোৎনবা, খুৎশা হৈবগী থবক পূম্নমক, ছন্দঃ শাস্ত্র অমদি তোঙান তোঙানবা কলাবিদ্যাশিং,—হায়রিবা হিরম পূম্নমক অসিদা চন্দ্রাপীড়না থোইদোক হেন্দোক্না হৈশিংবা উংখি।

চন্দ্রাপীড়না অসুম্না মতম পূম্নমক্না তম্বতা হোৎনহুনা লৈরবস্ু—মাগী অঙাং

ওইরিবৈ মতম অদুমক্তদা মী পূম্নমক্না ডক্লনিংঙাই ওইবা মশাগী লোম্নজরকপা ভ—ব ভীম সেনগুম্না কনবা মপাংগল অমা চেন্নরম্মী। মহাক্না শামুমচাশিংবু মথক্তা তোংডুনা শান্ননিঙ্‌বা মতুংইন্না শান্ন শান্ননা মথুংনা মনাকোঙ্‌ অনিমক পাম্বতুনা চিংলকপদা নোংশা মচাশিংনা লাক্ত্না চৎপা ভমজ্রবগুম্না শামু মচাশিং অদু কৃম্বতুনা থাঙ্‌নখি।

চন্দ্রাপীড়না থাঙ্‌হাই অমুক অমূক্তা কোনা পান্বী অমমম্বু থম্বৌ মথোক-কুম শোইদৎাখ। পরশুরামনা ক্ষেত্রিমচা পূম্নমক চাকথেরুবা লম্মৈ ওইখিবগুম চন্দ্রা-পীড়গী য়োৎকী তেন পূম্নমক্না চৌংগী নুংপাকশিংবু থিনগায়খি। নিপা তবা চঙ্‌না পুবা য়োৎশূক অদু পায়রগা চন্দ্রাপীডনা মশাগী শাজেন তৌই।

বৈশম্পায়নস্থু, থ্‌ায়দগী হেন্দোক্না কনবা মপাংগল অদূতদি নস্তুনা অতৈ হিরম পূম্নমক্তদি চন্দ্রাপীড়গী মতুংইনবা ভম্নম্মী। মহৈ পূম্নমক্তা থোইদোক্না জ্ঞান লৈবদগী ফংজরকপা মশাগী মগুণনা মরম ওইতুনা অমদি অপোকপা মপা শুক-ঞ—ঠ নাসপুস্থ য়েংতুনা মথোয় অনিমক উঘন চাইতুনা শান্নমিন্নবদগী হৌতুনা অস্থম অস্থম থানবক্তবনা, চপ মান্ননা চাউনবক্রবদস্থ বৈশম্পায়ননা চন্দ্রা-পীড়গী অনিশুবা থম্মোইগুম্ন হিরম থুদিঙমক্তা থাজনিংঙাই ওইবা অচেৎপা মরূপ অমা ওইরকলে।

চন্দ্রাপীড়না বৈশম্পায়নবু থাদোক্তনা মিৎকূপ অমতুম্ন মথক্ত তোপ্পা লৈবা থক ভমথিদে, অতুগা অযুক অমস্থং মুংথিল অনিমক্না ডাইহাক্তু থানবা লৈতনা কোবৌহনবগী মতুং ইন্দুনতা লৈবগুম বৈশম্পায়নস্থ মিৎকূপ অমা ফাওবা কান্নবা লৈতনা চন্দ্রাপীড়গী মতুং ইল্লম্মী।

চন্দ্রাপীড়না মহৈ পূম্নমক তম্ন তম্ন অস্থম্না লৈবিবৈ অসিদা মাগী মথোন কারক্কপা মতম য়োশিল্লক্রবদা ঈনখৎলকপা চহি মতাং অসিনা তাইবঙ্‌ পানবনা পাম্নরবা—সমুদ্রদগী থোকপা অমৃতগুম (শিদহিদাক), মী পূম্নমক্তী থম্মোই অমদি মিৎকী পেম্ননবা ওইবা য়াচঙ্‌বগী থানিনগুম,—ডাইহাক্তী ওইবা, মচু মমেন্নতিনবা নোংজুথাগী চূমথাঙ্‌গুম্—কামদেবগী থুৎলাইগুম্নবা কল্পবৃক্ষ মপালগুম—অনৌবা ড—ড মুমিৎ মঙাম্না য়ৈবদা ওইবা থম্বাল-বনগী মচুগুম তঙাং তঙাং পুক্রিঙ্‌ হুবা কুচুনা অমদি ব্লাহোং মতুনা, জগোইগুম্বা—অকে অমৌ মথন কয়াগী মতিক চাবা পোৎচঙ্‌ ওইনবগুম—পোকভৈদগী মশক মতৌ চঙ্‌থোম্না ফজরকপা ওইতুনস্থু মপূং মরৈ ফাজিল্লকপা চহি মতাং অসিনা চন্দ্রাপীড়বু হান্নদগী শরুক অনি হেনগৎনা ফজহল্লক্রে।

তাঙ্গা ফংলবা কামদেবনা মতম অসিদা সেবা হৈবা মনাইগুম মাগী মকাদা থুংলরে।

মতম অসিদা, মশাগী শাবান ফজবা হেনগৎলকপগা লোয়ননা চন্দ্রাপীড়গী মথবাক অতুস্থ হান্নদগী হেন্না ফজোকপা হৌরকলে, মরূপ মপাংশিংগী নিঙ্জবা থুংনা মকৈ অনিস্থু মপূম মরৈ ফাজিল্লকলে, মাগী য়েক্রবশিংগা লোয়ননা মথ্ৎাঙ্স্থু চেংশিনবা হৌরকলে, (য়েক্রবা ময়েং তাশিল্লকপগুম); থাদোকঙস্বা (ঈনথোকপা) মপাংগলগা লোয়ননা মাগী নিঙ্জোনস্থু ফজোকপা হৌরকলে, মতিক মডানগা ঈরোয়ননা মশাদা মতু-সূ চোংখৎলকলে; য়েক্রবা নূপীশিংগী মকোক্কী শম্নাংশিংগা লোয়ননা মপাস্থোমস্থু শাংদোকপা হেল্লকলে; মরমচংকা লোয়ননা মমিং অনিস্থু তক্ল তহেনবা হেল্লকলে, ময়াথং চাউবা হেল্লকপগা লোয়ননা মরেংস্থূ ফনবা হেল্লক্লে অমস্থুং মখোঙ্গেলগা লোয়ননা থম্মোইগী তয়াং তশোইবস্থূ য়াওখিদ্রে।

চন্দ্রাপীড়বু অস্থুম্না পাথং ফাজিল্লকপা—খূৎশা হৈবগী অমসূং অতোপ অতোপ্পা মহৈ পূম্নমক মপূং ফানা হৈবা লোইরবদা অমস্থূং তম্বীরিবা ওজাশিংনস্থু মহৈ-তস্ফম-শঙ্ থাদোক্লস্বা য়াবগী য়াথংস্থূ পীরে হায়বা থঙ্লবা মহারাজ তারাপীড়না, মজাই-বুংঙ্গে চন্দ্রাপীড়বু লৌক্লনবগীদমক শগোল তোংবা লাম্মী অমদি খোঙ্মী ময়াম লোয়ননা "বলাহক" কৌবা মাগী সেনাপতিবু কৌহনা য়াথং পীরগা অফবা নুমিৎ অমদা মহৈ-তস্ফম-শঙ্ অতু তাম্না থাখ্রে।

# মহৈতম্বা লোইদুনা চন্দ্রাপীড় হল্লকপা

বলাহকনা মহৈ-তম্ফম-শঙ্দা লাক্লবদা থোঙ্-শঙ্বশিংনা মজাইবুংঙোগী য়াথং লৌরুরগা খঙ্হল্লরে মহুদি, "মজাইবুংঙোনা সেনাপতিবু চঙ্বিরকপা য়াগনি হায়না য়াথং পীনবীরকলে।" বলহকনা চঙ্খ্রগা মকোক্কী মণিনা লৈমায় থ—ব শোক্লা মজাইবুংঙোবু নোল্লুক্লা খুরুমলগা মহারাজ তারাপীড়গী সনানাক্তা ফম্বগুম্না মজাইবুংঙোগী য়াথং মতুংইন্না মাগী মতিক চাবা মফমদা নোল্লুক্লা ফমথবে।

ঙাইহাক লৈরগা বলাহকনা চন্দ্রাপীড়গী মনাক্তা চঙ্শিন্দুনা হায়রকই—"মজাইবুংঙো! মহারাজ সনা য়াথং তাকপিরকলি মহুদি—মজাইবুংঙোনা শাস্ত্র পূম্নমক তম্লবনা, খুং-শা হৈবগী থবক পূম্নমকস্তু হৈরবন' অমদি খুংস্তু খুৎলাই পূম্নমক শীজিন্নবগী মহৈ পূম্নমকস্তু য়ৌনা খঙ্লবনা ঐথোয়গী নিঙ্বা থুংলে অদুগা ওজাশিংনস্তু সনা কোম্লংদা লেঙখিবা য়াবগনি হায়নরে।

মরম অদুনা, শ-ফমদগী থোক্লক্লব', তম্বীববা মচুম তাবা শামু মচাগুম অমদি মপূং ফারবা পূর্ণিমাগী থানিননা নৌনা হুন্দোবকপগুম মজাইবুংঙোবু হুজীক মী পূম্নমক্লা উজবা ফংজদুনা মথোয়গী লাঙ্তক্লববা মামং অদু পেঞ্জরসনু।—সঙ্গাত মন্নংগী ইবেম্মশিংনস্তু মজাইবুংঙোবু উজনিঙ্বনা লাঙ্তক্লহৌবি।

মজাইবুংঙোনা মহৈ তমদুনা মসিদা লৈবীবা গৌখিবাস চহি তরুক শুবদগীনি, মহৈ তম্বীরকপনা চহি তরা শুখ্রে, মরম অদুনা হুজাক মজাইবুংঙোগী চহি তরাতরুক শুরে। অদুনা ঙসিদগী হৌনা লেঙ্থোরক্ল্না উজনিঙ্বনা লাঙ্তক্লরবী নমাসাজ ইবেম্মশিংবু উহনবীদুনা', গুরুজনশিংবুসু খুরুম্বীদুনা অয়েৎপা লৈতনা' লৈবাক ঙাকপগী অমদি মথোনকাবা মতমগী নুংঙাইহনবা মথল পূম্নমক নিঙ্বা থুংনা ফংবীররো হায়না সনা য়াথং তাকপিরকপা মতুংইন্না ঐনা হংগৎচরি।

নিংথৌশিংবু হৈকাইখুম্নবা উংপিয়ু, ব্রাহ্মণশিংবু পূজা তৌবীয়ু, প্রজাশিংবু ঙাকপীয়ু, শাগৈ নাতৈ মরূপ মপিঞ্জাশিংবু নুংঙাইহনবীয়ু। মরোল অহুম্মক্তা অতাঙ্বা মণিগী মশক ওইরবা অমদি য়াঙ্বদা নুংশিং অমস্তুং গরুড়গা মান্নরবা 'ইন্দ্রায়ুধ' হায়না কৌবা শগোল অমস্তু মজাইবুংঙোগীদমক্তা মহারাজনা ভ—ব থাবিবকলি। শগোল অদু হুজাক থোঙ্দা লৈহৌরি। 'মরোল অহুম্মক্তী মনুংদা অঙকপা পোৎ অমনি হায়না থন্দুনা, সমুদ্রদগী থোক্লকপা, মপা মমা নাইদবা —অতাঙ্বা মণিগুম্নবা অথোইবা শগোল অসিবু মহারাজতগী খুৎনেৎশা ওইনবদা

মতিক চাবনি থন্দুনা কৎচবিবনি' হায়বগা লোয়নননা পাবস্থ নিংথৌনা নবাইবুংঙো মহারাজদা থারকৃপা শগোলনি।

নৈবাক অসিগী শগোলগী মবম থঙবা মীশিংনস্থ য়েংলগ' হায়নৈ—'উচ্চৈঃশ্রবা'গা নৈবা হৌনবা ঐথোয়না তাজ থঙজবা খূদম পূম্নমক অহু শগোল অসিদস্থ অমত্তা য়াত্তনা য়াওরি ; মবম অহুনা অসিগুম্বা শগোলদি তাইবঙদা হান্নস্থ পোকথিদ্রি মতুংদস্থ থোক্লরোই হায়না নিঙজৈ।' মরম অহুনা মজাইবুংঙোনা মসিবু খূনেৎ-শা ওইনবীয়।

ফম্বাল-লাংদা পোকপা-নোল্লুকপা' গুণনা নৈতেংবা, মপাংগল কনবা, শাবান কজব', খূৎ-শাগী থবক্তা হৈশিংলবা অমসুং মথং মথং অহল্লম্মনগী মথাঙ শমথহৌবা নিংথৌমচা' লাশীং অমস্থ মজাইবুংঙোগী থৌগল তৌহন্নবগীদমক মহাবাজনা ঐগী ইতুং হৌলহনবীবকলি—মজাইবুংঙোবু খুকমজনিঙতুনা মথোয় পূম্নমক অহু শগোল তোংনা তোংনা থোঙদা ঙাইনহৌবি" য়াহৈশিং অসি হায়রগা বলাহকনা তুমিন নৈথ্রবদা, মপাবু' মহাবাজগী সনা য়াথং কোক্তা থোংতুনা, চন্দ্রাপীডনা লাইরীক তক্ষম-শব্দগী লেঙথোক্লগে নিঙতুনা কুমদম-নোংথোং-গুম লয়্নবা য়াথং পীবকই —'ইন্দ্রায়ুধবু পুশিনবীরকলো।"

অস্নুন্না মজাইবুংঙোগী য়াথং ফংলবদা বলাহকনা শগোল অদুবু শঙ অহুদা পুশিনহল্লক্লে. নাক য়ত্তা নিপা অনিন' চকলী পায়নরগা থোঙথাং খুদিঙগী হেক হেক চিংশিন্দুনা য়ান্না চেকশিন্না পুশিল্লকলি। মশা য়ান্না চাউই, য়াংবনা নিপা অমগী মবেপ্পগী খুবোম অমা হেনগৎলগা ময়াংলেন ফংই।

অসিগুম্বা শগোল অসিনা হন্ন' হন্ন' ময়া কাথোক্লুনা মমাংদা' লৈবিনা অহাঙ্বা আতিয়া অদুবু হেক হেক থকৃচিনবগুম তৌবি।

অমুক অমুক মবুক নিক্লম্নগা থোংলকপদা তাইবঙ পানবগী মবুক মমুং-অহাঙবা-পূম্নমক থল্লগদবোই নিংলবা অমদি য়াক্লবা মখোলনা হেক হেক

য়—গ থেক্লকপা' শব্দ ভাবগা—মতাং তৌতুনা য়াঙবা শাশিন্নবতা থংলিবা গরুড়বু মানা কবিস্থ গানদবগুম উবি। মশাগী থোঙচৎ খিংবীবদগী য়াম্না শাউনা মনাতোন কি কি কামতুনা ঙাইহাক নৈতেন' মঙক হাইগৎ হাইথ তৌতুনা নোমলিবা মতৌ অহুনা, মবোল অহম্মকপু লাম্বোক্কে 'কয়াবু চাউবমগবনো' হায়না মপুক্তা থল্লিবা ওইনা তৌবি।

অবাংবা ফিনা কুপশিল্লবা শাম্ম মচাগুম--কৈলাস কৌবা চীংগী চীংশাদা মচীনা কোৎলুবদগী থোক্লকপা নৈলভাঙনচিংবা ধাতু মকুপ মকুপ্পা মশা অপূম্বা ভাঙ-শিলহল্লবা শিবগী বগুম্বগুম—অমদি হিংচাবলিংগী মশাদগী থোরকপা কুংলবা ঈ-

তৈরবা-মশোংনা লৈতেংবা দুর্গাগী নোংশাগুম—অমুবা, নাপু, অশংবা, অমদি অঙাঙবা-অঙৌবগী লৈই ময়াম্না চুমথাঙ্ থানবগুম মশা পূম্নমক লাংবা শগোল অহুনা অয়াঙবা হায়বা পূম্নমক অহুগী অশূপ্পা মশক্তুম লেপ্তুনা লৈরি।

ঙাইহাক লৈতনা, মচি থুদিঙ্ মনাতোন সৃং সৃং তোহুনতা লৈরিবা মতৌ অহু উরগা মমাংঙৈদা মহাক্না য়াম্না য়াঙনা চেনমনবদগী থকৃচিনথিবা মুংশিংশিং অদুবু মনাতোন মথুন্দা অমূক হন্না থাদোক্লিমাল্লে থল্লি।

মকোক য়াম্না শাংই, মতোং য়াওদবনা মদুবু উ নত্রগা নুংনা হন্দুনা শাবা মাল্লি।

মকোক্তা থেংলিবা মণি অশঙবশিংগী মঙাম্না চপমুংনা লেঙদনা লৈরিবা মনাকোঙ্ অনিমক্তা য়ৈবদি—মনা অনিমক্তা অঙাঙবা চামর অনিথক থেংলি-মাল্লে নিঙই।

সনাগী য়োংলীনা শাবা ঈরং ঈরং লংবা চূকলীনা মঙক্তা পুনবনা অমদি সমু-দ্রগী ঈশিং মনূংদা কোয়না অস্তুম চংপদা অরংবা পোহাল অঙাঙবা ময়াম নপ-শিল্লকথিবা মাল্লবা চা-অঙাঙবা-মচুগী শাংলবা মশোংনা মকোক মথক্তা লৈতেংবা —অহুগুম্বা মংক্তা মহাক্নী ফজবা হেলহল্লি।

মাগী লৈতেং পূম্নমক অঙাঙবা মচু মক্তনি—লৈতেংশিং অতুগী মরক্তা, উরী অমস্থং উনা মাম্না থোয়না থোয়না সনানা শাবা অপীক অপীকপা লৈতেংগী শরুকস্থ

ক—৭

য়াওরি অত্থগা থোঙথাং থূদিঙ্ মথোল থোকলিবা মণি পরেংগী মরক মরক্তা অচৌবা মুক্তা মতূম অমমম থেংপনা, য়াচঙবা মতমগী তঙাং তঙাংবা মচু-মরক্তা থরাম্নাচাক মপৈ থেংপগুম উরি।

লৈতেংশিং অতুগী মরক্তা থামলিবা মরকত মণি ( অশংবা মণি ) শিং অতুগী মঙাম্না য়ৈবদা অশংবা মচু ফাওবরা মশা অতু উরগা মাবু, মুমিংকী দোলাইচিংবা শগোলনা আতিয়াদগী নাম্থরকপগুম উরি।—য়াম্না হেন্না মরিল লৈবদগী, মাবু ফাজিন্দুনা থম্বীবদা শাউহনা তুথোঙ্ থুদিঙদগী চেম্থরক্লিবা হমাংশিং অদুবু—সমুদ্র মনুংদা মানা হন্না হন্না কোয়কবদা মশাদা পক্লকপা মুক্তা ময়াম থীকৃথরক্-পগুম উরি। নোংদম্বা লাইনা, কাঁজলগুম-মুরবা-নূংনা-শারকপা মানবা অমদি নীলকান্ত মণিনা শাবা থোঙনেং-ফালগুম পাক্লবা মাগী লোঙথূম্না ঙাইহাক লৈতনা লৈপাক হোংপগী কাওরকপদা থোকৃপা অহোবা মথোল অহু তাবদা মাবু, পূংয়েবা তম্নিমাল্লে থল্লি।

নোংদম্বনা মাগী থূকউ অনিমক অদূবু উ নত্রগা নূংদা কোম্ভুনা শারকপা মাল্লি, মথবাক য়াম্না ফলহল্লি—মচীন অহুনা হিদাক তৈহনা নালহনবীরম্বগুমলি,

মথা পাকহল্লি, মশাগী নাকল অনিমকস্থ চন্দূনা কোত্তূনা কজনবা শেমদোক্লগা পুখোকপিরম্বগুমলি অত্তুগা নিঙ্জোন অনিস্থ শক্লক অনি হেন্না থোম্নজিনবীরম্বগুম মরাং কায়রি।

অত্তুগা মহাক অসি য়াঙ্বদা গরুড়গী পাম্বাগুম্মী, মরোল অহুম থুংনা কোয়-বদা মুংশিংকী মরূপকুম্মী, উচ্চৈঃশ্রবাগী শক্লক্লা শাইওল্লকপগুম্মী অমদি থোক্তচং থুবদনা পূক্লিঙ্গা অমত্তনি।

বামনগী মশক লোরবা নারায়ণগী মখোঙ্গুম শগোল অদূস্থ পৃথিবী পূম্নমক লাম্থোকপা ওম্মী।—বরুণ কৌবা লাইগী কাং-ওনা মানস-সরোবরদা কোয়না তাউ-ছুনা শাম্নবগুম মহাকস্থ নিঙ্বা থুংনা য়াঙ্না চেল্লি।

লমদা থাগী অশোক মপালগুম—মহাকস্থ মচু ঙাংশঙ্ ঙাঙ্ই। আচার ফজবা ব্রাহ্মণগী মমায়দা ভোরোক ভোনা উংনা ত্রিপুণ্ড্ য়েকপগুম মাগী মরাই-বক্তস্থ ভোরোক ভোনা তাঙ্লি। থম্বাল লৈরীক্লা মশাগী অকুংবা লৈহী তৈবদগী তডাং তণ্ডাংবগুম—মাগী মশোংদস্থ য়াম্না নপ্লবা পোং তৈবদগী তডাং তণ্ডাংলি।

ওলাঙ্থাগী মুংথিলনা অতৈ ঋতুদগী মতম শাংবা হেনবগুম অমদি অয়াকপা মুংশা লাংবগুম শগোল অত্তুগী মশাস্থ য়াম্না শাংই, চাউই অমস্তুং অকিব-কংনা মপাংগল কল্লি। লিম্না মুংশিং মায়রমৃদদা ওনশিন্দূনা লৈবগুম, ইন্দ্রায়ুধস্থ মতম পূম্নমক্লা চেনগদবগীতা তৌত্তুনা লৈ। সমুদ্রগী তোর্ব্বাম্না মোইবুং পরেং শিবগুম্বা লৈতেংনা মশাদা লৈতেংনবা শগোল অসিনা কিরবা মীগুম্না মনা অনিমক চপ্-য়ুংনা লৈরি।

বিদ্যাধর কৌবা লৈবাক্লা, পৃথিবীগী মপু 'নরবাহন দত্ত' গী মতিক চাবা মক্ষম ওইরম্বগুম ইন্দ্রায়ুধস্থ পৃথিবী 'পূম্বগী মবুংডো ওইবা মী অত্তুতনা তোংবদা মতিক চাবা ওইরম্মী। থোক্লকপদা ডায়বিবা মুমিংনা পৃথিবীগী মী পূম্নমকী মতিক চাবা অর্ঘ কংনক্ষম ওইবগুম, ইন্দ্রায়ুধস্থ মালেম-লৈকোয়বু' পূম্নমক অসিনা মাগী মমল ওইনবদা মতিক চারম্মী।

মওঙ্ অস্থুম্না, চন্দ্রাপীড়না শগোল পূম্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোক্লবা ইন্দ্রা-য়ুধবু য়েংলকলে। স্বর্গতগী ওইফম থোকপা-মওঙ্-মতৌনা-তিনবা, মরোল অহুম্মকী মপু ওইরবা মীশক অদূতনা তোংনবদা মতিক চারবা অমদি থ্বায়দগী-

প—ম

হেনবা-শগোলগী থূদম য়াত্তনা লৈবা, মমাংঙৈদস্থ অমৃক্তা উথিদ্রিবা হায়কম থঙ্দ্রবা শগোল অদুবু উবদা—পূক্লিঙ্ য়াম্না তপ্না মীওই অমা ওইত্তুনস্থ চন্দ্রাপীড়গী থম্মোইমুংদা অঙকপ অমা ফাওরকলে।

মহাক্লা থল্লকই—'কম্না চিংনমনবদগী মথা শাংদোরক্লবা বাসুকিনা চিংথদা

উরুক লৈরবা মন্দর পর্ব্বতনা সমুদ্র নৈথিবদা লাই অমম্তুং হিংচাবশিংনা অথোইবা শগোল অসিবুদি ফংখিদনা মরুওইবা অতৈ করি পোৎপু ফংলমগদগে ? লাইগী নিংথৌ শোয়ারেন্না, শনজীংগী নূংপাক্লুম পাক্লবা মাগী ময়াঙ লেন অসিদা তোংজ-ব'দি ফংদনা মরোল অহুমগী নিংথৌ ওইরুহুনা করিবু কান্নগদগে? সমুদ্রনা নমথাক তৌবীথিবদগী ইন্দ্রনা উচ্চৈঃশ্রবাতবু উবদা ঙকৃখ্রিবনি ।

ঐনা খল্লি—মতম অস্থক কুইরবা অসি ফাওবদা ভগবান নারায়ণনা শগোল অসিবু অমুক্তস্থ উজবা ফংখিদবনা মাগী অমনবা গরুড় অহুগী অপাম্বা থাদোকৃঙম-ত্রিবনি । মরোল অহুম্মক্তা তাঙ্‌না থোক্লবা অসিগুম্বা অথোই অহেনবা

ষ—হ

পোৎ মথৈনা, মথন মথম্তা হেক হেক লাকচহুনা থোমজিল্লরিবা— শোয়া-রেনগী পূক্কৈ, লনগৈদগীস্থ ঐগী ইপাগী রাজলক্ষ্মীনা হেল্লিবা মতৌ অসি-অঙকপনি ।

মহাক্লা থোইদোক হেন্দোক্লা মরিল চেনবা অমদি মপাংগল কল্লিবা মতৌ অসি মঙোন্দা কনাগুম্বা লাই অমনা তোংবদগী তৌরিবা ওইরমাল্লে থনবনা মাবু ঐনা পাক হেক তোংগদবদা হংগোইবা পোকলি । মরমদি—অচম্বা শগোলশিংদি মতৌ অস্থম্না তাইবঙ মীবমলেনগা মতিক চানদবা অমদি মরোল অহুম্মক্লা ঙকুথা হায়বহু থক ওইদে । মুনিশিংগী শাপনা মবম ওইহুনা লাইশিংনা, মশা মশাগী অশেংবা মশক থাদোক্লহুনা অসিগুম্নবা অতোপ অতোপ্পা শকলোন কয়া কয়া লৌনবসূ ময়াওই ।

থায়না মমাংঙৈদা "স্থূলশিরা" হায়না কৌবা তপসিদ্ধ ওইববা অফাওবা মুনি অমনা মবোল অহুম্মক্তী লৈতেং ওইনরিবী 'রম্ভা' হায়না কৌবী অপ্সরাবু শাপ তৌবদগী, রম্ভানা স্বর্গ থাদোক্লমহুনা লাক্লগা "অশ্বহৃদয়া" হায়না খঙনবী শগোল অমোম অমা ওইহুনা—মৃত্তিকাবতী কৌবী সহরদা পানখিবা "শতধন্বা, হায়বা নিংথৌগী সেবা তৌহুনা মীবম্লেন অসিদা মতম য়াম্না শাংনা লৈথি হায়বা ৱানী অমা ঐনা তাখিবা লৈ ।

মহাত্মা অতৈ অতৈস্থ, মুনিশিংগী শাপ_তগী মাগী মাগী মতিক ময়াই চম্নহুনা, মথল মথা অয়াম্বা শকলোন পুদূনা তাইবঙ্‌ পানবা অসিদা কোয়না চৎনবা য়াও-থিবনা, মসিস্থ শাপ ফংলবা কনাগুম্বা মহাত্মা অমা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বদা চিংনফম করিস্থ লৈতে ; মবমদি—ঐগী থম্মোইনস্থ মসিবু স্বর্গগী ওইবা পোৎনি হায়না মশক তাকৃলি ।"

ৱাথল ময়াম অসি থন্না খন্ন' চন্দ্রাপীড়না তোংখৎলগে হায়হুনা ফম্নহদগী হৌগত্ত্না, শগোল অহুগী মনাক্তা চঙ্‌লগা মপূক মনূংদা তূমিন্না শগোল অদূবু কৌদুনা হায়নকই—"শগোলগী মশক ওইবা, হে পূকচেল চাউরবা ! ওইবীবা অমস্থ ওইবীবম্মু ; ঐনা নঙবু খুক্লমজরি । লাইনি হায়বা খঙনদবদগী থৌগল্লোন

কায়নবস্থু কোঙ্গায় অমা খোক্লবনা ঐনা নঙবু তোংক্তবগী ইরাল পূম্নমক নঙ্না ঙাকপিয়ু ।”

মথংদা, ইন্দ্রায়ুধনা চন্দ্রাপীড়গী মপৃক থঙ্লবগুম্না মরাইবক মথক্কী অশাংবা মশম অত্তুনা থেংবদা খুজিল্লবা মমিৎ মিৎচিনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংলগা য়েংকী থুমাঙ্না হুম্না হম্না লৈপাক হোৎপদা কারকপা ঊফুন্না মথাগী মতু পূম্নমক ব্লাউথোকহন্দুনা, কৌশিনবা ওইনা মনাতোন কামহুনা, তাবদা লুংশিনা অমদি পূক্লিঙ্ হুনা হৌনা অমদি থেক্লা থোংলকলে।

ইন্দ্রায়ুধগী ফুংশিরবা মখোল অত্তুনা তোংথৎনবা য়াথং পীববনি হায়না লৌববা চন্দ্রাপীডনা শগোল মনমদা হুনগৎখ্রে। ইন্দ্রায়ুধগী মথক্তা লৈববদা—মরোল অহুম্মক অসিবু খুনিঙ্ অমরোমত পাকপা ওইনা থল্লবা চন্দ্রাপীডনা, লাইবিকতক্ষম-শঙ্দগী থোবক্তুনা মশীং লাকৃঙমদ্রবা শগোল তোংবা লাম্মা মপৈ অদূবু

ক্ষ—খ য়েংলকলে। নোং চুদনা লেন তাবদা অকিবা মখোল থোকপগুম, পৃথ্বি হোগায়গদবগুম্না হৌববা শগোল খোঙ্থাং মখোল ময়াম্না অমদি—মখোঙ্না কাওবদা হাইগৎলকপা ঊফুন মপৈন'-হাববা মনাতোন মথুন্দা অকিবা ফংনা থেক্লবকপা শগোল মখোলতন' পূম্লাঙ্ লাঙ্ পূমানল নিলহন্দুনা শগোল তোংবা লাম্মা মপৈ অত্তুনা তাইবঙ্দা লৈবা থল্লায় পানবা পূম্নমক্কা নাকোঙ্ য়ৈশিলহনখি।

লাম্মীশিংনা ব্লাংনা থাংগত্তনা পায়নরিবা—ঊবাগুম মখোক শাংবা, লুংশা

গ—ঙ মঙান্দা ইথক থকৃপা, ময়া হরং ল বা তা ময়াম অহুন, ঈমায় মথক্তা মখোক শাংনা থিনগৎপা অপোম্বা থরো অশংবা ময়ামনা ক্রক্ ক্রক্ ইন্ননা হৌবা অচৌবা পূগ্রীগুম্না আতিয়া মথা অদূবু লৈতেংলি।

মখোক ব্লাংনা থাংগওনা পাযনবা, ব্লাহোং মত্তুনা শাবা, চোঙ্-শেকপিন মপৈ মপৈনা মায়গৈ নিপানমক মমশিলহনখিবনা, অরংবা চুমথাঙ্ মপৈ মপৈনা ঈরাং লাংনা লৈতেংলবা অমংবা নোং মপৈগুম-উহন্দুনা শগোল তোংবা লাম্মীশিং অহু লেপ্লমলি।

ময়াদা কাবা কোংগোস্তনা মচীল ঈঙৌ ঈঙৌ ঙৌনববা অমদি ঙাইহাক লৈতনা মহৈ মহৈ মশা ঈরেঙ্ত লেঙ্নবনা পুম্রপ পূম্না লেঙ্বা মাল্লবা শগোল তোংবা লাম্মী মপৈ অদূবু উরগা, প্রলয়গী মতমদা চাংজৌ পানা হাইগৎলকপা সমুদ্রগী অচৌবা ঈথক মপৈগুম নিঙ্হল্লি।

থা থোক্লবদা ওইবা সমুদ্রগী ঈশিংগুম—চন্দ্রাপীড়না থোক্লক্লবদা শগোল তোংবা লাম্মী মপৈ অহু ঈরাঙ লাঙ্নখি। মথক্তা থাল্লম্বা চোঙ্, শেকৃপিন পূম্নমক

থুনা থুনা হাইথনথিবদগী মকোক ঈহাঙ্ হাঙ্নরবা অমদি অমগা অমগা মহৈ মহৈ ঈন্নবদগী শাউনরবা শগোলশিংবু থাম্বা হোৎনবদা হুমাং তানরবা নিংথৌ মচাশিংনা, চন্দ্রাপীড়বু থুরুমজনিঙ্বনা 'ঐনা হানগে ঐনা হানগে' হায়না চঙ্শিন্নরক্তূনা চন্দ্রাপীড়বু কোয়শিন্নররে।

মতম অদুদা, সেনাপতি বলাহকনা, মমিং মথা হায়দুনা মথোয় থূদিঙ্মক্কী মশক তাক্পিরবদা মকোক য়াম্না নোম্থনদুনা চন্দ্রাপীড়বু থুরুম্নরকপদা—লুহুপ্তগী ঈরং লংবা পদ্মরাগ মণিগী মঙাল থোকহল্লবা নিংথৌ মচাশিংগী মকোক ময়াম অদুনা চন্দ্রাপীড়বু মচু শঙ্জিনখি ( নত্রগা মথা পোনবা ক্ষোংদোকখি ); অদুগা মথোয়না থুরুম্নবা মতমদা ; থম্বাল অপোম্বশুম মরাইবক ময়াম্নদা লোম্নরিবা মথুং অদুনা মথোয় মথোয়বু যুবরাজগী ফম হাপথিবা মতমদা, সনাবুন্দগী ঈশিংনা মথক্তা হৈথবদা য়াওরকথিবা থম্বালশিং অদুনা, হুজ্জীক ফাওবা মবাইবক্তা পক্তূনা লৈবা ওইনা উরি।

অদুগী তুংদা, চন্দ্রাপীড়স্মু হৌনবী মতুং ইন্না, মথোয়না থুরুম্বা অদু ওক্তূনা মতিক মতিক চাবা ঈকাইথুম্নবা উৎলগা সহর তম্না শান্দোরকলে। বৈশম্পায়নস্মু শগোল তোংদুনা মাগী মতুং অস্মুম ইল্লি।

থৌগল মচা অমনা চন্দ্রাপীড়গী কোকথক্তা, রাজলক্ষ্মীনা তূংবদা মতিক চারবা, অঙৌবা থম্বালশুম্না মচু পাল্লবা—থরো অঙাঙ্বা মথক্তা থোকপা থা-মকোয় মানবা—শগোল লাম্মীগী মশক ওইরবা তুরেলগী চাংজোশুম উবা—ক্ষীরোদ সমুদ্রগী কোংগোলশুম—ঙৌরোক ঙৌরবা, অনন্তভগবানগী মতোক ময়ামশুম্না নিঙ্-
ঝ—ভ থিজরবা, মপাল অকোয়বদা অচৌ অচৌবা মুক্তানা কোয়না য়াম্থবা, অমদি লংতনা য়েক্তূনা শাবা নোংশাগী মূর্ত্তি অমনা মতোন্দা থেৎপা অমস্মুং সনাগী মথোক পানবা পাক্লবা শেক্পিন অমথক থাল্লি।

চন্দ্রাপীড়গী নাকল অনিমক্তা থৌগলনাইশিংনা চামর থৌগল তৌনরি, মদুগী মুংশিৎ শউমনা মাগী নাপ-লৈত্তেং ওইনরিবা নাচোম অদুবু ফর ফর হাইহল্লি।

অয়াম্বা মনাই মশল ময়াম অমনা মাঙ্দা থোঙ্না চৎনরি—মথোয়গী মরক্তা পাথুং অমস্মুং অকল অথৌশিংস্মু য়াম্না য়াওরি। য়াঙাঙ্ হৈবা, লৈশ্মী লৈথোনবা কাঙ্বুনা "জয় ওইসনু, পুন্সীসনু" অসিনচিংবা য়াইফ-য়াহৈনা মাগী মতিক মগুণ থানরি।

অস্মুম্না লাকপনা চন্দ্রাপীড়না সহরগী লম্বী তারক্লবদা, কামদেবনা মশক পাম্না চোংথোরকপ-মানবা মহাক্কী নিঙ্থিজবা মশক অদু উনবদা থবক পুম্নমক থাদোক্লদুনা মাবু য়েংনরবা মী পূম্নমক্না থা উবদা হরাউজরবা থরোগী বনশুম্না মায়থোং মকারাম্নজখি। মথোয়না মহৈ মহৈ অস্মুম্না হায়নরকই মদুদি—'অসিগুম্বা

নিংথৌমচা অসি লৈরিঙৈদবু, থরোক্তুম্না কোক্লোঙ্বা মশাগী ফিবম চুমজত্রবা কার্ত্তিকন' মাবু 'কুমার' হায়না কৌনবিবদূবু অর্থগা চনরি হায়না নিঙজবা শারি-দকো। ওস্থোকপনি! থম্মোইঙ্গুংদগী থোরকপা নুংভাইবা ঈহৌনা ঈথক

চ—দ ঈপোম করিস্মু হৌবা লৈতনা অস্থম চাউথংলক্কন অমদি ঙকথিবনা অমুক্তস্থ কূপ্থিত্রবা মিৎ অনি অসিন', অথিংবা লৈতনা স্বর্গগী ওইবা মাগী শক-ফম অসিবু উজবা ফংলিবা ঐথোয় অসিমক ওস্থোক্কা লাইবক ফবনি।

ভগবান নারায়ণ মক্কা চন্দ্রাপীড়গী মশক লৌঙ্নুনা ঐথোয়গী হীমাঙদা লেপ্লি রবদগী মহাকপু থুকমজবা ফংজবিবা ঐথোয় পূন্নমক্কা মপোক মহৈ য়াঙ্গরে" অসি হায়না হায়না সহরগী মী মথৈ অদুনা মথুৎ লোম্নদুনা মহৈ মহৈ থুরুম্নব হৌরকলে।

অদুগা মায়কৈ পূন্নমক্কা থোঙনাউ পূন্নমক হাংদোক্লবকপনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংবদা সহব অদুস্থ ঙকচথিবন মমিৎ কূপ্থিত্রবা ওইনা উরি।

"মহৈ তম্বা লোইবদুনা হন্নক্লবা চন্দ্রাপীড় অদু অসি য়ৌবক্ল" হায়বা ৱাহৈ অসি তানবদগী মশা মশাগী ফিজেৎ লৈতেং তৌনবা খাইবোক অমানংদনা থাদোক্ল-রম্মবী সহবগী নূপী মথৈন দলান মথক্তা অমদি মরাযগী থাক্তা থুনা য়াঙনা চেন-

থৎনবকপে। মথোয়গী মবক্কা নূপী শব অমদি মথুৎ ওয়না শকুয়েং মিং-

ধ—ল শেল পায়দুনা: কুন্দোবকপদ ডায়বিবা থানিলন' লৈতেংলবা পূর্ণিমাগী অহিংগুম্না ফজরি। কনাগুম্বী থরনা চতোৎপা যাবেংমহিন' মথোঙ অনিমক মচু শঙক্লিল্লকপনা, থোক্লকৃপদ ডায়বিবা মুমিৎকা অমেঙবা মঙান্না মথক্তা তারবা থম্বাল মবীগুম ঙানবা হৌবকলে।

তফিং তফিং চেন্নববী কনাগুম্বী থবনা মথাঙদগী নাম্নবকৃপা থাঙগোয়না মথোঙ অনিমক লৌশিনখ্রদুনা—মথোঙ খুরৌ লৌদগী থুনা চৎচবা ঙমদ্রবী শামু অমোমগুম তপ্পা তপ্পা কাপ্পৎপা হৌরকলে।

নোংজুখাগী কুংথিল লাইবেম্বীনা, চমথাঙ থানবগী মচু মমেন ময়াম্না লৈতেং-লবা অহাঙবা আতিয়ানা ফিজেৎনবগুম——মথোন কাবী লৈশাবী থবদি চমথাঙগুম্না অরাংবা অমদি পূক্লিঙ হুরবা ফীজোন শেং ইদুনা মথক্তা কাথৎনরকপি।

কনাগুম্বী অমনা, খুজানগী অঙৌবা মঙালনা নিঙথিজহল্লবী মথোঙ অনিমক অতুনা তপ্‌ তপ্‌ নেত্তুনা চৎপদা থোক্লকপ' মুংশিবা নূপুর খোঞ্জেন তাবদগী চেন-শিন্নরকপা কাংঙশিংবু মথোঙনা পুদুনা চৎলমাল্লে হায়না নিংইল্লি।

মখুত্তা অচৌবা মুক্তা পরেং পায়দুনা চৎপী কনাগুম্বা নূপীবু উরগা, কামদেবনা উৎ ওইখ্রবদা অরংবা মণিগী জপমালা পায়দুনা চৎপী, মথন্নায় ৱারবী রতিগী মতৌ-গুম নিঙলি।

কনাগুম্বী মথোন কাবী নূপীগী মঙক্তা শিবা লীক-পরেংনা থবক্তা তাখিদুনা পুম্লপ পূনশিন্নখ্রবদা, কুমিদাং ৱাইরম ওইহনক্তুনা তুরেন ৱাংমা ৱাংমদা লৈনখ্রবা থংগোং মতৈ মনাউগী মরক্তা অথেনবা ঈশিং ঈচেলনা চেম্থখিবগুম নিঙথিজবি।

কনা কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা মখোঙদা শিল্লিবা মণিগী নূপুরশিংদগী হাইগৎলকপা মথল মথা অয়াম্বা মচু মমেন্না য়েবদা যমদা লোইবা ৱাহোংনা মখোয়গী মতুং ইন্নদুনা চৎপা মাল্লি।

কনাগুম্বী নূপীনা অম্মুম লাকপদা, অনৌবা উনাগী ঙাঙলৈনবা ময়োনগুম তঙাংলবী মচীনবান্দগী মচুম তপ্ তপ্ তারকলিবদু উরগা, মণিগী পাত্রদা হাপ্পা ঘু তংথায় অমা থক্কবগা লংথোক্লম্মিমাল্লে হায়না নিঙই।

অতোপ অতোপ্পী লৈশাবীশিংনা, মণি অশংবনা শাবা মীহুৎ-থোঙদগী মঙক লিৎ-থোক্লদুনা চন্দ্রাপীডবু য়েংনবিবা মতৌ অও উরগা—ফগায়না শাংলবা-থম্বালনা-থল্লবা আতিয়াগী পৃথ্রীনা য়েংলিবগুম নিঙলি।

থুনা য়াঙনা চেন্নবদগী, খঙহৌদনা, দলানশিংনী মনুংদগী থোক্লকপা মখোয়গী মরীক-মকোন-মখোলগা—তারাদা থুংনা থংলুবদগী থোক্লকপা বীণ মখোলগা তিন্নখিদুনা হৌবা হেনগৎলক্লিবা অদুগুম্বা মখোলদা খুঙংগ য মখোল তাবদগী চেনশিন্নরকপা অয়োকপা বাহন্নু মখোল অমদি খোঙথাং শোয়খিবদগী (খোঙফম নাম্থোকখিবদগী) মণিনা শাবা সিংডিদা থোক্লকপ অকায়ব মখোল তাবদা হবাউজরবা অয়োকপা ৱাহোং মখোল মথৈসু ঙিনাশিন্নখিদুনা, অদুগুম্বা থোঞ্জেল অদুনা,
ৱ মতম চাদনা নোংখোংলকপদা ইথক থক্কংনবব কাংডশিংনা ঈবাঙ লাঙনবগী ঙুংশিরবা মখোলগুম অমদি কামদেবগী জয়ধ্বনি মখোলগুমনা তাবি, অদুগা মহৈ মহৈ মখোল থোক্লা থে জিন্নববী অপোবা মণি-থাম্বা-লীকৃথাঙ্ পবেংশিনবী নূপীশিংনা অমগা অমগা লৌশিন্নখ্রব মনা চিংথোক্লবি—অমসুং মখোশশিং অদুগী খোম্থাঙ্ পরেংস্থু অম্মুম অম্মুম হৌবা হেনগৎলকলি।

অম্মুম তৌনা, মখোন কারকপী নূপীতনা থনখিবনা, মিৎকুপ অমগী মনুংদা দলান পুম্নমক অদু নূপীতগী মশক ওইখ্রে—যাবোৎ থাববা মখোঙনা নেৎপদা, লৈমায়দা ঊনা ময়াম চাইথোকপগুমখ্রে, নুপীশিংগী মশাদগী থোক্লরকপা মঙানমশাতনা সহব পুম্নমক অদুবু তনৌ তনৌহনখ্রে, নিঙথিবা মায়থোং মপৈ
খ—স মপৈতনা আতিয়াদা থাগী মপৈতনা ক্রক্ ক্রক্ ঈম্মনা থোকপগুমখ্রে; ঙুংশা লাংদনবা কোকৃথক্তা লোংনা থাংগৎনরিবী থুবাকশিং অদূনা মায়কৈ পুম্নমক অসিবু থম্বালতগী মশক মালহনখ্রে, ফিজেৎ লৈতেংশিংগী তোঙান তোঙানবা মচু মমেন ময়ামগা তোংশিন্নখিবদগী শারিবা ঙুংশা মঙাল অদুবু চুমথাঙ্ থানবা

ওইনা উখ্রে—মিং-মপৈদগী থোরকপা মঙালগী ঈচেলনা হায়রিবা মতম অদূবু অশাংবা-থম্বাল-লৈকাভনা থনখিবগুম নিঙখ্রে।

মমিং লাওথোক্লুনা, অমৃক্তস্থ কূপ্পা তৌদনা, চন্দ্রাপীডবু য়েংনবিবা সহরগী মূপীশিং অহুগী--মিংশেলগুম লংলবী—ঈশিংগুম লূরবী অমস্থং লৌক্লাইগুম থক্লবী থম্মোইশিং অহুদা চন্দ্রাপীডগী মশক্ মওঙ. অদূ চঙশিনখ্রে।

মথংদা, মথোয়গী মশাদা অপাম হুংশি য়াথল ফাওনবকলে—মতম অহুদা মথোয় মশেল অমগা অমগা ফাগি তৌনবা, থাজনবা, তক্বিং তক্বিংনবা, কল্লকপা, মোমোন নোকপা, ওইনজবা, নিঙ থিবা মিংয়েং নায়েং, কাম পোকহন্নবা মতৌ অমদি থোয়দাজবা অসিনচিংবা হিবমদা মহৈ মহৈ য়াবী শানবা হৌরকলে। মহুদি—

'হে তক্বিং তক্বিং চেম্লবী! ঐবুস্থ ঙাইহাক্তং ঙাইবমথো। হাই। চন্দ্রাপীড় উবদা ঙাওরবী! নংফ তারে খূনগংলু। হে থক্চানরবী। নমায় নমিং কূপ্শিল্লিবা নশমশিং অদূ হাইগংথো। হাই অপঙবী! নবাইবক্কী লৈতেং চন্দ্রলেখাহু লৌখোকউ। হে হুংশি-মিত্তংঙলবী! চাইনা তারিবা লৈ মথক্তা নেংলু-

হ—প

হুনা নাম্থুবেদো; হে ময়াইকাব ঈথক্লা পঙশিল্লবী! নশাগী শমজোই-শিং অহু পুনশিল্লু,—হে চন্দ্রাপীড় য়েংবদা পূক্লিঙ যুংলবী! খ্বাঙগোয় নাম্থবকলে শীৎকংলু।

হাই পাপচেনবী! ননাদা থেংপা নাচোমনা চূনাদা হাইথবকলে শেমজিল্লু।

হে থম্মোই পান্দবী! তাবিব শামু ময়াগী উনাহু খূনগংলু।

মথোন কাব ঈথক্লা ঙাওজববী! মীনা নঙবু য়েংনরে—নথবাক অনোয়বহু খুমজিল্লু।

ইকাই খঙদবী! নখ্বাংদা শেংলিবা ফি অহু হূক্থবক্লে, চিংথত্তুনা শেংচিল্লু।

অরেম্বদা পঙথরবা! থুনা হেক মনাকউ।

হে ভকচানববী! ঐস্থ থক্তীক্তং য়েংগে হন্দোকউ।

পেনবা নাইদবী। কনাবু কুইনা য়েংথিগে হায়বগে?

তম্লাং তংশোইবী! নক্সপ নপিজাশিংবু ভূক ঙাইথো!

হাই হিংচাবী। ননমদগী ফি নাম্থখিহুনা অউবা মী মথৈনা নোয়রে য়েংউ।

হে মিংয়েংদা য়াগনা হাববী। নমান্নবীবু কাওবা উদ্রববা?

হে শাথেক হো না হোংনা লেপ্লিবী। অবেম্বদা নথয়ায় শোন্থহুনা য়ানা নপুন্সী লেপ্লি।

হে মোন্থক্লবী! য়েংশিন্নদবা শাহুনা করিবু কান্নবগে—ইফোং ফোংনা হেক্ত-মক য়েংজহৌ।

হে মথোনকাবী ! নথবাক অচৌবদুনা ঐবু থেংগায়বিবদি করিগীনো ?

হাই শাউগনবী ! নচ্ত থিং মাড্ দা লেপ্পিররোসে।

মাপল চাউবী ! নথন্তনা ইথন থন্না থোঙদা লেপলিবা করিগীনো ?

অপাম মুংশিনা লাকহৎলবী। ঐগী ইন্নফিবু নঙগীনি হায়দুনা চিংলিবা করিগীনো ?

হে অপাম মুংশি-ইপান লাংবদা ভাওববী ! নপুক্লিঙ্ অদু থামজিল্লহৌ।

তপ্থফম থঢ্রবী। অহল্লম্মন মমাঙদা করিগী চেল্লি।

হে নপুক্লিঙ্ চোইথবল্লবী। অদুম্না নথল্লায় য়াবিবা করিগীদমকনো ?

ক—ক অপঙবী। অপাম মুংশি-মৈশা লাংদুনা নতু-চুংলিবদুদুম থামজিল্লু।

হে কামগী তেল্লা থাবদা যুম্বঙনবনী। লুংশা কল্লনবা নকোক্তা নফি হাইগৎলু।

হে সতী ধর্ম্ম ভাকপগী-মশক ওইরবা-ভূতনা চাংহৎলবা। য়েংগদবা পোৎতি য়েংত্রদুনা নমিৎ অনি অদুবু অবেম্বা ওহহল্লি।

নশাদা-পূণা মচেৎ পক্তবী। অতোপ্পা নিপা মশক য়েংদবা হায়বা য়াশক অদুতনা নঙবু করিম্নু কান্নহল্লোদো।

ইত। হবাউ হবাউ চৌগক্না - বতি দেবী অমদি কামসিন্দুর শাগোন্নদবা কামদেবগুম ফজবা শক অসিবু য়েংজহৌ—

ক—ক থোইমু মপেগুম মুশিন মুবনা মাগী মকোক অসিবু অমম্বা ওইরবোই নিঙদুনা ভাশিল্লকপা থাগী মঙান মাল্লবা মালতী পরেং অসে য়েংউ ভোরোক ভোবা শেকপিন মকমদা উবিবসে।

মণি অশংবা মঙালনা য়েবদা শংজিল্লবা মাগী চায়রুং অনি অসিগা নাপলৈতেং অসিগা উবদা শাংকায়ববা শিরীষকুসুমনা নাচোম শেমদুনা চিনব ওইনা উবি।

নৌনা মথোন কাবকপা মাগী অনুরাগনা থম্মোই মনুংদা চঙনিঙলদুনা, মুক্তা পরেং মবক্তা থেংপা মণি অমাংদগী মঙাল ওইনা হুক্তীকম্নু মপান্দা অদুম্নক ভান্দুনা লৈবি।

য়েংউ নহাই, চামর ময়াম অসিগী মবক্তগী মহাক্কা অসোমদা য়েংথোরকলিবসে।

য়েংউ, বৈশম্পায়নগা য়াবী শানবদা থোক্লকপা অরংবা ময়াগী মঙালনা মায়গৈ থুংনা ভালহন্দুনা নোকলি।

লক্ষ্মীদেবীনা পায়বা থম্বালগুম থোৎলবা মথোঙ থুয়া থাংগৎলক্কুনা শগোল মম্লাংলেন্দা কোনশিন্দুনা থমলিবসে য়েংউ—ফজত্রা ?

থম্লাথোক্ লামগে হায়দুনা থিন্দোবকপা শামু মনাতোনগুম, পানা পীযু হায়না,

থোংলবা অমদি অশাংবা খূংচা পানবা কোরী মচুগী-থম্বাল অঙাঙ্‌বগুম ঙডাং ঙডাংলবা লোংনা তিংথোরকলিবা মথূং থম্বাল অসে কয়া ফজবিবনো য়েংউ।

লৈপাক-লৈমগী লোম্নবী রাজলক্ষ্মীগা মান্নবগদবী মহাক্কা লৌবীগদৌবিবী নূপী অত্ন ওস্থোক্কা মবাইবক ফৈদকো।

মায়ৈগ-লাকপা শামুদ্‌ মথাক্সুংদা লোংচবী মায়কৈ-লাইরেম্বীগুম্না, তাইবঙ্‌ পানবা পূন্নমক্কী কোকথোং লায়না পুগদবা চন্দ্রাপীড অসিবু মাগী গর্ভদা পুবীরক-খিবী, অদূগুম্বী মহারাণী বিলাসবতী অদুস্মু মবাইবক ফবীনি।

সহরদা লৈবী, চাওখৎলবী নূপীশিংনা মওঙ্ অস্তুম তৌনা মানা মানা হায়-নিঙ্‌বা ব্রা হায়নত্নুনা অমগা অমগা রাণী অওক অথোং তৌনরবস্মু মমিং মমিংনদি চন্দ্রাপীডবু থকৃশিল্লবি—মখোয়গী খূজী নাশিনচিংবা লৈতেংদগী থোবকপা মখোলনা মাবু কৌশিল্লবা ওইনা তৌবি, মপূক্লিঙ্না মাগী মতুং কোয়না ইল্লি—মথোয়গী কিজেং-লৈতেংদা য়াওবা মণি মুক্তানচিংবগী মডালগী মশক ওইরবা থৌবীনা

ট মহাকপু পুনশিল্লবা হোংনবি—অতুগা নৌনা মথোন কাবা ঈথরা খূদোন-পোৎ শাত্নুনা চন্দ্রাপীড়দা কংনবি অমদি লুগোঙ্‌বগী যজ্ঞদা কবোক অফাবা স্তনবগুম্না অনৌবা উবী শক্লা ফজববা মথাদা হাইথরিবা মপাম্বোম-দগী নাম্বরকপা খূঙ্গী অঙৌবগী মডানশিংগা তোংখায়নববা—লৈ অমস্তুং কবোক অফাবনা খূজোক থল্লা থন্না পায়নত্নুনা পোঙ্‌থাঙ্ খূদিঙ্‌দা চন্দ্রাপীডগী মথক্তা চাইথনবক্লি। অস্তুম তৌন তৌনা লাকপনা চন্দ্রাপীডনা সনা কোল্লুং মনাক নকশিল্লক্লে।

য়ুথক যুথক্কী অমুক অমূক—শিল্লবা, অতংপা লৈত্তনা চায়কুং অনিমক্তুগী কালামুক মুনবা মচুম শিন্তদূনত্তা লৈবা, কাঁজল শঙ্‌লবা চীংগুম্না মচু মশিল মশিন মুবা শামু মপৈ মপৈ লংত্নুনা লৈবম্বনা মনাক নবৃপ মামশিং অদূবু মমশিলহন-

ঠ খিবদগী মফম অদুবু নোং মংবা মালহনবা—অমদি মথোক ব্রাংনা ব্রাংনা থাং-গত্তনা পায়নবা অঙৌবা শেকপিন কযা কয়ানা মথক্তা থাল্লবা, অতোপ অতোপ্পা দ্বীপশিংদগী লাক্লবা, নিংথৌগী বাজদূতশিংনা থূংনা লেংত্নুনা লৈন-রিবা অদূগুম্বা সনথোঙ্‌ অদূ য়ৌবক্লত্নুনা চন্দ্রাপীডনা শগোলদগী কুমথরে।

শগোলদগী কুমথবগা চন্দ্রাপীডনা বৈশম্পায়নগী মথূং পানত্নুনা, নলাহকনা নোল্লক্কা মাঙদা লময়াম্দুনা মবোল অহুম্মক্কা পুম্নপ তাশিল্লকপা মাল্লবা সনা কোল্লুং অত্তুগী মন্নুং চঙ্‌শিল্লক্লে।

মশাদা, অঙৌবা মচুগী কবচ লিংপা, অঙৌবা মচুনা লৈতেংবা, মকোক্তস্মু অঙৌবা কোয়েং মথক্তা অঙৌবা লৈ-পরেং য়েংপা, কিক্কেং লৈতেং পূন্নমক অঙৌবত্তনা

ওইনবা—শ্বেতদ্বীপপুগী থোরুকপা মানবা—সত্যযুগকী মীওইগুম ময়েপ মডান চাউবা,

ড—স সনাগী কোংগোন থিনবা লীচৈ অময়ম পায়নবা থোড্‌শঙ্‌বশিংনা, মপান-থোড্‌গী-যুপ্নী মনাক্তা অয়েকপা লাই মাম্না অমদি অশাবা মূর্ত্তিগুম্না ভূমিন ভূমিন্না চপ্‌ চপ্‌ লেপ্পূনা লৈনরি।

সনা কোত্নুং অত্তুগী মক্নুংদা, ফজবদা কৈলাসমকপুস্থ থানজবা, আভিয়া খেংনা য়াংবা, অমদি মচু শেংলবা গুম্ভ ভৈবনা ভৌরোক ভোবোক ভৌরবা, অচৌ অচৌবা দলান ভাক্তা লৈরি—দলানশিং অদুগী মথক্তা চোংভাবন ময়াম থুম্নুবন মচা মচাশিং, অমদি লৈতেম মাম্লনা শেম্বা অরাংবা কক্ষমশিংস্থ লৈবি—মবম অত্তুনা সনা সঙ্গাই অদুবু হিমালয়-চীংশাগুম্না উবি।

মশীং য়াম্লবা মীলথোড্‌ অহোবদগী হাইদোবকপা নূপীশিংগী ফিজেৎ লৈতেং মডালশিং অত্তু উবগা, সনা সঙ্গাইগী ফজবা হেন্নবা, সনগী য়োংলীনা লাং শাদূনা মথক্তা থম্লিমাম্লে নিঙ্‌ঙ্‌।

লিন-ময়াম্না-য়েংনত্তুনা লৈবা-পাতালগী-গুহা মাম্লবা য়াম্না অকিবা কংলবা অমদি মথল মথলগী খুংলাইতনা থম্না লৈববা মেগজীং (খূংলাই থক্ষম) মথৈনা সনা কোত্নু অত্তু থম্না লৈবি।

খুং শেমগী শাম্ল-পূং ময়াম লৈবিবা অত্তুদা থামলিবা মণি মুক্তাশিং অত্তুদা নূপীশিংগী মথোড্‌গী যাবেং মহী অভাড্‌বা তৈবি অমস্নুং য়াহোংশিংনা মত্তুগী অরাংবা মতোন্দা তোংলগা ক্নুংশিনা হেক হেক খোংলি।

মহৈদা অমস্নুং লমচৎ ব্যবহাবদা অচৌ অশাং-কোনগী নূপীশিংগুম্না মপূক তেববা অমদি যুথক খুদিঙ্‌গী হেক হেক শিন্নবা নাইবা শামু অমোম থবস্থ সন-থোঙ্‌গা হেক থংনবা অচৌবা কা-গী মনুংদা লৈরি—অথকপা মচুগী অথাবা ফিনা ময়াঙ্‌লেন্দা হাপ্‌লিবা সনাগী তাইবোংশি অদুবু কৃপাশিল্লি অমস্নুং মত্তুদগী য়াম্ত-রিবা চামবশিংনা লেঙ্‌ত্তুনতা মরৈবা, পাক্লবা মনাকোড্‌ অত্তু শোক্লিঙ্‌ শোক্লিঙ্‌ তৌনা য়াম্তবি।

অত্তুগা মায়কৈ অমদনা, বীণ, বাঁশী অমদি পূক্লিঙ্‌ হুরবা মন্দিলা মখোলগা তিনশিন্নত্তুনা থোক্লকপা কুমদম-নোং-খোংগুম্না-লুম্নবা অমদি মেঙ্‌লবা পুংখোল তাবদা হমুন মুম্লত্তুনা ওয়গী ময়া মথক্তা মনাতোন হাইগত্তনা থম্নবা—মমিৎ উই-রুম উইরুম তৌবা অমদি মনা য়াংকোক্‌ অনিমক লেঙদনা লৈবা—‘গন্ধমাদন’ হায়না কৌবা মচুম তাবা শামু অমা অচৌবা উচ্চক অমদা পুন্দুনা লৈরি।

অথাবা—ক্ষি অবাংবা অমনা ময়াঙ্‌লেন্দগীনা নাকল অনি ফাওবদা চোম্নুনা

কৃপ্‌থরকপনা গন্ধমাদনবু ধাতু ময়ামগী মচু ফাওরবা, অচৌবা মশা অনি ফন্দোকৃপা বিন্ধ্য চীংজাউগুম উবি।

মাহুতগী ঈশৈ তাবদা গন্ধমাদননা হয়াউদ্রুনা ভংলি।

মশাগী মচুমনা ময়াইপক্কী শক্ত অদুবু মচু শঙ্‌জিনখিবনা মনা অনিমক্কী ফজবা হেল্লবা গন্ধমাদনবু থা মকোয়-খেৎনা-য়াংলবা প্রলয় মতমগী অমংবা নোং মপৈগুম উরি। মনাকোঙ্‌দা য়াল্লিবা সনাগী শামুকাটি অদুবু মনাগী লৈতেং ওইনা উবনা মাগী মমায় অতুগী নিঙ্‌থিনা হেলহল্লি।

মাগী মচুম য়াওন্নবদা অমূক্কা হেন্না মুশিলহল্লবা খোইমুশিংনা মাগী চায়রুং মথক্কা অনিগুবা মনাকোঙ্‌-হুমায় মালহন্না মবেঙ্‌ মবেঙ্‌ চৎপনা গন্ধমাদনগী লৈতেং ওইহল্লি।

মাগী মমাঙ্‌ থঙবা শক্তক্কা য়াংথৎলগা মতুংনা নেমথখিবনা মহাকপু পাতাল মনুংদগী ফাওগৎলকপগুম নিঙ্‌লি। অতিংদা, মপুং ফাদবা থাগা থম্বাল্মীচাক পবেংগা পুন্না ভানমিন্নবগুম, গন্ধমাদনগীসু মবাইবকা থংপা থা মচেৎ শাবা লৈ-তেংগা মুক্তা পবেংগনা ইভোল ভাল্লি। শবৎ থ চঙ্‌লকপদা, অভাঙ্‌বা অমদি ফজববা থম্বাল ময়াম শাৎপগুম গন্ধমাদনগীসু মনাতোন মতোল অদু তভাং তভাংনা নিঙ্‌থিজৈ।

বলিগী যজ্ঞদা বামনগী মশক লৌবা নাবায়ণনা স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালদা মশাগী খোঙ্‌ফম অহুম থাংদুনা লীলা শান্নবিখিবগুম য়োহিল্লিংনা মখোঙ্‌ খুরৌ লৌরবা গন্ধমাদনসু শান্নবি।

লীক্লাই-চাংগী-চীংমায়দা নোংশাগী মমায় মমি তাবগুম গন্ধমাদনগী মথা মথক্কুসু নোংশা মকোক মান্না শাদুনা হাপ্পা য়োংলী পবেং অমথক পুল্লি। ফিজেৎ লৈতেং তোতুনা য়াম্না কেরবা মাগী মমায়দা, তনিক তনিকপা মনাদা চিনবা নাচোম ভৈনানা হেক হেক থেংলবগুম গন্ধমাদনগী মমায়দসু মনা হুমায় শাবনা হেক হেক ফুরি অস্তুম তৌনা গন্ধমাদন হায়না কৌবা মচুম তাবা শামু অমনা সনা কোম্লুংগী মচি অমা কন্দুনা লৈরি।

শগোল শঙ্‌দসু শগোল য়াম্না লৈবনা সনা কোম্লুং অদুবু ফজহল্লি, অবংবা রেশমগী ফি অথাবনা মখোয়গী মনম্‌গন্‌ কৃপশিল্লি, পূক্লিঙ্‌ হুরবা, নুংশিবা মখোল থোকপা, শরীক মচা মচানা মঙক্কো খিঙ্‌নবি, মঙক্কো অভাঙ্‌বা অমদি অশাংবা মশোং,

পরেং শানা হৌবনা শগোলশিং অদুবু—শামু লমশা হাংলুবগী ঈথেং-

হ ভৈরবা-মশোংনা-লৈতেংলবা নোংশাগুম উরি। মমাঙ্‌দা পোরবা শজাক ময়ামগী মথক্কা শা-ফম শেন্নবা মী মথৈনা ফম্মরি, শগোলশিং অতুনা—হনক নক্কা

তারিবা, মঙ্গলগী-ঈশৈ অদোমদা মনা থাংগত্তুনা তানরি, অদুগা চুহী তোংলবা কবোক অখিত্ত্বা চথোম চথোম চাশিনবদগী মথয়াৎ নাকল অনিমক্তা মতুগী মহী তানবকৃলি। মথোয় অসি নিংথৌনা লুনা তৌজবা শগোল ডাক্তনি।

রায়েন-শত্ত্দনা—মগুণ চেল্লবা, রায়েন চৈরাক হৈবা অভম্বশিংনা, অচৌ অশাংগী মতিক চাবা ফিজেৎ লৈতেং হৌনবী তৌনহুনা রাংলবা লীগী তাডবন্দা কমহুনা লৈনরি। রায়েন শত্ত্গী লাইরিক ইবা মা মথৈনা বিচারপতিশিংগী য়াথং

ক—খ পূম্নমক ইশিল্লি। মথোয় অত্থু খুংগত্ত্ অমদি সহর পূম্নমক্কী মমিং খত্তলবা ডাক্তনি অমদি মতম পূম্নমক্তা নৈনহুনতা লৈবনা তাইবত্তপানবা পূম্নমক অসিবু, য়ুম অমওগী মতৌগুম কায়না উরবা মক্তনি। অহুগা তাইবংপানবদা থোক্লিবা থৌদোক পূম্নমক্কা মরম য়েকশিন ইশিনবনা সনা কোয়ুং অত্থু অমরোমদদি যম লৈবাক্কা মবা লৈনবগুম নিত্ত্রল।

সঙ্গাই-মনুদ', মহারাজ তারাপীড়গী সনা নাত্তা লেংথব মাগী মাগী মনিত্ত্থৌশিংনা থোক্লরকপা চাইনরিব। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী নিংথৌ শংগী শাগোনব লাম্নাশিংনা মচি মচিদা ইকোয় হকোয় কোয়না লেপ্তুনা লেনারবা—মথোয় অতুগী মথুগুা, থা মচেৎ শাবা অমসুং সনান, থরাম্নীচাক মাম্না খুদম তৌহুনা লেতেংবা চুংগোয় পায়নবনা মতম অদুবু অহিং ওইনা উইল্লি অত্থুগা ইথক থকপা অখোবা থাত্তশাং মডাম্না মিৎ ইথক থকর্হল্লি—মনাকোত্ত্ নামদা শামু ময়ানা শাবা উনা মওত্ত্ মানবা লৈতেং অমমম থেৎনরি; মকোক্কা মশম পুনথৎনবি—মপান্থোম অনিমক্কা অমদি মফেবোমদা অভৌবা চন্দননা খুদম য়েক্লবি অমসুং মথ্বাত্ত্দনা থাং মচা অমমম য়ান্নরি। মথোয় অসিগী অয়াম্বদি—অন্ধ্র, দ্রাবিড় ( মাদ্রাজ ) অমসুং লঙ্কা লৈবাক্কী মীমক্তনি।

অতুগা সত্ত্মাগুপুস্থ কম্বাল হোংলবা নিংথৌ চা লাশীং লাশীংনা মাগী মাগী মতিক চাবা আসনদা ফম্লবি,—থরনা চৌবর ফিদা থাবি, খর অমনা হন্না হন্না চৌবর মন্ন হুল্লি—কনানা বীণা থোংলি, কনানা পা অমদা মহারাজ তারাপীড়গী মূর্ত্তি য়েকপা হোৎনরি। থর অমনা কাব্যগী মরমদা রা ডাত্ত্নবি, থরনা মহৈ মহৈ

গ—ঙ ফাগি তৌনরি, কনানা 'বিন্দুমতী' ( অনুসারনা লোম্বা শৈরেং মথল ) পাবা তারি, কনা অমনা পাথোত্ত্ ফোত্ত্নবা থনবা হোৎনরি, কনানা,—মহারাজ তারাপীড়মক্কা কাবা ওইনা ডাত্তবা রাহৈশিংগী মরমদা থল্লি, কনানা 'দ্বিপাদিকা' ( অরিবা ছন্দ মথল ) পারি, কনাবুনা কবি ওইনা মগুণ থাগৎলি, কনা অমনা ওক্তবী নৃপীশিংগী মথৌরীদা চন্দম্না লৈতেংবীরি, কনাগুম্বনা ওক্তবী-শিংগা রারী শানরি, অত্থুগা কনা কনাগুম্বা থরা অমনা নিংথৌবু লৈশী লেথোনবা

ঈশৈ তানরি। অভৌবা কোয়েংতা হাপ্পা অচৌ অচৌবা লুহুপ্পা মখোয়গী মকোক্তা লৈতেংলি—মরম অদুনা ঈফংকী ঈশিং চেনবা চীংদোন মথক্তা অনৌবা মুমিং মঙাল তারবা কুলপর্ব্বতশিংগী মতৌগুম মখোয় মশেল চীংনা লেম্না ভান্নরি।

নিংথৌশিংনা সভাদগী হৌগৎনখ্রবদা মীনাইশিংনা সভাদা থারম্বা অরংবা ফিদা অমস্থং মণিমুক্তা থামলবা নিঙ্থিবা আসনশিং অদু মফম অমদা পুল্লপ থমজিল্লে, মন্থুনা, পুল্লপ তাশিল্লবা চুমথাঙ্ মপৈগুম মাশুব মচি অদুবু নিঙ্থিহল্লি।

সনাগী মখোক-পানবা-চামর মরেংদা থোংহুনা অতৎ অথম লৈতনা চঙ্থোক চঙ্শিন তৌনরিবী, খূজী নাশি, নূপুর অমস্থং খ্বাঙগোয় মখোলনা মশা অপূম্বদু মখোল থোকহল্লিবী ওক্তবীশিংগী মমায়-মায়থোং-মমি মথৈনা মণিগুম লংলবা লৈমায় মথক্তা অশাৎপা থম্বাল হৌহনবগুমলি।

অমরোমদা সনাগী য়োংলীনা পুনবা তুই ময়াম অমা কুন্দুনা লৈরি।

মপূক লৈতারবা ( থাজনিংভাই ওইরবা ) কস্তূরী শজিশিংনা মায়কৈ পূম্ন-মক্তা মশাগী মনম শন্দোক্তুনা মচি খূদিঙ্ থুংনা চংলি।

মনম পোনবা, ময়াঙকংবা, নূপীনিপা মশক খঙদবা, মনা পঙবা, মথিক নেম্বা অমস্থং মরোল থোক্তবা—অসিগুম্বা মীওইশিংনস্থ সনা কোম্লুং অদু থল্লি।

সঙ্গাই অসিদা, কিন্নর ( মী শগোল ) মতৈ মনাউ অমদি বনমানুষ ( মীগুম্বা য়োং ) ময়াম অমা পুরক্তুনা থমলি। মচি মচিদা, য়াউ, লময়েন, খুনুখ্রঙ, নোং-গৌবীনচিংবা উচেক ময়াম তুনরি, অদুগা মফম অমদনা—নোংইন ( চকোর ), লমকাংঙা, উচেক নাপু মানবী অমস্থং কোকিলশিংনা মখোল হৌনা হৌনা খোং-নরি অদুগা মচি অমদনা চোংঙা, তেনব্রাশিংনা অতৎ অথম লৈতনা ব্রা ভাঙতুনতা লৈরি।

শারং মনুংদা হাপ্তুনা থম্লবা, হাহুদি গুহ, মনুংদা লৈজরকপনা চীংগী মপুন্সীগা মান্ননা লেনজরম্বা—অদুগুম্বা নোংশাশিংনা শামু মচুম-মনম ঝংবদগী শারং মনুংদা অস্থম হংগৎহন্দা চত্তুনা ভংদুনতা লৈরি।

বনদগী ফারকপা শজিশিংনা, সনা সঙ্গাই মঙাল অদুবু লম্মৈ মঙাল ওইরবোই নিঙতুনা কিবনা মমিৎ মনা ইথক থক্তুনা মচি খূদিঙ্ কোয়চৎ চত্তুনা মমিংকী মঙালনা মফম অয়াম্বদা ইথক থকহল্লি।

মণি অশংবগী লৈমায় মথক্তা লৈনরিবা ব্রাহোংশিং অদুবু—মখোয়না মখোল হৌনা খোংনরক্লবতদা মশক থঙনবা ঙমলি। উনমূক ঈংলবা চন্দন পাম্বী মরুমদা থুপ্তুনা অয়োকপা ব্রাইমুশিংনা তুমখুন হুন্নরি।

সঙ্গাই মনুংগা ফাওনবা য়ুম অহুদনা, নূপী মচাশিংনা কীবুন হাবী অমস্থং

ফিনা শাবা লাইকদীবি শান্নবা হৌরমলি। লৈশাবী মথৈনা হোরী বান্দোং তোং-ছুনা অতৎপা লৈতনা হাইছুনা শান্নবদা মথক্তা য়াল্লিবা শবীক মচাশিংনা থিঙলকপা 'কিনিং, কিনিং' হায়বা মখোলনা মায়কৈ পুম্নমক ইনিল নিল্লি। লিন-মকু ওইর-বোই নিঙছুনা ৱাহোং অমনা লীক পবেং অমথক চেন্দুনা পুবি।

খুনু মথৈনা, দলান মথক্তগী পাইথরক্তুনা লৈমায়দা চৎনরবছু উরগা লৈকংদা হৌবা থম্না খেঞ্জোংনা মকম অদূবু লৈতেংলিবগুম উরি। শঙ্গাই-মন্নুং-কোইবী নূপী মথৈনা নিংথৌ তারাপীডগী মরমচৎ মতৌ তমছুনা শান্নবি। শগোল শঙদগী

চ—প থোবকপা য়োং থবনা কক্কোয় হেক্তুনা, হৈনৌ মনা থদত্তনা অমদি নম্বোনবা, থীকৃনেম্বা অমস্থং চিবিয়াঙ্গংশিংবু মায়থীবা পীদুনা মখোযগী মথুত্তগী লৈতেং-নচিংবা নমছুনা মুল্লক্লগা মচি মচিদা চাইথোক্লমছুনা নিংথৌ কোন অদূবু মথোঙ মরম খঙহন্দ্রি।

তেনৱা লাবা অমোমশিংনা তিন্নবমদাইগী মোইথেম ৱাহৈ কযা কয়া ডাঙন-ছুনা লৈম সীজ মথৈবু ইকাইনহল্লি।

দলানগী সিঁডীদা কাথৎ-কূমথ তৌনবী নূপীশিংগী থোঙথাং খূদিঙদা থোক্লিবা নূপুর খোঞ্জেল তাবদা সঙ্গাই শূমাঙদা ইডৌ ডৌনা পৈরম্ব লম কাংচশিংনা মথোঙ খঙদবমথৈ লাঙনরি।

চহি য়ামছুনম্বু, অহল ওইববা নোংশাগী মথৌনা চেল্লিবা—মাঁওই মিতৌ ফজবা, চীংলেম্বা, পূকচেল তপ্পা, মকোক্তা কোয়েৎ য়েৎপা—লমচৎ ফজবা নোল্লুকপা, হৌন-চৎন খঙবা অমস্থং মঙ্গলগী মশক ওইবা—অডোবা অমাদ অবংবা মুগাক্ষি ইনবা অহল ওইরবা সঙ্গাই শঙবশিংনা সনাগী চৈগু অমমম পায়ছুনা সঙ্গাই মন্নুংদা শেন্নরি।

চাক্তুনতা লৈবা অমুবা অগুরুগী মৈখুনা সনা কোন্নুং অহু নোংমেংবগুমলি, য়ুথক খূদিঙ ওন্না ওন্না পুনবা শামুশিংগী মনাতোন্দগী কামথোরকপা ঈশিং মবীক মরীক্তা লৈচিন থাহল্লি, অশূকপা তমাল পাম্বী ময়ামনা অহিং মতৌ মালহল্লি;

ৰ অঙাঙবা অশোক মপাম্না অনৌবা মুমিৎ মঙান লাংহনবগুমলি, মুক্তা মপৈ-তনা সনা সঙ্গাই অদূবু থৱাম্নাচাক ময়াম থেৎপগুম উরি, ঈশিং পেরে ময়াম কাল্লুনতা লৈবনা নোংজুথা মান্না উহল্লি, ৱাহোংনা তোংননবা অম্বাংবা সনাগী উচূকশিং য়ুংছুনা থম্বনা মকম অহু নোংথাঙ কুপ্পগুমলি অমস্থং উনা শাবা লাই ময়াম থেক্তুনা থম্বনা সঙ্গাই অদূবু য়ুমকোইবা লাইশিংতনা থম্না লৈবগুম নিঙলি।

ড—থ বিশ্বেশ্বরগী মন্দির থোঙজীন্দা দণ্ড পায়বা ভৈরব অমস্থং প্রমথশিংনা

থোঙ্ শঙ্ বা ওইনা লৈবগুম সনা সঙ্গাই অসিগী থোঙ্ জীন্দস্থ চৈ পায়বা থোঙ্ শঙ্-বশিং লৈরি।

অকাওবা কবিনা লেংবা গন্ধ কাবাদা তোঙান তোঙানবা ময়েক্লা অনৌ অনৌবা হিরম ময়াম থোকহনবগুম, সনা সঙ্গাই অসিদস্থ ব্রাহ্মণনচিংবা তোঙান তোঙানবা জাতীগী মীনা অনৌ অনৌবা লন থুমগী খুদোল মথল মথল কৎনবৈ।

অপ্সরাশিংগী মরক্তা 'রম্ভা' হায়না কৌবী অপ্সরাগী মশক মতৌনা খ্বায়দগী তোপ তোপ তাবগুম, সনা কোন্নুং অসিদস্থ অবোল অথূপ য়াওদনা নিঙ্থিজবা থবক কয়া কয়া তৌনবি।

ভুমিৎ থোক্লগা থম্বাল মনম নম্লকপগুম কোন্নুং অসিদস্থ পুথ্রী ময়াদা চৎপা শক্তিশিংগী মশাদগী ভুংশিবা মনম শন্দোকলি।

ভুমিৎনা মশাগী মঙাল ফোংদোক্না থম্বানবু শাৎকায়হনবীবগুম, সনা সঙ্গাই অসিস্থ মশাগী নিঙথিবা, ফজবা মতৌ অতুনা রাজলক্ষ্মীবু চাওখৎহনবীরি।

নাটকৃকী লাইবিক্তা পতাকা ( মতাং ) অমস্থং অঙ্ক ( তাংকক ) থায়দুনা ফজবা হেলহনবগুম সঙ্গাই অসিদস্থ ফীরালনচিংবা থুদম মথল মথলনা লৈতেংলি।

শোণিতপুরদা বাণ নিংথৌগী মতিক চাবা সঙ্গাই ময়াম লৈরম্বগুম, নিংথৌ-কোন অসিদস্থ বাণ ( লীক্লংতেন ) নচিংবা খুৎলাই থক্ষমগী মতিক চাবা মেগজীং ময়াম লৈরি।

পুরাণ শাস্ত্রনচিংবদা মরোল তবামরিগী য়ারম ইবগুম—কোন্নুং অসিদস্থ তাইবঙ পানবা পুন্নমক্কী লন-থুম মথৈ পবেং পরেং শেমদুনা থমলি।

পূর্ণিমাগী থা থোকপদা, অমেঙবা মঙান্না সমুদ্র-মথৈবু জ্বার ( যোয়াব ) কাহনবগুম কোন্নুং অসিদস্থ প্রজাশিংনা ইরা য়ানদনা পীনবা, থাজনাগী মপৈতনা সনা লনগৈ পুন্নমক পাথোকলি।

মায়কৈ-পুবা শামু লমশাগী মশাদগী চেন্থরকপা মচুমগী ঈচেলনা অতংপা লৈতনা শিন্থদুনতা লৈবগুম, সনা কোন্নং অসিদস্থ অতং অথম লৈতনা অয়াম্বা লন-থুম মথৈ য়েন্থোক্ত নতা লৈ।

ব্রহ্মাণ্ডগী থন্নায় পানবশিংগী লোনচং শাজং মশক লেপ্পিনবগীদমক থোরকপা ব্রহ্মাণ্ডম—কোন্নুং অসিদস্থ থংনা চৈনবা মী পুন্নমক্কী অচুম অরান লেপ্পদগী লন-থুম য়াম্না য়াম্না কারকলি।

মহদেবগী পাম্বোমদা অচৌ অচৌবা লিন্না মশা কোনশিন্দুনা খুজীনচিংবা লৈতেং ওইনা লৈবগুম সনা কোন্নুংগী কা-য়াম অহুদস্থ হরাউ মখোই কানরবা মীমক্তনা থলি।

মহাভারত-তা অর্জ্জুন-না শ্রীকৃষ্ণগী গীতা ( ঈশৈ ) তাবদা মুংঙাইরম্খিবগুম, কোম্নুং অসিদস্থ মী পূম্নমক্না ঈশৈ তাবদা মুংঙাইনরি।

গ শাগৈগী চৎনরকপী মতুংইম্না, মথৌনাদা মীনা কিনরবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি বলরামনা যদু শাগৈবু ঙাকপি শেনবীখিবগুম সনা কোম্নুং অসিদস্থ পাথাঙ্-পুথাঙ্ অস্থুম তাথরকপা মতুং ইম্না অকনবা অমস্থুং মীনা কিনরবা অথোইবা মীশিংগী মথৌনা মপাংগলনা ঙাক শেনবগী থবক তৌরকলি।

ব্যাকরণ শাস্ত্রদা প্রথমপুরুষ, মধ্যমপুরুষ, উত্তমপুরুষ. সুপ্ অমস্থুং তিঙ্-বিভক্তি, তিস্ অমদি চতস্ননচিংবা আদেশ ময়াম, কর্ত্তানচিংবা কারক, পচত্তিনচিংবা আখ্যাত, সম্প্রদান কারক, ভূ নচিংবা ধাতু অমদি অব্যয় পদবু বিস্তার ঘ তৌবদা থ্রায়না থঙ্নবা মশক লৈবা অতুগুম্না সনা কোম্নুং অসিদস্থ মতৌ অতুগুম্না—মহাক্না অহানবা দান তৌফম্লি, মহাক্না মথংনি, অরোইবা দান তৌফম মতিক চাবনা মহাকনি—অস্থুম তৌনা দান নিবা মীগী মথং মনাউ থায়দোক্লবা য়াথং পীবা ঙস্বা মীয়াম অমা হাপ্তূনা থম্মী। অস্থুম্না হাম্না লেপথোক্লগা পাঙ্থোকপা পীথোকপগী থবকশিং অতুদা চাদিঙ্ হেন্না ভৌখিবা গুস্বা মী অতুনা অহেনবা মিংচৎ ফংনৈ।

ইন্দ্রনা মশা ককথৎপিশ্রগনি হায়না কিরবা 'মৈনাক' নচিংবা চীংজাউশিংনা মশা মরেং য়াওনা য়াওনা ঈমুংবঙ্দা লূপ্তূনা লৈবা সমুদ্রগুম—সনা কোম্নুং অসিদস্থ য়েক্রুববু কিবনা চঙ্জফম থিরক্তূনা থূপ্নরবা নিংথৌশিংনা পীক থল্লি।

ঙ—ড ঊষা অমদি অনিরুদ্ধ অনিমক্কী লৈপুন শেম্নবা হোৎনরকপদা 'চিত্রলেখা' কৌবী ঊষাগী মতাবোয় অতুনা মবোল অহুম্মক্তা লৈবা পাথং পূম্নমক্কী মশক মওঙ্ য়েক্তূনা পুরক্লগা ঊষাদা য়েংহনখিবগুম সনা কোম্নুং অসিদস্থ লাইয়েক্পশিংনা মবোল অহুম্মক্কী পোৎ পূম্নমক মশক মওঙ্ তোপ্না তোপ্না য়েক্তূনা মী পূম্নমক্তা উহল্লি।

বামনদেবনা বলিগী যজ্ঞ তৌফমদা লেঙ্শিনখিবগুম সনা কোম্নুং অসিদস্থ অহল ওইববা অমদি মথীক নেম্নবা মীশিংগী লৈনফম ওইনরি।

য়াচঙ্বা মতমদা, পানথৎলকপা থাগী মঙাম্না অস্থুম অস্থুম পাকথোরক্তূনা ঙৌপোকহল্লবা আতিয়াগী মশক ওইরবা ফীজঙ্না লৈত্তেংবগুম সনা কোম্নুং অসিদস্থ থাবল মঙানগুম ঙোরবা অপাকপা ফিগী ফীজঙ না মথক্তা থাল্লি।

নরবাহন দত্তগী য়ারীদা, নিংথৌকোন্দা চাউবী, সাগরদত্ত কৌবা নিংথৌগী মজাইবেম্মা শকহেনবী গন্ধর্ব্বদত্তা কৌবীগীদমক, মুংশি ঈথৌ লাংনবগী য়া তানখিবগুম

সনা কোম্নুং অসিদস্মু, নিংথৌ কোন্দা চাউবী, মশক মত্তৌ হেনবী নিংথৌ মচানুপী-শিংগী দমক্তা গন্ধর্ব্বশিং ফাওবনা লাঙ্ জক্লবগী য়া তানবা ফংই।

গঙ্গানচিংবা অথোইবা তীর্থশিংদা স্নান তৌরবদি খুদক্তা মী অহুগী মপা মপু পূম্নমক্তা স্বর্গনচিংবগী ফল ফংনবগুম্না মহারাজ তারাপীড়গী য়াথংতবু ফংলবদি অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী নিংথৌ মচাশিংনা খুদক্তা হেক্তমক মাগী মাগী মরৈবাক্কী নিংথৌ ওইজবা ফংই।

যজ্ঞশালাগী নোংপোক থংবা কাদা স্রুব, স্রুক-নচিংবাঁ যজ্ঞগী পোৎলম ময়াম্না থম্না লৈবগুম—সনা কোম্নুং অসিদস্মু মথক মথা অয়াম্বা ময়াই কাবা পোৎকী পাত্রতনা থম্না লৈ।

অহিংদা থরাম্মীচাক মপৈনা লৈতেংবগুম কোম্নুং অসিস্মু মুক্তাপরেং ময়াম্না নিঙ্ থিজহল্লি।

অয়ুক অঙনবদা, নোংপোক মায়কৈদা চীংথৈ হুনবা উরগা মুমিৎ থোক্লকপা থঙ্নবগুম, সনা কোম্নুং অসিদস্মু অহানবমক্তদগী নিংথৌনা হেক্তমক চানবীরবা মক্লপশিং অহুদি মরাইবক ফরবনি হায়না অহুম্মক থঙ্নরে।

মনম মহা লল্লোনবা মীগী ময়ুমগুম—কোম্নুং অসিদা মনম মুংশিবা থাউন-চিংবা ঈরু মায়থজবদা শীজিন্নবা পোৎ, ধূপ-চন্দননচিংবা তৈনবা অমদি

চ—থ

থিন্নবা পোৎ-- অমসুং কুঙ্কুমনচিংবা হকচাংদা মচু মমেন লৈতেংনবা পোৎ-অসিনচিংবতনা ইরং লংলি।

পানা য়োনবা চুকান্দা পানাগী মরম শুন ফংবগুম কোম্নুং অসিদস্মু কবো খজি, রং, এলাইচ, কা অমদি মনানচিংবা রাত্তনা লৈ।

অহানবা উম্নবদা ওক্তবী নূপীগী মপূক্কী ঈহুন, মরমচৎ অমদি মিথয়েং নায়েং-নচিংবগী মরোল থঙ্বা ঙমদবগুম—সঙ্গাই মম্নুং অসিদা লৈবা মীশিংগী রাথল লমচৎ ব্যবহার অমদি মিথয়েং নায়েংনচিংবগী ভাব পাক থঙ্বা ঙম্মে।

মুংশি-ঈথৌ লাংবা মীগুম্না সনা কোম্নুং অসিগী মীশিংস্মু অথুম্বা, মুংশিবা রাহৈ রাতানা রারী রাতাই শানহুনা অমদি অমনা অমদা হায়রকপা পূক্লিঙ্ হুবা রাহৈ তানরগা মদূগী মুংঙাইবনা মহৈ মহৈ খুবাক খুদুনা হরাউনৈ।

জুয়ার শান্নবা মীনা শেল মাঙ্লগা, মানা পোম্থা ওইনথিবা মণি-মুক্তা অমদি লৈতেং লীশীং চাম চামগীদমক লাইরিক ইহনা শীবগুম—সনা কোম্নুং অসিদস্মু লাইরিক ইবশিংনা লোই-নিংথৌশিংদগী খুদোল ওইনা ফংবা মণি মুক্তা অমসুং লৈতেং লীশীং চাম চামগী লাইরিক ইশিল্লি।

শ্রীনা যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগী থবক হৌগৎনবগুম কোন্নুং অসিস্থ মী পুম্নমক্কী নুংঙাই য়াইফ-হৌনফম্নি।

অচৌবা বন মন্নুংগুম মসিদস্থ শাহিং চাবা শা অমদি উচেকশিংগী মথোলনা নিল্লি।

রামায়ণদা সুগ্রীব অমস্থং হনুমাননচিংবা য়োংশিংগী য়ারীতনা থনবগুম মসিদস্থ অয়োকপা য়োং ময়াম লৈ অমস্থং মফম অয়াম্বদা য়ারী লাইরিক তানরি।

মাদ্রীগী বংশদা নকুলনা লৈতেংখিবগুম অয়োকপা নকুল ( খৈরোয় ) ময়াম্না লৈতেংলি।

পুং-ঈশৈনচিংবা তম্ফমদা পুং ময়াম লৈবগুম অয়াম্বা মফমদা লৈপাক্লা শাবা লাই য়াম্না থমলি।

ভবভকী মগুণনা রঘু শাগৈ পুম্নমকপু নুংঙাইহনখিবগুম কোন্নুং অসিদস্থ জগোই শাবা মীগী মগুণন' নুংঙাইহরি। ( ভরত মুনিনা লেংবা লাইরিক্কী মতুংইন্না জগোই শাবা মী )।

পাঞ্চীগী লাইরিক্তা নুমিৎ থাগী গ্রহণ তৌবা, থাবা অমদি মিৎকুপ নাহুম্নচিংবগী মবম নিঙ্খিনা লেপ্পবা মরম ইবগুম কোন্নুং অসিগী মীশিংস্থ অয়াম্বনা ফত্তববু ফাহুনা থম্বা, মিএাত গুরগা অৱাফম তাবিবা মী অদুবু কৈগুম শঙ্দগী

ম—ম থাদোকপা, জগোয় ঈশৈনচিংবা কলাবিদ্যা অমদি শাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না পোৎ য়েম্থোক য়েনশিন তৌবা—অসিগুম্বা হিরম পুম্নমক্তা য়াম্না য়াম্না হৈশিংবা ভাক্তনি।

নারদীয় পুরাণদা নিংথৌগী মথৌ তাক্তুনা লৈবগুম মসিদস্থ নিংথৌগী মথৌ পুম্নমক যজনা ভাক্তুনা লৈ।

বীণানচিংবা যন্ত্রশিংদগী অতাবা মী মথৈনা নুংশিবা মথোল তাজবগী নুংঙাইবা ফংনবগুম সনা কোন্নুং অসিদস্থ কাব্য হৈবা মী মথৈনা কাব্যরসকী নুংঙাইবা ফংনৈ।

* প্রসাদগুণনা লৈতেংবা কাব্যনা অতোপ্পবু অর্থ লায়না তাকপা অমস্থং তাবদা কবিগী পুক্লিঙ্ হেক্তমক ফোংদোকপা অহুগুমহুনা সনা কোন্নুং

ল—শ অসিদা লৈবা মীশিংস্থ অফবা পুকচেল চেম্নে অহুগা মানা মানা তৌথোরকপা অঙকপা থবক্তদা অতোপ্পগী থম্নবা ওইহল্লি।

গঙ্গানচিংবা অচৌ অচৌবা তুরেনগী ঈচেলশিংনা পাপ পুম্নমক মাঙ্হনবগুম কোন্নুং অসিদস্থ অশিংবশিংগী পাউতাক্লা পুম্নমক্কী ফত্তবা পুকচেন লৈহন্দে।

অতাঙ্বা লন থুম মতৌগুম মী পুম্নমক্লা কোন্নুং অসিবু পামনৈ।

---

* প্রসাদগুণ—হেক তাবগা অর্থ থঙ্বা ভাব কক্সবা, অচোপ্পা লোন শীজিন্নদবা।

য়াচঙ্‌বা মতমদা, থানা, সন্ধ্যা লাইরেম্বীগী কোক্তী লৈতেং ওইনা থোক্লকপগুম্‌ —কোন্নুং অসিদস্থু মতম অচুদা, মজাইবুংভো চন্দ্রাপীড়না ভাল্লবা উনরকলে।

নারায়ণগী-থবাক্তা-লৈবা-লক্ষ্মী অমদি কৌস্তভ মণিগী মঙাল্লা মায়কৈগী অরোইবা ডমথৈ ফাওবা ভাল্লবগুম্না, সনা কোন্নুং অসিদস্থু ইয়ং লংবা মণি ময়ামগী মঙাল্লা মায়কৈ থুংনা ভালহল্লি।

বলরামনা, ময়াইকাবা পোংকী নিঙ্‌থিবা মহাউনচিংবগী বর্ণনা তৌবত্তা পাম-জবা অচুগুম, কোন্নুং অসিগী অয়াম্বা মী মথৈস্থু অহাউবা ময়াই কাবা পোংকী মগুণ থাবদা মপূক্লিঙ্‌ চঙ্‌নৈ।

কনাগুম্বা ব্রহ্মচারী অমবু মাগী গুরুনা তত্ত্বজ্ঞান কংনবগীদমক্তা পদ্মাসনগী পাউতাক পীবিবা অমস্থুং পৃথিবীগী পোং পূম্নমক থঙ্‌হনবীবা অচুগুম্বা ব—ভ সনা কোন্নুং অসিদস্থু রাজলক্ষ্মীবু লেঙ্‌দনা লৈহন্নবগীদমক রাজগুরুশিংনা নিংথৌদা শাস্ত্রগী পাউতাক অমদি পৃথিবীগী লোনচং শাজৎ পূম্নমক তাকপি-জুনতা লৈ।

তোংলিবা য়াহোংনা জগোই শাগৎলক্লবদা কার্ত্তিকনা ইথক থক্‌পগুম—মফম অসিদস্থু অয়োকপা য়াহোংশিংগী জগোই উবদা ঈরাঙ্‌ লাঙ্‌নবি।

অচৌ অশাং নূপীনা লমজাউ শোবোক্তা চৎপদা মতম পূম্নমক্তা ইকাই হং-গোই য়াল্লবগুম—সনা কোন্নুং অসিদস্থু অচম্বা মীশিংনা মতম পূম্নমক্তা চঙ্‌থোক চঙ্‌শিন তৌবা কিনৈ।

ওক্তবী নূপী মতৌগুম—কোন্নুং অসিস্থু, তিল্লরিবা মী মথৈবু লুনা চান্না তৌবদা য়াম্না হৈ শিংই।

ফত্তবা মীনা তুংগী মপোক্তী অকিবা থমদবগুম কোন্নুং অসিস্থু য়েক্লবগী অকিবা করিস্থু লৈতে।

পূকচেল চাউবা—লৈবাকমচাশিংনা চঙ্‌নদবা মফমদতা চণ্ডালনচিংবা অতোন-বশিংনা লৈনিঙ্‌বগুম—কোন্নুং অচুদস্থু চঙ্‌ডমত্রবা মীরৈপাক কয়া থুচুম চনশিল্ল-নিঙ্‌বগী য়াথল চেন্নৈ।

অসিগুম্বা সনা কোন্নুং অসিদা, শল্লবা য়াদবী ওক্তবা নূপী অমদি ময়াইকাবা পোং পাম্লরবস্থু অয়াম্বা হিরমদদি থাগৎনিঙাই ওইনৈ (চঙ্‌বদা লুরবা অতোপ্পা লৈবাক কয়া জয় তৌনবা হোৎনৈ অমদি থাগৎপদা মতিক চারম্মী)।

যমগী দূতশিংনা থরায় পানবগী পাপ-পুণ্যগী বিচার তৌবদা হৈশিংবগুম—কোন্নুং অসিস্থু প্রজাশিংগী থবক পূম্নমক্কী য়ায়েন বিচার তৌবদা য়াম্না হৈ-শিংই।

হৌরকপদস্থু, ময়ায় চনবদস্থু অমস্থুং অরোইবা মতমদস্থু ধর্ম্মভনা মীগী

য়াইকবতা ওইহনবগুম সনা কোন্নুং অসিগী মতাই, ময়োন ( মন্নুং ) অমস্তুং মনিঙ—মকম খূদিঙমক্তা লৈরিবা মীশিংগী য়াইকবতা শরূক ওইনৈ।

অঙনবা অয়ুক্কী মতমদা; পোমশাংনরবা থম্বালগী ভাঙানবা মচুনা অহিংগী মমৈবু মচু ভাঙশিলহল্লকপগুম কোন্নুং অসিদস্থু মঙাল চাউবা অঙাঙবা মণি মপৈনা সঙ্গাই পূম্নমকপু ভাঙহল্লি।

শ্বেতকেতু মুণিনা কলাপি মুনি অমদি মহর্ষিশিংবু নিঙজহনখিবগুম সনা কোন্নুং অসিদস্থু চুং-তেন অমস্তুং চক্র ময়াম পৈহনা লৈবনা অকিবা ফংলি।

পাতালদা অচৌ অচৌবা লিনমক্ত লৈবগুম, মসিদস্থু সঙ্গাই মন্নুংদা, অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈ।

হিমালয়নচিংবা জম্বুদ্বীপকী বর্ষপর্ব্বতশিংগী মরক্তা শৃঙ্গী অমস্তুং হেমকূট কৌবা চীংজাউ অনিথক য়াওবগুম সনা কোন্নুং-মন্নুং অসিদস্থু অশাংবা মচী পানবা ষণনচিংবা শা ময়াম অমদি চীংমূক য়াংনা পৈবা সনা মপৈ মপৈ লৈরি।

অহুগা সনা কোন্নুং অসিদা থোঙজাউ ভাক্তা মশীং য়াম্না ফাংলবসু অতোপ্পনা পাক চঙবদি ওয়দে।

সনা কোন্নুং অসিনা 'অবন্তি' কৌবা লৈবাক্তা লৈবা ওইরংস্থু মগধ লৈবাক্কী মীস্থু য়াম্না লৈরৈ ( লৈশী লৈথোন হৈবা মী য়াম্না লৈ )।

হায়রিবা কোন্নুং অসিগী পূক্কে লনগৈ থম্না থন্না লৈরবস্থু লায়রবা মী পূম্নমক্না মফি শেৎপা ফংদনা মফম খূদিঙ কোয়না চৎনৈ ( বৌদ্ধ লম্বোইবশিং লৈ )।

চন্দ্রাপীড়না চঙলক্লবদা থুনা য়াঙনা থোরক্তূনা খুরুম্নরগা থোঙ শঙবশিংনা মনূং চঙনবা লম্বী তাক্লকলে। মহাক্তা থুংলবা ভাইহুনা মফম অহুদা হাম্নদগী ভাইনরম্নবা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী লোই-নিংথৌশিংনা মায়কৈ পূম্নমক্তগী ওমশিন্নরক্তূনা হৈকাই খূম্নবগা লোয়ননা চন্দ্রাপীড়বু খুরুম্নরকপদা, মথোয়গী লুহুপ্তা থেৎপা মণি ময়াম্না লৈমায়দা ঈরং লংনা মঙাল য়ৈহল্লকলে। থোঙশঙবা অমনা মথোয় খূদিঙমক্কী মমিং মথানচিংবা তাক্তূনা চন্দ্রাপীড়বু থঙহনবা হৌরকলে।

থ—ম

সঙ্গাই-মুংদগী থোক্লকপী লৈবাক্কী অমদি শাগৈ মন্নুংগী চৎনবী মুন্না থঙলবী অহল ওইবী নূপীশিংনা চন্দ্রাপীড়গী থোঙথাং খূদিঙদা মাবু ওকপগী হৌনবী মঙ্গলগী থবক পূম্নমক পাঙথোক্লরকলে।

মতৌ অস্তুম তৌনা চন্দ্রাপীড়না অতোপ্পা জগত তরেৎ ওইরবোই নিঙলবা, মঙল মথা অয়াম্বা থরাম্নপানবা থিবাক্লা থম্নবা,— অচৌবা কা তরেৎথক লাম্বোয়ল্লপা, মন্নুং চম্না লৈবা কাদ কাংঙগুম ভৌরবা খূদ' ( ফম্মুং ) দা লেঙশিন্দুনা লৈবা মবাইমুংডো মহারাজবু দর্শন ফংজরকলে।

মতম পুম্নমক্তা খুংলাইত-পায়ত্তুনা লৈবদগী মথুবাক হৈরবা, মখুং মখোঙ্ অমদি মমিৎতং নত্তুনা মশা পুম্নমক অমুবা য়োৎকী কবচনা য়োমশিনবা, শামু-মচুম-মনম-মিতাবা থোইমু মপৈনা পুময়োম য়োম্লবা শামু-পুনফম-উচূক মাল্লবা, মপা মপু হাক্তক্তগী অত্তুম্মক ড়াকশেনবা অকল অথৌ ওইরক্লবা, মপা মপু কৈরাক

প—ফ মচা ওইবা, লৈম নিংথৌবু লুনা নিঙ্জরকপা মশা অমদি মপাংগল অনিমক মপা লৈতনা কনবনা য়েংবদা হিংচা-য়াইতম্বগুম উবা, মশাগী চাউদম শাংদম্বা মতৌ উবতদা অকল অথৌনি হায়না মশক হেক্তমক খঙ্নরবা অত্তুগুম্বা নিংথৌ শেম্লবা মী থরন: মহাকপু ঈকোয় কোয়ন' থৌগল্লি।

অত্তুগা অকোয়বদা ওক্তবী নূপীশিংনা অতৎপা লৈতনা চামর থৌগল তৌন-ত্তুনা লৈবনা মহাকপু, মক্তুবা তোর্ব্বান্না নিঙ্খিজহল্লবা লুববা মন্দাকিনীগী ঈশিং মনুংদা লৈবা ঐরাবত কৌবা শামু অত্তু মান্না উরি।

"মজাইবুংভো, নবাইবুংভোবু দর্শন তৌবীয়ু" থোঙশঙ্বনা অম্মুম হায়্রবদা মজাইবুংভো চন্দ্রাপীড়না মকোক য়াম্ম' নোম্ম্তুনা মপাবুং মহারাজবু খুরুমলে—মতম অত্তুদা মাগী মকোক্তা থৎপ' মণি অত্তু তনিক তনিকখি। মবাইবুংভো মহাবাজনা "লাউ, লাউ, চঙ্লকউ লাউ" হায়না সনায়'থ' তাকপিবগা লোয়ননা লাপ্লিদৈদগী হোনা পান্থোম অনিমক ভিংথোক্তুনা, খুদাদগী সনা হকচাং খজীক্তং

ব—য কাঙখৎলগা—নোল্লুকপনা মাঙ ওইনরবা মজাইবুংভোবু কোনবীখ্রে। মহা-রাজগী মিৎস্না অনিমক নুংঙাইবা ঈবানা চোন্দুন' অমদি হকচাং পুম্নমকসু হরাউ তুজুংনত্তুনা মজাইবুংভোগী হকচাংগ অমত্তা ওক্তন' তুশিন্নখিবগুম চেৎনা কোন-শিনখ্রে অমসুং মেঙ্লবা সনা মিৎয়েংনা মজাইবুংভোবু থকচিল্লবগুম য়েংলকলে।

মহারাজনা চন্দ্রাপৗড়বু কোল্লম্বা থাদোক্লবদা মহাবাজগী সনা কাগোক খনবী অত্তুনা য়াম্না থুনা মশাগী ইন্নফি থুপচিন্দুনা মজাইবুংভোগী ফিদ থাববদা চন্দ্রাপীড়না তপ্না তপ্না "মদূ লোথোকথো" হায়ত্তুনা থোংদোলনা ঈস্থোক্লগা মবাইবুংভোগী থোঙ্নেৎফাল অত্তুগী মনাক্তা লৈমায়দা অত্তুম ফমথখ্রে।

মহারাজনা মচামকনি নিঙবিত্তুনা বৈশম্পায়নবুসু কোনবীবে, বৈশম্পায়ননা চন্দ্রাপীড়গী মতুংদা থাবা ফিদা অমদা ফমখ্রে।

চামর থৌগল্লিবী ওক্তবী নূপা পুম্নমক অত্তুনা মশা মশাগী মথৌ কাউথোক্ল-খিত্তুনা, মথরায় পান্দবগুম লেপ্তুনা—থোইথোয়রবী, অশংবা থম্বাল লৈকাগুম কোই-রাওনবী অমদি তথকপী মিৎনহানা নিঙখিজহল্লবী মমিৎ অনিমক্তা চন্দ্রাপীড়বু থক্তোক্তদবগুন থৌরাংনা য়েংনরকলে। অম্মুম তৌনা চন্দ্রাপীড়না মফম অত্তুদা ড়াইহাক পল্লবদা মহারাজনা তাকপিরকই—"চৎলো', ইবুংভো! রাজরবী নমা

ইবেম্মবু খুরুম্লগা, নশক উজনিঙ্বনা লাও্তরুজরবী নমা মথৈবুস্মু উইন্দুনা হরাউ-হল্লু।" অস্মুন্না সনা য়াথং তাকপিরবদা য়াম্না নোল্লুক্না হৌগৎলগা চন্দ্রাপীড়না মনাই পুম্নমকপু মতুং ইল্লকুনবা থিংলম্লগা বৈশম্পায়নতগা লোয়ননা সঙ্গাই মন্নুং চঙ্বা য়াবা নিংথৌ মনাইশিংনা লমজিংতুনা মন্নুংদা চঙ্লকলে।

সঙ্গাই মন্নুং য়ৌরক্লগা চন্দ্রাপীড়না মমাইবেম্মা বিলাসবতীবু খুরুমজরে। মমাংথৈদা ক্ষীরোদ সাগরগী অচৌ অচৌবা ইথকশিংনা লক্ষ্মীদেবীবু কোয়শিন-থিবগুম অথৌবা ফি ইনবী, পূকচেল শেংবা সঙ্গাই শঙ্বীময়াম্না মহারাণী বিলাস-বতীবু ইকোয় কোয়শিন্দুনা থৌগল্লি।

অতপ্পা অইঙ্বা শকফম্না তিনবী, চেক মচু ফিজেৎনবী অমদি য়াচঙবা মতম-গুম পূম্নমক্কী পূজা তৌনফম ওইবী সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরবী, নিঙথিন মনাকোঙ্ লাক লাক লাউরবী, ব্রারী লাইরিক য়াম্না খঙ্বী, ব্রারী ব্রাতাই শাবা হৈশিংবী,
ব—হ মীরমলেনগী অয়াম্বা ব্রারম খঙ্বী অহল ওইবী কয়ামরুমস্তু লৈরম্মী। মথোয়গী মরক্তা থরনা, অরিবা ব্রারী ব্রাথোঙ্ লীদুনা, থরনা মহাভারতনচিংবা ইতিহাসকী মরমদা শন্দোক্না তাক্তুনা, থরা অমনা লাইরিক পায়তুনা কনা অমনা ধর্ম্মগী পাউতাক তাহন্দুনা মহারাণীবু পেলহন্নবা হোৎনরম্মী।

নপুংসক ( নিপা নূপী মশক খঙ্দবা ) শিংনা নূপী ফিজেৎ শেন্দুনা অমদি ইরুং লংনা মশাবু লৈতেংতুনা মহারাণীগী সেবা তৌরম্লে।

চামর থৌগনবীশিংনা লেপ্পা লৈতনা চামর হুমলি।

অতোপ অতোপ্পী থৌগল্লাই নূপীশিংনা ফিজেৎ লৈতেং, লৈ, আবের, পানা, কোনা হুমাই, হকচাংদা তৈনবা চন্দননচিংবা পোৎলম অমস্তুং খূদৈশেল কাওশেল-নচিংবা পায়তুনা মায়কৈ মরিমক্তা ইকোয় কোয়না ফমতুনা থৌগল্লি।

থরক্তা য়াম্থরিবা মুক্তা পরেং অতু উরগা অরুবা গঙ্গাগী ঈচেলনা চৌংলক্তা চেনবী মালেম লৈমগুম মহাকপু উরি।

মাঙদা থারিবা শকয়েং মিংশেল অমদা মাগী মমি তারিবতু উরগা হুমিংকী মকোয়গা পূর্ণিমা থানিনগা অনিমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্নতুনা লৈতেংলবা আতি-য়াগুম মহাক্না ঙাম্মোইরি।

মহারাণী বিলাসবতীনা মহাকপু তফিং তফিং কোনথৎপিরে অমস্তুং য়াথং ঙাইবী মনাই ঙাক্তা মনাক্তা থম্না লৈতুনস্তু মশামক্তা চন্দ্রাপীড়বু নৌনা লাকপগী হৌনবী মঙ্গলগী থবক পুম্নমক তৌরকলে। মতম অতুদা, অমৃত পুবী থবাক্কুগী অমৃত ধারা চেম্থরকপা ওইনা চেম্থোরক্তুনা মপান থোরকপা হৌরবা মহারাণীগী থম্মোই অতুনা

মজাইবুংগোগী য়াইফনবা কয়া কয়া থগ্নবুনা, মকোক মনম নম্নগা মতম য়াম্না শাংনা অসুম কোন্দুনা থমজখ্রে।

মথংদা মওঙ্ অতুমক্কা মায়না বৈশম্পায়নবুসু মঙ্গল পীদুনা কোনবীরম্নগা মহারাণী খুদাদা লেঙশিনখ্রে। য়াম্না নোম্লক্লা চন্দ্রাপীড়সু লৈমায়দা ফমথগে তৌরকপদা, মশানা য়াত্রেবসু মমাইবেম্মা মহারাণীনা নমত্তুনা চিংশিন্নগা মজাইবুংগোবু মতম্নাক্কা পমজখ্রে।

অশোমদা মনাইনূপী অমনা অপীকপা ফাল অমা পুরক্কুনা, মহুদা বৈশম্পায়ন ফমখ্রে। মহারাণীনা মজাইবুংগো চন্দ্রাপীড়বু কোন্দুনা হুন্না হুম্না মচাগী লাইবক্তা, মথবাক্তা অমদি মরেংবান অনিমক্তা অসুম অসুম নানবীদুনা হায়রকই—

"ইমাগী ইবুংঙো! মবোল অচুম্বক্কী মী মথৈনা পুন্নপ পূনশিন্নদুনা মথোয়গী অপূনবা মুংশিবনা য়োমদুনা য়োকপদা মত্তিকচারবা নঙগী নশক নত্তৌ অসিবু মতম অসুক শাংনা অন্নাবা পীবিক্লরিবা নপাইবুংঙো মহারাজগী থম্মোই অসি কয়া কনখ্রবনো? মতম অসুক কুইবসি নহাক্তি কমদোনা ওজাশিংগী মীওৎ মীচৈ থাঙলকপগে? কয়াদা ঙকখ্রবা! অঙাং নত্তিক নত্তুনা, নহাক্লা অহল মরায় অমা হেন্না নপূক তপলি। হেন্না অমুক ঙক্লিবদি—অঙাং ওইবা নহাক্ত, অঙাংগী হৌনবা শান্নবা অমদি হবাউ তয়াম্নচিংবগী ঈবাং পূম্নমক লায়না ককথৎপা ঙম্লিবসিনি। খ্বায়দগী হেনবা অঙকপদি - গুরুজনশিংদা মপান নাইদবা ভক্তি চেনবা নত্তৌ অসিনি। মরম অদুনা, নপাইবুংঙোগী কৃপানা হুজীক নহাকপু নহৈ পূম্নমক চঙখোন্ন হৈবা ওইনা উবিবা অসিগুম্না নহাকপু পূক্কিঙ চাবী ইমৌনূপী শিংগা লোয়ননা থুনা উবা ফংলগনি খল্লি।"

বিলাসবতীনা য়াহৈ অসি হায়রক্লবদা নোকমি নোকমি তৌদুনা, ইকাইজবনা চন্দ্রাপীড় অতু মক লূকথখ্রে, চৈরক অসিদা মহারাণীনা মচাগী মায়থোং চূপলকপদা চন্দ্রাপীড়গী মমায়দা মহারাণীগী শকফম মগ্নি তাথিবদগী, শাৎকায়বা থম্নালনা চন্দ্রাপীড়গী নাপ লৈতেং ওইনবগুম উরি।

চন্দ্রাপীড়না মফম অসিদসু অতুম কুইনা পম্বা তৌবমদনা সঙ্গাই মনুংগী নূপী অতৈ অতৈগসু উন্নদুনা মুংঙাইহল্লম্নগা থোরক্কুনা, সনা সঙ্গাইগী চঙফম থোঙদা লৈরিবা ইন্দ্রায়ুধদা তোংখত্তুনা-থৌগল্লকপা নিংথৌ মচা পূম্নমক অদুগা লোয়ননা শুকনাসকা উন্নবা অমুক চংখ্রে। অসুম্না মথং মথং লাকপনা—য়ুথক খুদিঙগী ওন্না ওন্ননা পুবা শামু ময়াম, শগোল ময়াম অমদি মীনা ক্রক্ ক্রক্ ঈম্ননা লৈবা শুকনাসকী হোজঙ থোঙ অদুদা য়োরকলে।

নাকল অমদা, শাক্যসিংহগী পাউতাক মতুংইনবা অথোইবা বৌদ্ধ সন্ন্যাসী

ময়াম অমসুং শিব নিঙবা ফিডাঙ্ শেৎপা ব্রাহ্মণ ময়াম্না মচি মচি থূদিঙ্দা ইকোয় কোয়না কোয়না ফম্নবমলি—মখোয় পূম্নমক তোঙান তোঙানবা থবক্কী লমদা মন্ত্রী শুকনাসকা উন্ননিঙ্ঙুনা লাক্নবা ঙাক্তুনি। মখোয়শিং অদু হিবম পূম্নমক্তা শাস্ত্রগী মশক ওইরবা কাঁজলনা জ্ঞানগী মিৎ পাঙ্হন্নবা মক্তুনি অদুগা বৌদ্ধ সন্ন্যাসীশিং অদুনা কৌপীন শেৎনরিবদু উরগা; মখোয়না ধর্ম্ম মশক খঙ্নবা তম্মুবগী মহৈনা, ধর্ম্মবু পামহন্নবগী মশক ওইরবা মচুনা-শঙ্জিনখ্রবা-ধর্ম্মগী-ফীজোল্লা মশা কূপশিন্দুনা থম্বগুম নিঙ্লি।

শুকনাসকা উন্ননবগীদমক মনূং চঙ্নখ্রিবা লোই-নিংথৌশিংগী শামু অমোম লীশীং চাম-চামনা হোজঙ্ ময়া অদু ক্রক্ ক্রক্ ঈন্ননা লৈনবি। মতম কুইনা অসুম লৈনবদগী মখোয়শিং অদু তূম্মিঙ্বনা উইকুম উইরুম তৌতুনা লেংহৌ শাহৌ চৎনরি। মখোয়গী মরক্তা থরগীদি তায়বোং লোৗথতুনা থমলি, থরগীনা লোৗখোক্কে, অদুগা নিংথৌ মনাইশিংনা শামু শনিঙ্দা তোঃলগা মখোয়গী ময়্ঙলেন্দা কূপলম্ব। অথাবা ফিশিং অদু থূপচিন্দুনা মতম্বাক্তা থম্নরি অদুগা মাহুতশিংনা কুইনা ঙাইনমল্লবদগী শাউতুনা মহৈ মহৈ তূম্নরি।

চন্দ্রাপীডনা থোঙ্ অত্তদা থুংলরবদা থোঙশঙ্বশিংনা তফিং তফিং মাঙ্দা লমযাল্লকলে, শগোল তোংনা তো'না অদুম্মক চঙখিবদা কনানসু থাম্বা তৌদ্রবসু চন্দ্রাপীডনা নিংথৌগী সঙ্গাইদা তৌবগুম মশামক্তা মপান্দা শগোল অদুম্মক
খ—১ থম্নমলে। অসুম্না থোঙ্-দা শগোল থম্নমলগা বৈশম্পায়নগী মথূৎ পায়তুনা চঙ্শিল্লকলে। থোঙশঙবশিংনা, মাযকৈ মবিমক্তুগী পূনশিন্নবক্তুনা মাঙ্ থৎনা লেপ্পবম্বা মী মথৈবু তকথোক্তুনা লম্বী ফাৎনা ফাৎনা মাঙ্ থাবক্লে।

শুকনাসপু থনবা লাক্লবম্বা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা লৈবম্বা মফমদা অদুম্মক লেপথৎনতুনা খূরুম্নবকলে, মতম অদুদা মখোয়গী লুহুপ মতোন শিং অদু তনিক তনিকখি।

অসুম তৌনা চন্দ্রাপীডনা য়েংনা য়েংনা কা অমদগী কা অমা তাল্লা লান-শিল্লরুবদা চঙখি চঙখিবা মফমদা থোংঙাকপশিংনা লাউবদা কিনববা মন্ত্রীগী মনাই মশলশিংনা তূমিন তূমিন লেপ্পবি—লৌচৈ হংগংহন্দা হাইরকপদা মুংশা থীনববা লোই-নিংথৌশিংনা হন্দোক্কখিবগী খোঙথাং অকম্বতনা মফম অদুগী লৈমায় অদূবু নিকহল্লি।

ড—ম অসুম তৌনা চন্দ্রাপীড়না অনিশুবা কোম্মুংগুম্নবা নৌনা শুম্নু হাইবনা পূমডৌ ডৌরবা দলানমক্তুনা থল্লবা শুকনাসকী সঙ্গাই অদুদা চঙলকলে।

চন্দ্রাপীড়না য়াম্না নোল্লুক্লা, লাপ্লিডৈদগী হৌনা মকোক নোম্দুনা চঙলক্লগা অয়াম্বা নিংথৌশিংগী ময়ায়দা ফমলিবা মপা শক্লবা শুকনাসপু খুরুমলরে।

শুকনাসনা হৌগত্তুনা লেপ্লবদা নিংথৌশিং অত্তুম্ম মথং মথং হৌগৎনরকলে। শুকনাসনা মাঙদা থুন থোক্তুনা মিৎতা মুংডাইবা ঈরা লোয়নননা য়াম্না মুংশিনা চন্দ্রাপীড়গা বৈশম্পায়নগা অনিমকপু চেৎনা চেৎনা কোনবীরে।

মহাক্না কোনশিল্লগা থাদোক্লবদা মনাই অমনা ইকাই খুম্নবগা লোয়নননা সনাগী তাঙবল অমা পুশিল্লক্কুনা থাররবদা মতুদা ফম্বা তৌদনা চন্দ্রাপীড়না লৈ-মায়দা ফমথখ্রবদা বৈশম্পায়নসু মাগী মতুংদা ফমথরে।

চন্দ্রাপীড়না অসুম্না লৈপাক মথক্তা ফমখ্রবদা শুকনাস নত্তুনা অতৈ নিংথৌ পূন্নমক অত্তুম্ম মশা মশাগী ফম্ফম থাদোক্লত্তুনা লৈমায়দা লোইনা ফমনখ্রে।

থম্মোইনুংদা মুংডাইজমনখিবদগী শুকনাসকী মশা অপূম্বা মতু চুংত্তুনা মপান্দা কোংদোবকখি—অসুম্না ডাইহাক্তুং তুমিন লৈরুরগা শুকনাসনা চন্দ্রাপীড় য়েংত্তুনা হায়রকই—

"ইবুংঙো চন্দ্রাপীড়! নহে পূন্নমক তম্বা লোইবগা লোয়নননা নশাসু পাথং ফাজিল্লগা মতৌ অসি উবদা নবাইবুংঙো মহারাজনা মত্তম অসুক কুইনা পৃথিবী পূম্বা ডাক্লকপগী ডসিতদা মহে ফংবীববে।

মরোল অত্তুম্মক্তা ডক্লফম ওইবা নঙগুম্বদি পুণ্য চেন্দবা মীগী মচা ওইবা থক হৌনদবনা, গুরুজনশিংগী আশীর্বাদ অত্তু মহে য়াল্লে, মপোক কয়াদা তানশিল্লরকপা নবাইবুংঙোগী পুণ্যগী মহৈ অত্তু ডসিদি মশক পান্না চেংথোক্লরে অমদি লাইশিংনসু পেন্নবীবে হায়রবসি নহাকপু ফংবসিদা থঙনবা ডমলে।

নৌখ্রবা নঙগী চহি মতাং অসিদা মীগী-মতৌ-নত্রবা অকনবা নপাংগল অমদি হৈদোবক্লিবা নহৈ, পূন্নমক অসিনা কয়াগী মতিক ডকলিবা!

ভরত অমসুং ডগীবথকা মান্নববা নহাক্না মথোয়গী য়োকপিবা মপু ওইনা পোকপিরক্লিবা অত্তুগুম্বা প্রজাশিং অসিগী মরাইবক ওবনি।

লৈপাক লৈমনা কবগা পুণ্যগী থবক তৌগত্তুনা নহাকপু মহাক্কী মবুংঙো ওইনা ফংজববনো!

বিধিনা নমথাক তৌবীত্তুনা লক্ষ্মীদেবীনা শেবান্ননা, ইপঙ পঙনা নাবায়ণগী থম্মোইদা লৈজবা পামথিবদগী ডসি ফাওবদা মশক পান্না ননাক্তা লাক্লিবনি।

আদি বরাহদেবনা, ময়ানা পৃথিবীগী অক্লগা পৃথিবগুম, নহাকসু নবাইবুং-ঙোগা লোয়নননা নপাম্বোমত্তনা কল্প কোটি অমা চুপ্না ( লাইগী চহি লীশীং অমনা

কয় অমা ) পৃথিবীগী অয়ুগা পুবা ওমদম্মু। অসি হায়রগা লোয়না লোয়ননা মশা মক্লা ফিজেং লৈত্তেং, লৈ-সুনচিংবা পীতুনা চন্দ্রাপীড়বু বিদায় তৌখ্রে।

অমুম্মা চন্দ্রাপীড়না শুকনাসকী মফমদগী বিদায় লৌতুনা হৌগৎখ্রগা মমুং চঙ্খিদুনা বৈশম্পায়নগী মমা মনোরমাদেবীগা উন্নরম্মগা থোরক্তুনা ইন্দ্রায়ুধ তোংলগা অমুক লাক্তুনা হায়না শারম্মব মশাগী সঙ্গাই মচা তাম্না চৎখ্রে। সঙ্গাই মচা অসি মওঙ্ মতৌদা সনা কোম্মুংগা অম্নানি, মতুগী চঙ্ফম থোঙ্জীন্দা ঈশিং

ম—ল থম্না তাপ্পা অঙৌবা চফু অনিথক থিল্লি। হোজঙ্দা মঙ্গলগী লৈপরেংনা কোয়না য়াল্লি—মথক্তা ফিরান য়াম্না হাইরি। মঙ্গলগীদমক যৈবা পুং-শেলনচিংবগী মথোলনা মায়কৈ অপূম্বা ইনিল নিল্লি—মনুংদনা শাৎকায়রবা থম্বাল ময়াম চাইথোকলি, মতম থরতগী মমাঙ্দা যজ্ঞ তৌথিবগী খুদম উরি। অতোপ অতোপ্পা মওঙ্ মতৌগী নিংথৌমনাইশিংনা অরং অরংবা ফীজোন শেত্তুনা হুংগৎ হুন্দা চৎথোক চৎশিন তৌনরি—অমুম তৌনা য়ুম শঙ্গাবগী হৌনবা মঙ্গলগী থবক পূম্নমক পাঙ্থোক্লমলি!

মজাইবুংঙোনা য়ুম অতুদা লেঙ্শিন্দুনা, নিঙ্থিরবা সভা মাগুপত্তা থারিবা খুদা মথক্তা ভাইহাক্তুং ফম্মগা নিংথৌমচা অতৈ পূম্নমক অতুগা লোয়ননা ঈরুজমিন্নবদগী হৌতুনা চাক চামিন্নবা ফাওবা অয়ুক্কী থবক পূম্নমক লোইথোকমিন্নরে।

অতুগা সঙ্গাই মন্নুং অতুদা মজাইবুংঙোগী চেপ্ফম কামক্তদা ইন্দ্রায়ুধগী শাফম শেমখ্রে।

মওঙ্ অমুম তৌনা তৌনা নুমিৎ তাশিন্নরুবদা আতিয়া মণ্ডলদগী অমুম

ব—ম অমুম নাম্থখ্রবী নুংথিল লাইরেম্বীগী মথোঙ্দ। শিবা মনি অভাঙবগী নূপুর মরূ অমথক মশাগী অভাঙ্বা মচুনা মনুংগী অহোবা অতুবুম্মু ফুনজিলহন্দুনা কেম্নকপা মান্নব নুমিংনা মথক্তা মঙাল হাইগৎহন্দুনা আতিয়াদগী অমুম অমুম লৈথরকলে।

দোলাই-কাংথোঙ্-লীক্লমদা অকুৎপা য়েংতুনা ঈশিংনা অমুম চেম্বথিবগুম মুংথিলগী অঙানবমু নুমিংকী দোলাই-কাংথোঙ-লীক্লমদা নোংচূপ পাংনা অমুম অমুম চেম্বখ্রে।

অনৌবা উনা য়েন্নিঙমানবা, তঙাং তঙাংবা, উপ্পা হাইথরকপা থুংকী মশক ওইরবা নুমিংকী মশেকনা থম্বালগী অঙাঙবা পূম্নমক মুৎথৎখ্রে।

থম্বালগী লৈনম মিতাহুনা লাকপা থোইমুশিংনা থম্বালবু মমিৎ উইশিন্নবা উবদগী ভাম্মু থংগোং মতৈ মনাউগী মথৌরীদা তোংলুবদা, মঙক্তা অমুবা থৌরী থুদুনা চিংথোক্লথিবগুম থংগোং অনি অতু অমগা অমগা শেংনখ্রে।

কোরৌহনবনা, নোংডানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা খূজোক থন্না থন্না থম্বালগী লৈহী থকৃচিল্লকখিবতু—আতিয়া মকোয় থুংনা চৎপদা ৱারক্লতুনা তডাং তডাংবা মডাল ওইনা ছূজীক অমুক ওথোকপা হৌরকলে।

মতৌ অসুম তৌনা, নোংচূপ লাইরেম্বীগী মনাদা চিনবা, থম্বাল অডাঙ্বা মানবা কোরৌহনবনা অসুম অসুম মশক লোংখিবা হৌরকলে।

আতিয়াগী মশক ওইরবা পৃথিদা য়াচঙবগী মশক ওইরবা থম্বাল অমূক শাৎলকলে। মচু মুশিন মুরবা অগুরু-মহীনা-য়েকপা-উরী-উনা মাল্লবা অমম্বা মপৈনা মায়গৈ 'পূম্বা শল্লকলে। খোইমুনা কায়দোংলবদা মকশিলহল্লবা অশংবা থম্বাল মপৈনা, থম্বাল অডাঙ্বা শাৎপা পৃথ্রীবু মথক্তা কৃপশিল্লবগুম, অমম্বা চবুলনা য়াচঙ্বগী তডাং তডাংবা মচু অদুবু লাকহৎখ্রে।

অয়ূক মুংখিল চূপ্পা থম্বালনা থকচিনখিবা নুমিৎ মডালশিং অদুবু অমুক হন্না চিংথোক্লবগীদমক তিংথোরকপা অমম্বগী মখুং মাল্লবা খোইমুশিংনা থম্বাল অডাঙ্-বগী মরক্তা লীৎশিন্নরকলে।

অহিং লৈমগী অপাবা মায়খুম-ফিগুম্লবা য়াচঙ্বগী তডাং তডাংবা মচু অহু তপ্পা তপ্পা অসুম মুৎথখ্রে।

লাইনিঙ্বা মীশিংনা নুমিদাংৱাইরমগী হৌনবী লাই-পূজাগী পোৎলম পূম্নমক মায়কৈ পূম্নমক্তা থাদোক্লরকলে।

ৱাহোংশিংগী কায়দোং-উচূক মথক মথক্তা অমম্বনা কৃপখিবদগী ৱাহোংনা তোংদ্রবসু তোংলিবা ওইনা উরি।

দলান লাইরেম্বাগী নাপ লৈতেং ওইনবা থম্বাল-অশংবা মানবা খুনুশিংনা হাং-দোক্লিবা মীছুৎ মীছুৎতা তূমিন তূমিন লৈনরি।

হেদো হেদাউবী, কেথোক মোথোক পামজবী নূপীশিংনা তোংতুনা শান্নদ্রবনা সঙ্গাই মনুংগী থৌরী বান্দোংশং অহুগী ফম্ফম সনাগী ফালশিং অহু লেঙ্দনা লৈখ্রে অহুগা মথক্কী শরীকশিং অতুসু মথোল থোকখিদ্রে।

য়ুমগী হৈনৌ মশাদা য়াল্লিবা পোন মনুংগী তেনৱা লাবা অমোমশিংসু তূমিন তূমিন লৈনখ্রে।

ঈশৈ ঔরাইবা লোইরবদা মীনাইশিংনা থাংদোকখিবদগী বীণা মথোলসু তানখিদ্রে।

মথোন কাবী নূপীশিংগী নূপুর থোঞ্জেল লেপখিবদগী অয়োকপা কাংডশিংসু মথোল থোকখিদ্রে।

তুমখুন ছুম্নখিবনা মচুমসু থকৃথ্রবা ময়াইকাবা শাম্নশিংগী চায়ক্লংদা খোইসু

তোংলখিদ্রে অমস্থং শামু-শেনবা মীশিংনা শ মুনী মনা অনিদগী চামর অমদি মরাই-বক্তগী মুক্তা পবেংনচিংবা লৈতেং পুম্নমকস্থ লোইনা লৌথোক্নবক্লে।

শগোল শেনবশিংনা, নিংথৌনা লুনা তৌজবা শগোলশিংগী শা-ফমদা মৈ থানগৎনবা হৌরক্লে।

অহানবা য়ুথক পুগদবা শামুশিং চঙ্‌নরকলে।

পুরোহিতশিংনা হৌনবী শান্তিনচিংবা লোইরদুনা মপান থোক্নরকলে।

মথা পোনবা নিংথৌনচাশিং পুম্নমক বিদায় লৌনদুনা মাগী মাগী লৈফমদা চৎনখ্রবদগী মীনাই মীশন থর থরতমক ভায়নহৌরদুনা সনা সঙ্গাইগী কা-মনুংশিং অদু হেন্না চাউথোক্না উরকলে।

ধ—ভ অঙানবা থাউমৈ মঙালশিংনা মণিগুম লংলবা লৈমায় মথক্তা মমি তাবনা অশাংপা লৈহাউ-লৈকা ময়াম চাইথোক্তনা থম্বা মাল্লি।

সনা কোন্নুংগী চিথেক মরিমক্তা লৈরিবা মনুং পুখ্রীশিং অদুদা থাউমৈ মঙাল তাবনা—নুমিংকা কায়নবদ য়াজরবা থম্বালবু থেমজিনবীনবা অনৌবা নুমিৎ মঙাল অমা তারবগুম নিঙ্‌লি।

শারং মনুংগী নোংশাশিংনা তুম্মিঙ্‌বনা উইথনরি

কামদেবনা লীরুং লীরী চন্দুনা তেন পায়রগা পুং পুবা থোড শঙ্‌বগুম্না সঙ্গাই মন্নুংদা চঙ্‌শিনখ্রে।

দূতীনা তম্বা—মাগী মাগী চায়জবা নিপাগী নুংশি মপাউশিংবু, নুপীশিংনা নিঙ্‌থিবা নাচোমগুম মনা মনাদা থেংনজরি।

নুংশি-শেৎন মৈশা-লাংলবা ওইনচাউবীশিংগী মথবাক্তশিব সূর্যকান্ত মণিদা থম্মোইনুংগী মৈরী অদু ফাওংদারক্তনা ইবং ইরং লংনা উবি।

মতৌ অম্নুম্না নুমিৎ তারক্লবদা মজাইবুংডো চন্দ্রাপীডনা, অঙানব থাউমৈনা কোয়শিন্দুনা থোঙ্‌না সনা সঙ্গাই তান্না চৎলগা মবাইবুংডোগী সনা নাক্তা মতম

ম—ল থরদং লৈরগা মমাইবেম্মা মহারাণীগস্থু উন্নরমদুনা মশাগী সঙ্গাই মচাদা অমূক হন্নকলে। অদুগী তুংদা নারায়ণনা মণি মপৈগী মঙালনা ইবং লংলবা অনন্ত নাগগী মতোক মথাদা চেপ্পগুম—মণি মুক্তাতনা ইরং লংলবা নিঙ্‌থিরবা কম্মুংদা চেপথরে।

অদুগা নোং হেক ভানবদা হৌগৎলগা অহানবা ওইনা মৃগয়াগী মুংভাইবা ফং-নিঙদুনা মবাইবুংডোগী য়াথং লৌরগা নুমিৎ থোক্লিদৈদা শগোল, শামু অমস্থং খোঙ্‌মী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা ইন্দ্রায়ুধ তোংলগা বনগী মায়কৈ পাংখ্রে।

য়াঙ্‌তদা চেন্দুনতা লৈবা হুইরোয়শিংনা ইরাঙ্‌তা লাঙ্‌বা মতৌ অদুনা চন্দ্রাপীড়বু

অমুক্কা হেন্না মৃগয়াগী ময়াই পোকহনখি। মখোয়না গাধা মক্কম চাউরবা হুইশিংবু সনাগী য়োংলীনা চিংহুনা পুরি—কৈ হনুবগী মউন্না মশা মশাগী ইন্নবা ফি ওইনরি, মথল মথা অয়াম্বা মচুগী মুগা ফি মচেৎ মচেংনা তাখৎলিবা মশম মথক্তা পুনশিল্লি অহুগা মমায় থুংনা অপৌ অপৌবা মকোই হৌরি, মনাকোঙ অনিমক্তা সনানা শাবা "তালীপুট" (পজেঙ) হায়বা লৈতেং অহু থেংনরি, মথ্‌াঙ চেংনা লাকশিল্লি। পোত্থাবা লৈতনা নোম্বা শূবনা মফৈশিং অহু তনোয় তনোয়রি অমস্থং মথৃত্তা লীরুং অমমম পায়নরি।

চন্দ্রাপীড়না বনদা চঙ্লগা নাকোঙ য়ৌনা লারী চিংহুনা কাপ্পা তেন·না,—শাংকায়রবা থম্বাল অশংবগী লৈকা মাল্লবা তা হুন্দুনা অমদি মচুম তাবা নহা ওইরিবা শামু মকোক খিনগায়বা ভম্বা লাংশোই (নারাচ) না লমওক লীলীং লীলীং —নোংশা অমদি মখোঙ নিপান পানবা অকিবগী মশক ওইরবা 'শরভ' কৌবা শা —মমৈ চামর পানবা শজিগী মথল অমস্থং অতৈ অতোপ্পা শজি য়াম্না হাংলে। অহুগা মপাংগল য়াম্না কনবনা খূংলাই য়াওদবস্থ অচেনবা শা কয়াবু মহাক্না তান্নহুনস্থ নমহুনা চঙ্না কাখি।

মুমিংনা কোক্কোন লোম্নবদা চন্দ্রাপীড়না ইন্দ্রায়ুধ তোংহুনা বনদগী ময়ুমদা হল্লকলে। রামনবদগী অতংপা লৈতনা হুমাং চেম্থরকপনা ইন্দ্রায়ুধগী মশা অহু ঈরুজরুবদগী কারকপা মাল্লি—হন্না হন্না ময়াগা তরুবদা মচীনগী য়াচল য়োং অহু
ক্রেক, ক্রেক লাউরি, রাবা হেনমনখিবদগী পৈখোক্লবা মথয়াংতগী ঈগী কোং-
ব—য গোন খোক্লক্কুনা মহুনা চূক্লী ফাওবা হাইগংলী; নিঙথিবা লৈয়াম্না তিল্লবা —খোইমুনা ভংবদা ইনিল নিল্লবা অমদি বনদা চংলুবগী খূদম মাল্লবা উনা চরোং অনিথক মনাকোঙ অনিমক্কী ময়া ময়াদা লৈতেং ওইনা খেংলকলি।

চন্দ্রাপীড়গী মশাস্থ—য়োংকী কবচ মস্থুংগী কোয়রপ কোয়বা শরুকশিং অহু ফাওবা হুমাংনা পূমচোং চোংখি অমস্থং মহুগী মথক্তনা শজিগী ঈ মরীক্না ঈরাং লাংনা চোংহুনা পক্পনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংবদা অমুক্কা হেন্না ফজহল্লি।

শজি ময়ামগী মতুং ইন্দুনা তান্নবদা মাগী শেকপিন থানবা মী কায়নরবদগী অনৌবা উনা থরনা শেকপিনগী মহুত্তা মকোক মুংশা লাংদনবা হোংনখি।

লম্‌লক্ উরীদা শাংপা লৈগী লৈরীক্না মশাদা য়োমহুনা চন্দ্রাপীড়বু বসন্তগুম্না
ভানবা উরি। শগোল ময়ামগী মখোঙনা কাওবদা হাইগংলকপা উফৃলনা
স—শ ইরাউ রাউথোকহল্লবা-মরাইবাক্তা হুমাং মরীক মরীক কারি। খোঙমী মখৈনা মাঙ থাদূনা থাপ্পা চংখংখিবনা মাগী মমাঙদদি ইহাঙ হাঙলি।

'অস্থুম তৌনা নোংশা হাংপনি, ওক-ইরোই-শরভ অমদি শজিনা অস্থুম

হাৎপনি'—মওড্ অসিগুম্না মৃগয়াগী য়ারী শান শাননা শগোল কম্না থোঙ্না অরেম্বা নিংথৌমচাশিং থরগা লোয়ননা চন্দ্রাপীড় হল্লকখি।

মথং মথং সঙ্গাইমচা য়োরক্লহুনা শগোলদগী কুমথরগা, খুনা-চেনশিল্লক্কূনা-মনাই-অমনা-থারবা তাণ্ডবন অমদা ফমহুনা মশাদগী য়োংকী ফূরিৎ অমদি শগোল তোংবগী ফিজেৎ লৈতেং পূম্নমক লৌথোকলে। মনাইশিংনা অকোয়বদগী হুমাই হুমজিন্নরকপদা হকচিক লাংহুনা হুমাং হন্দোক্লগা ভাইহাক অমা পোত্থারে।

মথংদা, সনা-লুপা অমদি মণিনা শাবা সনাবুন ময়াম লেংহুনা অকোয়বদা লৈবা সনানা য়ৈহুনা শেম্বা ঈরুজফম পীঠদা লেঙ্শিনখ্রে। অস্তুম্না চাইথবা লোই-রবদা মনাই অমনা চন্দ্রাপীড়গী মশা পূম্নমক কংনা তৈথোকলে। তরু তরুবা, অশাংবা মুগা ফি অমনা কোক্তা কোয়েং য়েংশিল্লে, অতোপ্পা ফি অমা হোংদোকলে। মথংদা লাইগী পূজা কৎলম্নগা আনিক তৌফমদা চঙ্লক্কূনা যম্লবে। মতম অসি-

গ—ঝ মক্তদা থোঙ্শঙ্বা পুবেন অহুগা লোয়নননা নিংথৌনা থাবকপা কোম্নুংগী নিংথেমম্নুবীশিংগা—কুলবর্দ্ধনাগা লোয়নবী মহারাণীনা থারকপী মনাইনূপী-শিংগা অমদি অতোপ অতোপ্পী রাণীশিংনা থারকপী সঙ্গাই মনূংগী থৌগন্নাই নূপী-শিংগনা নিঙ্থিবা লৈ-য়েন্দায়-লূনাক্লচিংবদা হাপ্তুনা পুনবকপা মথল মথা অয়াম্বা লৈতেংগী পোৎ, লৈপরেং, হকচাংদা লৈতেংনবা চন্দননচিংবা পোৎকী মথল অমস্তুং ফিজেৎনচিংবা পূম্নমক অহু চন্দ্রাপীড়দা কৎলরে।

চন্দ্রাপীড়না মথোয়দগী পোৎশিং অহু লৌরগা অহানবমক্তদা মশামক্তা বৈশম্পায়নগী মশাদা চন্দননচিংবা তৈহুনা লৈতেংবীরগা মথংদা মশাগী অমুক লৈতেং-হুনা মনাক্তা লৈরিবা নিংথৌমচাশিং অদুদা মাগী মাগী মতিকচানা ফিজেৎ লৈতেং, তৈনবা থোংনবা পোৎ অমদি লৈপরেংনচিংবা মতিক চাবা চাবা য়েংহুনা য়েন্থোক্লগা লূকহাফমদা লেঙ্শিনখ্রে। মণিগুম লংলবা পুথম তেংকোৎনচিংবা ময়াম পরেং লেংহুনা নিঙ্থিনা থম্বনা হৈমুং অহু অরংবা থম্বাম্মীচাক্তা লৈতেংবা শরৎকী আতি-য়াগুম নিঙ্থিজরি।

চন্দ্রাপীড়না হৈমুং অহুদা চঙ্লগা থ্বায়দগী পাকপা অমদি থাবা হেন্না থারিবা থুদা অমদা যমলে, বৈশম্পায়ননা মনাক্তা থৌগনা ওইনা কম্লগা মাগী মগুণ থাগৎলি। চন্দ্রাপীড়না অতৈ নিংথৌমচাশিংবুস্তু মাগী মাগী মতিকচাবা মফমদা শীন্দুনা ফমহল্লগা পূজারীশিংদা 'মসিনা মভোন্দা হাপউ, মহু-মনা অসিদা'' অস্তুম তৌনা থম্বায় য়াওনা মথোয়বু লুনা চান্না তৌবীবা মতৌদা নিংথৌ মচাশিং অহুনস্তু মপূক মপুক্তা মাঙ্খু ভক্তি লৈবা হেনগৎহনখি। অস্তুম তৌহুনা চন্দ্রাপীড়না নিংথৌমচাশিং

অতুগা চামিম থকমিল্লবগী থবক লোইশিল্লরতুনা আচমন তৌবগা, পানা চানতুনা য়ূম অতুদা ভাইহাক্তং লৈবম্লগা ইন্দ্রাযুধগী মনাক্তা চংখ্রে।

মফম অতু য়ৌবগা, লেপ্ল লেপ্ল অহুম্মক নিংথৌমচাশিং অতুগা মথল মথলগী য়ারী শানরকপদা ইন্দ্রাযুধগী মতিক মগুণগী মবমদনা হেন্না ভাও ন ভাও ননা, মাগী য়াথং ভাইতুনতা লৈজবা মনাই ভাক্তা মনাক্তা লেপ্তুনা লৈববস্থু মশামক্তা ইন্দ্রাযুধগী শক্লীক ইনবীরম্লগা থোকখিতুনা সনা কোম্মুংলোমদা অমূক পাংলকলে।

সনা সঙ্গাইদা মপাবুং মহাবাজবু মওঙ্ অতুদা অতুম্মক খুকম্লম্লগা সঙ্গাই মচাদা অমুক হল্লক্তনা অহিং অতু লেম্লে।

মথংগী গুমিত্তা. অয়ুক ভস্তানা, সনা কোম্লংগী অবাঙ্-পুবেনগা নিংথৌনা য়াম্লা চানবা 'কৈলাস' হায়না কৌবা সঙ্গাই শঙ্বগা অনিমক পূন্না লাকমিল্লবা উখি।

মথোন ক্ষাবগী অহানবা ঈথক্লা থেংলবা হৌববদমক ভায়বিবী নূপীমচা অমম্ মখোয়গী মতুং অস্নুম ইম্লবকলি।

নূপীমচা অতু. সনা কোম্মুংদা লৈবদগী মীকি লাইকিদ্রবী ওইতুনস্থ নোম্লুক শাজংতি থক থাজদে। মাগী মশা অতু ঈনথংলকপগী অহানবা মতাং য়ৌরকপদমক ভায়রি। মুগা তীনগুম্না ভাঙানবা মচুগী ফি অমনা মকোক খুম্না ইনবনা মহাকপু, চীংখৈ ফিদূপনা লৈতেংলবী নোংপোক লৈমগুম উরি। তকুথায়-

এ—হ বদা ভায়রিবা মনঃশিলা ( লৈভাভ ) মকূপ মানবী মশাগী কুচু অতুদগী থোক্লকপা অমেঙ্বা মভাংলনা অমৃতগী ঈচেল ওইতুনা কা অদুবু ইথন থলহল্লববদা —বাতুনা যোংশিখিগনি হায়না কিববী থাবল মভান্না, থানিনবু থাদোক্লমতুনা লৈমায়থক্তা নাম্থবকপগুম নিভ থিবি।

অসিগুম্বী নূপীমচা অসিনা শাগেগী শরাইবী- লাইবেম্বী অমগুম ভাল্লখি।

কাংভ অনিনা, মনাক্তা খোংতুনা লৈবী থম্বাল অনিগুম নিঙ্থিজবী মথোঙ্ অনিদা, ভুংশিনা মখোল থোকপা মণিগী নূপুব পরেং অনিনা লৈতেংলি। মমল য়াম্লবা সনাগী খাঙ্গোয়না মাগী নিঙ্জোন্দা কোয়না য়াল্লি। থবাক ভানফম খোইনা মনিঙ্ তৌদ্রি। তপ্না তপ্না মপাম্বোম হায়তুনা চংপদা খূজীন্দগী থোক্লকপা মভালনা অতংপা লৈতনা, তনৌ তহেনবী মভালগী মরীক মবীক থিকৃথবগুম উরি।

মাযকৈ মবিমক্তা ভাস্তোরকলিবা, মুক্তা পরেংগী মভাল মরক্তা মাগী নিভ থিবা মশা অতুনা লৈবদি—ক্ষীরোদ সমুদ্রগী ইপাকথক্তা মায়থোং ভান্না লৈবী লক্ষ্মীদেবীগুম ফজরি। মচীনবান অনিমক কা চাবনা তভাং তভাংলি।

য়াংতক তৌবা মনাতোন মথক অতু মকূৎ মতোঙ্ নাইদে মপূম মরৈ মান্নে। মমিং অনিনা ফুগায়না শাংলবা অভৌবা থম্বালগুম তক্ক তক্কই।

মাগী চায়রূং অনিমক্তা মণিগী কুণ্ডল অনিগা ইশম শম্নরিবা ভা-কিয়োং অমস্তুং উনা মওঙ্ মানবা লৈতেংশিং অহুগী মমায়দগী থোক্লকপা মঙাম্না য়ৈবদি নাপ-নাচোমগা মমায়গা ইশম শম্নবগুম উই।

য়াউথোক্লবা ওরাংগী চন্দননা মমায়দা লৈতেংলি।
মাগী লৈতেং অয়াম্বা মুক্তাতনা শেম্মনি।

কর্ণগী রাজলক্ষ্মীনা অঙ্গদেশতা ( হকচাংদা ) লৈনিঙ্থিবগুম নূপীমচা অহুম্ম কুঙ্কুম অমস্তুং চন্দননচিংবনা মশাগী লৈতেংনরি।

য়েম্লিঙ্-থাগী বন মগুংদা অনৌবা অমদি অপীকপা উরী হৌবগুম মাগী মশা তবা তবারম্মী অমস্তুং তথোং তথোংলি।

বেদদগী লোঙ্থোকখিবা মশাশিংনা ( বেদ শাখা ) লৈবাক অপুম্বদা কাও-বগুম—নূপীমচা অহুগী মথোঙ্ অনি অহুম্ব লৈমায়দা নেৎপদা ফজরি।

যজ্ঞশালাদা যজ্ঞগী পূং ( বেদি ) লৈবগুম মাগী মথাঙ্সূ ডমরু ( বেদি ) গুম্না চেংত্রিক চেংই।

সনা মচুগী উনানা সনজীংগী বনদা হৌবা উরীগী ফজবা হেনবগুম মাগীস্মু সনানা শাবা উনাগী লৈতেংনা নিংথিরি।

শককম উবদা মাবু য়াম্না মতিক চাউবী মাল্লি।

সঙ্গাই শঙবনা মজ্জাইবুংঙোগী মনাক্তা চঙ্লগা মঙক হাইষেৎ নোম্দুনা ব্যব-হার উৎলগা লৈমায়দা মথুং য়েৎনা শৌদুনা হায়রকই—

"মজ্জাইবুংঙো! মহাদেবী বিলাসবতীনা য়াথং তাকপিরকলি—"মমাংঙৈদা, ঐথোয়গী ইনিঙ্থৌনা 'কুলূত' দেশ জয় তৌবীথিবা মতমদা ফাবকপা বন্দী অতৈ অতৈগা লোয়ননা নূপীমচা অসিবুস্মু য়াম্না অঙাং ওইনা পুরক্লুনা সঙ্গাই মন্নুংগী নিংথেমম্নবীশিংগী মবক্তা থমখিবনি—মহাক অসি "কুলূত" নিংথৌগী মচাম্নপীনি. মমিং 'পত্রলেখা' কৌই।

"মাবু য়োকপি থাকপিনবা অতৈ কনাস্মু লৈত্রবদগী অমরোমদা নিংথৌ মচা-নূপীগা ওইবদগী ঐনা মাবু থোইদোক্না মুংশিবীবদগী ইচানিংঙোলমক্তা মাম্নন হুজীক কাওবা য়োক্লক্লুনা চাউরক্লবীনি।

হুজীক্তি কাগোক পুজবা ওম্নগনি থন্দূনা মাবু ননাক্তা ( ইমানা ) থাথিবনি। ইমাগী ইবুংঙো! ( অয়ুস্মন্ ), নঙনা মহাকপু অচম্বী মীনাই অমগুম লোয়নবীগম্ন, পীকলিবী নূপীমচা অমগুম্না মাবু য়োকপি থাকপিয়ু—নশাগী নপুক্লিঙ্ চানবা ইথক ঈরাংদগী মাবু ভাকপীয়ু, নঙনা মহৈ জবীবা পক্কয়ান মচা অমগুম য়েংশিনবীয়ু অহুগা চান্নবী মরূপ অমগুম অচেৎ অকোম থবক পুম্নমক্তা মাবু চম্নবিয়ু।

অস্নুক শাংবা মতম অসিদা ঐনা মাবু মুংশিবা হেল্লক্লবত্তা অস্নুম তৌরকপদগী হুজ্জীক্তদি মতোন্দা লূপথিহ্নুনা মতম পূম্নমক্তা মাগী হাকনত্তদা ঐগী পূক্নিঙ্ অসি চপ্ মুংখ্রে।

অফাওবা নিংথৌগী শাগৈদা পোকপী ওইবনা থবক অসি তৌবদা মহাক চপ্ চাবীনি। অহুগা য়াম্না নোল্লুকচবী ওইবনা মতম থরত্তগী মমুংদা মানা নঙ্গু লায়্রনা পেলহঞ্জবা ঙমগনি।

নঙ্দি মাগী মরমচং মত্তৌ থঙ্ত্রি হায়্রহুনা ঐনা মাবু ইচা ওইনা মতম কুইনা য়োক্তুনা য়োনা মুংশিরক্লবীনি হায়বসি পাউ ওইনা থাদুনা থঙ্হল্লিবনি।

হে য়াইক থোইবা! মতম পূম্নমক্তা, মতিক চাবী ননাই ওইজবা ঙম্নব মওঙ্দা নঙ্না মাবু চেকশিনবীয়ু।"

অস্নুম হায়না কৈলাসনা থৌগল পাউ হংগৎপা লোইরবদা পত্রলেখানা চন্দ্রা-পীড়বু মতিক চানা থুক্কমজরে। মতম অহুদা মহাক্না নূপীমচা অদুবু মিংকুপ্তবমথৈ য়েংনা য়েংনা "ইমানা তাকপীবা অতু মঙায়ু" হায়না পাউখুমহুনা সঙ্গাইশঙ্ববু চৎহনখ্রে।

পত্রলেখানা মজ্জাইবুংঙোবু হেক উজবা মিংকূপ অহুদগী হৌনা মাগী সেবা তৌজনিঙ্বা পোকখি। মরম অহুনা, অমুক মুংখিন্দা, মুমিদাংদ', হিপ্প, ফম্ব,

ঞ—ঙ চংপ', লেপ্পা অমদি সনা কোম্নুংদা চঙ্বা—অসিনচিংবদ', মতম পূম্নমক্তা পত্রলেখানা মজ্জাইবুংঙোবু, মমি শক্না ঙাইহাক্তস্নু থাদোকখিদে।

চন্দ্রাপীড়স্নু মাবু অহানবা উখিবা অহুদগী হৌনা মিংকূপ থূদিঙগী পত্রলেখাবু অস্নুম মুংশিবীবা হেল্লক্তূনা মমৈদদি মপূং ফাখি। অস্নুম তৌনা মহাক্না মমিং থূদিঙগী লূনা তৌবীবা হেল্লক্তূনা অচেৎ অকোম থবক পূম্নমক্তা পত্রলেখাবু মশাগী থম্মোইমক্কা মান্নবী ওইনা থল্লকলে।

চ—ণ মত্তৌ অস্নুম তৌনা মতম থবা হৌখ্রবদা মহারাজনা চন্দ্রাপীড়বু যুবরাজ হাপ্লগে থন্দুনা, মহুগী পোৎ-চৈ লাঙ্শিন্নবা মতিক চাবা মীদা সনা য়াথং পীখরে।

যুবরাজ হাপ্লগী মতম নকশিল্লক্লবদা, চন্দ্রাপীড়না নোংমা, শুকনাসকা উন্নবা লাকপদা, মশানা হান্নদগী অহুম্মক নোল্লুকচরক্লবস্নু অমূক্না হেন্না নোন্জানহনগে নিঙহুনা শুকনাসনা চন্দ্রাপাড়দা শন্দোক্না তাকপিরকই—

# শুকনাসকী পাউতাক

"ইবুংঙো, চন্দ্রাপীড ! থঙ্ক্ফম থোকপা হিরম পূম্নমক নহাক্না লোইনা থঙ্লখনা অমদি শাস্ত্র পূম্নমকস্ু শুনা তম্নবনা নংগ্ঙোন্দা থজীক্ক ফাওবা তাক্লিংঙাই মরম লৈত্রে।

অত্তুমদি ওইরগা ইবুংঙো ! মীওইবা পুন্সীদা ঈনখৎলকপা মতাংগী মশানা ওইজরকপা অমম্বা অদূবুদি সুমিংকী মঙাম্না, অরংবা মগিনা অমদি অঙানবা থাঙ- মৈনস্ু খক মাঙ্হনবা ঙমদে, মরম অসিনা মসিগী মমম্ অসিদি য়াম্না শাথীবা মথল অমনি।

অত্তুগা, মমৈদস্ুময়েং থক তারকপা হৌনত্রবা 'লন থুম' গী নাপলস্ু অকি- বগী মশক্তি। অসিগুম্বা লন-থুম চেনবগী নাপলনা লায়না ওইতুনা তাঙ্শিল্লকপা

ভ—খ মিং মতাঙ্ অত্তুদি, মিং লোক্তাঙ্ তাঙবগী উদবা অত্তগুম্বা নত্তে—পূম- তোপ তোপ্পনি। হিদাক লাংথাক ফনা তৌতুনস্ু মত্তুবুদি থক ফহনবা ঙমদে, মরম অত্তুনা অত্তগুম্বা মিং মতাঙ্ অত্তুদি য়াম্না য়ানবা মশকনি।

লল-থুম চেনবগী ময়াইনা শাগৎহল্লকপা ইশাগী মৈশা অত্তুদি— চন্দন্নচিংবা অঙ্গীংবা পোৎ ফনা তৈতুনস্ু ঈংথহনবা ঙমদে, মরম অত্তুনা মত্তুগী মৈশাদি য়াম্না য়াকই।

লীক-কোন, চন্দননচিংবা লৈতেং অমদি নূপী নহানচিংবগা শম্নরুবদা পোক্লক- পা পঙ্থবা অদূবু কবিগুম্বা হিদাক্না অমদি মন্ত্রনা কোকহনবা ঙম্বা লৈতে, অত্তুনা অদূগুম্বা মপঙ্থ অত্ত্ু মতম পূম্নমক্তা কোকঙমদে।

<u>বিষয়াগী</u> অমকপদা লূপ্তুনা মশাদা চূশিনখ্রবা মীনা, ফনমক শেংনা ইরুঞ্জ- থোক্তুনস্ু মত্তুবু কোকহনবা ঙম্বদি মরৈত্রে।

অত্তুগা মুংঙাইনা তূমত্তনা লৈবগা পাংথক ওইরবা লৈবাক্কী মপু ওইবা হায়বা অত্তুদি অহিং হৌখ্রবমক্তুদস্ু মিংকপ্ থোকউ হায়বা য়াদবনা, অদূগুম্বা মতূম অত্তুদি মতম পূম্নমক্তা অকিবগী মশকনি। অসি পূম্নমক অসি লৈবদগী নঙোন্দা শন্দোক্লা তাকলিবনি।

ভ—ক অঙাং ওইবিৎ মক্তুদগী অত্তুম্মক লন চেল্লকপা, ঈনখৎলপা, মতাং য়ৌ- শিল্লকপা, চাংদম্নিঙাই লৈত্তবমথৈ শক ফজবা অত্তুগা নপা লৈতবমথৈ পাংগল কনবা —মলি পূম্নমক থুদোং থীবগী হৌফম মক্তুনি।

মখোয় অসিগী অমম্মত্তনসু দোষ মথল পূম্নমক্কী ময়ম ওইহল্লিবনি, মখোয় অসিনবু পুল্লপ তিল্লরবদি করি অমুক হায়রুক্কম লৈরি ?

ঈনথংলকপা চহি মত্তাংদদি. শাস্ত্রগী লূববা ঈশিংনা চামখোকখিত্নুনা ফনমক শেংলবসু—মী অহুগী মরোশিং—মবুদ্ধি পূম্নমক অহু অয়াম্বা মতমদা অমকপা পরুকপনা নম্মী।

ফনমক তরু তরুত্নুনসু পাথংগী মিংথেংদা রাগ য়াওদবদি থক লৈতে।

অকনবা হুংশিংনা ঊনা অকংববু য়াম্না থাপ্না হুমদোক্তুনা পুথিবগুম', ঈনথংলকপা মতাংগী রজগুণনা শেবাম্নহল্লকপা লমচংনা মীওইববু মানা পুনিঙবা মায়কৈদা চঙ হৈদবা মফমদা ) লাপ্না পুত্নুনা চংলি।

অহুগা লাকচম ফাঙমদ্রবা ইন্দ্রিগী পেম্নবা তানবা হান্নবা লৈকংলাগী শক্তিনা হুংশা তরঙবু ঈশিং ওইনা উত্নুনা পঙচেন্দা চেন্দুনা তোকপগুম অহুগুম্বা ঈখৌ মরাং অহুনা মীওইবা ইন্দ্রিগী মশক ওইরবা শক্তিশিংবু হুত্নুনা পুথি।

অফকৃপা চারুবা লৈয়েঙনা ইচম চম্বা ঈশিংনসু য়াম্না হেন্না থুম্মি হায়না খনবগুম, ঈনথংলকপা চহি-মতাংনা-পীরকপা অপাম্ব, অশাউবনচিংবনা থল্লবা থম্মোইদা নুপী অমসুং সনা লুপানচিংবা খ্বায়দগী হেন্না পাম্নবা পোৎ পূম্নমক অসি থেংবত্তবু থেংনরুরবদি ওস্নোক্লা থুমখ্রবা ডাক্তা ওইনা নিঙলকই।

লম্মুরুবনা, মীবু অবানবা লম্বীদা তাহন্দুনা মাঙহনবগুম, নুপী অমদি সনানচিংবা পাম্নরবা পোৎশিং অসিদা হকচিন্না পামশিল্লুবনসু মীওইববু ফত্তবা লম্বীদা তাহন্দুনা মাঙ তাকহল্লি।

মিংশেন্দা থাগী মমি লায়না তাবগুম নঙগুম্বা থম্মোই শেংবা মীতদা পাউতাক পূম্নমক্কী মহৈ লায়না ফংহনবা ডম্মী—অহুনা নহাক্তি পাউতাক পীবদা মতিক চাবা মী অমনি।

মমল য়াম্নবা গুরুমক্কী পাওতাকসু, মতিক চাদবা নাকোঙ অমদা চঙলুরবদি মত্নুনা, নাকোঙদা ঈশিঙ চঙখিবগুম হুংডাইহন্দে।

অহুগা মহুমক্কা অফবা মীগী মনাকোঙদা চঙখ্রবদি মোইথুংনা শাবা শামু মনাগী লৈত্তেংগুম মী অহুগী মায়খোংবু ফজবা হেলহল্লি।

ক—ঙ য়াচঙবগী থাবল মডাম্না য়াম্না হেন্না মুরবা অমহৰুসু মাঙহনখিবগুম, ফত্রবমকসু, গুরুগী পাউতাক্কা অপাম্বা, অশাউবনচিংবা দোষ মপৈবুদি লায়না মাঙহনবা ডম্মী।

অহল ওইরকপা মতমনা, তরু তরু মচা অহন্দুনা কোক্কী শমলাংরু মথং মথং

ভৌথোকহল্লকপগুম—ইন্দ্রি মমুং-খুত্থম চনখ্রবা ওইবনা গুরুগী পাউতাক্তস্থু দোষ পূম্নমকপু তরু তরুহন্দুনা মথং মথং মগুণ ওইনা ওন্থোকহল্লকই।

নঙ দি হুজীক কাওবা মীনা পাম্নবা পোং অমত্তগী মহাউ থঙ্ত্রি, মরম অত্থনা মঙ্গীদি মসিনা চপচাবা পাউতাক্তী মতমনি। মরমদি কামগী তেননা থাত্থনা চৈনা কাওরবা থম্মোই অত্থদি পাউতাক পূম্নমক ঈশিং ওলহন্দুনা মাঙ্হনখি।

শ'গৈ জাং ফবনস্থু অত্থগা শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবত্তনস্থু অক্ষবা লম্বীদা পুশিল্লক্কবগী মরম থক ওইরদে। মরমদি, চন্দন পাম্বীনি হায়ত্থনা মশা অনি তরুত্থনা হৌরকপা মৈ অত্থনা থক চাক্তবা লৈবরা নত্রগা ঈংলবা সমুদ্র ঈশিংদগী হৌরকপা প্রলয়গী মৈ অত্থনা অকিবা ফংদবা য়াওবরা?

গুরুগী পাউতাক্তি, মীওইবগী অমোংপ' পূম্নমক চামথোকপদা ঈশিং য়াওদনা শেংনা ঈরুজথোকপা য়াবা পোংশক্তি,—গুরুগী পাউতাক হায়বসিদি কোক্তা পোক হৌদবা, হকচাং শোঙ্গিল্লকপা লৈতবা, ময়েংস্থু তাবা নাইদবা অত্থগুম্বা অহঙ্গ মওই অত্থগুম্বনি; অত্থগা গুরুগী পাউতাক্তি মপূম মরৈ ফানবগী সাধননি,
চ—ট
অত্থমদি ওইরগা মসিনা লূ-তোংগুম্না করিগুম্বা দোষ অমত্তা চেলহনবদি লৈত্তে; গুরুগী পাউতাক্তি—নাকোঙ্গী নিঙ্থিবা লৈত্তেংগী মশক্তি, অত্থমদি ওই-রগা মত্থ সনানা শাবদি নত্তে,—মসিগী মঙাল লৈত্তে অদুবু অঙানবগুম্মী অত্থগা ইশাগী ফিবম চেৎনা লৈ অরাবদি ফংহন্দে।

নিংথৌশিংগীদি তাক্তপি তিক্তপিগদবা মী মশীং য়াম্না তাঙ্বনা হায়রিবা গুণ পূম্নমক অসি থোইদোক হেন্দোক্না কান্নবা মশক ওইরির্বনি।

মরমদি—মী অয়াম্বনা কিনবদগী নিংথৌগী য়াঙাঙ্ মতুংইন্না থোম্থাঙ্গুম ঙাঙ্নবা ঙাক্তনি।

অত্থগা নিংথৌগী নাকোঙ্দি, হকচিল্লবা, নাপলগী মশক ওইরবা অপোম অতঙ্গী লায়নানা মথুল ফুনথিত্থনা কনাগুম্বগী পাউতাক অমত্তস্থু তাবা ফংদনা তোক্তই।

তাবা ফংলবমক্তদস্থু, মথোয়না—শামুগুম মমিং উইশিন্দুনা তাক্লিবা পাউ-তাক অদুবু থৌশাদবা উৎপদগী মাগী কান্নবা পাউতাক শীবিরিবা গুরুশিং অদুবু মথমায় মুংঙাইহন্দে।

মরমদি—নিংথৌগী মওঙ্ মত্তৌদি—নাপলগী মৈশানা মশাবু চাকথেকহন্দুনা লাইহৌ তৌরবা মীগুম্না জ্ঞান মাংলকপদগী য়া ঙাঙ্বা থোক্লক্তত্থনা মথোঙ্ থঙ্-লক্তে। অনিশুবা মরম অমনা—মরল মথুম অমদি কাম্নত্রবা চাউথোকপগী ময়াইনা মথোয়বু ঙাওচৎনহল্লক্তুনা রাজলক্ষ্মী অমদি লৈবাক মপু ওইবা হায়বা হু-শিং অসি হকচিন্দুনত্তা লৈবনা মশাদা তম্ববা লোক্লকই।

নঙ্দি অফ মুংঙাই তানথংলক্লিবনি, মরম অহুনা অহানবমক্তুদা লক্ষ্মী হায়বী অসিতগী মরমদা থন্দুনা য়েংউ—লক্ষ্মী হায়বী অসিদি হৈ-শিংলবা লাম্মীশিংগী মথুক্তা পায়বা থাঙ্শাং-মপৈগুম্নবা থম্বালগী বনদা চাক্তাহুনত্তা লৈবী থোইমু অমোম অহুগুম্বীনি; অহুগা মসিনা ক্ষীরোদ সমুদ্রদগী ফাওগংলকখিবা মতমদা, পারিজাত-নচিংবগা লৈমিম্নরকখিবদগী মথোয় অহুগা হাম্না মুংশিনরকখিবনা, মথোয় অহুগা কাম্নরকপগী অম্নাবা-কোকবা-লোয়নরকপা থূদমগী মশক ওইনা—পারিজাত মনাদগী অঙাঙ্বা, থা মচেৎতগী অথোয়বা, উচ্চৈঃশ্রবাদগী থোঙ্য়াম্বা, কালকূট হায়বা হূ অহুদগী শুম্মৎনবা পাংগল, য়ুদগীনা ময়াইকাবা অমদি কৌস্তুভ হায়বা মণি অহুদগীনা মুংশিনৈতবা—হায়রিবা পূম্নমক অসি মশাদা লোয়না লোয়ননা ফাওগংলকখিবীনি।

মতম কুইনা শকথঙ্ মায়থঙ্নরক্তুনা লুনা তিম্নবা মরূপ ওইনখ্রবা অহুগুম্বা মীশক অদুবু করিস্নু শীংথানদবা ঙম্বা হায়বসি জগৎ অসিদা কনাস্নু য়াওদে হায়বগী থূদমদি; মরমচৎ ফত্তবী লক্ষ্মী অসিনি।

মাবু ফংলবমক্তুদস্নু য়োকপা থাকপা হোৎনবা য়াম্না য়ানবগী মশক্নি।

য়েৎনবা লৈতনা, হোনবী কায়দনা মাগা য়ানত্তুনা দলিল কারারনচিংবনা থৌবী ওইনা পুন্দূনা লেঙ্হন্দনা থম্নবা ফাওবদা হেক্তমক নাম্থোক্তনা চংথিবা অহুগুম্বা মচৎনি।

য়াম্ন' হেন্না নাপল তৌরবা অকনবা লাম্মীশিংগী য়াংনা থাংগৎনরবা থাঙ্শাং মপৈগী মশক ওইরবা শাবং মনুংদা কাজিন্দুনা ফনমক থম্ হুনস্নু মাদি হেক্তমক লিংথোকখি।

মশাগী মচুনা নোং ওইনা চুদূন' হেক মমহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা শামু মপৈগী মশক ওইরবা অমংবা নোংগী মপৈনা কোয়শিন্দুনা থম্নবমকস্নু হেক্তমক চেনখিবা ঙম্মী।

অসিগুম্বী লক্ষ্মী অসিগী নুংশিনবা লৈতে, শাগৈ জাৎ ফবনা মঙোন্দা থোইদোক্তে, ফজবা শকপু উদে, অহল্লম্মনগী মথাঙ্ তাথবকপত্তু মানা ঙাকপা লৈতে, লমচৎ ফজবা থৌবা য়েংবা লৈতে, হৈশিংববু লুনা তোই হায়বা লৈতে, শাস্ত্রগী জ্ঞান মনাদা হাপ্তে, ধর্ম্মগী ইকাইথুম্নবা ঙাক্তে, পীনহৈব মীবু লুনা তোদে, থোইদোক হেন্দোক্না থঙ্বা হৈবা ওইরুবগী কান্নবা লৈতে, ফজবা লোনচৎ ঙাক্তে, অশেংবা মশক থঙ্দে অমদি ধ্বজ বজ্রনচিংবা ময়ি ফাওবা নিপা অহুগী মতুং থক ইম্নরক্তে।—আতিয়া মগুলদা লৈবা গন্ধর্ব্ব লৈবাকুম্না উনা উনা হেক্তমক মাঙ্খি।

সমুদ্র নৈখিবা মতমদা মন্দর পর্ব্বতনা ওৎথায়রবদা থোকখিবা সমুদ্রগী লৈনাং মরক অত্থদা মহাকস্থু অস্তুম উরুরু লৈবা য়াওরকখিবদগী হুজীকস্থু হায়দগী চুখ্রবা মাগী মনাং অত্থগী মতুংইন্না কোয়না অত্থম্মক লৈদুনত্তা লৈবিবনি।

থম্বাল-বনদা অস্তুম কোয়না চৎপতদা থম্বাখোক তিংথংনা মথোঙ্ য়াংথায়-থোগায়ববী লক্ষ্মী হায়বী অসিনা করিগুম্বা মফম অমত্তদস্থু লৈতানা থক মথোঙ্ থাঙ্বা লৈতে।

ফনা-য়াম্না চেকশিন্না নিংথৌশিংনা মাবু ময়ুমদা থম্নববস্থু লক্ষ্মী হায়বী অসিদি মচুম্ন তাবা শাম্নু মথল মথলগী চাযরুংদগী মচুম থরুবদা ডাওরকপগুম তৌত্থনা হেক্কমক চৎথোকখি।

অস্তুম তৌনা মহাক অসিনা, য়ৌনা মিন্নুংশি থঙদবা ডম্নবগীদমক মতম পূম্ন-মক্তা অথৌবা-থাঙ্লেন-ময়াতদা লৈবগুম তৌই।

নারায়ণমক্তদগীস্থু মাগী বিশ্বরূপ অদূতবু লৌথোক্লবা মাগী শেগা তাংশিন্নদুনা লৈবীনি।

থম্বালনা, মাগী মনা, মপাল, মথোক অমদি থম্বৌনচিংবা পূম্নমক অসি ফনমক মরাং কায়না লৈববস্থু হুমিৎপু তাবল্লবদি মাগী ফজবা মতৌ পূম্নমক মাঙখিবগুম্না —নিংথৌশিংগীস্থু, মশাগী খোঙ্মী, লাম্মী, রায়েন চৈবাক্কী পাংগল, মবল
ম—ট অমস্থুং মবৈবাক অসি পূম্নমক ফনা যাম্না মবাং কায়না লেববস্থু লক্ষ্মীনা মথোয়বু কাওথোক্লমদবদি থক মবৈত্রে—মরম অত্থনা অসিগুম্বী লক্ষ্মী অসিবুদি য়ারিবমথৈ থাজরোইদবনি।

ডরীনা উগী উশা তাংবগুম লক্ষ্মীস্থু তূক্কচববা, ওইজবা তানবা মীতাত্তদা তুংলৈ।

বস্থু (লাই নিপানথক্কী মমি) শিংগী মমা ওইত্থনস্থু গঙ্গানা ঈথক অমস্থুং কোংগোলনা ঈথক থক্চানবগুম লন-থুম থোকহনবা ওইত্থনস্থু—লক্ষ্মীস্থু ঈথক্কুম কোংগোলগুম থক্চানবীনি।

হুমিৎকী থোঙ্চৎনা মহাবিষুবনচিংবা সংক্রান্তি ময়াম থোকহনবগুম লক্ষ্মীস্থু তোঙানবা মীওই মথল মথলগী ময়ুমদত্তা অস্তুম কোযনা চত্তুনা লৈ।

পাতালগী লৈখুন্দা য়াম্না হেন্না মম্বগুম লক্ষ্মী অসিনবু চঙ্লক্লবা মী অত্থদি কা হেম্না চমম্লাই চুরকই।

ভীমসেনগী মথৌনানা হিড়িম্বা হিংচাবীগী মপূক্লিঙ্ হুখিবগুম অকিবা ফংলবা থৌনাত্তনা হায়রিবী লক্ষ্মী অসিগী মপূক্লিঙ্ চিংবা ভম্মী।

* ... ংজুথাগী নোংথাঙ্গুন লক্ষ্ম স্থু, মীরমলেন অসিদা মিৎকুপ অমগুংগী ওইনা

কজবা যুম অমদি নিঙ্থিবা সহরনচিংবদা কেৎ লাউনা অমুক্তং উৎলম্লগা হেক্তুমক মাঙ্খি ।

কত্রবী চিংচাবীশিংনা মাগী মশা অদুবু মী পূম্নমক্তগী হেম্না য়াং-চাউনা উহন্দুনা অশোল অনাশিংবু কিবনা হেক ঙাওহনবা অতুগুম্না লক্ষ্মীসু অয়াম্বা মীগী চাওখৎপা উহন্দুনা অপঙ্বা মী মথৈবু মাগী য়াথস্তুদা হেক হেক ঙাওহল্লি ।

সরস্বতীনা কোনশিনবীখ্রবা মীবুদি, মহাক্না কল্লক থম্বন য়াথলনা থক লৌশিনবীদে ।

মহাক্না, শম্নহৈদবা অমাংবা পোৎ অমগুম মগুণ লৈবা মীবু থক শোক্তে, অমঙ্গলনি থন্দুনা পূকচেল চাউবা মীবু থাদোকই, অফবা মীবু য়েংহৈদবনি থন্দুনা মমায় থক লৈশিন্দে, শাগৈ জাৎ ফবা মীবু লিনথাক্লুম লংথোকই, অকনববু তিং-থংগুম হুন্দোকই, পীনহৈবা মীবু ফত্তবা মঙ্গুম্না কাওথোকই, ( মঙ্ফত্তবগুম কাউনবা হোংনৈ ), পাপ চেনবগুম নোল্লূকপা মীগী মনাক থক নক্লুদে—থম্বহৈবা মীবুনা অঙাঙবগুম করেম্নৈ ।

অসিগুম্বী লক্ষ্মী অসিনা অমগা অমগা তিন্নবা য়াহন্দবা মাগী মনাৎ অতু ফোংদোক্তূন তাইবঙ্পানবা অসিদা মিত্রংগুম্ন হেক হেক উক্তূনতা লৈ ।

য়ে উ—মহাক অসিনা মৈশা পীববসু অমুক হেক্তা ঈংথহল্লি ( শেলগী নাপল পোকহল্লি অতুগা মী অদূবু অফ ফত্ত য়াথল মাঙ্হল্লি ) ।

মথক্তা থাংগৎপিতুনসু মথাতদা তাহল্লি ( য়ুম্বান কৈবান চাওখৎহল্লবসু অম-রোমদা লমচৎ মাঙ্হল্লি ) ।

সমুদ্রগী ঈশিংদগী পোকপী ওইতুনসু থৌরাংবা হেন্সহনবীনি ( লনগী থৌরাং-বদি লোইবা নাইদে ) ।

ফনমক লাই ওইতুনসু লাই নত্তবগী মতৌনা হেলহল্লি ( মীকোক থোংহল্লবসু মীগী মাঙ্নবা লমচৎ চৎহল্লি ) ।

হকচাংদ পাংগল পীতুনসু তয়াং তয়াংহনবীনি ( থোঙমী লানমী চাওখৎ-হন্দুনসু লীকশিনবা হেলহল্লি ) ।

অমৃতগা পোকমিন্নবী ওইতুনসু লৈয়েঙদা অথাবা মহাউ ফাওহল্লি ( পোলোই য়াহল্লি ) ।

মশক নাইবী ওইতুনসু শংশঙ্নদি থক উঙমদে ( ইনাক খুনবা মশেল থং-নহল্লি, মশক্তি উদে ) ।

অফবা নিপাদা য়াইথুংলবসু ফত্তনা মীবুতা মপাম্মি ( নারায়ণদা তুংজরব-মক্তদা ফত্তবা মীবুতা পাম্মী ) ।

মশাদা লৈথোম্ব তৈরকপী ওইবনা তক্ক তহেনবা পোৎপুস্ন মকৃত্তল্লি ( নাপল য়াওজদবা মীবুস্নু নাপলগী মরাল পীশিনবী )।

খোঙ্‌য়াম্বী লক্ষ্মী অসিতনবু মথি কোৎলরবদি মানা মশক উৎলু উৎলুবা মফমশিং অতুদা—থাউমৈ মৈরীদা কাবা তেংগালিগুম পাপকী থবক্তি মউরে।

য়েংউ—হায়রিবী লক্ষ্মী অসিদি, য়ুম্বান কৈবান চাওথৎনিঙ্‌বগী মশক ওইরবা হুগী উরীবু য়াংবা হেনগৎহন্নবা চাইবা ঈশিংগী মশক্কি ; ইস্ত্রিগী মশক ওইরবা শক্তিশিংগী মকাদনা শাতানবগী ঈশৈগুম্বীনি, লমচৎ ফজবগী মশক ওইরবা অয়েকপা লাইশিংবু মকশিলহন্নবা মথক্কা চুবা মৈথু মপৈনি, শাৎনা তূমথুন হুনবগা মান্নববা পঙ্‌থবগীনা মহাক অসি অমোনবা ফম্মুংনি. ইনাকথুনবগী নাপল-মশক ওইরবী হিংচাবীশিং অতুগী লৈনফম চোংঙাবন অমনবীনি, শাস্ত্রগী মশক ওইরবা মিৎকীনা শূক্কা মম্নবা লায়থুংনি, লমচৎ ফত্তবা পূম্নমক্কীনা মমাঙ্‌ থাবা ফীরালনি, শাউবনা মাঙ্‌ওইনরবী-ঈশিংগী-জীবশিং-পোক্লফম-তুরেনগী মশক্কি, লীক-কোন, চন্দন অমদি নূপীনচিংবা—মুংঙাইবা ময়াই পোকহনবা পোৎ পূম্নমক্কী থক্কফম, চান-ফমগী
মশক্কি, মিৎতা-নাতাগী মশক ওইরবা অভিনয়গী লীলা উৎফমনি, অপাম্বা
১ মিহৌবনচিংবা মতু-চেনবা লিনশিংগী তূংনফম শুকংনি ( মথুলনি ), অফবা
মীশিংগী নিঙ্‌থিবা মরমচৎ মাঙ্‌হন্নবা লী-গী শাজৈনি, চানবীহৈবা-পীনহৈবনচিংবা
গুণগী মশক ওইরবা কাংওশিংগীনা মতম চাদনা চুথরকপা নোংহৌনি, মথোল
হৌনা পোক্‌খায়গনবা মীন' তাথীবা হায়ব' অতুগী শন্দোরকৃফম লমহাঙ্‌নি, লৌনম-
লৌথুপকী মশক ওইরবা লীলাগীনা অহানবা হৌবা মতাংনি, কামগী মশক ওইরবা
শামুগী শান্নফম লফূগী-বন-পাংথকনি, ফজবা লোনচৎকী মীহাৎশঙ্‌নি অমদি ধর্ম্ম
চেনবগী মশক ওইরবা নোংমদোন থানিনগীনা রাহুগী তমথীরবা মবৈ অতুনি।
ড অসিগুম্বী, অরেপ্পা মশক লৈতবী লক্ষ্মী অসিনা তবাম তরাম কোনশিন্দুনা
নমথাক তৌবীথিদ্রিবা কনাগুম্বা মীওই অমত্তবুস্নু ঐনা উথিবা লৈত্রি।

অসিগুম্বী লক্ষ্মী অসিদি উফম চন্দুনা য়েকশিল্লবস্নু হেক্তমক চৎথি, লৈপাক
নত্রগা উনচিংবনা মূর্ত্তি শাতুনা থম্নবস্ন মিত্রংগুম্না হেক্তমক তৌবম্মী, নূংদা
চ—ত হন্দুনা থম্নবস্নু মানা নমথাক মতৌই, শাস্ত্র হৈবা ওইরবস্নু হৌনদবা লমচৎ
হেক্তমক চৎহল্লি অমস্নুং ভক্তিগা লোয়ননা মাবু ধ্যান তৌতুনত্তা লৈজবা মীবুস্নু
মহাক্কা হেক্তমক নমথাক মতৌবি।

অস্নুম্না লমচৎ নাইদবী লক্ষ্মী অসিনা, লাইগী নোংদমদগী করিগুম্বা লাক্তূনা তূংলবা থোক্লবদি, মানা তূংবিক্লবিবা নিংথৌ পূম্নমক অদূবু মথম্বায় য়াজবা মক্তনা মথোঙ্‌ মরম খঙ্‌হনবীদে অতুগীস্নু মথক্তা মরমচৎস্নু মাঙ্‌হনবীরকই।

য়েংউ--অভিষেক ( ফম্বাল তোংবা ) কী মতম মক্তদা মহাক অসিনা নিংথৌশিংগী হান্নদগী চেঞ্জরকপা অচৌবা মপূকচেল অদুবু মঙ্গল চফূ ( নাহৈ পুন ) গী ঈশিংনা হেক হৈথবা থূদক্তা হেক্তমক চাষথোকখি, যজ্ঞদা হোম পীবগী মৈথুমক্তনা মথোয় অতুগী থম্মোই মনূংবু মকশিলহল্লি, পুরোহিতশিংগী মথূক্তা পায়বা কুশ মনাগী মশক ওইরবা শুমজিৎনা মথোয়গী মশাদগী ( নিংথৌশিংগী ) ভাকপিহৈবা গুণ পূন্নমক শিংতোকখি। অরংবা মুগাগী কোয়েৎ হেক য়েংপদা "ঐ অহল ওইরক্কদবনিকো" হায়বা ৱাখল অসিবু হেক্তা কূপশিন্দুনা থমখি, মথক্তা পাল্লা খাল্লিবা শেকপিন্না—মতুংগী মপোক্তীদমক হুন্থনা য়েংবা মিৎয়েং অদুবু লাইন হেক্তমক থৎখি, মশাদা থোগল্লিব' চামরগী মুংশিং অহুনা অচুম্বা ভাঙবা হায়বহু কাউথোকহনখি মথূক্ত' পায়রিবা ৱায়েংশ্লে অতুনা থোজাল হৈবনচিংবা মশাগী গুণ মথৈবু হেক্তমক তকথোকখি, জয়ধ্বনি লাউবগী খোম্থাঙ অতুনা পূকচেল চাউহবু থাগৎনিঙবা ময়াই পূন্নমক মথাদা নমথখি অমস্তুং ফর ফর হাইরিবা ফীরালনা মিংচৎ পূন্নমক মুখৎখি।

থ—ক মশা চোকথরবা উচেক্কী লেকথববা মঙক্কুম্বা, মিৎকূপ অমত্তং ভাল্লম্বী থক্চানবী তন্দন মভালগুম্বা,—অশিংবা মী মথৈনা নিন্দা তৌনফম ওইরবা অতুগুম্বা মবল মথুম অতুৎবু কনা কনাগুম্ব' নিংথৌশিংনা মিতানরি।

কবিস্থ লৈত্রবা ল'ম্লবগী নাপলনা মশা মশাগী মপোক কাউথোক্লখিতুনা, ঈশেংলক্তবা মচাগুম মথল মথা অযাম্বা মরালনা, অস্থুম অস্থুম চাউথৎহল্লকপা মুংভাইনিঙবা হায়বা ৱাখল অতুতন' চাকথেক্লরকই।

শোকপা তাবা ( শব্দ স্পর্শ ) নচিংবা অযাম্ব' হিরম ফংনিঙবা মপানগী ইন্দ্রিমঙা অসিনা মথোয়না পাম্বা মবম অস্থম য়ামশিল্লকপদগী মশীং মঙাত ওইদুনস্থ লীশীং লীশীং লেঙথোবকপা অসিগুম্বা ইন্দ্রিশিং অসিনা অন্নাবা নংবতা মথংই।

পূন্নিঙ হায়বসিস্থ মহৌশানা লম্ফাং চেনগল্লি; মরম অতুনা অমত্ত' ওইদুনস্থ লীশীং লীশীং লোঙবগুম্মী—মবম অতুনা অসিগুম্বা পূক্লিঙ অসিনস্থ নিংথৌশিংবু মথৱায় ৱাবনা লাঙতক্লহল্লি।

অসিগুম্বা মতমদদি মহাক অদুবু গ্রহনা চাববগুমলে, ভূতনা মশাদা তোংলবগুমলে, মন্ত্রনা শুম্মাৎপগুমলে, শাহিং চাবা শানা কোয়শিন্দুনা মরক্তা লৈবগা মান্নরকলে, মুংশিংনা ভাওববা মীওইগুম তৌরকলে—অমুক করি হায়গনি—মশাতু হিংচাবী চঙবগুম্লকলে।

অতুগা কামগী তেন না থম্মোই থূমথ্রবা মীনা মথল মথলগী শকওই পূবগুম

শেলগী নাপল মৈরিনা চাকশিল্লক্লুনা মথোয়স্থ মথল মথলগী মিংয়েং নায়েং হোং-লকই।

নিংথৌগী শাজংতি মতম পূম্নমক্তা রায়থুগুম থোম্নবা চৎলি।

লঙজবা পাপনা মরম ওইদুনা, নিংথৌশিংনা মশাগী তৌকম থোকপা মথৌগী লম্বী অত্থুদা চুম্না চৎচবা ঙম্নবা মপাংগল লৈরক্তে, মরম অদুনা মথোঙ তেক্লুনা চৎপা ঙমদ্রবা মীওইগুম অতোপ্পা মী অমনা মহাকপু কোয়থাং কোয়থাং থাংবী-দুনা তোকই।

ওইদবা রাঙাঙগী দুনা মচীন্দা লায়না ওইহল্লক্লুনা য়াম্না রানা চোইরোন পারোন লোল্লকই।

সপ্তপর্ণ (মনাতরেং লোঙবী) পাম্বীগী মপাল লৈবীক্লা মনাক্তা লৈবা মীবু ঙাওহনবগুম নিংথৌশিংস্থ মথোয়গী অকি অথংনচিংবা পোকহনবা মিংয়েংনা মনাক্তা লৈবা মীবু অৱাবা ফংহল্লি।

শিরমদাই য়োরবা মীনা তৌবগুম নিংথৌশিংস্থ মরূপ মপাংমক্কী মশক থঙবা ঙমদে।

মমিৎ নাবা মীনা অবংবা পোৎ অমত্তদা য়েংবা ঙমদবগুম নিংথৌশিংস্থ মতিক মঙান চাউবা মীবু কল্লক পৃকচেন্না থক য়েংঙমদে।

কাল সর্প (মতমগী মশক ওইরবা লিন) না চীক্লবা মীবু লিনগী মাইবনা শোনবা মগুণ লৈবা মন্ত্রনস্থ হিংহনবা ঙমদবগুম, খ্বায়দগী হেন্না মমল য়াম্নবা পাউ-তাক ফংদুনস্থ নিংথৌন' থক অচুম্বা মথৌ মশক থঙবা লৈতে।

চা-না শাবা লৈতেংনা মৈশা থাঙবা ঙমদবগুম অতোপ্পগী মপাংগল মথৌনা উরগ' নিংথৌনা থক থাঙবা ঙমদে।

অচোবা য়ুম্বীদা পুন্দুনা লেঙবা ঙমখিদ্রবমক্তদস্থ মাহুতনা তম্বীবা য়াদবা লম-হেনবা শামুগী মতৌগুম নিংথৌশিংস্থ নাপলনা থুক্কাৎখিদুনা পঙথনবদগী তুমিন্না লৈদুনা কনাগী পাউতাক অমত্তস্থ লৌদে।

লল পাম্বগী মশক ওইরবা দুগী ময়াইনা ডাওখিদুনা তাইবঙ পানবগী পোৎ পূম্নমকপু লল অদু ডাক্তা ওইনা উরকই।

নূংদা তক্লুনা মচীন থৌহল্লবা অমৃতগী তেনবু লীরুংনা কাপথোরক্লুনা থানিঙবা পোৎতা থাদুনা মাঙহনবগুম য়ুথকচিন্দুনা তমথীরবা নিংথৌশিংস্থ অতোপ্পনা ঈনশিন্দুনা প্রজাশিংবু মাঙহল্লবা তৌই।

অৱাংবদা লৈবা উইহেবু চৈ লংদুনা কেলহনবগুম অরাপ্পদা লৈখ্রবা শাগৈ জাৎ কবা মীবুস্থ নিংথৌশিংগী রায়েন চৈরাক্লা মাঙহল্লি।

ক—ঙ মতম নত্তুনা শাৎপা লৈরাংনা য়েংবদা ফনা ফজত্নুনস্থ মীগীদি ফত্তবা থুদম ওইবগুম, মশক মতৌ ফনমক হেন্দূনস্থ নিংথৌশিংনা মীগী মাঙ্‌ননবগী মরমত থোকহল্লি।

মোংকমগী উৎনা অকিবা ফংবগুম, নিংথৌশিংগী মরল মথুমস্থ য়াম্না অকিবগী মশকনি।

মমিৎ নাবা মীনা অরাপ্পদা লৈবা পোৎ উবা ফংদবগুম নিংথৌশিংস্থ মশাগী পোলোইবু থক উবা ঙমদে।

ওক্তবী নূপীগী ময়ূমনা ওক্তবা নিপাতগী তূংনফম ওইবগুম নিংথৌগী কোন্নুংস্থ পূকচেল পীক্লবা মীশিংতগী তূংনফমনি।

অশিবা মী পোৎলোইবা মতমদা তাবা পূং-মাঙ্‌গঙ্‌নচিংবা ( ঢোল ) মথোল-গুম নিংথৌশিংগী মমিং তাবত্তদস্থ মিপাইনৈ।

অচৌবা পাপকী থবক তৌননবা থৌরাঙ্‌গুম নিংথৌশিংগী রাথল থল্লবা ফাওবদা পূক্লিঙ্ তপথফম্ থঙ্‌নদে।

মুমিৎ খূদিঙ্‌গী পাপনা অস্থুম থনগৎলক্লবা নিংথৌশিংনা মমৈদদি মশা অত্থু অস্থুম অস্থুম কামথৎলকই ( নোয়্থোক চাউথোকপা হেল্লকই )।

অসিগুম্বা ফিবম অসিদা নিংথৌশিংন', অপাম্বা অশাউবনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা দোষকী তূংফম ওইরক্তনা, লৈশৌবুংদা হৌবা-নাপী-মতোন্দা-পকপা-লীক্লা-গুম-লৈথা-তারবা-মক্তদস্থ মশানদি মত্থু থক থঙ্‌জদে।

মশাগী ওইজবা তানবদা হা লেংদবা,—লঙ্‌জানা শত্থুম চাবগুম শেল চোপ চোপ চাবা—অত্থুগা থম্বাল শাৎপা পূখ্রীগুম ফজখ্রবা নিংথৌগী সভাদা উরোক ওইনা চাক্তাবা—অত্থুগুম্বা মী মক্তনা য়োমত্নুনা লৈবা অতোপ্পা নিংথৌ কয়া অমা লৈরি—

অত্থুগুম্বা লৌনম চাউবশিং অত্থনা হায়বদি—"চৌবর শান্নবদি তূক মুংভাইনবা তৌবনি, মীগী নূপী হুল্লাল্লুববু হৈশিংবনি—শাতানববু হকচাং শাজেলনি, মুথকপ-বুনা অরেম্বনি, করিগুম্বা অমত্তদস্থ চেকশিনবা লৈতবা মতৌনা অকনবগী হৌনবানি—মশাগী নূপী হুন্না য়েংবীদববু মশাদা ঈরাং য়াওব্রবনি ( ইন্দ্রি খূত্থুম চনবনি ),

গুরুগী পাউতাক ( অহল্লম্মনগী য়াভাঙ্ ) থোওইদববুনা মীথা পোন্দবনি—

খ—ত মীনাইবু মপু শাহনববুনা মথোয়বু মুংভাইনা সেবা তৌহল্লিবনি ; পূং-ঈশৈ-জগোইদা পূক্লিঙ্ লুপ্প মতৌবু রস থঙ্‌বনি, অহকৃপা মরালবু তাশিন উশিল্লদবনা থৌনা ফবনি—মীনা চৈবা অস্থুম থাঙ্‌ববুনা ভাকশিবনি, তৌনিঙ্‌বতা তৌবা লমহেনববুনা অচৌ অশাংনি, লাইবু থানক্রপা অকনবনি—চীরোন তৌবা মীনা থাগৎপবু মিংচৎনি,

অফিংবব্ মরম ওকৃপনি অতুগা কৃপ্পা থম্বদূনা থবক তৌদববুনা মীচঙ্-শংগন নাইদবনি—”

অস্মুম হায়না নমথাক তৌবা হৈনরবা লৌনম্বা মীশিং অতুনা দোষ পূম্নমকপুস্নু গুণগী মশক ওইহন্নুনা অতুগা মপূক্তনা মখোয়মক্না নোক্নতুনা, লাইমক্না মায়না থাগৎশিন্নহুনা নমথাক হেক হেক তৌবিবদা হায়দগী মরল মথুমগী নাপলদা ভাওতুনা লৈরম্নবা নিংথৌশিং অতুনা অস্মুম তৌনা অমুক্না থাগৎপিরবা মতম অতুদদি ‘ঐ অসি মখোয়না হায়রিবা অসিমকনি চুম্মী’ হায়না থল্লক্তূনা থব্রায় পান্দবা পোৎ অমগুম লেকৃথবা হৌরক্তূনা মশানা ইনৎ নত্তবা অমা ওইনা নাপল হাপকৎলক্তূনা মীওইনা পোক্লবস্নু মহাক লাইগী অংশনা অবতার তৌরবনি নত্রগা মশাদা লাই চঙ্লবনি অতুনা মহাক লাইমক ওইরবনি অস্মুম্না থল্লক্তূনা লাইতনা তৌবা ভম্বা থবকতা মতিক মঙন্ উৎপা হৌরকপদগী মী পূম্নমক্কী নোক্নফম ওইরকই।

অসিগুম্বা অপঙ্বা নিংথৌশিংনা চীরোন তৌতুনা মাবু নমথাক তৌরিবা মনাই অদূবুস্নু অমরোমদা অতুম্মক থাগৎলি।

মশাদা লাই তোংলবনি হায়জিনবীরবদগী অস্মুম রাখল যৈরেংনরক্তুনা মবুদ্ধি মাঙ্শিন্নক্লবদা মশাগী মপাম্বোম অনি অতুগী মহুংদা মশক উদবা মপাম্বোম অনি অমস্নু লোত্তূনা লৈরিবনি হায়না মপূক্তা চেংনা থাজনা থল্লকই।

অতুগা মরাইবক্তা ভনশানা থুমজিন্দুনা অতোপ্পা মমিং অমস্নু পাল্লি হায়নস্নু থঞ্জবা শারকই।

অস্মুম্না ফিবম হোংলক্তূনা মমৈদদি—মাগী মশক উহনবব্ কৃপা তৌবীবগী শীংদা চলহল্লকই—চুম্না য়েংবীরুবা ফাওবা মাতুগী কান্নবা তৌবীবনি থল্লি, চুম্না রারী শামিন্নবস্নু ওইজবা থরা পীবিরবগুম নিঙ্ই, য়াথং অমা তৌবস্নু বর পীবিরবনি থল্লকই—অতুগা কনাগুম্বদা শোকৃলু পায়রুববুনা মী অতুগী মশা শেংদোকপিবনি থল্লকই।

অতুগা মত্তাং তৌবা মতিক ময়াই নাপলনা থুম্মাৎথিতুনা লাইশিংবু থুক্কম্নক্তরে —ব্রাহ্মণবু পূজা তৌত্রে, ঈকাই খুম্নফম থোকপশিংবু ঈকাই খুম্নরক্তে—লাংফম থোকপবু লাংথিত্রে—ব্যবহার তৌফম থোকপদা মতিক চাবা ইকাইখুম্নবা উৎথিত্রে —করি অমুক হায়গনি, গুরুশিংবু উরবা ফাওবদা হৌগৎথিত্রে।

অমরোমদা পণ্ডিতশিংবু ‘করিস্নু কান্নদবদা ময়ুম-মকৈ-পানবগী মুংভাইবা থাদোকপা শান্নিবনি’ হায়না থন্দুনা নোক্নবি, অতুগা অহল্লম্মনগী পাউতাক মখৈবু অহল ওইরক্তূনা বুদ্ধি চোইবদগী চোইত্রং পাত্রং লোনবনি,—করিস্নু কান্নদবনি থন্দুনা মরা লৌবিদে, মন্ত্রীশিংগী পাউতাকপুনা মাবু পঙ্ই

ক—ড

হায়রিবনি থন্দুনা অরানবা তাহল্লি—অসুম তৌনা মাগী কান্নজনবা হায়বিবা মী অদুবু য়ারোই।

অদুগা হিরম থুদিঙ্মক্তা মাবু থাগত্তনত লৈবা মীশীং অদুতগা য়াবী শামিমৈ—মথোয় অদুবুত্তা মনাক নকৃহল্লি—অদুগুম্বা মীওই অদুতগী চাওখৎনবা মতেং পাংই, মাতগা লৈমিন্নবদা হুংঙাইজে, মাবু মপূক পেন্নবা পীথোকই, থাজবা মরূপ ওইনা মাতগী মরা লৌনিঙ্ই—মতোন্দা শেল পীবগী পাম্মুবা লৈতে, মাতবু চান্নি অমসুং হিরম পূন্নমক্তা মহাক অদুতবু থাজে।

অদুগুম্বা মী অদুনদি কমদোবি—অহিং তুংথিল নাইদনা মতম পূন্নমক্তা, মথৌ মচেৎ অমা ফাওবা তৌবা লৈতনা, মখূৎ লেপ্পদুনা, নিঙ নরিবা লাইগুম্না চৌবোক্ত তৌদুনা নিংথৌবু 'হবি-হব' নচিংবগী অবতারনিককা হায়জিন্দুনা মতিক মগুণ থাজনতা লৈ।

অসিগুম্নবা নিংথৌশিং অসিনবু কবম্বা থবক্তা য় য়েন চুম্না চংলমগদগে?

মথোয় অদুনী মকমদদি, তমথীববা পাউত্তাক্তনা থল্লবা অমদি মিন্নশি য়াওব্রবা চাণক্যনা লেংবা নীতি শাস্ত্র অততনা পমাণ ওইনা লৌনৈ লমচৎ নাইদবাথবক্কী লমদ হান্নেংনা লৈবন তমথীবদা পূর্বল চেনব পুরোহিতশিংনা মথোয় অদুগী তম্বী তাকপিব গুরুনি, মবু নমপাক তৌবদা পূক্নিঙ চঙলবা মন্ত্রিশিংনা মথোয় অদুনী পাউত্তাক পীনি শাহুগ নিংথৌ লাশা লশীনা হকপান্নবম্বদগী থাদোক্নবা, লুথ কী মশক শহবর অদুগুম্বা লক্ষ্মী অদুতবু মথোয়না পাম্মী। মী মাঙ হন্নবা পাউতাক্না থল্লব তন্ত্র শাস্ত্রনা মথোয়গী লৈননিংঙ হ পোৎশক্কি অদুগা পোকপিন শাংমিন্নবা গুহবদগী তুংশিজবা প্রকচেন্ন থৌজাল হৈব অমদি মথোয়বু লুনা চান্না নিংজবা মহামনাউশিংমথৈবুনা মথোয় অদুগী য়েক্নবা ওহনা থন্দুনা মরু যুক্তোক্পিনবা হোৎনরকই।

মরম অসিনা মত হবুংন্ত, চন্দ্র পীড়া অসিগুম্বা লুপ্রব অমদি অরাবতনা থল্লবা থবক্তনা অকিবা মশাক ওহবব লেনকডাকপগী যবক্তা অদুগা শুম্হৎলাংনা য়োমতুনা অক ক্ষও রাথল মাঙ্হনবা—লুপ্রবা, ইনাংলকপ চহি মতাং অসিদা—মীনা নোক্নখিদনবা, সাধুশিংনা নিন্দা তৌনদনবা, গুরুজনশিংনা য়াবোনখিদনবা, মরূপ মপাংশিংনা তুংদা চৈবা থাংবা তেনখিদনবা অদুগা পণ্ডিতশিংনা মথন্নায় শোকখিদনবা, চেকশিন্না থবক তৌগদবনি।

মীনম্ শোবি তৌব মীশিংনা নহাকপু মথোয়গী কাঙবুনি হায়না ফোংদোক্নবা, থবও। হৈশিংবা মী মথেনা নোক্নখিদনবা, মতাং চাউব হুরানবশিংনা নরল-নথুম ফংখিদনবা, মীনাইগী মশক ওইরব কৈশালশিংনা নচাক নরণ

চেনখিদনবা, ফম্ভবশিংনা নমথাক তৌবা ভমদনবা, নূপীনা নঙ্বু শুন্দাংখিদনবা, লক্ষ্মীনা নহাকপু নমথাক তৌবীরমদনবা, নাপলনা নহাকপু খুদোম্বীদা হাপখিদনবা, কাম কৌবা লাইনা নঙ্বু ভাওহনখিদনবা, ওইজ ওইথক ৰাথলনা নহাকপু ফাজিন-খিদনবা, প্রোক্ প্রোক্ চাক্লা-পামশিনবা করিগুম্বা হিরম অমত্তুস্মু য়াওদনবা অমদি মুংভাইথোক্লিঙ্বা পূকচেলনা নঙ্বু হুবিখিদনবা—মতম পূম্নমক্তা চেকশিন্না থবক তৌগদবনি।

নহাক নশাদি য়াম্না তপ্চ-ঈংজবা মীওই অমা ওইত্তুনস্মু অদুগা নবাইবুংডো মহারাজনস্মু থোইদোক হেন্দোক্লা চেকশিনবীতুনা নহৈ পূম্নমক শুনা তমহল্লদুনস্মু, লন-থুম হায়বসিনদি. মপূক তয়াং তশোয়বা অমদি চাথুং ফিখুংদবা মীশিংভদা ( ঐনা হায়খিবা ), তৌভমদবা থবক পূম্নমক অদুবু তৌনিঙ্বা পোকহনবনা মাগী মহৌশা ওইনা লেবনা—নঙ্গী নগুণ ময়াম উবদা পেনমল্লদুনা ঐনা অস্নুম্না তূক তাকৃচবা শারিবনি।

অদুগা অসিমদি ঐনা হন্না হন্ন। নিঙশিংলিবসিনি মত্তুদি—লাইরিক হৈদুনস্মু, থম্বহৈবা মী ওইরবস্মু, পাংগল কন্দূনস্মু, শাগৈ জাং ফদুনস্মু, ফনমক পূকচেল তপ্তু-নস্মু, অদুগা ফনা য়াম্না চেকশিনবা অমা ওইদুনস্মু—লমচং নাইদবী লক্ষ্মী অসিনা মী অদুবু অফবা মী ওইহল্লম্বতদি মবৈত্রে।

নবাইবুংডোনা নহাকপু যুবরাজ ফম থিন্দোকপিগদৌবে, মরম অদুনা নহাক্না,

ম—ৰ

মঙ্গলগা থবক পূম্নমক অসিবু মঙ্গলতগীনি নিঙ্উ, নবুধৌ হবুংডোশিংগী হাক্তক্তগী মথং মথং ক'য়দনা পুনবক্লিবা পৃথিবী অপূম্ব-ৰায়েনবগী অরুম্বা কোকথোং অসি নহাকস্মু পুবা ভম্নবা হোংনৌ, য়েক্লবা মকোক নোম্থহল্লু, অদুগা মক্লপ মপাংশিংবু চাওথংহল্লু।

অদুগা দ্বীপ তরেৎনা লৈতেংবী পৃথিবী অসিবু নবাইবুংডোনা জয় তৌবীখ্রবস্মু অভিষেক হেক লোইহবগা দ্বিগ্বিজয় কোয়না চত্তূনা নহাক্নস্মু অমুক জয় তৌশিল্লু।

নঙ্গী নথৌনা শন্দোক্লবগী মতিক চাবা মতমদি হুজীক অসিনি—মরমদি; মথৌনা লৈবা নিংথৌগী ময়াথংদি থঙ্দ উদবা লৈতবা অথোইবা যোগীগী ৰাহৈগুম্না মফম পূম্নমক্তা মহৈ য়ানবনি” অসি ফাওবা হায়রগা শুকনাস অদু মথা তারকখিত্রে।

শুকনাসনা ৰাভাঙ্বা তোকখ্রবদা, পাউত্তাক ৰাহৈ ময়াম অদুনা চন্দ্রাপীড়বু চামথোক্তুনা, মকারামহন্দুনা, তশেং তশেংহন্দুনা, নালহন্দুনা, ঈশিং থীক্তুনা শান্তি তৌথোক্লবগুমদুনা, মশাদা পকশিলহন্দুনা, লৈতেং ওইনদুনা,—কোকথোক চামথোক্লবগুম্না, অমদি হান্নদগী লংথৎলবগুম্না মথৱায় মুংভাইজরদুনা ইপেন পেনবগা লোয়নননা মফম অদুদা ভাইহাক পল্লম্নগা সজাই মচাদা হল্লকলে।

---

# চন্দ্রাপীড়বু যুবরাজ হাপ্পা

অতুগী তুংদা, মতম থন্না নৈরগা অফবা ঙমিং অমদা পুরোহিতনা অভি-ষেক্-কী হৌনবী মঙ্গলগী থবক পূম্নমক তৌবা হৌবকলে। মথাপোনবা নিংথৌ ময়াম্না কোয়শিন্দুনা শুকনাসকা লোয়ননা মহারাজ তারাপীডনা মশামক্না মঙ্গলগী মশক ওইরবা অভিষেককী সনাবুন থাংগত্তনা—সর্ব্বৌষধি, উহৈগী মথল, শ—ষ নৈপাক মরম অমদি মণিমুক্তা মশীং শুনা হাপ্লবা অমদি মন্ত্র শোল্লবা তীর্থ, তুরেল অমদি সমুদ্র পূম্নমক্কী ঈশিংনা মুংদোইবা ঈরা লোয়ননা চন্দ্রাপীড়বু অভি-ষেক তৌবীরে।

মতম অতুদা, হান্না য়েৎলম্বা উপালস্থ থাদোক্কনা অতোপ্পা উপাল অমদস্থ লামতুনা য়েৎপগুম লক্ষ্মীনা মহারাজ তাবাপীড়বুস্থ থাদোক্কনা অভিষেককী ঈশিংনা মশা চোৎলিবা চন্দ্রাপীড়বুস্থ খুদক অতুমক্তদা লামলক্লে।

অতুগী তুংদা সঙ্গাই মন্নুংগী নূপী পূম্নমক্না কোয়শিন্দুনা মুংশিবনা থম্মোই চোল্লবী মহাবাণী বিগ্নাসবতীন', মশামক্না—খাবল মশেক্কুম ভোরবা অমদি থোই-স—ঠ দোক্কুমক মনম মুংশিরবা চন্দননা চন্দ্রাপীডবু মখোঙ্‌দগী মশা অপূম্বা থুংনা তৈবিরে, পোমশাৎনবদা ভায়বিবা অভোবা নৈ পরেংনা মকোক্তা য়েৎশিন-বীরে, গোরোচননা মশা পূম্নমক লৈতেংবীরে অমস্থং নাদা অনৌবা নাপী মনা থেংচিনবীবে।

চন্দ্রাপীড়না থাগুম্না ভোরব', অশাংব' ফীনা পানব', অকূপ্পা লংলাগী অহনবা ফি অনিথক শেংচিন ইনশিল্লে।

পুরোহিতনা মথুক্ত' লংগী রক্ষাবন্ধন পুনবীরে।

থম্বৌ হেরা মানবা অমদি অভিষেক য়েংনিঙ্‌তুনা লাক্কবা সপ্তর্ষি মণ্ডল মাল্লবা মুক্তা পরেং অমনা নৌনা চঙলকপী রাজলক্ষ্মীগুম নাগী থবাক লৈতেংলরে।

অভোবা লৈতনা লেংবা, খুকউ য়োনা চোনব', থাবলগুম থোৎপা অমাদ নগুণ-গুম্না শাংলবা লে পরেং কয়ামকংমনা চন্দ্রাপাড়গী মশা অপূম্বা ইথন থনখিবনা অমদি অভোবা ফিতনা ফিজেৎনবনা মহাকপু, অভোবা মশোং হৌবা নবসিংহ ভগবানগুম —তুরেনগী ঈরোঙ্‌শিংনা মথা পাংনা চেম্বা কৈলাস চীংজাউ মতৌগুম—স্বর্গদা চেনবী গঙ্গাগী থম্বৌ মপৈনা য়োম্লবা শামু ঐরাবত মতৌগুম অমদি শৌগৎলকপ-দমক ভায়রিবা কোংগোল মপৈনা শীনবা থুংখ্রবা ক্ষীরোদ সাগর ( শংগোমগী সমুদ্র ) মতৌগুম য়েংবদা নিঙ্‌থিজরকলে।

মতম অদুদা মহারাজ তারাপীড় মশাগী মথুক্তা লৈচে পায়দুনা চন্দ্রাপীড়গী মমাঙ্‌ থংনা লৈবা মীয়াম মথৈবু তক্‌থোক্তুনা লময়াম্বগা সভা মণ্ডপ তাম্না চদুনা চন্দ্রাপীড়বু সনজ্রীংগী চীংদোন্দা থা কীবা লাইনা কাথংপগুম সনাগী তাঙ্‌বন থক্তা কাথংহনখ্রে।

অসুম তৌনা চন্দ্রাপীড়না, সিংহাসনদা কাংথংলবদা ত্তিন্নবিবা লোই-নিংথৌশিং অদুবু মতিক চাবা ঈকাইখুম্নবা উত্তনা ভাইহাক অসুম পম্থরিভৈদা—সনানা মথোক পানবা পুংয়েজৈনা অচৌবা য়াইবুং য়েদুনা মহাক্তী দিগ্বিজয যাত্রাগী হৌনবী যাত্রা-পুং ( মঙ্গল পুং ) য়েখংলকলে। পুংখোল অদুনা, মন্দর পর্ব্বতকী চৈথেংদা থোক-খিবা ক্ষীরোদ সাগবগী ঈরাউথোনগুম—অকিবগী মশক ওইরবা প্রলয় মতমগী অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা লৈমায়দা ফজিল্লকপা মথোল্লগুম—নাংথাঙ্‌না থেংবদা থোকপা নোংখোংগুম—অমদি নারায়ণগী অহুমশুবা অবতার ওইবা মহাবরাহগী মনাতোন্না থেংবদা পাতাল মনুংদা থোকখিবা মথোলগুম—হৌনা পাক্লা শন্দোকপা হৌরকলে।

হৌরবা য়াইবুং মথোল অদুনা মরোল অহুম্মক্তী ময়াম থংবা শরুক পৃথ্মমক ( পৃথিবী ) ইথল থলহনখিবগুম—য়াকায়কবগুম—থোম্বাঙ্‌ থোকহল্লুবগুম—হোগায়কবগুম—পাকথোকখিবগুম—মনুং হুরনা চংশিনখিবগুম কায়না থুংনা চংখিবগুম অমদি তাবদা নাকোঙ্‌ য়েশিল্লবগুম তৌরি।

অদুগা, য়াইবুং মথোল অসি মায়কৈ পৃথ্মমক্তুগী তাশিল্লরুবদা কিববা অনন্তনা পাতাল মনুংদা, মতোক লৈশীং অমা পানবা মকোক অদু থাংগত্তুনা মচি থুদিঙ্‌ হাইবগুম তৌবি।

মায়কৈ ভাকপা শামুশিংনা য়াইবুং মথোল অসিবু য়েক্লবা শামুন ও বনি থন্দুনা মাগী মাগী মমাঙদা লৈবা চীংগী চীংমায়দা মযানা হন্ন হন্না থিন্দুনা মমান্নবা-চীংনবগুম তৌবকলে।

আতিয়া মথক্তা লুনিংকী বথ চিংলিবা শগোলশিংনা য়াইবুং মথোল তাবদা কিমনথুদুনা ময়াম ওইবা খোঙচত্না চন্দুন মথোল অদুবু অসুম কোয়শিন্দুনা লৈবগুম তৌরকলে।

কৈলাস পর্ব্বত তা লৈবা মহাদেবগী বগুম্বন অমুক্তসু তাখিদ্রিবা মহাদেবগী মীনোক ওইরবোই নিঙ্‌দুনা হরাউনা থোংহুনা থাহবু মথোল অদুগা মরোল ফাওনবগুম তৌরি।

সনজীংদা শামু ঐরাবতনা মথোল লুম্ন ওংদুনা যাইবুং মথোল অসিগী খোম্বাঙ্‌ ওক্লকপা মালহল্লি।

যম লৈবাক্তা, যমগী কায়দোং ইরোইনা হায়া তাখিল্লিবা মখোল অসি তাবদগী শাউহুনা, য়াইবুং অহুবু খুরুম্বা মায়া মচি অনিমক লূকখহুনা ( য়াইন-গদবগী ফিবমগুম ) চৌংহুনা লৈখ্রে।

অহুগা মায়গৈ ভাকপা লাই পুম্নমক্তা মখোল অসি তাহুনা কিবনা থক থক নিক্লখিবনা, অসিগুম্বা য়াইবুং মখোল অসিন মরোল অহুম্মক শীনবা থুংখ্রে হায়বা থড়্বা ঙম্মী।

অদুগী তুংদ য়াইবুং মখোল তাবহুনা চন্দ্রাপীড়না, মায়কৈ পুম্নমক্কগী থোড মী লাম্মী পুম্নমক্তা লাউশিন্নবকপা জয়ধ্বনি মখোল মবক্তা য়েক্কবা নিংথৌশিংগী রাজলক্ষ্মীগা লোয়ননা তাড়বন থক্কগী কূমথরকলে।

চন্দ্রাপীড়না তাড়্বন্দগী কমথবল্লবদা অকোয়বদা লৈরম্ব লোই নিংথৌমথৈশু তকিং তকিং হৌগংনবকলে। চৎপা মতমদা অমগা অমগা য়েংন থেংনবদগী লীকপরেং তংনহুনা—দিগ্বিজয় চৎলমদাইদা মঙ্গলগীদমক চাইথোকপা কবোক অফাবগুম্না অতং অথম লৈতনা মডক্কগী মুক্তা কেম্নহুনা; অভৌবা লৈগী লৈকা খিকৃথবা কল্পবৃক্ষ মথৈনা পারিজাত পাম্বীগী মতুংদা লৈবগুম; মনাতোন্দগী ঈশিং মরীক মবীক কামথোকপা মায়গৈ ঙাকপা শামশিংনা ঐরাবতকী মরুম থূপ্পগুম; থরাম্মাচাক চাইথোকপা মায়কৈশিংন আতিয়াগী শেগ তাংবগুম অমদি অচৌবা ঈশিং মবীক মবীক খিকথবা অমংব নোংশিংনা নেংজুথাগী মতুং ইনবগুম—নিংথৌশিং অমং মতুং ইন্দুন চন্দ্রাপীড় সভা মণ্ডপ তগী থোরকলে।

মপান থোরল্লবদা, নিংথৌ মনাইশিংনা লংনগী যাত্রাগী হৌনবী মঙ্গলগী মশক ওইরবা মথল মথল্গী লৈতেং শুনা হাপ্লব, ময়ায়গী ফম্ফমদ যমহুনা পত্রলেখানা হান্নদগী মথক্তা তোংলক্লবী, শম্মু হপ্পবন থুনা য়ড়্না থৌজিল্লরবী শমু অমোম অমগী মথক্ত চন্দ্রাপীড়ন তো থংলগা সনাকাম্বুং মনুংদগী মপান থোকপা হৌরকপদা মনাই অমন মন্দর পর্ব্বতন নৈবদ ঈক্লক লেশিল্লবা ক্ষীরোদ সমুদ্রগী অনৈবা ঈশিংগুম চ্রৌবনরব, বারুণগী মথুংন থাংগালব কৈলাস পর্ব্বতকুম মঙাল চেল্লবা, মুক্তাগী ঝালর যান্থব ( পে-মন ) অমসু মশ চামন শাবা শেকপিন ( পে ) অমা চন্দ্রাপীড়গী মথক্তা থান্দুনা মুংশা মঙ লথংলকলে।

থোড়গী চেকপল য়াংমদা চন্দ্রাপীড়বু শাইনবয়, মনুংদগীদি মশক উদয়া লোই নিংথৌশিংগী যাবোৎ মঙ্কি অভাড়্বদগী হেন্না ফজনা অমদি হুন্দোরকপদ ডায়বিবা অনৌবা হুনিংকী মশেকুম্বা লুহুপ্পা থাম্ব মণি ময়ামগী অবংব মঙাল অহুনা— অমুম অমুম মপান থোক্লক্লিবা চন্দ্রাপীড়গী যুবরাজ-অভিষেক তৌরবদা মশাদগী যুদোরকপা মতিকমঙাল-মৈরী মশক ওইনা মায়কৈ তবামক্তা শন্দোবকপা, অমদি

যুবরাজ কম কংলবদা মশাদগী থোরকপা অনুরাগগী মতৌ মাল্লবা ঙাঙ্ লৈনবা মঙালনা লৈমায় মথক্কা মচু শঙ জিল্লিবা অমস্যুং ইপন পন্দনা ওইরগদবা য়েক্লবা চাকথেক্লবা থাবা—মায়কৈ খোঙ্মা ।াকপা মৈরী মঙাল শক্লবা অতুগুম্বা মঙাল অত্থনা অহাঙ্বা আতিয়াদা অঙাঙ্বা মচু ফাওহল্লি অমসুং মমাঙ্দা লেপ্লরবী তাইবঙ্-পূম্নমক্কী-লক্ষ্মীগী মথোঙ্দ' তৈবা যাবোৎ মহিমক মাম্না মুমিৎ মঙাল ফাওববু ঙাঙ্শিলহল্লি ।

মপান খোক্লক্লবদা চন্দ্রাপীড়না—মাবু খুক্নমগদবগী চঙ্নরকপা লোইনিংথৌ-শিংগী শামু ময়াম্না তক্নিং তফিং চঙ্নরকপদা মহৈ মহৈ ঈম্নবদগী চোঙ্ শেকপিন মথৈ তেক্লরবা—ঈকাই খুম্না মকোক নোম্নরকপদা মণিগী লুহুপ মথৈ মথাদা তানরক্লিবা—মণিগী নাথুমস্নু মথাদা হিক্থনরিবা—মণিনা শাবা নাপকুণ্ডল মথৈস্নু চায়রুং মথক্কা তনিক তনিক হাইনরিবা—অতুগুম্বা নিংথৌশিং অতুগী মশক মমিং তাক্লনবা মাখৎ পীরবদা—সেনাপতিনা মথোয় অতুগী মমিং মথ' হায়বা হৌরকলে ।

মকোক্কা সিন্দূর ইঙাঙ ঙাঙ্না তৈবা, মম্বাঙ্লন মথক্কা থেৎলিবা ফীরালদা লৈতেংলিবা অপোবা মুক্তা পরেংনা লৈমায় শোক্লিঙ্ শোক্লিঙ্ তোনা হাইথরিবা—অঙোবা লৈপরেং ময়াম্না মকোক্কী লৈতেং ওইনবনা মুমিদাং ময়াইরমগী ঙাংঙ্নবা মচুনা ঈমায়থক্কা য়েরবা গঙ্গাগী অঙোবা ঈচেলনা মথক্কগী চেম্বরিবা অমদি
ম—ম
মথক্কা মকুৎ মতোঙ্ নাইনা অঙোবা নুংতুম ময়াম্না থবাম্মীচাক শানা লৈতেং-লিবা সনজ্জীংগী মশক মাল্লবা ‘গন্ধমাদন’ কোবা মচুম তারবা অচৌবা শামু-য়াইশা অত্থনা তপ্না তপ্না অস্নুম চন্দ্রাপীড়গী মতুং ইন্দুনা চংলি ।

মনাই অমনা, সনা ডাক্তগী লৈতেং মঙাম্না য়েবদা মশা পূম্নমক ইবাং লাংথনা, কুঙ্কুম মহিনা মশাদা খুবাক শানা য়েকপা মাম্না নিঙ্থিববা ইন্দ্রায়ুধবু—চিংথনা মাঙ্থানা থৌগল তৌরবা চন্দ্রাপীড়না ইহান হানবদা নোংপোক মায়কৈ পাংলকলে ।

মহাক্না হেনগৎখ্রবদা, লক্ষ্মী পূম্নমক্না পৃথ্বি লৈমায় মথক্কা ঈথক হৌহনবমথৈ লাঙ্নথনা মতুংইনবা হৌরক্লবদা, চৎনবা হৌৎক্লবা-শামু মথক্কা-তোংবা মীশিংগী অঙোবা চোঙ্ শেকপিনশিংনা ইনোম ইনোম নোম্নরকপা মতৌ অত্থ উবদা, প্রলয় মতমগী সমুদ্র ঈচেলদগী থোক্লকপা অচৌ অচৌবা ঈথক মথক্কা থাগী মমি ময়াম তারবগুম নিঙ্থিরি ।

পুরোহিতশিংনা যাত্রাগী মঙ্গল তৌবীথনা নিঙথিবা ফীজোলনা লৈতেংলবা, অঙোবা লৈতনা মশাগী যজ্ঞবা হেলহল্লবা অমদি মনাই অমনা কোকথক্কা শেকপীন, খাল্লিবা, অনিগুবা যুবরাজগুম্বা বৈশম্পায়ননা অচৌবা তেংগোল লোয়নরবা মথা

পোনবা নিংথৌশিংনসু মতুংদা ইন্দুনা, থুনা চৎপী শামু অমোম অমগী মথক্তা তোংছুনা ময়ুমদগী থোরক্লগা লমথাঙ্‌দা চন্দ্রাপীড়গা থেংনররে।

থানা গুমিংকী মনাক নকশিল্লকপগুম মতৌ অস্ুম তৌনা বৈশম্পায়ননা চন্দ্রাপীড়গী মনাক য়ৌশিল্লকলে।

অদুগী তুংদা, 'যুবরাজ সনা সঙ্গাইদগী লেঙ্‌থোরকলে' হায়বসি মচি থৃদিঙ্‌তানরবদা মাপ্পী মতুংদা চেন্না চেন্না ইল্লরকপা লাম্মীশিং অদুগী অক্রম্বা থোঙ্‌থাংতনা, পূন্না পরেং-লেঙ্‌শিল্লবা-অচৎপা-কুলপর্ব্বতশিংনা সমুদ্রগী ঈগুংবঙ্‌দা লৈবগুম্না পৃথিবী অসি নিকহল্লকলে।

অমগ' অমগা উন্নবদা মহৈ মহৈ থুরুম্নবা নিংথৌমচাশিংগী মণিগী লুছপ মতোনগী অরংবা মঙানশিং অদুগা অমদি উরী উনানচিংবা অতোপ অতোপ্পা মগুঙ্‌গী অরং অরুংবা পাম্বোম ফাবীগী মঙালশিংগনা তোংনা য়াম্নথিছুনা করি করিগুম্বা মফমদাদ মায়কৈ তরামক্তা সনা মচু মানবা উচেক্কী মশা তক্থায়রগা মথুগী মকূপ চাইথোক্লিবা ওইনা উহল্লি, কবিগুম্ব' মফম অমদনা মথক্তা পাইছুনা চৎলিবা য়াহোং মতুগী মতৌগুম্না মায়কৈ তবামক্ত' অথকৃপা অমদি অবংবা ফাওহল্লি, কবিগুম্বা মফমদনা মতম চাদনা মংবা নোংগী নোংথাঙ্‌ মঙালগুম মায়কৈ পূম্নমক্তা ইথক্ থকৃহল্লি, মফম অমদনা, নোনা থোরকপা গুমিংকী অমেঙবা মঙাল তাবগুম নিঙথিজরি।

নিংথৌশিংগী মথক্তা থাল্লিবা অঙৌবা শেকপিনশিং অদুগী মশাদা ইরাং লাংনা মঙান-তাব'-মথল-মথা-অয়াম্ব-মচুগী-মণি-মুক্তানা-লৈতেংবনা অদুগা মতোম্দা থেংলিবা মণি অদুগী মঙাম্নসু মথকলোমদা হাইগৎথিবনা শেকপিনশিং অদুবু য়াহোং মতুনা শাবা মালহল্লি।

ঙাইহাক্তগী মন্নুংদা মালেম লৈমায় অসি শগোলতগী মশক মানখ্রে, মায়কৈ পূম্নমক অসিনা শামুতগী মশকুম উখ্রে, অহাঙ্‌বা আতিয়ানা ফীরাল অমদি চোঙ্‌শেকপিন-তগী মশক ওইরকলে, শামু মচুমতগী মনমনা, শিংলিবা মুংশিং
য—ক ওইহনখ্রে, মী পূম্নমক নিংথৌগা মান্নবা নিঙ্‌খ্রে, মিৎয়েংনা লৈতেংগী মঙানগুমখ্রে, মুংশানা লুছপ মপৈগী মশক মানখ্রে, অদুগা মতম অদুবুনা চামরগী মশক ওইনা উরকলে অমসুং মবোল অছম্মক অসিনা জয়ধ্বনি মখোলগী মশক ওইখ্রে।

কুলপর্ব্বতশিংগুম্না চাউরবা অমদি ময়াইকারবা শামুশিংনা মায়কৈ থোম্না চৎলকলে, থা মকোয় মানবা চোঙ্‌ শেকপিনশিংসু লেঙ্‌লকলে, অচৌ অচৌবা য়াইথুং, লানথুংশিংসু প্রলয় মতমগী লূম্নবা অকিবগী মশক ওইরবা নোংথোংগুম্না হৌনা মখোল থোক্লকলে, থরাম্মীচাক মকুপ্পা নোং চুবগুম শামু মনাতোনশিংদগী

ঈশিং মরীক মরীক কামথোকপা হৌংকলে লৈমায়দগী হাইগৎলকপা অন্নাউবা উফুন্না ধূমকেতুগুম অকিবা মশক ফংলকলে, অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ তারকপগী মখোলগুম অয়াকপা অমদি অক্কন্না মখোলনা শামুশিংনা ঙংনরকলে অমস্তুং মকোক্তা তৈবা সিন্দূরগী মবূপ মবূপ্পা ঈ-গী নোং চুবগুম কোয়পাহ পাইবকলে, শগোল মপৈস্নু পাথৎলকপ সমুদ্রগী অচৌবা ঈথকুম চৎপা হৌবকলে।—মায়কৈ 'পূম্বা মমশিলহনবমথৈ শামুশিংনা মচুম শিন্থনবি অচুগা লান্মীশিংগী নিন থোংবতনা তাইবঙ্ মাপং শীনবা থুংলি—ময়াম পূম্মক অসি উবদা মতম অচুদা মহাপ্রলয় তৌগদৌবমাল্লে হায়না নিঙ্লকলে।

অঙৌবা ফীরালতন ক্রস ক্রক্ ঈন্নন। থনজিনখ্রবা মায়কৈ তরামকনা,—লান্মীশিংগী লাঙ্ব ঈবাউথোন তাবদা কিবতুনা মক্কম থঙ্দন লোংখ্রমাল্লে নিঙ্লি।

ময়াই কাববা শামুশিংগী মথক্তা থেংলিব যাবাল মপৈনা য়াম্মনথিবনা, অমোৎপা উফুন থংনবা কিনব আতিয়ানা যাম্না থপ্প রাংথৎথিনগুম উবি।

অকনব লিংথো মনাইনিংগী মখূও পায়ব লাইন তকুথে কুপবক্লবা নুমিৎ মডাম্ন, শগোলশিংগী মথোঙদগী হাইগংলকপ উফুন পক্লুনা রাউথক্লবা মশাগী মমাঙথংবা শরুক অদূবু হুন্দোক্লমদুনা চংথিবগুম উবি।

শেকপিন মপৈন নুমিৎ মডল থনজিনখ্রবদ মতম অদুগী অডানবা শরুক অদূবু শামু মনাতোনদগী থাক্রকপা ঈগিগী লৈচন্ন মথাক শিননবা মবম ওইরে হায়না কিবদা মশক লোংথিবগুম নিংলি।

লান্মাতগী থোঙথাংনা থক থক নিঙ্গনা রান থাদ্লিদ্রৈ লৈবক্ত ময়াঙকাবা শামু ময়ামগী মথোঙনস্নু অমুক্ক নৈহংশিবক্লবদা শিরনদাহ পুংথেল নাল্লবা অহোবা লানবুং অমস্থূ ধানজিল্লকপগুন্না পৃথ্বি লৈমায়থক অসিদা অকিবা ফংনা মখোল থোকলি।

লৈপাক্তা তারিবা শামু মচুম মথক্তা অমদি শগোল মঠান্দগী নাস্থরকপা অঙৌবা কোংগোল মপৈ মপৈদা নেংলুবা থোঙ্মা লান্মাশিংনা থোঙ্থাং থুদিঙ্ নাম্থুনবি।

য়াইনম নম্বা, য়াম্নস্থ য়াকপ মশাদগী শিন্থবা মচুম-মনমনা হাববা অচুগুম্বা শামুশিংগী মনাতোন অতুগুম্না লাম্মাশিংগী মনাতোনমথৈস্নু অতোপ্পা মনম অমা নম্লক্লবগী পাংগল লৈথিদ্রে।

অস্নুম্না লান্মীশিংনা মাঙ্ থাতুনা মথং মথং চৎলিবা মীয়াম অসিনা লাঙ্বগী ইন্নিলনে, য়াম্না হৌরবা লানবু মথোলনে, থুরুপ মখোল মরক্তা থেকলকপা শগোল মখোলনে, অচৌবা মনাকোঙ্ মথৈনা অতৎপা লৈতনা হুয়বগী মখোল

লোয়নননা হৌনা থোংবা শামুশিংগী মখোলনে অমদি মখোয়গী মতক্কা শিরিবা লৈতেং-মরক্কা-থেৎলিবা কিঙ্কিনীগী লুংশিবা মখোল থোকৃহন্দুনা-চৎপা শাজংকী-

ক—খ ঈহুন্দা থোক্লকপা 'টং টং' হায়বা শরীক্কী অকিবা মখোলনে, লময়িন্-মোইবুং মখোলগা তিন্নহুনা অমুক্কা হৌবা হেলহল্লবা লময়িন-পূংখোলনে অমস্তুং অতৎপা লৈতনা মায়কৈ পূন্নমক্কা য়ৈরি থীল্লিবা ঢোল মখোলনে—পূন্নমক অসিনা নাকোঙ্ চেকথায়নহুনা মী পূন্নমক য়াম্হনগদবগুম তৌরি।

লাম্মীশিংনা চৎপদা হাইগৎলকপা উফুল্লা লৈমায় মথক অসিদা মকম থুদিঙ-মক মচু তিন্নদবদগী করিগুম্বা মচি অমদা কারকপা উফুল্লা ঙা-মথাগুম উৎ মচু মাল্লি, মকম অমগীনা উট কৌবা শাগী মশোংগুম য়োং মচু মাল্লি—মকম অমগী উফুল্লা অহল ওইরবা 'রল্লক্'' হায়না কৌবা শজিগী মতুগুম মুশিন মুনা হাইগৎলকলি, মকম অমদনা তশেং তশেং শূদোক্লবা মুগা লংগুম্না ঙৌরুনরি—অমদনা অরিবা থম্বৌ হেন্না মচুগুম ঙৌরোক ঙৌরি—অমবোমদনা য়োং হন্নবগী মচু মাল্লি অহুগা মকম অমদনা মহাদেবগী যগুম্বনা শগুপ শায়বা মতমদা থোক্লকপা মথয়াৎ-কোংগোলগুম ঙৌথোকলি।

গ—ঘ নারায়ণগী মথোঙ্ থম্বালদগী থোক্লকপী গঙ্গা ঈচেলগুম উফুল মপৈশিং অহুস্থ শগোল ময়ামগী মখোঙ্দগী থোক্লকলি।

শাউরবা মীনা থাঙ্হৈবা গুণ থাদোক্লরকপগুম উফুন মপৈশিং অহুস্থ লৈমায় মথক থাদোক্লবকলি।

ফাগ তৌগনবা মীগী মথূৎনা অতৈ'প্পগী মমিৎ খুমজিন্দুনা থম্বগুম উফুনশিং অহুনস্থ মীগী মমিৎ উহন্দ্রি।

ইথৌ লাংলবা মীগুম্না, উফুনশিং অহুনা, শামু মনাতোন্দগী থোরকপা ঈশিং মরীক মরীকশিং অদুবু থকচিনখ্রি।

উচেক্লুম নোংথক্কা পাইথৎলি।
থোইমুগুম শামু মচুমদা নপাশিল্লি।
নোংশাগুম শামু মকোক্কা তোংলি।

লানঙম্নবা নিংথৌনা মায়থীরবা য়েক্লবশিংগী ফীরালমথৈ থোমজিনবগুম, উফুনশিং অহুস্থ দোলাহৃদা পেৎপা ফীরান পূন্ননক্কা কোয়থেং থেংলরি।

অহল ওইরবা মীগুম্না মীগী মকোক পূমডৌ ঙৌহল্লি।
মিৎকি পা-মতোন্দা পকথিহুনা শেংনা উহল্লি।

লাম্মীশিংনা চিন্নরিবা থম্বাল লৈরীক্কা পকপা অনঙ্বা লৈহী মরীকৃশিংদা মনম নম্নিঙ্বগুম পকশিল্লি।

য়াংকোক শাবা শামু মনানা হুমদোকপিগনি হায়না কিন্থনা মথোয়গী মনা-কে'ঙ্ চক্রে মনুংদা অমদি মরাইবক্কী শস্ত্র অতোঙ্‌বগী মথা অকুৎপদা চঙ্‌থনা থুপ্লুরি।

নিংথৌশিংগী লুহুপ্তা য়াওরিবা, মণি মচেৎ মচেৎ থামথনা শাব' ঙা-মণ্ডঙ্গী লৈত্তেংশিং অথনা ময়া কাথোক্তনা উফুনশিং অদুবু য়োৎশিনখিবগুম নিঙ্‌লি।

মকোক হাইবদা মচি খূদিঙ্ ইচাই চাইনা শগোল মচীন্দগী তাবকপা কোং-গোনগী মশক ওইরবা লৈ চবোং চয়োংশিংনা উফুন অদুবু পুজা কৎপগুম উরি।

ময়াইকাবা শামুশিংগী মকোক্তগী কেল্লকপা লৈঙাঙ্ মকপ্লচিংবনা উফুন অথুগী মতুং ইন্নবকপগুম তৌবি।

চামরগী শউমদা হুমদোরকপা শামু মরাইবক্কী আবের মকূপ মকূপ্না উফুনশিং অথুগা হবাউনা লেংগোয়বগুম তৌরি।

নিংথৌশিংগী মকোক্তা য়েংপা লৈপরেংশিংদগী কেল্লকপা লৈবীকশিংনা উফুন-শিং অদুবু অমুক্তা হেন্না পাকথোক চাউথোক্তা পাইখিনবা মথৌন' হাপলিবগুম উরি।

অসিগুম্বা উফুন মপৈশিং অসিনা উৎপাত তৌবা বাহু গুম মতম ইচা চাদনা থুমিৎকী মকোয়বু য়োৎশিনখি।

যাত্রাগী মতমদা নিংথৌশিংগী মথূন্তা পুল্লকখিবা রক্ষা বন্ধনগী লং মথক্তা পকলিবা উফুনশিং অথু উবদা মদূবু গোরোচন মকূপ ওইরবোই নিঙ্‌লি।

চন্দন পাম্বীবু লৈনথংপা মতমদা থোরকপা হোরায় মকূপকুম উফুনশিং অথু মচু য়াউথাংনরি।

মতম চাদনা মংলকপা নোংগী মপৈগুম্না, মরোল মরোল লোনশিন্নথনা কুংশিল্লবা উফুন মপৈ মপৈ অথনা, মশীং লাকডমদ্রবা লাম্নীশিংগী মথোঙ্না কাও-থায়বদগী য়ামথোরক্তনা তপ্না তপ্না অস্থুম অস্থুম পাকথোরক্তনা মালেম লৈকোয়-বুং পুম্নমক অসিবু পীশক পীর্ক'শলহল্লক্লে।

অথুগা পাক চাউরবা উফুনগী মশক অথনা অস্থুম অস্থুম শন্দোকপা হৌরক্ল-বদা মথোয় অদুবু—ক্ষীবানগী মশকুম,—য়েক্লবশিংগী মশক ওইরবা থম্বাল বনগী মাঙ্‌হন তাকহন্নবা থোকপা উনগী লৈচিনগুম—রাজলক্ষ্মীগী-লৈত্তেং-পোৎচঙ্-আবেবগুম—য়েক্লবশিংগী শেকপিন মানবা থম্বাল বনদা তারবা উনগুম—
ঙ—ক লাম্নীশিংগী অরাম্বা থোঙ্‌থাংনা নৈহৎপিরবী লৈপাকলৈমনা বাহুবগী অমম্বা মশক মায়া—অচৎপা লাম্নীগী মত্তোগুম্বা নোংজুথাগী কদম মপালগুম—হুংশা মতালগী মশক-ওইরবা-থম্বাল-বন-লৈথায়বা-শামুগুম—আতিয়াগী-মশক-ওইরবা-

লৈমায়-তাউথোকহনবা প্রলয়-সমুদ্রগী ঈচেলগুম—অমদি মরোল অহুম্বক কোল্লিবী লক্ষ্মীগী য়ায়থুম কি ওইনা তোঙান তোঙানবা মশক লৌবগুম উরি।

হায়রিবা উফুনশিং অসিনা আদি বরাহদেবগী মশোং মপৈগুম অয়াম্বা মচুনা তিন্দুনা অমদি প্রলয় মৈরীদগী থোক্লকপা মৈথু ময়ামগুম চাউনা উরি।

মথোয় অসিবু পাতালদগী ফাংগৎলকপগুম—লাম্মীশিংগী মথোঙদগী থোরকপগুম, মথোয়গী মমিত্তগী কাপথোরকপগুম—মায়কৈ পুন্নমক্তগী পুনশিন্নরকপগুম,—আতিয়াদগী তাথরকপগুম—নুংশিত্তগী থোক্লকপগুম অমদি নুমিৎ মত্তান্না ওস্থোরকপগুম উরি।

অতুগা উফুলশিং অসিনা জীব পানবা পুন্নমকী মকমদা নিত্রাগী মশক ওইন্না উরবস্থ মথোয়না কনাবুস্থ জ্ঞান মাঙহনবদি তৌদে; অমম্বগুমনদি উই হায়ববু নুমিৎ তারগা থোক্লকপদি নত্তে; লৈন্নুংগী যুম মান্না উরবস্থ ওলাঙথাদদি উংলদে; খা শিখরকপগী য়াচঙবা মতম মাল্লবস্থ থবান্মীচাক্তি থোক্তে; নোংজু পাম্বা মাল্লবস্থ নোংদি খক চুদে; পাতালগুম নিঙলবস্থ লিনমথৈদি কোয়না খক চংত্তে—

মতৌ অস্থুম তৌনা উফুন মপৈ মপৈ অতুনা বামন দেবগী মথোঙগুম অস্থুম অস্থুম চাউথোরক্তুনা মবোল অহুম্মকপু শীনবা থুংখ্রে।

কুমগী নোং-ঈচাউনা-শাৎকায়রবা থম্বাল অশংবগী বনবু থুম্মৎপগুম্না, ক্ষীরোদ সমুদ্রগী কোংগোনগুম ভোরবা লেমায়থক্তা উফুন মপৈনা আতিয়া মকোয় পুন্নমক থুংনা কুপশিনখিবদগী মানা কোয়য়েং য়েংনরকলে।

উফুল মপৈ অসিনা মচু রাউথোকহল্লবা নুমিৎনা, ফীরান মতোন্দা য়াম্বা চামর অতুগুম্না মশাগী মঙাল করিস্থ য়াওখিদ্রে।

অসিগুম্বা, লাম্মীশিংগী ফীরানগী মশক ওইরবা উফুন মপৈ মপৈ অসিনা, অকুপ্পা লংলাগী ফিগুম ভোববী মন্দাকিনীগী ঈশিংবু মকশিলহনখরে।

নিংথৌগী লাম্মীশিংগী অরুন্ধা অতুনা হকমল্লবদগী মহুবু পুবদা রাজরবী পৃথিবীনা মশাগী কোকথোং থাজনবগীদমক উফুল ওইনা স্বর্গদা অমুক কাখিবগুম উরি।

হায়রিবা উফুন মপৈ অসিনা কুমিৎকী রথদা থেংলিবা ফীরাল অদুবু মচু রাউথোকহন্দুনা নুমিৎ মঙাল পুন্নমকপু থক্চিল্লুবদগী মপূক মনুংদা শারক্লত্তুনা সমুদ্র তান্না চৎলগা ঈশিংদা লুপথখিবগুম তৌরি।

অতুগা ঙাইহাক অসিদা, লৈপাক লৈমনা—অপোকপী মমাগী গর্ভদা চঙখিবগুম—প্রলয়গী সমুদ্র-ঈশিংদা লুপখিবগুম—যমগী মপূকতা তাখিবগুম—মহাকাল কৌবা লাইগী খায়াং মনুংদা চঙখিবগুম—নারায়নগী থমুংদা অমদি ব্রহ্মকোষ (ব্রহ্মা-পোক্লকপা থম্বাল মনুং) মমুংদা চঙশিনখিবগুম তৌরি।

মতম অদুস্‌ লৈপাক্কী মশক ওইখ্রে, মায়গৈশিংসু লৈপাক্কা তৈশিল্লবগুম ভাল্লকলে, আতিয়া মকোয়সু উযুলতগী মশক ওইখ্রে অদুগা মরোল অছুম্মকসু ( মথক, ময়ায়, মথা ) ঙম্মা পৃথিবীগী মশক ওনখ্রে।

মথংদা, মশাগী মথৌনানা ময়াই কাববা শামুশিংগী মনাতোন্দগী কামথো-কয়পা ক্ষীরোদ সমুদ্রগী ঈশিং মবীক মানবা কাংলৌবা ঈবীক মবীক মরীক্কা অমদি য়াংকোক শাবা মনানা হুম্বদা মায়গৈ থংনা চাইথোরক্লিবা মশা মশাগী মচুম মবীক্কা,

খ—জ অমদি খেক্ত না খো'নবা শগোলশিংগী মচীন্দগী কামথোক্লবকপা তিম্বাং মকূপ মকূপ্পা মথাদা তাতুনা উফুন যাখ্রবদগী মায়কৈ পূম্নমক্‌ অমূক ভাম্থোক-হল্লক্লবদা সমুদ্রগী ঈনুংনঙ দগী ফাওগৎলকপা মাল্লবা মপাল নাইত্রবা লাম্মী মপৈ-অদুবু-উবদা-ভক্লবা বৈশম্পায়ননা মায়কৈ থু'না লৈতুনা অমুক্তুং য়েংলম্লগা চন্দ্রা-পীড়দা হায়বকই —

"যুবরাজ। নিংথৌবেল তারাপীডনা জয় তৌথিদ্রিবা কবিবু জয় তৌবীগ-দৌরিবনো,—খুত্থম চনশিন্দ্রিবা কবম্বা মায়কৈ লৈতুনা হুজীক মজাইবুংঙোনা খুত্থম চনবীগদৌরিবনো, কবম্বা লৌশিন্দ্রিবা লানবন লৌশিনবীগদৌরিবনো, চাইথায়থি-দ্রিবা দ্বীপান্তর কবম্ববু চাইথায়বিগদৌবিবনো, অৱাংপা করম্বা মণিমুক্তা লৈতুনা নৌনা তানশিনবীগদৌরিবনো ?

মহাক্কী মতিক মগুণদা মকোক নোম্রিবা কবম্বা নিংথৌ য়াওরিবগে, কবম্বা নিংথৌনা থম্বাল অপোম্বা মান্না মকোক্তা মখুৎ লোম্নদবা য়াওবিবগে, মবাইবক্কী লৈতেং সনা মপাক্কা তকপদা লৈমায় নালহনথিদবা করম্বা নিংথৌ য়াওরিবগে, খুরুম্বা মতমদা কনা নিংথৌনা মহারাজ তারাপীডগী খোঙনেৎ-ফাল অতুদা মকোক্কী মণিনা থেংনরমদবা য়াওবিবগে, খোঙশঙ্‌না শাতুন' মখুত্তা লীচৈ পায়থিদ্রিবা কবম্বা নিংথৌ লৈরিবগে ; চামর থৌগল তৌথিদ্রিবা কনা নিংথৌ য়াওবিবগে ; জয়ধ্বনি লাউথিদ্রিবা করম্বা নিংথৌ ৱাৎলিবগে . অতুগা সমুদ্রগী অচৌবা ভানা সমুদ্রগী ঈশিং থক্লবগুম্না লুহুপ্তো য়াওবা সনান' শাবা ভা-মণ্ডভ মানবা লৈতেং অতুনা মহারাজ তারাপীডগী চরণ খুজীন্দগী থোক্লকপা মক্তুবা মভাল অদুবু থক্লথিদ্রিবা করম্বা নিংথৌবু লৈবিবগে ?

অতোপ অতোপ্পা দ্বীপ ময়াম জয় তৌবা চৎপদা সমুদ্র মরিমক্কী ঈশিংদা লূপ্তুনা খোইদোক্লা মথৌনা লৈবগী খুদম উৎখ্রবা অতুগুম্বা লাম্মীশিংগী মপালনা লাপল চাউজরবা অমদি ভগীরথ, দশরথ, ভরত, দিলীপ, অলর্ক অমসুং মান্ধাতাগা মান্নমা মগুণ লৈনরবা, অচৌবা শাগৈদা পোকপ, সোমবস থক্লরবা অমদি লৈপাক মপুম্ন ওইনরবা নিংথৌ পুম্নমক অসিন', মথোক্তগী মথক্তা হৈথবকপা অভিষেক্কী

ঈশিংনা শেংনা চামথোকখ্রবা মশা মশাগী মকোক্তা থেৎপা মণি মথৈনা তিনকোক লাইকোকনিঙাই মশক্কুম্না যুবরাজগী থুয়া উফুন লৌনরি।

অতোপ্পা কুলপর্ব্বতকুম্না পৃথিবী অসিবু ঙাক্লরিবা অদুগুম্বা নিংথৌশিং অসিগী লাম্মীশিংনা মায়কৈ পূম্নমক শীনব থুংনা ঙসিদি মজাংহবুংঙোগী থোগল তৌজরি।

মহুমক য়েংবীয়ু—; য়েংথি য়েংথিবা মায়কৈদা উবীগনি,—পাতালনা লাম্মী ওথোরকপগুম, পৃথিবীনা লাম্মী পোক্লকপগুম, মায়গৈ পূম্নমক্লা লাম্মী কামথোক্ল-রকপগুম, আতিয়াদগী লাম্মীগী নোং হৈথরকপগুম অদুগা ঙসি কৌবা মুমিৎনসু লোইবা নাইদনা লাম্মীতবু থোকহন্দুনতা লৈবগুম তৌরি।

ঐনা খল্লি, মজাইবুংঙোগী মশীং লাকওমদ্রবা লাম্মী মপৈ অসিগী অক্লম্ব পুঙম-দ্রবী পৃথিবী অসিনা ঙসিদি মহাভারত তা থোকখিবা কুরু পাণ্ডব অনিগী লানফম অদুবু অমূক নৌনা নিঙ্শিংলকলি।

ম—১ ফীরান পূম্নমক্কী মথক্তা মশাগী মমি তাবদগী ঙক্চানরবা মুমিৎনা অমম্নমত্তা মশীং থীনা থীনা চৈথোক পূম্নমকপু ফীরাল মন্নুংদা হেক হেক ওশিল্লবগুম তৌরি।

অদুগা মায়কৈ পূম্নমক্তা এলাইচী মনম নম্বা শামু মচুম ঈচেলশিংদা ইনিন নিন্না তোংলিবা থোইমু মপৈ মপৈনা যমুনাগী ঈথক ইপোম হৌবা মালহল্লিবা— অদুগুম্বা শামু মচুমনা কুংনা কুংনা তাত্নুনা লৈপাক লৈমনা ঙাম্থোইবিবগুম তৌরি।

মায়গৈ থূদিঙ্মকপু খনজিল্লিবা, থাগুম্না ঙোবোক ঙোবা ফীরালশিং অসিবু, লাম্মীশিংগী মথোঙ্না নেৎপগী চৈনাথোল ফংগনি হায়না কিরব তুরেলশিংনা আতিয়া মথক্তা কাথক্তনা লৈখিবগুম উরি।

থ্বায়দগী হেন্না ঙক্লিবা অমদি—লাম্মীশিংগী থোঙ্থাং অরূম্বনা কুলপর্ব্বত-শিংগ লান্দাই পূম্নমক হিক্তোক্লখ্রবা অসি ফাংবদা পৃথিবী অসিনা ঙসি লীশীং লীশীং থোক্লা মচেৎ তাথিদ্রবা—অমদি লাম্মী-থোঙ্থাং-অরূম্বনা নৈহৎপিরবা ফাওবদা অনন্ত কোন লিনগী মতোকশিং অদুনা পথিবী কোকথোং নাবদা হান্নগী মফম অদুম্মক লেঙ্দনা লৈবা ঙম্লিবা মতৌ অসিনি।

বৈশম্পায়ননা অশুম্না য়ারী তৌনা তৌনা লাকপনা, যুবরাজ চন্দ্রাপীড়না,

হান্নদগী শেমদুনা লৈরবা অকক্লবা মফম অমদা থুংলরে। মফম অদুগী

ঙ—ত মপানথোঙ্শিং অদু য়াম্না রাংহৈ, চেকপল মণ্ডপদা লৈবা—নাপীনা ইশং শংবা লমদমদা মন্দিরনা থম্না লৈরি; অদুগা নৌনা খনগৎপা ফিগী শঙ্ময়াম্না মফম অদু লৈতেংলমলি।

লৈফম অদু য়োববদা চন্দ্রাপীড়না শামু অমোন অদুদগী কূমথদুনা থবক পূম্ন-মক্তা লিংথৌগুম্না পাঙ্থোকপা হৌরকলে অদুগা, লোয়নরিবা নিংথৌ, মন্ত্রী পুম্নমক

অহুগা কম্মিন্নহুনা মথল মথা অয়াম্বা য়ারী য়াতাই শানহুনা হুংডাইথিদি হায়বদু নৌনা মবাইবুংডোগা কায়নরকপগী অন্নাবনস্থ থম্মোই মৈশা লাংথিবনা য়ানা য়ানা হুমিৎ অহু অহুম্মক লেনখি।

হুমিৎ তাম্রবদা, অহিংদা, মশাগী ফম্মুংগা নন্ননা থাবিবা ফম্মুং অমদা হিপ্লিবা বৈশম্পায়নগা অমদি মনাকমক্তদা লৈমায়দা কম্বল থাহুনা হিপ্‌লিবী পত্রলেখাগা লোয়ননা মবক মরক্তা মবাইবুংডো মহারাজগী, মমাইবেম্মা মহাবাণীগী অমদি অমুক্তা শুকনাসকী মবমদা অম্মুম য়ারী শানহুনতা লৈবদা, অহিং থোইনবু তুম্ন-খিদ্রে—মিৎ শিংনা শিংনা অহুম্মক লৈনহুনা অহিং অহু লেনদ্রে।

অযুক ওস্তানা হৌগত্তুনা হান্নগুম্না পোত্থাবা লৈতনা অমুক চৎপা হৌরকলে। অম্মুম চৎলিডৈ অসিদা, হুমিৎ খুদিঙ্‌গী অনৌ অনৌবা লাম্নী ময়াম লাক্তনা খোম-জিন্নরবনা অমুক্তা হেন্ন য়ামথৎলক্লবা মাগী লাম্নীশিং অহুনা পৃথিবীবু য়াহন্দুনা, চীং মথৈবু থক্ থক্ নিক্‌হন্দুনা, তুবেলনচিংবা ঈশিং লৈফমগী ঈশিং মথৈ চুপ্‌শিল-হন্দুনা, বন পুম্নমক চাইথায়হুনা, অতোঙ্‌-অৰৎ লৈতেম মান্নহল্লমহুনা, লানডম্রবা চীংজাউশিংবু তুমহল্লমহুনা, পাৎ মথৈবুনা ফুলহল্লমহুনা অমদি অচৌবা লৈপুং মথৈবুনা কৃৎথহল্লমহুনা চৎপা হৌবকলে।

তপ্প তপ্পা মনিঙতৌনা অম্মুম্না চত্তুনা চন্দ্রাপীড়না মথৌনানা ময়াই কারবা নিংথৌশিংবুন লাকশিল্লে, অহুম্মক মথা পোনগে হায়না য়াজবা নিংথৌ মথৈবুনা শীথোকপা—ঈকাই খুম্নবিবা অসিনচিংবা উত্তুনা হেম্নহুম চাওথৎহনবীরমলে, মাবু কিজবা নিংথৌশিংবুনা লুনা চান্না য়োকথৎপিবে, চঙ্‌জবকপমথৈবুনা ভাকপিবে, লৌনম তৌবশিংবুনা মরু ফাক্তাক্লে, অপীকপা য়েক্লবশিংবু (শীক্তা নিংডাইচাউবশিংবু) চাইথায়রে, মফম মফম খুদিঙ্‌দা নিংথৌ মচামথৈবু অভিষেক তৌহুনা নিংথৌ হাপ্পি-রমলে। সনা লুপা মণি মুক্তানচিংবা লন থুমস্থ য়াম্না খোমজিল্লে, খুহুম চল্লবা নিংথৌশিংদগী খুদোন পোৎ কয়া লৌরকলে—লোইপোৎ কয়া খোমলকলে।

লাকশিল্লবা লৈবাকশিংদা য়ায়েন থৌদাগী নিয়ম কানুন-নচিংবা শেমহুনা
থ—ন লিংথৎলমলে, মফম খুদিঙ্‌দা মশাগী লানডম ফীরাল হাইগৎলে, লৈবাক পুম্নমক্তা মাগী লানডম পাউ কোয়না চেম্মোকলে, মায়থীরবা নিংথৌশিংবু মাগী মথা পোনবা য়াবগী হৌনবী লাইবিক ইহন্দুনা পায়শিল্লে, ব্রাহ্মণশিংবু ঈকাইখুম্নরে, মুণিশিংবু খুরুম্নমলে, আশ্রম মথৈবু নিঙ্‌থিনা ভাক্লবা থৌরাঙ্‌ তৌরমলে, মী পুম্ন-মক্তা মহাকপু থাজনহল্লে অমদি মুংশিনহল্লে, লৈবাক পুম্নমক্তা মতিক মঙাল উৎ-লকলে, মথৌন শীজিন্নহুনা মিংচৎ হেনগৎহল্লে, মগুণ শন্দোক্তুনা মীবু মাগী নিঙ্‌থিবা মরমচৎ খঙ্‌নহল্লে অমস্থং সমুদ্র মপান্দা লৈবা বন মথৈবু নৈহৎলমলে—অম্মুম

তৌত্থনা, লাল্মীশিংগী থোং থাংদা থোক্লকপা উকুল মপৈতনা সমুদ্র পূম্নমক্কী ঈশিংবু য়াউথোকহন্দুনা মহাক্না পৃথিবী অপূম্ব' থুংনা কোয়রক্লে।

অহানবদা নোংপোক. মথংদা *'ত্রিশঙ্কুনা' লৈতেংবা মথা মায়গৈ, মথংদা বরুণনা মাগী ওইনা খুদম তৌবা নোংচুপকী লমদম অমস্থং অকোনবদনা থরাম্মী-চাক্কী মশক ওইরবা সপ্তঋিনা লৈতে'নবা অরাং থংবা মায়কৈ জয় তৌরে।

অস্থুম তৌনা চহি অহুমদা অতৈ অতোপ্পা ঈথং পূম্নমকপু লৌশিন্দুনা সমুদ্র মরিনা থাংগপাংকুম্না লমথৈ খোং ওইত্থনা লৈরিবা মালেম লেকোয় পূম্নমক থুংনা কোয়রকলে।

অত্থগী তুংদা মথং মথং পৃথ্বি মণ্ডল 'পূম্বা জয় তৌত্থনা কোয়না থুংনা চংলুবগা; কৈলাস পর্ব্বত মনাক্তা লৈবা 'হেমকূট' কোবা চীংশাদা নোংপোক সমুদ্রদগীদি পড্লাপ লাপ্তনা লৈবা 'স্থবর্ণপুব" হায়না কোবা কিবাতশিংগী লৈফম অমস্থ জয় তৌত্থনা লৌশিল্লে।

পৃথিবী পূম্নমক থু'না কোয়বদা লাম্মী পূম্নমক চোকথনবক্লবদগী চন্দ্রাপীড়না হায়রিবা 'স্থবর্ণপুব' অসিদা মতম খরদং পোথানবা লৈরকলে।

মফম অসিদা লৈরিঙৈদা 'নাংমদি, চন্দ্রাপীডনা ইন্দ্রায়ুধ তোংত্থনা মৃগয়া তৌন-বগীদমক বনদা অস্থুম চংলিঙৈদা, চীংদোন্দগী হাইথরক্কনা মনিঙ্ তৌনা চংলবা কিন্নর অনিথকপু উবকলে—মথোয় অসিবু হান্না অমুক্তস্থু উরক্কিবনা অঙকপা পোক্তুনা, ফানিঙ্বদগী য়াম্না চেকশিন্না শগোল থৌত্থনা কিন্নর মতৈ মনাউ

গ—৬

অত্থ তম্না চঙ্শিল্লক্রবদা, মী হায়বত্থ ঙসিতদা উবদগী কিববা মথোয় অত্থস্থ য়াঙ্না চেনবা হৌবকলে। চন্দ্রাপীডস্থু মথোয়বু তান্নরকলে—অস্থুম তৌত্থনা অতংপা লৈত্তনা শাঞ্জে থাত্থনা শক্লক অনি হেন্না য়াঙনা চেল্লবা ইন্দ্রায়ুধ তোংত্থনা মথন্তা থৌগংলকপদগী মাগা মাগী লাম্নীশিংগা য়াম্না থাপতোক্লরকলে।

'মসিদদি ফংলগনি অসিদদি ফাবগনি, এ ফারে, ফারে শোয়দ্রে' অস্থুম থন্না থন্না য়াম্না মুংঙাইনা মথরায় পূমলূপ লূপ্তুন অয়াঙবা শগোলনগা কন্না চেনবগা চন্দ্রাপীডনা ক্রোশ ছুম্ফুগী লম্বীবু খোঙকাপ অমত্তগী মতৌগুম মিংকুপ অমত্তগী মন্নুংদা মথন্তা নায়তোম চথোরকলে।

তৌহগুম্স্থ' চন্দ্রাপীড়না মথোয়বু মশক উনা উনা মতুংদা অস্থুম তান্ন তান্নরনা কিন্নর মতৈ মনাউ অনি অত্থদি, মাঙদা লৈবা চীংজাউ অমগী অরাংবা মতোন্দা চাইগংখ্রে।

* চঙ্না স্বর্গ কারবদগী শোয়ারেম্না ইন্দ্রক্তনা মথাদা ভারকখিবা মিংথৌ—রামা-য়ণগী য়ারী

মথোয়না চীংদোন য়োনা হাইগংখ্রবদা চন্দ্রাপীডনা তপ্না তপ্না মথোয়দগী মমিং লৈথোবকলে অমগুং চীংদোনগী নূংপাকনা লম্বী থংখ্রবদগী শগোল থাম্নবদা, য়ামন-থিবদগী ইন্দ্রায়ুধকীস্থু মহাক্কীস্থু হুমাংনা মশা পূমচোৎ পূমচোৎ চোৎনরম্বা মতৌ অতু উবগা ঙাইহাক মওল মওল থন্দুন নোক্লগা মথন্তা শোঙ্গরকই—

‘কবিগীদমক্তা অঙাংগুম্না অরেম্বদা ঐনা ইশা অসিবু য়াহল্লুরিবা, কিন্নর অনি অসিং ফারগা করি কাম্নগদৌরিবা অতুগা ফাদ্রগনা অমাঙ বা করি লৈবা? মথোয়বু ঐনা ফাবা ঙম্নম্লগনা কবি ওইরমগদবা—ঙমথিদ্রবা অসিদনা করি ওইরবা? কয়াদা ঙকখ্রবা। করিগুম্বা থবক অমত্তং তৌবদা অতুক চেকশিনবা ঐনা থোইনা কাম্নবস্থু নত্তবা থবক অসিদা কয়াগী মতিক থোয়জঙলুরিবা, ঙম্মোকপনি। অর্থ য়াওদ্রবা থবক্তা পূক্লিঙ লূপ্লুবা।—অপঙবগী থৌদৌ অসিদা ঐনা কয়া য়াম্না পামশিল্লুরিবা।

হৌগংলুববা, অফবা মহৈ ফংগদবা থবক অতুনা ঙসিদি অরেম্বা ওইখ্রে; থাদোক্ফদ্রবা থবক হৌগৎলুবস্থু অরেম্বদা তোকলে. মক্পশিংগীদমক তৌরম্বা থবকস্থু মতোল লোমদ্রে, শিংথৌগী য়াযেন হৌগৎলম্বস্থু মপূং ফাদ্রে, ইপাগী থবক হৌগৎলুবস্থু লোইশিন্দ্রে, লৈবাক জয় তৌনবা থৌরাঙস্থু অমত্তা পাঙথোক্ক্রে।

ভূতনা পুবা মীগুম্না ঈপাং কায়নহুনা কবিগী দমক্তা ঐনা অস্থুক থাপ্না লাক্লিবা।

কবিস্থ কাম্নদবদা করিগীদমক্তা ঐনা কিন্নর অনি অসিবু তাম্নবকলিব'—মসি হেক খনবা হৌবকপদা ঐগী আত্মা অসিমক্তা অতোপ্প' অমগুম্না ঐবু নোক্লিঙহল্লি।

ইতুং ইল্লকপা লাম্মী মথৈনা মফম অসিদগী কয়াগী লম্বীদা লৈহৌরবা—মতুস্থু থঙদ্রে। মরমদি য়াঙলবা ইন্দ্রায়ুধকী খোঙচত্তি মিংকূপ অমত্তদা আ-য়ৌরিবনি।

ঐনা লাকখিবা মতমদা শগোলনা য়াঙ না চেল্লক্পগা, কিন্নব অনি অতুত্তদা মিংক্কম হোংদনা য়েংহুনতা লাকখিবগা, চাউখ্রবা বন অসিদা হনখিনবা লম্বী মফম থঙলক্কে, অতুগী মথক্তা কুংনা কুংনা হৌবা উপাল ময়াম, মথোয়গী মশা মউশিং অমদি ঊরী য়ারীতনা বন অসি য়াম্না শূকই অমগুং মথাদা কেল্লিবা অকংবা ঊনা মথৈনস্থু লৈমায় থম্না লৈখ্রি।

অসিগুম্বা লমদা অসিদা ঐনা কোম্বনা চত্তনা ফনা য়ানা হোৎনহুনস্থু স্থবর্ণপুর-তাবা-লম্বী তাকপিবা-ঙম্বা মী অমত্তবুস্থু ফংলুগদবা লৈত্রে—

মরমদি—অহল্লম্মম্না তোয়না হায়নবদা তাথিবা অমা লৈ মতুদি—‘স্থবর্ণপুর’ গী অয়াংদদি পৃথিবী পুম্নমকী অরোইবা ঙমথৈ লেখ্রবনা মতুগী য়াংমদদি মী তাদবা

বন ভাক্তা ভায়খ্রে, বন অদু লাম্হোক্লগনা কৈলাস পর্ব্বত অদুম্মক লৈরে ;—হায়রিবা অদুগুম্বা কৈলাস পর্ব্বত অদুদি মাঙ্দা মশক উনা লৈরে।

মরম অসিনা মথা মায়কৈতদা মায় ওন্দুনা মফম অসিদগী ইথন্তুনা অস্থুম য়াখল তৌজদুনা পঙ্চত্তা চৎথখিবা তারি।

ইশা ইথন্তা লঙ্জবা ইরালদি ইথন্তুনা ফংজফম থোকই—"অস্থুম্না থন্দুনা ওয়গী খুৎনা শগোল চূক্লী থৈদুনা শগোল শামায় লৈরকলে।

শগোল শামায় থৈরগা অমূক থল্লকই—য়াক্লা-শারবা-মঙালনা-লৎলবা থোক্লিবা হুমিৎ অসিনা, মুংখিল লাইরেম্বীগী থাঙ্গোয়দা থিনবা মণিগুম হুজীক আতিয়াগী ময়ায় চবুক মক্তদা লৈতেংলি।

ইন্দ্রায়ুধস্থু মশা চোকথরে, মরম অদুনা মসিবু শজীক থরদং পীজরগা, করি-গুম্বা পূথ্রী নত্রগা চীংগী ঈফুৎ, নত্রগা তুরেনগী ঈশিংদা ঈরুজথোকপিদুনা ঈশিং পীথক্লগা অৱাবা কোকহনবীদুনা, ইশামকস্থু ঈশিং থরা থক্লগা করিগুম্বা উথা মরুম অমদা ভাইহাক্তুং পোথারগা মচৎলগে—"

অসি থন্দুনা, ঈশিং লৈফম কোয়না কোয়না য়েংদুনা অস্থুম চৎলকপদা মমৈদা লম্বী অমা থেংনররে। চীংগী শামু লমশাশিংনা পূথ্রীগী ঈশিংদা লূপ্পরগা কাথত্নুনা চৎনখিবদা মঙায়বি—মথোয়গী মথোঙ্দা চেল্লকপা লৈথোমনা লম্বী অদূবু তচোৎ তচোৎহল্লি ; মরা য়াওবা থম্বৌ অমদি মনাতোম্না কোৎথৎলকপা মথোক য়াওবা থগ্বাল মখৈনা লম্বা অদুদা ইচাই চাইনা তারি ; অচোৎপা চরাং

মনানা মফম অয়াম্বদা ইশং ইশং শংহল্লি—চেনথৎলকপা অভৌবা অশংবা

চ মচুগী থরো অমদি থারীকথা অপোম্বশিংনা লম্বী অদুগী মচি মচিদা লৈতেং-লি। লৈথোম য়াওনা ফুক্লকপা লেম্ফ্তনা ঈচাই চাইনা তারি, লৈকা থিকৃথরবা লৈগী চরোং চরোংনা-লৈতেংলবা কুংলবা উনানা কুপশিল্লি, অতৎপা উরীতনা শীনব থুংলি, থোইমুশিংনা উরী অদুগী অশাৎপা মপালদা তোংবদা নিঙ্থিজরি অমস্থুং নৌনা ফুগায়রকপা লৈগুম্না মনম চেল্লবা অমদি অনৌবা তমাল মনা মহিগুম্না মচু শংবানরবা শামু লমশাশিংগী মচুম্না লম্বী অদুগী মচি থুদিঙ্থুংনা চোংহল্লি।

অনকপদা ঈশিং লৈরে থঙ্লবা চন্দ্রাপীড়না, লম্বী অদুগী মতুং ইন্না অস্থুম চঙ্শিল্লক্লবদা য়েংবদা ভকলী নাগদবা, কোইরপ কোইরপ কোয়না মনানা অমদি

মতোম্না থাকন শানা কুপথবা, চুমত্রিঙ চুমত্রিঙ চুম্বা চীংগু অমদি চীংগী

ছ—ন উপাল অতৈনা কুংনা কুংনা হৌনরবস্থু মশা মরেংদি থোইনা পান্নদবনা ইরল ইরল লন্না হৌবা অদুগুম্না কৈলাস পর্ব্বতকী চীংথোঙ্ ময়াদা চৎলকলে।

মফম অদুদা য়োং মচুগী অপোবা লৈভোই য়াম্না লৈ। নূংলৈবাক ওইবনা

নাপী পীংবী অমদি উরী য়ারী ইহৌ হৌরমদে। শামু-লমশা-ময়ানা হোগায়রম্বা চীংগী লৈডাঙ্ মকুপ্পা মকম অদু ভাং ভঙাংলি।

নূং অনিগী কারক্তা ফুন্না হৌগৎলকপা পাম্বী জাৎ অমনা চায়রুংদা য়েকপা উরী মনাগুম খোয়খোয় তৌরি অদুগা মথল মথা অয়াম্বা শাথেক মতৌনা মখোয় অদুবু নুংদা হন্দুনা শাবা মালহল্লি।

মেক্রুক পাম্বীদগী অতৎপা লৈতনা শিম্বরকপা মখোমনা মকম অদুগী মুংশিৎপু চোৎহল্লি। অদুগা চীংদোন্দগী শিম্বরকপা শিলাজতু মহিনা মুংশিৎ অদুবু ইশং কাহল্লি।

চীং হোগায়নবা অথৌবা থুৎলাইগুম্লবা শগোলগী লোঙ্খুমনা হোগায়রকপা য়াইভঙ্ মচু মানবা লৈকূপ মথৈনা মকম অদুবু উফুন হৌহল্লি।

উচিনা হুৎপা মকমশিংদগী সনা মচু মানবা মকূপ ময়াম চাইথোরকলি।

লৈডোই মথক্তা চমরী অমসুং কস্তুরী শজিশিংগী থোঙ্গুন তারি।

রঙ্কু অমদি রল্লক হায়না কৌবা মতুচোম্বী শজিশিংগী মশাদগী কেল্লকপা মতুতনা মকম অদু শীনব থুংলি।

অনেম অরাং নাইনা লৈবা নুংমথকশিংদা নোংইন কৌবা উচেক ময়াম তোংহুনা লৈরি।

চীংগী গুহা মচীন মচীন্দা বনমানুষ ( মমৈ-পান্দবা মী মানবা য়োংগীজাৎ ) মতৈ মনাউ ময়াম ময়াম লৈনরি।

কস্তুক মনমনা শীনবা থুংলি অমসুং লীগী বন মমুংদা য়াপলস্থ য়ানশিল্লি।

চন্দ্রাপীড়না অতুগুম্বা কৈলাস পর্ব্বতকী চীংয়া লম্বী অদুদা মতেক থরদং চৎলগা কৈলাস অতুমক্কী চীংখৈ পাংবদা, ঈশিংনা লুমথহুনা থোঙ্চৎ থীল্লবা অমংবা নোং মপৈগুম্লবা অমদি থা-শিথরকপা অহিংগী অমম্বগুম মচু মুশিনবা, লমজাউখোল্লা শূক্লা কুংনা হৌরবা উপাল ময়াম অমা উবা ফংলকলে।

লৈরীক চেনবনা মনম মুংশিহল্লবা, ঈশিং শম্নরকপদগী ঈংলবা, ঈরীক চেনবা অমদি হকচাংদা থেংলবদা চন্দন মহীগুম ঈংলবা, ঈশিং ঈথক্কগী পোক্লকপা মাঙ্দগী হুম্নকপা মুংশিংনা মহাকপু তরাম তরাম কোনশিন্দুনা শুক্লম্বগুম

গ—ক অমসুং থম্বাল-লৈহী থকপদা ভাওরবা কাংডশিংনা লাঙ্বগী থুম্নবা মখোলনা মহাকপু কৌশিল্লকপগুম্ তৌহুনা চন্দ্রাপীড়না উপালশিং অদুগী মরক্তা চঙ্শিল্লকলে।

চন্দ্রাপীড়না অমুম্না উশিং অদুগী মরক্তা চঙ্শিল্লক্লগা 'অচ্ছোদ' হায়না কৌবা অচৌবা পুখ্রী অমা উবা ফংলে। মরোল অহুমক্কী মবেম্মা লম্মী লাইরেম্বীগী মশিগী

মিংশেলগুম, লৈমুংদা লৈবা লীক্লাইনা শাবা লৈপাক লৈমগী সঙ্গাইগুম, পাতালদগী কাওগংলকপা সমুদ্রশিংগী মতৌগুম—মায়কৈ পুম্নমক্তা মহি চেম্থোক্তুনা ঈশিং ওল্লকপগুম—ঈশিংগী মশক লৌহুনা লৈতারকপা আতিয়া মকোয়গুম—মহি লাঙ্‌থোক্লবা কৈলাস চীংজাউগুম—শৌদোক্লবা হিমালয়গী মতৌগুম—ঈশিং ওল্লবা

ধাবল মঙানগুম—ঈশিং ওনখ্রবা মহাদেবগী থাক্লা নোকপা মীনোক্লুম—

ব অচৌবা পৃথ্রীগী মশক লৌহুনা লৈখ্রবা মরোল অহুম্মক্কী পুণ্য-মপৈগুম—

ঈশিং ওনখ্রবা বৈদূর্য্য মণিগী চীং মথৈগুম—মচী অমদা পুন্নপ হৈথরক্লবা শরৎ থাগী নোং মপৈগুম অমদি লীক্লাইনা শাবা বরুণ কৌবা লাইগী সঙ্গাইগুম্নবা—ফজরবা অচ্ছোদ হায়বা পুখ্রী অদুবু উরকলে।

ঈশিং লূমনবনা পুখ্রী অদুবু মুনিশিংগী মপূক্লিংনা শেমখিবগুম—অকবা মীশিংগী মগুণ মপৈতনা ওইখিবগুম—শক্তিশিংগী মমিৎকী মঙাল মথৈনা পূনশিন্দুনা ওইখিবগুম অমদি মুক্তাগী অরংবা মঙাল মপৈতনা শেমখিবগুম উরি।

মমুংগী পোৎ পূম্নমক তশেং তশেংনা উবনা ঈশিং থম্না লৈহুনস্থ পুখ্রী অদুবু ঈশিং য়াওদবগুম উরি—

মুংশিং ইপোমদা হৌরকপা ঈথক্কী ঈরীকশিংদা মুমিৎ মঙাল তাবদগী মায়কৈ পূম্নমক্কী চূমথাঙ্‌ মপৈনা পুখ্রী অদুবু ঙাক শেন্দুনা লৈরিবগুমলি—

পুখ্রী অসিদা থম্বাল মরাং কায়না শাৎপা অহুগা বন, চীং, থব্রাম্মীচাক অমদি গ্রহশিংগা লোয়ননা মরোল অহুম্মক ( মথক ময়ায় মথা ) মসিগী মমুংদা মমি

ওইনা চঙ্‌ঙুনা লৈবনা নারায়ণনা, থম্বাল হৌব' মপূক্তা বন, চীং, থব্রাম্মী-

ভ—স চাক অমস্থং গ্রহশিং লোয়ননা মরোল অহুম্মকপু পুন্নপ ধারণ তৌখিবগুম্না অচ্ছোদ কৌবা পুখ্রী অসিস্থ মরোল অহুম্মকপু ধারণ তৌরি।

ভগবান মহাদেবনা, নক্লা লৈরবা কৈলাস কৌবা চীংদগী কুমথরক্তুনা হায়রিবা পুখ্রী অসিদা হম্না হম্না লুপ্লবদা মকোক্তা থেৎপা থা মচেৎতগী নাম্থরকপা' অমৃতনা, ঈশিংনা চামথোক্তুনা গৌরীগী থোংলবা চায়রুংদগী শিম্থরকপা নিঙ্‌থিবা ঈচেল অহুগী মতৌ তমহুনা অচ্ছোদি পুখ্রীগী ঈশিংগা' তিন্নবরি।

পুখ্রী মপাল নক্লা হৌবা তমাল বননা অক্লবা ঈশিং মনুংদা মমি তাশিন্দুনা মমশিলহনখিবনা মদুবু পাতালগী লমজঙ্‌ থোঙ্‌ মালহল্লি।

অহুগুম্বা অমম্বা অদুবু উবদা ভানু থংগো, লাবা অমোমনা মুংথিল মক্তদস্থ অহিংনি থম্মুনা অশংবা থম্বালগী বন থাদোক্লরি।

ব্রহ্মানা হম্না হম্না কমণ্ডলু থম্না শোক্তুনা মসিগী ঈশিংবু শেংহল্লি।

বালখিল্য ( খুৎপী মকমদা চাউবা, মশীংনা লীশীং হুম্ফু শুবা মুনি মথল অমা ) মুনিশিংনা ঈশিং অসিদা কূমতুনা সন্ধ্যা কয়ারক তৌখ্রবনি।

হ—ৰ সাবিত্রি দেবীনা ( ব্রহ্মাগী নূপী ) ঈশিং কূমহুনা লাই পূজা তৌদনক মসিদগী থম্বাল কয়াবক হন্ন' হেকখ্রবনি।

সপ্তর্ষিশিংনা কুমতুনা ঈরুজখিবনা মসিনী ঈশিংবু কয়ারক হন্না শেংদোকখ্রবনি।

সিদ্ধনূপী মথৈনস্থু মতম প্নমক্তা কল্পলতাগী উকু চামথোক্লবনা ঈশিং অসিবু শেংহল্লিবনি।

কুবেরগী সঙ্গাইন্নংদা লৈবী নূপীশিংনা পৃথী অসিগী ঈশিংদা শান্নরবা মতমদা কোইরপ কোয়বা কামদেবগী লীকং মান্ন লুবনা মখোয়গী মখোয়দো মনুংদা ঈশিং কয়াবক চঙ্খ্রিবনি।

পৃথ্বী অসিগী কবিগুম্বা মফমদা বরুণ কোবা লাইগী কাংডশিংনা থম্বাল বন চঙ্ডুনা লৈহী থক্লবিবনি।

কবিগুম্ব' মফমদনা মাযকৈ ডাকপা শামুশিংনা ঈরুপ্পরবদা অবিবা থম্বৌ মথৈবু মতং মতং থদংলিবনি।

মচি অমদনা মহাদেবগী যণ্ডম্বনা পৃথী মপানগী নংমথৈ মচী মতোন্না থিন–গায়বি।

যমগী শা দোং ইরোইনা লৈগুনবা মতমদা মচি অমদনা কোংগোন মপৈবু মচী মতোন্না চাইথায়রি।

কবিগুম্বা মফমদনা শামু ঐরাবতনা ময়া-মতোন অতুম্বনা থবো থাবীকথা মথৈ হাইদংলমলি।

মথোন কাবা মতমদা লাঙ্তন্নবা ঈবাংনা থনবগুম পৃথী অসিদস্থ লৈ অপোম্বশিংতনা ইথন থম্লি।

নুংশিব' মী কায়নবদা ব্রাবরা মাগুঃ। পৃথ্রী অসিদস্থ থরো থম্বাল মথোক্কনা লৈডেংলি।

অথোইবা মীশিংগী মথোঙ মখূঙা ঙ', ঙা কিয়ো', থেংগু অমস্থং চক্রগী থূদম শেংনা ফাওবগুম পৃথ্রী অসিদস্থ ঙা, ঙা-কিয়ো', থেংগু, থংগোং অমস্থং ব্রাইম্নু অমোমশিংবু তশেং তশেংন উবি।

কার্ত্তিক কী ব্রাবাদ উরোক হিংচাবগী নূপাশিংগী মীকপ মীরাউথোল তাবগুম অচ্ছোদ সরোবরদস্থ উরোক অমোমশিংগী থোংবা খোঞ্জেল তারি।

মহাভারত-তা পাণ্ডু অমসুং ধৃতরাষ্ট্রগী মচা মশুশিংনা লান শোক্লবগী রারী লৈবগুম পুখ্রী অসিদসু কাংঙশিংগী মশানা চুখ্নদা ঈশিংগী ইপোম হৌইল্লি।

সমুদ্র লৈথিবা মতমদা মহাদেবনা 'তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা 'কালকূট' কৌবা হু থকচিনথিবগুম পুখ্রী অসিগী মপান্দসু রাঙোংশিংনা ঈশিং লামচুনা থক্লরি।

কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী রারীদা যমুন তোর্ব্বান্দা হৌবা কদম পাম্বী মশাদা তোংলগা ঈশিংদা-চোংথচুনা শান্নখিবগী রা য়াওবগুম পুখ্রী অসিদসু মপান্দা হৌবা কদম পাম্বী মশাদগী য়োংশিংনা ঈশিংদা চোংথচুনা শান্নবি।

কামদেবগী ফীবাঙ্গদা ঙাকিয়োংগী মশক য়াওবগুম মসিদসু ঙা-কিয়োং রান্না লৈ।

কৃপা লৈতবা মিংনা স্বর্গদা লৈবা লাইশিংগী লৈতেং ওইনবগুম মসিদসু ঙা য়াম্না লৈ।

শুক্লবা উমং মনুংদা মিংকপ থোক্লবা কৈনা হুকাম চনবগুম পুখ্রী অসিদসু থম্বাল অচৌবা শাংলি।

লিনগী শাগৈদা অনন্ত, শতপত্র অমসুং পদ্ম হায়না কৌব লিনশিংনা লৈতেং ওইবগুম পুখ্রী অসিদসু মশীং লাকঙমদ্রবা মনা চানিপাল পানবা থম্বাল কয়া কয়ানা লৈতেংলি।

কংশগী লান্নীশিংগী মবক্তা, মনাকোঙ ময়াদা খোইমু মপৈনা ঙংচুনতা লৈবা কুবলয়পীড হায়না কৌব শংমু অমথক লৈনম্বগুম অচ্ছোদ কৌবা পুখ্রী অসিগীসু থম্বাল অশংবনা কোক্কী লৈতেং ওইনরি অমসুং মদুগী মনাক্তনা খোইমুশিংনা ঙুঙ্ ঙুঙ ঙংনা ঈল্লে।

লিনশিংনা কশ্যপ মুনিগী নুপা কদ্রুগী মথবাওগী অমৃত থকথিবগুম্না শামু-শিংনা পুখ্রী অসিদগীসু ঈশিং থকনৈ।

মলয় কৌবা চোংদা ঈংলবা চন্দন পাম্বাগী বন লৈবগুম পুখ্রী অসিদসু চন্দনগুম ঈংলবা ঈশিংনা থল্লি।

ফত্তবা হিরমগী পান্দমনিংঙাই কবিসু লৈতবগুম পুখ্রী অসিগীসু অরোইবা ঙমথৈ উবা ফংদে।

অসিগুম্বা অচ্ছোদ কৌবা পুখ্রী অসি যৌনা নিঙ্থিজৈ অমসুং 'মংকী পেন্নফমনি।

পুখ্রী অসিবু হেক উবমক্তদা চন্দ্রাপীডগী অরাবা কোকখ্রে। মুন্না য়েংলগা মহাক্না খল্লকই—"ঙসাব, কিন্নব অনি অদুবু তান্নবদ অবেম্বা ওইথিবদু হুজীক পুখ্রী অসিবু উবদা মহৈ য়াল্লে। ঙসিদি হুমিং অনি অসিনা য়েংকম থাকপা পোৎ য়েংবগী

অমদি উজবগী মহৈ অদু থমূলে ; ঙসিদি ঐ কজবা-নিঙ্ থিজবগী অরোইবা মশক অদু উবা ফংলে, পেন্নকম থোকপা পোং উবগী অরোইবী মিৎয়েং অহুস্থু ফংলে,
ঙ—ষ পূক্লিঙ্ হুবা পোংকী অরোইবা ঙমথৈগী অবোইবা লৈই অহুস্থু উবা ফংলে, হয়াউঙকম থোকপা পোংকী অরোইবীস্থু ঙসিদি সংশঙ্না উজরে অমস্থুং য়েংকম থোকপা পোংকী অরোইবা মশক অহুস্থ ঙসিদি য়েংলে।

বিধাতানা পৃথ্বী অসিগী ঈশিং শেম্মবা মক্তদস্থু অমূক অমৃতবু শেম্মস্বা অসিদি মাগী থুৎশেম হজ্ঞিনবগী দোষ লৈরে।

মরমদি, পৃথ্বী অসিগী ঈশিংস্থু অমৃতগুম্না ইন্দ্রি পূম্নমক তেকথৎহনবা ঙমদি— য়ৌনা লুবনা মিৎ-পেন্ননবা ওইরি, ঈংবনা শোকলুবদা মুংঙাইহল্লি, থম্বালগুম্না মুং-শিবা মনম চেনবনা নাতোনগী পেন্নবা ওইহল্লি, কাংঙ খোঞ্জেলতনা ইনিন নিনবনা নাকোঙ বৃস্থু পেলহল্লি অহুগা থক্পদস্থু লৈয়েঙ্গী পেন্নবা ওইনা হাউরি।

ভগবান মহাদেবনা পৃথ্বী অসিতবু য়েংবীনিঙ্বনা কৈলাস কোবা চীংদত্ত অস্থুম লৈবসি থাদোকঙমদ্রিবনি।

ভগবান নারায়ণস্থু অমৃতগুম হাউরবা অমস্থুং মুংশিবা-মনম-চেনবা-ঈশিংনা-চোম্নবা পৃথ্বী অসিবু থাদোক্লগা থুমহীমা য়াক্লবা সমুদ্রগী ঈশিংদা অস্থুম চেপ্তুনা লৈতানা লৈবীবহু নাতৈ চাবা থবক্লি থল্লক্কে।

প্রলয় মতমদা যজ্ঞবরাহগী মনাত্তোম্ন থেংবদা কিজরবী লৈপাকলৈমনা সমুদ্র মন্নুংদা চঙ্জথিবা অমরোমদনা মহর্ষি অগস্ত্য মুনিনা অহুগুম্বা সমুদ্র অহুগী ঈশিং পূম্নমক থক্তোক্কে হায়না থনথিবনা পৃথ্বী অসি শোযদনমক হান্নদি লৈরমদবা তাই —করিগুম্বা লৈরক্লস্বা থোক্তুনা মপাল নাইত্রবা, পাতালগুম লুরব', ঈশিংনা থল্লবা অচৌবা পৃথ্বী অসিগী মন্নুংদা লৈপাকলৈমনা থুপচরস্বা থোক্লবদি যজ্ঞবরাহ অমদি থমথো, মহাববাহ লীশিংমক্লস্থু, মহাকপু ফাবা ঙমলম্নোইদবনি।

অহুগা প্রলয়গী মতমদা অমংবা নোংগী মপৈনা পৃথ্বী অসিদগী ঈশিং মরীক পূম্নমক লৌথত্তুনা অমস্বা চবুলনা মায়কৈ তবামক শূক্লা মমশিলহন্দুনা পৃথিবী মন্নুংগী লমদম পূম্নমক তাউথোকহনখ্রিবনি।

অহুগা ঐনা থল্লি—তাইবঙ্ মালং অসি শেমদ্রিঙৈদা লৈরস্বা ঈশিংতগী ব্রহ্মাণ্ড অহুগী ঈশিং মপৈ পূম্নমক অহুনা পুল্লপ চিশিল্লক্তুনা পৃথ্বী অসি ওইনা লৈখিবা ওইগনি।"

চন্দ্রাপীডনা মপূক্তা অস্থুম্না থম্না থম্না অচ্ছোদ হায়বা পৃথ্বী অহুগী মথা থংবা মপান তাম্না চৎলগা শগোলদগী কূমথরে। মফম অহুদা নূং মচেংকুম কল্লবা লৈঙোই ঙাক্তা য়াম্না লৈ—বিদ্যাধরশিংনা মরী য়াওনা হেকপা থরো অঙৌবনা লৈঙোইনা

শাবা কজ কজরবা শিবলিঙ্গগী পূজা কৎনরমলি— অরুন্ধতী দেবীনা পুত্রী অসিদগী হেক্তুনা মুমিৎ কৌবা লাইদা অর্ঘ কৎলম্বগী থম্বাল অঙাঙবশিং অতুনা ঈশিং লৈকমদগী থাপ্পা তাতুনা নিঙথিবা হেলহল্লি, ঈশিং-মী থরনা ঈশিং মপান্দা লৈবা নুং মথক্তা ফমতুনা মুংশা য়াইনরমলি অতুগা কৈলাস্ কৌবা চীংগা নক্করবনা মকম অতুদা লৈবী ব্রাহ্মীনচিংবী মাতৃশিংনা ঈরু মায়থজনবগীদমক লাক্করম্বগী খোঙ্গুন পরেং পরেং তারমলি, মচি মচিদা উৎ থর থবস্থ চাইনা তারম্বহু উরগা,
স প্রমথশিংনা ঈরুজবা লোইহুনা কাথৎলক্লগা চন্দন ওইনা থিল্লনবগীদমক উৎনা উফুনমুক্ কৃপ্পা তক্লম্বগীনি হায়বা ফোংদোকলি, ঈরুজবা লাকপদা গণেশ্বকী চায়কুংদগী শিন্তহৌবা মচুমনা মকম অতু তচোৎ তচোৎলি অতুগা অচৌ অচৌবা থোঙ্গুল ময়াম উবদগী মদুব্ ঈথৌ লাংলবা দুর্গাগী শা-দোং নোংশানা ঈশিংদ কৃম্লম্বগী লম্বীনি হায়বসি হেক্তমক খঙনবা ঙমলি।

চন্দ্রাপীডনা কমথরগা ইন্দ্রায়ুধকী শাবল লোথোকপিরবদা ইন্দ্রায়ুধনা লৈমায়দা ওল্লগা অমূক হৌগত্তুনা মচীন্দা নাপী থরা থত্তনা চাজরবদা চন্দ্রাপীডনা মহাকপু ঈশিংদা পুথবীরগা মনিঙ তৌনা ঈশিং পীথক্তুনা ঈরুজথোকপিরগা মথক্তা পুথত্তনা চীনবুন লোথোক্তুনা মথুৎতা পায়বা সনাগী য়োহ্লিংনা
হ—খ মনাক্তা লৈবা উবা অমদা মথোঙ অনিমক পুনশিন্দুনা থম্লগা, পুত্রী মপান্দা হৌবা তিংথৌ থবা থাঙনা লেল্লগা ইন্দ্রায়ুধকী মমাঙদা থম্বারমতুনা মহাকম্থ ঈশিংদা কৃমথরক্লে।

অতুগী তুংদা মখুৎ শেংদোক্লগা নোংগৌবীগুম্না ঈশিং থক্তুনা, থংগোংগুম থম্বৌ চাতুনা, থানা তৌবগুম মখুৎ খুদোম্না থরো অঙৌবশিংবু শোকচতুনা, লিনগুম্না ঈথক্তুগী থোরকপা মুংশিং থকচিন্দুনা, কামনা লাকহৎলবা মীগুম্না থবাক্তা থম্লানা কৃপ্তুনা অমদি শামু লমশাগুম্না ঈশিং মরীক মরীক চোৎপা থম্বাল পায়তুনা মখুৎকী যজবা হেলহল্লগা ঈশিংদগী কাথৎলকলে।

উরীতনা মাগুপ শানা কোয়শিল্লবা অপাকপা নুংপাক অমগী মথক্তা, থৎপদ ভায়রিবা মশিং থোকপা অমদি ঈশিং মরীক মরীক্লা চোত্তনা ঈংলবা থম্না থরা থারগা য়াভাকম শেমতুনা মতুগী মথক্তা মশাগী ইম্নফি তাশিন্দুনা মোনথাঙনরগা হিপথথরে।

অস্থম তৌনা মতম থরা পোথারবদা, পুত্রী অতুগী অল্লাং থংবা মপান্দগী, বীণাগী তারঝঙ্কারগা য়াম্নরবা ওইথোকথিত্রিবা মুংশিরবা ঈশৈ মথোল অমা
গ—ক তারকলে; অমরোমদা ইন্দ্রায়ুধ-তি শজীক চাবা তোক্তুনা মমায় অল্লাং ওল্লগা মনা অনিমক চপ মুংথত্তুনা হায়দগী হৌনা ঈশৈ অদুবু পুরিঙ চঙলা তারমলি।

ঈশৈ অদু তারগা থল্লকই—মহক অদি মী চৎথোক চংশিন তৌবা লম নত্তে; অদুদি ঈশৈ অসি কদোমদগীনো? থঙ্‌নিঙবনা মহাক লাঙ্‌তক্পরকলে অমসুং থম্মাগী ফম্মুং অদুদগী যুক হৌগত্তুনা ঈশৈ তারিবা মায়কৈ অদোমদা মুন্না য়েংশিল্লকলে।

অদুমাদি ওইবগা মফম অদুদি য়াম্না থাপ্‌খিবনা মিৎ অনিমক চঙ্‌হুনা ভম্বমথে হোংনহুনা য়েংলবমক্তদসু খোহদোকপা করিসু উবা ফংথিদ্রে, অদুগা ঈশৈ অদুদি লেপ্পা লেতনা অসুম মতাবি।

মথংদা, লাঙতক্পবনা ঈশৈগী হৌফম থঙ্‌নিঙবদগী মচৎলগে লেপ্লহুনা ইন্দ্রা-য়ুধদা শাবল হাপচিল্লগা তোংথংলকলে; হায়জক্কবা নাইদ্রবসু ঈশৈ পামগল্লবা বনগী শজিশিংনা মাগী মমাঙ থানা থানা চত্তুনা লমজাংলকলে. অসুম তৌনা চন্দ্রাপীড়না তাবিবা ঈশৈ অদু তম্না পূখ্রাগী নো চপ থংবা মপানগী বন ময়ামগী মবক ফাওহুনা অয়াং পাংন; অসুম চৎহৎলি- বন অদুগী মনুংদা সপ্তপর্ণ, বকুল, এলাচী, লবঙ্গ অমসু লনলা কোং, লৈগী হুংশিবনা লৈনমনা হাবনা নুংশিং শীংলি, থোইমুনা ঙংবতনা বন অদু হনিন নিল্লি অমদি তমাল পাম্বী ময়াম তৌবনা, মায়কৈ ডাকপা শামুশিংগী মশাদগী তাবকপা মচম ঈচেলগুম মুনা শংবানবি।

চন্দ্রাপীড়না অসুম অসুম চৎশিল্লক্লবদা—তরু ককব চংগী ঈখুংশিংগী ঈশিং ঈরৌক্তা ঈংহল্লবা,—ভুজ কৌবা পাম্বাগী উকু (ভূর্জপত্র) শেংথহল্লম্লবা – শিবগী ষণ্ডম্বনা শগুপ শায়বা মতমদ, মথয়াংতা থোবকপা কাংগোনগী মরাক হুম্লক্লবা—কাত্তিক্-কী ময়াংসোং মতু থেংনবক্লব —দুর্গাগী শাপ-নাচোম্ব জ কনা লৈতন হাইহল্লম্লবা —অয়াং-কুরু-লমদমদা লৈবা নূপীশিংগী নাদ, থংপা থম্বাল অশা নবু হাইহুমহনগে তৌবক্লবা—কঙ্কোল কৌবা উহৈদু তনিক্ তনিক্‌হল্লম্লবা, রুদ্রাক্ষ (গুক্রক্) মপানগী লৈরীকুমথৈ থীকৃথরম্লবা অমদি মহাদেবনা জটা পুন্নবদগী য়ানা থাঙ্‌জরবা অনন্ত কৌবা লিন্না থকথিবদগী লেমহৌবা অদুগুম্বা নুংডাইবগী মশক ওইরবা অমদি শেংলবা কৈলাস পব্বতকী মুংশিং অত্তনা মাগী মমাঙ্‌দা শীত্তনা য়াম্না হক্‌চৌক্ লাংনা লাংনা লাকপনা মফম অদুদা য়ৌরকলে।

মফম অদু য়ৌরগা চন্দ্রাপীড়না শিবগী লাইশঙ্‌ অমথক উবা ফংলকলে—মণি অশংবগুম ইশং শংবা মথল মথলগী উপাম্বীতনা মন্দির অদু কোয়শিন্দুনা লৌরি।

নিঙ্‌থিজরবা 'হারীত' কৌবা উচেক্কী মথোলনা পূক্লিঙ্‌ হুবি—
ময়াই কারবা কোকিলশিংনা অথোৎপা হৈনৌ মনা অনৌবা চানরি—
হাওরবা থোইমুশিংনা ডংবদা পোমশাৎনম্লবা লৈশিংবু মীচৈ থীহল্লি—

নোংইনশিংনা মচীন্না গোল মরীচ ময়োন থত্তুনা নিংঙাইদনা চানরি—

লৈহাউ-লৈরীক্লা মশা পূম্নমক ল্লাউথোকহল্লবা উরেনবীশিংনা উচিথি থত্তুনা চারি—

মহৈতনা লূমথরবা কফোয় পাম্বীদা-শাবা-মহুমদা শেন্দাং অমোমশিংনা মরুম কোক্লমলি--

শান্নবদা হরাউজরবা য়োং মথৈনা মখুৎনা কোনা মনা পায়তুনা নিরুরি—

শাউনরক্তুনা থৎনরক্লবা লমখুন্নু মচাশিংনা মহৈ মহৈ মশা শাক্লংনা কল্লরক-পদা উগী মপাল মথৈ কেল্লরকলি—

লৈগী লৈবীক্লা মচু শংলবা তেনবা মচাশিংনা উথক্তা তোংতুনা লৈরি—

তেনব্বানা মচীন্না, মখূজীন্না মচেৎ মচেৎ শেৎলবা উহৈ মকূপ-তনা বন অতু থুংনা চাইরি—

তমাল পাম্বীশিং অদূবু অমংবা নোংনি থন্দুনা শুক্লাৎলবা নোংগোবীশিংনা নোংঙীক ঈথৌ-লাংতুনা লাকচবগা নিঙবা কায়রতুনা হৌনা থোংবা মখোলনা তমালগী বন অদূবু নিকহল্লি—

শামু মচা মথৈনা মনা থত্তুনা চাবদা লবলী-পাম্বীশিংবু নোমহল্লি—

অচৌকপদা লেবা লমখুন্নশিংনা মথোন কারকপগী-ঈ থেরকপা ময়াইনা ঙাও-তুনা লৈ চরোংশিংবু মশানা ফুদেকলি—

থোৎলবা লফূ-লারাকশিংনা তপ্পা শীংপা ন্নুংশিঙা হাইনা হাইনা হুমাই হুমলি—

মহৈনা ঙামথরবা য়ূবা পাম্বী মথৈনা কুংনা কূনা হৌনরি—

অনৌবা মনা পাল্লবা ক্কা-পাম্বী পরেং পরেংনা বন অদূবু কোয়শিন্না হৌরি—

অপনবা লৈতনা মচীন্না হন্দূনা উচেকশিংনা পিণ্ডথর্জুব ( থাঙতুপ জাৎ অমা ) চানরি—

ময়াই কাতুনা খোংনরকপী ব্লাহোং অমোমশিংগী ন্নংশিরবা মথোলনা বন মনুং অদূবু নিকহল্লি—

অপোম্বা মপালশিংনা য়োমতুনা উপাল মথৈবু তাংথক নাইহল্লি—

মরক মরক্তা কৈলাস চীংজাউদগী তুরেল-ঈথক তারক্তুনা লৈমায়শিং অদূ লৈঙোই ঙাক্তা ঙায়হল্লি—

উমং-লাইশিংগী মখূবাক মাল্লবা, য়াম্না নৌবা অমদি যাবোং মহিনা চোৎপ-গুম্না তঙাং তঙাংবা য়েন্নিঙনা উপালশিং অদূবু লৈতেংলি—

গ্রন্থিপর্ণ কৌবা ৱা ঊশোইগুম্বা পাম্বীজাৎ অতু চাবগা চমরী শজি অমোম-শিংন' মথৱায় মকারায়া মতুগী মরু মথক্তা কূন্দূনা লৈবি—

হৌরিবা উপালশিং অতুগী মরক্তা কর্পূর অমদি অগুরু পাম্বীনা অয়াম্বনি।

অমংবা নোংগী মথক্তা চুমথাঙ্ খানবগুম—কুংনা হৌরিবা উপালশিং অতুগী মথক্তা অনৌবা য়েন্নিঙ্-পবেংনা চুমথাঙ্গুমনা লিঙ্থিবি।

ঈকাইজবদগী মুমিৎ মঙাল চঙ্হন্দবনা থবো থাৱীকথাশিংগী মশা মনুংদা তয়িঙ্ তয়িংবগুম, ঊনা-য়েন্নানা মথক্তা কূপশিন্দুনা মুমিৎ মঙাল চঙ্হন্দবদগী উপালশিং অদুগী মনূং মথৈস্থ তয়িঙ্ তয়িঙ্লি।

ক—দ হনূমান, নল অমস্থং নীলনা বামচন্দ্রগী তেংগোল মমাঙ থাবগুম- উপাল-শিং অতুগী মতাইদস্থ কজ্জলগুম্না মচু শংমুনবব। শীংটেং শীংনাং মপৈ মপৈ হৌবি।

থুম্নুশিংনা দলান মথক্তা লৈনবগুম, য়োংশিংস্থ উপালশিং অতুদা মুংঙাইনা লৈনৈ—

য়ুম্বাল্লিবা লাইনিঙবশিংগী মনাক্তা লীনা শাবা আসন লৈবগুম উপালশিং অতুগী মনাক্তস্থ লীপাম্বীনচিংবা ময়াম হৌবি—

রুদ্রশিংনা অশাং অশাংবা লিনশিংবু ঊৱাগুম্না থুঙ্লাক ওইনবগুম, উপাল-শিং অতুগী ময়ায় থিগাঙদস্থ পানা মনা মবা য়েংলি

সমুদ্র মপানগী শেক্তাশিংদা ঈশিং ঈথরু য়েবদা পাহাল মতেক ময়াম পবেং পবেং হাইগৎলকপগুম উপালশিং অতুগী মরক্তস্থ, কঙনা বুংনা ঊৱী অমস্থং ঊনা ময়োল চোংলি।

লাই অমস্থং নিংথৌশিংগী অভিষেক ঈশিংদা সর্ব্বৌষধি, লৈ, উহৈ অমস্থং ঊনানচিংবা পোৎলম হাপ্পগুম উপালশিং অদুস্থ সর্ব্বোষধি—( মহৈ হেক মুনবদা শিবা ঊৱীশিং ) গী মহৈ মপাল অমস্থ মনানা য়োমলি।

লাইয়েকশঙ্দা, মচু মমেন কয়ানা য়েকপা শগোল শামুনচিংবা তোংননবা শা-শিং অমদি উচেকশিংগী অয়েকপা লাইনা লৈতেংদুনা লৈবগুম উপালশিং অতু-দস্থ মচু মমেন কয়া কয়াগী উচেক মথৈনা লৈতেংলি।

দ্রোণাচার্যানা দুর্যোধননচিংব কুরু শাগৈশিংবু ঙাকপি শেনবীথিবগুম উপাল-শিং অদুবুস্থ মমিং মাম্নবা উচেক জাৎ অমনা শেন্নবি।

অচৌবা লানফমদা, লাল মমাঙদা শামুশিংনা তেনগী গাড়ী চিংলকপগুম উপালশিং অদুস্থ নাগেশ্বর কৌবা লৈগী লৈনমনা থোইমুশিংবু চিংলকলি—

অচৌ অচৌবা শামুশিংগী মমৈনা লৈপাক শোকপগুম উপালশিং অতুগী অনৌবা মনাশিং অতুস্থ হাইথরক্তুরা লৈপাক শোক্লরি।

থৌরাঙ্ চাউবা নিংথৌশিংগী লৈবাক চিদাইদা লানবন ময়াম থম্বগুম উপাল ময়াম অদুগী মত্তাইদসু মনা মশা য়াওরবা ( মরুকোকপা ) উপাল কয়া হৌরি।

লানগীদমক ফিজেৎ লৈতেংলবা অকনবশিংগী মশাদা থোইমু মপৈগুম-মুরবা য়োংকি ফুরিৎ লিৎপগুম উপালশিং অদুগীসু মশা পুম্নমক থোইমু মপৈ মপৈনা কবচগুম কোয়শিল্লি।

সনা-খল্ ওনবা মীনা য়োংগুম্না মথুৎ মতোম্না ফালা মতোন পায়রবগুম উপালশিং অসিগী মরক্তসু য়োংশিংগী মথুৎ মতোম্না উনা ময়োন পায়রি।

নিংথৌশিংগী খুদা-কাংথোন্দা নোংশা মথোঙ্ মানবা পায়া ( মথোঙ্ ) পানবগুম, উপালশিং অদুগী মথাদসু লৈমায়দা নোংশা থোঙ্গুল তারি।

পঞ্চাগ্নি সাধনগী মশক ওইরবা তপ তৌবা হৌরকপা মীনা মশাগী অকোয়বদা মৈ হৌবগুম উপালশিং অদুসু মতোক পানবা য়াহোংশিংনা ইকোয় কোয়দুনতা লৈ।

যজ্ঞ তৌদুনা দীক্ষা ফংলবা যজমানশিংনা শবেং মচিনা মশাদা হোৎপগুম উপালশিং অদুসু শবেং ( কৃষ্ণসার ) মচিনা থোৎলমলি—

অহল অইরবা, য়ুমলিংদুনা লাইনিঙ্বা মুনিশিংনা মকোক্তা জটা পুনবা নিপামচাশিংবু য়োকপগুম, উপালশিং অদুগীসু মথোঙ মথোঙ্দা পল্লী থাগদুনা লৈনৈ।

মিত্রং তৌবা মীনা মাগী হৈ-শিংবনা মীগী মিৎয়েং হুবগুম উপালশিং অদুসু ফজবা মতৌনা মিৎয়েং চিংশিল্লি।

অচ্ছোদ সরোবর অসিগী নোংচ্প থংবা মপান্দা কৈলাস পর্ব্বতকী মনাক্তা লৈবা মশাগী মঙান্না থাবলগুম ভৌরোক্ ভৌব "চন্দ্রপ্রভ" হায়না কৌবা চীং মচা অমগী মথোঙদা ভগবান মহাদেবগী ল'ইশঙ অদু লৈ—মফম অদু মী তাদে।

চন্দ্রাপীড়না লাইশঙ্ অদু তান্না চঙ্শিনখিবদা লুংশিংনা হুয়্নদুনা মায়কৈ মরিমক্তা ইচাই চাইনা ভাবকপা কেতুকি লৈরীকশিংনা মাগী মশা অদুবু মহাদেব দর্শন তৌবা য়াননবা হায়দুনা নমদুনা উং তৈশিনবীবগুম অমদি শেংলবা, শিববী মন্দিরদা চঙ্জরকপগী মতৈতনা মরম ওইদুনা মাবু তরাম তরাম ওকপিরম্বগুম তৌরি।

ধ—প

মথংদা মহাক্না উবকলে—য়ুম্বী মরিথক্তী মথক্তা লীক্লাইগী অপীকপা মাগুপ মচা অমথক লৈ ; মদুগী মথাদনা মবোল অদুম্বক্তী মী পুম্নমক্তা মাগী মথোঙ্ সেবা তৌজরিবা অমদি অংৎ চত্ত হায়দুনা লৈরিবা জগৎ সংসারগী গুরু ওইরিবা অদুগুম্বা ভগবান মহাদেবগী—মায়থোং মরি পানবা, মুক্তাগুম লুরবা নুংভৌনা শাবা মূর্ত্তি অমথক লাংলি ;—স্বর্ণ-গঙ্গাদগী হেকুলকপা কুইদ্রিবা, লৈকাদা ঈশিং মরীক

মরীক শিম্বরিবা—মতোন কন্দোকহল্লবদি মপুম্ কারবা থাগী মচেৎ মচেৎ মাম্না লৈবা—মহাদেবগী থাক্লা নোকপা মীনোক্কী থোল্লীক কুম্বা—অনন্ত কৌবা লিনগী মতোক্কী শরূক মচেৎ অমমম মানবা—পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুংগী মচীম্মনাওশিং মানবা অমদি ক্ষীরোদ সাগরগী-থম্মোই-থম্বাল-মওঙ্ মানবা অতুগুম্বা অঙৌবা থম্বাল থরা কৎলম্বতুনা মহাদেবগী কোক্তা থোনবা মুক্তাগী লুহুপ মাম্না উরি।

চন্দ্রাপীড়না অমুকস্থু উরকলে—মায় মথা ওল্লিবা শিবমূর্তি অতুগী মমাঙ্দা লৈশাবী অমা পদ্মাসনদা মমায় অরাং ওম্না ফমতুনা লৈ—

প্রলয় মতমদা ঈহৌরকপা ক্ষীরোদ সাগরগী ইপোমগুম ঙৌববী, মতম কুইনা পূনশিল্লক্লবা তপস্যাগী মপৈগুম্নবী অমদি মন্দাকিনী ( স্বর্গগঙ্গা ) গী ঈচেল্লনা পুল্লপ তাশিন্নরগা উরক্তা চেনশিল্লকপা মানবী, চৌং অমস্থুং বননা কোনবা লম

ক—ক্ষ পূম্নমক অতু শীনব থুংনা থাগী মঙাল ফাওহনবগুম তৌরিবী অতুগুম্বী থাপ্না শন্দোকপী মশাগী মঙালনা মায়কৈ পূম্নমকপু তাঙ্থোকহল্লি।

অমূক করিবু হায়গনি, মাগী মঙাল অতুনা কৈলাস চীংজাউ মকপুস্থু মওঙ্ অমা ওইনা মচু ঙৌথোকহল্লি।

মাবু হেক উরুবমক্তদা মাগী মঙাল অতুনা মাবু য়েংলিবা মীগী মিৎয়েং মম্নুংদা চঙ্থিতুনা পুক্নুং ফাওবা ঙৌথোকহল্লুরি।

য়াম্না হেন্না পানবা ( ঙৌবা ) মঙাল মপৈনা মশা অপূম্বা য়োমথিৎনা—মহাকপু, লৌক্লাই য়ুম মন্নুংদা লৈবগুম, ঙশিং য়ানশিল্লবা শংগোমদা লূপ্ত না লৈবগুম, চৌন লৈবাক্কী মক্ত্ বা ফিনা কুপশিনখিবগুম, মিংশেলদা মমি তাবগুম অমদি শরৎ থাগী অঙৌবা লৈচিম্না কৃপশিন্দুনা লৈখিবগুম মাগী হকচাং-কায়াংশিং অদূবু তশেং তশেংনা উবা ফংখিদে।

নোংদম্বা লাইনা পঞ্চমহাভূত ( লৈপাক, ঈশিং, মৈশা, নুংশিৎ অমস্থুং তরঙ্ ) কী মশক ওইরবা হুকচাং শাগৎপা য়াবা পোৎলম পূম্নমকপু থাদোক্তুনা অঙৌ অঙৌবা পোৎতমক থল্লগা মাবু শেমখিবা ওইরমাল্লে—

মহাকপু, নাপলনা ময়াই কারবা প্রমথশিংনা মশম লাক্তুনা চিংবীগনি হায়না কিজতুনা মশা হিংজনবা শিবগী শেগাদা চেনশিঞ্জরকপী দক্ষগী যজ্ঞক্রিয়া মাম্না উরি।

অমুক হন্না কামদেবগী মশা অতু ফংজনবগীদমক শিববু পেলহন্নবা হোৎনজগে নিঙ্তুনা মশা পূম্নমক ঙুং তৈতুনা ঙৌথোকহল্লগা মফম অতুদা শিব আরাধনা তৌতুনা লৈরম্বী রতি দেবীমক ওইরবোই নিঙ্লি।

মমাংঙৈদা পুম্না লৈমিন্নরম্বদগী থঙ্ন-চান্নখিবী শিবগী লাইপক-লৈজেংলিবী

থা-মচেৎকা উমজনিঙ্ হুনা ক্ষীরোদ সাগরগী মবেন্মনা মকম অসিদা লাক্কুনা লৈবী-রবা মাল্লি।

রাহু কিহুনা মহাদেবগী শেগা তাংজরবী থাগী মতৌগুম উরি।

মহাদেবনা শামু মউন শেৎনিঙ্ লক্কুনা থৌরাংনা মতুগী রাখল থল্লকপমক্কদা মথস্তা লাকচবা শামু ঐরাবতকী মঙালগুম্না মহাক ফমলি।

মহাদেবগী মীনোক্লা মপাল থোরক্কুনা লৈবগুমলি।

ক—প মহাদেবগী মশা নোইবা মতমদা তৈবঙ্গা উৎ মকূপশিং অহুনা নূপীগী শক্তম লৌহুনা চোংথোরকপগুমলি।

মহাদেবগী অহানবগী থৌরী মচু অহুনা অকোনবগী 'শংমুনবা' মচু অদুবু তক্-থোকখিগে নিঙ্ হুনা মপান থোক্লা লৈরবগুমলি—

তশেং তশেংজবী পার্ব্বতীগী মপূক অহুনা মশক পাম্না চোংথোরকপগুমলি।

ব্রহ্মচারী ধর্ম্ম চৎপা কার্ত্তিক-কী মতৌ অহুনা মূর্ত্তি ওইনা ঙাল্লবগুমলি—

শিবগী যগুম্বা অহুগী মশাগী মঙাল্লা তোপ্না চোংথোরক্কুনা লৈরবগুমলি—

লাইশঙ্ ময়াদা হৌবিবা উপালশিং অহুগী মপাল পূম্নক্লা শিবগী পূজা কৎনবা পুল্লপ পূনশিন্নবা মশক মাল্লি।

অকনবা তপ তৌবদা ফংলকপা ব্রহ্মাগী সিদ্ধি অহুনা লৈতারক্কুনা মফম অহুদা লৈরবগুমলি।

সত্যযুগতা ব্রহ্মানা ফংখিবা মিংচৎ অহুনা, মরোল তরেৎ থুংনা কোয়রুরগা মফম অসিদা লাক্কুনা অরা পোথাজরবগুমলি।

কলিযুগকী প্রভাবনা ধর্ম্ম মাঙখ্রবদা রাজববী বেদনা মফম অহুদা লৈহুনা বনবাস তৌরবগুমলি।

মথংদা অমুক লাক্লদবা সত্যযুগ অহুগী বীজ ( মক্ম ) অংশনা নূপীগী মশক লৌহুনা লৈবগুমলি।

মুনি পূম্নমকী ধ্যানদা ফংজবকপা মরল অহুনা মশক নাইনা চোংথোরক-পগুমলি।

আকাশ গঙ্গাগী চেন্থবকপা শাফদা লাইশা শামুশিংগী পরেংগী ফজবনা লৈমায়থক্তা তারক্কুনা লৈবগুমলি।

রাবণনা থাংগৎপা শক্দা কৈলাস পর্ব্বতকী ফজবা মশক হিকথরকপগুমলি।

অতোপ অতোপ্পা ঈথৎশিংগা উন্নিঙ্ হুনা লাকপা শ্বেতদ্বীপকী মঙালগুম নিঙ্ খিরি।

শরৎথা ঙাইহৃনা শাংঙমদনা লৈবা শীংনাং মপাল মাল্লি।

পাতালদগী থোবকপা, অনন্তগী মশাগী ফজবা অহৃঙুম নিঙ্থিরি।

ময়াই কাবা অমৃত থকচিল্লবদগী ঙাওহৃনা কোয়না লৈবকপদা হিকৃথরকপা বলরামগী কুচুঙুমলি।

বিধাতানা পানথংলকপগী থাবল পূম্নমক পুল্লপ পৈশিন্দুনা থম্লম্বঙুমলি।

কাংড পূম্নমক্ল' মশা মশাগী অঙৌবমথৈ মঙোন্দা পুল্লপ থায়দোরক্লবঙুমলি।

ধর্ম্মগী থম্মোইমুংদগী থোবকপী, নোংদম্বনা মোইবৃংদা হন্দুনা শেমলকপী, মুক্তাদগী চিংথোরকপী, খুৎচানা থম্নৌ হেবা মানবী, শামু ময়া মচেৎ মচেৎনা শারক-পঙুম্বী, থাবল মঙালগী শহুনা শেংনা চামথোক্লবঙুম্বী, মশাদা অঙৌবা মচু শঙ ঙুম্বী, অমৃত-কোংগোলনা ভোইনবঙুম্বী, সনাহিদাক্লা চামথোকৃপঙুম্বী, লুপা মহিনা শেংলব-ঙুম্বী, থা-মকোয়দগী কোংথোক্তনা শাবকপ মানবী অমস্মং কুটজ, কুন্দ অমস্মং নিসিন্দা লৈগী মঙালশিংনা ফজব। হেলহনবী, অঙৌবা মচুগী লময়োবী অমঙুম নিঙ্থিজরি।

মহি চেল্লবা নোংথাঙ্ মঙালঙুম কোরী মচু মানব' চীংথৈ-চীংদা হুন্দোবকপা হুমিৎকী মকোয়দগী অনৌবা মঙাল থন্দোক্তুনা মহুগী মঙালনা বিধিনা শেম্নকপা

ক—ক মানবা, ঈরুজবা কৃইত্রিবনা শিববু থুরুম্বদা চবণদগী উং মকৃপ মকূপ পল্লকপ। মাম্না মথক্তগী ঈশিং মবীক মরীক শিন্থবিবা, থরনা লেংপাক্তা তারিবা, অহুঙুম্বা শমগী জটানা মাগী মকোক্তা লৈতেংলি।

শিবগী নাম ইবা মণিনা শাবা শিবগী চরণ ( ছাপা ) অনিথকনা মকোকী জটাদা লৈতেংলি।

মথক্তা থা মচেৎ থিনবা চীংদোন নূংপাক্লা হিমালযগী থাঙ লাক মাম্না লৈ-তেংবঙুম, কোরৌহনবগী রথচিংবা শগোলশিংগী লোঙথুম মতোনগী থোঙ্গাওদা উঙ্কুন তাববা থব্লাম্মীচাকুম ভোরবা উংনা মবাইবক্তা চন্দন ওইনা লৈতেংলি।

চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা ভক্তিনা নিঙ্থিহল্লবী অমদি অনিঙবা থম্বাল অঙৌবা পরেংঙুম তরু তরুবী মিৎয়েংনা থোংনা নৌনা মহাক্লা শিবগী মূর্ত্তিবু য়েংজরি—

লেপ্প লৈতনা ঈশৈ শকপগী মচীনবান অনিমক হংগৎহন্দা লেঙ্বনা মহাক্লা শিববু অমুক হম্না চাইথরিবঙুম—মাগী শেংলবী থম্মোই মঙালঙুম্বী—মশক নাইনা চোংথোরকপী মুংশিবা ঈশৈঙুম্বী—খোম্লেল ঈথক মওঙ্ঙুম্বী অমদি মশক নাই-রক্লবী লৈবী লৈথোন ময়েকুম্বী য়া পরেংগী মঙাল হাইদোরকপদা নিঙ্থিরি।

ব্রহ্মাগী মচীন্দগী চিংথোরকপা বেদগী অর্থমক মাল্লবা—গায়ত্রি ময়েক পরেং-

গুম্বা—নারায়ণগী থোয়দোদা হৌবা থম্বাল অঙৌবদগী লৌবা থমচেৎ মল্ল মানবা অমদি লৈশাবী অসিগী মুখূৎনা শোকহল্লগা মশা মশাবু শেংগৎচহল্লিঙ্ হুনা সপ্তর্ষি-শিংনা থল্লাম্মীচাক ওন্দুনা লাকপা মানবা অমস্তুং থাবল মঙাম্না কোয়শিল্লবা পূর্ণি-মাগী অহিংগুম্না মাগী নিঙ্থিবা হেলহল্লবা—হৈক্রু মতূম অমমমগুম চাউরবা, মক্তুবা মুক্তাগী জপমালা অমনা মাগী মচক্তা য়াম্থহুনা লৈতেংলি।

মহাদেবগী কোক্তা লৈবা মমায় মথা ওস্থবা মী মকোক্নুম তুম্বক তুম্বা অমদি ব্রহ্মাগী সনথোঙ্দা থিনবা সনাগী চক্ষু অনিগুম মঙাল চেনবা অমৃত মহৈ অনিনা লৈশাবী অঙ্গুগী মথবাক্তা ভান্না লৈবনা মহাকপু কাংভ অনিতমক তাবা গঙ্গাগুম উরি।

দুর্গাগী কায়দো -নোংশা-মশোংনা শাবা মানবা, চামবগুম জুম জুম লাউনা ফজবা, কল্পতরু উকু অমনা মাগী থরক্তা পুনশিল্লগা মহুনা মাগী ইন্নফি ওইনরি।

মহাদেবগী থৌজান্ন ফংজরকপা, মাগী ( মহাদেব ) মকোক্তা লৈতেং মণিগী মশক ওইনরিবা-থাগী-মঙান চবুন মাল্লবা যজ্ঞসূত্র অমনা পুল্লপ মতূম তাশিল্লগা মহাক্কী থৌরীদা পকপনা মাগী মশ অদূবু তশেং তশেংহল্লি।

অবৃক্ষা-লংলাগী-অঙৌবা-অপাব ইন্নথিনা নিঙ্য়ৌনা বৃপশিল্লবস্থু পদ্মাসনদা ফম্বনা, লোংথোকলিবা মখোং, খৃযাগী মঙাল ফাংবক্তনা মথোঙ্ মপাদা কুপলিবা ফি শরুক থরা অদূবুদি তঙাং তঙাংন উহল্লি।

চহি মতাংনা থুংলববা মথোনকাব মতম হায়বঙ্গনা মঙোন্দদি, অশাউবনচিংবা বিকার পোক্তুবা সেবক অনগুম চাংজরক্তনা লৈরি।

মরাং কায়না পূণ্য ভানশিঞ্জহুনা তশেং তশেংহল্লক্লবা, অথোৎপা অমেঙ্বনস্থ মঙোন্দা তাংজহুনা লৈররি।

লাইকোন অঙ্গুগী শজিগুম মিৎয়েং নিঙ্থজবী— ঈথক ঈরাং য়াওজদবী 'শকহেনবী' হায়বী অঙ্গুনস্ত মাগী মকাদা শাইদাংজববি।

লাইপক্তা ত্রিপুণ্ড্র ধাবণ তৌবদগী লেমহৌবা উৎ মথাক তৈবনা ভোয়োক ভৌনা উরবী, খুজেংদনা মোংইবুং খুজী শিবী, খুজীন মঙান্না তশাং তশাং উবনা শামু ময়াগী মচৈ মানবী—অপীকপী মোংইবুং খুদোপ অমমমনা লৈজেংনবী অঙ্গু-
ক—৬
গুম্বী য়েৎকি খুৎচানা— মচা নিংতোলগুম মতম্বাক্তা পমহুনা শামু ময়ানা শাবা বীণা অমা থোংহুনা মহাকপু 'গন্ধর্ববিদ্যা'মক মাঙ্গা উবি।

মণিগুম লংলবা মাগুপ মথোঙ্শিং অঙ্গুদা লীলাগী মতৌগুম বীণাগা লোয়-নবা মাগী মমি ভাবিবহু উবগা মথোয় অদূবু মাগী লোয়নবীশিংগুম্না উরি।

থোইদোকপী ভক্তিনা মহাক্না আরাধনা তৌজবগী মহৈনা শিবগী থম্মোইদা চণ্ডজবা যংলবীগুম—চাইথখিবগী ইচুম কংদ্রিবা শিবগী মূর্ত্তিদা মাগী মমি তারি।

মথোরী পক্ক শিবা মুক্তা পরেংগুম নিঙথিজবী, গ্রহচক্রেদা ধ্রুব নক্ষত্র লৈবগুম হুম্মিন্না শকপী ( ধুয়া ), অশাউবী নূপীগী মমায়গুম, তভাং-তভাংবী-মায়থোংদগী-থোরকপী মখল মখা অয়াম্বা রাগ রাগিনীনা তিনবা মথেকী-থোম্থোক ম্নাওবী, ময়াই কারবী নূপীগী মিৎ নহানা উইরুম উইরুম উরু-উরু লৈদুনা লৈবগুম্না অমেঙবা অমস্থং অন্নাংবা স্বরদা কোয়না অস্থম লৈদুনা শকপা—অভাওবী নূপীনা তোয়না খুবা খুবাকুম অয়াম্বা তালনা তিনবী অমদি মিমাংসা-দর্শনদা য়াওবা শাব্দী অমস্থং আর্থী ( ব্যাকরণগী নিয়ম কায়দবা শব্দ অমস্থং নিঙখিবা অর্থনা তিনবা ) কৌবা 'ভা-ব-না' অনিনা পূনবা অয়াম্বা মূর্চ্ছনানা তিনবা থোম্থোক্কা নুংশিরবী ঈশৈনা বীণা মথোলগা তিন্নহন্দুনা মহাক্না মহাদেববু লৈশা লৈথোন তৌরমলি।

থুম্নবা ঈশৈ অদু তাবদা—শজি, ঙক, য়ো', শামু, শরভ হায়না কৌবা মথোঙ নিপান পানবা শা অমস্থং নোংশানচিংবা বনগী শা থিবীক্না মথোয়স্থু ধ্যান তৌবা তমলিবগুম ঈকোয় কোয়শিন্না কুল্লগা মনা থাংগৎনহুন' ঈশৈগা নোয়নবী বীণাগী মথোল অদু তানরি।

চ—প লৈশাবী অদু আতিয়াদগী নাম্থরকপী মন্দাকিনীগুম নিঙথিজৈ।

যজ্ঞদা দীক্ষা তৌরবা মীনা প্রাকৃতকী লোল ভাঙবা য়াদবগুম লৈশাবী অসিস্থু প্রাকৃত ( তাইবঙ মীপোক ) নৎলমদে।

ত্রিপুরাসুর হাৎপদা শীজিন্নখিব' শিবগী তেন অদুগুম্না মহাকস্থু মণ্ডাল চেল্লি।

অমুক্কং অমৃত থকখিবদা মতুংদা থোরাংবা পোক্ত্রবী নূপীগুম মহাকস্থু বিষয়াগী য়াথল থাদোক্লবীনি।

মহাদেবগী কোক্কী লৈতেং থা-মচেৎতা অভাওবা মচু পক্কবগুম মাগীস্থু অপাম চুংশি য়াথল চেল্লমদে।

ঈথক ঈপোম লাংত্রবা তরু তরুবা সমুদ্রগী ঈশিং মনুংগুম মাগী থম্মোইদা অমকপা লৈরমদে।

সমাস লৈতবা পদ-না মহৈ মহৈ তিন্নদবগুম মহাক্কীস্থু অঙ্গংবা অশাবনচিংবগী কাংজিন্নবা অন্নাবা অদু য়াওরমদে।

করিগুম্বা বৌদ্ধ সম্প্রদায়দা জ্ঞানগী হিরম য়াওদবগুম অপাম্বা করিস্থু লৈত্রবীনি।

চৌবর শাম্নবদা হৈথোই শিংথোইবী নূপীনা মচুগী অরোল অথুপ লৌশিং পুম্ন-মক ঙয়া খুত্থম চনশিনবগুম মহাকস্থু হিক্ত্রি পুম্নমক্কা লোয়ননা মপুক্কিঙ লাকশিল্লবীনি।

ঈশিংতনা কোয়শিনবী লৈপাক লৈমগুম মহাকস্থ ঈশিংত থক্কূনা হিংই।

নিংথম থাগী অয়ুক্কা থোকৃপা লৈচিন্না কৃপশিল্লবা মুমিং মণ্ডালগুম—মশাগী মণ্ডাল চেনবীনি।

আর্য্যা ছন্দদা যতি, গণ অমদি মতিক চাবা মাত্রা লৈবগুম মাগীস্থ মণিগী দণ্ড, কমণ্ডলুনচিংবা পোৎলম মতিক চানা লৈজে।

অয়েকপা লাইগুম চীংদা লেঙ্দনা লৈবীনি।

মণ্ডানচাউবী লাইরেম্বীনা লৈমায়দা মণ্ডান তাহনবগুম লৈমায়দা মমি তাহনবীনি।

মাগীনি হায়বা মরম্লাই ওইবা করিস্থ থমত্রবী, নাপল য়াওত্রবী অমদি কল্লক য়েংথী লৈত্রবীনি—অত্থুগা হুক্তীক লৈরিবদি—তাইবঙ্ মীওই নত্তবী শক্তম্, অত্থুগা লাইরমলেনগী ওইবনা মশাগী চপ্ চাবী চহি মতাং লেপ্‌ডমত্রবস্থ চহি তরানিপান-মক্তি য়োকাত্রিবী ওইনা উবী, শিববু নিঙ্জবনা মাগী ব্রত ওইনবী অসিগুম্বী মতৌ অসিতনি।

অত্থুগী তুংদা চন্দ্রাপীড়না শগোলদগী কুমথত্থুনা উশা অমদা পুন্দুনা থম্লগা চঙ্‌শিল্লক্কনা ভগবান মহাদেববু য়াম্না ভক্তি তৌনা খুরুম্লগা পা কুপ্পুনা
ক—ল মিংকম হোংদনা লাইরৈবাক্কী ওইবী নূপী অদুবু অমূক হন্না য়েংত্থুনা লৈরকলে।

ওইথোকখিত্রিবা ফজবা মশক—মণ্ডাল অমদি ঈথক ঈরাং য়াওদবী মতৌদা পূমতক ঙক্লবা চন্দ্রাপীড়না খল্লকই—

"কয়াদা ঙকখ্রবা! তাইবঙ্ পানবদা হিংলিবা থম্লায় পানবশিংগী মকাদা ওইথোকৃপা হৌনত্রবা ডাক্তা হেক হেক থেংনরিবসি অঙকপনি।—ইনিঙ্ তৌনা শাত্তানবনি হায়ত্থুনা লাকৃলগা কিন্নর অনি অদুবু অরেম্বদা তান্নরুরে—মথংদা অমূক মীওইবনা য়োঙমত্রব'—লাইবৈবাক্তা লৈবশিংতগী মতিক চানবা—অসিগুম্বা, য়ৌনা পূক্লিঙ্ হুরবা মফম অসিমস্থ উবকলে—

অম্মুম ঈশিং থিরকপদা সিদ্ধ ওইরবা মীশিংতনা তাবা, নিঙথিরবা পূত্রী অম্না উরকলে। মত্থুগী মপান্দা ডাইহাক্তং পোথানগে তৌরুবদা ওইথোক্ত্রবা ঈশৈ মথোল তারকলে—অত্থুগা মত্থুগী থোঙ্গুল লীরকপদনা হুজীক—তাইবঙ্ মীরম-লেম্না উঙমদবী লাইনূরা লৈশাবী অসিবু অমুক উররে।

চিংনফম লৈতে, মহাক অসি লাইরমলেনগী লাইরেম্বী অমনি, মরমদি—মওঙ্ মতৌ অসি তাইবঙ্ নূপী মান্দে—অসিগুম্বী গন্ধর্ব্বগী ঈশৈ মথোল অসিবু মীরমলেন্দদি কমদোনা ওইথোকদগে?

মরম অদুনা, মানা থংমাঙ্ মাঙ্থিবা নত্রবদি নত্রগা কৈলাস চীংদোন য়েনা কাথিত্রবদি অমদি আতিয়াদা পাইথংথিত্রবদি—'নহাক কনানো ? নমিং করিনো অদুক নোনা লাইনিঙ্লিবনা করিগীনো ?' অসি পূম্নমক অসি মনাক্তা চঙ্শিন্দুনা হংলুগে, মরমদি—মসিনা ঐগী অঙকপা কোক্লবা হোৎনবগী মতিক চাবা তাজানি। চন্দ্রাপীড়না অস্নম থন্দুনা লীক্লাইগী মাগুপ মনুং অদুগী উথোঙ্ অমদা ভাঙ্গুনা ফম্লগা ঈশৈ লোইবা ভাইদুনা লৈরকলে।

মথংদা ঈশৈ লেপথিদুনা বীণা অদুস্ন তুমিন লৈখ্রবদা, থোইমুনা ঙংথিত্রবী থরো অঙোবীগী মতোগুম মহাক অদুনা ভাম্বোইবকলে। মথংদা, হৌগত্তুনা লৈশাবী অদুনা মহাদেববু কোয়দুনা খুরুম্লগা, ওন্থোরক্তুনা—মাগী পুণ্যনা শোক-
পিবগুম, তীর্থগী ঈশিংনা চামথোকপিববগুম, মাগী লাইনিঙ্না শেংদোক-
ম—ব পিরবগুম, পাপ কোকহনবীববগুম, অপাম্বা বর পীনবীবগুম, অমকপা
পূম্নমক কোকহনবীববগুম মহৌশানা কুচু পানজরবী অমদি অচেৎপা লাইনিঙ্গী মপান্না হিরম পূম্নমক চুম্না লেপ্লদা হৈশিংলবী মিংম্নেংনা মুংশা থীবা কোকহনবীদুনা চন্দ্রাপীড়দা হায়রকই—

"লেঙ্শিনবীরকসি, হে অত্তিথি! কমদোনা মফম অসিদা য়ৌবীরক্লিবনো ? লেঙ্থংপীয়ু, ঐগী অতিথি সেবা লৌবীনবা লেঙ্শিনসি।"

মানা অস্নুম্না হায়রবদা—মাবু কৌবীরকপা অদুতনস্নু চানবীরবনি থল্লবা চন্দ্রাপাড়না হৌগত্তুন' নোম্না খুরুম্লগা হায়বকই—"দেবী! তাকপিবা য়াথং ইঙ্গগনি" অসি হায়দুনা শিষ্য অমগী মতৌগুম নোম্লুকপ' উত্তুনা অস্নুম মাগী মতুং ইন্না চৎলকলে।

চৎনা চৎনা চন্দ্রাপীড়না মপূক্তা লেপ্লকই মদুদি ;—"ফরে, ঐবু উরগা মহাক্না মাঙ্খিবা তৌদনা ঐবু অস্নুম্না তবাম তবাম তৌরিবা মওঙ্ অসিনদি,—
তপস্বিশিং মক্লস্নু ফংনঙমদ্রবা, অমাঙ্ অতা লৈত্রবা মাগী মশক মওঙ্ ফনা
স—ঞ ওইদুনস্নু ঐগী পূক্নিঙ্গী অঙকপা কোক্লনবা হংনিঙ্লিবসি ঐনা তাকপিয়ু
হায়জরবদি শোয়দনা অথাকপা লৈতনা তাকপিরক্কনি হায়না ঐনা লৌবা য়াই।

চন্দ্রাপীড়না মপূক্তা অস্নুম্না লেপ্না লেপ্না থোঙ্কাপ চামদং চৎলগা, অয়ুক মুংথিলমক্তদস্নু অহিংগুম্না মমশিলহল্লবা অকুংবা তমাল পাম্বীশিংনা মমাঙ্ থংনা হৌবা গুহা অমথক উবা ফংলকলে।

গুহা মচিন্দা হৌবা উরীগী কুঞ্জদা তপ্না তপ্না ভংবা ময়াই কারবা থোইমুশিংগী মখোলনা ইনিল নিল্লি।

চীংগী ঈফুৎনা অরাংবদগী তারক্তুম্না অঙোবা নুংথক্তা য়ৈশিল্লবদগী থক্তোরকপা

অয়াম্বা ঈশিনো থক্তোক থকচিন তৌবমক্তদা কোংগোন য়াম্না শৌরি, মচি অমদনা, মুং মচান্দা তাশিন্দুনা মরীক মরীক চাইথোকহল্লকপা ঈশিংগী মথোল থোকলি অমসুং মত্তুদগী মথাঙ্ অমুক থোরকপা উনমুক ঈংলবা ঈরীকশিংনা পীক্লবা মকুপ মকুপ ওল্লক্কুনা গুহা মচিল অত্তুদা লৈচিল থাহল্লি।

গুহা অত্তুগী নাকল অনিমক্তা তারিবা, ঈংলবা— মুক্তা পরেং অমদি মহাদেবগী মীনোক্তুম ডোবা ঈকৃৎ-ঈশিং অত্তু উরগা থোঙজীন্দা চামর ময়াম য়ানবগুম নিঙলি।

গুহা অত্তুগী মন্নুংদা মণিগী মশক ওইরবা কমণ্ডলু থরা লৈরি। যোগ সাধন তৌবা মতমদা শেংননবা মুগাক্ষি অমনা মচি অমদা য়াল্লি। যুবী মকুনা শাবা তক্ত তক্তবা থোঙউপ অনিথকসু সিকা মথক্তা পুন্দুনা থমলি। মচি অমদনা হুকচাংদগী কেলহৌবা উৎনা রাউথোকহল্লবা উকুগী কম্মুং অমথক লৈরি। খুৎলাই থাত্তুনা শেম্বা থাবলগুম-ভৌরবা মোইবুংনা শাবা ভিক্ষা পাত্র অমসু উবা ফংলি। অত্তুগা উৎ হাপ্পবা তুম্বাগী পাত্র অমসু গুহা অত্তুগী মন্নুংদা লৈরি।

অত্তুগী তুংদা চন্দ্রাপীড়না গুহা অত্তুগী থোঙজীন্দা লৈবা নুংপাক অমদা ফম-থরবদা লৈশাবী অত্তুসু উকু-কম্মুং অত্তুগী লুথুমদা বীণা অত্তু থনমত্তুনা ঊনা কোন-শিল্লগা ঈকৃৎ অত্তুদগী ঈশিং শোক্কুনা অর্ঘ্যগীদমক পুশিল্লকপা উবদা চন্দ্রাপীড়না হায়রকই—"একচরে, ওকচরে, ঐগীদমক্তবু করিগীদমক অদুক ব্রাবিকবগে? দেবী, ঐবু অত্তুক হেঞ্জিন্না চানবীগন্নু! কবিসু থৌশাবীগন্নু—অসুক লুনা তৌবীগন্নু। নশক উজবতদা পাপ কোকচনিংঙাইনি অত্তুগা অঘমর্ষণ সুক্তগুম্না অমকপা পূন্নমক কোকহনবীব' ঙল্লিবনি, মবম অত্তুনা নিঙথিনত্তুম লেঙশিন্দুনা লৈবীযু।

মথংদা লৈশাবী অত্তুনা হায়জমনবদগী চন্দ্রাপীড়না য়াম্না নোল্লুক্লা অমদি মুংশিনা অতিথি সৎকারশিং অত্তু লৌরে।

অসুম্না অতিথি সেবাগী হৌনবী তৌবা লোইরবদা, লৈশাবী অত্তুসু অতোপ্পা নুংপাক অমদা ফমত্তুনা ঙাইহাক তুমিন লৈনরগা মথং মথং হিরম খুদিঙমক হুংলক্লবদা চন্দ্রাপীড়না মাগী দিগ্বিজয় যাত্রাদগী হৌত্তুনা কিন্নর অনিবু অসুম
ট—১
তাম্নরকপদা মক্কম অত্তু য়োরকথিবনচিংবা পূন্নমক চিথদনা তমলে।

ব্রারী পূন্নমক থঙলগা হৌগৎথিত্তুনা লৈশাবী অত্তুনা ভিক্ষাগী পাত্র অত্তু পায়-ত্তুনা লাইকোন্দা চৌরিবা উশিংগী মথোঙ মথোঙদা কোয়না অসুম চৎলকলে;—মথন মথক্তা কেঞ্জরকপা উহৈত্তনা ঙাইহাক্তগী মন্নুংদা ভিক্ষা পাত্র অত্তু থলহল্লগা হল্লক্কুনা উহৈ পূন্নমক অত্তু চন্দ্রাপীড়দা পীত্তুনা চাবিনবা হায়জবরে।

চন্দ্রাপীড়না খল্লকই, "ভাইবঙ পানবদা, তপস্যানা ভক্ষদবা করিসু অমত্তা লৈতে। মথন্নায় পান্দবা উপাস্বীশিংনসু ভসি অহিংবগুম্না দেবী অসিদা মাগী মাগী

উঁহৈ পীদুনা, মথোয়বু মানা চানবীনবা হোৎনজরিবা—অসিগুম্বা মতৌ অসিদগী হেন্না ওকপা অতৈ করিবু লৈরিগদগে ?

মমাংদৈদা কৈদৌদৈদস্তু উরক্লিবা থৌরম অসি ওসিদি ঐনা উজবা ফংলরে।"

অস্তুম থম্না থম্না হেন্না ওকচানরবা চন্দ্রাপীড়না হৌগৎখিদুনা ইন্দ্রায়ুধপুস্তু মফম অদু তাম্না পুশিনবীরক্লগা শাবল লৌথোকপিদুন' অনকপা মফম অমদা পুনশিল্লে

ড—ৰ অদুগা ঈফূৎ-ঈশিং অদুদা মশা ঈরুজথোক্লগা অমৃতগুম হাউরবা উঁহৈশিং অদু চাদুনা উনমুক ঈংলবা ঈফূৎকী ঈশিং অদু থক্লগা আচমন তৌবা লোইরবদা লৈশাবী অদুস্তু উঁহৈ য়াহৈ থরা চারগা ঈশিং থক্কনা লোইশিনখ্রে।

অস্তুম্না চাবা থকপগী থবক লোইবগা য়াচঙবা মতমগী তৌবা হৌনবা থবক পূম্নমক লোইথোক্কনা নুংপাক অমগী মথক্তা লৈতানা ফমথ্রবদা চন্দ্রাপীড়না, লৈশাবী অদুগী মনাক্তা তূমিন্না চঙশিল্লক্লগা নকতক্লা ফমদুনা নোল্লূক্লা হায়বা হৌরকই—

"দেবী! নহাক্না চানবীবনা মরম ওইদুনা ঐগী থঙনিঙবা ময়াই হেনহল্লে —অদুগুম্বা থঙনিঙবা অদুনা, মীওইবগী হৌনশা ওইবা লাঙতক্লব' ঐগী ইতৌবু য়াহল্লরে,—মরম অদুনা ঐনা নিঙজব্রবমকস্তু থাংডমদবা পূকচেল অদুনা ঐবু, নমদুনা হংবগী থবক তৌহল্লে—

মরমদি, মপুনা চানবীবা শম্না মকৈ অমত্তনস্তু হৌনবা থঙদবা মীওইগীদি নারাংনবা মরম ওইহল্লি।

অদুগা, ঙাইহাক্তং মফম অমত্তদা লৈমিন্নবতনস্তু অমগা অমগা শক্‌থঙনবা হায়বদু ওইরকই।

থোইদোক্লদি—(অসিগুম্বা ফিবমদদি) মহৈ মহৈ থোগল ব্যবহার য়াম্না উৎনত্রবস্তু অমগা অমগা অদুম্মক সুংশিনহল্লি।

মবম অদুনা থোইনমক য়াবিগদবা লৈত্র'দি নহাক্কী হৌফম শাংফমূনচিংবা তাকপীদুনা ঐবু চানবীরে হায়বা থঙ হনবীয়ু।

হেক উজবদগী হৌনা হিবম অসিদা ঐগী লাঙতক্লবা পোক্লক্লিবনি।

নহাক্না পোকপিবনা মরম ওইদুনা করম্বা লাইগী, কবম্বা ঋষিগী, কবম্বা গন্ধর্ব্বগী, কনা গুহ্যক-কী অমদি করম্বী অপ্সবাগী শাগৈবু চিংথৎপিখিবনো ? অদুগা লৈরাংগুম থোংলবী, তনৌ তনৌববী চহি মতাং অসিদা অস্তুম্না তপ তৌব' হৌবীরিবসিনা করিদগীনো ?

চহি মতাংনা কদায়নো, অদুগা তৌবীরিবা তপস্যা মন্তা অসিনা কদোমদনো ?

নিঙ্থিবী শাবান অমদি ফজবী শকৃতম্ অসিনা কৈদা অহুগা ইন্দ্রিগী অপাম্বা থাদোকপা মতৌ অসিনা কদাইদা ?

মরম অহুনা অসি পুন্নমক অসি ঐঙোন্দদি ঙক্কা থোক্লরে। অয়াম্বা সিদ্ধ অমদি সাধ্যশিংনা থল্লবা অমস্তুং লাইশিংনা থোঙ্দাবীববদগী পূক্নিঙ্ হুনবা মশক ওইরবা আশ্রম মথৈবুদি থাদোকপিরগা মী লৈতবা বন অসিদা করিগীদমক্তা নথক্তা লৈবিরমলিবনো ?

অহুগা লৈপাক্লচিংবা পঞ্চমহাভূতনা শাবা নঙ্গী নশা অসিনা, ঐনা মফম অমত্তদস্ু উরক্লি্বা অমদি তাজবক্লি্বা ওইনা অস্নুক হকচিন্না ঙৌরিবা অসিনা করম্বা মওঙ্নো ?

পুন্নমক অসি তাকপীহুনা ঐগী অঙকপা কোকহনবীয়ু—।”

চন্দ্রাপীড়না অস্নুম হায়রবদা লৈশাবী অহুনা মপূক্তা কবিনো অমা থন্দুনা ঙাইহাক তুমিন লৈরুবগা মুংশাশোর মপী হোন্দুনা সমিং উইশিন উইশিন্না কপ্‌-থোরকলে, মতম অহুদা লুখ্রবা পি মতুম মতুম্না মাগী থমুংদগী অশেংবা মপূক্নিঙ্ পুহুনা থোরকপগুম, ইন্দ্রি পুন্নমক্কী তরু তরুজবা মতৌবু মহী চেলহন্দুনা শিন্থহল্লক-পগুম, মাগী লাইনিঙ্না ঈশিং ওন্দুন' থোরকপগুম অমদি মিৎনা উরিবা অঙৌবা মশক অদুবু লাঙ্থোকহন্দুনা তাহল্লকপগুম লীক পরেংদগী তন্তুনা ইচাই চাইনা কেল্লকপা মুক্তাগুম মহাক্কী চায়রুং অনিমক্তা চেন্থবক্তুনা থাথুম ওইনরিবা উকু মথক্তা তোপ তোপ তারগা মরীক মরীক অমূক চাইথোকলি।

মহাক্তা কপ্পা উরবদা চন্দ্রাপীড়না থল্লকই—কয়াদা ঙকশ্রবা! খুদোং থীবা হায়বদুবু লাক্লবদা কনানস্ু মদুবু থিংলুবা ঙম্নদে, মরমদি মনাক্তা চঙ্লুগদবা ফাওবদা হংগোইরবা অত্তুগুম্বা শকফম অসিমকপু ফাওবা খুদোংথীবা অহুনা লাকহৎলরি। মরম অহুনা, মবম পুন্নমক্তা মসিনা থম্লায় পানবা কনাগুম্বা অমত্তবুস্ু শোক্লরোই হায়বসি কবম হায়রুগনি; মসি অন্নাবা অমনি। মরমদি, অন্না মুংঙাইবদি থোঙ্গাও কম্না কন্না ফৃজিল্লকই। মহাক্কী মপি শিন্থবা অসিনা ঐগী পূক্নিঙ্দা হায়-দগীস্ু হেন্না অঙকপা মরম অমা অমুক ওইহল্লরে। মবমদি, থজীক্তং লীৎপা

ল—ক

মুংশিং শউন্না থেংবদা লৈপাক লৈমবু নীকহনবা ঙমদবগুম্না অন্নাবা মচেং অমত্তনদি শক্ওই অসিগুম্বদা চঙ্বা থক ঙমদে। চন্দ্রাপীডনা থঙ্নিঙ্বা ময়াইদি হেল্লবস্ু—মহাক্তা মাগী মবালতনা নুপা মচা অহুগী ভন্নাবা রাথল নিঙ্শিংলক্লবগী মবমনি থল্লুবদগী হৌগক্তনা মহাক্কী মমায় মমিৎ চামথোক্লবা হায়দুনা মাগী খুজোক্তা ঈফূৎকী ঈশিং পুরকলে। লৈশাবী অহুনা, মমিত্তা মপি তানা তানা, চন্দ্রাপীডনা হায়জবদগী ঙাংতক তৌরবা মমিৎ অনিমক চামথোক্তনা ঙকুনা শাবা ফিগী মচীন

অমসুনা মমায় থৈথোক্লপা, অশাবা-অশাংবা শোরমগী অমা হোন্দোক্লুনা ত্থা ত্থা হায়রকই—

"নিংথৌগী মজাইবুংঙো! ঐদি পাপ চেনবী, লুংশি হৈতবী, ইরাইবকসু থীরবীনি, মরম অদুনা মতিক চাত্রবা, পোকথৈদগী ঐনা যুমকৈ থাদোক্লকপগী মারী অসি তাবিদুনা করি কাম্নগনি। অদুম ওইনমক য়াম্না খঙ্‌বিনিঙ্‌লবদি হায়রজগে, তাবিয়ু। নহাক্তি মাইক-পূকচেল চেনবীবা মীনি। লাইরৈবাক্তা অঙ্গবা হায়বী নূপী জাং অমা লৈ হায়বসি তত্তুনা তাবিরম্বা য়াবা মরমনি। মথোয় অদুগী বংশ তরামরিনি; মদুগী মরক্তা অমদি ব্রহ্মাগী মপূক্লিঙ্‌দগী থোকখি, অমনা বেদদগী পোকখি, অমনা মৈদগী থোকখি, অমনা মুংশিত্তগী পোকখি, অমনা মথ্যমান কৌবা অমৃতদগী থোকখি, অমনা ঈশিংদগী পোক্লকখি, অমনা মুমিং মঙান্দগী থোকখি, অমনা থাগী মঙান্দগী থোক্লকখি, অমনা লৈপাক-লৈমগী মচানি, অমনা নোংথাঙ্‌লৈমগী মচানি, যমনা অমা পোকখি, কামদেবনা অতোপ্পা অমা পোকখি অদুগা দক্ষপ্রজাপতিগী মচানিঙোল ময়াম অদুগী মরক্তা মুনি অমদি অরিষ্টা হায়না কৌবী মচা নিঙোল অনিথক য়াওবম্মী, গন্ধর্ব্বদা ওঙ্‌দুনা মুনি অমসুং অরিষ্টা অনিদগী শাগৈ অনিথক থোকখি; অসুম তৌনা পূনশিন্নরগা শাগৈ মথল তরামরিথক শুই। মুনি অমসুং অরিষ্টা হায়না কৌবী দক্ষগী মচানূপী অনি অসিদগী থোকখিবা শাগৈ অনি অসি গন্ধর্ব্বশিংগীসু বংশ ওইরিবনি; শাগৈ অনি অসিদা চিত্রসেননচিংবা অতোপ্পা মচৌম্ননাউ তরামঙাদগী থ্‌বায়দগী মগুণ হেনবা, চিত্ররথ হায়না কৌবা, মুনিগী তরাতরুক শুবা মচানিপা অমা পোকই। হায়রিবা চিত্ররথ অসিনা য়াম্না নহা ওইনা মথৌনানা মরোল অহুম্মক শীনব থুংনা কাওখি অমসুং লাই পূম্নমক্কা মথোয়গী লূহূপ মতোম্না মাগী মথোঙ্‌ শোকত্তুনা ঈকাই খুম্নখি, ভগবান্ দেবরাজ ইন্দ্রমক্কা "মরূপ" হায়না কৌদুনা মতীক মগুণ হাপ-কংখি—অসিগুম্বা চিত্ররথ অসিনা থাঙ্‌শাংগী মঙাম্না শংবানহল্লবা মশাগী মপাম্বোম্ পাঙ্গলনা হোংনদুনা গন্ধর্ব্ব পুম্নমক্কী মপু ওইখি। মফম অসিদগী পঙ্‌লাপ লাপ্তনা, ভারতবর্ষ অসিগা হেক ভাইনবা-অন্নাংদা লৈবা কিম্পুরুষ হায়বা (বর্ষ) লৈবাক অদুগী হেমকূট কৌবা (বর্ষপর্ব্বত) চীংজাউ অদুমক্তদা চিত্ররথকী লৈফমনি। হেমকূট কৌবা চীং অদুদা চিত্ররথকী মপাম্বোম অনিনা ঙাক্লুনা গন্ধর্ব্ব ময়ামসু লৈ, অদুগা হায়রিবা চিত্ররথ অসিনা "চৈত্ররথ" হায়না কৌবা পুক্লিং হুরবা লৈকোল অসি শেমখি অমসুং পাক চাউরবা "অচ্ছোদ" কৌবা পুখ্রী অসিসু মহাক্না তৌখি —অদুগা ভগবান্ মহাদেবগী মূর্ত্তি অসিসু মহাক্না শাদুনা লিংথংখি। অশোমদনা, অনিগুবা গন্ধর্ব্ব শাগৈ অদুদা অরিষ্টানা হংস হায়না কৌবা মচানিপা অমা পোকখি,

মহাক অহুনা তুম্বুরুনচিংবা মচীম্মনাউ তরুকী থ্যায়গী অহল্লি অমসুং অঙাং ওইরিবৈঙেদা চিত্ররথনা অভিষেক তৌবীহুনা নিংথৌ ওইখি। মখীং লাকঙমদবা গন্ধর্ব্ব লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা হেমকূট কৌবা চীং অহুদা মহাকস্থ লৈ। অসোমদনা, থাগী মঙান্দগী পোকখিবী অপ্সরা অহুনা থাগী মঙান্দগী ওনবী, পানথংলকপা থা পূম্নমকী কজবা পূম্নমক অহুনা বিধিনা শেম্নকপী, মরোল অহুমদা লৈবা মী পূম্নমকী মিং পেন্নকম ওইবী কুচুম্থ থা মঙানগুম্না পানবী অনিগুবী ভগবতী পার্ব্বতী মানবী অহুগুম্বী গৌরী কৌবী মচানূপী অমা পোকখি। ক্ষীরোদ সাগরনা গঙ্গাবু মাগী
ক—ঙ চান্নবী ওইনখিবগুম্না গন্ধর্ব্বগী মপু মহারাজ হংসনা হায়রিবী গৌরী অসিবু মাগী চান্নবী ওইখি। ভগবান কামদেবগা রতিগা অমদি শরৎ ঋতুগা থম্বালগা তিন্নবগুম্না মহারাজ হংসগা তিন্নজবদা শকমান্নবা অনি তিন্নবগী হেন্না নুংঙাইজবহু গৌরীনা ফংজখি অমসুং মহারাজ হংসগী সঙ্গাইনুংদা লৈবী নূপী পূম্নমকী মবেম্মা ওইনা লৈখি। মথংদা, অহুগুম্নবা পূকচেন চাউরবা হংস অমদি গৌরীদেবীগী মানবগীদমক্তা মপোক ময়ি ফজরবী অমসুং মথল মথা অয়াম্বা অন্নাবগী হৌকম ওইবী মচা নিঙোন ঐ ইথস্তা পোকপিখি। অহুমদি ওইরগা অতোপ্পা মচা অতৈ পোক্তবদগী মচানিপা পোকপদগী হেন্না চাউনা ঐনা পোক্লকপদা তরাম তরাম ওকপিখি অমসুং নুমিৎ তরানি গুরবদা হৌনবী থৌরম পূম্নমক পাঙথোক্তূনা "মহাশ্বেতা" হায়বী ঐগী চপ চাজবী মিং অসি থোনবীখি। অহুগুম্বী ঐ অসিনা পীকলিবৈঙেদা শেংনা থোক্তবা ইবোলনা বীণাগুম থুমহন্দুনা গন্ধর্ব্বশিংনা মথং মথং অমগী মথাদগী অমদা কোয়না পম্নহুনা নুংশিবা অমদি অন্না অনানচিংবা করিস্থ থঙ্দনা পুক্নিঙ্ হুনবগী মশক ওইরবা অঙাংগী পুন্সী অহু হৌখি। অহুগী তুংদা বসন্ত ঋতুদা লমদা থা' লমদাদা য়েন্নিঙ্, য়েন্নিঙ্দগী মপাল ( লৈ ), মপালদা থোইমু অমসুং থোইমুদা ময়াই কাবা—অম্মুম্না মথং মথং লাকপগুম ঐগীস্থ—ইশাদা নৌনা মথোন কাবা হায়বহু ওইরকখি। মথংদা, বসন্তগী মতম অমদা ইমাগা লোয়নবা ঐ—নোংমা অচ্ছোদ সরোবর অসিদা ঈরুজবা লাকখি। মতম অহুদা থম্বাল শাংপা হৌরকপদমক ঙায়রি, হৈনৌগী থোংলবা মপাল অপোম্বশিং অহুনা অপাম নুংশিনা লাকহংলবা মীগী থোয়রাঙ্বা হেনগংহল্লি। থোঙ্দোয় তপ্পা মলয়া নুংশিংনা হুম্নবদা কাম কৌবা লাইগী ফীরান পূম্নমক ফর ফর হাইরি—ময়াই কারবী নহা ওইবী নূপীশিংনা মচীন্দগী কামশিল্লকপা ময়াইকাবা মহীনা থীক্তূনা বকুল পাম্বীদা মপাল পোমহল্লি—উ নাপুগী অশাংপা অমসুং অপোম্বা মপালদা মায়হিংগুম্না থোইমুশিংনা তোংলবদা মুশিন মুরি। নূপীশিংনা অশোক কৌবা উপাম্বীদা মথোঙ্না কাওরুবদা থোক্লকপা মনিপী নূপুর থোজেলনা মায়কৈ পূম্নমক ইনিল

নিল্লি। পোমশাৎনরকপা মপালগী মুর্খং ব মনমদা পাইশিন্নরকপা থোইমুশিংগী ভংবা মথোলনা হৈনৌ পাম্বীশিংবু পুক্লিং হুহল্লি। লৈভোইতনা থন্না লৈবা তোর্ব্বান-গুম্না অতৎপা লৈতনা খিকথরকপা লৈগী লৈরীকতনা লৈমাইথক্তা ইভৌ ভৌরি। লৈহী থকচিল্লুবদা ভাওরবী থোইমু অমোমশিংনা উরীগী মশক ওইরবা হোরী বান্দোং হাইনবি। ময়াই কারবা কোকিলশিংনা নোয়াড়ি ( ? ) কৌবা উপালগী অতেকপা উনা মরুমদা লোৎলগা মহুগী মপালদগী লৈহী কোথোকপা হোৎনবদা থোইহী মরীক্কী নোং চুথবি। লংফৈ চৎখ্রবা মীশিংগী কায়না মৈহুম লাংহোবী চান্নবীশিং অহুগী মথস্নায়বু খুদোল ওইনা ফংলবদা হরাউরবা কামদেবনা মশাগী লীরুং-লীরী চিংহুনা নাপল তৌবকপা মথোল ফংবদা কিজহুনা মুংশি শেৎনবী নূপীশিংগী থম্মোই শেগাক শেগাক চিংথায়বদগী শিন্থনবকপা ঈতনা লম্বী পূম্নমক চোৎহল্লি। অপাম মুংশি রাথলনা লাকহৎলবা মীশিংদা অতৎপা লৈতনা কাপ-শিল্লকপা কামদেবগী উরোক মহুনা চনবা তেনগী তেন্না মথোলতনা মায়গৈ পূম্নমক থলহল্লি। পুক্লিঙ্দা ফাওরকপা অপাম মুংশি রাথলনা লাকহৎলবী নহা ওইবীশিংনা অম্মক মুংখিল মক্তদম্সু অরোনবা মকম পাংনরি। তিন্ননিং্বা ঈথক্লা ঈরাঙ্

চ—গ হোরবা সমুদ্র ঈচেলনা পূম্নমক থমহৎলম্মী। অহুগা অহুগুম্বা বসন্তগী মুমিং-শিং অহুনা থরায় পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা মুংডাইবা পোকহল্লম্মী। অহুগুম্বা লমদা অহুনা ফজবা হেলহল্লবা অচ্ছোদ কৌবা পুখ্রী অসিদা অনৌবা থম্বাল অমদি অভৌবা, অশংবা অমম্মুং অভাঙ্বা থরো থারীকথানা ক্ষগায়না শাৎলি । ভগবতী পার্ব্বতীনা, অচ্ছোদ সরোবর অসিদা চাইথবা লেঙ্লকপদা, পুখ্রী মপানগী অয়াম্বা নুং মথক-শিংদা য়েক্লম্বা মনাক্তা থোঙ্শঙ্বা ভৃঙ্গরিটিগী মূর্ত্তিনা থৌগনব শিবগী মূর্ত্তি-ময়াম অদূবু মুনিশিংনা কোয়দূনা খুরুম্নমই হায়বসি উফল্লক্তা তারিবা অপীকপা থোঙ্গুল-শিং অহুদগী থঙ্নবা ভম্মী, ঐহাকসু অহুগুম্বা মূর্ত্তিশিং অদূবু খুরুমজরে। উরী অমম্মুং উপালদগী লৈথোক লোয়ববা লৈ মথৈ চাইথরকলি, থোইমুনা কায়দোৎন-বদা অরাম্বা পুঙমদবী মন্নুংগী লৈয়োনশিং অহুনা কোন্থহুনা থাঙ্নবা মতৌ অহুনা উরীগী মাগুপ অদূবু য়েংবদা নিঙ্খিজহল্লি। অহুগা মপাল থন্না শাৎপা হৈনৌ পাম্বী অসিদা কোকিলশিংনা মখূর্জীন মতোম্না অপোম্বা লৈয়োনশিংগী অহোবা অহু খিন্দৎলুবদা লৈহী চেম্বরকলি। ঈংলবা চন্দনগী বন অসিদনা, ময়াই কারবা রাহোংশিংনা নিন থোংবদা কিরহুনা লিন মথৈনা উথোঙ্থাদোক্লুনা চৎনখ্রি— অমম্তা ভায়বা উরীগী হোরী-বান্দোং অসিদা মকাফম্না শাৎলবা লৈ মথৈনা কেল্লকপা উরগা কনাগুম্বা উমংলাইশিংনা মসিদা তোংলগা হাইহুনা শান্নবদা মসিবু য়েংবদা ক্ষজহল্লিবনি হায়না নিঙ্ই।

মরাং কায়না কেম্নকপা লৈমীকী মপৈদা কাংজশিংগী থোক্লুল কাক্না, পুষ্পী মপান্দা থৌবা উপালশিংগী উথা পুন্নমক অসি মায়মক পুক্লিঙ্ হরি।

অসিগুম্না ঈংলবা অমদি ম্নৌনা পুক্লিঙ্ হুয়বা মকমশিং অসি ঐনা য়েংজে-নিঙ্বনা পুক্লিঙ্ লাঙ্জক্হুনা ইমায়বীশিং লোয়ননা কোয়না অস্নুম চৎলক্লে।

অতুগী তুংদা, করিগুম্বা মকম অমা ম্নৌয়ক্লবদা — থোঙ্দোয়-য়াঙ্বা-উয়ক্লা-শিংপা-মুংশিংনা-হুয়কপা-বনগী লৈমাং অতৈনা ফনমক ফুগায়না শাংনহুনস্থ লৈনম অতৈ পুন্নমকপু নমহত্তুনা মায়কৈ শীম্না চাইথোয়কপা মুংশিম্নবনা—

চ—ম
(মনম অতুনা) ঐগী নাতোন্দা তৈতুনা ঈথন থলহনবগুম ঠোবা অমদি
ইপেন পেলহনবগুম—পোকভৈদগী অমুক্তস্থ থেংনয়ক্রিবা অমদি মীরম-
লেনগা মভিক চানত্রবা অতুগুম্বা লৈ-জাং অমগী লৈনম কংলক্লে।

মনম অসি কদাইদগী ওইরিগবা হায়না চিংনহুনা অশেংবা থঙ্নিঙ্বদগী, মিং পাঙ্থোক্লুনা, থোইমু অমোমগুম লাঙ্জক্লনা থুনা থুনা থাংবা থোঙ্থাংদা ঐগী মণি নূপুরনা হায়দগী হেম্না তনিক তনিক থোক্লকপা মথোন তাহুনা, অচ্ছোদ-সরোবরগী কাংজশিংবু লাঙ্জক্লহন্দুনা থোঙ্কাপ থরদং চঙ্শিল্লবদা, ঈরুজবা লাকপা, থোইদোয়মক শকহেনবা মুনিকুমার অমবু উঁরক্লে।

মহাকপু উবদা, মহাদেবগী মিংয়েং মৈমিনা কামদেববু চাক্থেকহনত্রবদা হাহুনা তপ তৌবা বসন্ত ঋতুমক মাল্লি।

মচেং মকোয় তাদনবা— মপুংফাবা মশক ফংজনবা ব্রত তৌরিবা মহাদেবগী কোক্তা থেংপা থা মচেংকুম্মী।

মহাদেববু অমুক হম্না পেলহজগে নিঙ্হুনা মাবু নিঙ্জবগী ব্রত কংলিবা কামদেবগী মতৌনি।

অতুগা মশাগী মভাল কনমনবনা মুনিকুমার অদুবু তথক তথকপা নোংথাঙ্-শিংগী ময়ায়দা লৈবা, ওলাঙ্থাগী মুমিং মকোয়গী মঙ্গংদা চঙ্বা অমদি অচাকপা মৈরি মপৈ মঙ্গংদা লৈবা ওইনা উরি।

থাউমৈ মভালগুম নাপুমচু মানবা, মরাং কায়বা অমস্নুং মায়কৈ শীনবা থুংবা মশাগী মভালনা বন অদুবু মহাক্না নাপু মচু মালহনখিবনা, মকম অদুবু সনা চাক্না ওলজব্রবোই নিঙ্লি।

সোনোয়োজ মহিনা মচু শঙ্লবা যয়কঙ্গা অনিগী মথুং পুয়বা লংগুম্না, যোংলবা অমদি তাঙ্লৈনবা শমগী জটানা মাগী মকোক্তী লৈজেনি।

ধর্মগী কীয়ানগুম অমদি সরস্বতীগা তিন্নজনিঙ্হুনা লৈজেবা চন্দনগী

মেখাগুম মরাইবক্তা উংকী চন্দন থিল্লিবহ উরগা মহাকপু লৈতোইগী অঙ্গীকপা তোর্বাননা লৈতেংবী গঙ্গাঙ্গইচেনগুম মেংবদা নিঙ্খিজরি।

হয়া হয়া শাপ তৌরমদাইদা শুকপা—মূরগী হোজঙ্ থোঙ্ অথোয়বা মানবা থোইথোয়বা পীশুব অদিনা মহাক ৎাজনী।

মিংকম শাংনা য়াংপনা মহাকপু মিং পরেং শিরিবগুম উরি।

শজি পুমমক্তা, মথোয় মথোয়গী নিঙ্খিবা মমিংশিং অহু মচোন্দা থাইদোকুনা পীরবগুমলি।

মনাতোন য়াংই অমসুং শাংই।

মথোন কাবা মতমগী অনুরাগনা মাগী থম্মোইদা চণ্ডজকম কংজহনা বীজপুর (চম্প্রাজাং অমা) মহৈগুম্মা (তয়াল মহৈগুম্মা) মাগী চীনবান অদিনু জঙাং জঙাংহল্লি।

মমাম্নদা মকোই শাংনা হৌজিবনা, থোইমুনা কোয়শিল্লবা পোমশাংনবা থাক্লগুম নিঙ্থিজরি।

কামদেবগী লীকং-লৌমী-মক মাম্না কোয়শিনবা অমসুং তপস্যাগী মশক ওইরবা পুম্রীদা শাংপা থম্বানগী থম্বোগুম মচু ওেরোক তোবা যজ্ঞোপবীত (নগুণ) অমনা মাগী লৈতেং ওইনা থাংলি।

মথুং নামনা, মথোক পানবা বকুল মহৈ মওঙ্ মানবা কমণ্ডলু অমা পায়রি অহুগা কামদেবনা মাঙ্থ্রবদগী (উং ওইনা) য়াজবনা কপ্পবী রতিদেবীগী পিরাং মতুম মতুমনা শাথিবা মান্নবা মণিগী জপ মালা পরেং অমথকুনা মথুং অমদা পায়রি।

মথল মথা অয়াম্বা বিত্তাগী মশক ওইরবা তুরেনগী-তিরকম-ঈয়োঙ্গী-অনৈবা-ইরৈ মান্নবা থোয়দোনা মাগী লৈতেং ওইনরি।

অহুগা, মাগী থম্মোইমুংদা লৈবা তত্ত্বজ্ঞাননা তাম্মোকথিবা, মচু মুশিন মুবা তঙ্খংপা (মোহ) হায়বা অহুগী চেনথিবা নম্বীগুম্মা অমাদি কজ্জল মকুমজিংলী লৈই মানবা কূপ কুপ্পবা মুরৈনবা তুগী মপেনা মাগী মথবাক্তা লৈতেংলি।

মশাগী মতাম্না মাম্মবীবা পীরম্নগা নমহুনা মুক্তকপা মুমিংকী অকোয়বা মতাল অশেঙ্ক মান্নবা মুঞ্জ মেখলা (লাংগোম থোরী) না মাগী খ্বাঙ্লোক ওইনরি।

আকাশ গঙ্গাগী ঈচেম্না চামথোক্লবা অমদি অহেল ওইবা লোঙ্গৈন কোনা উচেকী মিং-পা-গুম্না মচু ওাঙ্গ্রানবনা "মন্দার" কোবা অগগী উপাল অহুগী উকুনা মাগী থিরেখনবি।

অহুগা মহাক অহু ব্রহ্মচর্য্য থগী লৈতেংগুম্মী, মথোম কারকপা থগী

[illegible], নরবতী দেবীগী কিয়েং নৈতেংগুম্বী, কিন্তা পুম্নমকী মশা মশানা থন্নবা [illegible] মথক্তি অমত্থুং যেন পুম্নমকী অয়োনবা ভিন্নকম মতৌনি।

[illegible] থাদা 'ইন্তা' কৌবা থা অমা নৈবগুম মাগী মথুক্তম্থ নৈত [illegible] পাম্নবি।

প্রিয়ত্থু কৌবা নৈগী শাংকাম্নরবা নৈয়োননা নিংথম থাগী মচু ভোথোক[illegible] মহাকত্থু অশাংপা প্রিয়ত্থুগী নৈয়োনগুম মচু ভোই।

লমদা থাগী চৈকোত্তা, নৈ চয়োং চয়োংনা অভোবা চন্দন ওইনা উ পুম্নমকী নৈতেংবগুম মাগী মায়থোংম্থু নৈগুম্না ভোরবা উংকী চন্দননা নৈতেংলি।

অতুগা, মহাকা মশক মান্নবা অমদি চহি লেংমান্নবা অতোম্না মুনিকুমার অমনা দাইগী ঈড়াং পূজা ভৌননবা নৈ হেক্না হেক্না মাগী মতুং অম্নম ইন্নক্তি।

মথংদা উয়ক্লে—হান্না হায়খ্রবা মুনিকুমার অতুনা, বসন্তগী মতম ওইরক্লবদা হয়াউজরবী উমং-লাইরেম্বীগী-মোমোন-নোকপা-মীনোক-মঙাল-মানবা, মলম্না মুংশিংনা হুম্নকপদা হরাউনা ওকচনবা লমদা থাগী থুজোক থন্নবা কবোক অকাব-[illegible]; নৈয়াং-লাইরেম্বীগী মথোন কাবা মতমগী লীলাগুম্বা—অপাম মুংশি থুংনবগী থবক্তা রাজরবী রতি দেবীগী মশাদগী-শিন্থরকপা-হয়াং-মরীক-মরীক্তা

পুনশিন্নগা ওইথিবা মশককুম্বা অমদি কামগী-মশক-ওইবা-শামুগী মাঙ-
ণ থাবা কৌরানগী থূদম ওইনবা চামরগী চয়োং (পিছীকা) ওইয়বোই নিঙ্বা;—অপামলুংশি য়াথলনা লাকহংলবা থোইমুগী মশক ওইরবা নায়কুকী মকাদা অভিসার চংগী নায়িকাগুম্বী—কৃত্তিকা হায়না কৌবা থরাম্মীচাক মপৈগুম্বা অমত্থুং নৈহী মরীক মরীক শিন্থবা—ঐনা অমুক্তম্থ উজরক্তিবা অহুগুম্বা নৈ [illegible] অমগী নৈয়োন অমথক্না মাগী নাপনাচোম ওইনা নৈতেংনরি।

অসিগুম্বা নৈয়োন অসিগী মনমত্তনা অতোম্না নৈনম পুম্নমকপু মথাদা
নমথক্লনা মনম চাইথোরকপনি হায়বসি পুক্লিঙ্দা লেপ্লহুনা, ঐনা তপস্বী
হ—হ পাথং অদুবু য়েংনা য়েংনা থন্নকই, মহুদি—

অতৈগা মান্নজবা, নিঙ্থিবা ফজবা পোংশক শেম শানবগী পোংচঙ্ হাপবা খিথাতাগী চকু অহুগী মমেং তাবা থক নৈতবা মতৌসি উবদা কয়াদা ডক্লিবনো!

মনমদি—মহাত্না, মরোল অহুম্মকী মময়া অত্তকপা শককম মপৈনা [illegible], থোইদোক হেন্দোক্না ভগবান কামদেববু শেমগ্রবা তুংদা মাগী মওঙ্ মতৌ [illegible] হেক্না চঙ্থোম্না নিঙ্থিজরবা, মুনিগী কিজেং লোংপা অসিগুম্বা অতোম্না [illegible] অমিদু অতুক লোমগ্রিবনি।

ঐনা খল্লি—নোংদম্না অসিগুম্না শককম অসি শেমজনা তম্বীদ্রবক তাইবঙ্-পানবা পুন্নমকী মিং-শেন্নকম ওইবা থাগী মকোয় অমদি লক্ষ্মীদেবীগী কীরা শাম্নকম ওইবী থম্বাল কোৌবী লৈরাবু শেমদুনা অহানবদা পুথোক শিম্মত্রিবনি।

নংত্রবদি, মান্নবা পোংশক অমত্তবু অস্থুক মামথোক্না শেম্নবগী মরম কন্নিনো ?

অদুগা, "মুমিং কোৌবা লাইনা শুমুম্না হায়না কৌবা মাগী মশেক্না, শিখরকপা থাগী কলা পুন্নমকপু হেক হেক থক্তোকই" হায়নবা পুরাণগী চংন-রাহৈ অসিম্ন অরানবনি।

অদুমদি ওইরগা 'থাগী কলা অমন্নুং মতাল পুন্নমক অদুদি অসিগুম্বা হকচাং অসিদা চঙ্‌হুনা লৈ' (হায়বা অসিমদি অচুম্বনি)।

অদু নত্রবদি—রাবনা হেন্নবা অমদি কজবা পুন্নমক মাঙ্‌হম্নবগী মশক ওইরবা অকনবা তপ তৌরবমক্তদা মহাক্না অস্থুক কর্জরিবসিদি করিদগীনো ?

ঐনা অস্থুম্না খল্লিডেদা, দোষ-গুণগী খেন্নবা য়েংদবা, কজবা শক্তগী মীচঙ্‌বা লেপ্পা অমদি মথোন কাবা মতমদনা অমুকা হেন্না মরাং কায়বা হেলহনবা অদুগুম্বা কাম কৌবা লাই অদুনা ঐবু, লৈছী থকপদা অতাওবা মন্নাইনা থুদুম চনশিনত্রবী থোইমু অমোমগুম্না মথা পোলহন্নক্লে।

মতম অদুদা ঐগী মুংশদোর লেপথিরম্মী অমস্তুং মেংথংবা মিংকী পা হাইকেংনা কাঙ্‌থক্তুনা, মিং কুপ্তনা থোই থোয়বী অমস্তুং থকচানরবী মিংনহা অনিনা, মিং অনিগী কারকস্থ (পীতুম কারকস্থ) মওঙ্ অমা ওইহন্দুনা অপাম্বগা লোম্ননা মহাকপু থকচিন্নবগুম তৌরম্মী—মওঙ্ অসিদা ঐনা করিনো থরা হায়জনিঙ্‌বগুম—"ঐ অসি নথা পোল্লবীনি" হায়বসি হায়জগে তৌবগুম,—মমাঙ্‌বা হুমাগী থম্মোই কথোকচরগে হোংনরম্বগুম ;—ঐগী লৈজবা 'পুম্বা মাগী থম্মোইদা চঙ্‌জনিঙ্‌বগুম ;—মাপা ঐগা অমত্তা ওইজনবা হোংনবগুম ; —অপাম মুংশিনা থুম্নাংলবী নুপীবু হাকপিমু কনবিমু হায়দুনা মতোম্বা চঙ্‌জবগুম, নঙ্‌গী থম্মোইদা চঙ্‌জকম পীনবীমু হায়দুনা নিজবা রাহৈ কোংদোকচরম্বগুম অমদি "ওম্মোকপানি! ঐনা অস্থুক লানব' শাজং চংলিবা করিগীনো ; মসিদি রাম্না ইকাইনিংতাই ওইবা থবকনি—লাংকৌ-মচা-নিডোল অমগী কাদদি অহোম্ননা তৌরিদবা থবক্তি হায়বসি কনমক থঙ্‌হুনমু ইশাগী ইন্দ্রিশিংবুদি থক লাকশিনদুনা থম্মজবা হুমদে।

মতম অদুদা ঐহাক অসি হুংবঙ্‌লনগুম, অয়েকপা লাইগী মক্তৌগুম, শিংদুল শানা কুপ্পা তক্থায়মবগুম, অকা অপুন নংলবী অম্নগুম, অমম অম্বনা হানজনা

লৌরবী অরুগুম, অমদি কনাগুম্বনা কাহনা পুম্বী অমগুম লৈরক্লে ; ইশা পুম্বক্তা মিহুল চোংথিক্লে,—বিকার অমত্তুম কাওরক্লে,—মুনি কুমাক্কনা স্নেননবা ইমশিঙ্গুম্ব মহুপী মরুমদদি মশানা হায়া হৈহুনা লৈরম্মবী—মাগী মশক মচুদি অশিনি হায়না লেপকম খঙ্‌ব্রবদা পুক্কিংগুনদি মশক মুন্না খঙ্‌বা অহুগুবী বিকার অহুপী থৌইনশিন্না ঐনা মাবুতা অস্তুম স্নেংজরক্লে ।

মাগী কজবা মশক অহুনা নত্রগা পুক্কিঙ্‌ন্না নত্রগা কামদেবনা নত্রগা ঐগী মথোন কাবা মত্তমনা নত্রগা অনুরাগনা নত্রগা অসি নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা হায়কম খঙ্‌দবা মতৌ অমনা, মহাকপু স্নেংজনবগী দমক্তা ঐতোন্দা ঈনশিনথিবনি হায়বসি অরেপ্পা ওইনা ঐনা হায়জবা ভুমদে । অসিগুম্বা হায়কম খঙ্‌দবা মওঙ্‌ অসিদা ঐনা মাবু মত্তম কুইনা অস্তুম স্নেংহুনা লৈগ্রে—করিগীদমক্তনো—মহ ইশান্থ খঙ্‌জদে ।

মথংদা, ঐগী মিংনচিংবা ইন্দ্রিশিংনা ঐবু মাগী মনাক তায়া থাংহনা পুশিনবগুম তৌরক্লে, থম্মোইনা মাঙ্‌দা অস্তুম চিংশিনবগুম অহুগা কাম কৌবা লাইনা ঐগী ইনংগন্দগী ঈন্নকপগুম তৌরক্লে - অস্তুম তৌবা মওঙ্‌দা ঐনা মাগী মনাক তায়া চৎপদা থিংননবা হোৎনজ্রবা অহু ফাওবদা, যায়া য়ানা হোৎনহনা, হায়গী লৈকমদা ইশানা ইশাবু অহুমক লেপহজরে ।

মথং তাবদদি, ঐগী থম্মোইমুংদা মাগী য়াতাকম পীননবগীদক কামদেবনা, পাকথোক চাউথোরকপদগী অশাংবা শোর মপী অমা মপান থোরক্লে ।

মতোন্দা থোয়দাজরবী ঐগী পুক্কিঙ্‌দা মুংশি-মপাউ তম্‌নবগীদমক ওইনা ঐগী থবাক মতোন অনিমক কামথৎলক্লে ।

ইশাগী হমাং মরীক মরীক্কা চামথোক্কুনা ঐগী ইকাইকহু নাম্বহুনা তাখিরগুমগ্রে ।

কামগী অমৃত-তেন থিবীক্লা থাবদা কিজরবগুম ঐগী ইশা নিকপা হৌরক্লে ।

মাগী ওইথোক্তনা ফজবা মশক অহু স্নেংজনবগী দমক লাঙ্‌জন্না হকথেংনজনিঙ্‌ব্রবী ইশাদা ছু-চুংলক্লে ।

হনাং-ঈশিংমা চামথোকখিহুনা থোঙ্‌দা তৈবা অভাঙ্‌বা মচুনা ঐগী থম্মোইদা চঙ্‌শিনখিবগুম তৌরক্লে ।

মত্তম অহুদা ঐনা থনবা হৌরকই, মহুদি—পুক্কিঙ্‌ চেৎপা অমদি নুপী শায়বা থাদোক্লবা মী অসিগী মকাদা ঐবু লংশিনবীহুনা, হৌনবা খঙ্‌ব্রবা কামদেবনা ভসি কয়া চুমবথা থবক তৌরিবনো ?

চৈনবিদা মকম অসিমক্তসু য়েনা মিত ঙিকনা হায়বতু ওইকনা। অমসুং নোংমা মথোন কাকপা মতমদি, মহৌশাগী শারং অমাসু ওন তৈনবজাক্তা থোকনবা মতাং ওইবনা অতুপা হকচাংগী ইন্দ্রিয়শিং অসিনসু মহৌশাদগী ভথক ভথকপনা অমরি অপাম্বা থৌবাংবদু পাক থুকুম চনশিনবসু য়ানা থোকপনা। অতুপা পুণ্ডরী
নু—ক হায়বসিগী মনাংসু তপথকবা হৈজদবনা অতুপা থয়ায় পানবশিংগী অমনা হুংঙাইবা পুন্নমক অদুম্না অতুম্মক ওইনগদবা লৈবনা অমদি, অমুক করিবু হায়রনলে, ঐগী মপোক কত্তবগী হৌনবা বিধাতানা ঐতোন্দা অসিগুম্বা অবাবা অসি পীবিরম্বনা ঐগী অপাম মুংশিগী ইতৌ অতু উবদা মুনিকুমার অতুসু তপথকম থঙ্খিরে—মতম অতুদদি, মুংশিংনা থাউমৈবু কয় কয় হাইহনবগুম্না মহাকপুসু কায় কৌবা লাইনা ভথক ভথকহল্লক্রে।

মতম অতুদা, নৌনা থোঙ্লারকপা অপাম মুংশি য়াথনবু ভয়াম ভয়াম ওক্লনবা মাগী মশাদসু মতু চুংলক্রে।

ঐগী ইনাক য়েনবা লাকপদা মাগী মপুণ্ডরীকবু লমজিংবীনবা মাগী মপুংশো শোয়না মমাঙ্ থারক্রে।

ভনিক ভনিকপা মথুম্বা পায়রিবা মালা অতুনা ব্রহ্মচর্য্য-ধর্ম্ম মাঙ্লদবগী কিবদগী থক থক নিকপা হৌরক্রে।

মনাদা চিনবা অতোপ্পা লৈয়োন অমগী মতৌগুম মাগী চাযরুংদসু হুমাং মমীক মমীক উবা ফংলক্রে।

অতুপা ঐবু য়েংবদা হয়াউজবনা, মিংমহা অনিমক মথক্তা হাইখংথিহনা লাকপা পাঙ্লবা মমিং অনি অহুনা মকম অতুদা অতৌবা থম্বাল শাংহনবগুম নিঙ্লি অমসুং মমিং অনি অতুগী মতাম্না মায়কৈ ভয়ামক থুংনা শীনগ্রবদা ফুগায়না শাংলবা থম্বাল অশংবগী বনা অচ্ছোদ সরোবরগী ঈশিং থাদোক্লমহনা মনিঙ্তৌনা অক্তিয়াদা কাথংথিবগুম তৌরি।

তৌইভবসুং; হেনজিন্না কোঙ্লকপা মাগী অপাম মুংশি মতৌ অতুনা ঐগী অপাম-মুংশি মতৌবুসু শরুক অনি হেম্না কনথংহল্লক্রে, মতম অতুদা, হায়জোকপদা মতিক চাত্রবা হায়কম থঙ্ব্রবা ইশাগী কিবম অমসু কাওরক্রে।

পুণ্ডরীকনা অসুম্না থারকই মহুদি, মথল মথা অমাম্বা লৈপুবগী মথক ওইরবা অপোইগী ওবা ওইরবা কায লেবনা শীওইরবু, মিংচিনা হেকনচিনবা কে-কী কনক ভবীশি—অহু মজবতি মথল মথা অমাম্বা থিগমবা লৈপুবগী মকম থোকহল্লবা অসিগুম্বা পুণ্ডরীক, মুখনা মিংচিনা য়েংবদা অমুকসু মপুণ্ডরীক, চঙ্গতি বা অসিগুম্বা

অস্থুম্না মাবু উবমক্তদা লক্ষ্মী দেবীগী মশাদা অপাম মুংশিগী-মুংঙাইবা-লৈপুল-মণ্ডল-অদু কাওরক্তুনা থম্বাল অডোৌবা অত্তদগী অঙাং অমা থোরকলে।

মথংদা লক্ষ্মীনা, অঙাং অদুবু কোন্দুনা—মহর্ষিগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকই—"ভগবন্। নজাইবুংঙো অসি লৌশিনবীয়্" অসি হায়দুনা অঙাং অদুবু খেক্তকেন্থুগী মথুক্তা শিন্নরে—

মহাক্ষম্ব অঙাং অদুবু লৌশিল্লগা অঙাং পোকপগী তৌনবী থৌরম পূম্নমক পাঙথোক্নুনা, থম্বান অডোবদগী থোকপনি হায়দুনা মাগী মমিং 'পুণ্ডরীক' হায়না থোনবীরে—

অমস্তুং নগুণ থাংবীরগা অঙাং অদুবু মহৈ-মশিন পূম্নমক তুনা তম্বীথরে। হায়রিবা পুণ্ডরীক অদু মহাক অসিনি—

লাই হিংচাবা পূম্না ক্ষীরোদ সমুদ্রবু নৈমিন্নথিবা মতমদা 'পারিজাত' হায়না কৌবা লৈপাল অমথক থোকখি, মসিনা, হায়রিবা পারিজাত অদুগী লৈয়োম্নি। অদুগা ব্রহ্মচারী অমনা চিনবা য়াত্রবস্থ পুণ্ডরীক্লা মসিবু চিনবগী মরম অদুস্থ হায়গে—

ঙসি তন্নামরিনি পানবা ভুমিংনি হায়দুনা কৈলাসকী মপু মহাদেবমু পূজা কংলুনবগীদমক ঐগা লোয়নননা মহাক্লা স্বর্গ-লোক-তগী কৈলাস য়ৌনবা নন্দন বনগী মনাক্তা চংলিভৈদা, বকুল পরেংনা মাগী থ্াঙলাক ওইনবা অদুগা পারিজাতকী

৭-ব মপাল অমস্তুং অনৌবা মনানা লেংবা থুকউ য়োনা চোম্থবা লৈপরেং থরনা মশা অপূম্বা লৈতেংদুনা মঙক্তা শিবা অদুগা হৈনৌ মপান ময়োন চিনবা অমস্তুং লৈহি থকপদা ময়াই কারবা নন্দন বনগী লাই অদুনা পারিজাত ময়োন অসিগা লোয়নননা বসন্ত লাইরেম্বীগী মথুং শমদুনা ইকোং কোংনা থোরক্লগা মহাকপু খুক্ময়থি। মহাক্লা হায়জখি—

"হে ভগবন্! নহাক্কী নশক নত্তো অসিদি ময়োল অদুস্মক্তা লৈবা মী পুম্নমক্কী মিংথেংলা ওয়োক্লা ফজৈ, মরম অদুনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মনাদা চিন্নুনা লৈজেং ওইনজবা ফংত্রিব', নশক্কী মতিক চারবা লৈতেং অসিবু চানবীদুনা লৌবিরগা চিনবীদুনা—ঙসিদি পারিজাত পাম্বীগী মপোক মহৈ য়ালহনবীয়্—"

উমং লাই অদুনা অস্থুম্না মশাগী থজব' মতৌবু থাগৎলকপা তাবক্তা জৈকাইজরবা পুণ্ডরীকনা মমিং হুম্নুনা য়েংদুনা মহাকপু থৌশাদনা অদুস্মক চৎপা হৌরকলে—

মহাক অদুস্থ অস্থুম পুণ্ডরীকী মতুং ইন্নদুনা লাকপা উবদগী ঐনা হায়রখি—"স্মরণ! কম্নি দোষ লৈবগে, মানা মুংশিনা পীজবা খুদোল অসিদি লৌশিনবীয়্।" অসি হায়না হায়না মখানা য়াত্রবস্থ নমদুনা ঐনা লৈয়োন অসি মনাক্তা

চিনশিনবীরে। মহাক কনানো, কনাগী মচানো, লৈয়োন অসিনা করম্না পাঙ্গী-গীনো অদুগা মাগী মনাদনা করম্না চিন্নকলিবনো হায়রবা অপুনবু হুজীক ঐনা হায়রবসিনি।"

মহাক্না হায়হৈশিং অসি হায়রবদা, তপস্বী পাখং অদুনা মোমোন নোক্নুনা ঐভোন্দা হায়রকই—"থঙ্নিঙ্বনা লাঙ্তক্নরবী। করিগী অদুক হান্না হংবা হোংনরি, লৈয়োন অসিগী মুংশিবা মনম কংনিঙ্লবদি সে নহাক লৌজরো" অসি হায়দুনা ইনাক্না চঙ্লক্লগা মনাদগী লৈয়োন অদু লৌখোক্লুনা মতম অদুদা লৈ-রোন্দা ইল্লবা খোইমুশিংগী শেংকাত্তবা মুংশিবা মখোল অদুনা মহাক্না ঐগা ভিন্ন-নিঙ্বা হাখল কোংদোকপা হৌবগী মওঙ্ ওইনা (লৈয়োন অদুবু) ঐগী ইনাদা চিনবীরকলে।

মাগী মথুংনা শোকপিগনি হায়বগী হাথন্দা অভোপ্না পারিজাত লৈ অমগুম ঐগী ইনাদা তুজুংখ্রে অদুগা ঐগী চায়রুং শোকচবগী মুংভাইজবা কংলবদা ভনিক ভনিরুবা মাগী মথুং অদুদগী নাম্থোক্লুনা তারকপা জপমালা অদুবু কাওবা মহাক্তি ইকাইজবনা থুম্মংথিদুনা করিস্থ থঙ্খিদে।

লৈপাক তাকাক্রিভৈদা ঐনা জপমালা অদু ওক্লগা ইংক্তা লোয়া শিজিন্নবদা নিঙ্খিজবা লৌক-পরেংগুম্না ফজনা থোকখ্রে অমম্বুং মদুনা, ঐগী চক অকোয়বদা মাগী মপাম্বোমনা কোনশিনবীবগী মুংভাইবদু কংজখ্রে।

অস্নুম্না মহৈ মহৈ পামশিন্নবা উংনরবদা, ঐগী কোক্তা ছত্র থাম্নিবী মীনাইদুবী অদুনা ঐভোন্দা হায়রকই—"মজাইবেম্মা! মহারাণী চাইথখ্রে, সজাইদা হনবা মতমস্থ ওইরকলে, চাইথবীনবা তৌরসি।"

ফারকপা কুঠজ্রিবী শামু অমোমদা কাটিনা থংথিন থিল্লকপগুম মীনাই অদুগী হাভাঙ্দা হৈনিঙ্দনা, য়ান্না হানা হন্নকলে; মতম অদুদদি ঐগী মিংনা

মাগী ফজবা শক্তী লৈথোমদা লুপ্তুনা লৈরম্বনা,—ভিংথংগুম্নবা মাগী চায়রুংগী তুজুং-লাংনা কাজিন্নম্বনা,—কামদেবগী অথোবা তেনজিন্না থুম্না থিন্দংপিরম্নবনা—অমম্বুং লাইবক-ফবা-লংলানস্থ তুশিনখিবনা—ঐগী অদুগুম্না মিংনেং অদুবু হাম্না হানা মাগী মায়থোংদগী চিংথোরক্লুনা ঊরুজবা চংলে।

ঐনা ঊরুজনবা চংপা হৌরকপা মতমদা মাগী তপ্থকম থঙ্দবা মতৌ অদু ঊরগা অভোপ্না মুনিকুমার অদুনা মুংশিনা-শাঙ্বা উত্নুনা মভোন্দা হায়রকই—"কপিল, পুণ্ডরীক! মী মচাগী ওইবা লম্বী অসিদা নঙগুম্বনা চংপা লৌনদে—সাধু ওইবা মীশিংগীদি অথাঙ্কনবক্না মরলনি। ভাইবঙ্ মীগী মভোগুম পুক্নিঙ্ ক্লাকশিনবা হাপ্নুনা নঙ্গী থম্মোইবু ঊরাঙ্ লাংহল্লিবদি করি মভোনো? ওদি-

নঙ্গী ইন্দ্রিয়শিংনা অঙকপা ফংনা ওত্না নঙ্বু মওঙ্ অসুম ওইহল্লিরিবসিবু কদাইদগীনো ?

নঙ্গী অথাঙ্ কনবা নতৌদি কদাইদা চৎখ্রে ? ইন্দ্রি খুত্থুম চনবা নতৌনা কদায় ? মনিঙ্ তৌবা থম্মোইগী মশক অত্থনা কদাইদা মাঙখ্রে ? শান্তিগী ন-গুণ অত্থনা কদোমদা চৎখ্রে ? অহল্লমন হাক্তকুগী কায়রক্লুবা ব্রহ্মচর্য্য অত্থনা কদায় ? গুরুগী পাউতাকশিং অত্থনা কৈদনো ? নশাগী শাস্ত্র জ্ঞান অত্থনা কদায়নো ? সংসারদা চঙ্নিঙ্দবা নবুদ্ধি অত্থনা কদোমদনো ? ললথুম লোইনিঙ্দবা নপুকচেল অত্থনা কদায় ? খুংঙাইবা পামদবা নতৌনা কৈদা চৎখ্রে ? তপস্যাদমক তৌজনিঙবা পুক্নিঙ্ অত্থনা কদায় ? নপুক লাকপা নতৌনা কদায় ? খুংঙাইনিঙ্দবা নপুকচেল অত্থনা কদায় ?—অত্থগা মথোন কাবা মতমগী ঈবাং মুৎহনবা নতৌ অত্থনা কৈদা চৎখ্রে ?

ঙসিদি, নশাগী লৈজরম্বা নতিক নগুণ পুম্নমক অরেম্বা ওইখ্রে, ধর্ম্মগী লাইরিক য়ানা তম্মবগী ন-গুণ মাঙহনখ্রে, নপুক্নিঙ্ শেংদোক্লবা হোৎনরকপত্থগী অর্থ করিম্নু লৈত্রে— গুরুনা তাকপিত্থনা ফংলকপা নঙ্গী অচুম্বা য়াথল অত্থ ঙসিদি করিম্নু কাম্নত্রে— যুম-কৈ পানবনচিংবগী কাম্নদে থঙবা জ্ঞান অত্থনা নঙগী করিম্নু কাম্নহল্লে – অত্থগা যুম্নাম্নিঙবা পুকচেম্না ঙসি নঙ্গুম্বা মীওই ফাওববু মকহল্লিবা অমস্তুং মথোঙ্ থঙ্হল্লিবা অসিনা নঙ্গী তত্ত্বজ্ঞান অত্থবুসু অরেম্বা ওইহল্লে।

নখুত্ত পায়বা মালাসু তাথিত্থনা মীনা হুত্থনা পুবীখ্রবমক্তদা নহাক্না মত্থ উথিদবা করিগীনো ? ইস, কয়া শাথীনা নহাক জ্ঞান মাঙলবা !!

নঙ্গী জপমালা হুখিবী, চৌনকেন ফবী লৈশাবী অসিনা নঙ্গী থম্মোইবুসু হুত্থনা পুথিগদৌরি— মত্থত্থম থিংননবা হোৎনজৌ।"

কপিঞ্জলনা অসুম হায়রক্লবদ হাইফেং ইকাইরত্থনা মহাক্না খুম্নকই—"মরূপ কপিঞ্জল ! নঙ্না ঐবু মওঙ্ অমা ওইনা থল্লিবা করিগীনো ? মঙক হাইগৎলবী লৈশাবী অসিনা ঐগী জপমালা পুত্থনা চৎথিবগী মরাল অত্থ ঐনা থক ঙাকপিবা ঙমলোই।"

অসি হায়বা লোইরবদা, শাউশিন্নবদগী অমুক হেম্না নিঙথিজনা উরবা—য়াম্না চেকশিন্না অকিবা ফংনা শুকলকপা পীশুম অত্থনসু মায়থোংগী লৈতেংতমক ওইহল্লবা অমস্তুং চুপচনিঙবনা মচৎনবানসু তনিক তনিক্লবা,—অত্থগুম্বা মাগী থাজ মায়থোং অত্থনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রকই— 'হে থকৃচানবী ! ঐগী জপমালা অত্থ পীরমদনা মকম অসিদগী নহাক থোঙ্কাপ অমা ফাওবা চৎথিগনু।"

ঐনা মাগী হাওাঙ্ অদু তারগা, কামদেবনা জগোই শাররদাইরী কেপ্পা নিঙ্থিবা পুষ্পাঞ্জলিগী মশক ওইনা মুক্তা পরেং অমথক ইওকশমদগী লৌথোক্লবা হায়রকই—"ভগবন। সে অপমালা লৌবিরো।" মতম অদুদা মানা ঐগী মায়থোংতদা মুন্না য়েংদুনা, থম্মোইদি হামচৎননা মালা লৌননবগী তিংথোক্লকপা মখুৎ অদুদা ঐনা লৌক্লাং পরেং অদু হাপথিবদা কারকপা ইশাগী হুমাংতনা ঈকজল্লবা মকুদা অমুক হন্না ঈকজনবগীদমক পুখ্রী তান্না চত্তুনা ঈশিংদা কুমথরে।

অদুগা ঈশিংদগী কাথৎলক্লবদা ইমান্নবীশিং লাক্লুনা, লুনা চান্না তৌবগা লোয়ননা নমদুনা মওঙ্ অমা ওইনা ঈচেল হনগৎনা চেনবী তুরেনগুম পুদুনা চৎপা হৌরক্লবদা ঐনা মহাক্তবু থন্না থন্না চত্তুনা ইমাগা যুমদা হনমিন্নরকলে।

যুম য়ৌরগা হাওমকোন্দা চঙ্দুনা মতম অংদগী হৌনা—মাগা কায়নবগী হাবনা ঐবু লাক্লবা হায়বদুরা নত্রগা মকম অদুদা অদুমক লৈরিবর', লৈরিবসি ইথত্তরা নত্রগা ময়ান্না কোয়শিন্নিবরা, তুমিন লৈবরা নত্রগা হা ভাঙ্লিবরা, মীকপ

ক-ট থোক্লিবরা তুম্লিবরা, কপ্লিবরা নোক্লিবরা, হারিবরা মুংডাইরিবরা,—মসি লাঙ্তক্লবা মতৌরা নত্রগা লায়না মথল অমরা—মসিবু খুদোং থীবা হায়বদুরা নত্রগা হরাউ কুম্মেরা, মুংথিনগী মতমলা নত্রগা অহিংলা, করি পোৎনা কজবনো করম্বা পোৎনাঅথীবনো—অসিনচিংবা হিরম পুম্নমক অসি করি অমত্তম্ থঙ্জবা ভমথিদে।

হায়দগী মুংশি-মুংওনগী মরম করিস্ থঙ্জরকত্রিবী ওইবনা, কদাইদা চৎকদগে, করিবু তৌগদগে করি য়েংগদগে, করিবু হায়কম থোকপগে কনাদবু হায়কম থোকপগে অদুগা মসি কোক্লবা পাম্বৈনা করিনো অসিনচিংবগী মরমস্ করি অমত্তা থঙ্জরমদে।

মথংদা হাওমকোন্দা দলান মথক কাদুনা ইমান্নবী মথৈবু চাথোকহনগ্রগা, মসুংগী মী মথৈবু চঙ্হন্দনবা থোঙ্দা থিংলগা, থবক পুম্নমক থাদোক্লুনা ইথত্তা, মণিগী মশক ওইরবা মীচু'থোঙ্দা মায় থমদুনা মায়কৈ অদোমতদা য়েংলকলে। মরমদি—মহাক্না লৈবীরনা মায়কৈ অদু লৈত্তেংবীরম্বগুমলি, —লৈত্তনা লৈত্তেংলবগুমলি মমল য়ান্নবা মণিমুক্তাতনা থল্লবা চাউরবা ললগে অমা লৈবগুমলি। মরম অদুনা য়েংজবদস্ পুক্নিঙ্ হুনিংডাই মশক ওইরি।

মাইকৈ অদোমদগী শিংলকপা মুংশিং—অদোমদগী লাকপা লৈগী লৈনম অমদি অদোমদগী তারকপা উচেক মথোল - মথোয় পুম্নমক অদুদা মাগী মরম হংজগে তৌরকই।

মানা পামজবা তপস্যা অদু ঐস্ তৌজগে নিঙথি অমসুং মানা হা ভাঙ্দবা (মৌন ব্রত) পাম্মী হায়দুনা ঐস্ হা কোবদা ভাঙ্জথিদে।

কামদেবনা ওস্থোক্লা কচা ঐবু মাগী মীচঙ্দা লেপহনখ্রে—মহাক্না শেংলি মহাক-বদগী মুনিগী ফিজেংপু দোষ লৈতবনি থনখি ( অফবনি ), মাগী মথাদা মথোন কাম্না হায়বথু লৈবতনা ঐনা মথোন কাবগী ফজবথুবু লেপচবা ঙম্মী, মাগী নাকোঙ্দা লৈজরকতনা ঐনা পারিজাত হায়বা লৈ অহুগী নিঙ্থিবা অহু থঙ্বা ঙমখিবনি, মানা লৈবা মকম ওইবতনা ঐনা স্বর্গ হায়বা লোক অহুগী নিঙথিজবথু লাকশিনবা ঙমজখি অহুগা মাগী ফজবা নিঙ্থিবগী মরল অহুশনা ঐনা কামদেববু জয় থৌবা ওইহোক্লবনি থঙ্জখি ।

মানা তামথিহুনস্থ, মুমিংকী মকমদা থম্বালগীমতোংগুম —থাগী মকমদা সমুদ্রগী ঈশিংনা তৌবগুম অমদি অমংবা নোংদা রাহোং অমোম্বা তৌবগুম ঐস্থ মাগী মকাক্তদা মায় ওন্দুনা লৈখি ।

মাগা কায়নবগী রাবমক্তনা মপান থোক্লিঙ্ থোক্লিং তৌরবা ঐগী থবাগী রক্ষামালা ( কনবীনবা লীক ) গুম্না মণিগী জপমালা অহুমদি ইঙক্লা অহুম্মক শিজরি ।

পারিজাত মম্লোল অহুস্থ মাগী মরমদা অরোনবা পাওমেন্নহুনা নংকোঙ্দা অহুম্মক থেংচরি ।

অহুগা মাগী মথুংনা শোকপিথিবহু নিঙ্শিংলুবদা ঐগী চায়কং নামদি হুজীকস্থ কদম মপালগুম অহুম্মক তুজুংলি—অস্থম তৌনা ঐহাক অহুম্মক লেংদনা লৈখি ।

অহুগী তুংদা ‘তরলিকা’ কৌবী ঐগী কাগোক পুবী—মতম অহুদা ঐগা ইক্লজবা চংমিন্নক্লবী অহুনা য়াম্না কুইরবা মতুংদা লাক্লগা মথুক্তা কাগোক পায়না পায়না ঐডোন্দা তপ্না তপ্না হায়রকই—“মজাইবেম্মা ! অচ্ছোদ-পুখ্রী মপান্দা ঐখোয়না উথিবা পুক্লিঙ্ হুনা মশক মতৌ ফজরবা মুনি পাথং অনি

ঠ-৪ অহুগী মরক্তা মজাইবেম্মদা পারিজাতকী লৈয়োন থেংচিনবীরকপা অহুনা ঐখোয়না হন্নকপা মতমদা অতোপ্পা অমা অদুবু উহন্দনা মথোঙ্ লোম্বাং-নহুনা—মপালনা ম্নোম্বা উরী রারীনা থনবা—শুক্লবা উরক্তা ফাওদোক্নুনা লাক্লগা ইতুংলোমদগী ঐডোন্দা মজাইবেম্মগী মরম হংলকই —

“নুপীমচা ! লৈশাবী অসিবু কনানো ? কনানা পোকপীনো ? মমিংনা করি হায়রগা খঙ্নৈ অহুগা চংলিবসিনা কদাইদনো ?” ঐনা হায়খি—“মহাক অসি, গন্ধর্বশিংনা থুরুম্নবা মতমদা মথোয়গী লুহুপ্তা থেংপা মণিগী অহুম্বা মতোম্না থেংবক্তদা মথোঙ্গী থুজীনমথৈবু হইরং-লংনা শেংদোকপা,—মুংশিনা য়াম্নাবী

গন্ধর্ব্ব নৃপীশিংগী চায়ক্লংদা য়েকপা অথোয়বা উনা মওঙনা উজাউ পাম্বীগুম চাউরবা পাম্বোম অনিমক্তা চুরবা অমস্তুং লম্মোগী মথুং থম্বালবু খোঙনেংনবা, অহুগুম্বা 'হংস' হায়না কৌবা গন্ধর্ব নিংথৌ অহুনা পোকপী, থা কৌবা লাইগী মঙান্দগী থোক্লকপী 'গৌরী' কৌবী অপ্সরাগী গর্ভদা চেনবী, 'মহাশ্বেত' হায়না মিংথোনবী মজাইবেম্মতু মহাক অসিনি, হুজ্রীক্লা গন্ধর্ব্বশিংগী লৈকম 'হেমকূট' কৌবা চীং অহুদা চংলিবনি।"

অস্তুম্মা ঐনা ভাক্লবদা করিনো অমা থম্পুনা ঙাইহাক তুমিন লৈরুয়গা মুনি কুমার অহুনা ঐঙোন্দা মমিং কৃপ্তনা অস্তুম কুইনা য়েংলগা য়াম্মা নোম্মা, হায়জচংচ ভৌবগী মওঙদা অমুক হম্মা হায়রকই—"নৃপীমচা! নশক নঙৌ পুম্নমক অকবা লক্ষণনা ভিনবী, নগুণ চেনবী নহাক্সি, অঙাং ওইরবস্তু নহাক অসি ভয়াং ভশোয়-রমগদবা মান্দে, মরম অহুনা ঐনা নিজরি—নহাক ঐগী রা অমত্তং ঙাকপিবা শুমগদরা?"

ঐনা থুং লোয়হুনা নোম্লুক্ল হায়খি—"ভগবন্। ঐ অসিবু কনানি হায়হুনা করিগী অহুম্মা ভাকপিরিবনো! ইশাগী পুণ্য লৈজবা নত্রবদি, মরোল অহম্মকী পূজা কংনফম ওইরবা, পূকচেন চাউরবা নখোয়গুম্বগী, পাপ পুম্নমক কোকপিবা শুম্বা মিংয়েংনা ঐথোয়গুম্বী অমদা থক য়েংবীবা ঙৌনদে, মরম অহুনা য়াথং পীনবীবদা ঐনা করি অমুক হায়জফম লৈবগে—চিংনবা লৈতবা য়াথংনা ভৌজগদবা থবক ভাকপিহুনা ঐবু চানবীয় "

ঐনা অস্তুম হায়রবদা মহাক্লা, ঐবু লুনা ভিম্নবা মরূপকুম, কায়নবা ভৌবী অমগুম অমদি মথরায় কনবীবী অমগুম্মা নুংশিনা য়েংবা মিংয়েংনা ঐবু পেলহনবীরগা—মনাক্তা হৌবা অনৌবা তমাল মনা অমা থংলুরগা পুগ্রী মপালগী নুংপাক অমদা নৈথায়হুনা, শামু মচুমগুম মনম নুংশিরবা মহি অহুনা, উকু ইমফি মচীন অমদগী ফিজেং অমা শেগায়রগা, থম্বাল মানবা মখুংকী-খুনাউবীগী খুজীন মঙোম্মা মহুদা মরোল থয়া ইহুনা 'মথন্তা লৈবা মতমদা লৈশাবী অহুদা লোম্মা পীবিয়' হায়হুন' ঐঙোন্দা চিঠি অহু পীরকলি" অসি হায়না হায়না তমলিকানা কাগোক মম্নুংদগী লোথোক্লুনা চিঠি অহু ঐঙোন্দা উংলকলে।

অহুগা ঐদি, মাগী মরমদা ভাঙবা শকপা অহু ভানা ভানা ইমুন মুনথিরম্মী মরমদি—রাহৈশিং অহুনা চুমগী খোম্বোক ওইরবস্তু মহুনা থম্মোইম্নুংদা থঙ থঙ পাম্মুনা ঐবু মুংঙাইহল্লম্মী—নাকোঙভনা তাগদবা পোং ওইরবস্তু তুজুংলকপা মঙৌনা ইশা পুম্নমক পীনবা থুংথিমান্নে হায়না অমদি ফুংশি মুংওনদা লুপশিজনবা

মন্ত্র ওইরমাক্লে হায়না নিঙজখি। মতম অদুদা ঐনা উকুগী চিঠি অদু তরলিকাগী মথুত্তগী লৌরগা মহুদা ইরম্বা শৈরেং অদু য়েংলকলে—

"মুক্তা-পরেংগুম-ঙৌরবা-থম্বৌ-মিত্তাহন্দুনা কনাগুম্বনা মানসসরোবরগী কাংগুবু মানা পুনিঙবা মায়কৈদা থাপ্না পুথোকখিবগুব,—থম্বৌগুম ঙৌরবা মুক্তা পরেং মিত্তাহল্লগা পূক্লিঙ লুমহন্দুনা হায়নিংঙাই লৈত্তবমথৈ নহাক্লা ঐগী হুংশি-ঈচেল-ঈথকপু-হেনগংহনবীরমলে।"

শৈরেং অসি পাক্লবদগী ঐ অসি লক্ষ্নুক্লহুনা লম্বী শেরাম্নরবা মীগুম্না—থাশিগী অহিং মায়োক্লরবা মিংত্তাঙবা মীগুম্না—লৈয়েঙ ককৃথংখ্রহুনা মরোল থোক্তুব মীগুম্ন—মিত্রং ঙৌবা মীগী হৈশিংবনা গুম্বাংলবা মীগুম্না—অকনবা লাইহৌগী চোইরোন লোল্লমদাইদা কারন তুরন ডাঙবা মীগুম্না—নিঙথিনা তুম্বা কংদহুনা উরোন শারোন ঙৌরবা মীগুম্না—নাস্তিক (লাইবু থাজদবা) গী বিদ্যা তম্নবদগী মশানা ধর্ম্ম চেল্লক্তুবা মীগুম্না—মম্নাইকাবা পোং থক্লহুনা ঙাওরবা মীগুম্না অমদি মশাগী জন্মনক্ষত্রনচিংবদা পাপ গ্রহ চঙবদগী ভূতনা তোংলবা মীগুম্না—হুংশি-হুংওন য়াথলনা লাকহৎলবা ঐগী থম্মোইদা অমুক্তা হেন্না ঈনোং হাপকংখি।

মহুনা ঐবু য়াহন্দুনা জোয়ারগী ঈশিংনা পাথৎলক্লবী তুরেনগুম্না ঙৌক্ষম থঙহনখিদে।

মুনিকুমার অদুবু অমুক হন্না উজবা ফংখি হায়বদগী তরলিকা কৌবী অসিবু, মহাক্লা করিগুম্বা অচৌবা পুণ্য অমা তৌখিবগুম—লাইরৈবাক্তা লৈবা মীওইগুম—কনাগুম্বা লাই অমনা মশাদা তোংবীবগুম্—বর ফংলবী অমগুম অমস্তুং অমৃত থক্খ্রবী অমগুম অমদি মরোল অহুম্মকী মবেম্মা ওইনা অভিষেক তৌখ্রবী অমগুম ওইনা নিঙহুনা ঐনা মাবু থন্দুনত্তা লৈখি।

অদুগা মতম পূম্নমক্তা ইনাক্তদা লৈবী ওইহুনস্থ মাবু পাক হেক উজবা ফংদবী অমগুম্না অমদি য়াম্না হেন্না থঙন চান্নবী ওইহুনস্থ মাবু নোনা লাকপী অমগুম থন্দুনা লুনা চান্না ঙৌহুনা ঐগা মাগা য়ারী য়াত্তাই শান্নমিন্নখি।

মহাক্লা নাকন্দা লৈবী ওইহুনস্থ (অঙোনবী ওইহুনস্থ) ঐনদি মাবু থ্বায়গী মথক্তা লৈবগুম উখি।

মপু মমাই ওইবগী লৈনবা হৌনবা মরী অদু ওন্ন-কৈভেনবগুম তৌরকলে—

অদুগা ইত্তত্তনা হংখি—"তরলিকা। হায়ন্থু নঙগা য়াগা কমদৌনা উথিবলো, মানা নঙঙোন্দা করি হায়রম্মী. মকম অদুদা নহাক কয়াক্লুইনা লৈরম্মী অদুগা মহাক্লা কয়া থাপনা ঐথোরক্ষী ইতুং ইরকখি?"

অসুম তৌনা, দলান মপুংদা য়াকম অদুতা হন্না হন্না ভাও নহুনা মথপ মপাং ইমুং মপুংগী মীওই অমত্তসু চঙ্‌ হনবা তৌদনা ভরলিকাতগা লৈমিরহুনা হুমিং অহুমা লেনখি।

অদুগী তুংদা ঐগী থম্মোইগী অনুরাগনা মরম ওইহুনা জোঙান তোঙামবা অভাঙবা-মচু শঙ্‌লবা-হুমিংকী-মকোয়না অরোইবা আতিয়া ভমথৈদগী লৈথখিবা হৌরকলে। মুংশি মুংওন য়াথমা লাকহৎলবী, য়াগনা থল্লবা হুমিংপু
স-ক থোয়দাজবী মচান লৈমনা থম্বানগী মথক্তা য়াতাহুনা অসুম অসুম মশাগী মচু তাইশিনখ্র হৌরকলে।

লৈভাঙ্‌ চেনবা চাংগী ইকুং ঈশিংদা তাক্রবদগী ভাও নয়বা হুমিংকী মশেক-শিংবা শামু লমশাগী মতৌগুম থম্বানগী বনদগী কাথকুনা (মথোয় মশেন) অমত্তা ওইনা পূর্নশিন্নরকলে।

আতিয়া পূম্নমক শীনবথুংনা কোয়ক্লদগী পোথাঙনিঙ্‌কম্নবা হুমিংকী রথচিংবা শগোলমথৈনা হরাউনা থেকপা মথোলগী থোঙাঙ্‌গ' লোয়ননা মভাল লৈমনা সনজীংগী লোকমুংদা চঙখিবা হৌরকলে।

কোরোহনবগা কায়নবদা য়াবনা থম্মোই মমহৌবগুম্মা থোইমু মপৈনা মপুংদা চঙ্‌শ্রবী থম্বান অভাঙ্‌বশিংনা মমিং উইক্রম উইকম তৌনরকলে।

ভাম্ন-থংগোং লাবা অমোমনা থম্মাখোক অমগী মচীন নাম নামদা মচীন্না চীক্রবদগী মহুগী অহোবা মথুপ অহুদা ফাওনখিহুনা অমগী থম্মোইনা অমগী মশাদা চঙ্‌নখিবদগী মহৈ মহৈ অমনা অমগী থম্মোই পুনহুনা অমগা অমগা কায়নবা হৌরকলে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা অরঙ্গী পায়বী ঐগী ইনাইগুবী অদু চঙ্‌লকুনা হায়রে—"মজাইবেম্মা! মুনিকুমার অনি অদুগী মরক্তগী অমথক লাকুনা থোঙ্‌দা লৈহৌরে। মানা হায়জরি, "ঐহাক জপমালা লৌবা লাক্লিবনি।"

'মুনিকুমার' হায়বা য়াহৈ অসি হেক পল্লকপমক্তদা মকম অদুদা লেঙ্‌লনা অদুম্মক লৈহুনসু ঐ অসি থোঙ্‌ য়োনা চৎশ্রবগুমথি অমসুং লাকলিবসি মহাক
ক মশামকনি নিঙ্‌হুনা শজাই শঙ্‌বা অমবু কৌহুনা য়াথং পীখি—"নহাক্না থোক্লুনা মুনিকুমার অদুবু অমুক্তা পুশিনবীরকউ" অসি হায়হুনা থাদ্রে।

অদুগী তুংদা ভাইহাক্তগী মপুংদা কজবা নিঙ্‌খিজবগী মথোনকাবা লাইরকী মলহুবা—মথোয় কাথগী কাম কৌবা লাইগী মতৌগুদা—কামদেবগী —কম কৌবা অতুগুবা অদুগা কমুক্কীনা ধনু মাথৈনবগী হৈমলকপা হুশিংবী

মশকুম্বা অহুগুম্বা স্বংশিথোইবা অহুগী চায়জবা মরূপ কপিঞ্জল হায়না কৌবা অভোপ্পা মুনি কুমার অহুবু, অয়ুক অঙনবদা থোকপা থানিনগী মতুং-
থ-ক-গ ইন্নবা অনৌবা কোয়ৌ মঙালগুম-কুচু-ঙোরবা-শঙ্গাই-শঙ্বী অহুগী মতুংদা অস্নুম ইন্নরকপা উথি।

মানা চঙ্শিন্নকুনা ঐগী ইনাক য়োরক্লবদা মাবু, য়াম্না লাঙ্তক্লবগুম, মথরায় মকশিনবগুম, থম্মোই ইহাঙ্ হাঙ্লবগুম অমদি করিনো অমা হায়জ চৎচ তৌনিঙ্বগুম্বা মতৌ অমা ওইনা উরকলে অমস্তুং করিগুম্বা তঙাইফদবা মরম অমা মস্তুংদা লৈবমাক্লে হায়না থল্লকলে।

ঐনা হৌগত্তনা থুরুম্লগা, ইকাইথুম্ননা ইথুংমক্লা আসন অমা লৌরুহুনা থারে।

মহাক্লা ফম্নবদা, মশানা য়ানিঙ্ত্রবস্নু নমহাহুনা ঐনা মথোঙ্ হামহুনা ইশাগী ইম্নফি মচিনা তৈথোক্লগা, মাগী মনাক্তা ফিদা য়াওদনা লৈমায়দা অহুম্মক ফমথরে।

অহুদগীদি মহাক্লা করিগুম্বা অমা হায়নিঙ্ হায়নিঙ্‌তাহুনা ঐগী ইনাক্তা ফমলিবী তরলিকাদা ভাইহাক অস্নুম য়েংহুনা লৈরকলে।

মাগী মিংয়েং অহুগী অর্থ থঙ্লহুনা ঐনা হায়রকই—"ভগবন! ঐগী অভোপ্পা অম নত্তে, চিংনবা লৈতনা তাকপিয়ু।"

ঐনা অসি হায়ররবা কপিঞ্জলনা খুম্লকই—"নিথৌ মগানুপা! করিবু হায়রসিগে, ঙ্ফাহংবা ঐগী ইন্নাটৈনো, হায়জনঙ্বা মরম ফোংদো নচবা উমলোই-দোরে।

উইহ রাহৈনা পুকথম্নবা, বনদা লৈব অমাগ হক্সি খুত্থম চন্‌বা মুনিশিংমা কদায়নে অংগা হক্সি খুত্থম চনডনদবা মীতৗ নতিক চাব', অবাম খোরাংবদং কোক্লবা হোংনবদা মক্লবা, মথন মবা অয়াম্ব অপাম মুংশিগী মতৌতনা থল্লবা অমদি অনিঙ্বনা চেনবা তাইবঙ্ পানবা অসিনা কৈদনে?

য়েংবায়ু অসিগুম্বা হায়ফম থঙ্দবমৈথ নাতৈ চান্দ্রগা থোঙক্ত ময়াম 'অসিবু নোংদম্ব' লাইনা থোকহনবা 'হৌরকলে।

মী হায়বসিনা, মশানদি মাবু নোক্লবা য়াবা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌজবা লৈত্রবস্নু; উকু-ফিজেংনবা মীগীদি মসি হৌনৈ, ওটা পুবগীনা মাসিনা মতিক চায়, লাইনিঙ্বদনা অস্নুম হৌনৈ অমদি গুরুনা তাকপিবা ধর্ম তান্নবগী মরমদি মসিনি হায়বনচিংবসি করি অমত্তা থঙ্হন্দনা ঈশ্বরমক্লা মহাকপু নোক্লনিংঙাই মশক অমা হেক্লা ওইহনবীরকই।

মসিনা, ওইথোকখিদ্রিবা য়াননবতা ওইবা মশক অমা ওইহৌনস্থ ; কোক্কবা পাম্বৈদি লৈত্রবনা, অহূগা থিংননবা পাংগলস্থ উত্রবনা অমদি অতোপ্পা উপায় অমত্তস্থ লৈত্রবনা অহূগা হায়জত্রবস্থ থ্বায়দগী হেন্না থুদোংথীবা হায়বহৌ থোক্ল-গদবনা—ইশাগী থরায় থাদোক্লুনা মরুপ্প-কনফমস্থ থোকপনা য়াফম অসি হায়জদনা তোকপদি ময়াত্রে।

ইবেম্মগী মাঙ্‌মক্তদা ঐনা পুণ্ডরীকপু ভাঙ্‌বগা শকপগা তৌজখিবা ময়াম অহৌনি। অহৌদগীদি ঐনা মাবু থাদোক্লমহৌনা শাউনিঙ্‌বদগী লৈ হেকপা ফাওবা তৌক্লুনা মফম অহৌদগী চংথোকচরকলে। ইবেম্মনস্থ লেঙ্‌বিত্রবদা, মতম ভাইহাক লৈরগা পুণ্ডরীকপু মথন্তা করি তৌরিবগে য়েংগে নিঙ্‌হৌনা হঞ্জিল্লক্লুনা উশা মরুমদা থুপ্লগা মায়কৈ অদোমদা য়েংলকপদা মাবু উজবা ফংদহৌনা থল্লকই—'হুংশি হুংওনগী য়াথয়া লাকহত্তুনা মহাক লৈশাবী অহৌগী মতুং ইল্লখ্রবরা নত্রগা লৈশাবী অহৌনা ময়ূমদা চংখ্রবা মতমদা জ্ঞান ভারক্লবদগী ঐগী ইমাঙ্‌দা চঙ্‌লকপা হংগোইহৌনা লৈখ্রবরা নত্রগা ঐবু থাদোক্লুনা মচংখ্রবরা নত্রগা মফম অমদা ঐবু থিবা চংখ্রিবরা' অস্থ্যা মওল মওল থন্দুনা মফম অহৌদা ভাইহাক পন্দুনা লৈরে।

পোকতৈদগী পুণ্ডরীকা মিংকুপ অমত্তস্থ উম্নদনা লৈবা ভমজয়ক্লবনা মাবু উবা ফংখিত্রবা অহৌদদি লৈফম থঙ্‌লক্তহৌনা অমুক থস্থরকই—'মাগী থাঙ্‌হৈবা মতৌ মাঙ্‌থিবদগী ইকাইহৌনা ; ইকাইবা হায়বসিনা তৌভমদবদি লৈতবনা মশা মথন্তগী মাঙ্‌নবা থবক তৌক্লবস্থ য়াই, অহৌনদি মাবু মথন্তা অস্থম থাদোকপা হৌনত্রে' অস্থম থন্দুনা মহাকপু থিননবা হোৎনরকলে।

কনা থিহৌনস্থ উম্নবা ফংত্রবদা, মুংশিজবা মরুপকী কবিগুম্বা ফত্তবা থোকপগী চিংনবনা ঐগী থম্মোই য়াহন্দুনা মায়কৈ মরিমক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন কোয়েং য়েংনা য়েংনা উরী য়ারী মরক্তা, চন্দন পাম্বী ময়ামগী মমুংদা, উরীগী থাংপোক অমদি পুথ্রী মপান্দা অস্থম থিবতদা অয়াম্বা মতম হৌজিনখ্রে।

মথংদা পুথ্রী মপান্দা, পুক্লিঙ্‌ হুরবা, বসন্তগী পোক্লফম মায়া ফজরবা, অশাংপা লৈতনা য়োমশিনখিবনা লৈতনা শেম্বা ওইনা উবা, থোইমু শয়োম শয়োম তোংবনা থোইমুতনা ওইবা মানবা, মশীং লাকভমদনা কোকিল ময়াম লৈবনা—কোকিলতনা ওইহনবগুম তৌবা অমদি য়াহোং সংগু সংগু লৈবনা মহৌবু য়াহোংতনা শেমলিবা মানবা অহূগুম্বা উরীতগী বন অমগী মমুংদা মহাকপু উরকলে।

হকচাং কায়াং পুম্নমক অমত্তস্থ লেঙ্‌বা ওৎপা তৌথিদবনা মহাকপু অয়েকপা

লাই অমগুম, অশাবা মুর্ত্তিগুম, মুংবঙ নবগুম, শিরবগুম, তূমলিবগুম অমদি থ্যানদা লুপ্তুনা লৈরিবগুম উরম্মী।

মহাক, কিবম চেৎলবস্থু থোঙ্ক্ষমদি নাম্বোকলে, মতেং পাংবিনবা লৈতত্ত্বনস্থু কামদেববুদি লোয়নরি, মশাগী কুচু তভাং তত্তাংত্ত্বনস্থু তাইকেং তাইরি, থম্মোই ইহাঙ্ হাঙলবস্থু চান্নবী কনাগুম্বী অমদি মত্বদা লোৎলি, তূমিন লৈত্বনস্থু অপাম মুংশি রাথলগী চৈনাথোন্দি কোংদোকলি, নুংথক্তা কমত্বনস্থু অশিবদা কিদা ওইনবগুমলি।

মশক উহল্লবদি শাপ তৌবীরক্কনি হায়না কিরবা কামদেবনা উহন্দনা মহাকপু চাকথেকহল্লি।

অস্থপকী মতিক মহাক মুংবঙ্নরম্মী মহুদি—মাগী ইন্দ্রি পূম্নমক অত্বনা থম্মোইমুংদা লোৎলিবী চান্নবী অত্ববু য়েংজনিঙ্বনা থন্নুং চঙ্নখ্রবগুম নক্ত্রগা থাংভমত্রবা মৈচাক অদূত্বু কিবনা লোংখ্রবগুম অমদি কত্ত্ববা লম্বী চৎলি হায়না শাউত্বনা মশা মশাগী লৈকম থাদোক্লত্বনা চৎনখ্রবগুম্না, ইহাঙ্ হাঙলবা মশা অদূতা চুম্না তাত্বনা লৈরম্মী।

মুংশি-মৈরি-মৈথুনা-মিৎমুং অনিমক শীনখ্রবগুম অমূক্তস্থু কুপ্পা নাইদনা মমিৎ উইশিন্দুনা মিৎকী পা মরুমদগী ঈচেল কাংনা চেম্বহন্দুনা মহাক কপ্পুনা লৈরম্বা উরকলে।

মুংশি মৈনা-মাগী থম্মোই চাকথেকখ্রবনা মকোক্কী শিথাগুম চপ্তিংবা, চীনবানগী তভাং তভাংবা মচু অত্ববু চামথোক্লমত্বনা মপাল থোরকপা—মুংশা মপীনা মনাক্কা হৌরিবা উরীদা শাৎপা লৈশিংগী লৈরীক মথৈবু তনিক তনিক তৌহল্লি।

তরু তরুবা চন্দননা মমায়দা মতূম মতূম নম্বগুম মথক্তা মভাল হাইগৎপা খুজীনগী অরংবা মভালনা মমায় মায়থোংগী নিঙ্থিবা হেলহন্দুনা ওয়দী খুত্তা ওয়থংবা চায়রুং শৌত্বনা কমলি।

পারিজাত মপালগী লৈয়োল নশক ওইরবা নাপ লৈতেং অত্ব লৌথোক-থিবা কুইত্রিবনা নাকোঙ্দা চূহৌবা মাগী মনম অত্ব চূপচবগী মুংভাইবা কংজ-নিঙ্বা থোইমুশিংনা শেংকাত্তবা মখোলনা, মুংশিনা ভংলবা শাদুনা কামদেবগী গুমহৎয়াই-মন্ত্র কামশিল্লিবত্ব উরগা নাকোঙ্ অত্ববু থয়াল অশংবা নক্ত্রগা অনৌবা তমাল মনা চিনবা ওইনা উরি।

লাঙ্তরুবা মৈশা লাংবনা মশা অপুম্বদা তুম্মুংবা ওইনা তুথোঙ্ খুদিঙ্দা পাল্লবা কামগী তেনজৈ মতোন্না পুণ্ডরীকুকী মশা অত্ব য়োমশিল্লি।

মথবাক মথক্তা য়েংকী খুৎনা পায়শিন্দুনা থমলিবা ইবেম্মগী মুক্তা পরেং অহুনা মাগী মথুংনা শোকৃপিবদা মুংঙাইজহনা তুজুংলিবগুম, মায়কৈ মরিমক্তা মঙাল চাইথোকলিবহু উরগা মহুবু চুমদবা লমচংকী ফীরানগুম নিঙলি।

মীবু শুম্মাংনবা কামদেবগী হিদাক মকুপ মকুপ মাল্লবা, উপালদগী কেল্লকপা লৈরীকশিংনা পুণ্ডরীকতা তাশ্লিল্লি।

অনকপদা হৌবা, মুশিংনা ছাই হুমহল্লবা অশোক পাম্বীগী মনাশিংনা মথোয়গী রাগ অহু হাপচিন হাপচিন্না পুণ্ডরীক্কী মশা শোক্লরি।

উমং লাইরেম্বীনা, অপাম-মুংশি লৈবাক্তা অভিষেক তৌনবা ঈশিংগী মশক শুইরবা অনৌবা লৈ চারোংগী লৈহি মরীক্তা পুণ্ডরীকপু অভিষেক তৌবীরি।

পোমশাংনবা, খোইমু ইনবা অঙাঙবা 'চম্পক' কৌবা লৈনা মাগী মশাদা কেল্লকপহু উবগা কামদেবনা, থৈখু চেল্লবা অমদি মৈ হৌবা তেননা থাহুনা পুণ্ডরীকপু লাক্লবিরিবগুম উরি।

বনগী হৈনমলৈনমদা ডাওরবা খোইমুশিংনা থা-রোমদগী শিংলকপা মুংশিংকুম ডংলবিব' মথোন অহুনা পুণ্ডরীকপু চৈহৎপা শুইনা তৌরি।

অহুগা, ময়াইকাবা কোকিলশিংনা নিল্লিবা মতৌ অহু উরগনা, লমদা থাদা বসন্তগী জয়ধ্বনি মথানগুম্না পুণ্ডরীকপু মিপাইহল্লি।

মতম অহদা পুণ্ডরীকপু, অমূক অডনবগী থানিনগুম মচু তাইফেং তাইনা অমদি এলাংথাগী গঙ্গা-ঈচেনগুম-ময়াং কংশিন্না উরম্মী অমম্বুং মম্লুংদা মৈ ওল্লবা চন্দন পাম্বীগুম অসুম অসুম মকুশিল্লক্লমী।

মাবু উবদা, হান্নদগী অমুক্তম্ম উথিত্রিবা, শকথং মায়থঙনদবা অতোপ্পা মী অমগুম অমদি মপোক অমা ওন্দুনা মশক হোংখ্রবগুম থল্লম্মী।

মহাকপু, হেলোয়না পুন্নবগুম অচৌবা ভূত অমন তোংলবগুম অমদি পুতনানচিংবী ফত্রবা গ্রহশিংন চংশংগুম—ডাওরবগুম—নমথাক তৌবীখ্রবগুম মমিং তাঙলবগুম—মনা পঙকংগুম মংগল থোক্তবগুম অমদি শেরাম্মরবগুম অমম্বুং অপাম মুংশিগী মশক্কুম উরম্মী।

অংগাম মুংশি রাথলগী অয়োবা থাক য়োখিহুনা মাগী মপূক্লিঙ অহু মতম অহুদা অতোপ্পগী মথা পোল্লম্মা অমম্বুং হান্নগী মশক মতৌ পূম্নমক অহু মাঙথিরম্মী।

মতম মুইনা অসুম মহাকপু ফিবম অসিদা মিংকুপ্তুনা য়েংহুনা লৈরম্মদগী থরোয় মুংঙাইতবা পোক্লকুনা থম্মোই নিকপা হৌরক্লবদা ঐনা থল্লকই, পুণ্ডরীকপু মিংকুপ অমতগী মম্লুংদা কোকুডমম্লবা অতোপ্পা ফিবম অমদা

হোংহনবা ঙমজিবা কাম হায়বহুগী শক্তুদি অম্মূম্মা, য়াম্না থাংঙমদবা মশক ওইরম্বা তাই।

অহু নত্রবদি, অসিগুম্বা জ্ঞানগী মপৈ ওইরবা, অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অহুম্মক পূকচেল তপ্লক্রবা অমদি লমচৎ কজরক্লবা, মাগী মরমচৎপু ঐনা অমদি অতোপ্পা মুনিকুমারশিং পূম্নমক্না মিহৌনজরকপা অহুগুম্বা পুণ্ডরীক অহুনবু অম্মূম্মা হেক্তমক করিগী অরেম্বা ওইরিবনো অঙকপনি !

অদুবু, হিরম পূম্নমক্তা অচূম্বা লম্বীদগী থোঙক্রম অমত্তম্ম চোইথোক্কবা অসিগুম্বা মথোন কাবা মতাং অসি তাইবঙপানবদদি তাঙনা থোকপনা, ঙসিদি, কাম কৌবা লাইনা অহুগুম্বা জ্ঞান অহুবু মায়থীবা পীহুনা, লাইনিঙগী মতিক মগুণবু করিম্ম থোশাবা তৌদনা অএদি অহুগুম্বা চীং লেমজবা মতৌ অহুবু মাঙহনখিহুনা অতোনবা মী অমগুম, লাম্বনা মহাকপু শুদ্ধাংলি।

অহুগী তুংদা ঐনা পুণ্ডরীক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা নূংপাক অহুগী মচি অমদা ফম্নগ খূংনা মরেংবান পায়হুনা মিং উইশিন উইশিন্না হংলকই—

(ছ-থ) 'মরূপ ! পুণ্ডরীক। করি মতৌনো হায়ম্ম।' মতম কুইনা উইশিন্নুবদগী মথক থংবা উনশা অনিমক শৌক্তিম্নরুরবা—লেপ্পা লৈতনা কপ্লম্বনা অনাবগুম ঙাওশিল্লবা অমদি অপাবা কিনা কূপশিল্লবা থম্বাল অঙাঙবগী বনগুম্বা কক্করবা—শিম্বরকপা পিরাংহনা ইচোৎ চোংলম্নবা অহুগুম্বা মমিং অনি অহুবু মওঙ অমা ওইনা য়াম্না য়ানা হোংনহনা মহাক্তা পাঙথোক্লগা, তপ্লবা মিৎয়েংনা, ঐবু অস্নুম কুইনা য়েংলম্নগা, শাংলবা ন্নুংশাশোর মপী অমা হোন্দুনা ঈকাইনা অমদি য়াইৈ য়ামদনা য়াম্না য়ানা হোংনহন পুণ্ডরীকনা হায়রকই—'মরূপ, কপিঞ্জল। য়ারম পূম্নমক থঙনা থঙনা নহাক্তা ঐঙোন্দা হংলিবা করিগীনো ?'

য়া অহু তারগা ঐনা পূক্লিঙদা লেপথি মহুদি, ঐগী পাউতাক্তা পুণ্ডরীক্কী ফিবম অসি হোংলকদবা লৈত্রবম্ম মরূপ অমনা মরমচৎ মাঙখ্রবদা মরূপ অমনা ঙম্বমথৈ মহাকপু থিংননবা হোৎনফম থোকই হায়বসি থন্দুনা হায়রকই—

"মরূপ, পুণ্ডরীক ! য়াকম অসিবু ঐনা শেংনা থঙহুনস্ম য়াইৈ অসিমদি হংনিঙই মহুদি—নহাক্তা তৌবা হৌরক্লিবা থবক অসিবু গুরুশিংগী পাউতাক্তা তৌরিবরা ?—ধর্ম্ম শাস্ত্র পাবদা য়াওবরা ? মসিনা ধর্ম্ম তাম্নবা পাম্বৈ অমা ওইবরা ? নত্রগা তোঙানবা লাইনিঙ অমরা ? স্বর্গ ফংনবা লম্বীর', হাম্না তানশিনখিবা ব্রতগী অয়োনবা মতৌরা (নিয়ম), নত্রগা মুক্তি ফংনবা যোগ মথল অমরা নত্রগা অতোপ্পা মথলগী ব্রত অমরা ?

নঙ্‌গুম্বা অমনবু অসিগুম্বা ময়ম থম্লবা কাওবা হৌনবা থবকলা ? মূনীগী য়ারী শাবদি লায়রবনা চুম্না মশক য়েংলুবা কাওবদা করি অমুক হায়নিংঙাই লৈরিবগে ?

অপঙ্‌বা মীওইত্তবু থিজ্না অয়াবা পীবা ময়মচং কত্রবা কামদেবনা মীনা নঙ্‌বু মোক্লগদবা নপুকচেল চেনহল্লক্লিবত্তবু য়াথল লিংদবা মীগুম্না নহাক্তি করিম্বু থঙ্‌গ্রিবা করিগীনো ?

পুকচেল চাউবশিংনা ভাথীনবা—অপঙ্‌বমথৈত্তনদি লুনা ভৌনবা অসিগুম্বা হিরম অসিনা নঙ্‌গী মুংঙাইরকদবা করি লৈবগে ?

মথৈদা অয়াবদা শক্লক ওইহল্লবা বিষয়ভোগ ( মীরমলেনগী কান্নত্রবা, মাঙ্‌ ভাকপা নাইবা মুংঙাইবা ) পু মুংঙাইনবা মশক্কি থম্লুনা অপঙ্‌বা মীভনা হু শাহীগী বনবু ধর্মনি হায়রুনা ঈশিং চাইনা য়োক্নৈ, কবাক থাঙ্‌বু থম্লাল অশংবা পরেংনি থম্লুনা শাগোম্লৈ, অগুরু চন্দনগী মৈথুনি নিঙ্‌হুনা অকিবগী মশক ওইরবা লিনবু কোনশিল্লুই, অচাকপা মৈহুম্বু মণিনি থম্লুনা লামশিল্লুই অহুপা অঙাওবা শামুগী ময়াবু থম্মৌনি নিঙ্‌হুনা ফুক্কোকপা লাক্লুই।

তম্নয়া মশাদা মুংলি মুংলি মঙান চেনবগুম, হিরম পুম্নমক্কী ময়ম মুম্না থঙ্‌লবা নহাক্কী জ্ঞান অহুগী মঙালনা অম্নুক পীকথরিবা করিগীনো ?

ময়মদি—লেমজ-চাউজনিঙ্‌বনচিংবদগী ( রজোগুণ ) পোক্লকপা অপাম্বনা মকুশিলহল্লবা অমদি ঈচেল নাইবা ঈশিংগুম্না কত্তবা মায়কৈত্তদা চেন্‌শিল্লিবা নশাগী ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লবা অমম্নুং ইথৌ লাংলবা নশাগী থংম্মাইবুম্বু থিংজবা নহাক্লা ভমজদ্রে।

হায়য়ু য়েংসি—কামদেব হায়বসিবু কনানো ( করি লৈবা পোৎনো ) ? ময়ম অহুনা পুক্লিঙ্‌ লৈভাহল্লগা ময়মচং কত্রবসিবু চৈহৎলু"—এৈনা অম্নুম হায়রি-ভৈদা পুণ্ডরীকনা ময়ক থত্তুনা—মথুংন', মমিৎকী পা খুদিঙ্‌মকী মক্লমদগী শিম্বুরকপা পিগী ঈরা মুংথৎলগা এগী খুং পায়রুনা হায়রকই—

"মক্লপলোয় ! করিবু থোইনা হায়রুগদগে। নঙ্‌গীদি হিরম খুদিঙ্‌মক্তা অকবতা ওইরি। থোইদোক্লদি, নঙ্‌দি অকিবগী মশক ওইরবা লিনগী কল্লবা হুংপা মান্নয়া খাংঙমত্রবা মুংশি-তেনজৈশিংগী মমাঙ্‌দা থক ভাক্লত্রিবনা ঈরায় লায়না অভোম্নদা পাউভাক পীবা ভমলিবনি। মশাগী ইন্দ্রি পুম্নমকম্বু,

( থংম )

মপুক্লিঙ্‌মু শুনা লৈরিবা, উবম্বু ভমলিবা ভাবম্বু কংলিবা অহুপা ভারগা থঙ্‌বম্বু ভমলিবা নক্লগ' মীনা ভাক্লগা মসিদি অকবনি, মসিনা কত্তবনি হায়বসি

চুম্না রাথল থম্মজবা ঙমলিবা অতুগুম্বা মীওই অতুত্তদা পাউতাক পীবগী কান্নকম খঙ্‌বনি, তৌইগুম্বস্নুং ঐগীদি—পূম্নমক অসি য়াম্না থাপ্না থোকখ্রে।

মরম অতুনা অঙ্কবা লম্বী চৎপ', জ্ঞান তাবা, অমদি পূক্নিঙ্‌ ফাবা অমস্নুং অক-কত্ত রাথল থম্মবা অসি পূম্নমকী লংজীন অতু ঐগীদি লোইনা ভংখ্রবনা থরায় হিংজনবা করিস্নু হোৎনজ্রবা ফাওবদা অস্নুম তৌনা মওঙ্‌ অমা ওইনা থরায় পুতুনা লৈরিবসিনি; পাউতাক পীবিনবা মতমদি য়াম্না হান্না হৌখ্রে; পূক্নিঙ্‌ ফাবা ঙম্বগী মতমস্নু লোইখ্রে, অক-কত্ত রাথলগী মতাংস্নু হৌখ্রে, ইশাবু জ্ঞান তাহল্লবা মতমস্নু চৎখ্রে।

নহাক নত্তনা মতম অসিদা ঐবু কনানা পাউতাক পীবিরগনি? কনানা ঐবু কত্তবা লম্বীদগী চিংথোকপিরগনি? অতুগা ঐনস্নু কনাগী মরা ইল্লকম থোকই? তাইবঙ্‌ পানবা অসিদা নঙ্‌গুম্বা ঐগী মরূপ কনা অমা লৈরি?

পূক্নিঙ্‌দি করি অমত্তস্নু ফাবা ঙমথিদ্রে করম তৌগনি, হুজীকমকস্নু নঙ্‌না ঐগী অরাবা ইতৌ উরিবসিনি, মরম অতুনা হুজীক্তি নঙ্‌না পাউতাক পীবগী মতম অতু নল্রে।

মরম অতুনা ঐনা পামজবদি, মতম থরদং হিংতুনা লৈরিবৈ অসিদা প্রলয় মত্তমদা থোকপা মুমিং তরানিথোই অতুগী মৈশাগুম্না থাংঙমজ্রবা মুংশি মৈচাক অসি কোক্লবা তৌবীয়ু।

মুংশি মৈচাক্না চাকথেক্লবা ঐগী ইশা অসি য়েংউ, অফুৎপা পোৎকুম থম্মোইমুংদগী মনিঙ্গ কারকলে, ইমিং চাকথেক্লবগুম শারে—ইশা অসিস্নু পেৎথরকলে। মরম অতুনা হুজীক করি তৌবা হৌনবগে হায়বতু থন্দুনা তৌবীরো" অস্নুম্না হায়রম্নগা পুণ্ডরীক রা মখা তাথিদ্রে।

তৌইগুম্বস্নুং অস্নুম ফনা হায়তুনস্নু ঐনা মহাকপু হন্না হন্না থেমজিল্লে, তশেং তশেংলবা, থুদম লোম্নবা অমদি ইতিহাসকী ওইবা রাভাঙ্‌ কয়ানা ফনমক থেম্বা নৌবা তৌরবমত্তদস্নু মতু পূম্নমক পুণ্ডরীকনা মনাদা করিস্নু হাপথিদ্রবদা ঐনা থল্লকই—"মতৌ অসিদি মুংশি মুংওনগী অয়ৌবা থাক য়ৌশিনখ্রে,
(য ক্ষ-ঝ) চুমগী পাউতাক্তনদি খিংওয়রোই, অতুনা তাক্লবা শাবনদি অরেম্বনি" অস্নুম্না পূক্নিঙ্‌দা লেপ্তুনা হৌগৎলগা পুম্রীদগী অনৌবা থম্বৌ য়াওনা ফুকপা ঈশিং মরীক মরীক চেনবা থম্না মথৈ থদত্তুনা অমদি মনম মুংশিরবা লৈরীক্না থল্লবা পূক্নিঙ্‌ হুবা থরো অভৌবা, অশংবা অমস্নুং থম্বাল মথৈস্নু হেক্লরগা পুরক্তুনা

ঙৈরীগী মাঙপ মমুংদা লৈরিবা নুংপাক মথক অদুদা পুণ্ডরীক্ কীদমক হিপনকম কমুং অমা শেমলে।

পুণ্ডরীকনা মহুগী মথক্তা মশা মুংঙাইনা লৈরবদা অনকপদা হৌবা চন্দন পাম্বীদগী অনৌবা য়েন্নিঙ্ থরা থজুনা নৈথায়রগা মুংশিরবা মনম অমদি উনগুম্না ঈংলবা মহী অদুনা ঐনা পুণ্ডরীক্কী মরাইবক্তা নম্বীরে অমসুং মশা অপুম্বদমু কৈকিরে।

অদুগা মনাক নকপা কর্পূর পাম্বীগী চেক্থায়রবা মকুগী মথুন মখুন্দগী থোরকপা কর্পূর মকুপশিং অদুবু থুত্তা নৈথায়রগা মহুনা পুণ্ডরীক্কী হমাং লোকপিরে।

মাগী উকু ইন্নফি অহু চোংপা মথৈ মপুক মথক্তা চন্দন মহি তৈশিল্লবমক্তদা ঈশিং মরীক মরীক লোয়নরবা লা·না হুমাই ওইনা অমুক হুম্বীরে।

মতৌ অসুম্না থম্নাগী হিপ্ক্রম কয়ারক শেমলে, চন্দন কয়া তৈবিরে, কয়ারক হুম্না হুমাং লোকলে, অমসুং লা·গী হুমাই কয়ারকসু হুমলে—মতম অদুদা ঐগী পূক্নিঙ্দা রাখল অসি থল্লকলে মহুদি—

ভাইবঙ্ পানবা অসিদা কাম কৌবা লাহনা তৌঙমদবা করিস্সু লৈতে, নপ্রবদি শক্তিগুম্না বনদা ভজনা লৈজরবা অমদি মপুকচেল ইতিং তিংজরবা মী অসিনা কদায়নো অদুগা মথল পূম্নমক্তা কেজ মৌজ্রবী অমদি মিংয়েং নায়েং নিঙ্থিবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মজাইবেম্মা মহাশ্বেত' হায়বী অদুনা কদায়নো!

ভাইবঙ্ পানবা অসিদা কামদেবনা থোক্ডম তৌঙমদবা, হৈডম শিংঙমদবা অমদি তৌবা হৌনদবা হায়ব' করিগুম্বা মশক অমত্তা লৈতে। মীনা তৌঙমদ্রবা থবকসু মহাক্তি করিস্সু লৈত্তনা তৌথোকই— কনানসু থিংঙমদে।

থরায় পানবদি থমথো', থরায় পান্দবা পোং মশেনসু মহাক্তি অমগা অমগা তিন্নহনবা ঙম্মৌ—মানবু নিঙ্লবদি থরো কৌবা লৈরাং অহুনসু হুমিংকী চায়বী ওইথিবা য়াই, থম্বালনা থাগী মঙাল য়েংথৌবহুসু কোকথিবা য়াই, অহিংনসু মুংথিলগা তিন্নথিবা য়াই, থাবলনসু অমম্বগী মতুং ইনথিবা য়াই, মমিনসু থাউমৈ মমাঙ্দা লেপ্পবা য়াই, নোংথাঙ লৈমম্ভ অমংবা নোংদা লেঙ্দনা অহুম্মক লৈথিবা য়াই অদুগা অহল ওইবনসু সংথান কাবা মতমগা লোয়নরকপা য়াই।

অরুবা সমুদ্রগুম্না চাং·[illegible] মপা লৈত্রবা,—পুণ্ডরীক অসিবু নংপীগুম্না ঙম্লাং ঙম্নাংহনবা ঙম্লিবা অহুগুম্বা কামদেব অহুনা তৌঙমদবা অতৈ করিবু লৈরি-কলে!

মাগী লাইনিঙ্না কদাইদা চৎখ্রে, অদুগা হুজীক্কা করি ওইরগে! করিগুম্বা পাদৈ অমত্তনস্থু কোকহনবা ভমলরোইদবা ফিবম অসি য়োশিল্লকলে। হুজীক ঐনা মাগী মথল্লায় কনবা ভয়নবা তৌগদবসি করিনো, করিবু হোৎনগনি, কদোম-দা চৎকনি, কনাদা চঙ্জরুগনি, উপায়না করিনো, তেঙ্বাংবৌগদবনা কনানো, অন্নাবা কোক্লবা লয়ীনা কদায়নো, করম্না রাথলনা অচুম্বনো অমদি কনাদা চঙ্জ-কম থোকপনো?

করম্বা হৈ-লিংবনা, করম্বা নাত্তৈনা, কমদোনা, করি তৌহনা, করম্বা লৌ-শিংনা করি হায়না মপূক ফারগা মহাক হিংগদগে হায়বা অসিগুম্বা অমদি অতোপ্পা মথলমথা কয়া কয়াগী রাথলনা মকশিল্লবা ঐগী থম্মোইবু নৈথায়বা হৌরকলে।

অগুগা অমুকস্থু থল্লকই,—লোইবা নাইত্রবা অমদি শীজিন্নকম থঙ্ত্রবা রাথল অসিনা করিবু কান্নরকথিগদগে? ফরবস্থ ফত্রবস্থ করিগুম্বা অমা তৌহনা মাবু হিংহন্দবদি য়াত্রবনি।

অহুমদি ওইরগা মহাশ্বেতাগা উন্নবা নত্তনদি মাবু কন্নবগী পাদৈ অমা লৈত্রে।

মাগী পুন্সানা মুংশাশোর-মপী অমমুক্ত শা'না লৈরবা ওইহনস্থ মুংশি মুংওন রাথন্দগী পোক্লকপা ফিবম কায়রবা মশাগী মতৌ অদুবু মানা নোক্লনিংভাই ওইবা মশক্লি হায়বা থন্দুনা অহুগা মশানা অভাং ওইবগা, হৈজশি'জদবগনা মশামক্লা চত্নুনা মহাশ্বেতাগা উন্নরুবনদ লেপ্পমক মশাগী নিঙ্জবা থুংবা করিস্থ ভয়োই।

অহুমদি ওইরগা মুংশি চৈনাথোল অসিবু কুইথনা অস্থম থাঙ্বদি ভমশিল-লক্রে।

য়াম্না হেন্না তুক্কচনকম ওইববস্থ অমস্থং তৌবা হৌনত্রবা থবক ফনা ওইহনস্থ করিনো অমা হেক্কমক তৌহনা মরূপকী থল্লায়বুদি কনগদবনি হায়না পূকচেল চাউবশিংনা থম্মবা মবম্না, ঈকাইকম থোকপা ওইরবস্থ অহুগা হৌনদববু ওইরবস্থ থবক অসিদি শোয়দনমক ঐনা তৌকম থোক্লরে।

অতোপ্পা করিদি তৌনিংভাই লৈরি, করিন' পাদৈ ওইনগনি ;—'মহাশ্বেতাগী মনাক্তা হেক্কমক চৎলগা, ফিবম অসি থঙ্হল্লুরসিন্না—' হায়না থল্লক্লবদা—ঐনা তৌক্লগদৌরিবা অসিমক্তি নাত্তৈ চাত্রবা—হৌনদবা থবক্লিনা পুণ্ডরীকনা ঐবু অমুক থামহনা চৎহল্লক্লরোইদবা হায়না চিংনরক্নুনা মহাকপু থঙ্হল্লম্বা তৌদনা করিগুম্বা ভাং অমা তৌরমহনা মনাক্তী লাকচরিবনি।

মরম অসিনা হুজীক থোদোক অসিগী মরীদা তৌবীফম থোকপা, অসিগুম্বা অপাম মুংশি রাথল অসিগা—করিগা চানবা, ঐনা লাকচারিবসিগীনা কয়ম্বা নোংদম ঙম্বীবা হৌনবা, অদুগা ইবেম্মমক্তাশু করি তৌবীফম থোকলিবা—মদু পূম্নমক থম্দুনা তৌবীরো' অসি হায়দুনা কপিঞ্জলনা—'মহাক্না করিবু হায়রকদগে'' হায়বগী মরীদা ঐঙোন্দা মমিং থম্নগা তুমিন্না লৈখ্রে।

ঐনা রাহৈ পূম্নমক অদু তাদুনা—অমৃতগী মশক ওইরবা মুংঙাইবগী পাংতা-লুপচরবা ঈশিংগী মশক ওইরবা অনুরাগগী সমুদ্রদা ইকজবা ফংজরবা, মুংঙাইবা পূম্নমক্কী মথক্তা লৈতাজরবা, আশা থিবীক্কী মথক্তা তোংজরবা অমসুং
( ঞ·ত ) হুরাউ-কুম্মৈ পূম্নমক্কী অরোইবা ওমথৈশু তাম্মরক্লবা মতম অদুদা, ঈকাইজবনা মরম ওইদুনা মায় লুকথরবদা—নাতোন নাকচি অনিমক শোক্লমদনা লেপ্পা লৈতনা তারকপা অমদি মিংকী-পা-গা থেংনরক্তবনা লীক তংপগুম্ অচৌবা মতুম মতুম ওইনা পোপ পোপ -নাম্বরকপা -য়োনা মুংঙাইজবা ফোংদোকপা মিংকী ঈরা লোয়ননা পূক্লিঙদা ঐনা খল্লরকই—

'ঐগী লাইবক ফবনা, ঐঙোন্দা তৌবগুম কামদেবনা মাগী মতুংদসু ইন্নরিব-সিনদি ঐবু কনমক তৌহন্দুনসু ( চাকহন্দুনসু ) কেপ্নমক মহাক্না অমরোমদদি ঐবু চানবীবা উৎপিরি।

অশেংবমক, হুজীক মহাক্ন তমলিবা ফিবম অসিমক ওইরম্বা থোক্লবদি ঐগী করিগুম্বা কায়নবা অমত্তসু তৌবীদবা লৈত্রবা, থবক অমত্তসু পাঙথোকপিদবা য়াওত্রবা অদুগুম্বা কামদেব অদুগা মান্নবা ঐগী মরূপ কনা অমা লৈরমখিগনি ?

ঈংলবা কপিঞ্জলগী মায়থোং অসিদগীবু মমঙ্ ফাওবদা ওইদবা রা হায়দোক-লমগদবা লৈত্রা ?

অসিগুম্বা থোদোক অসিদা করম তৌনা ঐনা য়াবা উৎলসিগে, মাগী মফম-দনা করি পাওদমংল্লুরসিগে অঙম হায়না মওল মওল থল্লিজৈদা থোঙ্শঙবনা ঐগী কাদা থুনা য়াঙনা চঙলক্লগা ঐঙোন্দা হায়রৈ—"মজাইবেম্মা! ননাইশিংগী মচীন্দগী মজা ইবেম্মনা হকচাং ঈবগী পাউ তাদুনা মহারাণী লেঙশিন্নকুলি।"

রাহৈ অসি তাবদগী মীয়ামগা য়েংননিঙ্ত্রবা কপিঞ্জলনা কিংনা হৌগত্তুনা হায়রকই—"মজাইবেম্মা! ওস্নোক্না য়াম্না থীস্মনখ্রে, অমরোমদা মরোল অদুম্মক্কী কোক্তাথেংপা মণিগী লৈতেংগুম্নবা কোরোহনবসু লৈথরকলে। মরম অদুনা ঐদি চৎচরগে। হিরম থুদিঙ্মক্তা পূকচেল তিন্নজরবা, মুংশিজবা মক্লপকী মথম্রাম কম্নবগী মমল ওইনা ইথুং অসি লোয়জরি,—ঐগী অথোইবা ইরল

হায়বযু মসিনা লোইজরে—" অসিদং হায়রম্নগা করিগুম্বা পাউথুম অমা ডাইরম্বা তৌদনা——ঈমাগী থৌগল্লকপা সনাতোপ্পা লীচৈ পাম্নবা থোঙ্‌শঙ্‌বশিং, সঙ্গাই শঙ্‌বশি' অমস্তুং কাপোক, লৈ, আবের, হকচাংদা তৈনবা পোৎসম ময়াম, অমদি চামর—অসি থিবীক পুবী মীনাইনুবীশিংনা ইমাইবেম্মগী মাঙ্‌থারগা মথোয়গী মতুংদা অমুক মনম পে'নবা, য়াঙ্‌গংবা, মনা পড্‌বা, থীকনেম্বা, নিপা নূপী থঙ্‌দবা-মী, মথোঙ্‌ মথুং শোয়বা কাঙ্‌বু. ময়োল থোক্কবা মীশিং—অসিনচিংবা মীয়াম অমগা ক্রক ক্রক ইম্নবা লাকপনা ইফুন ফূনজিল্লক্লবা থোঙ্‌ অতুদা মওঙ. অমা ওইনা লিংথোক্লুনা চংখ্রে।

ঈমানা লাক্লগা করি তৌবীরম্বা, করি তাকপিরম্বা, করিগীদমক করম্বা থবক তৌবীরম্বা অসি পুম্নমক—ঐনা থম্মোই হাঙ্‌না লৈথিবনা করিস্থ উবা ফংথিদে।

ঈমানা চংখ্রবদা, থম্বালগী মবুংঙো অমস্তুং থংগোংশিংগী চাম্নজগা মরূপ ওইবা মশাগী শগোলশিংনা 'হারীত' কৌবা উচেক্লুম মচু শংবানবা অতুগুম্বা মুমিং কৌবা লাই অতুম্ন লৈথখ্রে। নোংচূপ মায়কৈনা ডাঙ্‌নরকলে, থম্বালগী ( থ-ব ) বননা নাপুমচু মাল্লকলে, নোংপোক মায়কৈদনা শংমুনবা মচু ফাওরকলে অমস্তুং পাতালগী লৈরাংগুম্না মচু মক্লবা অমদি মহা-প্রলয়গী মতমদা ওইবা সমুদ্র-ঈচেল গুম্নবা অমম্বনা তাইবঙ্‌ মালংপান অসি শীল্লকলে --অসিগুম্বা মতম অসিদা ঐনা তৌফম থঙ্‌লক্ত্রুনা তরলিকাদা হংলকই—

"তরলিকা! নমিং অতু উদ্রবরা? পূক্রিঙ্‌ অসি লাঙ্‌তক্লবনা লৈফম থঙ্‌লক্রে, অতুগা তৌফম থঙ্‌দবনা ইন্দ্রিশিং অসিস্থ ইপঙ্‌ পঙথরকলে—ঐদি তৌগদবা করিনো হায়বতু মচেৎ অমা ফাওবা লেপ চবা ঙমদ্রে; ময়ম অতুনা হিরম অসিদা করি তৌরগা ফগদগে হায়বতু ঐঙোন্দা থরা তাকউদনা।

কপিঞ্জলনা হঞ্জীক্তা নমাঙ্‌মক্তদা হায়রম্লিবনি, অতোনবী নূপীগুম্না হঞ্জীক ঐনা ইকাই ইকি হন্দোক্লুনা, নোল্লুক শাজং থাদোক্লুনা, মীনা নোক্লবা নাচুংদনা, চংনবী য়াংমা লান্দুনা, ইশাগী শাজং হন্দোক্লুনা, ঐগী বংশগী ইকাইথুম্নবা ডাক্তনা অমদি মীনা থীনা ডাঙ্‌নবা হংগোইদনা, অপাম মুংশিগীদমক্তা অক-কত্ত য়াথল অমত্তা লিংদনা, ইপাগী য়াথং লৌদনা অমদি ইমানা য়াবীবস্থ নত্তনা—ইশা ইথন্তা চত্তুনা হেক্তমক ঐগী খুজেং পায়হল্লবা থোক্লবদি অহল্লমনবু নম্মাংলম্বগী চাউরবা দোষ পুগনি।

অতুগা ধর্ম্ম য়েংহুনা অতোপ্পা পাম্বে অমা লৌক্লবদগী ইথন্তা শিজথিবা

থোক্লবস্ন, মশা মথন্তা লাকচবা অহানবস্ন থোকপা ইকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা কপিঞ্জলগী হকচিল্লবা মহায়জ অদুবু থুগায়রবা তাবনা—মতুমল্লা অহানবা মোথ হায়রবহু ওইগদৌরি।

অতুগা অনিশুবা দোযনা মসিনি মতুদি -ঐনা, নিঙ্বা কায়হল্লবদগী কল্লিগুম্বা মী অতুগী মথরায় হেক মাঙ্বগুম্বা থোকশ্রবদি মুনি অমা হাৎপগী অচৌবা পাপস্ন লঙ্জবা তারি।"

ঐনা অম্মুম্না রা ডাঙ্লিডৈ অসিদা লৈগী লৈরীক্লা বসন্ত মতমগী বনমথৈদা নিঙ্থিজহনবগুম্না থোক্লকদৌরবা থাগী মঙান্না নোংপোক মায়কৈ ভৌকনহল্লে।

মথংদা, থাগী মশক ওইরবা নোংশাগী মঙালগুম্নবা থুজীন্না ( থানা নোংশা ওইরগা মঙান্না অথৌবা থুজীন ওইত্তনা ) হোগায়রবা অমসুগী মশক ওইরবা শামু মকোক্তগী তারকপা মুক্তা মকূপ মাল্লবা থাবল্লা নোংপোক ( ত-র ) মাংকৈ ভৌথোকহল্লকলে। উদায়াচল ( চীংথৈ চীং ) দা লৈবী সিদ্ধ নুপীশিংগী মথবাক্তগী কেল্লকপা চন্দন মকূপ মাল্লবা থাগী মঙান্না নোংপোক মায়গৈগী মচু তাইকেং তাইহল্লকলে।

শামু কল্লবা অচৌবা ঈথক্তী মুংশিংনা হুমগৎলক্কুনা আতিয়াদা কাথংলকপা নোংপোক সমুদ্র মপানগী লৈভোই মপৈ মাল্লবা থাবলনা– নোংপোক মায়গৈগী মচু তাইহল্লক্লিবহু মীনা য়েংনবা হৌরকলে

থানিনবু উজবা কংলেবদগী মোমোন মীনোক্চরবা তাংলৌ লৈমগী মাগী পরেং মাল্লবা থাবলনা তপ্না মেঙ্না লৈমায়থক্তা মঙাল তারক্কুনা অহিংগী মায়থোং লৈভেং ওইরকলে।

লৈ-রোন থিনগায়হনা পাতালদগী কাওগৎলকপা অনন্ত-কৌবা-লিনগী-মত্তোক-মাল্লবা থাগী মকোয়না অহিং অদুবু লৈভেংলকলে।

অমুম্না মথং মথং—থরায় পানবনিংগী মুংহাইনবা ওইবা নহা ওইবী নুপীশিংগী পেল্লনবা ওইবা, কাম কৌবা লাইগা চান্নজরবা, অনুরাগনা থল্লবা, লৈপুনগী মত্তিক চারবা মতাং অমদি অমৃতগী মশক ওইরবা অমশুং অঙাং-ওইবগী-তয়াং-তশোয়রবা মতৌ-হাইফেংনা-থাদোক্লবা-মীগী-মশাদা-কায়দোংনবা-মথোল-কাবা হাল্লবা অতুগী মশক মাল্লা আতিয়াদা থোকপা থানা অহিং অদুবু পুক্লিঙ্ তুহল্লকলে।

অতুগী তুংদা, নোংপোক সমুদ্রগী পোহাল মঙাম্না ডাঙ্শিলহনবা মাল্লবা, উান্না বনদা লৈবা নোংশাগী মথুৎনা হাল্লদগী কোম্লুনা লৈরম্নবা শঙ্জিগী মশা

হোৎনাজরক্লবদগী শিন্দুরকপা ঈথেং অচু তৈন্থনা ইভাঙ্ ভাঙ্লবগুম্বা অমদি নৈপুনগী রাখোক্তা শাউরবী রোহিণী দেবীগী মখোঙ্দা তৈবা যাবোং মহি (শ-ষ-গ) অহুনা শঙ্জিল্লক্লবা মানবা, হুন্দোরকপদা ঙায়রিবনা তঙ্গাং তঙ্গাংলিবা থা মকোয় অদুবু উরগা ঐগী লকাদা মুংশি মৈরিনা চুরবমু থম্মোই মুংদি মমলি—তরলিকাগী মতম্বাক্তা ইশা অসি কোনশিন্দুনা থম্লবা ওইরবমু ঐ অসি কাম কৌবা লাইগী মথুৎচম্না লৈরম্মী অহুগা থা ভদা মিৎয়েং থম্লবা ওইহুনম্মু ঐনা অশিবতবু উরম্মী—অসিগুম্বা ক্ষিবমদা ঐনা থনবা হৌরকই—

লমদা থা অমম্মুং মলয়া মুংশিংনচিংবা ঈরাং পোকহনবা পোৎ মথৈনা মায়কৈ অমদা লৈরগা, পাপচেনবা মরমচং চুমত্রবা থা অসিনা অমরোমদা লৈরবা-সিদদি ঐনা মাবু উরগা থাঙ্জবা ভমথিত্রে। ঐগী থম্মোই অসিম্মু থাঙ্ভমত্রবা মুংশি চৈনাথোলনা লাকহংখ্রে।— অরাবনি! থা অসিনা থোকপদি—মশা শাগত্তুনা নারবা মী অহুদা মৈতাপ অরাবগী নোং চুথবগুম, নিংথম্বনা লাকহৎ-লবা মীভোন্মা উন হৈথবগুম অহুগা অপোম অতঙ্গী চৈনাথোল থাঙবদা জ্ঞান মাঙ্লবা মী অহুদা লিন্না অমুক চীক্পগুম—(রারিভৈ মথক্তা হেম্ন' র'নবতা ওইহল্লি)।

ঐনা অসুম্না রাথল অসুম তৌরিভৈদা থা থোক্লকপনা মরম ওইহুনা থম্বালগী বননা তুমথরকপগুম, পঙ্থরক্তুনা ঐগী ইমিং অনিমক উইথরকলে।

মতম অতুদা তরলিকানা থুন' য়াঙ্না ঐগী ইশাদা চন্দন তৈবিরগ', কোনা হুমাইন' হকচীক লাংহনবীহুনা, ঙাইহাক্তুংগী মমু'দা জ্ঞান তারক্লবদা, ইতৌ উবদা তৌকম থঙ্জত্রবী অমম্বুং মতংপা লৈতনা শিন্দুরকপা মমিংকী ঈরানা ঐগী লাইপক্তা থেংলিবা ঈশিং থোকহনবা য়াবা 'চন্দ্রকান্ত' মণিগী মমায় অদুবু মকশিলহন্দুনা কপ্লম্বী তরলিকাবু উরকলে।

ঐনা মিং পাঙ্লবনা, তরলিকান' ঐগী থোঙ্ শোক্লা থুক্লমগা, চন্দন মহিনা চোৎলবী মথুং অনিমক অহু লোয়হনা হ'য়রকই—"মজাইবেম্মা! ইকাইহুনা নগ্রগা অহল্লম্মনবু কিরুহুনা করি কাম্লথিগনি? মুংভাইথোকপিয়ু—ইবেম্মগী থরাম্বগী মবু'ভে' অদুবু পুজরক্লবা ঐবু থানিসু নত্রগা লেঙ্থংলো—মক্ষম অহুমক য়োনা লেঙ্নবা তৌবীরো। ইবেম্মগী মুংশি-মৈচাক অসি মসিদগীদি ঐনা পুবা থাংবা ভমজরক্লরোই। মরমদি—মক্তুবা থানিলনা থোক্লকপদা সমুদ্রগী ঈথক হৌরকপগুম, ইবেম্মগী লাঙ্তক্লবা মতৌ অহুম্মু শক্লক চামা হেনগংলকনি।" তর-লিকানা অসুম হায়রবদা ঐনা হায়রকই—

"অঙাওবী। কন্দর্প ( কামদেব ) মথন্তুনা করি তৌরি য়েংউ— চিংনবা মাখল পূন্নমকপু মাঙ্ হনবা কয়ম্বা পান্থে লৌসিংগে চায়না থন্দুনা লেপচবা ভুমহুত্রবা, অপনবা পূন্নমকপু তকথোকপিখ্রবা, চিংনবা থিবীক মথাদা নমথবীখ্রবা —ঈকাইবা 'পুম্বা মাঙ্ হনবীখ্রবা,—ইথন্তা, ইথোঙ্ না থোংনা মাগী মনাক্তা চংলুবদগী ওইরক্কদবা তম্নাং তশোইবগী দোষ অহুন্ কুপশিন্দুনা থম্বীখ্রবা অমদি অম্নম মতম মাঙ্ হনবা হায়বত্ত লৈহনবীত্রবা—অহুগুম্বা থা অহুনা অশি থোঙ্ জীনদরা নত্রগা মুনিকুমার অহুগী মনাক্তর' ঐবু পুহনা চংনবগীদমক থ্ংলরে।

মরম অহুনা হৌগৎলু. ইথরায় অসি থাখিত্রিডৈদা মাগী মনাক য়োনবত্তদি চংলগা ঐবু রাহল্লিবা থরায়গী মবু'ডো অহুবু হিংহ্নবা তৌরুসি" অসি হায়না হায়না মুংশি চৈনাথোক অম্নম হেনগৎলকপদগী হুমাংনা শ্বায় শ্বায় লাউহ্নুনা, ইশা পূন্নমক হিকথরহুনা ঐনা তরলিকাদা শোরগা মানা হৌগৎচরে।

হৌগৎলগা মায়কৈ অহু তম্না চৎপা হৌরক্লবদা ঐগী য়েংথংবা মিৎ অসি চোংহুনা কত্তবা থূদম অমা ফাওরকপদগী চিংনহুনা থক্লকই—"নোংদম্বা লাইনা করিনো অমদি শোয়দনা মতমলে।"

অহুগী তুংদা অহুগুম্বা থা অহুনা মরোল অহুম্মক্কী মশক ওইরবা দলান মথক্তগী তাথরকপা ঈশিং উতোংগুম্না, গুন্ন মকূপ্নচিংবা চেম্নবা ঈশিং ঈংচেল পুথরকপগুম, চন্দন মহিগী ঈংচেল থোকহনবগুম—অমৃত সমুদ্রগী ঈশিং মপৈ কামথোরকপগুম অমদি মশীং লাকডমত্রবা শ্বেত-গঙ্গাগী ঈচেল ময়াম্বু ওথোরকপগুম নিঙ্ হন্দুনা আতিয়া মথক্তা থরদং হাইগংনা থোক্লগা মঙালতনা জগৎ পূন্নমক্কী ময়ায় থংবা শক্লক মথৈবু তাউথোকহল্লকলে ( রাথোঙ লাল্লকলে )।
( ঘ-ত )

শ্বেত-দ্বীপ ( ঈথং অঙৌবা ) তা লৈবগুম্নবা তাইবঙ মী শিংনা থাগী লৈবাক উজবা ফংবদা মু'ঙাইনরকলে।

আদিবরাহগী ময়া মাল্লবা থা-মকোয় অসিনা ক্ষীরোদ সাগরগী ঈস্নংবঙ্ দগী লৈপাক লৈমবু পুথংলকপগুম নিঙ্ লি।

য়ুম খুদিঙ্ মক্তা নূপীমথৈনা মকা ফম্না শাংলবা লৈগা লোয়নরবা চন্দন মহিনা থোক্লিবা থাদা ওন্দুনা ঈডাংনরকলে।

অচৌ অচৌব লম্বী পূন্নমক্তা অপাম মুংশি থ্ংনেনিঙ্ বী নূপীশিংনা থাদোক্লরকপী দূতীশিংতনা ইথল থল্লি।

মী উপনি হায়না মিপাইজবী, মশা পূন্নমক্তা অশংবা ফিনা কুপশিনবী অভিসার চংপী নায়িকাশিংনা থরো অশংবগী মঙাম্না লাকহৎলবী মম্বালগী বননা নিঙ্ খিজবগুম থাবল মরক্তা কোয়না চেম্নরকলে।

ইংখোল-মুংগী পুখ্রী মচাদা হৌবা কৃপায়না শাংশী থরো অভোবশিংদা থোইমু পাইরক্লুনা তোংলরে।

কৃপায়না শাংলবী থরো অভোবীগী লৈরীক্লুনা ভোথোকহল্লবা অহাঙ্‌বা আতিয়াগী ময়ায় থংবা শরুক অহুনা অহিংগী মশক ওইরবা তুরেনগী তোর্ব্বানগুম নিঙ্‌থিরি।

থা উবদগী মুংঙাইবা ঈরাংদা লুপনরবা থরায় পানবা থিবীক্লা মহা সমুদ্রগুম কাময়খত্তুনা, অকে-অমৌগী মশকুম,—হয়াউ কুম্মৈগুম—অমদি হয়াউ মথোই কাবগুম ভৌনরকলে।

চন্দ্রকান্ত মণিগী মশক ওইরবা শঙ্গোমগী ঈশংতগী চেম্ব্রকপা ঈশিংগুম্না হয়াউ মথোই কাহুনা থোংনরকপা য়াহোং মথোলতনা, পুক্লিঙ্‌ হুরবা—য়াচঙবা মতম ওইরকলে।

মতম অসিদা ঐনা, পদ্মরাগমণিমণ্ডালনা শাবা ভাঙ্‌নরবা কি অমনা ইকোক থুমজিল্লগা দলান মথক্তগী কুমথরকলে, তরলিকানা মথল মথা অয়াম্বা লৈগী জাং, পানা, হকচাং তৈনবা পোংলমশিং অমসুং আবের মকুম্বচিংবা পুরগা ঐগী ইতুং ইল্লকলে। তরলিকানা ঐগী লাইবক্তা নমথিবা, মতম অসিদদি থরা কুংশিঙ্করবা চন্দন অহুগা থেংনক্লবদা ঐগী শমজোই থরদি মচু য়াউথোকলি, অহুগা ঐনা জ্ঞান মাঙ্‌লিডৈদা ইশা অপূম্বদা তৌবখিবা চন্দন অহুনা মতম অসিদসু কংশিল্লমল্লিবনা হুক্তোক্তদা ফিজেৎ লৈতেং তৌরকপগুমলি, জপমালা অহু হুক্তোকসু অহুম্মক ঐগী ভক্তা শিরি অহুগা পারিজাতকী লৈয়োন অহুসু অহুম্মক নাকোঙ্‌দা থেংলি—অংমা কুমথরকপদা মীনাই মীশল কনানসু ঐবু উংহৌবা লৈখিদে।

( ণ ) ঐনা মথা য়ৌনা কুমলগা লৈকোনগী নাকল থোঙ্‌দা থোক্লুনা মাগী মনাক তাম্না চৎপা মতমদা পারিজাত লৈয়োন অহুগী মনমদা চিংলকপা থোইমু-শিংনা লৈকোন অহুবু হাঙ্‌হল্লয়গা অমদি থরোগী বনবু থাদোক্লয়গা অশংবা ফিনা মায়থুম ওইনবগুম উহন্দুনা ঐগী ইতুং ইল্লরকলে।

অতোপ্পী মীনাই কনাসু য়াওদনা তরলিকাতগা লোয়নহুনা অসুম চৎপা

( ত-থ ) মতৌহু উরগ। ইথত্তা থল্লকই—"মুংশি-কাদা চংশী নুপীশিং অহুগীবু মপানদা অমুক মনাই নশল লোয়নক্লবগী কান্নবা করিবু লৈরিগদগে ?

য়রমদি—কাম কৌবা লাইনা লৈগী লীক্লংদা তেনগা থোংহুনা ইতুং ইনবীরি, থা-না মথুং শাংনা তিংথোক্লুনা খুং শমহুনা পুবীরি, করিগুম্বদা তুরু-তাক্লগনি হায়বগী ফিবনা থোঙ্‌থাং খুদিঙদা অনুরাগনা শেম্নবিরি, ঈকাইববু তুংওইনহল্লগা অতোপ অতোপ্পা ইন্দ্রিশিংগা লোয়নবা পুক্লিঙ্‌না মাঙ্‌থাহুনা চেল্লি, অহুগা মুংশি-

মগা তিন্নজবা কংগনি হায়বগী অরেপ্পা য়াথল পোকহন্দুনা লাঙতক্লবনা লমজিং-বীরি—অস্মুম ত্তৌনা মথোয়না ভাকপি শেনথীবা মীগী থবক পাঙথোকপিরি।

মথংদা কোংনা হায়রকই—"তরলিকা! লমচৎ কক্তত্রবা থা অসিনা ঐগী কাদা তৌবগুম্ মহাকপুস্ত মশম পায়হনা চিংলক্লগা ঐভোল্লোমদা থরদংতা ওইরবস্ত নকৃশিলহল্লক্লমগতা?"

ঐগী য়া তাবদা তরলিকানা নোক্তুনা হায়রকই—"মজাইবেম্মা! মজাইবেম্ম-দনবু করি থহদবী অমা ওইবনা অহুম্না তাকপিরিবনি; মী অহুগীদি, মভাল তাহনবা শাহনা হুমাং মরীক মরীক্লা লৈতেংলবা ইবেম্মগী চায়রুং অনিমকপু চুপথোকলিবা, নিঙথিরবা থবাক্তা নপশিন্নরিবা, মখুংকী খুংচা মথৈ তিংথোক্তুনা ইবেম্মগী থাংগোয় পরেংগী মণিশিংবু শোক্লরিবা অহুগা মক্তুবা ইবেম্মগী খুজীন পুম্নমক্তুনা মশা নপশিন্দুনা থুয়' থাদা চঙজররিবা অহুগুম্বা—মশামক্লা সুংশি-ঈথৌলাংবা-মীগী-শাজং-চংলবা থা অদুবু মী অহুনা তভাইফদনা কাম্নগদবা করিবু লৈরম-গদগে?

অহোয়নহুম, কামনা লাকহৎলবা মীগুম্না মৈচাক থাঙবা ভমদহুনা মশাদা চন্দন অকংবা মকুপ তেবগুম্না থা অসিগী মচু তাইফেৎ তাইরি—থহৌ হেয়াগী খুজীগুম মভৌবা মভাল পুরি। মভান তাহনবা শাহনা লৈক্লাইগী লৈমায়দা ওম্না খোইনা থাঙলি; কেতুকি লৈয়োন্দা পকপা লৈরীকুম্না য়াউথোক্লবা (ন-দ) মথোঙনা কুমথরগা থরো-থারীকথানা-থল্লবা-পুত্রীদা লুপ্তুনা মভাল তাশিনবা শাহনা ইরজরি, ঈশিং ঈরীক্লা চোংলবা চন্দ্রকান্ত মণিগী মথক্তা মখুংনা নাল্লরি অহুগা অহিং ওইরক্লহুনা থংগোং লাবা অমোমনা থাদোক্লম্নবা থম্বালগী বন মথৈ অহুবু মহাক্লা য়েংথৌবিরি—।" মতৌ অস্মুম ত্তৌনা মতম অহুগী মতিক চাবা তোঙান তোঙানবা য়ারী কয়া কয়া শানহনা তরলিকাগা লোয়ননা মকম অহু তম্না চঙশিল্লকলে।

থা থোক্লকপদা; মকম অহুদা তারকপা কৈলাস চীংজাউ মতোনগী চন্দ্রকান্ত মণিগী মচুম্না; লম্বী নাকন্দা হৌবা উরী-য়ারী মপানগী-লৈরীক পক্তুনা য়াউথাংনরবা ঐগী ইথোঙ অনিমকপু চামথোক্তুনা অস্মুম চংলিডৈদা অচ্ছোদ-সরোবরগী নোংচুপ থংবা মপান্দা মহাক্লা লৈরম্বা মকম অদোমদগী, লাপুক্লা, নিপা অমগী কপ্পা থোজেল অমা শেংফাহনা তাবা ফংলকলে।

অমত্তোমদ', অহানবমক্তদা য়েংকৌ মিং চোংহনা পুক্লিঙদা চিংনরকঙ্কিবনা অতীক অকপ্পা থোজেল অমুক্লা তাবা ফংলকপা অসিদমি থম্মোই শেগাক কাক্লগ্রে

অমম্বুং লকাম্নুংগী লাই অঁদুনা পুক্লিঙ্দা, করিগুম্বা খুদোং থীবগী পাউ অমা হায়রকপা ভাবদগী কিনা কিনা "তরলিকা! করি মতৌনো" হায়না হংবগা লোয়ননা ইশা থক্ থক্ নিজুনা তকিং তকিংনা মায়কৈ অদু তম্না চঙ্শিল্লকলে।

ঈচৌক ঈহুন তম্নবা অহিংগী মতম ওইবনা লাপলিঙৈদগী হৌনা মখোন ভাবদা খোঞ্জেল খোক্লা কপ্লিবদু কপিঞ্জলনি হায়বা থঙ্বা ভমলে—"ওম্হোকপনি,

(ব-ম) ঐদি লোইরেদনা, মৈচাক করম থাঙ্গনি, নোংদম্বা লাইনা ঐবু মীনম্বীরে, করিনো তৌরিবসিবো, করিমতৌনো, 'সিদি মাঙ্লেদনা! কামদেব হায়বা ফত্রবা-হিংচাবা-পাপচেনবা-মুংশিহৈতবা! নহাক্কা হৌনজবা মত্তৌ অসি তৌরিবা করিগীনো? মহাশ্বেতা হায়বী! পাপচেনবী! পাপ লঙ্জবী, নাপলনা খোয়চংনবী! মহাক্কা নঙ্গী মাঙ্নবা করি তৌরম্বা লৈ? পাপ চেম্নবা, লমচং নাইদবা, থা-কৌবা হে চণ্ডাল! পেম্নবরা? হে থা-দগী ছম্নকপ নামিবা! নহাক্কা লুনা তৌশিন্নবদু হজীক্তি লোইখ্রে; ননিঙ্ থুংলে, তৌনিঙ্বা থবক পাঙ্থোকলে, ননিঙ্ ভৌনা শিৎচরো।

নচা নিঙ্জবা হে শ্বেতকেতু কৌবা ইবুংঙো! পূম্নমক শক্লবা নঙ্গী অথোইবা নরল অদু ভসিদি হুখ্রে হায়বসি নহাক্তি করিস্তু থঙ্ত্রি। হে ধর্ম্ম কৌবা লাই! হজীক্তি নহাক্কা কনাদা অমুক তোংগনি? তপস্যা কৌবী লাইরেম্বী! নঙ্গী হজীক চঙ্জফম লৈত্রেদো। হে সরস্বতি, নহাকস্তু লুখ্রা শীংদা চন্নেদকো, হে সত্য! নঙ্গীস্তু চঙ্জফম মাঙ্লেদো, হে স্বর্গলোক, নহাকস্তু হাঙ্লেদো।

মরূপ, পুণ্ডরীক! ঐবু ভাইরমখো, ঐস্তু নতু' ইনগনি; নঙ্বু থাদোক্কুনা ঐ মিৎকুপ অমত্তস্তু লৈঙমলোই। থঙ্ন চান্নদবা মীগুম্না ভসি নহাক্কা ঐবু থংথা থাদোক্লমদুনা করিগী চৎলি? ভসি নহাক্কা অস্তুক মুংশিহৈত্রিবসিবু কৈদগীনো? হায়য়ু, নঙ্বু থাদোক্লগা কদাইদা চৎলুগে, কনাদা হায়জ-চৎচা তৌক্ল হায়বগে, কনাগী শেগা তাংলুগদগে? ঐগী মিৎ তাঙ্লে, ঐগী মায়কৈ পূম্নমক ইহাঙ্ হাঙ বগুম উরে, থরায় পুদুনা লৈবগী করিস্তু কাম্নদ্রে, লাই নিঙ্লুবগীস্তু তোংজদ্রে, মরোল অদুম্মকী মফম কদাইদস্তু ঐগী মুংভাইকম লৈত্রে। ঐ কনাগা চৎমিন্নগনি, কনাগা য়ারী শামিন্নগনি, মরূপ! হৌগৎলু, ঐনা হংবা থুম্মু, নঙ্না ঐবু মরূপ অমা ওইনা অদুক মুংশিরম্বদু ভসিদি কদাইদা মাঙ্খ্রে, অদুগা নোকমি নোকমি তৌবা য়াভাঙ্ অদুনা কৈদা চৎখ্রে;" অস্নুম ভৌনা কপিঞ্জলনা মথল কয়া কয়াগী মরমদা ভেংথারি।

মদু ভাবদা ঐগী থরায় অসি মপান খোকথিগদোয়ে, লাম্নিঙৈদগী হৌনা

খোঙ্গেল খোক্লা কপ্‌লকলে, পুখ্রী মপানগী উরী য়ারৌদা পন্দুনা শেংলি ইল্লিবা

ফিরোল শেগায়রে, হান্না থঙ্‌দবা নৈকুৎ-লৈতোঙ্‌-মায়দবা লমদা

( য ক্ষ দ ) ওম্বমথৈ থুনা চেনবদা খোঙ্‌থাং খুদিঙ্‌ তুশিল্লে অদুবু, কনাননো ঐবু হৌগৎপিরগা পুদুনা চৎপগুম্না চঙ্‌না মফম অদু য়ৌরবদা পুকচেল চাউরবা মুনি-কুমার অদুবু খুদক অদুমক্তদা থরায়-মপাল-খোকথিবদ-ভায়রিবা ওইনা উরবা ফংলে।

পুখ্রী মপানগী মনাক্তা ঈংলবা-ঈশিং-মরীক কারবা-চাউরবা-চন্দ্রকান্ত-মণি অমগী মথক্তা কামদেবগী তেনৃতনা শেম্বা মাল্লবা থরো অহৌবা, অশংবা, থম্বাল অমদি মথল মথা অয়াম্বা বনগী লৈ-তনা হেন্না খোংহল্লবা থম্নাগী কমুং অমদা মছাক য়াতারম্মী।

ঐগী খোঙ্‌থাং মখোল্‌ তানবগীদমক য়াম্না তুমিন্না নৈরম্বা মাল্লি—

পূরিঙ্‌গী অশাউবনা কামগী মৈরি মুৎথৎখ্রবদা মুংঙাইনা তুমখুন হুনবা মতৌ মাল্লি—

পুক্লিঙ্‌দা ঈরাং-লোকহল্লুবা-পাপকী-প্রায়শ্চিত্ত ওইনা কুম্ভক ( শোয় থিংবগী সাধন ) তৌদুনা লৈবগুমলি।

মতম অদুদস্মু মকশিল্লমত্রিবা চীনবান অনি অদুনা—"নঙ্‌গী নরমগীদমক ঐগী কিবম অসি ওইখ্রিবনি" হায়বগুম উরি—

থাগী মফমদা শাউদুনা হকচাং ওম্ফোক্তুনা য়াতাবদগী নংগন মথক্তা তারিবা থাবল মঙাল অদু উরগা, কামগী মৈনা চাকথেকহল্লবা থম্মোইগী মথক্তা থম্বম্বা থুংকী থূজীন মঙাল মানবা অদুগুম্ব থাগী মঙাল অদুনা হকচাং মমুং কাওদোক-থিবগী মথুল মাল্লি।

কংথিদুনা মচু হোংথোরক্লবা—কপিঞ্জলনা লাইবক্তা য়েকথিবা চন্দন-রেখা মকোয় অদুবু, মশা মথন্তা মাঙ্‌হল্লগে নিঙ্‌দুনা কামগী মরূপ-থাগী বলা অমনা মফম চাদনা থোক্লবা মাল্লি।

"ঐভোন্দগী হেন্না মুংশিনবা নঙ্‌গী মী অমা লৈরে" হায়দুনা থরায়না মহাকপু থাদোক্লম্লিমাল্লে নিঙ্‌ই।

অদুগা মহাক মশামক্তা, কামগী লৈনাখোলগা লোয়ননা থরায়বুস্মু থাদোক্লগা করিস্মু থঙ্‌থিত্রবগী মুংঙাইবা অদুদা লুপ্পুনা লৈরিবগুম উরি।

কামদেবগী যোগবিদ্যাবু ধ্যান তৌদুনা লৈবগুমলি।

অঙকপা মগুঙ্‌দা প্রাণায়াম তৌবগুমলি।

ঐবু পুখিরকৃপগী মনা শক্তুনা কামদেবনা মাগী মথরামবু পামত্তুনা লৌখিবগুমলি।

কপিঞ্জলনা মাগী মরাইবক্তা নমলিবা চন্দন অত্তুগী মথক্তা ত্রিপুণ্ড্র অমা য়েকলি।

অচোৎপা থম্বৌ মশিং মানবা নগুণ অমা থাংলি।

লকু লায়োন মানবা পূক্লিঙ্ হুরবা কৌপীন অমনা মায়েংবান্দা খা-ওন ওল্লি।

ঐগী মুক্তা পরেং অত্তুনা মাগী অচৌবা জপমালা ওইনরি।

কর্পূর মকুপ মাল্লবা কুংলবা অমস্তুং শেংলবা ডিং তৈবনা মশা অত্তু ইঙৌ ঙৌরি।

থম্বৌ মশিং মানবা রক্ষাসূত্র ( মশা ডাকথোক্লবা লংহিং ) অমা খুদাংদা পুন্দুনা মাবু য়েংবদা নিঙ্থিবা হেলহল্লি।

কামদেব নিঙ্জবগী ব্রত তৌবদা মতিক চাবা ক্ষিজেৎনা ঐগা তিন্নজবা ফংননবা মন্ত্র অত্তুতবু রানা সাধন তৌবগুমলি।

লোইবা নাইদনা কপ্লম্বদগী তারক্লবা পি সৈতবদগী ঈ-থোরক্তুনা পূনশিল্লম্বগুম্না মমিৎ অনিমক ঙাংশঙ্ ঙাঙ্লি অত্থগা য়োৎনা মচীন ওইবা কামদেবগী তেন্না থাবগী চৈনাথোলনা শক্তক অত্তুমথক উইশিল্লম্লবা মিং অনিমক্তা ফিবব অত্তু উরগা য়াম্না নুংশিন', ঐবু মণ্ড অস্তুম্না চৈথীরম্বা মাল্লি মতুদি—"খুংশি হৈতবী! নহাক্না, উহল্লম্লবমক্তদসু, নকাদা চঙ্জবিবা মী অসিবুদি চানবীদ্রেদকো।"

চীনবান অনিমক অত্থনা থজীক্তুং কাঙ্থোক্লম্বনা মাগী থরায় লোনবগীদমক মশা মন্নুং-চক্লুবা-থাগী-মঙাল-মানবা-য়া-গী-মশেকনা মাগী মমাঙ্দা ঙৌবা তারি।

কামগী চৈনাথোল থাঙ্বদা মাগী থম্মোই চিংথায়রক্লবদা মত্থদা লৈবী ঐবু, "থরায় শকপী! চানবীয়, নঙ্দি থরায়গা লোয়নননা চৎপিথিগনু" অসি হায়ত্তুনা থিংলম্বগুম থম্মোই মথক্তা ওয়গী মখুৎ থম্লি।

চাং মাম্নদনা উবা খুজীন মঙাম্না চন্দন মক্তি শিন্থবা মানবা অত্তুগুম্বা লোংথোক্লা লৈবা মখূৎনা, মহাক্না থাঙ্ভমজ্রবা থাগী মঙাল থন্দোক্লম্বগুম তৌরি।

মাগী লাইনিঙ্মরূপ কমণ্ডলু অত্তুনা মনাক্তা লৈত্তুনা, মপান থোকখিবা কুইত্রিবা মাগী মথরায়না চৎখিবা লম্বীরামদা লাঙ্তক্তুনা য়েংত্তুনা লৈরি।

কপিঞ্জলনা মাগী মঙক্তা শিঙ্জিনবীখিবা থম্বৌনী পরেং অদুবু—যমনা, মাবু অশি লৈবাক তাম্না পুনশবা থা মঙানগী থোরীনা মঙক্তা হুকপা ওইনা উরি।

ঐবু উবদগী কপিঞ্জলনা মখুৎ রাংনা থাংগত্তুনা "হুজীকমক মাবু, শিবগী

হৌনবী তৌথোকপা য়াদ্রি" হায়না হায়দগী শয়ুক অমি হেনগৎনা মমিত্তগী মপি শিন্থহনা মাগী মঙক কোয়পা কপখ্রে। পাপচেনবী লাইবক থীবী ওইবনা ঐনা, লাইবক ফবা মহাক অদুবু; মথৱায় লানখিবদ ভায়রিবা মওঙ্ অসিদা উক্লরে।

মথংদা, ঐ অসি য়াম্থগদবগী তৌরকলে, ইমম মমগ্রে—মথং মথং কূমথখিং-

হুনা পাতাল য়োবগুম তৌরকলে—মরম অতুনা ঐনা চৎলিবসি

(বং-ক্ষ-এ৩) কদাইদনো করি তৌরিবনো, করম্না কপলিবনো হায়বনচিংবা করিস্থু

থঙ্খিব্রে।

পঙ্লবী ঐগী থম্মোইনা কনমনবনরা, কাম্রবী হক্ৎাং অসিদি অরাবা মরাং কায়না থাঙ্বা ওম্বীনি হায়তুনা তৌবনরা, নত্রগা নোংদম্বা লাইনা ঐগী লাইবক্তা মতম কুইনা অরাবা তম্বীখিবনরা, মপোক অমদা লঙ শিঞ্জরকখিবা পাপকী মহৈ-নরা নত্রগা ফত্রবা নোংদম্বা লাই অতুনা অরাবদগী হেম্না অকৈ অমা শেম্বা হৈত্তবনরা নত্রগা মরমচৎ ফত্রবা, মপূক শেংত্রবা কামদেবনা ঐবু য়েংশীবিবনরা—মযাম অসিগী মরক্তা করম্বনা মতম অতুদা ঐবু শিহনখিদবনো হায়বতুস্থু ঐনা থঙ্জবা ভমখিদে।

ঐদি অরাবা লীশাং শিংপীনি, মতম কুইরবগী তুংদা জ্ঞান তারক্লবদা, অরাবা মৈরীনা চাক্লুনা মৈন্নুংদা তারবী অমগুম ইশা অসি লৈমায়দা ফর ফর ওন্দুনা লৈবা উরম্মী।

মহাক্লা শিরিবা মশি অতুগা, মানা শিরবা ফাওবদা শিদনা লৈরিবী ঐগী ইতৌগা অনি অসিমক ওইখোক্তবা ভাক্তা ওইবনা, মদুবু ঐনা মতম অতুদা থাজবা ভমদতুনা হৌগৎলগা—"ওস্থোকপনি। ওস্থোকপনি। তৌরিবসিদি করিনো" অস্থম হায়না হায়না খোঞ্জেন য়াংনা তৌ'থারকপে—"ইমা ইবেম্মা, হা ইপা ইবুংঙো। হা ঐগী লেংমায়বী মত্মপ পূমমক।"—অস্থমস্থু অমুক হায়বকই—"হা ইবুংঙো, ঐগী হিংজনবা মরম ওইবও। হে স্থ'শি হৈ হব'। হায়মু—ভাকপি শেনবীনবা লৈত্তনা ঐবু ছন্দোক্লমগা কদাইদা চৎলিব রা? ঐনা নঙ্গীদমক করি ওইরবগে হায়বতু তরলিকাদা হংবীয়ু। ভসি নোংমত্তং অসিবু যুগ লীশীং অমগুম শাংনা থম্বুনা লেনজখিবীনি। মায়থোং মকারাম্বীয়-অমূক্ত রা ঙাও বিয়ু, ননাই চানবা মতৌহু উহনবীয়ু, চিংনা অমুক্তং য়েংবীয়ু—ঐনা নিঙ্বা থুংহনবীয়ু, ঐদি লাইমম্না লায়থুং ওইরবীনি, ননাইনি, নকাদা চঙজরবীনি; ঐগীনি হায়বা কনা লৈজত্রবী, লৌজরিবী, চঙজফম থঙত্রবী য়ারবীনি—নঙ্ নঙ্না ঐবু কনানা ভাকপিগনি—কাম-নম্ব লাকহৎলবী ঐনি, ঐবু করিগী চানবীজ্রিবনো?

শাউদুনা নহাক্না নমাই ওইবী ঐবু মরম লৈতনা থাদোক্লুনা চৎপিখিবদি ঐনা লঙ্জখিবা করি লৈগ্রবগে ? নঙ্গী করম্বা থবক তৌখিদ্রবগে, করম্বা নয়াথং হিক্কোক্খ্রবগে, নঙ্না য়াবা থবক্তা ঐনা পামদবা করি উৎখ্রবগে—অদুম্বা চৎথিবদা মীনা খীনা ভাঙ্নহৌগনি থনবিদ্রবরা ?

ঐদি, দুংশি-শয়দুনা নমথাক তৌবতমক হৈবীনি—পাপ চেনবীনি, ঐনবু করি কাম্নক্লগদগে ?

ওম্মোকপনি, ঐদি হুজীক কাওবা হিংলি।— হিংদুনস্থ শিরবী লাইবক চাউবীনি। হে থরায়গী মবুংভো! নহাক ঐগী ওইত্রেদকো—ইপাস্থ ঐগী মীচঙ্দা লৈবীদ্রে, নিংতোল শীংদস্থ চদ্রে, মরূপ মপাংস্থ লৈজদ্রে অদুগা ঐগীদি লাইরমলেনস্থ মাঙ্জরে।

ইশু' লাংগীদমক্তা, নঙ্না অস্থুম ওইখ্রিবনি, মসি পুম্নমক ঐতগী ইপাপ্না ইপাপ চাজরবনি।

ক্ষিবম অসিদা নহাকপু থাদোক্লমদুনা ইয়ুমদা চৎলুবা ভল্লিবী ঐ অসিগা মান্নবা দুংশি হৈতবী নূপী অমা অমুক লৈত্রবনি। ইয়ুম, ইপা, ইমা, মরূপ-মপিক্তা অমদি মীনাই মীশন্নচিংবনা হুজীক ঐতোন্দা করি কান্নরুথিগনি। ওম্মোকপনি, কনাগী শেগা তাংলুগনি ? নোংদম্বও বিধাতা—থোজানবীয়ু ঐনা নিজরি—থরায়শকপবু কংহনবীয়ু। পূকচেল চাউবদা নপা লৈতবও হে নোংদম্বা। চানবীয়ু, মপু পান্দ্রবী নুপীজা ঐবু কনবীয়ু। পূকচেল চাউরবা হে উমং লাই পুম্নমক! মাগী মথরায় পীনবীদুনা ঐবু চ'নবীয়ু। মী পুম্নমকপু থোজানবী, হে লৈপাক লৈমা ইমাও! করিগী চ'নবীদবনো ? হে ইপা ইবুংঙো কৈলাস নাথ! নকাদা চঙ্জরি, ঐতোন্দা থোজাল উৎপিয়ু—" অস্থুম ত্তৌনা মথল কয়া থোক্লা ভেংথা নাউরোইজখিবা, মতুবু কয়া য়াম্না নিঙ্শিংদুনা তমজগদগে, অদুবু—কত্তবা গ্রহনা থুগুম চনখ্রবীগুম, অরুম লাইহৌনা চোইরোন লোনবগুম, অভাওবীগুম অমদি ভূত চঙ্লবী অমগুম বপ্পতনা শরুক ওইজখি।

মশীং লাকতমদনা ইমিংতগী শিস্থখিবা পিতনা চোৎথোক্লুনা ঈশিং ওয়্নগা ঐগী ইশা অসিনা লৈপাক্তা তিনখ্রবগুম নিঙ্খি।

ঐগী ইচৌন্দগী থোকখিবা ভেংথারোন ময়েকশিং অদুস্থ, মিৎকী পিগা লোয়ননা মপাল-থোকখিবা মানবা য়াগী-মভানস্থ ভেংথা য়াহৈ খুদিঙ্মকী মতুং ইন্দুনা থোরকখি, ঐনা কপ্পগী শরুক য়াদুনা মপি শিস্থবগুম্না অতৎপা লৈতনা শমজিদগী

লৈ কেল্লকখি, ঐগী লৈতেং পূম্মমকস্ম ঐনা কপ্পদা কপ্পগুম মক্তু বা মপিগী মন্তাল ওইনা মপি শিল্লখি।

ঐনা শিরগা মাবু হিংহনজনিংঙখি।

শিরবা অহু ফাওবদা, থাকচবা লৈতনা মাগী থম্মোইদা পুল্লপ চঙজনিংঙখি।

মাগী জটা শম্বুন মথোং, অহু চন্দন অকংবনা ভোথোকহল্লি- লেংজুম অনিগী মথক্তা অচোংপা থম্মৌ অনিথক থমলি অহুগা চন্দন মরীক্তগী হেম্না ঈংলবা থম্মানা থবাক অহু কুপলমলি—ঐনা মাগী চায়কং অনিদা, মরাইবক্তা, লেংজুম অনিদা অমম্বুং মথবাক্তা ইথুংনা অম্বুম অংম শিং নানজনকলে।

'পুণ্ডরীক! নহাক অসি ওম্থোক্লা মুংশি-হৈত্তেদকো: নঙগীদমক্তা য়াবনা অম্বুক য়ানা ঐনা থাঙলিবসি নহাক্লা করিস্ম থোশাবীদেদকো; অম্বুম্মা ওইনা য়াহৈ হায়হুনা, নাউথী শাজহুনা মাবু হন্না হন্না থেমজখি, হন্না হন্না চূপচখি অমম্বুং মগুক কোন্দুনা কন্নারক অমম্ব থোঞ্জেল য়াংনা কপচখি।

'হে পাপ চেনবী, মুক্তা পরেং! ঐনা হন্নক্কিনা ফাওবতদি নঙনম্ম মাবু হিংহল্লম্বা য়াদবরা' অসি হায়হুনা ঐগী মুক্তা পরেং অদূব চৈহংলে। "ভগবন্! চানবীয়ু, মাবু মথৱায় হাপ্পিয়ু" অসি হায়হুনা কপিঞ্জলগী মথোংদা কয়া অমা তুশিল্লে। তরলিকাগী মগুক কোন্দুনা কয়া অমা কপচরে।

ইথল থল্লদবা, হান্নদগী হৈজবম্ম নত্তবা, মীনম্ম তাকপিথিদ্রিবা, অসিগুম্বা মুংশিরবা তেংথা-য়াহৈ ভাক্তা, মতম অহুদা পাপ চেনবী ইচিন অসিদগী ঐনা ইথঙমক থঙজদমথৈ কবম তৌনা থোকখ্রিবনো হায়বহু ভসিদি গ- মক থম্মন্দুনম্ম নিঙশিংজবা থোক্তে।

কপ্পনা কদায়নো, তৌফম থঙদবা, মুংশি তেংথাথোল অহুনা কদায়নো মথোং থঙখিদ্রে, মতম অহুদদি ইতোপ তোপ্প মওঙ অমা ওইথরে।

মতম অহুদা, মিং মম্ম'দগী থোংনং য়ানজবা পিগী অকনবা ঈথক হৌরকলে, মিং অনিমক্তা পিগী ঈচেল চেম্মকম লগী হাংদোকাখ্রে, অনৌ অনৌবা কপ নিঙবা মরোল চোংথংলকলে—অব্রাবগী চংদোন চাম' চামা ফাংনা থিনগংলকলে অমদি মশীং লাকভমজ্রবা মূচ্ছাগী মচা ময়াম পোকশিল্লকলে।"

মওঙ অম্বুম্মা মহাশ্বেতানা মশাগী য়ারী তন্না তন্না হায়কম তম্ফম থঙজন্রবা অমম্বুং ভমথৈ লৈতনা য়ানবগী মশক ওইরবা গৌথ্রবা মশাগী ফিবম অহু মতম অহুদা নৌহৌনা অমুক মশাদা কাওরকথিবনা য়াম্বগদবগী জ্ঞান মঙবা হৌরকলে। অমম্বুং নুংপাক মথক্তা কন্না হাইথরক্লবদা মথৱায় শোক্লবা রোগীভনা লৈমিন্নবা

মীওয়া মথুং তিংথোক্তুনা থুনা য়াঙ্না মহাকপু ওক্লগা, পিনা চোৎলবা মশাগী উকু-ইয়কি মচি অমনা তপ্ন' তপ্না হুমাই হুমদুনা জ্ঞান তাহনবীখ্রে।

ৱারী অসি তাবদা মথৱায় সুংঙাইত্রবা চন্দ্রাপীড়না মমিংকী পিনা নাকুচি অনিমক চামথোকহন্দুনা জ্ঞান তাকল্লবী-মহাশ্বেতাদা হায়রকই—"ভগবতি! নঙগী হৌখ্রবা অৱাববু অমুক ইনৌ নৌহন্দুনা নহাকপু ফিবম অসি য়োহল্লুবা ঐ অসি পাপচেনবনি। মরম অসিনা ৱারী অসি লৌবিরগনু, ঐস্মু মথা তাজবা ওয়রোই; মরমদি—হৌখ্রবা, লোইখ্রবা ৱারী থিবীকপু হৌকররবদি মকপ মপাং অতুনা হান্না ফংখ্রিবা অৱাবা অতুমক অমুক থোকহল্লি। নহাক্তি, হিংলি হায়বগী মথৈভমক ভায়রবীনি, অদুবু থৱায় অসিনা অমুক্তংবু চংখ্রবদি মপোক অসিদদি অমুক ফংলরোইদবা ওইবনা অস্থম হন্না হন্না নিঙ্শিংদুনতা লৈদুনা থৱায়বু অন্না-মৈহুম চুনবা মচাক হুনবা হৌনজ্রে।"

চন্দ্রাপীড়না অস্থম হায়রবদা মহাশ্বেতানা মমিংতা পি শিন্থরগা অশাংবা অমদি অশাবা শোর মপী হোন্দুনা নশাবু কবিস্থ লৈতবী অমা ওইনা হায়রকই—"নিংথৌগী মচাইবুংঙো! থোইদোক্লমক অকিবগী মশক ওইরবা তমথীরবা অহিং অতুদা কাওবা মিন্নংশি থঙ্দ্রবা থৱায় অ'সনা, মহাকপু থাদোক্তুনা চংখিত্রবা অতুগুম্বী মহাক অহুবু অমুক তরাই তরাই হেক্তমক থাদোক্লমগনি খনবসি হুজীকমক্কীদি নত্রে।

নহালমুক্কী মপোক্তা লঙ্শিল্লকপা পাপনা এগী ৎংঙাইজগদবা অপূম্বদা পল শাখ্রে—হন্দক্কী মপোক্তগ্ম পাপ লঙ্শিল্লা, মরম অতুন ভগবান যমনস্থ ঐবু হন্না য়েংবা থিত্রে।

অস্থুক থম্মোই কনবা ঐগী হকাদবু কদাইদগী অৱাবা লাক্লুগদগে? কত্রবী অমদি লোনমচাউবা থম্মোই অ'সনদি,—পূম্নক অসিবু ফারস্থ লৈতবনি থল্লি অমস্থং ঈকাইবা শক্লক থুংলমত্রবা (থম্মোয়) আসনা ঐবু 'হরন পূম্নক্তা ঈকাই খঙ্দবীশিংগী লুচিংবী ওইহল্লি।

হক্লবা হুংশি চৈথেং ফংলবী, বক্তমক্কা মান্নন কনাশিন্দুনা অসিগুম্বা থৌদোক পূম্নমকপু শংশঙ্না উখ্রবী মী অতুনবু অমুক হন্না খোথোক অতু তমথোকপদা করিবু থল্লুকম লৈবগে?

অসিগী মতুং তাবদদি, ভাঙমলোদইবা অমদি হায়ভমলোইদবা অৱাবা অতৈ করিবু লৈরমথিগদগে? অসিগুম্বা বজ্র তাখ্রবগী মতুংদা খোকখিবা অঙকপা থৌদোক অতুগী মরমগা লোয়ননা ইথৱায় হিংনবগী লাংলিক-মুক্তং চাউবা মমি শামি তৌবা ৱারী অতুতগা তমজখিগে। শক্তিনা, শারথা মরুভূমিদা, লৈত্তোয়গী তরঙ্ উরগা

ঈশিংনি হায়না পঙ্চেন্দা চেঞ্জবা অদুগুম্বা, থুংলরোইদবা আশানা থুদুম চন্দুনা ঐনা, শিবগা মায়রবী অমদি অত্তোপ্পা পোৎ অমগুম পোৎলুম শক্লবী, চম্নকম লৈত্তবী অমসুং তোবীমল থঙত্রবী, কাম্নত্রবী হকচাং অসি অগুম থাংহনা লৈজবগী মরম অদুতদি থোইনা কায়বিগদবা লৈত্রবসু অমুক্তদি তাবিথো।

অদুগী তুংদা, ঐগী হায়গী ফিবম হোংশবদগী শোয়দনমক শিজরগে থন্দুনা (ট-স) কপ্পমথৈ কপ্লগা তরলিকাদা হায়রকই—"থম্মোই কনবী! হৌগৎলু কয়া কুইনা কপ্থিগনি? শীং থিরু, যজ্ঞগী শীঃ শেন্মু, ঐ থরায়গী মবুংতোগী মতুং ইনখ্রগনি।"

চৈরক অসিদা অমৃত-কোংগোল-মতুমগুম ভোরোক ভোরবা—মুগাকি অমনা মশাগী পাম্বোম ফাবী মমাঙদা য়ানশিন্দুনা হুংশিংকী শউমদা ফর ফর হায়দুনা মতুং থংহৌবা; নাকোঙ অনিনক্তা হাইরবা মণিকুণ্ডল অনিগী মঙাল্লা চায়রুং অনিমক তঙাং তঙাংহনবা, থরাম্মিচাক পরেং মানবা অচৌবা মুক্তাগী মক্ত্রবা পরেংনা থবাকী লৈতেং ওইনবা, ভোরবা পাক্লবা অমদি কূপলবা লংলাগী ফিনা মশাগী লুহুপ পুম্নবা, থোইমু মপৈগুম মুশিন মুরবা শম্লাং মপৈনা মকোক চাউনা উবা, ফুগায়না শাংলবা থম্বাল অঙৌবা অনিনা নাচোম ওইনা চিনবা, কনাগুম্বী নুপীগী মথবাক্ত্য-য়েকপা উরীগী-মনা মান্না কুঙ্কুম চন্দননা লেংজুম অনিমক্তা থুদম তৌদুনা য়েকপা, কুচুনা থম্ব'ল অঙৌবগুম পানবা অমসুং চাউদম্ শাংদম্বা—ফিবম হেক উবদা লাইরৈবাকী মীওই মানবা—অক্নবা ঈশিংগুম পাল্লবা-মশাগী-মঙালনা মায়কৈ পুম্নমকপু চামথোকপগুম তৌবা, উনগী নোং খাঁকপগুম ঈংলবা অমদি হুংশিবা মনম চেনবা মশাদগী শিম্থরকপা অমৃত মরীক মরীক্না থক্ থক্ নিকপমথৈ ঈংহন্দুনা মায়কৈ পুম্নমক শীনবা থুংহনবা অমসুং 'গো-শীর্ষ' হায়না কৌবা চন্দন অদুগী মহি চাইদুনা মায়কৈ পুম্নমকপু চাংহনবগুম তৌবা, পাম্বোম ভাবনা শামু ঐরাবতকী নাতানগুম মপূম মরৈ মান্নবা ফজবা অমদি শোকপদা তম্নিঙ তম্নিঙবা থম্বৌ হেরাগুম তৌবা থুংচা পানবা—অদুগুম্বা মহাপুরুষকী মতৌনা তিনবা অমদি স্বর্গগী ওইবা নিপা অমথক্ল, থা মকোয়দগী থোরক্তুনা অতিয়াদগী লৈমায় থক্তা নাহুরক্লগা মপাম্বোম অনিমক্তা পুণ্ডরীকপু থাংগৎনা য়াইবুং মথোলগুম লূম্নবা থোজেননা "ইবেম্মা! মহাশ্বেতা! নথরায় থাদোক্লগদু, মাগা নঙগা অমুক তিম্নরথিগনি" অদুম হায়না হায়না ইপাগুম্না হুংশিবা য়াথং তাকপিরম্নগা পুণ্ডরীককী মশা অদু পুম্নুনা অতিয়া মথক্তা পাইথৎখ্রে।

থৌদোক অদু উবদগী, কিবগা, ভকপগা, থঙনিঙবগনা অপনবা লৈত্তা ঐনা কপিঞ্জলদা হংলকই—"তৌরিবসিবু করিনো?"

তৌইগুবস্থং ঐনা হংবগী কবিগুম্বা পাউথুম অমত্তস্থ পীরম্বা তৌরনা—“মুংশি হৈত্তবা ! মহাক্না ঐগী মরূপপু মুত্নুনা কদাইদা পুরিবনো ?” হায়না হাম্না কিন্না য়োগত্তুনা, য়াম্না শাউনা, মথ্যাঙদা উকু ইরকি য়েংশিল্লগা, মমায় হাইগত্তুনা পাইথংখ্রিবা নিপা অহুগী মতুংইন্নুনা অভিরাদা মহাকস্থ পাইথংগ্রে ;—ঐনা অন্নুম য়েংনা য়েংনো মথোয় পুন্নমক অহু থবাম্মীচাক মপৈগী মরক্তা চঙ্খ্রে।

অতোপ্পা মুংশিজবা অমগুম্বা কপিঞ্জলনা মত্তৌ অহুম্না চংথিবহু উবদা শরুক অনি য়েন্না য়াহুনা য়াম্না লাওনা ঐগী থম্মোই চিংথায়রবদা তৌকম থঙ্লক্তুনা তরলিকাদা হংলকই—“তরলিকা ! নঙ্না থঙ্বা নৈরবদি তাকউ—থৌদোক অসিবু করিনো ?”

তৌইগুবস্থং, থৌদোক অহু উবদগী, পূকচেল পীকৃচবী তরলিকানা নূপীগী য়োনশা ওইবা মিপাইবগী অকিবনা অরাববু নমহংথিহুনা চঙরুথিবদগী চেঙ্থৈবগুম মশা নিহুনা, ঐবুস্থ শোয়দনা শিগ্রগনি থনবদা থম্মোই মম্মহুনা মথরায় রানা হায়জরকই—

“মজাইবেম্মা ! পাপচেনবী ওইবনা ঐদি থৌদোক অসি করি অমত্তস্থ থঙ্জদে। অহুমদি ওইরগা ভকপদি থেংলে। নিপা অসিগী মওঙ্ মত্তৌ অসিদি তাইবঙ্ মীরমলেনগী নত্তে—অহুপা মহাক্না চৎলমদাইদস্থ ইবেম্মবু মুংশিবা উত্তুনা পূক্নিঙ্ কাবিরমলি। অসিগুম্বা লাইরমলেনগী শককম অসিদি কৈদৌ-তৈদস্থ মমঙ্ কাওবদা ওইদবা রা হায়বা নৈত্তে, মরম অহুনা হক্থেংননমক করম্না ওইদবা রা হায়রমগদগে ?

ঐনা থনজবদা, মহাক্না ওইদবা রা হায়রম্নবগী করিগুম্বা মরম থম্মৌক্ত কাওবা উজবা কংদে, মরম অহুনা মুম্না থম্বীরগা ইবেম্মস্থ পূক্নিঙ্ কাবিহুনা থরায় থানবা য়োংনবিরম্বহু তোকপিক্কম থোকই, থোইদোক্লস্থ ফিবম অসিদদি মহাক্না হায়রম্নিবা য়াহৈ অসি য়াম্নমক পূক্নিঙ্ লুম্ফম থোকপা মশক্নি।

অমুকস্থ য়েংবীয়, ইবেম্মনা শিবীনিঙ্লিবহুদি অতাঙ্বা পোৎ অমা নত্তে, মতুংদস্থ হেক্তমক থোকহনবা য়াই—মরম অহুনা ; নিপা অসি কদাইদগীনো, কনানো, শিরবা পুণ্ডরীকপু মহাক্না করিগীদমক পুথ্রিবনো, পুথ্রিবনা মকম কদাই-দনো অহুপা ওইথোক্তনা থোক্লবা ‘অমুক উন্নরকথিগনি’ হায়বা আশা অমস্থ পীহুনা ইবেম্মগী পূক্নিঙ্ কাহুনা থনম্বনা করিগীদমক্তনো হায়বনচিংবগী মরম পুন্নমক অহু, মাগী মতুং ইন্নগ্রিবা কপিঞ্জল অহুগী মকমদগী থঙ্বীরগা থরায়বু থাবিগে হায়রবস্থ, হিংবু হিংবীথিগে হায়রবস্থ থোক্লবা অমা কোম্না লেপ্লিনবা তৌবীবা য়াদি।

কপিঞ্জলনবু শিরমত্রবদি ইবেমগা উৎনা মকম কদাইদস্থ লৈবা ওমগদবা লৈত্তে, মরম অহুনা মহাক্না হল্লকপা ফাওবদদি থরায় থাথিবিগন্থু" অসি হায়রুনা ভরলিকানা ঐগী থোঙ্ কোল্লকলে।

মীওইবগী আশা হায়বসিনা তৌওমদবা লৈত্তবনা অহুগা হিংনিঙ্বা হায়বসিস্থ মী পূম্নমক্না থাদোক্লনিঙ্দবনা থোইদোক্লস্থ নূপী পূকচেল হায়বসিদি হায়দগী অহুম্মক পীক্লকপনা ভরলিকানা হায়রিবশিং অসিনা কংহৈত্রবা লৈকংলাগী ঈশিং ঈথো-লাংবগুম থোকহল্লক্কুনা, কপিঞ্জল অমুক হল্লকথিগনি হায়বসি ইশামক্লস্থ থাজয়ক্লহুনা মতম অহুগীদমক্তদি ইথরায় পুহুনা লৈথিবনা চুমগদমাল্লে থম্মুনা ঐ শিবগী থবক অহু তোকলে।

ঐনা পাপ চেনবী ওইবনা, যুগকী অরোইবা অহিংগুম্নবা অমদি চহি লীশীং অমগুম শাংলবা চৈনাথোনগী মশক—অম্নাবগী মত্তৌ অমদি মৈ-গা পাংথক ওইরবা অহিং অহু, ইচাই-চাইথোক্লবা, উফুন তৈবনস্থ য়াউরবা শম্নাংনা, পিনা চোংলবা চায়রুং অনিগা নপশিন্নহম্মুনা অমস্থং হৌনা কপ্পত্তনা থোরীদা থোঙ্গেল পীকথ-শিথহম্মুনা ভরলিকাগা লোয়ননা মিংশেঙ্ থাঙ্হুনা পুখ্রী মপাল অহুদা গুম্না থোইনা থাঙ্জরে।

অয়ুক্তা হৌগত্তুনা পুখ্রী অহুমক্তদা ঈক্লজথোক্লগা শিববু আরাধন তৌজগে লিঙ্হুনা, পুণ্ডরীকপু হুংশিজবনা মাগী কমণ্ডলু অহুগা, উকু থরহুগা অমদি জপ-মালা পরেং অহুগা পুহুনা, সংসারগী কান্নদবা মশক অহু মুন্না থঙ্জ-

(হ) রহুনা,—ইশাগী পুণ্যগী শক্লক থজ্জৌক্তনি হায়বা উজহুনা—ফত্তবা কোক্লবা উপায় অতৈ করিস্থ তৌওমদবনা—থোক্লগদবা অম্নাবা মতমগী খুদোং-থীবহু অকির্বগী মশক্লি হায়বসি লেপচরহুনা—অম্নাবদি হোৎনহুনস্থ থিংবা ঙমদে হায়বসি থজহুনা—নোংদমথোনগী তমথীবা মতৌ উজয়হুনা—মুংশিবগী মহুংদা অম্নাবা ময়াম অমা লৈ হায়বসি য়াথল তৌজহুনা—পোং পূম্নমকস্থ লেঙ্ফদবা মত্তে হায়বসিস্থ থজহুনা—মতমনবু চায়ক্তবদি মুংঙাইবা থিবীকস্থ হেক্তমক মাঙ্বা তাকপা নাইরিবনি হায়বসি লেপ্পা থঙ্জরহুনা—ইমা ইপাবু থোশাদনা, মীনাই মীশমচিংবা মক্লপ মপাং পূম্নমক্না কায়নহুনা, তাইবঙ্ মীরমলেনগী মুংঙাইবদগী পুক্লিঙ্ অসিবু চিংথোক্কুনা—ইন্দ্রি পূম্নমকপু লাকশিন্দুনা—ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম লৌজরগা, চঙ্জকম থিজবী অমা ওইনা মরোল অহুম্মকী মপু ওইবা অমস্থং মগী মপা লৈজত্রববু তাকপি কনবীবা—অহুগুম্বা মহাদেব অসিদা চঙ্জথি।

মহুংগী হুমিত্তা কনাগুম্বা অমদগী ঐগী না তারহুনা ইমা অমস্থং মম্নাপ মপাং-শিংগা লোয়ননা লাক্কুনা ঐগী ইপানা মতমকুইনা কমায়গা, ইথুং পারবমচিবা

মথল মথা অয়াম্বা উপায় তৌহুনা, কয়া অমা থেৱহনা, পাউতাক কয়া পীবিহুনা অমম্নুং অয়াবা কোকবা য়াহৈ কয়া কয়াম্ন হায়বিহুনা, ঐবু য়ুমদা হন্নবা (ক-ক) হেক ভন্থমথৈ য়োনা হোৎনরবদা—অস্থুম তৌবনা ঐবু কয়িস্থ থিংবা য়াবরোই হায়বা উরহুনা নিঙ্‌বা কায়রবা অহু কাওবদা অমদি ঐনস্থ হন্না হন্না বিদায় পীরবা অহুমক্কদস্থ মচা নিংঙোনবু মুংশিবীবহু পাক হেক থাদোকপা ওমক্ক-ত্রবদগী মকম অহুদা মুমিং মশীং য়াম্না কুইনা লৈবীরম্নপা অয়াবনা মাগী থম্মোই চাকথেকহন্দুনা য়ুমদা হনবীথি।

ইপানা হনবীথিবা মতম অহুদগী হৌনা ঐনা ভগ্নলিকাগা লোম্ননা গুহা অসিগী মনুংদা লৈহুনা মুমিং থূদিঙ্‌গী, পূর্ত্রী অসিদা, মতম অহুম্নক্তা অহুন্নক হন্না ঈক-জহুনা, মাগী মুংশি য়াথস্তদা নোংমা নোংমগী য়াঙ্‌ কংশিলহন্দুনা পাপনা য়োম্নবী, ইকাই সেঙ্গোয় হাঙ্‌লবী, পূম্নমক্কৌ অমঙ্গলগী মশক ওইরবী, কান্নদ্রবী ইশা অসিবু চন্না হেনবনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা নিয়মনা চপশিন কংশিলহন্দুনা, বনগী উহৈ-য়াহৈ অমদি ঈশিংনা থন্নায় হিংনহুনা,—জপ তৌবা শাহুনা মাগী মগুণতবু হন্না হন্না শোন্দুনা, অস্থপ্‌ কুইবা মতম অসি অয়াবা থাঙ্‌না থাঙ্‌না মুমিং থূদিঙ্‌গী মহাদেব পূজা কৎচহুনা লৈরকলিবনি।

ঐদি, করিগুম্বা অকবা থূদম অমত্তা চেম্রবী, ইকাইবা লৈত্রবী, চূগম্নরবী, মুংশিবা মশক থঙ্‌দবী, মুংশি হৈত্রবী, থীনা ভাঙ্‌নকম থোকলবী, অয়েম্বদা (খ) চম্নকম লৈতনা পোক্লক্লবী, হিংবগী মহৈ কংত্রবী—মপুয়োয়বা লৈজদবী, চঙ্‌জকম উত্রবী অমদি মুংভাইবা মশক থঙ্‌জত্রবী—অহুগুম্বী মথলগী পাপ চেনবীনি—

অসিগুম্বী—ব্রাহ্মণ হাৎপগী অচৌবা পাপ লঙ্‌জরবী ঐবু উরগা অমদি, ইপাউ হৎবীরগা করিবু কাম্নবীগদপে" অস্থুম হায়হুনা মহাশ্বেতানা, লৈচিন থাংলবী শরৎকী থা-মকোয়গুম, অভোবা মচুগী উকুহি মচিনা মায়থোং থূমজিল্লগা থিংঙম-ত্রবা পিগী ঈচেঙ্গ কাবা ওমত্রহুনা থোজেল থোক্লা কুইনা অস্থুম কপ্পুনা লৈম্রে।

অশোমদা—মহাশ্বেতাগী মশক মত্তৌদা নোক্লূক-শাজত্তা লৌথূপ লৌকোয় লৈজবা মতৌদা, নিঙ্‌থিজবা য়াভাঙ্‌ শাভাংদা, পূম্নমক্কা মরী থদৎনথা মত্তৌদা হেজিন্না তৌবা তপস্থাদা, শাস্তিগী লহীদা চৎপা উবদা, নাপল য়াওদবী (খ-থ) মত্তৌদা, হকচিনবা মতিক মগুণশিং অহুদা অমদি মাগী অশেং অশেংবা মত্তৌ উবমক্তদা হায়দগী হৌনা মাবু অহুম্মক গুরু অমগুম্না থম্নক্রম্নবা চন্দ্রাপীড়না—মশাগী য়াৱী পূম্নমক তৌরক্লবা মতম অহুদদি মাগী মপুক চাউবা মত্তৌ অহু উহুনা মহুনা,

অমদি তৌবীমল থঙ্বা মতৌ অদুনা—মাগী ( চন্দ্রাপীড়গী ) থম্মোই কাদম্বা চিংখিদুনা য়াম্না হেন্না পেনহনখি।

মরম অদুনা পেনথনা মরম ওইদুনা থম্মোই মকায়াম্নবা চন্দ্রাপীড়না অদুম্বা মহাশ্বেতাদা হায়রকই—"ভগবতি। মশা য়াদিঙ্দবা, তৌবীমল থঙ্দবা অমদি ফুংডাইবতমক পাম্বা মীশিং অদুডনা ফুংশিবগী মতিকচাবা থবক্তি তৌবা ঙমদনা অরেম্বদা মশি শিম্বদুনা মীগী মমাঙ্দা মাগী ফুংশিবা অদু উৎনবগীদমক কপ্নৈ, অদুগা ইবেম্মগীদি মদু পুম্নমক থবক্তনা পাঙ্থোকপিরবনা, ফুংশিবগীদমক তৌবা হৌনবা থবক করিবু য়াংদুনা কপ্লুগদগে?

অম্মুম অম্মুম ফুংশিবা মথাঙ্ হাপকত্তনা পোকটৈদগী পোয়নরকপা, তৌনা ফুংশিন্নবা অদুগুম্বা মরূপ মপাংশিংবু থঙ্নবা চান্নবগুম, ইবেম্মনা মহাকথকীদমক্তা থাদোকপিরমলি—হোৎনরুবা লৈতনা ফংজবা ফুংডাইবা হিরম পুম্নমক নাপীগুম থম্মুনা থৌশাদনা হন্দোকপিরমলি, শোয়ারেম্দগীসু হেন্না ফুংডাই য়াইকবা মথক অদুবুসু কাওথোকপিরমলি—হায়দগী হৌনা থম্মো হেবা মাম্না হকচাং পারপ্পুদি হৌবরুবসু মতিক চানত্রবা অকনবা তপ তৌবগী অরাবনা মদুবু অমুকসু হেন্না কংথহনবীদুনা ব্রহ্মচারি ধর্ম্ম চংপিরি—অরুবা-তপস্যাতদা আম্মাবু লূপহনবীরি অমসুং অতোপ্পা নূপীশিংনা গুপ্তদবা ওইদুনসু ইবেম্মনদি বনবাস হায়বদু তৌদুনা লৈবীরি।

অমরোমদসু মীনা অরাবা ফংলগা উরায়-লায়না থরায় থাদোকনৈ; অদুগা অকবা থবক্তা আম্মাবু অম্মুম্মা অরাবত পীদুনা থম্মীবসিদি কয়া য়াবা মতৌনো।

অদুমদি ওইরগা কনা কনাগুম্বী নূপীশিংনা মপুরোয়বগী মতুং ইন্দুনা শিন-খিবা য়াওই, মদু করিসু কায়দবা অরেম্বনি,—অপঙ্বতনা চংনবা লম্বীনি। অম্মুম্মা মপা, মবুং, মরূপ-মপাং নত্রগা মপুরোয়বনা শিবদা শিরীবীশিং অদুদি ঙাওরকপদগী, থঙ্বা য়াংপদগী, থম্বদবদগী, পঙ্বদগী, চেকশিন্দবদগী অমদি জ্ঞান লৈতবী ওইবদগী থৌওঙ্লাম্মথিবর্ত্তন থরায়না থাদোকচম্বা নত্রবদি মহাকপু থক্ থাদোকলুবা হৌনদে।

হিরম অসিদা মুম্না থম্মুরবদি থঙ্বা ঙম্মী মদুদি—মীনা অম্মুম্মা থরায় থানরিবা অসিদি মশাগীতা য়েংনবননি মরমদি—মথরায় অদু থারগা মাগী থাঙ্ঙমত্রবা অরাবা চৈনাথোল অদু কোকই—অদুমদি ওইরগা শিথ্রিবা মী অদুগীদি মদুনা করিসু কায়হনবা ওইদে।

অসিগুম্বা মশি অসিনা শিথ্রিবা মী অদুবু হিংগৎহন্নকদবা নত্তে, অহেনবা ধর্ম্ম ফংনবগী লম্বীসু নত্তে, লাইরমলেনগী অকবা কংনবা মরমসু ওইদে, নুংক ভাগদবগী

খিংনবা উপায়সু নত্তে, শিগ্রিবা মী অদুগা উন্নকনবা পাইহেসু নত্তে অমদি অদুগা অদুগা ত্তিন্নরবা কনবা ময়মসু থোক্তে।

শিরদুনা মীখা পোন্নবা জীব অদুবুদি মশানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈমতুংইন্না মায়া কংজকম থোকপা করিগুম্বা মকম অমথদি পুক্তুনা মচৎলে—অদুগা মকম অদু মোরসা মথক্তা শিজবগী পাপ অদুতনা অদুম্মক ম্নোমশিন্দুনতা মৈলেকই।

অদুগা হিংদুনা লৈরবদি, মীওইবনা ঈশিং থুজোক থুজোক কংপনচিংবা তৌদুনা অশিবগীসু অচৎবা মহাকীসু মথল মথলগী কান্নবা তৌবা ৎম্মী, অদুগা শিদোকখ্রবদি, অশিবগীসু মহাক মশাগীসু করিসু কান্নব্রে।

ইবেন্মসু নিঙ্শিংবীয়ু—কজবা মশক্না নূপী ওইবী পূন্নমকী থম্মোই হূবা ৎবা—অমদি মত্তিক মগুণ চাউরবা কামদেব কৌবা মপুরোয়বা অতুনা মহাদেবগী মিংতগী হৌরকপা মৈরিনা চাকথেক্তুনা মাঙখ্রবা কাওবদা সতী অথোইবী, মাগী তালোয় রতি দেবীনা মথয়ায় থাবা থক তৌথিদে।

অমদি—ঈরায় লায়না মায়থীবা পীরবা নিংথৌমচা পূন্নমক্না থুকয়বা মতমদা মথোয়গী মকোক্তগী কেন্নকপা লৈ-তনা মাগী থোঁঙনেং-কালবু মনম মুংশিন্নখিবা অমদি—পৃথিবী অপূর্ব্বগী লোইপোৎ থোমগৎলম্বা, শকস্ সৌনা নিঙখিজবা অদু-গুম্বা মপুরোয়বা পাণ্ডু মহারাজনা 'কিমিন্দম' কৌবা মুনিগী মীচৈনা চাকথেকখ্রবা কাওবদসু বৃষ্ণি-শাগৈদা পোকপী, শূরসেনগী মজাইবেম্মা কুন্তীদেবীনা মথয়ায় থক থাখিবা লৈত্তে।

হন্দোয়কপদা ডায়রিবা থানিনগুম্না মিং পেন্নবা ওইবা, নোন্নকপা অমদি অথৌবা অভিমন্যুনা লানকমদা শিখ্রবদসু, বিরাট নিংথৌগী মচা-নূপী অঙাং ওইজরিবী উত্তরাসু অদুম্মক শিদনা লৈখি।

মহাদেবগী বরনা মত্তিক মগুণ হাপকৎখ্রবা অমদি শকওঙ্-শক্তম ফজরবা সিন্ধু নিংথৌ জয়দ্রথবু অর্জ্জুননা হাৎখ্রবদসু, দুর্য্যোধননচিংবা মকুং চামগী তম্পাক্তদা চাউজরকপী ধৃতরাষ্ট্রগী মজাইবেম্মা দুঃ-শলাসু মথয়ায় থক থাবা তৌথিদে।

অদুগা লাই হিংচাবা, মুনি, মী, সিদ্ধ অমসুং গন্ধর্ব্বশিংগী ময়কসু নিংতোল লোমীং লোম্মীংনা সুখ্রাবী ওইনা মথয়ায় হিংনদুনা লৈনৈ—অম্নম হায়না তাজবা কংই।

অশিবা মীগা অমুক হন্না তিন্নবা কংবা হায়বসি ওইবা ওইদবা মথোঙ্থঙ্দে হায়না চিংনবা লৈরবসু থরায় থাদোকপা ময়াই। অদুবু—মহাপুরুষ
(ম-স) অতুনা তাকপিরম্বা "শোয়দনা অমুক ত্তিন্নরখিগনি" হায়বা ময়াহৈ অসি ইবেন্মমক্না হকুথেংননা তাবি-উবীহৌরবমত্তদা চিংনবিকম করি অমুক লৈরিবগে?

খোইদোক্সু, করিগুম্বা অহকপা মরম অমা লৈরবা কাওবদা অহুম্না তাইবঙ্-মীওইগী-মায়ত্রবা অচুম্বা তাঙ্বা মহাপুরুষশিং অহুমগী য়াঙাঙ্মুদি ওইদবনি হায়না করম্না থম্লকম খোকপগে ?

পুণ্ডরীক শিগ্রে, ইবেম্মদি হিংলি, অহুনা অশিবগা অচঙ্বগবু করম্না তিক্লরকম খোকপগে ? মরম অহুনা পুণ্ডরীকপু স্বর্গদা পুথংলিখ্রিবা অসিদি, মহাপুরুষ অহুনা ইবেম্মগী অন্নাবা মতৌ উবদগী মুংশিবীহুনা অমুক হিংগৎহনবীনবগীদমক্তনি হায়বসিদা থক চিংনখম লৈতে।

মরমদি, য়াথম্না য়ৌওমত্রবা মহাপুরুষশিংগী মতিক মগুণনি, তাইবঙ্ খোঙ্চৎলু মথল য়াম্মী, নোংদম খোনগী পাংগলসু অঙকপনি, তপস্যাদগী কংলকপা সিদ্ধিসু গুকপগী খেংই অহুগা ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী পাংগলসু মথল মথেন য়াম্না লৈ।

ঐখোয়না গুহমথৈ কুপ্না থম্লক্লহুনসু মহাকপু মুন্দুনা পুখ্রিবসি হিংহনবীরক্লবনি হায়বা অসি নত্তনা চিংনরুকম খোকপা অতৈ করি মরম লৈবগে ?

অশিববু হিংহনবা হায়বসি ওইখোক্তবনি হায়না থনবিরুগম্নু মরমদি— অসিগুম্বসি থায়নদগী অহুম্মক চৎনহুনা লাকলি।

য়েংবীয়ু– গন্ধর্ব্ব নিংথৌ বিশ্বাবসুন। মেনকাগী গর্ভদা মরু হুন্দুনা পোকখিবী "প্রমদ্বরা" কৌবী মচানুপী অহুনা মহর্ষি স্থূলকেশরগী আশ্রমদা শাগ্নরিঙৈদা লিম্না চিক্লুনা শিরবদা ভৃগু মুনিগী মচানিপা চ্যবনগী মশূনিপা 'প্রমতি' না পোকপা 'রুরু' হায়না কৌবা মুনিকুমার অহুনা মশাগী পুন্সী তংথায় অমা থাইহুনা হিংগৎহনবীখি।

কনবদা মপা লৈত্রবা আর্জ্জুননা, অশ্বমেধগী শগোল থাবা মতুং ইন্দুনা মণিপুর য়োরক্লবদা মহাকমক্তী মচানিপা বভ্রুবাহন না লানফমদা তেম্না থাহুনা মাগী মথয়ায় লৌরবদা অর্জ্জুনগী নূপী নাগকন্যা উলূপীনা সঞ্জীবনী কৌবা মণিনা শোক্লুনা অমুক হিংগৎহনখি।

অভিমন্যুগী মচানিপা পরীক্ষিৎনা, অশ্বত্থামাগী থুংলাইমৈরিনা চাক্লুনা গর্ভদগী শিনা শিনা তারক্লবদা উত্তরাগী মীকপ্ তাহুনা মুংশিবীয়বা কৃষ্ণনা ফংঙমত্রবা পরীক্ষিৎকী থবায় অহু অমুক হন্না পীবিহুনা হিংহনখি।

অহুগা মরোল অহুম্মক্না পূজা তৌনরবা কৃষ্ণ অহুমক্না উজ্জয়িনী সহরদা সান্দীপনি কৌবা ব্রাহ্মণ অমগী মচানিপাবু যম লৈবাক্তগী পুরক্লুনা অমুক পীবিখি।

মরম অহুনা থোদোক অসিসু অসিগুম্বা করিগুম্বা অমদি ওইগনি। অসিমক্তদা

ইবেম্মনা কয়িবু তৌবীগদৌরিবনো, কনাবু তাখীবিগদবনো ? নোংদম্বা লাইদি পূম্নমক তৌবা ঙম্মী, অদুগা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী অমা—মহু পূম্নমক পাঙথোকহনবা ঙম্মী, অদুগা অইভেদি কনাম্বু মনিঙ তৌনা শোয় হোন্দোক হোজিন তৌজবা কাওবা ঙম্বা য়াওনদে ; থোইদোক্লদি—মুংশি হৈজবদা কা হেন্নবা কজ্রবা নোংদম্বগী ময়মচংস্থ য়াম্না লৌনম চাউই, ময়ম অদুনা মহাক্তি, তৌশিন্নবা নত্তবা, তাং য়াওদবা অশেংবা মুংশিববু উয়গা কুইনা থক থাঙহনা লৈবা ঙমদে ।

ততনম্ভু উবা কংনরি মত্নদি—মুংঙাইবদি মচেং থয়তনি, ভাইহাক্তগীনি অদুগা অয়াবধি লাং শানা শন্দোক্না লৈ, লোইবা নাইদে ।

য়েংবীয়ু—থয়ায় পানবশিংনা মপোক অমদা নত্রবস্থ কয়িগুম্বা অমদদি কোক হেক কয়িগুম্বা অমদগী অমুক হন্না তিন্নরৈ অদুগা কায়নবা হায়বা অসিদি অতোপ্পা চহি লৌশীং লৌশীংদস্থ অদুম্মক হন্না হন্না থোক্লুনতা অস্নুম মরৈ ।

ময়ম অদুনা ইবেম্মনা ইশাগী থয়ায়বু করি নত্তবদা তাখীবিক্লকম থোক্কে ময়মদি, অকিবগী মশক ওইরবা তাইবঙ মীয়মলেন অসিদা থোঙদাবীরকপা-অকাওবা-মীশিং অদুগীস্থ অসিগুম্বা অয়াবা অসিদি শোয়দনা মনংলয়ে ; অদুমদি ওইরগা মথোয় অদুগী ময়ক্তা পূকচেল ঋাবা ঙম্বা মীশিং অদুতনদি অদুগুম্বা অয়াবা অদুদগী লাম্থোকপা ঙম্মী ।”

চন্দ্রাপীড়না : অস্নুম্না অথোংপা অমেঙবা য়াহৈ কয়া কয়ানা থেমহুনা মহাশ্বেতাবু অয়াবা কোকহন্নগা থূজোক্তা ঈফুংকী ঈশিং পূয়তুনা মহাশ্বেতানা য়াত্রবমকস্থ নম-হাক্নুনা অমুক হন্না মমায় মমিং শেংদোকহন্নে ।

অস্নুম্না, মহাশ্বেতাগী য়াবী তাবদা মথয়ায় মুংঙাইতবা য়াওরবা কোয়ৌহনবস্থ মতম অসিদা মুংথিলগী মথৌ হুন্দোক্লমহুনা মমায় লূকথখ্রে । মথংদা,
( হ-ক্ষ-ট ) অঙানবা শয়ক অস্নুম লোইশিন্নতুনা হুমিংকী মকোয়না ‘প্রিয়ঙ্গু’ লতাগী অমূনবা ময়োন্দা পকপা লৈরীকুম ডাঙশিন্দুনা মথারোমদা অস্নুম অস্নুম লৈথখিবা হৌরকলে ।

কুসুম-লৈ-মহি শঙলবা পানা-কূংলবা-ফি-শুম্না-মেঙলবা তারমদাই হুমিংনা অস্নুম অস্নুম আতিয়া মকোয় থাদোক্লম্বা হৌয়কলে ।

আতিয়াগী অশংবা মচু অহু লোংথিহুনা নোংইন কৌবা উচেকী মিংনহাগুম ঙাং ঙাংলবা মচুনা কূপলকলে ।

কোকিল মমিংকুম্নবা হুমিদাং য়াইয়মগী লাঙ্ঙানবা মঙাদনা তাইবঙ মালং অপুম্বা অঙাঙবা মহু শঙলকলে ।

থরাম্নীচাক পূম্নমক মকোক মথং নাইনা অস্থুম থোক্লবা হৌরকলে।

লমলক্-ইরোই-মচুগুম-মুম্নবা অছিংবী অমম্বনা মীগী উব-জবা লাংলন মাঙ্ক্লগা পাক চাউরবা আতিয়াবু শীকশিনহংশুনা তাইবঙ্ পানবগী মকম পুম্নমক্তা তেংগালি চাইথোরকলে।

শুক্লা মমশিল্লকপনা অশংবা মচু মাঙ্গ্রবা উপাল পুম্নমকপু অমুক হেক্লা ফুনা হৌবা মালহক্লে।

অহিং-লীক্লা চেন্দুনা ঈংলবা, লমলক্তা শাংপা লৈগী ফুংশিবা লৈনম পুবনা মাগী থোঙ্চং থঙ্বা ওম্বা, মতম অহুদা শিংপা ফুংশিং-শউক্লা উরীমথৈ থাই হুরকলে।

অস্নুম তৌনা য়াচঙ্বা মতম য়োবক্লবদা উচেক পুম্নমক মথোল থোক্লখিদরে।

মতম অসিদা মহাশ্বেতানা তপ্না তপ্না হৌগত্তুনা সন্ধ্যা লাইরেম্বীবু খুরুমগা, কমণ্ডলুগী ঈশিংনা মথোঙ্ হামদোক্তুনা, মথন্নায় ফুংগাইতনা অশাবা শোর-মগী অমা হোক্লগা উকুগী হিপনকমদা চঙ্হুনা কমগ্রে।

চন্দ্রাপীড়স্থু হৌগত্তুনা ঈকুংকী ঈশিংগা লৈপা পুম্না খুজোক্তা হাপ্তুনা মুমিক্তা ওম্নুনা কংলগা মথংদা সন্ধ্যা লাইরেম্বী অমদি মানা নিঙ্জবা লাইবু খুরুমহুনা অতোম্না নুংপাক অহুগী মথক্তা অথোংপা উরী উনানচিংবনা হিপনকম শেমজ-রকলে। কমুং মথক অহুদা কম্নগা মহাশ্বেতাগী বারী অহু মপুক্তা হম্না হম্না খনবা হৌরকলে। মানা থব্লকই—কামদেব হায়বসিমক্তবু অস্নুম মতৌই—মাগী কবিগুম্বা কোক্লবা পাম্বৈ অতৈ লৈতে—মমম অহুনা মহাক অসি অকিবগী মশক্লি; মাগী শাকুম্ন থাঙ্বা ওমদে, অহুনা মহাক অসি থোইদোক্লা বানিডাই ওইবা মশকনি, মমমদি—মহাক্লবু খুহুম চনশ্রবদি অথোইবা মী কাওবা মপুক কাথা ওম্নদহুনা অস্নুম থাঙহুনা পম্ববা ওম্নক্লবদগী খুদক্তা হেক্তমক মথমায় থাম্নরি। মমম অহুনা মরোল অহম্মকী মীনা মাগী মমাথংবু পুজা কংনরিবা অহুওম্বা কাম কৌবা লাইবু মওঙ্ পুম্নমক্তা ঐনা খুরুমজে।

মথক্তা চন্দ্রাপীড়না মহাশ্বেতাদা অমুক হংলকই—"ভগবতি! ইবেম্মনা বনদা

(১) লৈখীবদা খুদোং খীবা পুম্নমক্তা পাম্বৈ ওইনবী অমদি অবাবদা শরুক য়াজবী, লেবাম্ন তৌজবী অহুওম্বী 'তরলিকা' অহুদি কদাইদা চংখিবনে?"

মহাশ্বেতানা হায়রকই—"ঐনা হায়া হায়জখিবা অমৃতগী থোকলকপা

(ক্ষম) অপ্সরা অহুগী বংশদা মিংয়োং নিঙ্খিজবী 'মদিরা' হায়বা কৌবী মচা অমা পোকখি।

গন্ধর্ব্ব পুন্নমক্কী লুহুপ মমায়দা মথোঙ্‌থন্নকম ওইবা মখিং চৎলবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথনা হায়রিবী মদিরা অসি পৌথি।

মপান নাইত্রবা মগুণ উবদা গুম্লাংলবা গন্ধর্ব্বগী মপু চিত্ররথনা পোক্লকপা অতৈ নুপীনা ফংতমত্রবা "মহাদেবী" হায়বী মিংথোল অসি পীবিহুনা নিংথৌকোনগী লৈমরোন পুন্নমক্কী লৈমরেল ওইহনবীথি অমস্তুং মিংথোল অদুগা লোয়ননা সনা কোম্পাক অমস্তু পীথি, অদুগা শেকপিন থানবা, ভাকশেনবা, চামর পায়বা মনাইশিংস্তু থাবীথি।

মথোয় অনিমক মইহৈমহৈ অমনা অমবু অস্থুম মুংশিবা হেনগৎনবা হোৎনহুনা, মথোন কাবা মতমগী মুংঙাইবা মথল পুন্নমক ফংনহুনা লৈরকপনা মতমগী মতুং ইন্না "কাদম্বরী" হায়না কৌবী অঙকপনা তিনবী, মমা-মপাগী, গন্ধর্ব্বশিংগী অমদি থন্নায় পানবা পুন্নমক্কী অমত্তা ভায়রবা থন্নায়গা পাংথক ওইরবী মচা নিংতোল অমা ফংলে।

হেক পোকপদগী হৌহুনা ঐথোয় অনি অস্থুম চামিন থকমিন্নবা, কন্মিন্নবা, হিপমিন্নবনচিংবা তৌরকপনা মহাক অসি ঐগী চেৎনা থাজবী, থোইনা হেন্না মুংশিজবী ইশাগী অনিশুবা থম্মোইমকা মান্নবী অঙাং ওইরিবৈগী মরূপনি।

ঐথোয় অনিমক পুম্না জগোই ঈশৈ তম্মিন্নরমই অমস্তুং মথল মথা অয়াম্না নিপামচাগী মশান্না ভাক্তা শামহুনা অপনবা লৈত্তনা অঙাংগী পুন্সী লেনমিন্নরকই।

ঐগী অন্নাবা য়ান্নী অসিদা মশাকস্তু য়ারহুনা "মহাশ্বেতানা অন্নাবা কোক্তি-মথৈ করিগুম্বদস্তু ঐ য়ুম পান্নোই, ইশানা য়াদনা নমহুনা ইপানা ঐবু কনাগুম্বদা থাজগে হায়না নিঙ্‌বা থোক্লবদি চন্না হেন্দুনা নত্রগা মৈদা চোংশিন্দুনা নত্রগা থৌরী য়ান্দুনা নত্তগা হু চাহুনা শোয়দনা শিগনি" হায়না মমায়বীশিংগী মমাঙ্‌দা য়াশকখি।

মথংদা চিত্ররথনা, অস্থুম অস্থুম তানয়কপদগী, কনাগুম্বী মনাই অমনা তমহুনা, মচানুপীনা মপুক্তা লেপখ্রিবা অমদি য়াশকখ্রিবা অদুগী মরম অদু তাবা ফংথি। অসিগী মতুংদা ইকুই কুইদনা কাদম্বরীগী মথোন কাবা মতম য়ৌশিন্নকপা উবদা মথন্নায় য়ান্না য়ানরহুনা ভাইহাক্তস্তু তপথনা লৈবা ঙমথিদে, অদুগা কাদম্বরীনা মথোয়গী অমত্তা ভায়জবী মচাগা ওইবদগী মুংশিবনস্তু থুম্মগু্না মশামক্তদি মতোন-মক্তদা করিগুম্বা অমত্তা হকথেংননা হায়বা ঙমথিদে।

মরম অসিনা, অতৈ পাথৈ অমা উরক্ত্‌বদা, মতাং অসিগদি অস্থুম থৌনা হৌনৈ হায়বস্তু লৈমরেন মদিরাগা লোয়ননা থন্নবা মুনা ভগিনক অমত্তা

"ক্ষীরোদ" হায়না কৌবী সজাইশঙ্‌বী নুপী অমা ঐগী ইকময়া থারকুনা হায়হল্লি মহুদি, "ইবেমা ! মহাশ্বেতা ! নঙগী থৌথোক অহুত্তনা য়াহনা ঐথোয়গী থম্মোই লাকহন্‌নবিতে চৈরক অসিদা অসিগুম্বা অয়াবা অসিয়গা অমুক হাপ-চিল্লক্লে ; মমম অহনা হজীক কাদম্বরীবু থেমহনা নৌহনা য়াজবা হোৎনবা মহাক্তনা ঐথোয়গী চঙ্‌লকম ওইয়ে !"

ঐনা গুরুজনগী য়াথং ভাকপা ওইনা অমদি ঐগী মরূপ-পু হুংশিজবনা ক্ষীরোদকা লোয়ননা তরলিকাবু কাদম্বরীগী মনাক্তা য়াহৈ অসি হায়হনবা থাদ্রি মহুদি—"ইতা, কাদম্বরী ! অয়াবা তারিবা মীদা নহাক্তা অয়াবা অমুক হাপকৎলিবা করিগীনো ? নঙনা ঐবু হিংনা লৈবা উনিঙ্‌লবদি ইপাগী য়াথং লৈপাক তাহনগন্থ !"

তরলিকানা চৎখিবা মতুং ভাইহাক লৈরগদি মকম অসিদা অচুম্বক মহারাজকুমার লেঙ্‌থিরকলে অসি হায়রগা মহাশ্বেতা তুমিন লৈত্রে।

মতম অসিদা, মহাদেবগী কোক্তা মণি ওইনা থেংপা অমদি মতিক মঙল চাউরবা থা ফৌবা লাইনা—অয়াবা মৈরিনা য়ায়রবী মহাশ্বেতাগী থম্মোইমক য়াম্না
মশাদা, মুনিকুমারবু হাৎখিবগী পাপ শকপগুম্না অমদি দক্ষগী শাপকী
(ভ) মৈনা কাহৎখিবদগী মতম কুইনা কোকতমদনা পক্লুনা লৈরক্লবা থুদম অহু উংলগুম্না অমম্লং কুংনা উৎ-তৈবনা চৌরোক চৌরবা অমস্তুং শবেং মউম্না থাইথোক অমা কূপশিন্নবী পার্ব্বতীগী ওয়থংবা থবাক য়াম্না মমায়দা মায়হিং কাহনা তরং তরং হন্দোরকলে।

মথংদা আতিয়াগী মশক ওইরবা মপান-নাইত্রবা সমুদ্র-থোঙ্‌বান-গুয়বা-লৈপাক-লৈমনচিংবা মরোল তরেৎমকী মজল নাউগুম চক্লু মশক ওইবা থরো
থারীকথাগী চায়জবা ওইবা—মোইবুংগুম মচু পানবা অমম্লং ওইন-
(ম-য) চাউবীশিংগী অশাউবা মাঙ্‌হনবা অহুগুম্বা অতৌবা মতান চেনবা থাগী মকোয়না থরোগী থনবু কুগায়হন্দুনা, মায়কৈ তরামকপু চৌথোকহন্দুনা অমদি অতৌ-বা লেকপিন থানবগুম নিঙ্‌থিজহনা মথকলোমদা অম্লম অম্লম হাইগৎলকলে।

থা মতাম্না কূপশিনখিহনা থরাম্নীচাক মথৈগী মতান পীকথরকলে।

মায়কৈ পূম্নমক্তা ঈচেল কাংনা চেম্ববা কৈলাস পর্ব্বতত্তা লৈবা চন্দ্রকান্ত-মণিগী ইকুংকী ঈশিং তারকলি।

অচ্ছোদ-সরোবরগী ঈশিংদা অমৌ অমৌবা চোংথংলকলিবা থম্না-থোরোম-মরক্তা-শাংপা থয়াল মথৈবু লাকথুলে থম্বনা থাগী মতাল তাশিন্নবনা থয়াব কুলগী নিঙ্‌থিজবা মাঙ্‌হল্লিবগুম তৌরি।

অহিং থৌশিল্লকহুনা মতৈ মতৈ তামনরবা অমদি ভুম্বিঙ্‌বনা লাকহল্লরবা থংগোং মতৈ মমাঙনা অচৌ অচৌবা অচ্ছোদ-সরোবরগী ঈথক্তা মশা লোক লোক লোমখাই ভাউহুনা মতৈ মতৈ থোংনরি।

নীল্লাগী মশক ওইরবা মুক্তাইবা ইরা শিথহুনা আভিসারদা অভিসার চংনরম্বী। থোইনা হেন্না নিঙ্‌থিজরবী বিদ্যাধর সুন্দরীশিংবা থা থোক্লকুনা অমম্বা মাঙ্‌গ্রবগী মতৈ মতৈ ইচাই চাইনা চেন্নরকলে।

মতম অসিদা মহাশ্বেতানা ভুমথথিবা উথদগী চন্দ্রাপীড়না উনাগী কন্দুকা ভরা ভগ্না কমথরগা থম্লকই মচদি—"হত্তীক কাওবদা ঐবু উত্রবদা বৈশম্পায়ননা —নীকলিবী পত্রলেখানা অমদি নিংথৌমচাশিং অতুনা মপূক মপুক্তা কনি থম্লমগবা" অসুম থমা থম্না মহাকস্থ ভুমথথরে।

অতুগী তুংদা, অহিং হৌথ্রবদা, অমুক ওত্তানা মহাশ্বেতানা সন্ধ্যাবন্দনা (চৌংথৈ থুকম্বা) লোইথোক্লগা নুংপাক অমদা ফমহুনা শেংলবা 'অর্ঘ-

(স-চ) মর্ষণ' মন্ত্রজপ তৌবা হৌরকলে। চন্দ্রাপীড়সু অমুকী মথৌ লোইহুনা লৈরমলে।

মতম অসিদা, তরলিকাগা—চহি তরা-তরকলোম ওমবা-অকনবা শাবাব মানব—চোকথরবা, মচুম তাবা শামুগুম মথোঙ্‌ তপ্না তপ্না থাংবা 'কেয়ূরক' হায়না কৌবা গন্ধর্ব্ব নিপামচা অমগা লোয়ননা লাকমিন্নহুনা থুংলরে।

অকংবা চন্দন তৈবনা, মকৈ অনিমক হাউথাংনরম্মী, কুঙ্কুম তৈবনা করিগুম্বা মকমদা নাপু, মকম অমদনা অঙাঙ্‌বা মচু ফাওরি। মহাক কি অমতং শেংলিথ-হুনা লোইরে, সনাগী মরী পরেং অমনা কি অহুবু চেংনা পুনশিল্লি অহুগা থাঙ-লাক্তগী থজৌক্তং হেন্দোরকলিবা ফৌজিন মতেক অহুনা সুংশিন্না কর কর হাইরি।

মপূক হাপ্‌ই, মথাঙ্‌ চেংই, থবাক কল্লি, মপাম্বোম শাংই, মপুম মরৈ মাটম অমসুং তবোপ তবোপ ফজৈ।

ওয়গী থুজোংদা মণিগী থুজি অমথক শিরি, মনাগী লৈতেং মণি মতাম্না চুমথাঙ্‌গুম্না মথাদা তোঙান তোঙানবা মচু তাহল্লকপনা মাগী লেংজুম নাথদি অঙাঙ্‌বা পোং অমা য়ানবগুম উরি।

মচীনবান অনিনা হৈনৌ য়েন্নিঙগুম তথোং তথোংলি অহুগা পানা চাদনবনা মহু মুশিন্না ভাঙ্‌লি।

থবাল অভৌবভগী লোং চুহনবগুম অমদি—অভানবা মতম অহুনু থবাল অভৌবভগী মশক মালহনবগুম নাকোঙ্‌ নাকচি য়োনা শাংবা, হায়বগী অহুনবা

তৌরক্লবা মমিং অনিথী অভৌবা মঙাদনা মহাক্না মায়কৈ পুন্নমকপু তৌখোকহনব-ঙুম তৌরি।

সনা কোম্পাকুম মরাইবক পাকই, খোইমুঙুম মশাম মুশিন মুই অমম্মুং চপ চপ তিংই, মওঙ্ মতৌম্মু লৈবাক মচা মাল্লি অহুগা কোম্লুংদত্তা লৈবনা য়াম্মহ্ হৈশিংনা উরি।

মখোয়না লাক্লগা, চন্দ্রাপীড়বু উবদা তরলিকানা "মসি কনা ওইরিগনা" হায়না শুকচানহুনা কুইনা ওনশিন্দুনা য়েংলমগা মহাশ্বেতাগী মনাক্তা চঙ্খিহুনা নোম্লুক্লা থুরুম্নগা ফমথক্রে।

(ঙ-ক) মথংদা কেয়ূরকম্মু মকোক য়াম্না নোম্লা মহাশ্বেতাবু খুরুম্মরবদা মহাশ্বেতানা মহাকপু লাপত্তক লৈবা নুংপাক অমগী মথক্তা কয়বা মমিংনা ইঙ্গিত তৌরহুনা মহুগী মথক্তা কম্মগা কেয়ূরকনা—কামদেবমক্কী কজরবুম্ম নমহংপা, শাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব অমদি বিদ্যাধরশিংগী নিঙ্খিববুম্ম নোক্লনিঙ্ঙাই মশক ওইবা—হায়না অমুক্তম্মু উজথিজ্রিবা—অহুগুম্বা চন্দ্রাপীড়গী ওইখোক্তনা কজবা মশক মতৌ অহু উবদা পুমঙক শুকচখ্রে।

মহাশ্বেতানা মাগী জপ তৌবক্ত লোইশিল্লগা তরলিকাদা হংলকই—"তরলিকা! নহাক্লা ঐগী চায়জবী ইতা কাদম্বরীবু মশা ফনা লৈবা উরকপরা? ঐনা হায়বা মতুংইম্না মহাক তৌগদৌরিবরা?"

(খ) অহুগী তুংদা তরলিকানা মক্ক-লুক্লা, নিঙথিরবা মনা অনিমকপু হাইকেং নোম্লুনা য়াম্লা নোম্লুক্লা হায়রকই—"মজাইবেম্মা! ঐনা মজাইবেম্মা কাদম্বরীবু করিগুম্বা অশোয় অভাম অমত্তা লৈতনা উজরকই অহুগা মজাইবেম্মনা তাকপীবা য়াথং পুন্নমকম্মু লোইনা হায়জ্জরম্মী। অতংপা লৈতনা ঞারকপা, মুক্তা মতুম মতুম মানবা মিংকৌ পি শিহুহুনা কপ্প কপ্প মহাক্লা থুম্মকপা পাউথুম পুন্নমক অহুদি মহাক্লা থারক্লিবা, মাগী বীণা পুবা কেয়ূরক অসিমক্লা ইবেম্মদা হংগংচরগনি।"

(ঞ) মহাক্লা তুমিন লৈখ্রবদা কেয়ূবকনা হায়রকই—"মজা ইবেম্মা! মহাশ্বেতা! কাদম্বরী দেবীনা মজাইবেম্মগী শুক্তা চেংনা কোনশিজরগা থঙ্হজরকই মহুদি—

(ট-থ) "তরলিকা লাক্লুনা ঐতোম্মা হায়ররিবশিং অসিগী মরম অসিবু, নত্ অমুক্তা হায়মু য়েংসি—মসিবু অহল্লম্মনমক্লা তাকপিবা য়াথংলো নত্রগা—ঐগী পুক্নিঙ্ চাং য়েংলিবরা? নত্রগা ঐনা মুমদা লেঙ্দনা লৈবনা ইরান শক্লুনা থঙ্না চৈয়ক্লিবরা? নত্রগা মুংশিনবসি কায়ননবা য়াহৈরা? নত্রগা—

মহুত্‌ খুংগিজবা মীবু থাদোক্লবা শরোৱা ? নত্রগা করিগুম্বা অমম্বী শাউছনা তৌরিববা ?

ঐগী থম্মোইদি লৌপুগ লোকোয় লৈতনা নঙ্‌ত্তবু খুংগিজবগী প্রেমবা থম্লিবনি মাম্ববা থঙ্‌ন থঙ্‌নমক নঙনা অমুক খুংগি হৈতবা অসিগুম্বা পাউ অনি থাবকপদা করিম্নু ঊকাইদবরা ? অদুক রাঙাঙ্‌ খুংগিরম্বা নহাক্না হুজীক অদোম্বা অমদি খুংগি হৈত্তবা রাঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌লিবসি কনানা তম্বীহনা তৌরিবনো ?

য়েংউ, কম্নিদি লৈত্তবা অহুগা তুংদদি অরাবা ওইরগদবা অহুগুম্বা থবক অহুবু অশিংবা কনানা মহুবু তৌগে হায়না পূক্লিঙ্‌ লৈত্তানা থম্মবা য়াওবগে ? মরম অহুনা ঐথোয়গুম্বা থরায় য়াম্না রারবা মীগীদি অমুক করিবু হায়কক্ম লৈরি ?

অহুগা অমরোমদসু—মকম পুম্নমক্না মরাগা রাবদা হামিম্নহনা লৈরকী অহু-গুম্বী পূক্লিঙ্‌ অহুগীবু মুংঙাইনিঙ্‌বা অমুক লৈরম্বা হোনবরা ? পূক্লিঙ্‌ লৈত্তানা ঊংনা লৈবা মত্তৌনা করিনো—অক মুংঙাইনচিংবগী মুংঙাইবনা কদায়নো অহুগা মীনা নোক্লবা নোক্লদবনা করিনো ?

থোইদোক্লদি, নহাকপু ক্লিবম অহু য়োহম্লক্লিবা হেম্না কিনিঙ্‌ঙাই ওইজবা অমদি হূ-গুম্না পায়কম থোক্ক্‌বা অহুগুম্বা কামদেব অহুগী মপূক্লিঙ্‌বু করম তৌনা ঐনা থুংকন্নবা হোংনক্লকম থোকপগে ? য়েংউ—মুমিং তাখ্রবদা মাবু কায়নবগী কুম্বঙ্‌নহৌরবী থম্বান কৌবী লৈরাং অহুগা লৈমিম্নক্লবদগী মত্তৌ য়েংঙমত্রবী নহা ওইরিবী ভাম্ন থংগোং অমোমুমক্লসু মপুরোম্নবগা লৈমিম্নজবগী মুংঙাইবা থাদোক্লিবদা ঐগুম্বী নুপী জাং অমগীদি করিবু অমুক হায়কম লৈরি ?

অহুগা অমুকসু, মপুরোম্নবা কায়নবদা রারহনা অহিং খুথিল পুম্নমক্না অত্তোপপা নিপাগী মশক য়েংবা ফাওবা থাদোকখ্রবী অহুগুম্বী, নঙগী-থম্মোই-অহুগা চপ-মান্নবী-ঐগী-থম্মোই অসিদা অত্তোপ্না মীনদি করম চঙ্‌লক্লনি ?

অহুগা নহাক্না নপুরোম্নবা কায়নবদা রাবনা কুম্বঙ্‌নহুনা অহকৃপা ত্রত্তনা নরাঙ্‌কংশিলহম্লুনা য়েনা অরাবা থাঙ্‌লিদৈদো মহুবু থৌশাদনা ইশাগী মুংঙাইনবা থিম্লনা ঐনা করম্না অত্তোপপবু ইথুং পায়হম্লগদগে ? অহুগা মহুনসু ঐগী করম্বা মুংঙাইকম ওইরগদগে ?

ঐনা নহাকপু খুংগিজবদগী মসিগী মরমদা ইনিঙ্‌ ত্তৌনা তাথীম্না থাঙ্‌লিবনি, নোম্নকপবু থৌশাত্রিবনি, ইপাগী য়াথং হিত্তোকপনি, মীনা ভাঙ্‌নবা নাম্বা শ্নাপত্রিবনি, অহুগা নুপী ওইবগী লৈত্তং ওইনজরিবা ঊকাইবা হায়বা অহুসু

থাদোকখ্রবীনি, মরম অদুনা হায়রু য়েংসি—অদুগুম্বী কাদম্বরী অদুনা মসিগী মরমদা কমদৌনা অমুক থোক্ত' থাংজিল্লুগদগে ?

মরম অদুনা ঐনা ইথুং অসি লৌরকখি—অদমুং মথৌঙ্ পাকহনা পুক্নমথি—মহাক্না ঐবু চানবীরু, ঐগী ইবেমায়দি মকম অসিদগী মহাক্না পূত্না থবক্তা চংখ্রবনি, মরম অদুনা নখঙ্ কাওগদা মসিগী মরমদা করিমু থক্ত্রবদু" অসি হায়রগা কেয়ূরক অদু তূমিন লৈখ্রে ।

( ম-ম ) মথু পূম্নমক তাবগা মুমা য়াথল তৌদুনা মহাশ্বেতানা হায়রকই—"কেয়ূরক ! নহাক চৎলো, ঐ ইশামক লাক্লগা তৌকম থোকপা তৌরগে" অসি হায়দুনা কেয়ূরকপু থাদোকখ্রে ।

কেয়ূরক চৎখ্রবদা মহাশ্বেতানা চন্দ্রাপীড়দা হায়রকই—"রজাইবুংতো ! হেমকূট-পর্ব্বত হায়রবসি য়েংবদা য়াম্না ফজৈ, গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথকী কোন্নুংশু অংকপনি, কিন্নর লৈবাক্তগী অশুক অঙকপা পোৎ য়াম্না লৈ, গন্ধর্ব্ব-লোকমু য়াম্না নিঙ্থিজৈ, অদুগা কাদম্বরীশু ইতিং তিংজবী অমদি মপূক চাউবীনি । মরম অদুনা মকম অদুদা লেঙ্বদা য়াম্না য়াগনি থনবিজ্রবদি অদুগা লেনফমবা অফবা করিগুম্বা থবক অমা লৈবীবা নত্রবদি, হায়্রা উবীথিজ্রিবা খনৌবা লৈবাক য়েংবীনিঙ্জবদি, অশুকপা পোৎ উরগা মুংতাইবীবা থোক্লবদি, ঐবু মুংশিবীনম থোক্লবদি নত্রগা মী অসিনা হায়জরিবসি নংনবিবা হৌনদে থনবিবা থোক্লবদি নত্রগা থজিক্তুংতো ওইরবশু ঐগা শকথঙ্-মায়থঙ্নবা হায়রবদু ওইরবদি, অমদি মী অসিবু চানবীকম থোকই থনবিরবদি ঐনা হায়জরিবসি অরেম্বা তাহনবীগদু ।

য়েৌনা কক্তবা নিঙ্থিজবগী ভূংকম অদুগুম্বা হেমকূট কৌবা চীং অদুদা ঐনা লোয়ননা লেঙ্দুনা ঐনা তৌবগুম কাদম্বরীগা উত্নবিরগা মাগী পঙ্কনগী থোকলিবা শেরাম্নবা মতৌ অদু কোকহনবীদুনা মকম অদুদা নোংমতুং পোথাদুনা লৈবীরগা লোতাদগা অমুক লেঙ্লকসি ।

মরম করিগুম্বা লৈতনা ঐগী মরূপ ওইবীরবনি, মরম অদুনা হেক উজবমতুংদা, অত্রবনা থম্নবী ঐগী থম্মোইদা মতম কুইনগী তুংদা নোনা অমুক ঈহৌরক্লবা থকবা মী লৈনিরবনা অবাবা মীবুশু মুংতাইহজি' হায়দুনা ইশাগী য়াবী তাহল্লক-থবগী অবাবা অদু থরদং য়াংহজবা ওমলমাজে হাবনা থজবা ওল্লবনি ।

থোইদোকপু মজাইবুংতোগুম্বা মীগী মতিক মগুণদি মতম পূম্নমক অতোপ্পগী মুংতাইনবতা তৌবীরিবনি ।"

মহাশ্বেতানা য়াহৈ অসি হায়রবদা চন্দ্রাপীড়না হায়রকই—"ভগবতি ! মহাকপু

হেক উৎনবগী খৌনা নখা পোৱকয়ফবনি ; মরম অদুনা চিংনবা নৈতনা শীজিন্নবি-নিঙ্‌বা খবক্তা এঁৱু নিঙ্‌বা থ্‌রো শীজিনবীবা য়াগনি।" অসি হায়দুনা চন্দ্রাপীড়না মহাশ্বেতাদা লোয়নবা চংমিন্নবকলে।

মথং মথং অমুক চত্‌না, গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী কোয়ুং হেমকূট পর্ব্বত-তা থ্‌রেপা

( ব-ক-হ ) সনখোঙ্‌ অমমম য়াওবা চাউকবা কা ভরেংথক মথং মথং লানশিন্দুনা য়াঙমকোন ( কন্যাপুর ) গী খোঙ্‌দা লেপ্পরে।

মতম অদুদা সনা তোপ্পা লৈচৈ পায়বা খোঙ্‌শঙ্‌বশিংনা মহাশ্বেতাবু উবগী দুনা চঙ্‌লক্লুনা লাপ্পিচৈদগী থুকমগা মখোয়না অমুক মাঙ্‌দা নম্নজিল্লুনা চঙ্‌দকলে—মওঙ্‌ অমুম্বা চঙ্‌লকপদা চন্দ্রাপীড়না য়াঙমকোন মমুং অদু উবকলে— নুপীমচনা লখা লখা লৈরম্বনা য়াঙমকোন অদুবু নুপী ভাক্তগী তোঙানবা লৈবাক অমগুম নিঙ্‌লি—

মরোল অহম্মকী নুপী মশীং কয়া গুবগে হায়বা থঙ্‌নবগীদমক্তা লোংবা লাইনা মরোল অহম্মকী নুপী মথৈ পূনশিন্দুনা থম্নবগুমলি—

নিপা য়াওদনা লেপ্পা থুংলেমগুমলি—নুপীমচগী মথক ওইবা ঊথং অমা কাওরকপগুমলি।

মঙাওবা নুপীভগী যুগ অমা হৌরকপগুমলি—।

নিম্না ভাবীবা লোংদবগী অতোপ্পা থুংলেম অমগুমলি।

অতোপ অতোপ্পা কয়াশিংদগী নুপী শেম্নকদবা লৈরি হায়দুনা লোংদবা লাইনা হায়দগী হৌনা লেপ্পা হৌগত্তুনা নুপীভগী পূকৈ অমা মকম অদুদা থিল্লহগুমলি।

মায়কৈ পূম্নমক চামথোক্তুনা অঙানবা মতম অদুবু অমত্তুং তাইবঙ্‌ পানবগী মচায় থংবা শরুক পূম্নমকপু অমৃতগী ঈচেলনা চোংহনবগুম্বা নহা ওইবীশিংগী মশাদগী হাইদোয়কপা নিঙ্‌থিজবী মঙালগী ঈচেলগা, অশংবা মণিগী মথক ওইরবা মরাং কায়না হাইদোরকপা ফিজেং লৈতেংগী মঙালগা, মঙাল অনিনা মায়কৈ 'পূম্বা শীনব থ্‌রো চাইথোকখিবনা য়াঙমকোন মমুং অদুবু পূমঙাল চাক-হন্দুনা থিথিনা, মতুগী শরুক পূম্নমক অদুবু খা লৌশীং লৌশীংনা শেমখিবগুম,— মকম পূম্নমক অদুবু থাবল মঙাক্তনা ওইহনখিবগুম অমদি মায়কৈ পূম্নমক অনিবু লৈতেংগী মঙালনা শেমখিবগুম নিঙ্‌থিজহল্লি—

অকে অমোঙনা মতুগী পোংচঙ্‌ পূম্নমক খোকহনখিবগুমলি—

মখোল কাবা মতমগী ওইবা-হৌনবা কেথোক মোথোকপগুনা মতুগী শরুক পূম্নমক শাথিবগুমলি—

রতিদেবীগী চাওঙৎনবা মওঙ্ অদুনা মসিগী থৌওঙ্ ওইহনবগুমলি—
কামদেবগী লোনচৎ শাজৎ মথৈনা মসিগী মল্লং অসি শাখিবগুমলি—
অনুরাগতনা মকম থুদিঙ্ থুংনা তৈবা য়েকপগুমলি—

অমদি, নিংঙোল শঙ্ ( রাজমকোন ) অসিগী মরোন অদুবু অকে অমৌতগী মশকুম, কজবতগী তুংকমগুম—লৈপুন লাইরেম্বীগী মশকুম—কামদেবগী তেন মওঙ্গুম—হরাউ মথোইতগী মতৌগুম—অভকপতগী থৌওঙ্গুম—অমদি অথোং অদুবতগী মশকুম চন্দ্রাপীড়না উরি।

চন্দ্রাপীড়না অমুকন্থু উরকলে মহুদি—লৈশাবীমক্তনা মকম অদুদা য়াম্না
( জু-দ ) লৈমনবদগী মহুগী মায়কৈ পুন্নমক্তা মথোয়গী কজবা মশক্তমক উবা ফংবনা, মকম খুদিঙ্দা থা-তগী নোং চুবগুম নিঙ্লি।

মথোয়না য়েংনরকপা মিংচিতনা লৈমায় অদুবু থম্বাল অশংবতনা থম্বা শাংলা বন মালহল্লি।

অফোংবা, মথোয়গী মিংথং-মিংচি-মিংয়েংতদা মশীং লাকপা গুমত্রবা কাম্নগী লীরংতনা থনবগুম নিঙ্লি—

অমুবা শম্বুনশিং অদুনা থাশিরমদাইগী য়াচঙ্বা মতম মথৈ হৌনল্লুনা পুঙ্গপ তিল্লবা মাল্লি।

মোমোন হাইনোক মডাম্না ফুগায়না শাংলবা লৈরাংদা বসন্তগী অঙানবা মতমমথৈনা মরাংকায়না তাশিল্লবা মাল্লি—

হোম্দোক্লরকপা শোরগী মুংশিবা মনমতনা মলয়া মুংশিংকী শউম ওইরবোই নিঙ্লি—

লাইপকী অরংবা মঙালশিংনা মশীং লাকগুমত্রবা মণিগী মিংশেল-মশেক মাল্লি।

ওঙাং ওঙাংবা থুবাকশিং অদু উরগা তাইবঙ্ পানবা অসিদা থম্বাল অঙাঙ্বা মপৈ থিকথরকপা মাল্লি—

থুকীন ময়ামদগী হাইদোক্লরকপা অরংবা মঙালশিং অদুনা মায়কৈ পুন্নমক্তা কামদেবগী তেন লীশীং লীশীংনা কুপশিনখিবগুমলি।

থিজেং লৈতেংশিংদগী হাইদোক্লরকপা চুমথাঙ্গুবা মঙাল ময়াম অদু উরগা মুমদ য়োকপা রাহোং মহামনা কোয়পাই পাইদুনা লৈবগুম উরি—

হায়খিবা লৈশাবীশিং অসিগী মথোনকাবা ঈথল্লা কাম কৌবা লাই লীশীং লীশীং থোকহনবগুম তৌরি।

মখৌ পাম্বখোয়বা শাদুনা রতিলীলাগী মতমদতা ভৌগরবা ববক থৌওভং-মথৈবু নিঙথিনা হৈনববা হোংমরিবগুম ভৌবী লৈশাবীশিং অত্থুগী মত্তৌ মওং-পুৱমকপু চক্রাপীড়না উথি মথুদি—লৈশাবীশিং অসিনা মথোয় মখেল অমগা (ঘ) অমগা থুং পায়নবত্থনা রতিলীলাগী মতমদা নায়ক নায়িকা অনিগী মথুং-পায়নবা মতৌবু, বাঁশী খোংবদনা অমনা অমদা চুপ্না মতৌবু, কাবুন শাম্বদা নায়ক নায়িকানা মহৈ মহৈ থুপাক্না থানবা মওঙ্বু, মপাম্বোমনা ঈশিং-ফু মভক কোনবত্থনা নায়ক নায়িকা অনি কোয়বা মতৌবু, থৌরৌ বান্দোং হাইবদা নিঙজোন অমদি খবাক ভানকবগী নিকুপা চোংববু (ভয়গুম) পানা চাবদা (শায়বদা) য়ানা চৌকপা (অমগুম), মখাই কাবা মহী য়াদা উমশিল্লগা বকুল পাম্বৌদা কামশিনবনা নায়ক নায়িকা অনিনা মচীন্দা অমৃত মহী ইনশিনবা ওয়গুম, মপাল শাৎননবা অশোক পাম্বৌদা মথোঙনা কাওনরিবত্থনা নায়ক নায়িকানা কেন-মৌনবদা কাওনবা মতৌবু হৈনবা হোংনবগুম অত্থুগা পাম্মুবা লৈভেং লৈরাংনা লৈমায়খত্তা ভাখিবদা মচীন্দা খোকখিবা 'হংস' হায়বা মথোলনা লৈপুন মতমগী 'হংস' হায়বা অপেনবা খোম্থোক তম্বগুম তৌরি।

লৈশাবীশিংগী থোংলবা চায়রুংশিং অত্থুনা চীন ভেংখোক্লবা ঈশিংগুম লৃরি, মিংম্না অনিমক্না নাপদা চিনবা থম্বাল অশংবা মাল্লি, নিঙথিবা মীনোক্লা হকচাংদা (ন) তৈবা মচুগুমলি, হোন্দোরকপা শোরনা হকচাং শেংদোক্লবা ম্রৈহনবা মনমগী মশক ওইরি, চীনবান মভায়্না হকচাংদা তৈবা কুঙ্কুম মচু মাল্লি, মহৈ মহৈ য়াগী য়াভাই শানবনা বীণাগী খোম্থোক মতৌনি, পাম্বোম তাবনা লৈহাউ পয়েংগুম নিঙথিজরি, থুবাক মথৈনা থুত্তা থম্বাল পায়ত্থনা শায়বা মাল্লি, খবাক্লা শকরুং মিংশেনগুম লংলি, হকচাং মভালনা মশা মশাগী ফিজেৎনবগুমলি, তুম্বক তুম্বা নিঙজোলনা নিঙথিবা শাজংতা মণিগী-নুংবী মত্তৌ মাল্লি, থোংলবা থুংচা মপৈগী ভভাং ভভাংবা মচুনা থোঙদ তৈনবা যাবোং মহিগুম উরি, অমদি থুজীন মমায়দা হাপ্না মণিগী মভায়্না লৈমায়্দা লৈময়াম চাইখোকপগুম ফজরি।

অত্থুগা মকম অত্থদদি—যাবোং মহিনম্থু থোঙগী লৃয়বা ওইরি, বকুল পয়েংনা থাঙলাক ওইনবা ফাওবা চংপদা রাই চিয়বা ওইরি, হকচাংদা তৈবা মচুগী (পঙ্ক) অকপনা শোর মপী হোয়বা মরম ওইহল্লি, অকুপ্না লংলাগী অপাবা ফিনম্থু পুঙমদবমথৈ লৃমত্থনা খোয়রাঙ খোয়শাউনরি, লাইতীন চঙদমবা থুংজা শিবা লংগুং ফাওবা পুঙমদত্থনা থুংকী নিক্লবা মরম ওইনরি, কোক্তা লমজিরৈ পুবা ফাওবা য়াবনা শদৌ থোংনরি অমম্থুং লাপ-লৈভেং-থম্বালদা-তোংল-

বা-থোইমুগী-শাক্লাতা-চেনবা-মুংশিং অমু লাংবেতকনু লৈশাবীশিং অমুগী মানবা মরম-ওইনরি।

অমুগা মরম অমুদা কনা কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা 'নৌনা লাকপী মনাম্বা-শিংবু উবদা মনাইমুবীশিংগী মথুং পায়দনা মথক্তা হৌশল্লনা করিগুম্বা লেপখং-থিবা কনাগুম্বী য়াওরবদি মাবু মথৌনা লৈবী অমগুম শীংথানৈ। মখোয় অনিনা মরীক্ মকোয়া মশা মশাদা লৈতেংনরকপা মতমদা মুক্তা পয়েংগী অয়াবা অমুবুকি-পুবা ভম্বগী মরমদি—অকনবা মথবাক অনিথক লৈবকননি। লৈশাবীশিং অনিগী মকাদদি—চুমগী লৈ হেকচবা কাওবদা অহানবা অমা হেকপদগী হেন্দুনা অনিশুবা অমা হেকপা কাওবা ওইথোকলমদে। নুপী মশিন মমুংনেবা "লৈ-লেংবা" হায়না অমু কাওববু মরম অসিদা 'লৈরিবী লৈশাবীশিং অসিনদি অকনব মীগী মখৌনি' থৈ। অমুগা লাইখুম্বা মতমদা মখোয় মখোয়গী মথ্ৎতং ভম্বুনা তাথিমিবা মতৌ অমু কাওবা থোইদোক্লমক অতকপা ওইনা শীংথানরিবনি।

অসিগুম্বা য়াতমকোন অমুগী মমুংদা অমুক থরদং চন্দ্ৰশিংকুবদা চন্দ্রাপীড়না (থ-ক-ত) কাদম্বরীগী মমুং ছজিনবী মনাইমুবী মথৈগী অমগা অমগা য়ারী য়াতাই শায়বগী পুক্লিং হুয়বা য়াতাত্তাবা কংলকলে—মমুদি—"লবলিকা। লবলা উরী-মখোল্ল্গী ঈশিং-চাইকম-পাম্রি অমুগী মথক্তা কেতুগী লৈরীক কোয়না চাইশিন্ন।

ছাই— সাগরিকা। মনম মুংশিবা ঈশিংনা চোম্ববা সনাগী পুখ্রীশিং অমুদা মণি মকুপ চাইশিল্ল।

মৃণালিকা। থুংশেম-থম্বাল-থমা শাংপা পুখ্রীদা তারিবা মরৈগী ভাম্নু-থংগোং লাবা অমোমশিং অমুদা কুঙ্কুম মরীক থুবাম থুবাম পায়দুনা তৌশিনবীয়।

মকরিকা। মনম নাইবা পোং হাপ্পবা পাত্রশিং অমুবু কর্পূরগী ঈশিং অমগুং উনা অনোবা (থেম্রিঙ) মহি হাপচিন্দুনা মনম চেলহল্ল।

রজনিকা। তমাল শাম্বীশিংগী অমম্বা মরক্তা মণিগী থাউমৈশিং অমু থানগৎলু চৎলো।

কুমুদিকা। ককোয় ময়াম পাম্লিবমু উচেক্রা হনথিদনবা মুক্তাগী লাংনা থমা থুগাশিল্ল—।

নিপুনিকা। মণিগী লাইফদিবীশিং অমুগী মথবাক অকোয়বদা কুঙ্কুমনা উনা শানা য়েকশিল্ল—।

উৎপলিকা। লকুগী কুঞ্জদা লৈবা মণি অশংবগী কম্বম অমু সনাগী তমাজিংনা শিরোয়কল্ল।

কেশরিকা। বকুল শাক্লেনা শেবা কা-শিং অমুলা মপ্লাইকাবা উশিং-এজা থীক্লচিন্নু।

মালতিকা। কামদেবগী লাইশঙ্ মতোন অমুদা সিন্দুর মফুপ থম্না কৈহনা মচু শঙ্জিন্নু।

নলিনিকা। অয়োকপা কাংঙশিংবু পদ্মমধু ( থম্বানদগী লৌবা থোইহি ) পীথকনু।

কদলিকা। অয়োকপা ম্রাহোংশিং অমুবু নোংলীক চাইবা শঙ্দা পুরীথো।

কমলিকা। থংগোং মচাশিং অমুবু থম্নাথোক মহি পীথকনু।

চূতলিকা। পোন মহুংগী কোকিলশিং অমুবু হৈনৌ মপান্দ অপোম্বনা মচীজাক হনবীয়।

পল্লবিকা। অয়োকপা 'হারিত' কৌবা উচেকশিং অদুবু গোলমরিচ ( উয়োক শুফন ) মনা অনৌবা মতোন্দ থম্না পীজক।

লবঙ্গিকা। নোংইনশিংগী পোন মহুংদা উচিথি মরু থম্না কুপ্থান্নমগা লংশিনবীয়।

মধুকরিকা। লৈগী লৈতেং শেন্মু।

ময়ূরিকা। কিন্নর লাবা অমোমশিং অমুবু ঈশৈ শঙ্দা থাদোকখো।

হাই কন্দলিকা। নোংইন লাবা অমোমশিংবু শান্ন-চীং মতোন্দা (-শান্ন-পুং ) থাগৎখো।

হরনিকা। অক্লাদা লৈরিবা চোংঙা, ভেমরাশিং অমুবু থম্না তঙ্গীয়্।"

চন্দ্রাপীড়না অসিনচিংবা ম্রাহৈ পূময়ক অসিগা লোম্বননা কাপি তৌম্বগী ম্রাঙাঙ্ কম্না অমস্থ ভাবা কংলকলে মহুদি—

চন্দ্রিকা। কনাবু নমথাক তৌপে থন্দুনা নহাক্লা পঙ্থশিন্নরিবনো ?

হে মথোনকাবা ঈয়াংদা ভাওজরবী। নথবাক চন্দ্র-শাবনা চিংথুহনা নশা কোম্বরক্রবদগী মণিগী উচুক্তা লৈবা ম্রাহোংবু লামলিবদো—নশক থঙ্লে।

হে কাগি পামজবী। নঙ্দি, মণিগী লৈমায়দা ভাবিরী নশাগী নমিগা ম্রাভাঙ্নরিবোইরে।

হে থমোই হামচৎনরবী। নঙ্গী ইম্রকিদি মুংশিংনা হুমদোকপ্রপা—নরীক মকোনগী মতান অমুবু ইম্রকিনি নিঙ্থুনা নথুদাং চোকথনমথৈ ম্রদুবু কানবা হোৎনরিবরা ?

হে চন্দ্রযোন থঙ্মবী। মণিগী লৈমায়দা নসায় মায়থোং ম্রমি মরাম

তাবনু থম্বাল চাইথোকপদি থম্নুনা মহুৎকী মথক্তা ফুনিখুর্দনি হায়রনা কিন্নুনা নাকোয় থৈনা চৎলিবরা ?

হে থোংচ নোংজবী ! থম্বাল মক্তকীসু মশাগী থোংগনা থেগি থম্নুনা মিহুৎকী মুখলদা তাবা মণি অচাঙবা মঙালবু নৌনা হন্দোরকপা মুনিং মতাম ওইরবোই নিঙথুনা মতুনা নশাদা মৈশা পীরদনবা নখুং লাইথন শায়িথোইবে ।

হে চোকথরবী নংনা নখুং অহুম হাইহুনা লৈরিবদি চামম হয়দা চোক-থরকুনা নখুত্তগী মহু তাপ্রবদা, নখুঙীন মঙালশিং অদুবু চামরবি থম্নুনা হুমলিবরা ?

অসিনচিংবা অমদি অতোপ অতোপ্পা রাঙাঙ-শাঙাঙ ময়াম তানা তানা চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীগী শঙ্গাই নকশিল্লকলে ।

(খ-ম) মকম অহুদা, নাকন্দা লৈবা লৈকোন্দা হৌবা উরীদগী কেরুকপা লৈরীক মপেতনা লৈঙোই কোলি ওইনা তারিবা, থোঙ-লম্বী অমা লৈরবা উরকলে ।

ঈথক ঈরাং হৌরবা কোকিলশিংগী মখুঞ্জীন্না হন্দোক থোক্তোকপদা তারকপা হৈনৌ মথোমঙনা লম্বী অদুবু নোংজুথাগী মঙম মালহল্লি— ।

হুংশিংনা মচি থুদিঙ থুংনা চাইথোরকপা, নূপী মথৈনা বকুন মপান শাংহল্লবগীদমক মচিন্দগী কায়শিল্লরকপা ময়াইকাবা মহিগী মরীক মরীক্লা লম্বী অহুবু লৈচিন থাবগুম তৌহল্লি ।

ইথুং থুংনা লৈহাউ লৈকা চাইথোকপনা লম্বী অহুবু সনাগী ঈথং অমগুম উরি ।

অয়াম্বা মকমদা কোয়না চাইনা তারিবা লৈগী মথক্তা ইমু মুনা থোইমুনা তোংলিবহু উরগা লম্বী অহুবু অশংবা অশোক বনগুম নিঙথিজনা উরি ।

মঙম পুম্নমক্তা নূপীশিংনা হংগংহন্দা চত্তুনবা লৈনবনা মথোঙদগী থাবোং মহি ময়াম পকহৌহনা লম্বী অহুবু ঙাঙ্গানবা মচুগী সমুদ্রগুম উরি ।

মশাদা তৈনহিবা পোংকী হুংশিবা মনমশিং অহু তাবদা (সমুদ্র লৈবদা) অমৃত থোকথিবা মুমিং অহুবু নিঙশিংহল্লি ।

শামু ময়ানা শাবা নাথেং-লৈতেংনা থাবলগুম মঙান শন্দোকলি ।

থবাক্তা তৈনহিবা অগুরু চন্দনগী উনা মগুত্তশিং অহুনা ত্রিভুবন মালহল্লি ।

অশোক-রেঙ্গিঙল্লা নাগী লৈতেং ওইদনা পুমতাং ঙাঙল্লা উহল্লি ।

মপাদা কৈনবা চন্দননা পুমডৌ ঙৌথোক্কনি
শিরীষকুসুমগী লৈত্তেংনা নাপু মচু মালহল্লি।

অহুগা, কাদম্বরীগী খৌপল ভায়বী মূপী মথৈনা নিঙ্‌থিরবা চেকপলগুম্বা লম্বী নাকল অনিমক্তা লেপ্তুনা লৈবনা য়াম্না শাংবা লমশাংগী লমজীন মাম্না উহল্লি।

চন্দ্রাপীড়না অমুকন্না উরকলে—লম্বী মরক অহুদা—শমগী বেনী মওঙ্‌ মানবা অচুম্বা তুরেল ইচেনগুম্বা মচুংলোমদগী কিজেং লৈত্তোংগী অপূনবা মতাল অমম্না মপানদা হাইদোরকলি।

অহুগুম্বা মতাল চবুন মরক অহুদা হনগংনা চেনবা ঈচেনগুম চন্দ্রাপীড়না চঙ্‌লক্লবদা—খোঙ্‌শঙ্‌বীশিংনা থত্তুনা লৈবা নিঙ্‌থিজরবা সঙ্গাই অমথক উরকলে।

চন্দ্রাপীড়না, সঙ্গাই মচুং অহুদা—অথকপা অরংবা কিজেং লৈত্তেংনা লিংথি-
(স-ক্ষ) জরবী—কল্পলতাগুম কাংথোন মম্নাদা কমহুনা ইকোয় কোয়না খোঙনবী—লৈশাবী লীশীং লীশী'গী ময়ায়দা ভাম্ভোইরিবী কাদম্বরীবু উরকলে।

কাংথোল অহু থোইনা চাউদে, অশংবা কি অমনা মথক কুপলি, মথক্তা থারিবা অঙৌবা য়োন মথক্তা ওয়গী পাম্বোম কোনশিন্দুনা ভাবরিবী কাদম্বরীবু আদি বরাহগী মম্নাদা তোংবী লৈবাক লৈমগুম উরি।

চামর খোঙনবীশিংনা ঈশিংগী মশক ওইরবা কাদম্বরীগী মশাদগী খোরকপা মতাল অহুদা মশা মশাগী মপাম্বোমনা নৌ ওইনা হোল্লিবা মত্তৌ মাল্লি।

মথাদা—মণিগী লৈমায় মথক্তা, কাদম্বরীগী মমি তারিবহু উরগা, পাতালদা লৈবা লিনশিংনা মহাকপু হুহুনা মথায়োমদা পুথখিবা মাল্লি. অহুগা অমকপদা
(ক-ক্ষ) লৈবা, অরংবা মণিগী লৈয়াংশিংদা তারিব' মমিশিং অহুবুনা, ইন্দ্রনচিংবা মায়কৈ ভাকপা লাইশিংনা তোপ্পা তোপ্পা মহাকপু পুনথিং শুমলি;
মথক্তা—মণিগী য়ুমথক্তা (ইমুং য়ুমথক) তারিবা মমিশিং অহুবুনা অতোপ অতোপ্পা লাইমথৈনা মহাকপু মথক্তা পুখৎনথিবগুম নিঙ্‌লি।

মণিগী অচৌবা য়ুখীশিং অহুনা মাগী মাগী থম্মোইদা কাদম্বরীবু পুশিল্লি, য়ুমগী মিংশেন মথৈনা মহাকপু থকচিন্নবগুম তৌরি, অহুগা ইমুং য়ুমথক্তা মমায় মথা ওম্বুনা হকলিবা বিদ্যাধরগী মূর্ত্তিশিং অহুনা মহাকপু আন্তিরা মথক্তা লেথং-থিবগুম তৌরি।

য়েংজনিঙ্‌ঙনা লাঙ্‌জম্নবা মরোল অহম্মক্তা পুন্নপ পুনশিন্নহুনা অয়েকপা লাইগী মশক লৌরগা মহাকপু কোয়শিন্দুনা লৈরবগুমনি।

খুজৌ-নাশিনচিংবা লৈতেং মথোল ভাবদা লাকুনা হাহোংনা মথৈ কন্দোকুনা অগোই শারবা মতৌ অহু উরগা মশীং লাকচমত্রবা মমিৎ মহামনা সঙ্গাই অহুমহু কাদম্বরীবু ইওক ভক্তা য়েংজবা মাল্লি।

মনাইশিং মথৈনশু—উদবা লৈত্রবা লাইমিংকুম্না মমিৎ কুপবা লৈজনা খৌরাংনা মাবুক্তা য়েংনরি।

হাপনা থম্নবা, অকবা খুদম মথৈনশু কাদম্বরীগী মশাদা কায়দোংলি—।

অভাং ওইবা মতমবু পুক্তগী থবক তৌদে হায়হুনা কাদম্বরীনা (মহাকপু) -আঙ্গোকখ্রে।

মমা মপানা থাজবশু নত্তনা, কামনা লাকহৎলবা মথোন কাবা মজমনা কাদম্বরীবু মরম্নাই হেক্তমক পাম্নরবগুম তৌরি।

লৈমায়-থক্তা-থোকপা-থরাম্মীচাক-মানবা খুজীন মথক্তা মণি অভাঙ্‌বনা লৈতেংনবনা যাবোৎ মহি তৈবদগী নিঙ্‌খিবা মচুম তারকুনা ঈচেন নাইনা চেনবগুম মথোঙ্‌ অনিগী থোঙজাদা লেঙ্‌ত্রবা অভাঙ্‌বা মচুনা লংবগা—শেম্নিবা অভাঙ্‌বা ফিগী অভাঙ্‌বা ফীজীম্নগা ইশাং শাংনা তাহুনা লৈবগা, অহুগা কা হেম্না থোংমনবদগী খুজীম্না মম্নাদগী ওথোয়কপগুম্না তভাং তভাংলবা থোঙ্‌জাশিংনা থোঙ্‌গী অভাঙ্‌বা লৈতেং ওইনা উহন্দুনা, কাদম্বরীনা মথোঙ্‌ অনি অহুদগী পোহান অভাঙ্‌বা মহিগী তুরেল অমা থোকহল্লিবগুম নিঙ্‌লি।

নোম্ন পেল্লবা নিঙ্‌জোল অনিনা নম্বরকপদা হাজরবী কৈবোম অনি অহুবু মতেং পাংবীগে নিঙ্‌হুনা মণিগী নূপুরদগী মভাল হাইগৎলকুনা কৈপল মকদা য়ৈরবি।

কাদম্বরীগী কৈবোম অনি অহুদি—নোংদম্বনা মাবু শেম্নকপা মতমদা মথুংনা মথ্‌াঙ্‌দা কম্না মেৎশিনখিবদগী তারকখিবা মহি মচুমনা, কম্‌রাগী মশক ওইরবা নূংপাক্তা থেংজিনবদগী অনি ফাংনা চেম্থখিবা নিঙ্‌খিজবা ঈচেল অনিগুম কজরি।

কাদম্বরীগী নিঙ্‌জোল থুংনা কোয়শিল্লিবা থ্‌াঙ্‌গোম্ন অহুনা, অতোম্না নিপানা উথিদনবা থম্বন্দুনা থংপগুম্না, অকোয়বদা মভান চাইথোকুনা অমস্তুং লাঙ্‌তক্রবা পুকচেম্না নিঙ্‌জোল অদুবু অমুক তেম্না চাউথোকহন্দুনা শোক্ত শম্নজবা ফংবদগী হয়াউ ফুজুংবগুম তৌজরি।

কাদম্বরীগী নিঙ্‌জোল অহুদা মী পুম্নমকী পুম্নিঙ্‌না তোংশিন্দুনা লৈনকম্না—মহু হাম্না হক্‌ই (পুম্মী)।

অভোঙ্বা থবাক অনিনা থনজিনবীথিবদগী কাদম্বরীগী মায়থোং উথিল্লবদা মথল্লায় হায়বী মথাঙ্ অহুনা ময়াঙ্ কংথ্রিক কংশিনথি।

তুরেনগী ইরৈগুম্বী কাদম্বরীগী খোয়দৌ অহু উমগা, নোংদম্বা লাইনা মাবু শেমখিবা মতমদা মাগী মশানা খোংমনবদগী খূৎশী নম্ফম লৈখিবা মাল্লি।

মশাদা তৌরিবা তু ময়াম অহুনা—মরোল অহুম্বক জয় তৌবগী কামদেবগী মিংচৎ ইবা ময়েক-ময়ামগুম নিঙ্খিরি।

অরাম্বা পুঙমদহুনা থম্মোইনা ঈম্বোরকপদগী অস্থম অস্থম মপান খোরক্লবা কামদেবগী খোঙ্নেংকাল মাল্লবী কাদম্বরীগী মথবাক অরংবদা মশাগী নাচোম মমি ওবা উরি।

মনাদা য়াম্বরিবা লৈতেংগী মভাল অনিনা শাংনা তাইথরকপা মানবী কাদম্বরীগী মপাম্বোম অনি অহুনা অরূবা-ঈশিংগী-থম্মৌ-হেরা-মাল্লি, অহুগা খুজীন মভায়া ইরং লংলিবা মখুৎ অনি অহুনা মণিগী খুজী শিবদা মহুগী অরাম্বা পুঙমদহুনা য়াবনা মখুৎতা কারকপা হুমাং ওইনা উরি—অহুগুম্বী মপাম্বোম অমদি মখুৎ অনিমক্না কাদম্বরীবু খোইদোক্না নিঙ্থিজহল্লি।

থবাক অনিগী অহকপনা লুকথরপ্ তৌরবী মাগী মায়থোংবু অমূক হাইগৎ-হনগে মভাগুম মাগী লীকথাঙ্ পরেংনা মভালগী মশক ওইরবা মখুৎ থাংগত্তুনা মাগী মথদাঙ্দা ঈনথংলি—।

পোহালগুম ভভাং ভভাংবী কাদম্বরীগী চীনবান অনি অহুনা নৌনা-মথোন-কাবা-মুংশিং-ইপোমনা ঈরাং হৌহল্লবা অনুরাগ সমুদ্রগী ঈথক অনিগুম নিঙ্থিরি, অভৌবা অভাঙ্বা অনিমক য়াম্নরবী মাগী থজাই অনিনা ময়াই কাবা পোংনা থল্লবা মণিগী কোংগ্রেঙ্গুম মভাল কাওনা উরি। মাগী মনাতোন অহুনা মন্তিদেবীগী বীণা খোংনবা মণিনা শাবা মরী অদু মাল্লি—পূম্নমক অসিনা কাদম্বরীবু খোইনা হেন্না নিঙ্থিজহল্লি।

নাকোঙ্ অনিমক্না ; হেন্না শাংদোকচনিঙ্হুনা থুনা লাকচবদা খোঙ্চৎ থিংবীথিবদগী শাউহুনা অকোয়বা মতাই থূংনা হাইকেৎ ভাঙ্শিল্লবী কাদম্বরীগী মায়থোং-লক্ষ্মীগী তুংনকম ক্ষীরোদ সমুদ্রগী মতৌগুম্বী—অহুগুম্বী মিংম্না অনি অহুনা তাইবঙ্ পানবা পূম্নমকপু মিং তাক্না ওইহনগদবগী হোৎনরি।

কাদম্বরীগী পীশুম অনি অহুনা ময়াই-কারবা-মথোন-কাবা-শামু-মচুমগী রেখা অনিগুমলি অহুগা মহাক্তবু পামজরবা কামদেবগী থম্মোই য়ায়া মনঃ শিলা (চৌংদা খোকপা মচু তাঙ্বা থাক্তু মথল অমা) মহিনা লাইপক্তা পীক্তক তৌনা চম্মল ওইনা নথনা মাগী মায়থোংবু খোইনা হেন্না নিঙ্থিজহল্লি।

কোনা মনা মানবা নাথুম অনিনা ইথন থম্মা লৈত্তেবনা—নাকোঙ্দা চিনবা থম্বালদগী শিন্থরকপা লৈহিংগী মশক ওইরবা নিঙ্থিবা নাকোঙ্ অনি অহুদা ঊবা অমদি তা-কিয়োং মানবা মণিগী কুণ্ডল অনিথক্না তনিক তনিক হাইরি।

ময়াইকাবা পোংকুম্মা অঙাঙ্বা মঙাল ফাওবা—মায়থোং পুম্নমক ঙ্গাং ঙ্গাংহল্লিবা—লাইপক-মতোন্দা-থামজিবা-মণিনা শাংলবা শমলাং মপৈবু চায়-থোকপগুমলি।

হকচাং-তংথায় অমথক্কুংদা-মহাদেবনা-ক্তিনবীবদগী নাপল-চাউরবী-পার্ব্বতী-দগী কাদম্বরীনা লাইবক কবা হেনবত্থ কোংদোকলি।

লক্ষ্মী অমথক্কুং থম্মোইদা কোম্নরগা ফুংঙাইহনা নারায়ণনা নাপল তৌবত্থ মাত্থহন্নবগীদমক্তা কাদম্বরীনা, মশাগী শক্তমদগী, মমি ওইনা লক্ষ্মী চামা চামা থোকহনবগুম তৌরি।

থা অমথক্তংবু মকোক্তা থেংচরগা ঙকচরিবা মহাদেবগী নাপল অহু থুগায়-নবগীদমক কাদম্বরীনা নিঙ্থিবা মীনোক্না মায়কৈ মরিমক্তা থা লীশীং লীশীং চাইথোকলি।

মহাদেবনা, কামদেব অমথকপু মুংশি হৈত্তনা ঊং ওলহনখিবদগী শাউহনা কাদম্বরীনা থম্মোই পানবা থুদিঙ্মক্তা কামদেব লীশীং লীশীং শেম্বগুম তৌরি।

মহৈ মহৈ কায়নবদগী অহিং তুম্নদহনা য়ানরবা ঙাম্ব-থংগোং মতৌ মনাউনা তুম্নজবা ফংনবগীদমক কাদম্বরীনা থুংশেমগী তুরেনশিংদা থম্বাল লৈরাকী মশক ওইরবা তোর্ব্বান মচা মচা শেমহল্লি।

"কনানো মীনাইহনবী অমগী নূপুর মথোল মতুং ইন্নহনা চংখিবা, ঐনা লুনা তৌজবা কাংও অনি অদুবু থম্বৌ মশিংগী থোরীনা পুন্দুনা নহাক থরা লৌশিল্লু" হায়না কাদম্বরীনা কাংও শেম্নবী মনাই অহুদা য়াথং পীরি।

অয়োকপা শজিমচা অমনা মণি অশংবগী লৈতেং মঙানবু নাপী ওইনা নিঙ্হনা লেক্লবা ঊবদগী কাদম্বরীনা সখী অমগী মনাকোঙ্দগী যব মনা লৌরগা ইনবীরি।

কাদম্বরীনা চাউনবা য়োকথংচরকপা ঊরী অহুদা ইহান হানবা লৈ শাংপগী পাউ ভম্বা লাকপী লৈকোন শেম্নবী অদুবু মথল মথা অয়াম্বা ফিজেৎ লৈতেং পীহনা লেলহল্লি।

ঊনা থুম্মুক্তা কনগী হৈ-লৈ হাপ্তুনা লাকপী মবোল থঙ্দবী; শায়পুং চাকপী কীরাত নিংতোল অহুনা য়া ভাঙ্বা ভাম্নগা নোক্লনবগীদমক কাদম্বরীনা মো হমা য়া হংহনা মাবু য়া ভাঙ্হন্নবা তৌরি।

মায়খোংগী মুংশিবা মনম শংতুনা কায়দোং থিরবা থোইমু থরবু কাদম্বরীগী মথুংনা তাম্বোকপদা থোইমুশিং অহুনা কীবুন থোংবী শাম্নবগুম কোয়না কোয়না পাইখোরুরি।

পোন্দা লৈবী, হারীত কৌবী উচেক্লা থোংবা তায়গা চামর হুম্বী অমনা করেম্নবা মীনোক নোক্লকপদগী কাদম্বরীস্থ নোকুনা মথুক্তা পায়হুনা
(ক·৭) শাম্নরম্বা থম্বালনা মাগী মকোক্তা থারি।

কাগোক থনবী মনাই নূপী অহুগী মথবাক্তা মুক্তা থাম্বা মাগী চন্দ্রলেখাগী মমি তাবহু উরগা হুমাং মরীক্লা থল্লবা খুজীন মকম ওইরবোই নিঙ্‌হুনা কাদম্বরীনা মনাইনূপী অহুগী মথবাক্তা আবের মকূপ চাইশিল্লি।

চামর থৌগল্লিবী মনাই অহুগী চায়রুংদা তাবা মাগী মণিকুণ্ডল মমি অহু উবদা মহুবু নায়ক অমনা খুজীননা অকোয়বা দাগ অমা থম্নম্বা ওইনা নিঙ্‌লবী কাদম্বরীনা, লুনা তৌবীবা শাহুনা মশাগী নাপদা থেংলম্বা লৈয়োম্না মনাই নূপী অহুগী চায়রুং অহুবু খুমজিনবীরি।

অচৌ অচৌবা কুলপর্ব্বতশিংগা লোয়নননা পৃথিবীনা অনন্ত কৌবা লিন অহুগী মতোক মথক্তা লৈবগুম—কাদম্বরীস্থ মপুরোয়বগা লৈপুন ওইবগী মুংঙাইবা অহুঙংদি নত্তনা অতোপপা মুংঙাইবা মথল পুন্নমক্কা য়াওন্নহুনা লৈরি।

খোইমুনা লৈরীক খোমজিনবা হোংনবদা কেল্লকপা লৈরীক্তনা উপাল ’পুম্বা মচু রাউথাংনহল্লবী অহুগুম্বী লমদা কৌবী লাইরেম্বী অহুগুম্না, মকম অহুদস্থ খোইমুশিংনা কাদম্বরীগী লৈপরেংদগী লৈরীক খোমজিনবা হোংনবদা কেল্লকপা লৈরীক্তনা মাগী মখোঙ্ অহু রাউথাংনহল্লি।

শরৎ থাদা কাংঙ মখোললনা রাহোংগী মুংশিবা খোঞ্জেনগী নাপল মাঙ্‌হন-বগুম্না কাদম্বরীস্থ অমুক হিংগৎলক্লবা কামদেবগী তেননা থাবদা মহাদেবগী নাপল মাঙ্‌হল্লি।

মহাদেবগী কোক্তা থেংপা থাগী মডাম্না পার্ব্বতীগী কোকী লৈতেংদা তাবগুম, কাদম্বরীস্থ অকবা, অপামবা ফিজেংনা লৈতেংলি অমস্থং কোকী লৈতেংস্থ নিঙ্‌থিজৈ।

সমুদ্র মপানগী বন মমুংদা, খোইমু মপে-মাল্লবা তমাল পাম্বীতগী বন লৈবগুম—খোইমুগুম মুরবী শম্নাংনা কাদম্বরীগী মায়খোং লৈতেং ওইনরি।

কামগী রাথম্না লাকহৎলখা থানা শগোলশেন গুরুগী নূপীদা হন্নানখিবগুম মিরৌ চাউরবা কামদেবস্থ কাদম্বরীগী নিঙ্‌জোন্দা লৈতাখি।

অঙৌবা অমম্লুং অশংবা লবলী উরীনা বনগী লৈতেং ওইনবগুম কাদম্বরীগী মপূক্তত ভৌরুনবা অমম্লুং শংবানবা পূকথোম্না লৈতেংলি।

কোম্নৌ হনবগী মঙান্দা শাংকায়রবা থম্বালগী তডাং তডাংবা মচুত্না অম্বুক অঙনবগী নিঙ্খিবা লৈতেং ওইনবগুম অরংবা মুক্তাগী মঙালগা য়াম্নবা অঙাঙ্বা মশিঙ্গী লৈতেংনা কাদম্বরীস্থু নিঙ্থিজরি।

মক্ত্বা অতিয়া মকোয়দা, স্বর্গ গঙ্গাদা হৌবা থম্বালগী নৌরবা অমদি মপূম-মনৈ কায়রবা থগৌ হেবা উবা ফংবগুম কাদম্বরীগীস্থু মাগী মক্ত্বা কিস্নুংদা থগৌ হেম্নাগুম ভনৌ ভনৌবা ফৈবোম মরু অত্থু উবা ফংলি।

ম্নাহোংগী অশাংবা মমৈদা থা মানবা ময়েকশিংনা লৈতেংবগুম থা মানবী মাগী শক্তম অত্থুদস্থু নিঙ্জোল য়ৌনা শাংলবী শম মপৈনা লৈতেংলি।

কল্পতরু পাম্বীনা অপাম অপাম্বা মহৈ পীবগুম কাদম্বরীস্থু কামগী মহৈ (মিহৌবা, মিতাবা) পূম্নমক পীবীনি।

অত্থুগা মহাকা মাগী ফমুং মনাক্তা মায়োক্লনা ফমলিবা কেয়ূরক-তা হম্না হম্না চন্দ্রাপীড়গী য়াতমক হংলি—"মহাক অত্থু কনানো, কনাগী মচানো, মমিং করি কৌই, মশক মতৌনা কমদোই, চহিনা কয়া শুরম্নগনি? মানদি করি হায়রকই? নঙ্না করি থুম্নম্মী? নঙ্না মহাকপু উরকপা কয়া কুইরে? মহাশ্বেতাগা মহাকদি করম থঙ্নখিবনো অত্থুগা মহাক অত্থু অসিদা লাকদরা?" অম্ম্না হংলক্লবদা কেয়ূরকনা চন্দ্রাপীড়গী মশক মতৌতবু থোইদোক হেন্দোক্লা থাগৎথি।

(ত-দ) াবু উরগা সমুদ্রগী ঈশিংনা কামথৎপগুম, কাদম্বরীগী মায়থোং উবদা চন্দ্রাপীড়গী থম্মোইস্থু নুংঙাইজবনা কামথৎলকলি।

মতম অত্থুদা চন্দ্রাপীড়না থল্লকই—"নোংদম্বা লাইনা, ঐগী ইন্দ্রি অসি অসিবুস্থু করিগীদমক্তা মিৎ ওইনা পানবীরমক্রিবনো? অত্থুগা ইমিৎ অনি অসি-তনদি করম্বা পুণ্য চেক্লত্নুনা মহাকপু অপনবা লৈতনা অম্বুক নিঙ্থিনা উজবা ফংলরিবা!

নোংদম্বা লাইনা, কদাইদগী ফজ ফজবা পোৎচঙ্ পোৎকুপ-কুপ্লেন ময়াম পুরক্নুনা ফজবা শক পুম্নমকী ভুংনফম ওইবী, অনি শুত্রবী শকফম অসিবু করম্না শেমখ্রিবনো!

মোংদম্মা, মথুৎনা মেত্তুনা শেমখিবগী অয়াবা চৈনাথোল থাঙ্বদা মমিত্তগী শিন্নখিবা পিয়াংনা (কাদম্বরীগী মমিত্তগী) তাইবঙ্ শানবদা শাংলিবা

থম্বাল ময়াম অসি ওনথ্রিবা ওইরমগনি—" হায়না থগ্না থগ্না চন্দ্রাপীড়গী মমিং অনিমক অহুনা চৎখিহুনা কাদম্বরীগী মমিত্তা তাক্লে।

"কয়ূরকনা হায়বা পাখং অহু মসি শোয়দনা ওইরগা তাই" হায়খসি থগ্না থগ্না মতম অহুদা কাদম্বরীসু চন্দ্রাপীড়গী ফজমনবা শকফম অহু উবনা ওতুনা লাওনা পাঙ্থোকখিবী মিৎস্না অনি অহু কূপশিনবা কাউহুনা অহুমক চন্দ্রাপীড়না মিৎয়েং থমহুনা লৈখ্রে।

মশাগী-মিৎ-মডাম্না ভোথোক্লবা বলরামনা ময়াইকাবা থক্লবা পোৎ উবগা লাঙ্তক্লবগুম চন্দ্রাপীড়সু কাদম্বরীগী মিৎ মডান্দা ভোথোকখিহুনা মহাকপু উবদা লাঙ্তক্লরি।

অশোমদা কাদম্বরীসু চন্দ্রাপীড়বু উবমক্তদা মশা তু-জুংখ্রে, মথংদা কিজেং লৈতেংগী মথোন থোক্লকলে, অহুগী মথংদদি কাদম্বরী হৌগৎলকলে।

অহুগী মতুং তারকপদি কামদেবমক্লা কাদম্বরীবু হুমাং পাখংহল্লকলে
(ব-শ) —অহুবু মভাশিংগী মমাঙ্দদি মহুবু তফিং তফিং হৌগৎপদা য়াবলগী তৌবা ওইনা উহল্লি।

কৈগল অনিমক নিকখিবদগী চৎচবা ভমক্রে—অহুবু নূপুর মখোল তাবলগী লাকচবা কাংডশিংদা ফাইশিনখ্রে।

মুংশাশোর মগী হোনবদা থবাক কূপলিবা ফি অহুনা লেঙ্লকলিবহু অতৈ-নদি চামর হুম্বগী মুংশিংনা তৌহল্লিবনি হায়না উনৈ।

থম্মোইমুংদা চংথ্রবা চন্দ্রাপীড়বু শোকহল্লনিঙ্বা ময়াইনা মথবাক্তা মথক্তা থেংজরবা মখূৎ অদূবু মথবাক থনজিম্নবা ওইনা উহনখ্রে।

হুরাউজমন্দুনা থাংগৈ শেংনমক পি শিস্থরিবহুবু ওক্তা শিন্নিবা লৈপাবেং হুংগৎহন্দা লেঙবদা কেল্লকপা লৈরীক ওইনা উহল্লি।

হৈকাটজবনা য়া ভাঙ্বা থোকখিদ্রে অহুবু মাগী মায়থোং থম্বালগী লৈজম কৎহুনা পাইশিল্লকপা থোইমুনা মহু থোকহনবগুমখ্রে।

কামদেবগী হৈহান হানবা তেনগী চৈনাথোল ফংবমক্তদা থাংগমজ্রবী কাদম্বরীগী মচীন্দা শেংকাওনা "হৈস" হায়বা মখোল অমা থোক্লকখিবহুবু লৈমায়দা চাই-থোক্লিবা লৈ ময়ামগী মরক্তা য়াওরস্বা কেতুকী তিংথংনা থিন্দুনা চৈনাথোল কাওরকপা ওইখ্রে।

মশা নিকপদা য়াওরকপা তনিক তনিকপা মখূৎ অহুনা, করিওয়া মরম অমা হুংগৎচগে তৌবী থোঙ্শঙ্বীবু থাম্বদা নিকপগুম থোকহনখ্রে।

(ষ-স) মতম অদুদা, কাদম্বরীগী লকাম্নুংদা চঙ্‌শিনখ্রবা কাম কৌবা লাই অহুমক্না অনিগুবা শকলোন অমা পুথোক্লুনা চন্দ্রাপীড়গী থম্মোইদম্ভু কাদম্বরীগা লোয়ননা চঙ্‌শিনমিন্নখিবগুম তৌখ্রে।

মরমদি—চন্দ্রাপীড়স্‌ কাদম্বরীগী ফিজেং লৈতেং মতাল অদুবু কাওবা মরক থনবা পোং অমা ওইনা নিঙ্‌খ্রে (মথোয় অনিগী মরক্তা লৈতেং মতাল অদুনা পল শানা থংপা); মাগী থম্মোইম্নুংদা কাদম্বরীনা চঙ্‌শিনখিবদুনা লৈপুন ওইজবা ফংলবগুম থনখ্রে, খুজী নাশিনচিংবা মাগী লৈতেং মথোল অদু ভাবা ফাওবদা তরাম তরাম কৌরম্বগুম থোকখ্রে, মাগী ইন্দ্রি পুম্নমক মানা হুথিবা মতৌ অদুবুনা মাবু চানবীরবনি লৌখ্রে অমস্তুং কাদম্বরীগী মশাগী মতান্দং ফংজবা অদু য়ৌনা ভিন্নজবা ফংবগী মুংঙাইবা ওইনা মথন্তা মপুক্তা থজখ্রে।

(হ-ঙ) মতম য়াম্না কুইরবগী তুংদা মহাশ্বেতাবু উবা ফংবদগী মুংশিবনা লাঙ্‌-ভক্লরবী কাদম্বরীনা য়ানা য়ানা থোঙ্‌কাপ থরা চখোক্লগা মহাশ্বেতাগী মডক্তা চেংনা কোনখ্রে।

মহাশ্বেতাস্‌ কাদম্বরীবু চেংনা কোনশিল্লগা হায়রকই—“ইভা! কাদম্বরী! ভারতবর্ষদা তারাপীড় হায়না কৌবা নিংথৌ অমা পাম্লি; মহাক্না মশীং লাকতমরবা শগোলগী খুজীম্না কাওথায়ত্লনা সমুদ্র মপাল পুম্নমক্তা মাগী লানতম ফীরান থেৎলি অমস্তুং নিঙ্‌থিনা লৈবাক ভাক্লুনা প্রজাগী অরাবা অমত্তা লৈহল্লি।

লাক্লিবসি নিংথৌরেন অদুগী মজাইবুংভোনি চন্দ্রাপীড় কৌই; নুংগী মুখী শক্লবা মাগী মপাম্বোম অনিদা লৈতেংগী মশক ওইনা লৈপাক লৈমনা পুক্লিঙ্‌ লৈতানা ভাম্বোইরি—হুজীক দিগ্বিজয় লাকপদা মকম অসিদা অম্ভুম য়ৌবীরকপনি।

শক হেক উম্নবদগী হৌহুনা মহাক ঐগী মরম লৈনদবা চুম্নগী অশেংবা মরূপ অমা ওইরবনি, অদুগা ভাইবঙ্‌ মীরমলেন মতৌদগী হেন্দোকপা অশেংবা, অচম্বা মপূকচেম্না মহাক্না; অপাম্বা করিস্‌ লৈত্রবী, মুংশি হৈত্রবী ঐগী থম্মোই অসি কাওবা লায়না চিংখ্রবনি—মরমদি; পুম্নমক্কী ফননবতা থনবা, মরম লৈতনা মরূপ ওইবা অদুগা থম্মোইদা অমকপা য়াওদবা অসিগুম্বা অশিংবা মীওইদি ভাইবঙ্‌দা অত্তাঙ্‌বনি।

নোংদম্বা লাইগী খুংশেম হৈবা মতৌ—ফজবগী চাংদমকম লৈতবা মশক—রাজলক্ষ্মীনা মতিকচাবা মফমদা লৈজনিঙ্‌বগী লাঙ্‌ভক্লজবা মওঙ্‌—মপুরোম্নবা লকবা ফংজবদগী লৈপাক লৈমনা হুবাউজবা মতৌ—মীরমলেম্না লাইরেবাক্তগী

হেয়া চাওখৎপা মশক—তাইবঙ্ নূপীশিংনা মমিং পানজবগী মটৈ য়ানবা মতে—মটৈ পূরমকা মকম অমত্তদা পূম্না লৈবা মশক—লাইবক কবা হায়বহুগী মরম ওইবা অমদি মীওইবগী করবা লোনচৎ—পূরমক অসি নহাকস্থু ঐগুম্না মহাকপু উরগা হেক্তমক থঙ্জমককনি নিঙ্হুনা ঐনা মাবু নম হাহুনা মকম অসিদা পুরকপনি।

হয়া হয়া ঐনা মভোন্দা নঙ্গী নশক নচু তাক্লবনি, মরম অহুনা উরবদা ভাষরিবনি হায়হুনা ইকাই হংগোইবা অহুগা শকথঙ্নত্রিবনি হায়না থাজদবা অমস্তুং মরমচৎ মতৌ থঙত্রিবনা চিংনকম থোকপা—অহু পূরমক থাদোক্তুনা নঙ্না ঐভোন্দা চৎপা শাজং অহু মভোন্দস্থু উৎলু।

মহাকস্থু নঙ্গী য়াইকনবা খনবা মীনি, মরূপনি অমস্তুং লম্নাইগী ওইবা মীওইনি হায়না খঙউ" অস্তুম হায়না মহাশ্বেতানা তাক্লবদা চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীবু খুরুমলে।

(চ-ট) কাদম্বরীনা চন্দ্রাপীড়বু মিৎচিনা হুংশিবা মিৎয়েং য়েংলকলে,—শাংলবী মিংকী নাকন্দা মাগী মিংনহা থৈরকলে অমস্তুং অস্তুম তৌবদা বারহুনা হমাং মরীক মরীক মান্না হুংভাইবা ঈরা মরীক মরীক নাস্থরকলে।

ভয়াং ভয়াংবা উফুন মরীকুম্না মাগী থম্মোইনা চন্দ্রাপীড় ভম্না খুনা পাইশিন-খ্রবদা মাগী নিঙ্থিবা মায়থোংদা অভোবা থাবলনা মেঙ্না লৈত্তেংখ্রে।

"মীনা খুরুম্নক্রিবসি ওক্তুনা খুরুম্মু" হায়না মাগী মকোক্তা য়াথং পীনবা ওইনা কাদম্বরীনা মথকলোমদা পীশূম নামা হাইগৎলকলে।

হকাম চনবা হৌরকপনা য়া ভাঙ্বা ঙমত্রবী মায়থোং ভম্না হাইগৎলকপা, য়েৎকী মথুক্তা শিরিবা মণি অশংবগী থুদোপ অহুগী মভাম্না মথুক্তা পানা থিলি মত্তপ অমা পায়রবগুম উরি।

হমাংনা চামথোকথিবদগী অমুক্কা হেয়া তরু তরুবা হেল্লক্লবী, ভথোং ভথোংগী মশা অহুদা চন্দ্রাপীড়গী মমি তারিবহু উরগা কামদেবনা মাগী মশা অপূম্বদা শীনবা খুংনা লৈরবগুমলি।

কাদম্বরীনা থোঙ্বীনা লৈমায় তক্পদা থোক্লকপা মাণগী নূপুর খোজেল অহুনা চিংশিল্লকপা চন্দ্রাপীড়না মাগী মথোঙ্গী খূজীন মথৈদা তুশিল্লবগুম তৌরি।

চন্দ্রাপীড়বু য়েংজনিঙ্বী কাদম্বরীগী থম্মোইনা খুনা য়াঙ্না চেনথিহুনা মহাকপু কৌশিল্লুবদগী, কাদম্বরীগী মথবাক্তা চন্দ্রাপীড়বু মশক উবগুম তৌরকলে।

থম্বান অশংবা লৈকামানবী নিঙ্থিবী মিৎস্না অনিমক্লা চন্দ্রাপীড়বু থকচিল্লু-বদগী কাদম্বরীগী চায়রুংদস্থু চন্দ্রাপীড়বু উবা ফংলকলে।

অদুগা লৈরমলিবী লৈশাবী পুন্নমক অহুনা অঙকপগা লোয়ননা চন্দ্ৰাপীড়স্থ য়েংনরকপদা মথোয়গী মিৎনহা পুন্নমক অহুনা মিৎচি য়োনখিহুনা নাপনাচোকশিংদা ইল্লিবা থোইমু মথৈগা লোয়ননা হয়াউনা কোয়রৈ লৈমিল্লখ্রে।

(ৰ-দ) কাদম্বরীস্থ, মথল মথা অয়াম্বা নিঙ্থিবা শাখেক লোয়ননা চন্দ্ৰাপীড়স্থ থুরুম্নগা কাংথোন মথক্তা মহাশ্বেতাগা ফম্মিয়খ্রে।

মনাই নুপী অমনা খুনা য়াঙনা কাদম্বরীগী-হিপনফম-অহুগী-লুখুম-লোমদা-থাম্নিবা-সনানা-মথোঙপানবা মথক্তা-ফীজৌ-কুপ্পা-পিক্তক-ত্তোবা-কাল অমদী মথক্তা চন্দ্ৰাপীড়স্থ ফমলে।

থোঙশঙবশিংনা কাদম্বরীগী মপূক থঙবদগী অমদি মহাশ্বেতানস্থ হায়বদগী অয়াঙবা থিংবগী খুদম ওইনা য়েক থোৎলবা মচীন্না মখূৎ খমহুনা, মায়কৈ পুন্নমক্তা নিল্লম্বা বাঁশীগী খোজেন, বীণাগী মথোল অমদি লৈশী লৈথোনবী নুপীশিংগী জয়ধ্বনি পুন্নমক থিংখ্রে।

মনাইস্নুবী অমনা থুনা পুশিল্লকপা ঈশিংনা কাদম্বরীনা মশামক হৌপহুনা মহাশ্বেতাগী মথোঙ অনিমক হামদোক্লগা মশাগী ইল্লিবা ফিনা তৈথোক্লুনা লোইরবদা অমুক হন্না কাংথোন মথক্তা ফমখ্রে। অমরোমদা, কাদম্বরীগা মশক মজৌ মান্নবী, মথরায় মক্তা মান্ননা চান্নজবী অমদি য়োনা থাজবী "মদলেখা" হায়না কৌবী মাগী মতা অমনা চন্দ্ৰাপীড়বু মশানা য়াত্রবস্থ নমহুনা মথোঙচামথোক্লরে।

মথংদা মমাশ্বেতানা, নাপ-লৈতেং-মঙাম্না ঙাল্লবী কাদম্বরীগী লেংজুমদা মখুৎনা মুংশিনা নানবীবা হৌরকলে; থোইমুনা কায়দোংবীরবগী অন্নবনা লৈমায়দা তাজখ্রবী কাদম্বরীগী মনাদা চিল্লম্বা লৈ অহু মহাশ্বেতানা লোথঙনা অমুক হন্না থেৎচিনবীরে; চামর হুম্বদা মুংশিংনা হুমদোরকপা শমজোইশিং অহু শেমজিনবীরে—অস্তুম তৌহুনা মহাশ্বেতানা কাদম্বরীগী য়াইফ-পাউহংলকলে।

ময়ুম থাদোক্তনা লেঙদনা লৈবদগী মহাশ্বেতাগী মকাদা লঙজরবীনি থন্নবী কাদম্বরীনা—মানা ইমুং মুংঙাইনা লৈথোকপা মতৌদা মথন্তা ইকাইজরহুনা ইকাইরপ তৌনা অমদি মুংশিনা মশাগী মপাউ তমজরকই—

মহাশ্বেতাবু উবদা মথরাই মুংঙাইত্রবী কাদম্বরীনা মাগী মায়থোং অন্না অস্তুম য়েংজরিঙৈদা কাম কৌবা লাইনা চন্দ্ৰাপীড়বু অয়াবা পীননবগীদমক মাগী নীরুং অহু কোনশিন্দুনা মহুনা কাদম্বরীগী মমিৎ অনিমক কোংশিল্লগা চন্দ্ৰাপীড়রোমদা পুশিল্লকুনা মিৎনহা অনিমক্তা মিৎমৈদা হন্না হন্না তথক তথক তৌহুনা লৈখিবগী

পীশুম অনিগী কারক অদুবু মওঙ্ অমা ওইনা নিঙ্খিজহল্লি—কাদম্বরীনা অসিগুম্বী মমিং অমি অসিবু থিংজবা ঙমখিদে।

মতম অসিমক্তনা, মনাক্তা লৈবী মতা অমগী চায়রুংদা চন্দ্রাপীড়গী মমি তাবা উবদগী কল্লক থম্মন চাউরবী কাদম্বরীগী মশাদা তুজুং মানজুংনবরা কল্লোক কল্লিন তৌরক্লবা মথবাক্তগী চন্দ্রাপীড়গী মমি অচুনস্থু মূংথ্রবদা, কায়না মৈশা লাংহুনা মথবাক্তগী শিঙ্গরকপা হুমাংনা মহি চেম্থোরক্তুনা অশাবা লাইগী মশক লৌরক্লবদা মচুদা তারবা চন্দ্রাপীড়গী মমি অচুবু উরগা লোম্নবী নূপীগুম থল্লকলে, চন্দ্রাপীড়না মাবু য়েংবদা মমিং কুপ্লিবচুবু উরগা কাদম্বরীনা মশাবু মরাইবক থীবী অমা ওইনা নিঙ্খ্রে; মাগী মিংম্নাদগী শিঙ্গরকপা মুংঙাইবা ঈরা অচুনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংজবদা অপনবা ওইহনবদগী কাদম্বরীনা মমিং উদবা মীগী অম্রাবা ফংথরে।

অস্থুম্না ঙাইহাক লৈরগা কাদম্বরীনা মহাশ্বেতাদা পানা লানগে
(ব-ষ) তৌরকপদা মহাশ্বেতানা হায়রকই—"ইভা! নৌনা লাকপা চন্দ্রাপীড়বু ঐথোয় পূম্নমক্না ইকাই খুম্নফম থোকই, মরম অচুনা মহাকপু পানা লাল্লু।" হায়বা অসিদা কাদম্বরীনা মমায় হাইফেং লৈথোক্তুনা লুকথরগা মরোল শেংকাক্তনা তপ্না তপ্না হায়রকই—"চান্নবী! মাগা ঐগদি থঙ্নদ্রিবা ওইবনা নমজা হাজানবা মতৌ ভৌবচু ইকাইজৈ, মরম অচুনা নহাক্না থরা লানবিয়ু।"

মহাশ্বেতানা মতম কুইনা হম্না হম্না অস্থুম তক্লরবদা কাদম্বরীনা লাল্লগে হায়না থল্লক্তুনা খুমক নূপী মতৌগুম, মমিংতি মহাশ্বেতাদা অচুম্মক থম্নগা পানা পায়বা মথুং অচুতমক অস্থুম তিংথোরকপদা মশা থক থক নিক্লকলে, মমিং তথক তথকলে, শোর চাউনা চাউনা হোল্লকলে অমস্থুং কামদেবনা মাগী তেনগী চৈনা ফংবদা ষাম্বরবী কাদম্বরীবু মশা পূম্নমক হুমাংনা ঈক্লজথোকপিরকপদা মচুদা লুপথ্রগনি হায়না কিজরবী কাদম্বরীনা "কিবনা ঐ তুগদোয়ে" হায়না মথুং তিংথোক্তুনা কনাগুম্বগী মথুং লায়কপগুম্না চন্দ্রাপীড়গী মশা শোক্লবা হোংমজরকলে।

চন্দ্রাপীড়স্থু পানা লৌনবগীদমক, শায়ু য়াইশগী মকোক নাল্লুবদগী সিন্দুর পল্লকপগুম্না ওঙাং ওঙাংলবা মথুং অচু তিংথোরকলে।

মশম পায়চুনা চিংথুবীরুবী য়েক্লবগী লক্ষ্মীনা কম্না মতৌ উবদগী অমুক মুংশি-থীরক্লহুনা মপি তৈথোকপীরুবদা কাজল তৈরকপা মানবা তোয়না লীরী চিংমনবদগী চৈথিবা অশংবা থুদম থরস্থু মাগী মথুং অচুদা লৈরি।

অরংবা খুজীন মঙাল্লা যৈথদা মপোপ কজনা অমদি ভশাং ঙ-শাংনা উরবা খুৎচাশিং অহুনা নোকপগুম তৌরি।

চন্দ্রাপীড়গী অহুগুম্বা মখুৎ অহুনা কাদম্বরীবু শোকচনিঙ্বনা অত্তোপ্পা খুৎচা মতা অহুগুম্না মশাগী ইন্দ্রিমঙামকম্ব অনুরাগনা ইথন থনথি।

মতম অহুদা ইরা য়াদনা ফংজরবা কাদম্বরীগী নিঙ্থিজবী মত্তৌ অহুবু য়েংজ-নিঙ্বনা লাঙ্তক্লবা অনুরাগ মথল পূম্নমক্না থংঙমদবা মকমদগী পুন্নপ লাক্লুনা মাগী থম্মোই লাংগোয় চন্নরে।

অম্মুম তৌনা কাদম্বরীনা মখুৎ তিংথোক্লুনা চন্দ্রাপীড়গী মখুত্তা পানা লাল্লক-পদা মমিৎথি য়াওদনা চন্দ্রাপীড়গী মখুৎ থিরুনবগীদমক মশাগী খুজীন মঙানবু হায়া মাঙ্থাহন্দুনা শূনদা ভিংথোরক্লে। চন্দ্রাপীড়বু তরাম তরাম কৌবগুম তনিক তনিকপী মখুত্তগী খুজী মথোল থোকখ্রে—মশাদগী হুমাং মহি চেম্বহন্দুনা "কাম-দেবগ। পীনবা ননাইন্সুবী অসিবু কৌশিনবীয়" হায়না মথত্তা কথোকচবগুম অমদি "চসিদগী হৌদুনা ঐগী থরায়দি নঙ্গী নখুত্তা লৈরবনি" অম্মুম হায়হুনা চন্দ্রাপীড়গী মখুত্তা মথরায় হকচাং শিন্নজবগুম তৌখ্রে।

অম্মুম তৌনা কাদম্বরীনা পানা লাল্লগা মখুৎ চিংশিল্লক্লেদি হায়রবু—চন্দ্রা-পীড়গা শোক্লজবা ফংনবগীদমক হান্নদি খুৎকী মতুং ইন্নুবী, কামগী তেম্না মচেৎ মচেৎ তায়রবী মাগী থমোই অহুগা পাংথক ওইনা মণিগী খুজী অমথক্তি মহাক মশানা থঙদনা তাহোরে। মথংদা কাদম্বরীনা মহাশ্বেতাদম্ব অত্তোপ্পা ক্না মতপ অমা লানখ্রে।

(ঘ-চ) অহুগী তুংদা ইথঙ্ থঙহৌদনা তেনরা অমোম অমথক তক্লিং তক্লিং চঙ্লকলে ; তেনরা লাবা অমনা মাগী মতুংদা তপ্লপ্ তপ্লপ্ ইন্নকলি। লাবা অহুগী মঙক্তা অশংবা, নাপু অমদি অভাঙ্বা মচুগী পরেং অহমথক্লা চূম-থাঙ্গুম কোয়শিন্দ্না লাংলি, মচীন্না পোহাল অঙাংবা মচুনি অহুগা মশা অনিমক্লা মপি অশংবগুম মঙান ফাওরি ; অমোম অহুগীম্ব মথোঙ্ অনিমক অহু থম্বাল অভৌবগী লৈরীকুম্না নাপু হাইক্কেৎ মাল্লি, মচীন্না লৈহাউ অপোম্বগী নাপু মচু অক্লমকনি, অহুগা মশাগী মচুনা থম্বাল অশংবগী লৈকাগুম শংমুনবনা নোংদম্বা লাইনা মহাকপু লৈ-ভাক্লুনা শেম্বিরকপা মাল্লি। তেনরা অমোম অহুনা শাউনা হায়রকই—

"মজাইবেম্মা। কাদম্বরী। মথক্তনা মশাবু ময়াইবক কবা মপোকনি হায়না কায়ন তুরন থজবা শাবা, থোয়চং-য়াংচংনথা, উচেক মরক্তগী থ্ায়দগী হেন্নম্ব তোক্লবা তেনরা অসিনা ঐগী ইতুং কোয়িন ইম্নহুনা লাকলে— নহাক্না মসিবু

থাঙ্গীজ্রিবা করিগীনো ? মসিনা ঐবু কাগদবগী তোবদা নঙ্নস্থু খোশাবীজ্রবদি ঐ লেপ্পমক থৱায় থাথিগনি—নখোঙ্ শোক্তুনা শেংনা হাশকলিবসিনি।" মাগী মাহৈশিং অসি তাবদা কাদম্বরীনা মোমোন নোক্লকই।

তৌইগুম্বস্নং মহাশ্বেতাদি মখোয়গী মরমদা করিস্থু থঙ্দবনা মদলেখাদা হংলকই—"মসিনা হায়রিবসি করিনো ?" মদলেখানা খুম্লকই—"তেনবা অমোম অসি মজাইবেম্মগী মরূপনি, মমিংনা 'কালিন্দী' কৌই ; অদুগা লাবা অসিনা "পরি-হাস" হায়না কৌই। কাদম্বরীনা কালিন্দীবু পরিহাসত্তা লুহোঙ্বিথিবনি। অসি অয়ুক অঙনবদা কাদম্বরীগী কাগোক থনবী "তমালিকা" অসিনা মথস্তা তায়রিউদা "পরিহাসনা" করিনো অমা হায়পিবা মতমদা কালিন্দী অসিনা উচ্ছোবদগী কল্পকথম্বন য়াথম্না শাউদুনা পরিহাসকী মনাক নকথিজ্রে, কৌনবা তাঙ্নবা তৌথিজ্রে, মশা শোক্ল শম্নথিজ্রে, করি অমুক হায়রুগনি, মতোন্দা মিংচিনা কাওবা য়েংথিজ্রে—ঐখোয় পূম্নমক্না মহাকপু হয়াউহন্নবা কম্না হোংনৈ অদুবু মাগী অশাউবদি হজীকস্থু নেমজ্রি।

মাহৈশিং অসি তাবদা নোক্লিঙ্লবা চন্দ্রাপীড়না চায়ক্ল অনিগী ময়ায় থংবা শরুকপু নিকহন্দুনা হাইফেং নোক্ল নোক্লা হায়রকই— হায়রিবসি অচুম্বনি, মরমদি—"পরিহাস হায়না কৌবা তেনবা অসিনা কাদম্বরী দেবীগী কাগোক থনবী তমালিকাবু খোয়দাক্তবদগী কনাস্থু থঙ্দনা তাঙ্গা য়েংদুনা অস্থুম লৈরক্লিবা কুইরক্লবনি হায়নসি সনা কোল্ল অসিদা নাকোঙ্ মবং মথং তানরক্লবা য়াক্মনি,—কোম্নুংগী মীশিংনস্থু হায়নরি, মপানগী মানস্থু শোম্নার, মায়কৈ পূম্নমক্তস্থু য়া য়া লাউনহুনা য়াকম অসিতনা নিম্নার, অদুগা ঐাপাম্নমকস্থু য়াকম অসি তশেংনমক তারকই। মরম অদুনা নুংশি হেত্রবা পরিহাস অসনা মশাগী নুপীবু থাদোক্লগা ইকাই থঙ্দ্রবী তমালিকা অসিগা লৌমিন্নরি ; মতুস্থু লেরসত্ত ; অদুবু কাদম্বরী দেবীনা তম্নাং তশোইগনবী ফজ্রবী মনাইস্থবী আসবু য়ারস্তুনা থামজিনবীজ্রিবসিনা করি মতৌনো ?

মরাইবক থীরবী কালিন্দী অসিবু লমচং নাইদবা অসিগুম্বা উচেক অমদা থাজবিথিবনা দেবী কাদম্বরীনা কালিন্দীবু হায়দগী নুংশিবীরক্তে হায়বা উংপিরি।

হজীক মসিনা তৌজগদবা করিনো ? হায়বদি অসিনি—লোম্নবী অমা ওইবা হায়বসি নুপীশিংগীদি শাউজনিঙাই ওইবা, মপুক শমনবা মরমনি অমস্থুং খোশাবীদনবা মশাক্কি।

কালিন্দী অসিমক্তি ওম্মোক্লা মপুক ঈংজবী নুপীনি ; মরমদি—অসিয়ৌনা মরাইবক থীহুনা ভরক অশোজরবা অসি ফাওবদা হু থকুনা নত্রগা মৈদা চোং-শিন্দুনা অমদি চরা হেন্দুনা মথন্তা শিজনবা থৌরাং তৌজন্ত্রি। নুপীশিংগীদি অসিগুম্না মপূক্লিঙ্ ভয়াং তশোইনবা মরম অতৈ অমা থক লৈত্রবনি।

অসি য়ৌনা মরাল হক্লবা অসিমক্তদা চুম্নগী থরদং হায়জ চৎচ তৌবত্তদা কালিন্দীনা অমুক হন্না পরিহাসকা তিন্নথিবা থোক্লবদি মহাক কনিস্থ কায়ত্রে, মাগী চন্নফম লৈত্রে, লাম্নিঙৈদগী মাবু থাদোকফম থোকলে অমস্তুং থৌনা চৈন্থুনা তাম্বোকথিবনহুম মতিক চায়ে।

অহুগা মহুমক ওইথিবা থোক্লবদি কালিন্দীগা ওনশিন্নহুনা য়া ডাঙ্নবীগদবা কনা য়াওরি ? কনানা মাবু হন্না য়েংবীগনি ? কনানা মমিং শোম্নবিগনি ?" চন্দ্রাপীড়না অস্তুম্না ফাগি তৌবদা কাদম্বরীনা চিংহুনা লৈশাবী পূম্নমক অহু হরাউনা নোক্লকলে।

(ছ) চন্দ্রাপীড়গী ফাগি অসি তারগা পরিহাসনা হায়রকই—"লৌনম তৌবা নিংথৌ মচা ! মসিস্থ য়াম্না হৈ-শিংবীনি ; মানা কনমক ঈরাংপুবী ওইরবস্থ, নহাক্লা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা মাবু নমথাক তৌবদি থক ভমগদবা লৈতে। মরমদি—মহাকস্থ ফাগি পূম্নমক লেংনা থংই ; মহাক মশামকস্থ মী লঙ্নবা য়াম্না হৈ অহুগা নিংথৌ-কোন-ভগা মরী লৈনবনা হিরম পূম্নমক্তস্থ য়াম্না শিংবীনি। মরম অহুনা মথা তারকস্থ, মহাক অসি প্রজা অমনা লঙ্নবদা মতিক চাবী মীওই নত্তে ; অহুগা য়াভাঙ্ থুস্বী তেনরা অমোম অসিস্থ করিনা মীবু শাউহনগদগে, করম্না হরাউহনগদগে হায়বগী তাঞ্জা, মেঞ্জা, মরম, মহুগী মচাং, মফম অমস্তুং মতাং—পূম্নমক শিং শিংনা থঙ্বীনি।"

(জ-ঝ) মতম অসিদা সঙ্গাই শঙ্বী লাক্লুনা মহাশ্বেতাদা হায়রকই—"ইবেম্মা ! মহারাজ চিত্ররথ অমস্তুং মহারাণী মদিরানা ইবেম্মবু কৌরি।" পাউ অসি তাবদা চৎকে নিঙ্লবা মহাশ্বেতানা কাদম্বরীদা হংলকই—"ইতা ! চন্দ্রাপীড়দি কদাইদা লৈগনি ?" মতম অহুদা কাদম্বরীনা নোক্লা নোক্লা মথন্তা থঞ্জরকই—"মশাং লাকভমত্রবী নুপীশিংগী থম্মোইদা লৈরবা অসি মক্তদস্থ মাগী মনিঙ্ থুংলমথিরোইত্রা ?" কোংনা হায়রকই—"ইতা মহাশ্বেতা ! নঙ্না অহুম্না হায়রিবদি করিগীনো ? নিঙ্থিবা মত্তোনা মরম ওইহুনা অহানবা হেক উজবা ফংবদগী হৌনা মানা ঐগী ইশা অসিমীস্থ মবুংতো ওইখ্রবনি ; মরম অহুনা ইয়ুম, ইঙ্কন ইথুম অমদি ইনাই ইশনগী মরমদদি করি অমুক হায়রফম লৈরিবগে। নহাক্লা লৈবীনিঙ্বা নত্রগা নহাক্লা লৈহনিঙ্বা মফমদা লৈবীলসু।"

মহু তারগা মহাশ্বেতানা হায়রকই—"অহু ওইরবদি নঙ্গী দলান ময়াগী লৈকোন্দা লৈবা শাম-পুংগী মণি মন্দির অসিদা মাগী লৈকম ওইরসনু—" অমুম্মা হায়রয়গা গন্ধর্ব নিংথৌগা উম্মকনবগীদমক চৎখ্রে। চন্দ্রাপীড়সু মাগা থোকমিন্নথিহুনা শাম পুং মথক্তা লৈবা মণিগী সঙ্গাই অহু তমখ্রে—হায়দগী থঙনরবা কেয়ুরকনা চন্দ্রাপীড়বু লমজিংথি অমসুং কাদম্বরীনা চন্দ্রাপীড়বু মপুক্কিঙ্ শুংঙাইনা লৈহনবগীদমক লৈশাবী থরা থাথিনবা য়াথং পীবা মতুংইন্না থোঙ্শংবীনা থাখিবী বীণাথোংবী, বঁশী থোংবদা হৈশিংবী, ঈশৈ শকপী, চৌবর শান্নবা পাম্বী, পোরমমুম্না থঙ্বী, লাইয়েকপা হৈবী অমসুং নিঙ্থিবা শৈরেং পাবা হৈবী অসিগুম্বী লৈশাবী থরসু চন্দ্রাপীডগী থৌগলগীদমক ইন্নকথি।

চন্দ্রাপীডনা চংখ্রবদা কাদম্বরীনা মতাশিং অমদি মনাইশিং অমাম্বা
( ঞ ) পুম্নমকপু চংহনখ্রগা মনাই থরদং লোয়ননা দলান মথক্তা কাথংখ্রে। মকম অহু য়োরগা ফম্মুংথক্তা হিকথরবদা থৌগল তৌবিরী মনাইশিং অহুনা য়াম্না নোম্লক্লা অমদি থাপতক্লা লৈহুনা মাবু পেলহম্লবা অমুম তৌহুনা লৈখ্রবদা মকম ইথঙ্ খঙহৌদনা জ্ঞান থংতা তারক্লবদদি মশা মথন্তা য়াম্না হেন্না ঈকাইজরকলে; মরমদি "তয়াং তশোইবী। নঙ্না হৌগংলিবহু করি য়াগনো" হায়হুনা ঈকাইবনা মহাকপু ওৎপা হৌরকলে। অদুগা—"গন্ধর্ব নিংথৌনা পোকপী! নঙ্মক্কু মসুম তৌবা হৌনবরা" হায়হুনা নোম্লকপনা মহাকপু চৈহৎপিররে।—"হৈ শিংদবী ইপঙ্ পঙজবী! অঙাং ওইবী নতৌদি কৈদা চংখ্রে" হায়হুনা পঙ্থবনা মহাকপু ঙাঙ্লরে।—"হে লমকেং লমহাইবী! নশা মথন্তা ননিঙ্ তৌনা ফজদবা লোনচং চংকনু—" হায়না পীকলিবৈডগী অবস্থানা মহাকপু পাওমেন্নরে। "পাঙ্দবী! মসি নিংঙোল ওইবীগী লমচং নত্তে" অসি হায়হুনা অরেম্বা পূকহেন্না মাবু তাথী তাওই তৌররে। "নহকথোয়বী! অচোম্বা লোনচং চংকনু" হায়হুনা মাগী শাজংনা মাবু চৈহংলরে।—"হে অপঙবী! কাম কৌবা লাইনা নহাকপু তেরা মকোনগুম্না য়াংহল্লরেদে" হায়হুনা শাগৈ জাংনা মাবু য়ারক্লরে।—"তয়াং তশোইবী নত্তৌ অসিদি কৈদগীনো" হায়হুনা অথাঙ্ কনবনা মাবু তুহৎলরে।—"হে তৌনিঙবতা তৌবী! নঙদি ঐবু থৌশাত্রবোইরে" হায়হুনা শাগৈগী ইকাইখুম্নবনা মাবু তথি তথি তৌবীরকলে।

কাদম্বরীনা মথং মথং থম্বরকই—শুন্নাংলাংদা থুহুনা ঙসি ঐনা,
( টম ) পুম্নমক্লা চিংনবা থৌশাদনা পুক্কিঙ্গী তয়াং তশোইবা মত্তৌ ফোংদোক্লহুনা করি ওইহরে?

য়াথল থেনবী ওইবগী হৌনবা "মহাকপু হায়া অমুক্তম্ব উথিবা লৈত্রি" হায়বা অসি ফাওবা চিংনখিগ্রে। ঊকাই থঙ্দবী ইতৌনা মীনা ঐবু পূকচেন য়াংবৌনি হায়নখিগনি হায়বা অসি য়ৌনা থম্থিদে। পঙবনা মরম ওইগনা মাগী থম্মোই অহু করম্বনো হায়বস্থ য়েংগেদে। মামক্কী মিৎয়েংদা ঐ অসিবু নিঙ্থিনা উবী-রমগত্রা হায়বস্থ থলহৌগ্রে।

মানা লংনবিরবদা ঐনা কয়াগী মতিক য়াহৌপদবা ওইবা হায়বগী অকিবহুস্থ লৈথিগ্রে, গুরুজনশিংবুস্থ কিথিগ্রে—অদুগা মীনা থীনা ডাঙ্নগনি হায়বগীস্থ চিংনবা লৈথিগ্রে। মহাশ্বেতানা কয়াগী মতিক য়ানা মতম লেপ্লিবা, ঐনা পূকচেল পীকপী ওইবনা মতুস্থ হয়া য়েংলুগ্রে অদুগা ইনাক্তা লৈবী মরূপ মপিজাশিংনস্থ ঐবুতা য়েংনরে হায়বা অসি ফাওবা ইপঙ্ পঙ্না ঐনা থঙ্থিগ্রে অমস্তুং থৌগল চঙ্লিবী মীনাই মীশনশিং ফাওবনা ঐবু য়েংনবগী মতৌ অহু ফাওবা ঐনা জ্ঞান মাঙ্থিবদগী উহৌগ্রে।

মবুদ্ধি থেনখ্রবা মী ফাওবনা ঐগী ডাইঙমথিদবী ইতৌ অদূবু লায়না থঙ্ন-খ্রবনি, মরম অহুনা মশামক্তা, মুংশি ফু'ওনগী মরম মূয়া থঙ্লবী মহাশ্বেতা অমদি কলাবিত্তা পূয়মক চঙ্গোয়া হৈরবী ইতাশিং অমস্তুং মতম পূয়মক্তা নিংথৌ-কোন-ডদা লৈরক্লবনা হিরম থূদিঙ মক্তা হৈথোক্ত শিংথোক্তরবী নিংথেমস্তুবীশিং— মথোয় অসিনদি কমদৌরমগদগে?

অসিগুম্বা থোদোক অসিদদি সঙ্গাইশঙ্বী মীনাইম্নুবীশিংগী মিৎয়েংদি থোইদোক্তা হেন্না তৈশিংলিবনি।

ঐনা ভৌজরকপা পুণ্যগী শরুক য়ামদবনা থমথেংনা ইশাগী লৈথা তাবা ওইরিবন্, অম্নুক ইকাইবা নংনা হিংগদবগী শরুকপুদি ডসিমক শিজথিবনা হেয়া ফরে—য়া অসি তারগা ইমানা করি হায়গনি, অপোকপা ইপানা করি ভাকপিরকনি অদুগা গন্ধর্ব মশৈনস্থ অমুক করি হায়নথিগনি। ঐনা হুজীক ভৌগদবা করিনো, কোক্কবা উপায়না কদায়নো, ইরান অসিবু করিনা থুমহুনা থমগনি, লাকওম ফাওমত্রবা ইশাগী ইন্দ্রিশিংগী তপথক্ম থঙ্দ ়তৌ অসিবু—কামদেবনা থম্মোই চাকথেকহন্দুনা অফা অপুন্নরবী ঐনা কনাগী মকাদ চত্তুনা ভমলুগগনি?

মহাশ্বেতাগা তিন্নকুবদগী মাগুম্না ভৌগনি হায়নস্থ য়াশক থোক্লুরে, ইমাম্মবী-শিংদস্থ মহু ফোংদোকগ্রে, অদুগা য়াকম অসিমক কেয়ূরকপুস্থ হায়দোকহল্লুরে।

ঐবু নমথাক ভৌনবা চন্দ্রাপীড়বু পুশিন্নক্লিবসি নোংদম থীবা বিথিনরা, কত্রবা কাম কৌবা লাইনরা, মপোক অমদা লঙ্শিন্নকপা ইপাপ্নরা, কত্রবা অশিবগী

লাই থম হায়বা অহুনগ্না নত্রগা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা তৌবগ্না হায়র্বসি ঐনা লাইবক থীবী অমা ওইবদগী করিস্নু থগু-জবা ঙমখিদ্রে ।

অমুক্তম্ব উজখিদ্রিবা, অতোপ্পা করিগুম্বা মওঙ্ অমত্তদস্নু থগু-নবা মরম লৈরক্তি-বা, অমুক্তস্নু থনখিদ্রিবা, ওইরকপা মাই হায়নস্নু নিঙ্জরমদবা—হায়-কম তম্বকম থগু-দবা মী অমনা নমথাক তৌহুনা, মাবু হেক উবমক্তদা ইশাগী ইত্রি পুম্নমক্কা ইথোঙ্ ইথুং পুম্নমক পুনশিন্‌-না ঐবু হেক্কমক কথোকপিথিবগুম, কাম কৌবা লাইনা, মাগী তেনতনা শাবা পোন মম্নংদা ঐবু ফাজিন্দুনা থম্নপা পীথোক-পিথিবগুম, অনুরাগনা ঐবু মাগী মম'ঈ ওইহন্দুনা অথেন-পোৎ ওইনা লাম্থোক-খিবগুম অমদি থম্মোইনা ঐগী ইমল ওইনা মডোন্দগী মগুণগী মশক ওইরবা মমল লৌহুনা য়োম্থোকপিগ্রবগুম্না ঐবু মাগী শীজিন্নিঙ-বদা শীজিন্নবা মাবা পোৎ অমা ওইহনখ্রে ।

ওইনিঙ্-বা ওইরসম্নু—"মপূক্ক লেপ্তবা নিংথৌমচাক্তবু করি কান্নগবনো" অসি হায়না মিৎকূপ অমত্তং থল্লুবতদা নিকপা হৌরক্লব কাদম্বরীগী থম্মোই লকাম্নুংদা লৈত্তাক্তনা লৈরম্নবা, থম্মোই নিক্-পদা মাস্নু য়াওনা নিক্লবা চন্দ্রাপীড় অহুনা লঙ্-নরক্ই—"নঙ্গী করিস্নু কান্নবা লৈত্রবদি ঐ চৎলেকো ।" অস্নুম তৌনা চন্দ্রাপীড়বু থাদোকে থল্লকপা মতম অসিদা মশাগী মথরায়স্নু থোরক্লুনা মাগী মথৌরীদ কোল্লগা হংলকই—"অহুদি ঐবুস্নু চৎলো হায়ববা ?" তাঙ্গা মান্নুনা থোরক্লুনা মিৎকী পিনস্নু হায়রকই—"হাই, থেন্নবা মশক থগু-দবী । নমিৎ অনিমক শেংনা চামথোক্লগা অমুকস্নু য়েংউ—মহাক অসি নঙ্-না লৎনবদা মতিকচাবা মীওইরা ?" অহুগা কামদেবনস্নু চৈহত্‌-না হায়রকই—"কাদম্বরী । ঐনা নঙ্গী নথরায়গা লোয়ননা অথাঙ্ কনবী নশাগী নাপল অহুস্নু লৌথোক্লবনি ।" মরমশিং অসিদগী কাদম্বরীগী থম্মোই অহু হান্নগুম্না অমুক হন্ন: চন্দ্রাপীড়দা ওনশিল্লকলে ।

অস্নুম্না কাদম্বরীগী থাঙ হৈবা মপাংগল মাঙ্-খ্রবদা, মুংশি মুংওননা লাক-হত্‌-না মশা ইচোক চোকথরবদগী মীথা পোল্লবীগুম হোৌগৎখিহুনা মীহুথোঙ্-দা লেপ্পগা শান্ন-পুং তম্না য়েংলকলে ।

কিবম অসিদা লৈরবী কাদম্বরীনা মুংঙাইবা ঈন্নানা মিংয়েং থৎখিগনি হান্নুনা কিজহুনা মপূক্লিঙ্-তনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংজরকলে—মিংনদি নৎখিদ্রে ।

মথুক্তগী চেস্থখিবা হুমাং মহিনা চোংথোকখিগনি খুন্দুনা ভুলিনা য়েকপগী মহুত্তা রাথস্তনা চন্দ্রাপীড়গী শকুম য়েকচখ্রে ।

মশাগী হয়াউ-ভুজুংনা ময়ক থনখিগনি হায়না মুংশা থীরবী কাদম্বরীনা মথাদা কোনশিল্লগা তোক্তুনা মপুক্কিঙ্‌তনা চন্দ্রাপীড়বু কোনশিন্নরকলে।

চন্দ্রাপীড়গা উমজনিঙ্‌বনা হেক্কিল্লকুনা থাংডমজগ্রবী কাদম্বরীনা মীনাই মীশনগী মহুত্তা মশাগী পুক্কিঙ্‌বু হংগং হন্দা চংনবা পাথোগ্লোয় ওইহনখ্রে।

(য-ক-ছ) অশোমদা চন্দ্রাপীড়স্তু, অনিগুবী কাদম্বরীগী থম্মোই লকাগুম— অপনবা নৈতনা চংখিক্তুনা মণিগী সঙ্গাই অন্থদা চঙ্‌শিনখ্রে। মকম অহুদা, মথক্তা অথাবা ফি অয়াংবা অমা পাক্লা থায়গা নাকল অনিমক্তা মোন ময়াম থম্বা অত্তগুম্বা মণিগী নূংপাক অমগী মথক্তা হিপ্লবদা কেয়ূরকনা চঙ্‌শিল্লকুনা কম্লগা মথোঙ্‌ অনিমক মতম্বাক্তা থাংগত্তুনা নোইবা হৌরকলে অমস্তুং নৈশাবীশিং অহুস্তু চঙ্‌শিল্লকুনা মাবু ঈকোয় কোয়শিন্দুনা কম্লয়ে। ফিবম অসিদা চন্দ্রাপীড়না চিংনবা য়াথঙ্গ কয়া মথং মথং খন্থরকই—

"গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মজাইবেম্মা কাদম্বরী অসিগী অসিগুম্বী মওঙ্‌ মতৌশিং অসিবু মহৌশাদগী অস্লম্মক মী খুদিঙ্‌মক্তী থম্মোই হুয়কপা ওইরিগদ্রা? নত্রগা—ভগবান কামদেবনা, মাবু নিঙ্‌জক্তত্রবমকস্তু মশা মথন্তুনা পেনবিত্তুনা ঐতঙ্গী হকাদা তৌহনবীরিবরা? মরমদি—মহাক্লা ঐঙোন্দা থোইথোয়বা মিৎয়েংনা য়েংলকথিবা মতম অন্তদা মাগী মিৎস্নাদা হুংঙাইবা ঈরা উংথি, মিৎয়েং অন্তনা অনুরাগ কোংদোকথি—, মাগী থম্মোই লকাম্নুংদা কামদেবনা-কাপশিল্লকপা নৈগী-তেন্দগী-কেল্লকপা নৈরীক-চঙ্‌থিত্তুনা মমিৎ নাহল্লবগুম মাগী মিৎমৈ অহু উইশিনাথ।

অদুগা ঐনা মঙোন্দা য়েংশিনথিবা মতমদনা, ঈকাইজবনা-- অকূপ্পা-লংলানা শাবা-ফিগুম্না মোমোন-নোকপা মী-নোক্তা অঙোবা মঙালনা মশা অপুম্বা শীন থুংখি।

অদুগা হকাইবনা ঐঙোন্দগী মমায় নৈথোক্লগ', ঐগী হমি তাহম্নবগীদমক ওইনা মাগী চায়কুংগী মশক ওইরবা মিংশেন অহু ঐঙোম্লোমদা উংলকখি।

ঐবু, মাগী থম্মোই লকাদা য়াত্তাকম পীত্তনা অহানবা লঙ্‌জথিবা মরাল অদুবু মাগী হিপ্লফমদা মশাগী থুজীম্না নৈই ওইনা য়েকশিন্দুনা থমখি।

ঐঙোন্দা পানা লানবা মঙমদা য়াবনা নিকখিবা মথূং অদুবু থম্বাল অঙাঙ্‌বী ওইরবোই নিঙ্‌হুনা থোইমু ময়াম পাইশিল্লকথিবনা, তমাল মনা অনৌবা পায়-বগুম নিঙ্‌থিজবী অহুগুম্বী মথূং অহুনা হুমাং পাথংলবী মাগী মায়থোংবু মথন্তা হুমাই হুমজখি।

চন্দ্রাপীড়না অমুকস্তু খন্থরকই—মীওইবগী হোৌনশা ওইবা পুকচেম্না অসিগুম্বা

মীনম্বগী মশক ওইরবা রাথলশিং অসি থলহন্দুনা ঐবু নমথাক লাংদা থুতল্লিমাল্লে নক্সগা মথোন কাবা ময়াইনা অমদি কামদেবমক্তা ঐবু ভাওহনবা ওইরমাল্লে।

মরমদি—লায়না জাং অমনা পাথং ওইবশিংগী মমিৎপু মশেল মরাং উহন-খিবনা, নায়িকাশিংগী মপূক্লিঙদা মুংশি-মুংওন-মত্তৌ থজীক্তংক-লৈবদা মদুবু য়ায়া হকচিনবা ওইনা হেক্তমক উরকই।

ঈশিংনা থাউ মরীক অমবু পাক্লা শন্দোকহনবগুম, পাথংশিংগী মথোনকাবা ময়াইনা নায়িকাশিংগী মুংশি মুংওন-মরীক অমবুস্থ য়ায়া কা-হেয়া পাকথোক চাউথোক্লা উরকই।

মথস্তা শেমজরকপা মথল মথলগী রাথলনা লাঙতক্লবা কবি পূক্লিঙগুম—পাথংশিংগী ঊথক কাবা পূক্লিঙদস্থ মথল মথা অয়াম্বা, মশাদগী পোকচরকপা লাঙতক্লবা রাথলনা নায়িকা অতুগা লৈনবা মরম পূম্নমক ওইথোকহল্লকই।

অহৈবা লাইয়েকপা মীনা, মাগী তুলিনা পূম্নমক য়েকপা ঙম্বগুম—ময়াই কাহনবদা হৈশিংলবা কামদেবনা থম্মোই লাকহত্তুনা, পূম্নমকপু য়েকশিনবা ঙমহল্লি।

মশক ফজবানি হায়না থোয়চংনরবী ওক্তবী-নূপীশিংনা নিপা পূম্নমক্তা মশা কথোকপগুম—ফজবা শক্লা নাৱালবা পাথংশিংস্থ নায়িকা পূম্নমক্তা মপূক্লিঙ হাপ্লি।

পাথংশিংগী অপাম্বদি, মঙগুম্না ওইথোক্তবা পোৎপুস্থ উহনবা ঙম্মী।

মিৎক্রংনা ইনং নত্তবা পোৎপু অওইবা ওহনা উহনবগুম পাথংশিংগী অপাম্বস্থ ওইথোক্তবা পোৎ-তবু মমাঙদা পুশিল্লকই।

চন্দ্রাপীড়না মথা অমুক থম্থরকই—অসিগুম্বা কায়ত্রবা রাথলনা পূক্লিঙ রাহল্লুবগী করি কায়রি?—মিৎয়েং-পানবী কাদম্বরীনা অশেংবমক ঐঙোন্দা মপূক্লিঙ হাপলম্বা থোক্লবদি—নিরুদনা পীনহৈবা কাম কৌবা লাই অহুনা থুনমক মঙোন্দা ফোঙদোকপিহুনা ঐগী চিংনবা কোকহনবীবক্তনি হায়না থন্দুনা হৌগৎ-লগা চন্দ্রাপীড়না লৈশাবীশিং অতুগা লোয়ননা চৌবর শায়বা, ঈশৈ তাবা, বীণা অমদি পণব কৌবা যন্ত্র অহু থোংহুনা, করিগুম্বা চিংনরকপা স্বরগী মতাংদা মথল কয়া থোক্লা য়েংনহুনা, নিঙখিবা রাভাঙনা রারী রাতাই শানহুনা অমস্থং লৈ পরেং লেংমিয়রবনচিংথা অথোং অয়েঙগী কলা বিত্তাদা পূক্লিঙ মুংঙাইনবা হোৎনহুনা মতম লেপ্লক্লে।

মশিংগী সঙ্গাই অচুদা মওঙ্ অম্সুম্না মতম থরদং লেম্লগা লৈকোন য়েনেবগী-দমক মপাল অমুক থোরকুনা শায়-পুং মথক কাথংলকলে।

(জ-ঠ) চন্দ্রাপীড়বু মকম অচুদা উবদগী কাদম্বরীনা, 'মহাশ্বেতাহু লাক্লে, করিগুম্বা লাকপরা য়েংগে' হায়শিন্নহুনা মীহুথোঙ্ অহু থাদোক্লম্লগা অপাম-লুংশিনা থৃম্মাত্তুনা দলান মতোন্দা কাথংলকলে।

মকম অহুদা, কাদম্বরীগী মনাক্তা মনাই থরক্তমক লৈরম্মী। মনাই অমনা কাদম্বরীবু—কলা তরাত্তরক্লা তিনবা থানিনগুম-ভোরবা-সনাগী মথোক পানবা শেকপিন অমা থান্দনা মুংশা মন্ডাল থংলি, মীনাইমুবী মরিথক্লা সমুদ্র-ফেনাগুম ভোরবা চামর মরিনা মায়কৈ মরিদগী হুমহুনা মাবু হকচীক লাংহল্লি, লৈগী লৈনম মিক্তারবা থোইমু থরনা অশংবা মায়থুমকি মালহন্না মাগী কোকথক্তা কোয়না কোয়না অমুম পাইহুনা লৈবনা,—কাদম্বরীনা চন্দ্রাপীড়গী মনাক্তা অভিসার চংননবা ফিজেৎ-লৈতেং তৌবা তমলিবগুম নিঙ্হল্লি—অসিগুম্বা মওঙ্দা কাদম্বরীনা হন্না হন্না চামর মতোন কাহুনা, হন্না হন্না শেকাপন মথোক কোন্দুনা, তমালিকাগী লেংজুমদা হন্না হন্না মথুং থমহুনা, মদলেথাবু হন্না হন্না কোন্দুনা, মনাই নূপী অমগী মক্কমদা কয়ারক লৈশিন্দুনা, মিংচিনা কয়ারক য়েংহুনা, পুক্না পুকথোন (মথুপ) অহুম অহু উত্তুনা, কোয়না কোয়না অমুম চত্তুনা, থোঙ্শঙ বীগী লীচৈদা মশাগী চায়রুংনা হন্না হন্না নান্দুন, লেঙ্ঙমদ্রবা মথুংন। কয়ারক হন্না পানা মতপ লোহুনা মচানবান্দা শোক্লগা অমাদ মনাদা চিল্লম্বা থম্বাল অমনা থাবদগী চেনখ্রবী মনাইমুবী অমবু তাম্নবদা থোঙ্থাং থরদং চংলগা হন্না হন্না নোক্লুনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংজবা হৌরকলে। চন্দ্রাপীড়নসু মাবু য়েংলকলে—অসুম তৌনা য়েংনরিভৈদা মতম অমাম্বা হৌজিনগ্রে—অহুবু কাদম্বরীনা মহু করিম্ম থঙ্জবা ভমথিদে।

মথংদা, দলান মথক অহুদা থোঙ্শঙ্বী অমা কাথংলক্লুনা মহাশ্বেতা হন্নকপগী পাউ তাক্লরবদদা কাদম্বরী মথাদা কুমথরকলে।

অহুগা থোইনা ঈক্রমায়থজনিঙ্বা লৈক্রঅবসু মহাশ্বেতানা হায়বদগী মহু শূমমক পাঙ্খোকলে।

অশোমদা চন্দ্রাপীড়সু, শায়-পুং মতোন্দগী কুমথরক্লুনা হায়দগী থারকপী কাদম্বরীগী মনাই তুবীশিং অহুগী মতেংনা ঈক্ত-মায়থজবা লোইথোক্লগা অশেংবা মুংশাক মচা অমগী মথক্তা, মানা নিঙ্জবা লাইগী পূজা কত্নুনা—শায়-পুং অহুদা চাক্না থকপনচিংবা মুংথিলগী থৌনবী থবক অপুম্বা অহুম্মক লোইশিনখ্রে।

শান্ন-পূং অহুগী নোংপোক থংবদা 'হারীত' কৌবা উচেক-মচুগুম
(ভ-৭) শংত্রিক শংবা মরকতমণিগী পূক্লিঙ্ হুরবা নুংপাক অমথক লৈ, শক্তিনা শঙ্গুপ শান্নবা মতমদা মচৌন্দগী তারকপা কোংগোন মরীক্লা মতুগী মথক্তা ইচাই চাইনা তারি, বলদেবগী লাঙ্গলবু কিজবমক্তনা ঊথক ইপোম হৌথিত্রবী যমুনাগী ঈশিংগুম মঙাল শন্দোকলি, মথোন কাবী নুপীগী মথোঙদা তৈবা যাবোৎ মরিনা অঙাঙ্বা মঙাল কাওহল্লিবা অহুগী মথক্তা লৈরীকনা লৈঙোই মরীকুম থুনো চাইর্লি, উরীগী মাগুপ অমনা মচুগী অকোয়বহ য়োমশিল্লি অহুগা মচুগী মমুংদনা হাহোং-শিংনা জগোই শারি অমম্পুং মুংশিনা থোংলি—চন্দ্রাপীড়না চাক ভোক্লপা নুং অহুগী মথক্তা কয়হুনা অস্নুম কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংলকপদা উবা ফংলকলে মহুথি—

ইথঙ্ থঙ্হোদনা, থম্বোগী লৈবাক অমনা মুংশা মঙাল থক্তোকথিবগুম, ক্ষীরোদ সাগরনা পৃথ্বী লৈথক অসি থুক্সাংথিবগুম অমদি চন্দননা নোং ওইনা চুহনা মায়কৈ অপূম্বা চোংহনথিবগুম অমসুং আতিয়াগী মথা পূম্নমক অসি অমৃত-তনা শীনং থুংথিবগুম—মতম অহুগী অঙানবা অদুবু য়াক্লবা অমদি ঈশিংগুম্না ভোয়বা মঙাল অমনা লাকৃহৎলকলে।

মতম অহুদা চন্দ্রাপীড়না খল্লকই—"হিদাক য়াইতাক পূম্নমক্কী মপু ওইবা থা কৌবা লাইনা মতম চাদনা থোক্লক্লবরা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা ঈশিং কাপকমগী য়ুমশিং অহুবু হাংদোক্লুনা মহুদা লৈবা যন্ত্রশিং অহু লৈথোক্লবদগী ভোয়োক ভোবা ঈশিং পেয়ে কাপথোরক্লুনা মায়কৈ পূম্নমক্তা চাইথোরক্লবরা নত্রগা স্বর্গদা চেনবী মন্দাকিনী তুরেল্লা লৈমায়দা হাইথরক্লুনা মুংশিংনা পুরকপা মাগী ঈশিং মরীক মপৈনা লৈপাক লৈমা অসিত্থ ভোথোকহল্লিবরা—?"

ইঙক ভক্লবা চন্দ্রাপীড়না মঙাল অহু তম্না য়েংথোয়কপদা উরে মহুদি—
(ভ-ক) লৈশাবী ময়াম অমনা কোয়শিন্দুনা মদলেখা লাকলি; মীনাই-নুপী অমনা মাগী মকোক মথক্তা অঙোবা শেকপিন অমা থাল্লি, অহুগা নুপী অনি অমমা মাগী নাক য়েংতা চামর অমমম পায়হুনা থোগল্লি; কাদম্বরীগী থোঙ্শঙ্বী অহুনা লীচৈ পাম্নবা ওয়গী মথুংনা, অচোংপা ফিনা মমায় কূপশিনবা চন্দনচিংবা য়াওবা মুবী-মশিংগী পাত্র অমা য়াল্লগা, মথুং য়েংনা মদলেখাগী মথুং শমহুনা লাকলি, অহুগা হুংশাথোর কাওবনা পাইথোকহনথিবা য়াবা, লিনমকুগুম ভোয়বা কল্প-লতাগী উকুনা-শাবা ফি অনিথক পুহুনা কেয়ূরকনা মদলেখাগী মাঙ্থারকলি; লাজক্তী পয়েং অমা পুহুনা তমালিকাহু মদলেখাগী মতুং ইন্দুনো লাকলি অহুগা তমালিকাহু মদলেখাগা লোয়ননা অস্নুম লাকল্লিয়বি।

ক্ষীরোদ সাগরনা মচু ভোরোক ভোরিবা অতুগী মরম মানবা, থাগী মচীন্নমাউ ওইরবোই নিঙুবা, নারায়ণগী থোয়দো-থম্বাল-গী থম্বোগুম মঙাল চাউবা, মন্দর পর্ব্বতনা নৈবদা কামথংলকপা অমৃত কোংগোল মতোগুম্না, সমুদ্র নৈবদা মায়কবা অনন্ত কৌবা লিম্না মকু-হুবদা থাদোক্লম্বা মকু অত্থ মানবা অমদি মপাম লমদম থাদোক্লম্বদগী লক্ষ্মী দেবীগী মচীন্দগী কেনথ্রবী নিঙথিবা মীনোক মাম্না কজরবা লীকপরেং অমথক উপু অমগী মমুংদা হাম্লগা মথক্কা কাউৌ অমা কূপশিন্দুনা তরলিকানা পুরকলি।

লীকপরেং অতুবু উরগা—সমুদ্র নৈবা মতমদা শিংকূপশানা কায়থ্রবা থাগী কন্নাশিং অতুগী মকূপ মমাম অতুনা অমত্তা ওইনা পূর্নশিন্নরকপগুম নিঙলি, অতিম্না মকোয়দা থোকপা থরাম্মীচাক মপৈগী-সমুদ্রদা ভাবা মমিশিং অত্থ থুনগত্তুনা পুয়কপগুম উরি, মায়গৈ পুবা শামুলমশাগী মনাত্তোন্দগী কামথোরকপা ঈশিং-ময়ীক ময়ীকশিং অতুবু পুন্নপ থোমজিন্নকপগুমলি, কাম কৌবা লাইগী শামু থুনেংশা অতুগী মঙক্কা শিবা মুক্তা পরেং অতুগুম উরি, শরৎ থাগী অঙৌবা নৈচিম মকোল মচেৎ মচেৎনা শাবগুম ভৌরি,—কাদম্বরীগী নিঙথিজবা মশক্কা থুত্থম চনশিনগ্রব' মুনিশিংগী থম্মোই মথৈনা মত্থ শারকপগুমলি; মণিমুক্তা পুম্নমক্কগী মসিনা থাম্মদগী থোইদোক হেন্দোকপা ওইনা উরি, সমুদ্র পুম্নমক্কী মিংচংশিংবু পুন্নপ পৌশিনবগুম নিঙলি অত্থগা লীকপরেং অতুবু থাগী লাম্বা ওইনা অমদি থাবলগীনা মথরায় ওইনা নিঙলি।

লীক্লাং পরেং অতুগী মরায়দা থামলিবা মণি অতুনা লক্ষ্মীগী থম্মোইগুম্না থম্নাদগী নাম্বরকপা ঈশিং ময়ীক অতুগুম ঈরং লংলি।

হুংশিবা মশক উজনিঙবনা লাঙতক্লবা মীগী মথুৎ থুজেং অনিমক্কা থম্বৌ থুজীনা ইঙৌ ভোনা নৈতেংবগুম লীক্লাং পরেং অতুম্ব ভোরোক ভোনা মঙাল শন্দোকলি।

লীক অতুগী কুংনা-ভোরবা-মঙালনা শরৎকী থানিনগুম মায়কৈ শীন্না ভাল্লি।

মন্দাকিনী ঈচেলগুম, লাই নৈশাবীশিংগী থবাক্কী হুংশিবা মনম চেন্নি—মঙাল চাইথোকলি অমম্লুং থোইদোক্লমক তক তক্করি।

লীক অতু উরগা চন্দ্রাপীড়না মওল মওল থল্লকই —"লীকলাং পরেং (ঘ-ক্ষ-ঘ) অসিগী অঙৌবা মচু অসিদি থাবল মলালমকপু মকশিলহন্নবা মরমনি।" অসি থম্না থম্না কম্বলগী হোৎপনচিংবা মতিক চাবা থোগজোল উংলগা মদলেখাবু নিঙথিনা ভকপগী তৌনবী ভৌরকলে।

মদলেখানা মদি অশংবগী নূপাক মথক অতুদা ভাইহাক্তং কন্নগা হৌগত্লা মথুংমক্তা চন্দ্রাপীড়গী মশাদা চন্দম্না লৈতেংবীরগা, কজরবা কি অনি অতু শেংহনবীলহন্দুনা মালতী পরেংশিং অতুনা মকোক্তা য়েংলগা লৈতেংলবদা, মীক পরেং অতু পায়হনা চন্দ্রাপীড়দা হায়রকই—

"মজাইবুংডো ! কজবা-পূম্নমকী-নাপল মাঙ্হনবা-মজাইবুংডোগী-নিঙ্থিজরবা, পূম্নমক্তা থৌরাংনেকম থোক্লবা, কজরবা শককম অসিনা পেলহনবীদবা কনাবু য়াওরবগে ? অসিগুম্বা মীওই পূম্নমক্তা মজাইবুংডোগী কা-দা থুংজনিঙ্বগী তাক্তা কংহনবা অহুগুম্বা নোম্লক-শাজং অমদি নিঙ্থিবা শক-চু অসিনা থরায় পানবা কনাগী মবুংগো ওইদবা লৈরবগে ? করিগুম্বা মরম লৈবস্তু নত্তনা অভাংগী মভোগুম্না, লৌথূপ লোকোয় লৈতবা মজাইবুংডোগী মতৌ অসিদা মক্লপ ওইননিঙ্দবা কনাবু য়াওবগে ? হায়দগী অহুম্মক লোয়নবীরক্লবা নিঙ্থিবা ব্যবহার অসিদবু কনা নূপীনা মক্লপ শায়নিঙ্দবা লৈবগে ? অহুগা থোংনা নোরবা মজাইবুংডোগী গুণ পূম্নমক অসিনা মপূক ফাবিদবা কনাবু য়াওরিগদগে ?

মসিগী মরমদদি—অহানবা হেক উবমক্তদা থাজবা পোকহনবনা হেক্তা মহানবা অতুগুম্বা মজাইবুংডোগী শাওঙ্শাদা অসিবু চৈবনা মতিক চাবনি।

নংলমত্রবদি, মতিক মগুণনা ভাইবঙ্শীনবা থুংনা ফাওরবা মজাইবুংডোগুম্বা মী অমগী মকমদা চংপা হৌনবা শাজং পূম্নমক অতুবু হৌনদবা ওইনা থম্লকই—

মরমদি—মীকৌ মীরাম মক্তদস্তু চৈহংপা ওইনা নিঙ্ই—লুনা চান্না তৌবা মতৌবুস্তু চাউবা হেনবগী নাপলগুম থম্লকই—থাগংলকপদনা মশাগী নাপল উংপতুম মাল্লি—হৌগং কাঙ্থত্না থোগক্লেংল উংপা ফাওবদা অথকপা মতৌ ওইনতুম ফোংদোকই—অমত্তা ওইশিনবা মতৌ উংলকলবস্তু—মশাগী মতিক মঙাল থঙ্দবা ওইনতা উংথোরকই,—করিগুম্বা অমত্তংগীদমক হায়জ-চৎচ তৌরকপদা ফাওবা ঈকাইবা শক্লক থুংদবা-মায়থাবতা তাতুনা মতোকই, মীগী লেবা তৌকরবস্তু লৈত্তাকম থঙ্দবা মীগুম উনরকই, অতুগা মানা করিগুম্বা দান ধর্ম্মতৌজরবস্তু মীবু থীনা চৈক্লবগুম হেক মথোকই— ।

য়েংবীয়ু—মজাইবুংথোদি হায়না ঐথোয়গী থম্মোই পুম্নমক লৌশিনবীগ্রবনি—মরম অতুনা ঐথোয়না হুজীক করি অমুক কংচনিংঙাই লৈথিগনি ? থরায়দি হায়না লৌশিনবীগ্রবনা মতুগী মপু ওইবীনবগীদমক অমুক করি অমা কচ্চক্লথিগনি ? মজাইবুংডোনা অহানবা ওইনা থোঙ্দাবীরকপা অসিনা ঐথোয়গী থোইদোক্তা কায়জবা কংহনবীরিবা অসিগী মতিক চাবা করিনা লম্মন শিংজগনি ? অতুগা মজাইবুংডোনা মিংয়েং তাবীহনা ঐথোয়গী মপোকস্তু মতৈ য়ালহনবীররি—মরম

অহুনা মজাইবুংঙোনা খোঙ্গাবীরকপসিনু ঐখোয়না করম তৌঙা মইহৈ কানহনবা ঙমগনি ?

অহুম্মক ওইচুনস্ত, অকবা মীগী মমল মথুমদি মহৌশাদগী অতোপ্পনীস্থু হক লৈবনা হায়বদি মশাগী মপোৎনি হায়কম লৈত্রবা অহুগুম্বা পোৎ খয়না কাদম্বরীনা মজাইবুংঙোদা খুদোল কৎচরকনি— ।

অসিগুম্বা লনথুম খরদং অসিদি করিস্থু লৈত্তবমক্কনি ; কাদম্বরী মশামক্তা মজাইবুংঙোগী ননাইমক ওইজরবা কাওবদা কনানস্থ মহাকপু লৌচং শেয়ায়বীনি হায়নগদবা লৈত্রবনি—মশামক পূমকং কখোকচরবস্থু অয়ানবা ওইরগোইদবনি মত্রগা মখরায় কৎচরবদস্থু নিংতমদবা খোক্লরোইদবনি ।

অকবা মীগী থম্মোইদি খোইদোক্ল্লা য়াংবা লৈবনা মাবু মুংশিজবা কনাকুম্থু থক লংনবিনীংবা লৈতে ।

দান কৎপা মীনা ঈকাইজবা অহুপ যজমান চাবা মীনদি ইকাইমদে ; মরম অহুনা কাদম্বরীনা খুদোল খরদং কৎচরক্লির্বসি মজাইবুংঙোদা মরাল লওশিজবতনি হায়না মশানা খজহৌই ।

মমাংতৈদা সমুদ্র নৈথিবা মতমদা মণি মুক্তা পুম্নমক খোকপা লোইখ্রবদা লেমহৌবনি হায়ত্তুনা মমিং “শেষ” হায়না কৌরবা, খোইদোক হেন্দোক্লমক লুনা তৌজবা লৌকপরেং অসিবু সমুদ্রনা মাগী মকাদা লৈবা ‘বরুণ’দা পীখি, বরুণনা গন্ধর্ব্ব নিংথৌদা অমুক পীথোয়ক্লবদা, গন্ধর্ব্ব নিংথৌনা মজাইবেম্বা কাদম্বরীদা অমুক পীবিবনি । মজাইবুংঙোনা খোনবিবদা মতিক চাবা লৈতেংনি খন্নুনা অমদি খাগী খোকফমদি ( গুানকর্মদি ) অতিয়া মকোয়তনা মতিক চাবা মকমনি লৈরায় খত্তদি নত্তে হায়রবসি লেপচত্নুনা লৌকপরেং অসিবু মজাইবুংঙোদা কৎচরকপনি ।

মজাইবুংঙোগুম্বা, মশাগী গুণ মপৈ মপৈতনা মশাগী লৈতেং ওইনবা মীশিং অহুগী মকাদদি য়াবা হেনগৎনবা মরম ওইবা, মগুণ চেম্নবমীশিং অহুক্তনদি মহুনু লুনা তৌনজবা অহুগুম্বা অচম্বা লৈত্তেং অহুনা হকচাংগী অয়াবা হেনক্লরকপা ওইরবদস্থু মজাইবুংঙোনা লৌক অসিবু খোনবীবদি কাদম্বরীনা হয়াউজনবগীমক খনক্লিবতনা মরু ওইবা মরম ওইগনি । লক্ষ্মীগা পোকমিন্নবনি হায়বগীদমক ভগবান নারায়ণনস্থু কৌস্তুভ হায়না কৌবা নুং মচেং অদুবু কয়াগী মতিক লুনা তৌহুনা খবাকী লৈত্তেং ওইনবিখ্রিবা ।

নারায়ণ অহুনা মজাইবুংঙোদগী খোইগৎথিবা নত্তে—কৌস্তুভ মণিস্থু লৌক্লাং অতিসদগী মগুণ মচেং অমা কাওবা হেনথিবা নত্তে—লক্ষ্মী দেবীস্থু কাদম্বরীগী মায়কত্ত, মাবান অসিগী মরীক অমা কাওবা ভময়ক ভগী নংথিদ্রে ।

মরম অদুনা, মতিক ময়াম চানদবা অমা নত্তবনা, কাদম্বরীবু মরাইবুংতোনা চানবীকনা মতিক ওই। অদুগা থোইদোক্লদি হংনংজিবা মাকম অসি তাকশিনবদি মহাশ্বেতাবু চৈবা থাংবা তৌদুনা ঙমথৈ লৈতনা মাহুক্লগা কাদম্বরীনা লেপ্লমক থরায় থাখিগনি।

মরম অসিনা, মহাশ্বেতানস্থু লীক অসি তরলিকাবু পুহন্দুনা মরাইবুংতোগী কা-দা থাবিরকপনি, মহাক্নস্থু হায়জরকই মতুদি—"কাদম্বরীগী অহানবা উংচবা হুংশি-হুংগুন-মতৌ অসিবু কায়হনবীগে হায়না পুক্নিঙ দ কাওবা নিঙ্‌বিগন্থু।" অসি হায়রদুনা মদলেখানা সনজীং চী'দোন্দা থোকপা থরাম্মীচাক পরেংগুম্না লীক্লাং পরেং অদুনা চন্দ্রাপীড়গী থবাক-লৈতেং-ওইনা শিজিন্নকলে।

( ঙ-ঘ ) হৈশিংলবী মদলেখাগী মাঙাং হৈবা মতৌ উবদা ওক্লবা চন্দ্রাপীড়না থুম্নকই— "মদলেখা! ঐনবু করি হায়রক্কম লৈবগে? নঙ্‌দি মাম্না হৈ-শিংবী—করম্না নমদুনা লৌহনগদগে হায়বত্থ নিঙ্‌থিনা থঙ্‌বীনি অদুগা হৈশিংবী নঙ্‌গী মাঙাঙ্‌না ঐগী পাউথুম পীনবা তাজা কাওবা কংহনম্রি—

নিঙ্‌থিজবী!—ইশাগী ইনিঙ্ তৌজবা মাঙম্রবা ঐ অসিবু হুজীক ঐগীনি হায়বা মারিবরা— লৌবা লৌদবা হায়বত্থস্থু ঐগুম্বগী ইত্তিকনা?

মরমদি—ফজথোকমনবা নথোম্নগী নপূকচেলনা থাংগৈমক শেংনা ঐবু মীনাই ওইহনম্রবা ওইবনা অক্নবদবু ওইম্নবস্থু, ফত্তবদবু ওইরবস্থু শীজিন্নবিনিঙ্‌বা মক্নমদা ঐবু শীজিন্নবিবা য়াগনি।

থমথোংনা পূকচেল চাউরবী কাদম্বরীগী মগুণনা পূকচেল শীকম্রবা মী কাওববু থুহম চনঙমলোই হায়নিংঙাই লৈতে"—অম্ন্নম হায়রদুনা কাদম্বরীগী মরমদা মারী মাতাই শানবতদা অয়াম্বা মতম লেপ্লগা চন্দ্রাপীড়না মদলেখাবু বিদায় তৌম্রে।

( ঘ-থ ) অশোমদা, মদলেখানা থরদং চংথোকম্রবা মতমদা কাদম্বরীনা মাগী থোলঙ্‌বী, শেকপিন থানবী অমদি চামর থোগনবী মনাইশিং অম্বু ওম্না থাদোক্লম্নগা অমস্থুং অত্তোপ অত্তোপপী মগুণ্গী মী মথৈবুস্থ মতুং ইনহন্দনা অনালিকাদংগা লোয়নদুনা—উদয়পর্ব্বত-তা থা থোকপগুম—চন্দন, নিঙ্‌থিবা কি অমস্থুং লীক পরেংনচিংবনা ইঙৌ .ঙানা লৈতেংস্থনা শাম্নপুং মথক্তা ওাম্নিবা চন্দ্রাপীড়বু য়েংজনিঙ্‌বনা অমুক হুম্না দলান মথক্তা কাথংলকলে।

মকম অদুদা লৈরগা হাম্না তৌথিবগুম অমুক হুম্না মথল মথা অয়াম্বা মশাগী কিবমশিংদগী পোকলকপা তপথফম থঙ্‌দবা অমদি কিবম কায়বা মিৎয়েং নায়েংনা চন্দ্রাপীড়গী পুক্নিঙ্‌হুবা হোৌরকলে।

নিঙ জোন্দা ওয়গী থুং থমহুনা, য়েংকি থুবনা লুশিংনা হয়দোকখ্রবা ফিগী মতুং ইন্নহল্লগা মিংকম হোৎনা অয়েকপা লাইগুম—চন্দ্রাপীড়ভু য়েংজয়কলে।

করিগুপ্তনা কেক কাউথোকথিহুনা চন্দ্রাপীড়গী মমিং শোন্দোরকুনা ভোজ্ৰ-রগনি হায়না কিহুনা চৌন খুমজিন্দুনা থম্বা মাম্না হকাম চম্লকপদা মথুং লোৎনা মচীন্দা থন্দুনা চন্দ্রাপীড়দা হম্না হম্না মিংয়েং থম্নকলে।

চন্দ্রাপীড়বু লোম্না কৌজবা মথোল মালহম্না, মানা হোন্দোকপা-শোরগী-সুংশিবা-মনম-ফংহুনা পাইশিন্নকপদা—মফিনা কম্বোক্নুনা পাইথোক্নয়কপা থোইমু-শিংবু ভংহন্দুনা মহাক্না পেনবা নৈতনা য়েংজরকলে।

সুংশিংনা ইয়ফি হমদোকুনা মথাদা তাথ্রবদা মশাগী মপাম্বোম অনিমকপু শন্নক অনি হেন্না শাংদোকহন্নগা থুনমক মথবাক থনজিন্দুনা থাঙ্বা মতৌ অহুনা চন্দ্রাপীড়গা কোম্নজনিঙ্বগী ইঙ্গিত উৎপগুম থোকহন্নবী কাদম্বরীনা হম্না হম্না য়েংলকলে।

করিগুম্বদস্থ মশাগী শমজিদগী নৈ লৌথোক্নগা খুজোক থম্না পাম্নগা মনম নমশিম্নহুনা খুরুম্বগী মওঙ্দা চন্দ্রাপীড়বু হম্না হম্না য়েংলকলে।

করিগুপ্তদস্থ পূক্লিঙগী ইথৌ লাংবা কোংদোকপা ওটনা খুংগী খুদোম্বী অনিমক্না মুক্তা পরেংবু কোয়রৈ নৈত্তনা শাম্ন শাম্ননা চন্দ্রাপীড়বু হম্না হম্না য়েংলকলে।

কামগী তেননা থাবদা চৈনাথোল ফংলবগুম চাইথোক্লিবা নৈগী মথক্তা মখুং তনিক তনিক থমহুনা হম্না হম্না চন্দ্রাপীড়বু য়েংলকলে।

মথাঙ্দগী নাম্বরকপা খাঙ্গোয় পরেংনা মথোঙ্ অনিমক ফাজিনথ্রবদা মদুবু, কামদেবনা পুনশিনবীবা মালহম্না হম্ন' হম্না চন্দ্রাপীড়বু য়েংলকলে।

অপাম সুংশিনা খুমহৎথিহুনা করিগুম্বদনা নৈগল অনিমক্তা শেংলিবা নাম্বগে নাম্বগে তৌহুনা, করিগুম্বদনা নৈমায়দা তাখ্রবা ফীজি লৌথক্তুনা মহুনা থাখুম ওইনহুনা, অমুক্না মশা নৈথোক্তুনা লেম্নদা মপুক্ মথোল কাবহু মাঙ্হন্দুনা, অমুক্না লেংজুম মথক্তা তারকপা অচোইবা শমলাং থোমজিম্নবা মখুং হাইগন্তুনা, করিগুপ্ত-দনা ঙক চেপ্তক্ তৌহুনা—অগুম তৌনা মথল মথা অয়াম্বা ফিবম ফিরেপ্তা নৈহুনা থোইথোয়বা মিংয়েংনা চন্দ্রাপীড়বু য়েংলকপা মিংচি মঙালনা নাপনৈতেং ওইনরিবা অম্বাল অদুবু মচু তোথোকহন্দুনা অমদি ঈকাইজবী মীনোক্নী মশক ওইরবী চন্দন মকুম্বা মাগী চায়রুং অনিমকপু তোকনহন্দুনা কাদম্বরীনা অসুম য়েংহুনা নৈরিবৈমথৈ সুমিং মঙালস্থ নৈখি।

(ন-ব) মথংদা, থম্বালশিংগী থম্মারগী মবুংতো শক্লবা অমম্লুং মালেম নৈংকোম-পুং পুম্নমক্তিস্থ নিংথৌরেল ওইবা কোরৌহনবনা, অপাম-মুংশি-মত্তৌ উৎপঞ্জম, থম্বালশিংগী মকমদা ঙন্ডাং ঙন্ডাংবা মচু কাওক্লরে।

মথং মথং মুংখিলগী মতম লোইশিল্লক্লবদা, অরোনবা পাউ পীরম্নবমক্তদা লাকখিল্লবা নায়কশিংবু শাউবনা মশা অপুম্বা ভাঙ্শিল্লবী মথোন কাবী নুপীশিংগী মিংয়েংঙনা অতিয়া মকোয় অসি ঙন্ডাং ঙন্ডাংলকপঞ্জম তৌগ্রে।

অহল ওইরবা হারীত কৌবা উচেক্কুম, শংবাম্নবা মচুগী শগোলগা লোয়নরবা মুমিংনা মঙানগী লাং পুম্নমক চিংশিনখ্রে।

মুমিংকা কায়নরবী থম্বালমথৈনা মমিং উইশিনখিবদগী থম্বাল বন পুম্নমক মচু শংজিনবা হৌরকলে।

থরোগী বনশিংনা ভৌথোকপা হৌরকলে—মায়কৈ ঙমথৈ অমদনা অঙাঙ্বা মচুনা নৈতেংলকলে—অম্মুম ভৌচুনা মুমিদাং মাইরম অচু অম্মুম অম্মুম মমশিল্লক্লে।

কোরৌহনবনা, মুংথিল লাইরেম্বীগা অমুক হন্না তিম্নরুবা কাংনিঙ্বগী মত্তৌঞ্জম মাগী মাগনা থল্লবা মঙাল পুম্নমক অচুগা লোয়ননা তপ্না তপ্না অম্মুম মশক উথিদরে।

মপান নাইত্রবা কাদম্বরীগী মুংশি মুংওল-পুক্লিঙ্ ঈপাক অচুগী মত্তৌঞ্জম অম্মুম অম্মুম পাকথোরকপা য়াচঙ্বগী মঙালনা তাইবঙ্ মালং পুম্নমক ঈথন থল্লকলে।

অপাম মুংশি মৈরীনা চাকথেক্লবী, কায়না মৈহুম লাংলবীশিংগী পুক্লিঙ্ মৈথুঞ্জমা অমদি কুংনা হৌরবা তমাল কৌবা উপালশিংগুম্না মশাগী মঙাল চেনবা অমম্বনা ওইন-চাউবীশিংগী মখিত্তা ঈরা চেলহন্দুনা অম্মুম অম্মুম পাকথোক চাউ-থোকপা হেল্লকলে।

মায়গৈ ভাকপা শামুশিংগী মনাতোন্দগী ঈশিং মরীক মরীক কাংথোরকপঞ্জম আতিয়াদা অভৌবা অরংনা থরাম্মীচাক ময়াম উবা হৌরকলে।

অম্মুম ভৌনা মমশিল্লপকনা অমগা অমগা শক উনরক্তুবা মতমদা কাদম্বরীনা দলান মথক্তগী কুমথম্ব্রবদা চন্দ্রাপীড়স্থ শাম্নপুং মতোন্দগী কুমথথরে।

(শ-৬) মথংদদি, অমুক কুইথবা ভৌদনা, মিংকী পেম্নকম ওইরবা থা কৌবা লাইনা মশক উৎলকলবদা থরোশিংনা মাগী মথোঙ্ শোক্তুনা মাবু পেলহল্লবা হোৎনরকলে। অশাউবা ফিবমঞ্জম মায়থোং মকাশিল্লবা অমম্বু মহাক্না হয়াউহল্লকলে।

মিংকপ থোক্লকনি হায়না চিংনেতুনা মহাক্না ভুমথুন হনগ্রবী নৈরাং থম্বাল

মথৈবুদি থাদোক্লমলে। মায়হিং কাবা মালহন্দুনা মহাক্না অমম্বু মথবাক্তা কোনশিনগ্নে।

রোহিণীগী মখোঙ্না থেংথিবদগী থাবোং মহি-পকহৌবগুম হুন্দোরকপা মতমদা মচু ভাঙ্‌নিরকলি।

অভিসার চৎপী নায়িকাগী মতৌগুম্না শংমুনবা মচুনা ফিজেৎনবী অভিসারী মায়গৈ তম্না চঙ্‌শিল্লকলে অমসুং মাবু লুনা তৌজবা ভাইবঙ্‌মী পুম্নমক্তা হুংশিঙ্গ বাবা মতৌ থাকথবীরকলে।

অসুম তৌনা মথং মথং কাম কৌবা লাইনা পানবা লৈবাক পুম্নমক্কী অনি শুগ্রবা শেকপিনগী মশক ওইরবা অমদি থরোথারীকথাগীনা মবুংঙো ওইবা অহুপা অহিং কৌবা নায়িকাগী শামু ময়াদা শাবা ফিজেৎ মাল্লবা—থানা পুম্নমকপু ভৌথোকহন্দুনা মথক্তা হাইগৎলকলে।

মতম অসিদা লৈবাক লৈমা অসিবু শামু ময়াদগী কোংথোক্নুনা পুথোরকপা মতৌগুম উরকলে।

( ছ-ক ) অসিগুম্বা মতমদা চন্দ্রাপীড়না, য়ুময়াদা লৈবা থরোঙনা থম্না শাংপা পুখ্রী মপানগী নুংপাক মথক অমদা হিপথরকলে। পুখ্রী অহুগী মথক্তা থাবল মঙাম্না হাজিল্লবদগী থরো অঙৌবনা থম্না শাংপগুম উরি—অচৌ অচৌবা ঈথক্না অঙৌবা থাকমথৈবু হন্না হন্না চামথোকলি—ঈথক মচাগী মশক ওইরবা কোনামনাগী মুংশিংনা হৰ্চিক লাংহল্লি, কাংঙ লাবা অমোম কয়ানা মপান্দা খায়েঙ্কয়ি অহুপা মহৈ মহৈ কায়নবদা য়ানরবা থংগোং লাবা অমোম মথৈনা থোংনরি।

অকোয়বা মায়কৈ মরিমক্তা অঙৌবা থম্বাল লৈকাঙনা উরী ওইনা শেমতুম্না লৈঙেংবা—অঙৌবা মালতী পরেংনা অকোয়বদা কোয়না য়েংপা, মনম হুংশিবা চন্দন মহিনা চামথোক্লবা,—মুক্তাগুম ঙৌবা অমদি থাগুম ঈংলবা অহুগুম্বা নুংপাক অহুগী মথক্তা কাদম্বরীগী মনাইশিংনা মহাকপু হিপ্তুনা লৈবীনবা হায়জখিবদগী চন্দ্রাপীড়ন নুংপাক অহুগী মথক্তা লৈরিঙৈদা কেয়ুরক লাকুনা ভাকলৈ—"কাদম্বরী দেবীনা মজাংবুংঙোবু উরবা লাকলি।"

( ঝ-ঞ ) চন্দ্রাপীড়না ভকিং ভকিং হৌগৎলকপদা—মমাঙ্গবী থরঙনা য়োমহুবা, লিংথোমচাগী খুদম পুম্নমক থাদোক্লবী—লৈজেংগী মরক্তা লীকপরেং অমথক্তং শিবী, তরু তরুবা চন্দননা মশা ভৌথোকহল্লবী, শামু ময়ানা শাবা উনা অমা নারকাঙ্‌লামদা থেংলী—অজোম্না নামদনা,—থামচেৎ শাবা, অপোক্‌ন মানবা

অখোংপা খরোগী লৈকা অগা চিন্দুনা—কল্পবৃক্ষগী থোকপা, থাকলগুম পানবা কি অনিথক্লা শেংপা-ইনবা তৌদুনা মতম অদুগা চান্নবা—পুক্কিগু হুন্নবা কিজেংনা লৈতেংলবী—থাবল মঙাল লাইরেম্বীমক মাল্লবী—কাদম্বরীনা মদলেখাগা খুং-শম্নদুনা লাকপদা মহাকপু অত্তোপ্পী কনাগুম্বী অমগুম উরকলে ।

কাদম্বরীনা চঙ্‌শিল্লদুনা মুংশিবা লোনচং ব্যবহার উংলগা লৈমায়দা কমথ-থরবদা মদলেখানা "মজাইবুংঙোদি নুংথক্তা অদুম্মক লেংশিনবীয়ু" হায়না হন্না হন্না হাজরবমক্তদগী য়াদদুনা চন্দ্রাপীড়গী লৈমায়দা কমথরকলে ।

(ট-থ) অমুম তৌনা মথোয় পুম্নমক কম্নরবদা চন্দ্রাপীড়না হায়রকই—"দেবি ! চুম্নগী মিংয়েংদং তাবীবত্তনগী পেঙ্গবা ননাই অদুগী মকমক্তদি অমুক তরাম তরাম কৌবী থোংপীবগী থোইনা কান্নবা লৈতে ; মরম অদুনা অমুক য়াম্না চানবীবসিগীদি করিবু হায়কম লৈগদগে । ঐনা কনা য়াম্না মুন্না য়াথল তৌজদুনগী—অসিগুম্বা থৌজাল অসি উৎপিনবগী মতিকচাবা করিগুম্বা ইগুণ অমত্তগী ইশাদা উজবা কংদে ।

ইচম চম্বিবা, নাপল হায়বদু করিগী য়াওবিদবা মতৌনা চানবীবা-মশকশিং অসিদি নৌনা লাকচবা তোল্লবা ঐ মক্তদগী ওস্থোক্লা থুম্না থোকথরে ।

অমুক য়াম্না পূকচেল চাউবা উৎপিত্রবগী মপানথোংগী অচম্বা লোনচং থর-তনগী ঐবু হেকমক ইরায় লায়না থুদুম চনশিনবীবা য়াবা মীওইনি হায়না খন্দোকপীবগী য়াবা পোৎনি ।

ইবেম্মগী য়াথং ইজবী ননাইশিং পুম্নমক থাগৎনিংঙাইনি ।

তোপ্পা তোপ্পা য়াথং তাউথবিবা য়াবা মীনাইশিংদবু লুনা তৌক্লবগী অমুক করি কান্নবা লৈগদগে ?

ইশা অসিদি মহৌশানা মীগী কান্নবা থবক্তা শীজিন্নবগীদমক্তনি, ইথরায়গী নাপী মকা মচা অমগুম্না অরুম্বা য়াওদবা পোৎশকনি ; মরম অদুনা ফলমক ঐনা ভক্তি লৈজদুনগী অসিগুম্বা থরায় হকচাং অসিবু ইবেম্মদা খুদোল ওইনা কৎচগদবদা হংগোইজৈ ।

অদুগা ঐগা লোয়নরিবা থরায়, হকচাং অমগুং ইন্দ্রি—পুম্নমক অসিগী মরুপদা ইবেম্মনা অমত্তংদি লৌবীদুনা পোং অদুবু লেমজনিংঙাই ওইবা মশক ওইহনবীয়ু ।"

(দ-প) চন্দ্রাপীড়না অমুম্না তাওলিঙৈদা মোমোন নোক্লগা মদলেখানা মরক থত্নুনা হায়রকই—"মজাইবুংঙো ! মদু পুম্নমক ওইরসন্নু ওকলে, লৈগী লৈথোনবীবা হকমন্দুনা ঐগী মরূপ কাদম্বরী অসি য়ারে ; মদু পুম্নমক করিগী তাকপিরিবলো—মদু পুম্নমক্তি, তাকপিজ্রিঙৈনা মহাক্না হান্না লৌশিনগ্রবনি—মরম

অদুনা, চীনবান-খোংগী কাম্লরবা য়াঙাঙনা মহাকপু অমুক করিগী নিঙজিং মাঙজিংনহনবীবগে ?"

ভাইহাক তুমিন লৈরবগা মদলেখানা "য়া থরদং হংজনিংঙই" হাইদুনা অমুক হংথরকই মহুদি—"নিংথৌরেল তারাপীড় অমদি মহারাণী বিলাসবতী, ইকাইখুম্নকম ওইরবা শুকনাস, মখোয় অসি করম কয়দা মীওইনো অদুগা উজ্জয়িনী কোম্লুংনা কমদোবনো, মকম অসিদগীনা কয়া লাপ্প' লৈবনো, ভারতবর্ষ হায়বদুনা করম তৌবনো অদুগা মীয়মশেন হায়বদুনা কয়াগী মতিক ফজবনো ?"

মতৌ অসুম তৌনা মথল মথা অয়াম্বা য়ারী য়াত্তাই শানবদা অয়াম্বা মতম হৌহল্লবা তুংদা হৌগত্তুনা কাদম্বরীনা কেয়ূরকপু চন্দ্রাপীড়গী মনাক্তা অদুম্মক তুমহৌনবা অমদি মীনাইশিংবুসু মাগী থৌগল অদুম্মক তৌহৌনবা য়াথং পীরম্লগা চংখিদুনা য়ায়েক-শঙ-দলান মথক্তা কাখংখ্রে।

মকম অদু য়োরগা অঙৌবা মুগারেননা শাবা থাকন মথাদা থাবা ফম্মুং অমদা হিপ্তুনা কাদম্বরীনা মহুগী ফজবা হেনগংহল্লা পোথাখ্রে। চন্দ্রাপীড়সু, কাদম্বরীগী নাপাল য়াওদবা, নিঙখিজবা অমদি চিত্তলেখা মতৌ— মহাশ্বেতানা মরম করিসু লৈতনা হুংশি চাউবা—মদলেখাগী ফজবা লোনচং—মনাই-নমনশিংগী পূকচেল শেংবা মশক—গন্ধর্ব লৈবাক্তা থমথেংনা চাওথংপা মওঙ অমদি কিন্নর-দেশকী নিঙখিজবা মতৌ—পূম্নমক মথং মথং থম্বা হৌরকই অদুগা কেয়ূরকনা মতম অসিদা মাগী মথোঙ নোইহনা থৌগল্লি। অসুম তৌদুনা নুংপাক অদুগী মথক্তা হিপ্লুনা মিংকুপ অমত্তগী মতৌগুম অহিং চুপ্পদুমা থন্দুনতা লেম্লকলে।

( ক·র ) মথংদা—কাদম্বরীগী মশক উক্রবদগী ইখৌ লাংমনবনা য়ারবা থা-না, কোনা পাম্বী, তমাল, থাঙতুপ অমদি লফূতনা থম্না হৌরবা অমদি লিরি লিরি হুম্বা হুংশিং ইপোম্না ঈংহল্লবা সমুদ্র মপানগী বন ময়াম অদুগী মরুংদা তুমথুন হল্লুরগে মতাগুম্না অসুম অসুম কুমথথিবা হৌরকলে।

কায়না মৈশা লাংগদবা কুইত্রবী মথোনকাবী নুপীশিংগী অশাবা মহুংশা-শোরনা থাবল মতালবু মকশিলহল্লকলে।

চন্দ্রাপীড়বু উক্রবদগী অপামহুংশি মৈরী লাংলবী "মহৌশা ফজবী" না থয়োগী বনদা অহিং লেম্লগা অমূক থম্বালগী বনদা চঙদুনা থাঙজরকলে।

অহিং মমৈ ওইকল্লবদা, য়ুম থুদিঙদা তারমন্না থাউমৈ মথৈনা, মথোন-কাবী নুপীশিংগী মনাদা চিনবা থম্বাল লৈকানা থাবীয়রগনি হায়না কিনবদগী মচু ফাইকেং তাইনা মহৈ মহৈ পীকশিন্নরকলে।

অহিংদা, অপাম মুংশিনা লাকহৎলবা মীওইশিংগী মকমদা অতংপা লৈতবা তেন কাপ্পা হোৎনরুবদা য়ারবা কাম কৌবা লাইনা মুংশামগী হোনবগুম—হৈনম লৈনম তেন্নবা অমুক অঙনবগী মুংশিংনা ঈথক ইপোম থাইনা শিংপা হৌরকলে।

চীংথৈ মঙাল উরকপদগী লৈকম থঙনত্রবা থন্নাশ্মীচাক মথৈনা মহৈ মহৈ কিনছন' মন্দরপর্ব্বতকী ভুট্টী-থাংপোক্কা চঙ্‌শিন্নরকলে।

থংগোং লাবা অমোমশিংগী থম্মোইহুংদা লৈরুবদগী মথোয়গী রাগমচু অহু তৈরক্লুনা ভাঙ্‌শিন্নবা মুমিং কৌবা লাইনা অস্নুম অস্নুম মঙক থিনগৎলকলে।

মতম অসিদা, নুংপাক অহুদগী হৌগত্তুনা চন্দ্রাপীড়না মায়মিং শেংদোকপা, সন্ধ্যা খুরুম্বা, নিঙ্‌জবা লাইবু খুরুমজবা লোক্তরগা কা মতপ অমা চাহুনা হায়রকই —"কেয়ূরক! কাদম্বরী দেবী হৌগৎলবরা অত্তুগা হৌগৎলগনা কদাইদা লৈবগে হায়না অমুক্তং য়েংলু।"

কেয়ূরকনা চৎলুরগা হল্লক্তুনা হায়রকই—"মঙাইবুংতো! দেবীদি
(খ-ছ) 'মন্দর' কৌবা দলানগী মথাগী শুমাঙ্‌ মচি অমদা মহাশ্বেতাগা লৈমিন্নরি।"
পাউ অসি ফংলবদা চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীগা উন্নগে নিঙ্‌ত্তুনা মফম অদু তন্না লাকলে।

মফম অদু য়ৌরক্লগা মহাক্না মহাশ্বেতা অমদি কাদম্বরীবু উরকলে অত্তুগা অঙৌবা ভুংনা মরাইবক্তা চন্দন ওইনা লৈতেংনবী, মথুত্তা মালা চৎপী, শিব নিঙ্‌বী, চীংলৈবাক মচু ভাংশঙ্‌ ভাঙ্‌না শঙ্‌হুনা ফিজেংনবী অত্তুগুম্বী চাকনিবী থম্বনা মহাশ্বেতাবু পেন্নবা লৈশী লৈথোন তৌরমলি।

অত্তুগা অমুনবা কোনা মহৈগী মকুগুম্বা অভাঙ্‌বা ফি শেংপী—বৃদ্ধ নিঙ্‌বী— অঙৌবা ফিনা কম্না থবাক-য়েং ওইনা য়েংশিনবী, অঙৌবা ফিগী হুমাই অমমম পায়বী—মকোক জটা পুবী—শবেং মউন লাকপী—লাংগোম থৌরীনা থ্‌ংলাক ওইনবী—উকূ-ফি য়ানবী চৈগু পায়বী ব্রহ্মচারী ওইবী লাইনিংবী থরস্নু মহাশ্বেতাগী থৌগল তৌরমলি। লাইনিঙবীশিং অদু কনানা মহাদেবগী, কনানা দুর্গাগী কনানা কার্ত্তিকেয়গী, কনানা নারায়ণগী, কনানা কৃষ্ণগী, কনানা বৌদ্ধগী, কনানা তীর্থকর কৌবা গুরুগী অত্তুগা কনা অমনা ব্রহ্মাগী স্তবনচিংবা শীনহুনতা লৈবনা মথোয় অত্তুবু মন্ত্রগী লাই অমমমগুম্না উরি।

অত্তুগা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথকী শাগৈগী অহল ওইবী, কোম্নুং মম্নুংদস্নু লুচিংলিবী অসিগুম্বী নুপী থরস্নু মহাশ্বেতাবু উনগদবগী লাক্লম্মী—মহাশ্বেতানা মথোয়বু খুরুম্না, কৌবা, হৌগৎপা, লীফক্ থাবনচিংবা তৌহুনা ঈকাই খুম্নবা উৎলমলি।

কিন্নর ( মীগী মখাদা শগোল মকোক পাম্বা মগী ঈশৈ শকলা জীব মথল অমা ) অনিথক্লা কাদম্বরীগী মতুংদা কমচুনা থোইমুনা ভংবগুম থোক্লিবা চুংশিবা বাঁশীগী খরদা ভান থারি অতুগা নারদগী মচা সেবক ওইবী, থোঙ্খোক চুং-শিবী 'ভদ্রা' কেবীনা মঙ্গল ওইবা লাইরীক পূরমক্তগী থ্‌ারদগী হেন্না মগুণ চেনবা মহাভারত কৌবা লাইরিক অচুব ঈশৈ ওইনা শক্তুনা পারি—কাদম্বরীনা থজার ত্তাওনা তারমলি।

কমাত্তগী মীনাইচুবী অমনা মমাঙ্‌দা পায়চুনা থাম্লিবী মিংশেলদা কাদম্বরীনা, পানা চাবদগী ভাংশিন্নবী অমম্বং মচুদা যাগী মভায়স্থু থৈবদগী লংথংক্লবী মচানবান অনি অদুবু য়েংলি।

অয়োকপা কাণ্ড অমনা কাদম্বরীগী নাদা চিন্নিবা শিরীষ মপাল অচুবু থয়া-থোক ওইরবোই নিঙ্‌চুনা মঙক থাংগৎনা য়েংচুনা লৈরি অতুগা অয়ুক্তা থোকপা থাগুম্না মশা লৈনা লৈনা কাদম্বরীগী মনাক ভান্না চত্তূনা খুরুম্‌রি অমম্বং লাই কোয়বগুম অম্থুম কোয়চুনা লৈরি।

অসিগুম্বা কিবম অসিদা চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীগী মনাক্তা চঙ্‌চুনা নুমস্কার তৌরগা অভৌবা বেদিগী মথক্তা থাবা আসন অমদা ফমথরে।

ভাইহাক পম্বরগা মহাক্কা, থজাই অনিগী ময়ায় থংবা শন্নক অদূ তনিক তনিক তৌহন্দুনা মোমোন নোক্না মহাশ্বেতাবু য়েংলকলে।

মোমোন নোকপা মীনোক অত্ত উবদা চন্দ্রাপীড়গী মপূক্নিঙ্‌ থঙ্‌লবী মহা-শ্বেতানা কাদম্বরীদা হায়রকই—"ইতা ! থাবনদা চন্দ্র কান্ত মণিগুম নঙ্‌গী নগুণদা পূমশৌ শৌদোক্লবা চন্দ্রাপীড়না মশানদি করিস্থু হায়জবা ভমত্রে—

মরু ওইবা ৱাকমদি অসিনি—হুজৌক মজাইবুংঙো অসি লেঙ্‌বীনিঙ্‌লমান্নে ময়মদি—তুংদা হুন্দোক্লম্বা নিংথৌশিং অচুনা মজাইবুংঙোগী ভাংদাংবা থঙ্‌নদবনা ম্রাম্না ৱানয়ম্লগনি।

অচুগা অমুকম্থু য়েংউ থম্বালগা চুমিংকা, থয়োগা-থানিনগা অসিগী মতৌগুম, থাপ্না থাপ্না লৈনরবস্থ নথোয় অনিগী চুংশিনবা অসিদি হুজৌকসীনা প্রলয়গী মতম লাক্লবা ফাওবদা অচুম লেঙ্‌লয়োইদ্রবনি ;—ময়ম অচুনা মজা-ইবুংঙোবু লেঙ্‌হনখিনবা য়াথং পীয়ু।"

( অ-এ ) কাদম্বরীনা হায়রকই—"ইতা ! মহাশ্বেতা ! ইশামকী থৱায়দা মায়রবী ঐগী মী মথৈগা লোয়ননা ইশা অসি মজাইবুংঙোগী মথা পোনজরবনি ; ময়ম অসিনা মচুগী ময়মদা হায়জবা হায়রবা অমা অক্রক

লৈখিগদ্রা ?" হায়রগা গন্ধৰ্ব্ব নিপামচাশিংবু কৌহুনা—"নখোয়না মজাইবুংডোবু য়োনবা থিন্নু চংনু" হায়না য়াথং পীরকলে।

চন্দ্ৰাপীড়স্থ হৌগত্তুনা অহানবদা মহাশ্বেতা, মথংদা কাদম্বরী অনিমকপু নমস্কার তৌরগা কাদম্বরীগী মুংশিবা মিৎয়েং অমদি মপুক্কিত্ অহুগা চানবা য়াহৈনা হায়রকই—"দেবি! য়ায়াম ডাঙবা মীবু মীনা থাজগদ্দে, মরম অতুনা তৌনা হায়জরি—"ঐবুস্থ লম্লাই ওইবা মীওইশিংগী মরক্তা শীংথাবীয়ু" অসি হায়রগা য়াঙমকোন্দগী থোকখ্রে।

কাদম্বরী নত্তনা, চন্দ্ৰাপীড়গী মগুণদা তন্নাংলবী লৈশাবী পূয়মক অহুনা মথা পোনবীগুম্না সনথোঙ্ ফাওবা মাবু থিন্দোক্কয়কলে।

লৈশাবীশিং অহুনা লৈহৌরবদা কেয়ূরকনা পুশিল্লকপা শগোল
(ট ৰ) অমদা তোংহুনা চন্দ্ৰাপীড়না হেমকূটতগী থোরকলে—গন্ধৰ্ব্ব নিপামচা প্ৰবৈশ্ব মাগী মতুং ইল্লকলে।

কাদম্বরীনা, চন্দ্ৰাপীড়গী থম্মোই হৈথৌ লাংহন্নবগী মরমত্তমক ওইখিদে, মপান-দস্থ মায়কৈ মরিমক্তা কোয়থং থংনবা মরমস্থ ওইখি।

মরমদি—মাগী থম্মোই অহু কাদম্বরীগী য়াথলতদা পূমলুপ লূপখিবনা, কায়না মৈথা লাংবদা য়াহৌরবী কাদম্বরী অহুনা মতুং ইন্নরক্তুনা মাগী ময়েংথাদ য়াল্লরবগুম—চংলিবা লম্বীদা থত্তুনা লেপ্পরবগুম—কায়না য়াথলনা লাকহন্তুনা, ভিন্নিঙবা ঈথক্তা-ঈয়াক্করবী কাদম্বরীবু—নোংথক্ত য়েংথংলুবা মত্তমদস্থ অহাঙবা মফম অহুদা হেকমক লৈয়রবগুম অমদি মপুং ফানা মাগী মশক য়েঙ্জনিঙবনা মরম ওইহুনা মাগী মথাদদা শাইদাংহুনা অস্থম লৈরবগুম—অস্থমক্তা তৌহুনা শজি মিংতা মানবী, কায়না য়াথলনা থম্মোই হামচংনরবী কাদম্বরীবু মত্তম পূয়মক্তা উদূনত্তা মরৈখ্রে।

অস্থম্না মথং মথং চঙ্শিল্লক্তুনা মহাশ্বেতাগী আশ্ৰম য়োরক্কবদা ইন্দ্ৰায়ুধগী থোজুল লীহুনা লাকপদগী অচ্ছোদ কোবা পুখ্রী অহুগী মপাল য়োরক্লরবা মাগী লাম্মী তেংগোল অদুবু উবা ফংলকলে।

মত্তম অহুদা গন্ধৰ্ব্ব নিপামচাশিং অদুবু থাদোকখ্রে। মাবু উবদা হরাউবা, অঙকপা অমদি থঙ্নিঙবনা লাঙতক্কয়বা শা-মী লাম্মী পূয়মক্তা মহাকপু খুকল্ল-য়কলে। মওঙ্ অসিদা মহাক্লা মশাগী লৈকম কাত্রংফিনা থল্লিবা অহুদা চঙ্শি দুনা, মাবু খুক্কয়রবা নিংথৌশিংবু মত্তিক চানা চানা ওক্তুনা ঈকাই খুম্নবিবা লোইরগা বৈশম্পায়ন অমদি পত্ৰলেখাগা লোয়ননা—মহাশ্বেতা হায়বীহুনা অস্থম তৌই,

কাদম্বরীনা অমুম তৌই, মদলেখা হায়বী অহুনা মসিনি, তমালিকা অমদি কেয়ূরকনা অসিগুম্বনি—অম্মুমত্তা পাঙ্জমহুনা মতম লেপ্লকলে।

চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীগী মশক য়েংলুবে হায়বদগী থম্লবী য়াজলম্মীনা মহাকপু হায়গুম্বা পেম্নবা তৌখিদ্রে।

মিংয়েং তক্ত তক্লবী কাদম্বরীগী য়াথলতদা লাঙ্তক্লহুনা চন্দ্রাপীড়না অহিং নোংশোয়বা অহুমা ইতুম তুমদনা অহুম্মক লেপ্লকলে।

নোংঙাল্লগা হুমিং কোবা লাইনা তরং তরং হুন্দোয়ক্লবদা কাদম্বরীগী য়াথল থম্মা থম্মা সভামাণ্ডপতা লৈরিঙৈদা ইথঙ্ থঙ্‌তৌদনা খোঙশঙ্‌বগা লোয়ননা কেয়ূরক চঙ্‌লকপা উরকলে। কেয়ূরকনা লাম্নিঙৈদগী হৌনা মকোক নোম্লকুনা লৈপাক তানা চন্দ্রাপীড়গী মখোঙ্ শোক্লুনা থুরুম্লবদা চন্দ্রাপীড়না "লাউ, লাউ, চঙ্‌লকউ" হায়না হায়না অহানবদা তাম্লগা য়েংবা মিংয়েংনা, মথংদনা মপূক্লিঙ্‌না অহুদগীদি মশা তুজুং মাঙ্গুংননা অমম্লুং অয়োইবদনা মশামক চোংথোক্লুনা মথুং অনিমক্কা কেয়ূরকপু হৌগংপিরগা চেংনা কোনশিনবীরকলে।

মাবু মনাকমক্তদা কমহল্লগা, নিঙ্‌থিবা মীনোক্কী অমৃতনা-ডোথোকহল্লবা—ময়েকনা তিল্লবা অমম্লুং মহি-চেল্লবা-প্রেম-রসনা থম্লবা অহুগুম্বা বাঙাঙ্‌লা লুনা চাম্মা তৌহুনা হংলকই—"হায়যু কেয়ূরক! মতা-মনাইশিং লোয়ননা কাদম্বরী-মহাশ্বেতা অনিমক তেক্ত কায়দনা লৈদনা?"

হক্‌চিল্লবা মম্লুং-শিদগী পোক্লকপা নিংথৌমচাগী মোমোন-নাকপা-মীনোক্কা চামথোক্লুনা অমদি মহুনা মশা পূম্মক শীনবথুংনা তৈত্তুনা লমশাং চংপগী অয়াবা কোকচয়বা কেয়ূরকনা থুরুমলগা য়াম্না ইকাইখুম্মনা হায়জরকই—

"মজাইবুংঙোনা হংবীয়িবা মহাক অহু য়েথায় থিনগায়বা করিম্লু লৈত্তনা হুংঙাইনা লৈজহৌরি" অসি হায়না হায়না মথক্তা কূপ্লম্বা অচোংপা কি অহু হাইদোক্লগা—থম্বৌ মশিংনা মচীন কাজিনবা, চোংতক তৌরিবা, মথক্তা তৈবা চন্দন মথক্তা থম্বৌ থূজীনা থেংলকপগী মমি তারিবা অহুগুম্বা থম্মা মকোল অমথক পুথোয়রক্লগা মহু হাংদোক্লুনা কাদম্বরীনা থারকপা মম্লুংদা য়াওরিবা খুদোন পোংশিং অদুবু উহল্লকলে মহুদি—মপি অশংবমচুগুম শংবানবা, মকু খোক্তোক্লবা তৌরোক তৌবা নিঙ্‌থিবা মত্তোং য়াওবা কা থরগা, তেনম্বা অমোমগী চায়রুংগুম্বা মচু তৌরুনবা পানা মানা থরগা, মহাদেবগী কোকথক্তা থেংপা খা মচেং য়ানবা অচৌবা কর্পূর মচেং অমগা অমম্লুং কস্তুরীনা মনম হুংশিহল্লবা চন্দন থরগা পোংলমশিং অসি য়াওরি।

মথংদা কেয়ুরকনা হায়রকই—"কাদম্বরী দেবীনা থুংচা কারক কারক্তা ভক্তাং ভক্তাংবা মচু কাওরবী মথুং অনিমক লোয়হনা, মকোকী মণি শোক্লনা মজাইবুংঙোবু থুক্নমজরকলি—মহাশ্বেতা দেবীনা য়াম্না থুংশিনা মজাইবুংঙোগী মরল ওইবা পাউ হংজবগা লোয়ননা ইকাই খুম্নরকলি—মদলেখানা লূকথরক্লবী মকোকী মণি মতাম্না মরাইবক ভালহনহনা নোল্লুকচরকলি, লৈশাবী অতৈ অতৈশু মরাই-বক্তা থেংনা ঙা-কিয়োং শাবা লৈতেংনা লৈমায় শোকহন্দুনা থুক্নমনজরকলি অদুগা তমালিকানশু মজাইবুংঙোগী চরণধুলি লৌজহনা পূজা কংচরকলি।"

মহাশ্বেতানা ভাকপিরকপা য়াথং অদু হংগৎচরি মহুদি—"মজাইবুংঙোবু উজবা কংদ্রিবা মীশিং অদু ওস্থোক্লা মরাইবক কৈ, মরমদি—মজাইবুংঙোগী গুণশিং অসিদি ইনাক নক্লিতৈদদি খা মতাম্তনা ওইবগুম থন্দুনা লীক্লাগুম চংই অদুগা কায়নরবা মতমদনি মুমিং মতাম্না ওনখিবগুম ঐথোয়বু চাকথেকহনবা ওইরকই।

মফম অসিগী মী পুম্নমক্লা, লাইগী নোংদম্না ফংজখিবা ভরাং কৌবা মুমিং অদুবু অমৃত থোকখিবা মুমিং অদুগুম নিঙহনা মচুতবু থৌরাংনা ভাইনবদা মওঙ অমা ওইনরি।

মজাইবুংঙোগা কায়নহৌবদগী গন্ধর্ব্ব কোম্মুং অসি, অচৌবা হরাউকুম্মে লোইশ্রবা মতমগুম পুমচিক চীকথরে।

ঐ অসি পুম্নমক থাদোক্লবীনি—মসি মজাইবুংঙোনশু থঙবিরিবহনি অদুবু, মজাইবুংঙোনা মরম লৈতনা মুংশিবীবনা মরম ওইহনা ঐগী মী ওইবীবদগী নিঙজদ্রবমকশু ঐগী থম্মোই অসিনদি নম হাম্বনা মজাইবুংঙোবু উনিঙলি। থোইদোকপা অমদি, মোমোম নোকপা কাম কৌবা লাইমক মাল্লবা মজাইবুংঙোগী য়াথল থনবত্তদা কাদম্বরীদি মশা য়াম্না হিকৃথথরে। মরম অদুনা, মীথোই মীহেনবা মীশিংনা লূনা চাম্না তৌবীরগা মীওইবগী থম্মোইদা লেমজবা য়াথল পোক্লবগুম্না, চৌংলেয়া অমূক হন্না লেঙবিরহনা মজাইবুংঙোগী গুণদা কাদম্বরীগী মথন্নায় চাউথংহনবীরথো।

মজাইবুংঙোনা চানবীবত্তনা মরম ওইহনা হৌন-লোনচৎ-য়াংমা লাম্না অসি-গুম্বা পাউ থাজখিবা ওম্নবা পাংগল পোকহনবীবনা ঐথোয়গুম্বী মীগা শকথঙ মায়থঙনক্লবগী ফংবিবা হৌনবা অসিগুম্বা অরাবা থরা অসিদি শোয়দনমক থঙবিকম থোকই।

কন্মুং থক্তা কাউহনা চিং-থবীরগা 'শেষ' হায়না কৌবা লীকলাং পবেং অসি থাজখিবনি" য়াহৈ অসি হায়হনা কেয়ুরকনা মাগী ইম্নকি মচিদা পুন্নকপা, অমদি

অকুপ্পা লংলা কায়ক অহোবদা মডাল হাইদোরকপা অহুগুম্বা লীকলাং পল্লেং অহু লোথোক্লুনা চন্দ্রাপীড়গী চাময় থোগল্লিবী অহুগী মথুক্তা পীরকলে।

(শ-হ) অহুগী তুংদা চন্দ্রাপীড়না "কাদম্বরী দেবীনা করিম্নু লৈত্রবা ঐগুম্বা অমবু য়াম্না হেক্সিম্না চানবীবা উত্তুনা নিঙ্শিংবীবা হায়বসি মহাশ্বেতাগী মথোঙ্ থুম্নাদা চঙ্জবতগী মহৈনি" অম্নুম হায়হুনা থুদোন পোংশিং অহু মকোক্তা হায়গা লৌশিনখ্রে;

কাদম্বরীগী চায়রুংদগী শিম্বরকপী নিঙ্থিজবী মশকুম—মাগী, মহি চেক্সবী মীনোকুম—পেংথরবী থম্মোইগুম অমদি ঈচেল নাইনা চেম্বী মগুণ মপৈ অদুংগুম—শোকপত্তদা মুংঙাইনবা ওইবা—হয়াউ তুজুংনহনবা অমদি নাক্তোনগী পেল্লনবা ওইবা চন্দন অহু মশা পূম্নমক্তা তৈশিল্লগা লীকপয়েং অহুনা ভকশমদা শিজিনখ্রে। অমস্তুং পানা অহু পায়রগা হৌগত্তুনা ওয়গী থুংনা কেয়ূরককী ময়েংবান পায়না পায়না অহুম লেপ্তুনা লৈরগা মাবু থুরুমজরবা মকোক ওইবা নিংথৌ মথৈবু মতিক মতিক চানা ওক্তুনা ঈকাই থুম্নবা উংপিরগা বিদায় তৌনরম-হুনা "গন্ধমাদন" কৌবা শামু য়াইশা অহুবু মিৎয়েং তানবা তপ্না তপ্না থোরকলে।

মফম অহুদা ঙাইহাক্তং লৈরগা, মাগী মখুৎনা পায়বদা থুজীন মডাল তাবদগী থম্বৌ মশিংগুম উরবা, অকংবা নাপী থরা গন্ধমাদনগী মমাঙ্দা লংশিনবীরম্নগা; মানা লুনা তৌজরবা শগোল-শঙ্ তাম্না অমুক লাকলে। অম্নুম্না লাকপদা লম্বী নাকল অনিমক্তা লৈরিবা মনাইশিংদা হাইফেং হাইফেং লৈথোক্লুনা মিৎয়েং তাবীরকলে।

(ক্ষ-থ) মথংদা, চন্দ্রাপীড়গী পুক্নিঙ্ থঙ্লবা থোঙ্শবশিংনা থোগল ইল্লিবা মনাই মশনাশিং অহুবু থামহুনা থমহৌরবদা কেয়ূরক-তবু পুদুনা শগোল শঙ্দা চঙ্লকলে।

মতম অহুদা থোঙ্শঙ্বশিংগী চৈকু কিরবা মমিৎ মনা তথক তথক্লরবা শগোল-শঙ্-পায়বা কাঙ্বু অহুনা থুরুম্নগা মহৈ মহৈ হন্দোক্লখ্রবদা চন্দ্রাপীড়না, মাকল অময়োমদা হেম্না নাম্বরম্নবা ইন্দ্রায়ুধগী মথক্তা কুপলিবা ফি অহু মাম্না চিংশিনবীরগা, মখিত্তা খিন্দনা পাঙ্বা মারম্নবা কুঙ্কুম চন্দনগুম মচু ভাঙ্লবা ইন্দ্রায়ুধগী মশোংশিং অহু অমূক হাইদোকপিরে। মথংদা শগোল শকমগী ঐ মনক্তা থোঙ্ অনিমক থমহুনা মফম অহুগী ঊ অমদা তাথহুনা লেমগা লাঙ্জম্না হংলকই—

"কেয়ূরক। হায়মু, ঐমা চৎথোরক্লখদা গন্ধর্ব্ব কোম্নং অহুদা করি করম লৌক্লৌই। গন্ধর্ব্ব বিশ্বথোগী মজাইবেম্না কাদম্বরীনা করি তৌহুনা মতম লেজি?

মহাশ্বেতানা করি তৌই ? মদলেখানা কমদৌই ? মীনাইশুবীশিং অহুনদি করি তাংবৈ ? নঙ্ না করি তৌখি অহুগা ঐবু পন্দুনা করিগুম্বা য়ারী য়াতাই শান-খিবনচিংবদি য়াওখিবরা ?"

(গ-ঘ) মসিদা কেয়ূরকতি অঙাংনিনা শিং শীংনা হায়দোরকলে—"দেব ! হংগংচগে তাবিয়ু—মজাইবুংঙোনা লেঙ্থোকখ্রবদা লৈশাবীশিংগী থম্মোইশু অহুম্মক থোকমিন্নখ্রবনা য়াঙমকোন অহু নূপুর থোঙ্জেল মক্তুনা পুমনিন নিনখি, মতাং অসিদা কাদম্বরীনা মনাইশিংগা লোয়ননা দলান মথক কাহুনা শগোলগী উফুননা য়াউথাংনরবা মজাইবুংঙোগী লম্বী য়েংহুনা লৈখি।

মজাইবুংঙোবু উবা কংলক্ত্রবদা মদলেখাগী মরেংবান্দা মায়থোং থম্নগা ক্ষীরোদ সাগরগুম ঙোরবা মিংয়েংনা মায়কৈ অদুবু তাউথোকহন্দুনা অম্নম য়েংহুনা লৈখি অহুগা, থানা য়ুমিংপু য়েংথীবদগী অঙোবা শেকপিন ওইনা মাবু হুংশাদগী কনখি—মওঙ্ অম্নুমা দলান মথক্তা মতম য়াম্না শাংনা লেনখি।

অহুগী তুংদা, মওঙ্ অমা ওইনা মহাক্না য়াম্না য়ানা দলান মথক্তগী কুমথ-রক্তুনা মশাগী লৈকমদা ঙাইহাক্তং লৈরম্নগা অমুক হোগংলকলে; য়াথলনা মুংবঙ্নবা মঙৌ অহু উবদা লৈ মথক্তা তুশিন্নহুনা তোক্লরগনি হায়না মুংশা থীনরবা থোইমু মথৈনা ঙংহুনা লৈমায়থক্তা চাইথোকলিবা লৈ-শিংবু মঙোন্দা তাক্লক্লে, অহুগা অয়োকপা য়াহোংশিংনা থোংবা তারগা লাঙ্তক্লবা হেল্লবদা মহাক্না মথোয় অদুবু য়ারকপা ওইনা মথোয়গী মেনশিনবগী মওঙ্দা মঙক্তা থুজী হুকচিনবীরুবদগী থুজীনা মথারোমদা নাম্বখ্রবা য়াহোংশিং অহুনা, ঈশিং ঈকুৎ মাল্লবা মাগী অরংবা থুজীন মঙান অহুদা মঙক থাংগত্তুনা য়েংলকলে। থোংথাং থুদিঙ্মক্তা কাদম্বরী দেবীনা, মপান ইঙৌ ঙোনা শাংলবা—ঈমুংদা থাবা উরী মনাশিং অহু পায় পায়হুনা শাংলিবা লৈরাং অহুগুম মক্তুবা মজাইবুংঙোগী গুণ পূম্নমক অহু নিঙ্শিং নিঙ্শিংনা মজা ইবুংঙোনা লেঙ্শিন্দুনা লৈবীরম্বা শাম্নপুং অহু তাম্না অমুক লাকলে।

মকম অহু য়ৌরগা—মণি অশংবনা শাবা ডা-কিয়োং মানবা ঈশিং কাঙ্গীদগী কাপথোরকপা ঈশিংনা তচোং তচোংলবা অমদি ঈশিং ঈরীক লোয়ননা ইচাই চাইথোক্না তারিবা, অশংবা উরীগী থাংপোক মথাদা লৈবা, মজাইবুংঙোনা লেঙ্শিনবীরম্বা নূংপাক অহু অসিনি,—মুংশিবা ঈশিং মনমদা পাইশিন্নরকপা থোইম্নুশিংনা অনেম অয়াং নাইনা উহনবা মজাইবুংঙোনা চাইথরম্বা নূংলৈবাক অহুনা মসিনি—মজাইবুংঙোনা শিবা-পূজা-কংলম্বা-লৈগী-লৈরীক্তনা-মাগী-তোর্ব্বান অনিমক্তা-লৈতোক্পেক্তা-ওইনবা-চাংগী-তুরেন-অপিশক অহুনা মসিনি—মজা-

ইবুংঙোনা মখক্তা লেঙ্‌শিন্দুনা লুক-হাকম ওইনমম্বা, থা মঙান কাওবনা ইকাই-জনিংঙাই ওইবা লৌক্লাই মুংপাক অহুনা মসিনিদো—মজাইবুংঙোনা চেপলম্বদা মখক্তা চন্দন তৈহৌরবা, মুক্তাশুম মচু পাম্লবা ( ঙোরবা ) চৌংগী নুংপাক অহুনা মসিনিদো—অসুম ঙৌনা মনাইশিংনা হয়া হয়া উৎলকপা মজাইবুংঙোগী থৃদম পুম্নমক অহু য়েংনা য়েংনা কাদম্বরীনা মতম লেনখি।

খুম্বিং তায়মদাইদা মহাশ্বেতাদা য়ানা হোৎনহুনা, মশানা য়াজ্রবস্থ নম হাহুনা লৌক্লাইগী সঙ্গাই অহুগী মমুংদো অহুম্মক লুক হাবগী থবক তৌরে। মথংদা খুম্বিং কোবা লাইনা নৈথখিহুনা অমুক থা-না মশক উৎলক্লবদা, সঙ্গাই অহুদা অহুম্মক নৈনা নৈনা, থাবল-মঙাম্বা-চন্দ্রকান্ত মণিনা ভোবশুম হকচাং ইচোৎ চোৎনা থাগী মশক উজগনি হায়না কিহুনা চায়রুং অনিমক্তা খুং থম্লগা মিৎ উইশিন্দুনা কান্নেনো অমা ভাইহাক থক্তম্লগা হৌগত্তুনা—তরু তরুবী খুজীন মথৈদা থাগী মমি তাশিল্লবদগী থাক্লমহুনা ঙম্না কে-না চংপদমক হৈরবা থোঙ্ অনি অদুবু য়ানা য়ানা থাংহুনা চেপকম্‌ দলান তাম্না চংলকলে।

অহুদগীদি—কম্মুং থক্তা হিপথরবদা থাংগুমদবা কোকচিকুপনা ওম্না থোইনা অমুক থাংলকলে, অমস্রুং লোয়ন' লোয়ননা হকচাং শাগৎলকলে—অসুম তৌহুনা হায়কম থঙ্‌দবা পুক্লিঙ্‌গী লায়নান', মুক্তনা থানবা পূজাগী থাউমৈ, থয়ো অমদি ঙাসু থংগোংশিংগা লোয়ননা অমুক্তস্থ মিৎ উইশিন্দনা য়াম্না য়ানা অহিং লেনখি।

অহুগা ঙসি অমুক অঙনবদনা এরু কৌহুনা চৈবগা থাংবগা তৌরগা মজা-ইবুংঙোগী পাউ থঙ্‌লুনবা য়াথং পীনরকই।"

( ঞ-ব ) য়াহৈশিং অসি তায়রবদা কাদম্বরীগী মনাক্তা চংকে থম্লরুবা চন্দ্রাপীড়না "শগোল, শগোল," হায়না হায়না মপান থোরক্লবদা শগোল শেম্লবা মী অমনা ভকিং ভকিং শাবম্নচিংবা মপোৎ শুনা হাপ্তুনা পুথোরক্লবা ইন্দ্রায়ুধগী মথক্তা তোংথংলগা মতুংদা পত্রলেখাবু থাংগৎপিহুনা তোংহনবীরগা, বৈশম্পায়নবু লানশঙ্‌দা অহুম্মক থনমহুনা অমস্রুং মনাই মথৈবুস্থ মতুং ইম্লকনবা থিংলম্লগা, কেয়ূরকনা অতোপ্পা শগোল অমা তোংহুনা থোপল ওইনা তুংদা অসুম ইন্দুনা হেমকূট পর্ব্বত তাম্না থোরকলে। অসুম ঙৌনা লাকুনা কাদম্বরীগী থোঙ্‌জীন মক্তদা শগোল থনম্লগা ইহান হানবা মক্তদা কাদম্বরীগী মশক উনিঙ্‌হুনা লাঙ্-জরুবী পত্রলেখাগা অমস্রুং কেয়ূরক-কা অনিমা ইন্দুনা চঙ্‌শিল্লকপদা—কৈদা অমা থেংনহুনা হংলকই—"কাদম্বরী দেবীদি কদাইদা লেঙ্‌শিল্লি ?"

মহাশ্লা খুকুম্লগা হায়রকই—"মজাইবুংঙো। মম্লাই কারবা য়াহোংশিংগী য়াকাকম ওইবা শাম-পুং মথোঙ্‌গী পুস্ত্রী মপান্দা মৌনা শাগৎপা হকচীকলাংকক-

শাক্ অমদা কাদম্বরী দেবী লেঙ্শিন্মুনা লৈ।" মথংদা কেয়ূরকনা অমজিন্নুনা নিঙ্থিবা লৈকোন মরক শমজুনা মত্তেক অমত্তং চংলগা চন্দ্রাপীড়না মনি অশাংঙুমনা মচু শংবানববা লমু-বোন-মঙালনা; মমক্তা কাওজিন্নকপা মুমিংকী মশেকপু হানৌ-নাপীগুম মচু শংজিলহনবা মকম অহুপী অঙানবা শন্নক অম উমকলে।

মথংদা—লফু-বোম্নুং অহুদা থম্মা অশংবত্তনা থা-না মথক কুপশিন্নবা অঙৈংবা সঙ্গাই অদুবু উমকলে।

অমুকন্থু উমকলে—অচ্ছোদ সরোবরগী ঈশিংনা মশা পুন্নমক কুপশিন থনজিনবগুম্না অচোংপা কিজেংনবী কাদম্বরীগী মনাইনুপীশিং থমা সঙ্গাই অহুদগী খোক্কমকলি।

তবোপ তবোপপী মপুম মরৈ মাম্নবী মপাঙ্গোমশিংদা-শিবা থঙৌ-খুজৌনা মথোমগী হকচাং কাম্নাং খুদিঙ্মকপু ইঙৌ ঙৌথোকহন্নি।

ঙৌরুনবা কেতুকীগী লৈয়োন মনানা শামু ময়াগী লৈনা-মকপুস্থ শিংথানদনা নাপ লৈজেং ওইনরি।

মথোয়গী মাম্নথোংশিং অহুদা লাইবক কবৌনি হায়বা থঙ্নবা উংপা খুদমগুম চন্দননা থা মকোয় মাম্না নমলি।

মরাইবক্তা থিল্লিবা চন্দন মরীক মরীক অহুনা মথোমগা শোক্ক শম্নজনিঙ্বনা অমুকী মুমিং থোকপা মতম অসিদ-ফাওবা থানা মঙাল তাশিন্নবগুম নিঙ্থিজরি।

শিরীষকুসুমগী ফজবা মাঙ্হনবা থম্নাথেজোং অপোম্বনা মথোমগী মনাদা লৈতেং ওইনা চিম্নরি।

কর্পূর-মকুপ্না ইম্নাঙ-মাউহল্লগা মথক্তা চন্দন-মরীক-মরীক্কা-লৈতেংবা,—থম্নানা-থা-খুম-ওইনবা মথবাক—মথক্তা-বকুল পরেংনা হাম্নদা হুম্না মাম্নরি।

থাঙ্ভুমদবা-মৈশা-লাংহনবা-থাবু-শাউহুনা-নোইহংলবা মাপী মঙালগুম, অঙংপা লৈজনা তৈবা চন্দননা ঙৌরোক ঙৌরবী মখুৎশিং অহুদা থম্না থোক্কা মথোক ওইনবা থঙৌ মশিংজনা শাবা চামর অমমম পাম্ননমমলি।

অহুনা মীনাইপুবীশিং অসিগী মকোক্তা মথোক মথোক্কা মথক ওনথজুনা, কনাগীনা থম্বাল, কনাগীনা থরো অঙৌবা, কনাগীনা অশংবা, কনাগীনা ঙৌনা অলৌবা, কনানা লাম্নাক নিঙ্থিবা, কনানা থম্না, কনাগীনা লৈচরোং হাপ্নুনা মুমিং মঙান থংনরি।

মথোৎ অসিবু- ঈশিং লাই ময়ামগুম, পুম্নপ পৈশিল্লবা মরুপগী পূকৈগুম, পুম্নপ পূনশিল্লবা শরংকী মতম মথৈগুম অমদি মকম অমত্তদা পূনশিন্নরবা পূত্রী মপৈগুমনা উরি।

মথোৎ পুম্নমক অসি ঈংঙম্নবা থবক তৌবদা য়াম্না হৈশিংবী, কাদম্বরীনম্ব মশামক্তা মাম্লনা পুনা চাম্না তৌজবী মক্তনি।

(ভু-ক-ণ) অসিগুম্বী মীনাইম্নুবীশিং অসিনা চন্দ্রাপীড়গী মথোঙ্গী খুজীন মঙান ফংগনি হায়না কিত্তনা ভফিং ভফিংনা হন্দোক্লত্তুনা খুকেম্নরগা লম্ চাম্নথোক্লগ্রবদা চন্দ্রাপীড়না লক্কুগী থোঙ্লোন ময়াম অহুগী মথাদা চঙশিল্লকলে।

মকম অহুগী লৈমায় মথক অত্থ চন্দননা য়াই তৈরমলি, থম্বাল অঙৌবা অপোম্বনা শরীক মচা মচাগুম য়াম্বরি, অশাংপা জাতি কৌবী লৈরাং পরেংনা চামর ওইনা শেমত্থনা থমলি, অচৌ অচৌবা মল্লিকা পরেং পরেংম্ন য়াম্বরি, লবঙ্গ অমম্নুং চন্দন মপালনা পরেং পরেং লেংলি, থম্বাল অঙৌবা পরেংনা মথক্তা কীরান ওইনা হাইরি অত্থগা থম্বাল মথোক্লা চৈ ওইনা পায়রী, লৈতনা মশাগী লৈঙেংনবী, বসন্ত লাইরেম্বীমক মাল্লবী থোঙ্শঙ্বী থরনা, লক্কুগী হোজঙ্ থোঙ্-শিং অহুগী মনাক মনাক্তা লেপ্লরি; চন্দ্রাপীড়না মায়কৈ শীন্না অস্থম য়েংলকই—

মচি অমদা চন্দন মহিনা শেম্বা অপীকপা তুরেন মচা মচা লৈরি —তোর্ব্বান অনিমক্তা ভমাল মনা অনৌবা ময়াম য়ুংত্থনা বনগী মতৌ মালহল্লি অত্থপা বন মম্নুংদনা থম্বাল অঙৌবগী লৈরাক্লা লৈঙোই শেক্তা ময়াম শেমত্থনা থমলি—

মচি অমদনা, অচোংপা থাকল কম্না কয়া থল্লি, 'হিজল' কৌবা উপাম্বীগী ময়োল অনৌবনা চামর অঙাঙ্বা শানা শানা য়াল্লি, লৈমায় মথক্তনা সিন্দূর চাইরি মত্থগী মথক্তা অঙাংবা ফম্মু শেমত্থনা থমলি।

করিগুম্বা মকমদনা—শোক্লুত্রবদি খঙ্বা ভমদবা, এলাইচী মহিনা চোংলবা নিঙ্খিজবা ফল্লাংনা কোয়শিনবা লীক্লাইগী য়ুম কম্না অমম্ন লৈরি।

মকম অমদনা—শিরীষকুসুমগী লৈরাকনা লৈমায়দা নাপী হোবা মালহল্লবা, কাপথোরকপা-ঈশিংগী-লৈচিল-মরীক-মরীক-পত্থনা-তোথোকহল্লবা-অশাবা-য়াহোংশিংনা-মথক্তা-তোংবা—অহুগুম্বা ঈশিং পেয়ে কাপকম-শঙ্ কম্না অমম্ন লৈরি।

মচি অমদনা, ঈম্নুং পুম্নমক হৈনৌ মহিনা চোংলবা, জাম মনানা খুংনা থাবা উনাগী থাংপোক কম্না অমা লৈরি।

মচী অমদনা সনাগী থম্বাল কম্না শাংলি, অশাবা শাম্ন মচাশিংনা মমক চঙ্ত্থনা শায়বদা কোয়নোম নোমলি।

মকম অমদনা চন্দনগী ঈশিংনা চোল্লবা কুহা কয়ামকম লৈরি—মখোয়গী মপান্দা শোৌদোক্লবা সনাগী লৈখোয়না য়াই ভৈত্তুনা কাম কৌবা লাইগী থুবম য়ারি ; থয়ো থম্বালনচিংবগী মশিংনা লং ওইনা অময়া অমগা পুনশিন্দুনা ঈশিং চিখোক্লবা থমলিবা উনাগী উত্তোংশিং অহুদা, কেতুকী লৈকানা শাবা ঈশিং য়া-নবা হি মচাশিংবু অপৌ অপোবা থম্বৌ মশিংনা য়াম্বরি।

মচি অময়দনা, য়াম্না ঙৈশিংনা অমংবা নোং শেমত্নুনা পাইহল্লি, মচুগী মথক্তা চুমথাঙ্‌সু থাল্লি অহুগা মথাদনা নোংনা মশা পূম্নমক চোংলবা লৌক্লাইনা শাবা উংরোক ময়াম অমা শাত্নুনা থমলি।

মচি অমদনা, অডোব চন্দন মহিনা চোল্লবা পুখ্রী ময়াম লৈরি—মপান-মপান্দনা ভৌক্লনবা যব ময়োন চোংলি, অপোম্বা মালিকা ময়োন কেনবদগী পুখ্রীগী ঈথকশিং অহুবু অকুং অভোঙ্‌ নাইহল্লি, মনাই নুপীশিংনা পুখ্রী অহুদা মুক্তা পরেং চামত্নুনা ঈংহল্লবা হোৎনরি।

করিগুম্বা মকমদা ঈশিং ঈফুৎকাওবা উপাম্বীশিংদগী অতৎ অথম লৈত্তনা অচৌ অচোবা ঈশিং মরীক মরীক চাইথোরকলি, মুক্তা মকুপনা মথোঙ্‌দা কোয়না পল থাজিল্লি।

মকম অমদনা, মশা থপ্লদা লৈচিন ওইনা ঈশিং মরীক মরীক চাইথোহল্লকপা উনানা শাবা উচেক থরা কোয়না অস্থুম লৈত্নুনা লৈরি।

মকম অমদনা, লৈ পরেংনা শাবা থৌরী পান্দোংদা ( হোরিবান্দোং ) থোই-মুনা ভংবগুম থ্‌াঙ্‌গোয় মথোল তারি।

মচি অমদনা, মনুংদগী থিনগৎলক্তুনা মথক্তা হেনগংনা থম্বাল শাৎপা—থম্নানা মমায় কুপশিনবা অহুগুম্বা সনাগী থরুং কয়া কয়াস্থ খিল্লি।

মচি অমদনা, লৈ চরোংভনা, য়া মওঙ্‌ মাম্না কজ্জরবা ছত্র শারগা লফু পুংগ্রিনা মচুগী মথোক ওইনরি।

মকম অমদনা, থুৎনা গুম্বা কর্পূর মনাগী মহি লাকশিন্দুনা থম্বৌ মশিংভনা শাবা কিবু মনম সুংশিহল্লবা হোৎনরি।

মকম অমদনা, মল্লিকা লৈয়োম্না শেম্বা নাচোমদা "লবলি" কোৎবা উটহে মহি গুমজিন্দুনা চোৎহল্লি।

মচি অমদনা - মীনাইহুবীশিংনা নুংগী পাত্রদা হাপ্লা অঙৌংবা উরী উনাতৃগী মহিদা থম্নাগী হমাই হুমত্নুনা হেম্না ঈংহল্লবা হোৎনরি।

মনাই মশল মথৈনা অস্থুম ভৌত্নুনা কাদম্বরীবু ঈংথহল্লবা পোৎচৈ পুম্নমক

পূর্নশিন্দুনা থনম্বা অমস্তুং পূর্নশিন্ননবা হোৎনরমলিবা মতৌ পূন্নমক অহু য়েংনা য়েংনা চঙ্‌শিনখিছুনা চন্দ্রাপীড়না হকচীক-লাংকম শঙ্‌ অহুগী মথায়দা থুংলে।

হকচীক-লাংকম-শঙ্‌ মথায় অহুদি হিমালয় ( উনগী চীং ) গী থম্মুং গুম্বী, বরুণ ( ঈশিংগী লাই ) গী জলকেলি শায়কম, থাগী কলা ( পকপা চাউবা নাইবা মশক ) পূন্নমক্তা পোক্লকমগুম, চন্দনবনগী উমংলাই পূন্নমক্তা মপা মপু হান্নক্তা লৈনকমগুম, চন্দ্রকান্ত মণি মথৈগী থোরককমগুম, য়াকচৌং থাগী অহিং পূন্নমক্তী ফুংনকমগুম, নোংজুথা পূন্নমক্তা পুন্নপ তিন্নবা অরোনবা মকমগুম, তুরেল পূন্নমক্তী —হান্নদগী থঙ্‌নহুনা লৈরবা—ওলাঙ্‌থা মৈশা থাঙ্‌নবা লোৎনকম শঙ্‌ মতৌগুম, নোংথাঙ্‌-মৈশানা-পোক্লবা-নোং-মপৈগী লায়েংনকম শঙ্‌ মতৌগুম, থরো থারীক-থাশিংনা থাগা কায়নরিঙৈদা থাংঙমজবা অঙানবা মতম অহুবু লেন্নজনবা মকম-গুম অমদি কাম কোবা লাইনা মহাদেবগী মিৎতগী কাপথোরকপা মৈগী মৈশা মুৎচনবগী মকমগুমনা উরি।

অঈংবা শন্নজবা কিরবা স্নুমিৎ মঙালনা হকচীক লাংকম শঙ্‌ অহুবু মশানা থাদোকচরম্নবগুম—অকোয়বদা লৈবা পেরে কাপকমশিংদগী চাইথোক্লরকপা ঈশিং মরী মরীনা স্নুমিৎ মঙান থৎখ্রি।

কদম মপালগী লৈরীক চেল্লবা স্নুংশিৎমকস্নু সঙ্গাই-মস্নুং অসিদা শিংলবদা মতু চুংলি।

সঙ্গাই অসিগী অকোয়বদা হৌরিবা লকু-বোনশিং অহুস্নু ঈংমন্দুনা স্নুংশিং ইপোমদা মনা পূন্নমক নিক্লরি।

স্নুংশিবা লৈনম কংলবা থোইমু মথৈস্নু ঈংমন্দুনা ময়া ক্রক্‌ ক্রক্‌ চিকপগুম-ঙংহুনা সঙ্গাই মস্নুং অতুবু নিলহল্লি।

উরীমথৈস্নু নিংথম্মনবদগী মশাদা কিস্নু ইন্নহুনা থাঙ্‌জবগুম থোইমুনা মশা অপূম্বা য়োমলি।

( ত-খ ) শঙ্‌ অসিগী মস্নুংদা মরাং কায়না লৈরবা অমদি লৈপাক মতুমগুম্না থুংনা শোকপা থেংবা য়াম্নবা অঈংবা পোৎমথৈজনা চন্দ্রাপীড়গী স্নুং-পান অনিমক শীনবা থুংখ্রবদা—মশাগী মপুক্লিঙবু থা ওইনা, থোঙ্‌থুংনচিংবা মশাগী ইন্দ্রি মথৈবুনা থরোগুম, হকচাং কায়াং মথৈবুনা থাবল মঙালগুম অমদি মরোশিংবুনা থম্বৌ মশিংগুম থনবা হোৌরকলে।

স্নুরিং-মথেক শিংবু মুক্তা পরেংগুম, স্নুংশাগী কৈশাবুনা ঈংলবা চন্দনগুম, শিংলিবা স্নুংশিংপুনা কর্পূরগুম, অহুগা মতম অহুবুনা ঈশিং ওইরবগুম অমস্নুং মরোন অহুম্মক অসিবুনা শীঙ্কা কৌচিনগুম থন্নকলে।

(দ-ক) অছুগী মথংদা চন্দ্রাপীড়না উরকলে—হিমালয়গী গুহা মমুংদা য়াত্তাবী, তুরেন খিবীক্না কোয়না থোগনবী ভগবতী গঙ্গা দেবীগুম্না হুকচীক-লাংকম-শঙ্ অসিগী মচি অমদা মত্তাশিংনা কোয়না থোগন্দুনা কাদম্বরীনা য়াত্তারমলি।

কর্পূর-মহিনা ঈচেল নাইনা চেনবা, অপীকপা খুৎশেম-তুরেন-মচা অমনা অকোয়বদা মথন্তা অসুম কোয়না চেন্দুনা লৈবা, উথোঙ্ খুদিঙমক থম্বোক্তনা য়োমশিনবা অহুগুম্বা অপীকপা মাগুপ মচা অমগী মথাদা মহাক য়াত্তারি।

মিহৌ চাউবা কামদেবনা, থম্বৌ অমদি থম্বৌমশিংনা শাবা লীকপরেং, পাম্বোম কাবী, খুজী, থাঙগোয় অমদি থোঙজীনা কাদম্বরীবু য়োহিলং শক্না পুনশিন্দুনা থম্বীবগুম তৌরি।

চন্দন খিনবনা কাদম্বরীগী লাইপক ময়ায় অহুদা থা কোবা লাইনা শোক্লবা মাল্লি।

ঈয়ানা চোল্লবী মিৎস্না অহু উরগা মদুবু ঈশিংলাই বরুণনা চুপ্লবগুম উরি।

মুংশিংনা চিকৃপ মাম্না চীনবান্দা মুংশাশোয়মগী হোল্লি।

মৈ কোনশিন্দুনা থম্বগুম, থম্মোইমুংদা মুংশি মৈরিনা ওমহুনা চাকলি।

মাবু ঈশিংনা কোনশিনবীরবগুমনা মশা পূম্নমক্তা হুনাংনা চোৎলি।

অসুম তৌনা লাইমথৈ তিম্নহুনা কাদম্বরীগী মরাই চায়থনবত্তা হোৎনবগুম তৌরি।

হুকচাং কায়াং খুদিঙমক মাগী থম্মোইগা লোয়ননা মুংশি থোইরবা চন্দ্রাপীড়গী মকা য়ৌনবা চৎথোক্লথিবনা কাদম্বরীবু মশা য়াম্না শোম্বহনথি।

মগুক্তা শিবা মুক্তা পরেংগা ইতত্তবনা নম্ন শোক্লবদগী মশাদা অত্তৌবা মডাল চুশিনখ্রবা মাম্না, য়াউরি য়াউরি কংলক্লবা চন্দননা কাদম্বরীগী ফুথোঙশিং অহু ভোথোকহল্লি।

কাদম্বরীবু মুংশিবা উৎপগুম্না মকোক্তা থেৎপা লৈগী লৈক্তেংশিংদা, থোইমু-শিংনা মশা থলুনা মাগী চায়রুং অনিমক্তা কাবা হুমাং মমীক মরিকশিং অহু লোকথোকপিনবা হোৎনরি।

শমজিরৈদা তোংলবা থোইমুশিংনা ভংবা মথোলনা শারবা মৈশা ওইনা মাগী মনাকোঙ্ অনিমক চাকথেকহল্লবদগী কাদম্বরীনা, মিৎচি অনিদগী চেম্বরকপা পিগী ঈচেলনা মদুবু চোৎহনগে হোৎনরি।

চাং হেন্না শিন্দুরকপা-মিৎকী-ঈন্না-চেঙ্ফম-লম্বী মানবা, কর্পূরগুম ঙৌরবা কেতুকিগী লৈরোম্না নাপা লৈতেং ওইনরি।

মৈশা-লাংবা-কিরবী-মশাগী-মঙালনা কিহুনা চেনখোকখিবগুম অপাবা ইন্নফিনা সুংশাশোর মশী হোনবদা ঙনিক ঙনিক তৌহুনা থবাকী লমদম থাদো-ক্লম্নগা মচি অমদা তাহুনা লৈরি।

মরম অহুনা অরংবা থবাক মথক্তা মাবু থোগল তৌরিবা চামর অনি অহুগী মমি তাবহু উরগা, চান্নখোইবগী মনাক য়ৌনিঙ্বনা লাঙ ঙক্লরবী মথবাক অনিমক্লা পাইগদবগী মশা অনি অনিথক লোঙ্খোক্লরক্লবদা কাদম্বরীনা মখুৎনা নন্দুনা কাজিনবগুম ঙৌরি।

( ক-গ ) ঈংলবা নুংগী মূর্তি অমবু মপাম্বোম অনিনা হন্না হন্না কোনশিল্লি।

কর্পূরনা শাবা মূর্তি মচা অমবুনা চায়রুংদা হন্না হন্না নাল্লি।

চন্দন মপংনা শাবা মূর্তি অমবু মথোঙ্ থম্বালনা হন্না হন্না নোইথান্নরি।

অরংবা মথবাক অনিদা ভারিবা মাগী মান্নথোং মমি অহনস্নু ইঙক ঙক্লহুনা করিনো অমা য়েংহুন' লৈরি।

মনাদা চিল্লিবা লৈয়োন অহুস্ন চায়রুংদা ভারিবা মশাগী মমিগা শন্নহুনা লাঙঙক্লবা পূকচেলনা কাদম্বরীগী চায়রুং মথা অদুবু চূপচরি।

অপাম্বনা থুম্বাংলবা মুক্তা পরেংশিং অহুস্নু মপাম্বোম ভিংথোক্লুনা কাদম্বরীবু চেৎনা কোনশিনবগুম ঙৌরি।

থবাক ঈংনবা থমলিবা থা মানবা মণিগী মিংশেন অহুবু "ঙসিদি থোকথ্রগনু" হায়না মশাগী মথন্নায় শোকহন্দুনা "ঙসিদি ঐ থোক্লরোই" হায়না মাশকহল্লি-বগুম নিঙ্লি।

শাম্নু অমোমনা মমাঙ্দা, মচুম তাবা শাম্নু লমশা উরগা মনাতোন থাংগত্তুনা লৈবগুম কাদম্বরীস্নু মঙোন্দা হুমজিল্লকপা লৈকোনগী মুংশিবা লৈনম অহুবু মথুং ভিংথোক্লুনা থামলি।

লংকৈদা লৈবা নুপীশিংনা শক্তিনা য়েংওইনখিবা পান্নদবগুম কাদম্বরীস্নু থা-ঙগী ছন্নকপা মুংশিংনা মশাদা থেংলবা অমদি কস্তুরী মনম নম্বা পামজখিল্লে।

মাগী মশাগী নাকল অনিমক্তা থম্বাল লৈকানা কূম্না অমদি চন্দন ঙৈহুনা ইঙৌ ঙৌরবা থবাক-চম্নু অনিথক থিল্লিবদুবু কামদেবগী চাইথকম নাকল অনিমক্তা চন্দনগা মান্নবা অঙোবা ঈশিংনা চোল্লবা অমদি থম্নানা কুপশিনবা চম্নু অনি থিনবগুম নিঙ্লি।

শেংজবা আত্তিয়াদা শাৎপা থম্বালগুম-মক্ত্রবা ফিগী মথাদা থম্মৌ হেৱা মায়া খোংলবা কৈরু অনিমক ভরং ভরং উবা ফংলি।

কামদেবনা লীক্লংদা লীরী হায়বদা মমাঙ্থংবা শরক অহুনা লৈগী তেনবু খোঙনা হেন্না কজহনবগুম কাদম্বরীস্থু অপাম মুংশি রাথলদগী খোক্লকপা অয়াম্বা মতৌনা খোইনা নিঙ্খিজহল্লি।

কামদেবনা অঙৈবা লীক্লাং পরেং শিমিবত্থু উমগা বসন্ত লাইরেম্বৌনা নিংথম-থাবু ডাকখোকপগুম নিঙ্খিরি।

খোইমু অমোমনা লৈ শাংকম থিবদা য়াই চিঞ্জবগুম কাদম্বরীস্থু অপাম মুংশি রাথল্দা লাঙ্জরি।

অসুম্না অপাম মুংশি রাথলনা লাক্হংলবী, নৌজরিবী অহুমদি ওইরগা কাম পোকহম্নবগী মশক ওইবী কাদম্বরীনা মৈচাক থাঙজনবগীদমক মশা পুম্নমক্কা চন্দন তৈরগা, থম্বৌনা লৈতেং ওইনহুনা অমদি ঈংল-ঈংলবা পোং মথৈতগা য়াওহনা থাঙ্লমলি।

( ত-য ) মথংদা, চন্দ্রাপীড়বু লাকপা উনরবী মনাই মথৈনা চঙ্শিন্নরকুনা মানা মানা উনয়কপা মওঙ্ অহু কাদম্বরীদা হেক হেক তম্নরবদা মমিং মনা তথক তথক্লবী কাদম্বরীনা মখোয়বু য়েংলগা -"হায়মু, অশেংবমক মহাক লাক-পরা, নঙ্না উরকলবমকলা? অহু ওইরণদি কয়া লাপহৌরি, কদাইদা লৈগৌই?" অসিনচিংবা হংলক্লবদা মখোয় থূদিঙ্মক্কা চন্দ্রাপীডগী মরম তম্নরকলে.

মথংদা, চন্দ্রাপীড়বু থাপতক্না উরক্লবদা নিঙজোল নিঙ্খিজবী কাদম্বরীনা লৈগী ফমুংদগী হৌগংলকলে অমসুং মিংস্না অনিমকস্থু হাম্নদগী তেন্না লংথংলকলে।

চাউরবা অমদি লক্ক লেম্বাগুম মপুম মরৈ ফারব, মফৈ অনিনা লাকথুহনা মশা পুম্নমক লেঙ্জ ওংচ তৌবা ভমজত্রবী কাদম্বরীন আচৌবা উচূক্কা কয়া পুনশিনবীথিবনা লেঙ্জবা ভমত্রবী কারকপা নৌরিবী শামু অমোমগুম্না চৎচবা ভমদনা লৈত্রে।

মশাদা মচি য়াওদবনা হৌগৎচবা ভমত্রবদা লৈগী ফমুংগী মুংশিবা লৈনম ফংহনা পাইশিন্নরগা কোয়না ভংলবা খোইমুশিংনা কাদম্বরীবু শৌগৎপিরবগুম তৌরি।

অকিং ভকিং তৌবদগী ইন্নিবা ফি অহু নাম্বখ্রবদা শিরিবা লীকথাঙ্শিং অহুগী মভালনা মথবাক থজিজগে থনখি।

মশাগী মমিদা মথুং পায়বিলবা হায়জবগুম মণিগী লৈমায়দা মথুংনা শৌরি।

নাম্বরক্নবা শম্জি পুনশিনবদা চোকথরবা মেৎকি মখুত্তা কারকপা ছুমাংবা খীক্তোকচবগা চন্দ্রাপীড়দা মশা কৎথোকচবগুম তৌরি।

কাদম্বরীনা মাগী য়াঙ্লেন শক্ল অহু লেঙ্বদগী পূকী মথুপাশিং অহুগা লোয়ননা মশাদা ছোবা মতুশিংসু নিকলকপা মতৌ অহু উরগা কামদেবনা মাগী মশাহু শুমদোক্নুনা রস পুম্নমক লোথোক্নদবগী তৌবা মাল্লি।

মরাইবক মঙুং চঙ্খ্রবা থিল্লিব' চন্দনগা তিম্নরুবদগী ঈংলবা মুংঙাইবা ঈরানা মিৎসা অনিমক চোল্লি।

চায়থোইবা চন্দ্রাপীড়গী মমি ভাহক্লবা য়ানবা হায়দুনা কোকী নৈতেং নৈগী নৈরীক্লা য়াউখাংহল্লবা চায়রুং অনি অহুবু হু'ঙাইজবা ঈরা মরীক মরীক্লা চামথোকচবা হোৎনরি।

লাইবক্তা থিল্লিবা চন্দন অহুনা লুমথখিবদগী মায়থোং লুক্লবী কাদম্বরীগী মিৎচিদা নকশিনখ্রবী মিৎনহানা চন্দ্রাপীড়গী মায়থোংগা তিম্নখিবদগী অমুকসু হেক্লা শাংদোকখ্রবী অহুগুম্বী মিৎসা অনি অহুনা চিংথক্সুনা নৈগী কমুংদগী হৌগৎলকলে।

মনাক য়োন' চঙ্শিন্ক্লবা চন্দ্রাপীড়না হায়গুম নোঙ্লুক্লা মহাশ্বেতা অমসুং কাদম্বরী অনিমকপু নমস্কার তৌরবদা কাদম্বরীনসু ওকচরগা অমুক হন্না নৈগী (য়-ক) কমুং অহুদা কমথরে। থোঙ্শঙ্বীনা পুশিল্লকুনা থারবা, মথোঙ্ পুম্নমক্তা মণি থাম্বা সনাগী তাঙ্বন অমবু মথোঙ্না ঈনথোক্লগা চন্দ্রাপীড়না নৈমায় মথক্তা অহুম্মক কমথরে।

মথংদা কেয়ূরকনা হায়রকই—"দেবি! নৈশাবী মচা অসি মজাইবুংঙোনা য়াম্না চানজবী, কাপোক থনবীনি, মমিংনা 'পত্রলেখা' কৌই" অসি হায়দুনা পত্রলেখাবু মশক তাকলকলে। পত্রলেখাবু উবদা কাদম্বরীনা থল্লকই—"নোংদম্বা লাইনা তাইবঙ্ নুপীশিংগী মীচঙ্ চঙ্বাসি অঙকপনি।" পত্রলেখানা খুরুম্নবদা কাদম্বরীনা 'লাউ, লাউ' হায়না কৌশিনবীদুনা মাগী মতুং ওইরপনা কমহল্লে। নৈরমলিবী অতৈ মনাইনুপীশিং অহুনসু পত্রলেখাবু অঙকপা ওইনা য়েংনরকলে। অসুম্না য়েংনবা লোইরবদা কাদম্বরীনা য়াম্না মুংশিবীবা উতুনা থোংলবী মথুংনা পত্রলেখাবু হন্ন হন্না নানবীরকলে।

মতম অহুদা চন্দ্রাপীড়না নৌনা লাকপগী তৌনবা মদলেখানচিংবী পুম্নমকপু কৌন থোংনবনচিংবা তৌবা লোইরপা কাদম্বরীগী মতৌ অদু য়েংদুনা থল্লকই—"হুজীক কাংবদা মাগী অশেংবা মতৌ অসিবু থাজবা উমব্রিবা ঐগী থম্মোই অসিমক্তি কত্তবা য়াথলত্তদা হৈনহল্লকপা অতোনবগী মতৌনি। মহুসু ওইরসনু করে, হুজীক মঙোন্দা প্রমাণ পাপ্নে তৌদুনা অমুক্তং হংদুনা য়েংগে—।"

অসি থম্মূনা কোংনা হায়রকই—"দেবি! হায়কম ভৌকম খঙ্দবা হৈনবিরবা মওঙ্ অমনা মুংঙাইবীদবদগী লোইবা নাইত্রবা মৈচাক অসি অস্থুম অকিবগী মশক ওইরকলিবনি হায়না ঐনা থৈজে।

নিঙ্থিজবী! লায়না অসি উরগা ঐনা ৱাজরিবা অসিদি অশেংবমক মজাইবেম্ম-মক্লস্থ ৱাবিরমলোই।

মরম অদুনা থরায় থাবা ফাওবা হোৎনজদুনা মজাইবেম্মবু কহল্লনিঙ্ই।

অনাবা চৈনাথোলনা ইবেম্মনা নিকপিরিবত্ত উরগা ঐস্থ নিকলি—অনাবা চৈকূ থাঙ্বদা ইবেম্মনা লৈগী ফমুংথক্তা য়াতাবীরিবত্ত উজবদনা ঐগী থরায় অসি মপাল থোকথিগদৌই।

অনাবগী ময়াই কনমনথিবনা ইবেম্মগী পুম্বুম্বী পাম্বোম অনি অত্ত কংশিল্লক্তুনা মত্তুদা পাম্বোম ফাবী থোনবিত্রে, থাংগুমদবা মৈশা থাঙ্বদা মিংস্না অনিমক অদূনা, থম্বাল অভাঙবগা স্থল কমলগা পুম্না লৈমিম্নবা মাল্লে।

থোইদোকপদি—ইবেম্মনা ৱাত্তুনা অত্তম লৈবীরবদি ননাইশিং পূম্নমক অসি লোইবা নাইদবমথৈ মমিংকৌ পি শিম্ভনত্তনা লৈনবনা ফিজ্জেৎ লৈতে' পূম্নমক থাদোক্লরক্লগনি; মরম অত্তুনা ইবেম্মগী মতিক মপা চানবা নিঙ্থিবা ফিজ্জেৎ লৈজেং থোনজিনবীয়ু মরমদি—অনৌবা উরীদি নিঙ্থিনা মপাল শাত্তুনা থোইম্ম ইল্লরগতা ফজবা ওইরিবনি।"

নৌজরিবী নূপীমচা অমা ওইবনা মহৌশানা ইতিং তিংজবী ওইরবস্থ, কাম কৌবা লাইগী থোইনশিন্দগী পাথোঙ্গুম্নবা চন্দ্রাপীড়গী ৱাতাঙ্ পূম্নমক অত্তুগী

( খ-ঞ ) অর্থ পূম্নমক অত্ত পূক্লিঙ্দদি ফাওরগা মাগী আশানা মত্তম্নক য়ৌনদি ওইথোরকনি হায়না থাজবা ঙমজদবী কাদম্বরীনা ঈকাইজবনা পাংগল ওইজত্তুনা ভূমিন লৈজরকলে অমগুং করিনা অমা তৌশিম্নত্তুন', মচীন মম্নাগী মুংশিবা মনম মিত্তাত্তুনা পাইশিন্নরকপা থোইম্ম মথৈনা ইমম মমনা মায়থোং কূপশিনথ্রবা চন্দ্রাপীড়বু য়েংজনবগীদমক থোমোন নোকপা মীনোক্তী মভান হাইদোকহল্লকলে।

মথং তাবদা মদলেখানা থূম্নকই—"মজাইবুংঙো। মজাইবেম্মগী মৈচাক অসিদি করি হায়নবু পাউদম্নসিগে—অত্তুগা ফজবা শক্ন লাকহৎলবী কাদম্বরীগী মকাদবু মৈহুম ওইনা চাকপা ৱাওথিদবা করি পোৎপু লৈরিগদগে?

য়েংবীয়ু—অনৌবা থম্না থেজ্জোং ফাওবনা নৈরি ওইনা চাকলি অত্তুগা থাবল মভালনস্থ ৱাক্লবা মুংশাঙম শাবনা থাঙজবা ঙমদে।

অদুগা অনৌ অনৌবা য়েম্নিঙ্‌ভনা হুমাই হুম্বদা চেম্নকপা মুশিং অসি কাওবনা ইবেম্মনী থম্মোইদা অম্নাগ পোকহনবীহুনা অথাঙ্‌-কনজ-বতনা হিংজম্বিবী মতৌ অসিবু উবীদবরা ?"

কাদম্বরীম্ম মপুক্কিঙ্‌দা মদলেখাগী ম্নাইহেশিং অসিবু চন্দ্রাপীড়গী ম্নাঙাঙ্‌শিং অদুগী মত্তিকমক চাবা পাউথুমনি থঙ্গরকলে।

"কজবা শক্কা লাকহৎলবী" হায়বসি অর্থ অনি থোক্কা পুবা ম্নাবনা, কজবা শক হায়বসি করিগুম্বা ঐবু হায়বা ওইরিগন্না—অস্তুম্না চিংন চিংননা চন্দ্রাপীড়না মহাশ্বেতাগা, পুক্কিঙ্‌ হুনবগী মশক ওইরবা মুংশিবা ম্নাবী কয়া কম্না শামিম্নহুনা অয়াম্বা মতম লেম্নগা, মুংশিবা ম্নাঙাঙ্‌না ম্নাম্না ম্নানা হোৎনহুনা মশা নাম্বোকপা ম্নানবা হোৎনরগা মাগী লানশঙ্‌দা অমুক হুনথিনবা কাদম্বরীগী সঙ্গাইদগী থোরকলে।

চন্দ্রাপীড়না কাদম্বরীগী সঙ্গাইদগী থোরক্কুনা শগোল হেক তোংথৎলগে তৌবমক্তদা কেয়ূরকনা তুংলোমদগী হায়রকই—দেব! মদলেখানা হংগৎচরকই—"হেক উম্নবদগী হৌনা পত্রলেখানা কাদম্বরী দেবীবু ম্নাম্না মুংঙাইহনবা ঙমম্রে—মরম অদুনা কাদম্বরী দেবীনা পত্রলেখাবু অসিদা থম্বীরমথো, কোম্না লাকহনগে হায়না খল্লিবসিদা মজাইবুংঙোনা করি তাকপিরিবা।" চন্দ্রাপীড়না হায়রকই—"কেয়ূরক! ফংঙমদ্রবা কাদম্বরী দেবীগী থৌজাল ফংজববী পত্রলেখাগী মরাইবক অসি পুম্নমক্কী থোরাংনক্কমনি—চৎলো, নঙ্‌না মহাকপু পুশিনবীথো" অসি হায়হুনা অমুক হম্না লানশঙ্‌ তাম্না হল্লকলে।

লানশঙ্‌দা হক চঙ্‌থিবগা মহাক্কা উবা ফংলে মহুদি; মশক থঙ্‌বা পাউ পুবা নিপা অমথক মবাইবুংঙোগী নাক্তগী লাক্তুনা লৈরমলি। শগোল্ পায়না পায়না মহাক্কা হরাউবা, মুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংহুনা লাপ্লিঙৈদগী হংলকই—'ইম্নাম্বা! ইপা ইবুংঙো অমসুং ইপা মনাই পুম্নমক অমদি অতৈ নুপীশিংগা লোয়ননা হৈমা ইবেম্মা অনিমক্কী মঙ্গল ওইরিবদনা ?'

পাউ পুবা নিপা অদুনা চঙ্‌শিনক্লগা খুরুমদুনা হংগৎলকই—"মজাইবুংঙোনা সনা ম্নাথং তাকপিরিবা পুম্ন‍ক ঙম্না মঙ্গল ওইনরি" অসি হায়রগা চিঠি অনিথক কথোক্লকলে। চিঠি অনিমক মকোক্ত শোক্লগা হাংদোক্তুনা যুবরাজনা মথং মথং পারকলে।

"নঙ্‌গী মঙ্গল ওইনমু; মথা পোনবা নিংথৌশিংনা মথোঙ্‌ থপালবু মকোক্কী লৈত্তেং ওইনবা, শিবগী মনাই অথোইবা, লাইমক্কা মান্নবা মত্তিক মঙাল চাউবা নিংথৌরেন তারাপীড়না কোক্কী লুহুপ মপিদগী থোক্কপা নিঙ্‌থিবা

মতাংদা থিজবা মরাই লেপ্লুনা চুপ্লুনা লম পুম্নমক্কী নশক ওইরবা চন্দ্রাপীড়বু অভিনন্দন তৌহুনা হায়রি—

প্রজা পুম্নমক মুংঙাইনরি অদুবু নঙ্গী নশক উরক্লবদি কুইমরববনা ঐগী পুক্নিং মায়া লাঙ্ঙক্লরে, সঙ্গাইন্নুংগী নুপীশিংগা লোয়ননা মহারাণীসু মায়া মারে; মরম অদুনা চিঠি হেক কংবগা যাত্রা তৌরকউ।"

শুকনাসনা থারকপ অনিশুবা চিঠি অদুসু পাবদা হিরম অসিমক অদুমক ইরমলি। মতম অসিদা বৈশম্পায়নসু চঙ্লক্লুনা চিঠি অসিগা মরোন চপ মান্নবা মশাগী চিঠি অনিথক চন্দ্রে পীড়দা উৎলরে।

অদুগী তুংদা চন্দ্রাপীড়না "ইপাইবুংঙোগী মাথংনি" হায়রদুনা থুদক্তা শগোল অমুক তোংথংলগা যাত্রা মাইবুং মৈরকলে অমসুং মনাক্তা, মপান নাইত্রবা শগোল লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা লৈবা অমদি তেংগোল পুম্নমক্কী লানজিং পুরেন ওইবা মেঘনাদ হায়না কৌবা বলাহক (প্রধান সেনাপতি) গী মচানিপা অদুবু মেংহুন' মাথং পীরকলে –

''মহাক্তি পত্রলেখাবু পুবীরক্লবা লৈহৌখো, কেয়ূরকনা মহাকপু লোয়দনা অসিদা থিনবীরকনি, মতম অদুদা, কেয়ূরকক্কী থোঙ্দা—ঐনা ইকোক মোয়া কাদম্বরী দেবীদা মাইহেশিং' অসি হায়জরম্মী হায়না পাউ থরা থাবিখো মহুদি— 'মরোল অদুম্মক্তা নিন্দ তৌনফম ওইবা, মীশা হায়জবা অপুম্বা থৌশাদবা, অরেম্বা মশক লৈতবা অমদি থঙ্ডমত্রবা অসিগুম্বা শাজং চৎপা ভাইবঙ্-মীশিংগী ফুংশিবা মতৌ অদুদি মতম তাম্বা চাবা চাদবা মেংবা লৈতনা হেক্লমক ওম্ব তৈনবা ওইখোকখি—অদুগা করিগুম্বা মরম অমগীদমক নত্তনা চুম্বা ফুংশিবীবা অদুগুম্বা মফুংশি অদুবুসু মখোয়দি করিম্ন শীংথানবা লৈতে। মওঙ্ অম্বুম্বা ঐনা চৎলবনিনা ঐগী মফুংশি অদুদি মতাং হৈবা, মিত্রং শাম্বা মীগী মতৌ মালহল্লে, ইশাগী অপাম ফুংশি মতৌবু ওইদবা, মারেম ভাঙ্বক্তদা হৈশিংবা ওইনা উৎলে, পুক্নিঙ্গা মাহৈগা তিন্নদবা চুম্বগী চৌনবান থোংগী মাহৈত্তদা কংথোক-পিরকপা ফুংশিজপ্রবা থরাম্নমকপুসু লোনম-লাংদা থুহল্লে।

ঐগী ইশাদি থমখো, স্বর্গদা লৈবা লাইশিংগী ওইবত্তবা মতিক চাবী ওইহুনসু মতিক মপা চাবা অমদা চানবীবা উৎপিরিবী অদুগুম্বী কাদম্বরী দেবী কাওববু ঐনা নিন্দা তৌনিঙ্ই মরমদি—থৌজাল অমৃতনা তোম্নবা পুকচেল চাউবা মীশিংনা মতিক চাদবা মকমদা মিংথোংকম ওইনকবদগী, মেংলুবা মিথম্নং অদুগী মমল ম্নাওমক্ত বদা মমৈমদদি মথন্তুগী ঈকাইজনিডাই মরম ওইরকই।

মহাশ্বেতানা ওইদব য়ামক্তা শেমগন্তুনা ঐবু থাগৎপিখিবা অদুগা মতিক চাদবা মীগী মায়য়োং য়াবীথিবদগী কাদম্বরীনা মহাকপু হন্না হন্না তাঙ্‌বী চৈবী-রমগনি, মরম অদুনা কাদম্বরীগী মকাদদি, ঈকাইবা পোৎলুম্না নম্মুনা ঐগী থম্মোইনা লেঙ্‌বা ওৎপা ঙমথিরোইদবা নৈতে মহাশ্বেতাগী মকমদস্থ অদুমত্তায়।

অকনবা ইপাগী য়াথংনা ঐনা ইশা অসিতবু লাকশিনবা ঙম্মগী মথৈতনি, অদুগা হেমকুটতা নৈজনিঙ্‌লবা থম্মোই অসিনদি মপোক লৌশীং অমা চুম্না কাদম্বরীগী মনাই ওইজগে হায়না ইহুনা লাম্মোক্লমলে, হুজীক ঐনা তৌগদবা করিনো?

সেনাপতি অমনা কক্লবা শাতানবা অমবু কাহুনা থম্বগুম দেবীনা চানবীবা মতৌ অদুনা ঐস্থ চখোকথিঙমত্রবনি অদুবু অকনবা ইপাগী য়াথংতনা উজ্জয়িনী পাংবনি।

অদুমদি ওইরগা করিগুম্বা অস্থম কত্তবা মীগী মশীং থানরকপা মতমদদি— চণ্ডালগী শাক্লং চংপা চন্দ্রাপীড় অসিবুস্থ মশীং চনবীয়ু।

অদুগা চন্দ্রাপীড়না হিংলিদৈদা অমুক হন্না কাদম্বরী দেবীগী মথোঙ্‌ থম্বালবু সেবা তৌজবগী মুংঙাইজবা অদু কংনিঙ্‌লমলোই হায়বা য়াকম অসিমদি পূক্লিঙ্‌দ কাওবা থনবিক্লগনু।

মহাশ্বেতাবু ঐনা লাইগুম্না কোয়জনগা ইকোক্লা মথোঙ্‌ শোক্তুনা থুক্লমজে হায়বিয়ু; থুক্লমজবগা লোয়ননা ঐনা মদলেখাবু চেৎনা কোঙ্গে তম্বীয়ু, তমালি-কাবু ঐনা কোনজনম্মী হায়বিয়ু অদুগা ঐনা হায়বা শাহুনা কাদম্বরী দেবীগী মনাই মশল পূম্নমকপুস্থ তেক্ত-কায়দ-পাউহংনু অদুগা মতিক ময়াই চাউরবা হেমকুট কৌবা চীংজাউবুস্থ থুং লোয়হুনা থুক্লমনু।"

মতৌ অস্থম্না মেঘনাদবু য়াথং পীবা লোইরগা হায়রকই—"বৈশম্পায়ন! নহাক্লা, মক্লপ মপাং নিংথৌমচা ময়াম অসিবু লাম্মী তেংগোলগা লোয়ননা য়াক্লন্দনা তপ্না তপ্না পুরকউ" অসি হায়হুনা বৈশম্পায়নবু লাম্মী তেংগোল তাক্লনমা থোদা পীরমলে।

মশামক্লা অদুম্মক শগোল মথক্তা নৈরগা নৌনা কাদম্বরী কায়নবগী থম্মোই ঈহাঙ্‌ হাঙ্‌লবস্থ অতোপ্পা শগোলদা মশাগা শাবলগা নপ্পনা কম্নবা পাউ পুরকপা নিপা অদুদা উজ্জয়িনীগী য়ারম হংনা হংনা চৎপা হৌরক্লবদা মথুত্তা অশাংবা তা অমমম পায়নব' নহা ওইরিবা শগোল তোংবা লাম্মীশিংনা মথোয়গী শগোল থুক্লপ্পা নৈমায় ভুকুন হৌহন্দুনা ঈয়ায় লায়না জগোই শাবগুম চৎচবদা

ইরাউজরবা শগোলশিং অহুনা থেকপা থোংবা মথোলতনা কৈলাস পর্ব্বত অপুম্ববু নিকইম্মুনা চন্দ্রাপীড়গী মতুংদা যৌগল ভৌনা ভৌনা অস্থুম ইল্লকলে।

চন্দ্রাপীড়না অহাঙবা বন মপুং মতুংদা অস্থুম চৎনা চৎনা তুংখিলগী মতম লোইখিছুনা মুমিং তারমদাই য়োরক্লবা অমদি ভাল্লম্বা মঙাল পুম্নমক অহুনা তম্নান মহৈ গুম্না ভাঙশিনবা হৌরক্লবা মতম অহুদা রক্তচন্দন পাম্বী অমগী মথক্তা থেংপা কিরাল অঙাঙবা অমথক তাম্না উবা ফংলকলে অহাঙবা বন অহুদা হৌরিবা উশিংগী মউ পুম্নমক অহু য়াম্না য়াম্না য়াংই।

( ম-ক্ষ )

উপাল অয়াম্বা মালিনী কৌবা উরীগী থাংপোকনা হেক হেক কোয়শিল্লি।

লম্বী চৎপমথৈনা, অচৌ অচৌবা শামু লমশাশিংনা কুক্তোক্লমহুনা তুরিবা উজাউশিং অদুবু কোইথোক্লা চৎনবগী অথোয়বা লম্বী কয়া লৈরি—

শাহিং-চাবা-শা-শিংদগী মথরায় কয়নবগীদমক লম্বী চৎপশিংনা মশীং লাক-শুমদনা থোমজিল্লরম্বা নাপী, শীংবী, উনা অমদি উ মপৈ মপৈশিং অহু উরগা অহুগুম্বা মকমশিং অহুদা অকন অকনবা মীওই কাওবগী মথরায় মাঙখি হায়বা খঙনবা ঙম্মী।

অচৌ অচৌবা উথোঙশিংদা লংকৈ চৎপশিংনা হুল্লম্বা উমং লাইরেম্বীগী মূর্ত্তিময়াম উবা ফংলি।

ঈশিং খোরাংলবা লম্বা চৎপশিংনা মচেং থর থরদং চীক্লুনা শায়রগা হুন্দোক্লরম্বা হৈক্রুক্তনা মচি মচি থুদিঙগী তাহুনা লৈরমলি।

বন অদুগী মতুংদা 'করঞ্জ' লৈগী লৈয়োন্দগী চাহথোরকপা লৈরীক মকুম্বা কুহা মপানশিং অহু শীনব থুংলি, ময়াদা হোবা উপালশিংদা পলহৌবা হুরান-বশিংগী মফি মচেংশিংনা কুহাশিং অহুগী কৌরাল ওইনরি। মপালগী চেক মথক্তা তারিবা উনা অকংবশিং অহু উরগা লম্বী চৎপাশংনা মহুদা ফমহুনা পোৎ থানরম্মী হায়বা খঙবা ঙম্মী। তীর্থ চৎপশিংনা পোথাবা মতমদা মথোঙদগী উকুন কম্বোক্লরম্বদগী উকুন থাংহুনা রাউথোক্লবা অহুগুম্বা অনৌবা উনা মথৈনা মশক খঙনা কুহা ময়াশিং অহুদা তাহুনা লৈরি, মথল মথলগী তোভায়বা উনা ময়াম তাশিনখিবদগী কুহাশিং অহুগী ঈশিং পুম্নমক মনম নমখি, শাই, লৈদাং ওইনা তোই, মচু ওল্লি, থকপদা ফকুই। কুমথী হাউথী অমদি উরী উনানা শেম্বা ঈশিং শোক্লবা পাত্র মানবা থুদম ভাক্তা লাপলিডৈদগী উবনা অসিগুম্বা কুহাশিং অসি লৈরে হায়বা অহুম্মক খঙনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা কুহা ভাক্তা লৈবনা ঈশিং কদে হায়হুনা মীনা বন অসিদা কয়া চৎননিঙদে।

বন অহুগী ময়ায়দা অতোঙ্ অকুৎ নাইনা লৈবা, চীংকগী চেম্বরকপা ঈশিং কংগ্রবা তুরেন থরগী তোর্ব্বান্দা, লৈহি যায়া চেনবা, মনাদি থাবা, পীক্রা পীক্রা শাংপা 'সিন্দুবার' হায়না কৌবা পাম্বীগী বনদগী কেক্লকপা লৈরীক মথৈনা লৈতোইগুম্না য়াউথাংননা হাক্তিন্দুনা লৈরি : পুম্না পুম্না হৌবা ঊরীগী মোংশোঙ্না তোর্ব্বান নাক য়েংতা ইথন থম্না হৌরি, লংকৈ চংপশিংনা তুরেন থোঙ্চুংদা লৈতোই কোংথোক্নুনা কোম মচা মচা হনবদা লৈথোম লৈনাংগুম্বা ঈশিং থজীক থজীক থোকই। অসিগুম্বা বন অসিগী মনুংদা ঊরী য়ারীনা শুক্রবা করি করিগুম্বা মক্লমদা থুংগঙ্ মচা মচা থরস্থ তারি।

লময়েন অমদি হুই থোংবা তারগা থুন তারি হায়বহু থঙ্নবা ওম্মী।

অসিগুম্বা মতমদা মুংথিলগী অঙানবা শরুক অহু তাঙ্শিন্নকুনা মুমিং তাগদোরে হায়বা থঙ্হল্লকলে।

বন অহুগী মনুংদা হৌরিবা মশীং লাকওমগ্রবা উপালশিং অহুগী মরক্তা অয়াম্বা ওইনা হৌরিবা মশা ইরোঙ্ লোঙ্দবা, মতোন্দা ছত্র মাম্না থজীক্তং লাকথোক্ল্বা অহুগুম্বা তেম্না অমদি পাংগোং পাম্বীগী মথোঙ্দা লৈরিবা লম-দোঙ্শিং অহুদা চোংলক্লিবা মহৈ মরোংগী ময়োনশিং অহুবু কয়নবা য়া
(ক-চ) অকংবগী শময়া কোয়শিল্লি ; শা-শম্না মহৈমরোং চাথিদনবা হায়হুনা নাপীনা মী শাহুনা ঙাকহল্লি অমস্তুং মমুন কারবা, মহৈ তোক্লনবা 'প্রিয়ঙ্গু' কৌবা ঊরীনা থম্না হৌরি। অসিগুম্বা ইংথোল কোইনবা লমনা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিনথিবনা পীকশিল্লগ্রবা ময়াম থংবা শরুক্তা হৌবা য়াম্না লিরবা রক্তচন্দন পাম্বী অমথক্তা হায়রিবা কীরাল অহু থেংলি।

ঊ-তৈবা শদুম মচেৎ মানবা—কুংলবা যাবোং মহি অমদি অনৌবা ঈথেং মহুগুম তাঙ্লবা রক্তচন্দননা কীরাল অহুগী মচু শঙ্লি।

কীরাল অহুগী মথাদা, শা-গী মরৈগুম ঙাংশঙ্ তাঙ্লবা অশাংবা ফি মচেৎ থরস্থ ঊরীগুম য়াম্বরি অহুগা মতোন্দনা শম মপুন মানবা মমায় মথা ওহুবা অমুবা চামর মচা থরস্থ ফজনবা পুন্দনা য়াম্বনা মদুবু হাংপদ ঙায়রিবা শা-শিংগী মশামা কীরাল অহুগী লৈতেং ওইনবগুম ঊরি।

কোংগোনগুম ময়ায় পোঙ্বা লীকোননা থা মচেৎ শানা কীরাল অহুগী অকোয়বদা কোয়শিন্দুনা থূদম তোবনা মুমিৎ কৌবা লাইনা মচানিপা যমগী ইরোই অদুবু তাক শেনবীনবগীদমক কুমথ মিয়্যকপা থা অহুনা কীরাল মতোন্ অহুদা চাল্লিবগুম নিঙ্লি।

কীরাল অহুগী মতোন্দা সনানা শাবা ত্রিশূল অমথক থেংলি, মহুগী খেং খেং নোম্বা মতোন অহুদা পুম্লিবা য়োংলী অমদা মথোল লূম্নবা অকিবগী মশক ওইরবা শরীক অমা য়াম্লি অহুগা ত্রিশূল অহুদসূ নোংশামশোং মানবা নিঙ্থিজরবা চামর অমসূ য়াম্বরি। অসিগুম্বা ত্রিশূল অসি থেংপনা কীরাল অহু আতিয়া থেংনা য়াংলি।

কীরাল অসিনা, বলি কংপা য়াবা, লংখৈ চৎপা মা লাকপ-মায়মৈগে য়েংহুনা লেপ্পা মতৌ মাল্লি।

(ছ-খ) চন্দ্রাপীড়না কীরাল অহু ওয়া থরদং চণ্ডিশিল্পরুগা চণ্ডীগী মূর্তি অমথক উরকলে।

কেতুকি নৈগী মতোনগুম তুম্নবা অমদি ভোরবা-শামুলমশা-ময়ানা শাবা থোঙ্পাক অমনা চণ্ডীগী মন্দির অদূ লোনশিন্দুনা লৈ।

মশম-ভাঙবা-অকিবগী-মশক-ওইরবা-শাতানবশিংগী-মমায়-মানবা অভাঙবা চামর মথৈনা কোয়শিনবা শকয়েং মিংশেলগুম্না কোইরপ কোয়বা য়োং মপাক অমুবা থরা থেত্তুনা থম্না য়োংকী হোজঙ্ অমস্তু থোঙ্ ময়া অহুদা লৈরি।

দেবীগী মমাঙদা লৈবা, কাঁজলগুম মুরবা নুংঙ্কাল অমগী মথক্তা যমনা, ঈ তৈরবা মথুংনা হোইবা মানবা অমদি ঈ মরীক মরীক থাক্লিঙলবা লমহুইশিংনা মমিং অনিমক্ত লেকপা মানবা রক্তচন্দননা থুং মাম্না মশা পুম্নমক থুংনা য়েকপা য়োংনা শাবা ইরোই অমথক লৈ।

মচি অমদনা, শাতানবনা-হাপ্তোক্লবা-লম হরোইগী-ঈগুম-ভাঙলবা-থম্বাল, মকম অমদনা নোংশা-থুঙ্জীনমানবা বকপুষ্প (উরোক য়াম্না শাংপা) কৌবা লৈশিং অহু, অহুগা মচি অমদনা ঈ তৈরবা কৈ-থুঙ্জান মানবা পংগোং মপালশিং চাইথোক্তুনা থমলি।

অতোপ্পা মকম অমদনা, দেবীদা কংলবা শাশিংবু মুংশি তৈফনা হাংথিবগী থুদম উরি—অথোয়বা শক্তি মচি মপৈ মপৈনা, ভোম্রিবা হিংসাগী থবক অদুবু ময়োন চোংহল্লি; ঈ তৈরবা শাগী মরৈ মভৎশিং অহুনা মহুগী মনা ওইহল্লি, ঈ কারবা মিং ময়াম অমা ভারিবা অহুনা মহুগী মপান-শাবা মাল্লি অহুগা তারিবা মকোকশিং অহুনা হিংসা পাম্বী অহুদা পানবা উইহে মাল্লি।

দেবীগী লাই-পূমাঙদা হৌরিবা অভাঙবা অশোক কোবা উপান্বীশিং অহুগী অগীক অপীকপা মশা কারক্তা চুই কিহুনা লোংনরিবা লময়েনশিং অদুবু উপাল অহুগী অচৌবা মশাশিংদা মতম চাদনা শাংপা লৈ-চয়োং-মায়া উরি।

বলি তৌবগী ঈ থক্লিঙ্ হুনা লাক্লবা বেতালশ্রিংগী মশক মাল্লবা কোনা পাম্বীশিং অহুগী উহৈ শক্লা শা-মকোক ময়াম কংনরমলি।

অসিগুম্না অকিবগী মশক ওইরবা লাইশূমাঙ্ অহুদা হোৌবা লফু-লাকোন অহুনা কিজহুনা তনিক তনিকলি, হৈ-থাগোক পাম্বীশিং অহুনা কিবনা লাঙ্ তক্লরি অহুগা খর্জ্জুর ( থাঙ্ তুপ ) পাম্বী মথৈনা কিনবদগী মশম চপ চপ য়ুংখৎনরি।

নোংশানা হোগায়রবা শামু লমশা মকোক্তুগী চাইথোরকপা—পুজাগী চাক ওইরমাগে নিঙ্ তুনা মিতারবা লময়েনশিংনা ময়াদা হুকচিন্নুবদগী অমুক ওথোক্লরম্বা —ঈ তৈবা মুক্তাশিং অদুবু, দেবীগী মচা মনাই ওইবদগী হিংসা তৌবাত্ত্রবদা লমহেন্নরবা নোংশা মচাশিংনা দেবীগী লাইশূমাঙ্দা লং লংহুনা কোয়না শান্নরি।

লাইশূমাঙ্ অহুবু নালহন্দুনা ঈশিংগুম চেন্নবা ঈগী ঈচেল অহুবু উবদা য়াম্বগদৌরহুনা তাশিন্নকপা মানবা তারমদাই কুমিংকী কোরী মচু মানবা মশেকনা ঈচেল অহুবু অমুক্তা হেন্না কোরী মচু মালহল্লি।

মেবীবু ফজনা উহল্লিবা মহুং-থোঙ্ অহুদা পাল্লিবা থোঙ্না অনি অহুদা ধুপ থাউমৈ থাল্লি, অঙাঙ্বা কি য়াল্লি, য়াহোং মঙক পরেং অমদি চেঙ্গী য়াম্না শাবা কুংনা লেংবা অঙৌবা শরীক পরেংশিংনা হাই হুমলি, য়োংচৈ অমনা ময়া কবাক থনবা মিশিনা শাবা নোংশা অমম্বু লৈরি, শামু ময়ানা শাবা থোঙ্নী পোরোল অমম্বু পাল্লি, অহুগা থোঙ্পাক্তা থারিবা কোংগোন মানবা, অকোয়বা য়োংপীশিং অহুনা মাঙ্দা থারিবা অঙাঙ্বা, অশংবা অমদি নাপুগী শকয়েং মিংশেলশিং অহুদা মম্নি তারি।

মন্দির মনুংদা দেবীগী থোঙ্ মনাক্তা লৈরিবা বেদিদা থমলিবা কাল অহুগী মথক্তা শা-পুম্নমক্কী মথরায় মথৈনা পুল্লপ লাক্নুনা চঙ্জরবা মাম্না যাবোৎ মহি শঙ্লবা অঙাঙ্বা কি অমথক থাহুনা থমলি।

থরায় পানবশিংগী মকোক ককলুবদা মখোয়গী মশমশিং অহু পকহৌবগুম্না চামর অমুবগী মম্নি তাবা থাঙ্, শীংজঙ্ অসিনচিংবা থরায় পানবা হাংনবা মন্দির মনুংদা লৈরিবা খুংলাইশিং অহুগী অমুবা মঙালশিং অহুনা য়াম্না হেন্না মকন্দিলহনবী-থিবদগী দেবী অদুবু পাতালগী য়ুমদা লৈবা মালহল্লি।

রক্তচন্দন তৈরবা, নিঙ্থিজবা হৈ-থাগোক মহৈগী অমদি অনৌবা ময়োল-য়াওনা-লেংবা-অডাং-মকোক-মানবা-হৈথাগোক মনা পরেংশিংনা দেবীগী ভক্তা লৈজেংলি।

পুজা কৎনরম্বদগী পকহৌবা ঈ-তৈরবা কদম মপান-লৈরীকশিংনা-শা বলি

থৌবা মতমদা মৈবা অহৌবা মাইরুং মথোল তাবদগী মথোই কারবী দেবীগী মপাদা ফুজুংবা মালহন্দুনা অকিবগী মশক ওইরি ।

দেবীগী লাইবক্তা থোল্লিবা নিঙ্থিবা সনা মপাক অহুদা শাজানবী নুপীশিংনা সিন্দূরনা চন্দন ওইনা নমলমলি, নাকোঙ্ অনিমক্তা চিল্লিবা ককোয় মপাম্না চায়রুং অনিমক জঙাং জঙাংহল্লি, ঈ থকপদা অমদি পানা চাবদা চৌনবান অনিমক ঙাঙ্লি ঙাঙ্লি তৌর ; হায়দগী অহুম্মক ঙাংতক তৌরবী মিৎ অনিমক্না পীশুম শুকপদগী থোইথোয় তৌরি অহুগা অঙাঙ্বা-লৈহি-শঙ্বা ফিনা ফিজেৎনরি— অসিগুম্না ফিজেৎ লৈতেং পূম্নমক অসিনা দেবীবু—মহাকালগী মনাক্তা চৎননবা ফিজেৎ লৈজেং তৌবগুম উরি ।

থুংশিংনা হুম্বদা শাংদোকথিহুনা উরীচৎপা মাল্লবা গুগগুলনচিংবা ধূপকী মৈখুনা মৈরিমচু রাউথোকহল্লবা অমদি লম-ইরোইগী মশক লৌরিবা মহিষাসুরগী মঙক-খিন্দৎপদা নিকথি হায়হুনা ত্রিশূলবু শাউরবী দেবীনা হিংচাবনা শনবা ইরোই অহবু মথুৎমক্না ভাহৎখিবা অহুগুম্না ঈ-তৈরবা মশাগী খুদোম্বী মাল্লবা থাউমৈগী মৈরি কয়ামরুমনা মন্দির মনুং অদুবু ঙালহল্লি ;

মকোই শাংনা থাকপা মহৈ তুমলিবা নিপামচাশিংনসু অকনবা ব্রত কহুনা দেবী নিঙ্নরি, উত্তীনশিংসু মচীনবান তনিক তনিক তৌহুনা দেবীগী জপ তৌনবগুম উরি, শাজিমথৈসু অমুবা মউম মশা কুপশিন্দুনা লাইমাঙ্দা কুম্না চরা হেন্দুনা দেবীবু নিঙজবগুম তৌরি—অহুগা অমুবা লিনশিংসু সংকাক্তা-মণি অঙাঙ্বগী থাউ'ম থান্দুনা দেবীবু নিঙজরি ।

মথোল য়াক্লবা কাক মথৈসু মায়কৈ মরিমক্তগী দেবীবু স্তব তৌনরি ।

(র-ক্ষ) দ্রাবীড়-দেশকী লাইনিঙ্বা অকল অমথক লাইশঙ্ অসিদা লৈরম্মী, থারৌ, সুমিৎযু'বী চুম নচিংবনা উক্রোঙ্-লৈপুংনি থম্দুনা কাথৎনরকপা মানবা শিংলা মপৈন' মশা অপুম্বদা মিহুৎ থোঙ্গী লাং শানা লৈরি ।

অলক্ষ্মী (অলখি) না অকবা খুদম পূম্নমক মরু কুক্তোকখ্রবগুম্না মশা অপুম্বদা অপোম অতঙ্গী মকমতনা শীনব-থুংনা লৈ ।

মনাগী লৈতেংগী মহুম্না মথবাক য়োনা হাইথকল্লিবা শম্নুন অহুনা গুক্রিক পরেং শিবমাল্লি ।

চণ্ডীগী চরণ শোক্না থুরুম্বতদা থাম্নবা মরাইবক অহু চাউনা তঙ্লি ।

মীনা তাং তৌহুনা পীরকপা সিদ্ধ কাঁজল থাক্নবদা মমিৎ নামা তাঙ্খ্রবদগী অতোম্না মমিৎ অহুদা হুমিৎ থুলিঙ্গী অয়ুক মুংখিল অমসুং সুম্রিদাং রাইরমদা অহুম

অহয়ক ওইনা অচম্বা কঁাজল থাবা মতমদা উগী চন্দন-চৈ অহুম্ রাঙ্গা চেকশিল্লা হেক হেক শেংদোক্নুনা পীজিরে।

ঙুমিং থুদিঙ গী খোংচুম-অথাবী মনিল রৈহন্দুনা চৌরবা ময়াশিং অদুগী লায়েংবা হোৎনৈ।

মখম চাদবদা চেন্না থাখিবদগী মথুং নামদি শিথগ্রহুনা মহাক মশাদা থাউ-রৈতনিঙ্বা পোকখিত্রবনি।

মতম পুম্নমক্তা অকনবা রৈরি পীজিন্নমনবদগী মমিংকী লায়না অহু হেনগৎ-নবা ওইখি।

(ক ক্ক-ড। নূং থুগায়নবগীদমক লমওক ময়া পৈশিল্লি। ইঙ্গুদী ( ভেলন্দি ) মরুনা মিংকী হিদাক ওইনবা কঁাজল শেমলি।

শিংলীমথৈ য়েত্তু মনা ফাজিনখিবদগী ওয়গী মথুং অহু পীকশিল্লি। তীল মহয়া হুকচিন্দুনা থম্বদগী মতুগা তক্রবদা মথোঙ্বী অহু থীনা শোকলি। তিন্নবা য়াদবা হিদাক ময়ান চাশিল্লবদগী মতম চাদনা অকুম পুরি। হমুরবা মহাক্কা দক্ষিণাত্য দেশ পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইগে হায়না বর শিক্তুনা দুর্গাবু শাউগল্লি। ময়ল রৈনবনি হায়তুনা করিস্তু থঙ্দবা অপঙ্বা লম্বোইবা অমনা তাক্শিনবীতুনা চন্দন থিল্লি। অশংবা উনা মহিগা, রৈতাম্না শেম্বা কালাগা অনিমক্কা মকশিনহল্লবা কোংগ্রেঙ্ জমা কোয়পু পুতুনা চংলি। উপাক মচেং অমদা দুর্গাগী স্তব ইতুনা থমলি। রৈথু চুরবা, গাবোং মহিনা কোনামানাদা ইবা ইন্দ্রজাল শাস্নবা তান্ত্রিক-মন্ত্রগী লাইরিক অমস্তু রৈরি। অহল ওইরবা, মহাদেবনিঙ্বা অমগী পাউতাক্কগী মহাকালগী মওঙ্ মতৌ ইশিন্দুনা থমলি।

অস্তুম তৌরবদি লন-থুম কংই হায়বা তোকৃতা অসিগুম্বতদা মাগী থম্মোই অহু ময়া তারি। অস্তুম তৌরবদি য়োংনা সনা ওল্লি হায়বগুম্বা চোইরোন অসিতদা মকোক ঙ'গ্রি। হিংচাবগী মকোন ওইবা লোংক্কী ঈশিংদ লুপ্তুনা লাইবক য়েংনিঙনগুম্বা য়াথল রৈক্রেংনবা অমস্ত্র কন্না চেল্লি। যক্ষনিতোলশিংগা রৈপুন ওইনিঙ্বগী ময়াইদ মবুদ্ধি শেরাল্লরি। মীনা মাবু উবা তমদনবা মন্ত্র-সাধন তৌনিঙ্বগী ময়াক্ত অংস্তু কন্না চেল্লি। পুরাণদা ফাওরিবা 'শ্রীপর্ব্বত' হায়বহুগী অঙকপা য়ারী য়াথোঙ্ পুম্নমক মহাক্কা লোইনা থঙ্ই। ভূত-চঙ্বা মীগী মশাদা মন্ত্র শোন্দুনা হ ,ম মরু হন্না হন্না চাইশিনুবদগী মীশিং অহুনা মনা-কোঙ্ অনিমক রৈথং ইরক্রবনি।

মহাক মথন্তনা মশাবু মহাদেবগী অথোইবা মনাইনি থজবা থক তোকখিদে। তুম্বানা শাবা বাঁণাবু মমৈ মকোক ওম্বোতুনা খোংবদগী লম্বীচংপশিনো তানিঙ্-

দন্থনা কোইখোল্লা হেকহেক চৎনখি। কাণ্ড্ মখোলগুম্না, শারবা লুংখিলগী মতম্ অমস্তু মঙক নোমহনা ঊইশে শকই। মমারোম্দা পঙ্গাগী স্তোত্র লেংলগা মথু থীহনা অগোই হেকহেক শাই। শগোলগুম্না ব্রহ্মচারী ওইশ্রবা অতোপ্পা নৈবাক্তগী লাকপা অহল ওইরবা সন্ন্যাসীশিংগী মশাদা নুপীনা পাম্বীনবা হিদাক মকুপ শেমহনা মহাক্লা হেকহেক চাইবীখি।

মহাক অসি হায়দগীসু শাউগল্লি অতুগী মথক্তা চত্তৌগী মনাক্তা মানা থাজরম্বা নৈ পাম্বী নিপানথক কনানো অমনা লংখোকপিরম্বদগীসু অমুক হেন্না শাউহনা—নৈশিং অহুবু ঙাকপা লম্মদর্শন চায়হনা মচীন মথা কৈরেং তুরেং তৌহনা দেবীবু কাওবা করেম্নখি। লমথুংকম ওইজগে লাকচবা লংকৈ চৎপশিংবু মহাক্লা অপনবা পীরুবদগী শাওহনা মখোয়গা ঈম্নবদা নমথুবীরম্বদগী মরাওডেনসু তেক্থ্রবনি। মতম অমদা, মরাল নৈবা অঙাং অমা কাননবা তাম্নকবদা খোঙকম নাম্নেংহনা উপনা তুশিল্লুবদগী মরাইবক পোম্বগা লোয়ননা মঙকসু পৈথোকখি।

মরৈবাক্কী মী মথৈনা, অনৌবা লাকপা ধর্মচেনবা মী অমবু লুনা তৌনখিবদগী কল্লক্তুনা মথক্তা শিজনব মঙক্তো খোরী হুকচিল্লুরবনি। জ্ঞান কংনবা মহৈ অমত্তসু তানশিল্লক্রবনা মতাক্ত তুরুচনংগী মশাক ওহৈরবা কান্নদ্রবা থবক কয়া তৌই। মখোঙ্ তেকপন মহাক কম্না চৎপা ভমদে মনাসু পঙ্বনা মী-লোয়নবদা মথুং মশাতনা ইঙ্গিত তৌই। অহিংদা মমিং উদবনা ঙাল্লিচৈঙ্তদা চৎখোক চৎশিন তৌই। মপূক অহুনা থরুঙ মুক চাউবনা মথীবোঙ্ য়াম্না লাওই। মানা ঊহৈ হেকপা মতমদা, য়োংশিংনা শাউহনা মনাতোন্দা খোংলকপগী মকম পিকথল্লা নৈ। নৈ থিবা মতমদা খোইম্নাশংনা পাইশিল্লক্তুনা মশাদা মমুনা থিনবীবনসু কোঙ্গায়নি। লাইশঙ্ অমনবা অমগী অমোংপা মরক্ত তুমলুবদগী মাথু লিমসু লৌশীংলক হন্না চীকথ্রবনি। চৈথাগোক পাম্বীদগী তারক্তুনা চামরক হন্না মকোক শিংকুপ শাথ্রবনি।

ব্রাহ্মীনচিংবী দেবমাতৃশিংগী হুন্দোক্লরবা অমনবা মন্দিরদা নৈরম্বা শওম-শিংগী থুজীম্না মথোরীদা খোক্তনা কয়ারকসু ঈহং-নাইহং শাথ্রবনি। বসন্তগী হরাউ কৃষ্ণদা ঙাওরবা মীশিংন কাংথোন অতেকপা অমদা মীনাই হম্নুবী অমা কমহল্লগা থাংগত্তন মডোম্না লুহোঙবিহনা কয়ারকসু লঙ্নবীথ্রবনি। লাইখোঙ্ অয়াম্বদা চরাহেন্দুনা হিগ্রুরগা ১ৱৈ য়ান্দহনা তোকথ্রবা অহুগুম্বা মীওঙনি। লায়না অয়াম্বনা য়োমশিল্লবা খুদোংথীববুসু চাম্নজবা মরূপ মপাংগুম লোয়নতুনা নৈবা মীতানি। মশানা করিম্ন থঙ্দবা অপঙবা অমা ওইবগী মথক্তা অমুকসু মুথকচিন্দুনা অপঙ্বা অহুগী মচা মশু কয়ামুকসু পোকহল্লি। মশাদা নৈবা—

মীনা কুবিথিবগী থূদম মমাম অদুনা মশাগী অশাউবদুবু মহৈ মাল্লবগুম্বা মীবম-লেন্দা উত্তুনা কোয়না চংলি। মাগী কত্তবা মমমচংজা শাউরবা মী মথৈনা মৈম্বা পাম্নতুনা মাগী মশা পূম্নমক চূহনা পোকহনথিবদগী লৈথিবা দাগশিং অদু উরগা মানা থাঙ্‌বদা মারিগদবা মতৌ অদু নিঙ্‌শিংহল্লি অদুবু মহাক্তি অদুগুম্বা অমাবা অদুবুস্থ থোইদোক্ন সুংভাইজবা ওইনা নোক্না নোক্না লেনথি।

মরম চাদনা মীবু চৈবা থাংবা তৌক্নবদগী মফম অদুগী মীনা মাবু কাওথুবীথিবা থোঙ্‌পাক অদুগী পরেংগুম—অচোপ্না মথৈবু মহাক্না মাম্না লেমজনা কোকথোং নাবা মীওইনি। অকংবা লমলক উবীনা মহাক্না অচৌবা, লৈ-হাপ্পবা থুম্মুক অমা শাতুনা থমলি। লৈ হেক্লবগীদমক মানা শাবা কঁাচি অমস্থ লৈ। মকোক্তা উপাশিল্লিবা অথাবা, অমুবা কি অদু মহাক্না ভাইহাক্তস্থ লোথোক্তে।

(চ-ন) চন্দ্রাপীড়না মফম অদুদা অহিং লেনগে থন্দুনা শগোলদগী কুমথরগা চণ্ডীগী মন্দিরদা চঙ্‌তুনা ভক্তিগা লোম্নন খুরুম্নগা কোয়হুনা অমুকস্থ হম্না খুরুম্নগা অঙাংবা মফম থিজনা অস্তুম চংলিভৈদা শাউরবা দ্রাবিড় লম্বোইবা নিপা অদুনা লাম্মীশিংবু লাউ-থোংনা চৈবা থাংবা তৌরিবহৃ উরকলে।

কাদম্বরী কায়নবগী আরাবা সুংভাইতবনা থম্মোই কাহংলম্বা ওইদুনস্থ মাগী মতৌ উবদগী যাম্না শাংনা কাক কাক নোক্নকলে অমস্তু মাবু লঙ্‌নতুনা থংনরম্বা লাম্মী মথৈবু থামজিল্লগা থেম্না নৌবা তৌতুনা অমদি মভোন্দগী হেম্না তোম্বতুনা মওঙ্‌ অম ওইনা মাবু নেনথহল্লগা মথং মথং মাগী পোক্নফম লমদম, জাতি, মচৈ-মশিল, নুপী, মচা-মশু, মরন মথুম, চহি মতাং, অ-সুং মহাক্না মমুম থাদোক্লুনা লাকপগী মরম—অসি পুম্নমক মশামক্না হংলকলে।

চন্দ্রাপীড়না হংবগী পাউথুম ওইনা মহাক্না চৌথ্রবা মাগী মতিক মগুণ, ফজরম্বা মশক মতৌ অমদি মানা লৈরম্ব মবল মথুম অসিনচিংবগী পাউ ভম্বদা লেপ্পা হৈজবা মতৌ অদুনা মজাক্কবু ভোবু কাদম্বরী কায়নবদগী ফংলম্বা ভপথফম থঙ্‌দবা মতৌ অদুদগী পোম্বাহম্ননা মচাক অমা ওইনরকলে। অস্তুম তৌনা শকথঙ্‌ মায়থঙ্‌নরবদা চন্দ্রাপীড়না মভোম্দা পানা লাকহন্দুনা পীজরকলে।

অস্তুম তৌনা তৌনা তুমিং তাশিল্লক্লনদা, নিংথৌমচাশিংনা অকং অকংবা উথোঙ্‌দ চঙ্‌নদুনা, মথোয়না তৌগলিবা শাগোলগী শাবন পূম্নমক লোথোক্লগা উশাদা মানশিন্নরে - মাই শংজয়না শগোল মথৈনা লৈমায়দা ওনবদগী মশোংদা পক্লকপা উক্লুনশিং অদু হোগংলগা অমুক নিকথোক্লরকপা মতৌ অদু উবদা মথোয় অদুবু অমুক কম্না চংনিঙ্ক লবক্তম নিঙ্‌লি, মথোয় শজীক থরম্থ চাজরে,

ঈশিং থকলে অমসুং ঈরুজথোকপিরবদা ময়াঙলেন চোৎপদগী অৱাবা পূম্নমক কোরজরে। মাঙ্দা তা মুংশিল্লগা মতুদা শগোল পুনাশুম্নরে। প্রুমিৎ চুপ্পা চৎলকপগী ৱারবা মিংকুপ নাহুম শেম্নবা অশঙ্বা কাঙ্বুবু অনৌবা অমুক শিম্নহল্লগা লাম্নী মথৈনা শগোল মনাক মনাক্ত ঊনাগী কম্মু' শেম্নরগা হিপ্পবা থোরাঙ্ তৌনরকলে। মৈজাউ ময়াম থাবগী মঙালনা অমম্বা মাঙহনথিহুনা তেংগোল লৈকম অহু অমুক গুংখিল মাল্লকলে। মতম অসিদা মীনাই অমনা ইন্দ্রায়ুধবু পুনশিল্লগা মাগী মমাঙ্দা ফম অমা থারবদা থোঙ্শঙ্বা অমনা চৎথিহুনা হংগৎলুবদগী মজাইবু'ভোম্ন লেঙ্শিল্লহুনা মহুদা চেপলরে।

কম্মুংদা চেপ্পবা মতমদাদি অৱাবনা থম্মোই লাংগোয় চল্লরে অমসুং করি অমতুদসু পূরিঙ্ চঙ্বা ভমুক্ত্হুনা নিংথৌ মচাশিংবু বিদায় তৌরকলে। ম্নাম্না লুনা তৌজবা নিংথৌ-শনবা মীশিং ফাওবগম্ন ৱারী ৱাতাই শানথিজ্রে মিৎ উইশিল্লগা হম্না হম্না কিম্নর দেশতবু থল্লকলে, মহাশ্বেতানা ময়ম লৈতনা মাবু মুংশিবীবগী ৱা নিঙ্শিংলকলে, কাদম্বরীগী মশক য়েংহুনতা লৈজরবদি মপোক মহৈ ম্নানগদবনি হায়না থল্লকপদগীদি য়েংনিঙ্লকপনা তপথকম থঙ্লক্লে, নাপল ম্নাঙদবী মদলেখাগী মুংশিরবী ৱাঙাঙ্ শাঙাঙ্শিং অহু নিঙ্শিলকপদগী অমুক হম্না মাপা মাম্নোরুহুনা ৱারী শাম্নম্নিঙ্লকলে; তমালিকাবুম্ন উনিঙ্লকলে, কেয়ূরক অহু মকম অসিদম্ন য়োরকপা ম্নাহ হায়না থল্লকলে। মথং মথং হকচাক লাংকম শঙ্ অহুগী ৱ ম্ন নিঙ্শিংলকলে, অম্নুম্না লোইবা নাইদনা থল্লকপনা অশাবা অমসুং অশাংবা শোর মপী হোল্লকলে, "শেষ" হায়না কোবা লাকপরেং অদুবু থোইনা হেম্না মুংশিরকলে অমসুং চিত্রহোরিবী পত্রলেখা অহুবু মরাইবক কবীনি থল্লকলে—অম্নুম তৌহুনা তুখা ইম্না ম্নাদনা অহিং অহুনা মিৎশেঙ্ থাঙ্ত্রনা অহুম্মক লেম্নে।

অমুক মমলিভৈদা হৌগৎলগা অহল ওইরবা দ্রাবিড়-লম্বোইবা অহুদা মানা হায়জবা মতুং ইম্না মরাং কায়না শেলথুম মনিঙ্ থুংবমথৈ পীরম্নগা লাক্লুনা, নিঙ্থি নিঙ্খিজবা লৈনিঙ্বা মকমদা হেক হেক পল্লগা চঙ্শিল্লকপনা ম্নুমিৎ থরতগী মম্নুংদা উজ্জয়িনী য়োরকলে।

(গল) চন্দ্রাপীড়না ইথঙ্ থঙ্হৌদনা লাকপা উবদা হরাউবনা লাঙ্নরবা উজ্জয়িনীগী মী পুম্নমক্না মহাকপু থুরুম্নবদা, লাইদা কৎপা থম্বাল মাম্না লোম্নরিবা মথোয়গী মথুং পুম্নমকপু তরাম তরাম ওকপিহুনা অপনবা লৈভনা সনা কোম্নুং মম্নুং য়োশিল্লকলে।

হরাউবনা লুত্তোন কানজরবা নিংথৌ মনাই মথৈনা ঐনা হানগে, ঐনা

হানগে মত্তাগুম চেনশিন্নরকত্তুনা নিংথৌদা হংগৎনরে—'মহারাজ! নজাইবুংঙো থোঙ্ য়োরকহৌরে।' মনাইশিংগী পাউ অসি তাবদা হেন্না হরাউজরবা মপাইবুংঙো তারাপীড়না তপ্না তপ্না মজাইবুংডোনা লৈবা মায়কৈদা সনা-থাঙ্লেঙ্থোক্লকপা মত্তমদা মন্দর পর্ব্বতনা ক্ষীরোদ সাগরগী ঈশিং চিংখিবগুম্না লৈপাক্তা নাম্থুরবা নিঙ্খিবা সনা নমথাঙ্ অতু শোয়বো শোয়বো চিংলি অমস্তুং মুংভাইবা ঈন্না শিন্নরকপনা মুক্তা কেনবা কল্পবৃক্ষগুম ভাম্হোইরকপে। অতুগা মত্তম পুন্নমক্তা শাগোন্নরবা অহল ওইশিন্নকপনা কোক্তা পোকনা লৈতেংলবা, হকচাংদা চন্দন্না নিঙ্খিবা হেলহল্লবা অমস্তুং মুগা কৈজোম শেংপ', পাম্বোম্নদা তাল শিবা, কোয়েং নত্রগা লুহুপ্তা লৈপরেং য়েংতুনা কোকী লৈতেং ওইনবা অতুগুম্না লোই নিংথৌশিংনা পৃথিবী অসিবু কৈলাস পর্ব্বত অমদি ক্ষীরোদ সমুদ্র মন্নামনা তিনবা মালহন্দুনা, কবাক-থাঙ্, লীচৈ, শেকপিন, ফীরাল অমস্তুং চামর পায়নতুনা নিংথৌরেন তারাপীড়গী থৌগন ইল্লকলি।

মবাইবুংঙো মহারাজবু উবদা চন্দ্রাপীড়স্তু লাম্প্রিতৈদগী হৌনা শগোলদগী কুমথতুনা লুহুপ মত্তোনগী মাপ মভালনা-ঞাল্লবা মকোক্তা লেমায় মথক শোক্লকলে।

মবাইবুংঙোনা "লাউ, লাউ" হায়না কৌতুনা মপম্বোম অনিমক তিংথোক্লগা মচাবু চেক্লেং কোনশিন্নরবদা চন্দ্রাপীড়নস্তু মবাইবুংঙোবু মত্তম কুইনা কোন্দুনা, লৈজখ্রে, মনাক্তা লৈবা অভম অথৌশিংবুস্তু খুরুম্নবদা মহারাজনা চন্দ্রাপীড়গী মখুৎ শন্নতুনা বিলাসবতীগী সঙ্গাই তম্না লেঙ্লকলে।

মহারাণী বিলাসবতীস্তু মত্তৌ অতুগুম্না সঙ্গাই মন্নুংগী নুপীমচৈনা কোয়শিন্দুনা লেঙ্থোরক্লগা চন্দ্রাপীড়বু নিঙ্থিনা ওক্তুনা মঙ্গলগী থবক অপূম্বা পাঙ্থোকলে; মথংদা চন্দ্রাপীড়না দিগ্বিজয় চংলুবগী মরমদা মথল মথা অয়াম্বা বারী বাতাই শানতুনা মত্তম থরা মকম অতুদা লেম্লগা শুকনাসকা অমুক উন্নবা চংখ্রে।

মকম অতুদস্তু মওঙ্ অতুম্না কুইনা লৈমিন্নরগা "বৈশম্পায়নদি লাম্মীশিংগা লৈহৌরি, নাবা-য়েকপা করিস্তু তৌহৌবা লৈতে" হায়না থঙ্হন্নমতুনা মনোরমাগা অমুক উন্নরম্নগা হল্লতুনা মমা হৈবেম্মা মহারাণীগী সঙ্গাইদা চাইথবনাচিংবা থবক পুন্নমক মীথা পোনবা মা অমগুম থৌদা হেক হেক হন্দুনা পাঙ্থোক্লগা, থুমিদাং বাইরম যৌরক্লবদা মশাগী সঙ্গাই মচাদা লেঙ্শিন্নকলে।

মথম অতুদা, লাঙতক্লবনা পূরিঙ্ তপথকম থঙ্লক্লে—অমস্তুং কাদম্বরী কায়নবনা মরম ওইতুনা মানা লৈরিবা সঙ্গাই, উজ্জয়িনী-কোস্তুং অমদি পৃথিবী পুন্নমক পুনহাঙ্ হাঙ্বাগুম থল্লকলে।

অমুন থৌনা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মচাইবেম্মা কাদম্বরীগী মপাউ তানিঙ্বনা লাঙ্তক্কুনা—হয়াউ কূপ্মৈগুম, নিঙ্জবা বর ফংলমদাই মতমগুম, অমদি অমৃত থোক্লমদাই মতমগুম নিঙ্ঙুনা পত্রলেখা লাকপা ঙাইহুনা লৈরকলে।

(ৱ-হ) অমুম্মা থুমিৎ কয়ানিমক্কম হোৎলবদা মেঘনাদনা পুরক্কুনা চন্দ্রাপীড়গী মনাক য়ৌরক্লবী পত্রলেখানা হৌনবী মতুংইন্না থুক্কমজরবদা লাপ্লিদৈঙ-দগী হৌনা মোমোন লোক্কুনা চন্দ্রাপীড়না মাবু কাদম্বরীগী থৌজাল ফংলহুনা অমুক্কা হেন্না মরাইবক ফরক্লবীনি থন্দুনা হাম্না থুংশিনগদগী অমুক্কা হেন্না থুংশিবীবা উত্তুনা ফম্ফমদগী লেঙ্থৎলগা লুনা চাম্না কোনবীরকলে অহুগা মেঘনাদপুন্থু মানা থুক্কম্লবা মতুংদা মনংগন্দা মথুংনা নানবীরে।

মথংদা ফম্ফমদা অমুক লেঙ্শিন্নগা হায়রকই—"পত্রলেখা। হায়ম্মু, মহাশ্বেতা দেবীগা মদলেখাগা লোয়ননা কাদম্বরী দেবীগী মঙ্গল ওইরিদ্রা? অহুগা তমালিকা অমসুং কেয়ূরকনচিংবা মনাই পুম্নমকস্থ ঙম্না য়াইফরিদ্রা?" পত্রলেখানা হংগৎলকই—"যুবরাজ সনায়াথং লৈবাক তাবা য়াদে, মথোয় পুম্নমক ঙম্না মঙ্গল ওইনরি। মতাম য়য়াম অমদি মনাইশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা কাদম্বরী দেবীনা মকোক্কা মখুৎ লোন্নজহুনা যুবরাজবু থুক্কমজরকই।"

পত্রলেখানা অমুম্মা হংগৎলবদা নিংথৌমচাশিংবু বিদায় তৌরম্নগা মহাকপু পুন্থুনা লেঙ্শিন্নক্লবমক্কুদসু ইথৌলাংবা থম্মোইগী লাঙ্তক্লবা থিংঙ মথ্রহুনা থৌগলনাইশিংবু থাপ্না হন্দোকহনখ্রগা মনুং চনবা কা অমদা লেঙ্শিন্নক্কুনা মফম অহুদা হৌরিবা, মনা মপালনা য়েম্পাক শানা মতোন ফন্দোকপা স্থলপদ্ম পাম্বী অমগী ময়ায় থংবা, মণি অশংবগী ফীরাল মানবা মনা চবুন অমগী মথাদা থুংঙাইনা তুমহুনা লৈজরম্বা কাংঙা অনিথকপু মথোঙনা ঈস্তোক্রগা ফমথহুনা হংলকই—

"হায়ম্নু পত্রলেখা! ঐনা লাক্লবা মতুংদা নহাক করম লৈহৌই? থুমিৎ কয়ানি লৈরম্মী? কাদম্বরী দেবীনা নঙ্বু কয়াগী মতিক চানবী? নঙ্গা মাপা করি করি ঙাঙ্নরকই? করি হায়না য়া ঙাঙ্লা হৌনরকথি? কনানা ঐবু থিৎ হেন্না নিঙ্হৌই? কনানা ঐবু হেন্না থুংশিবা মাল্লি?"

পত্রলেখানা হায়রকই—"মচাইবুংঙো। সনা পূক্নিঙ্ লৈঙানা তাবিয়ু, ঐনা মফম অহুদা লৈথিবা মরৈ, লৈজরম্বা মতম, কাদম্বরীগী থৌজাল, ঐথোয় অনিনা ঙাঙ্নখিবা য়ারোল, য়া ঙাঙ্বগী য়াহৌদোকশিং, মচাইবুংঙোবু হেন্না নিঙ্জবা অমদি হেন্না থুংশিজবা—অহু পুম্নমক হংগৎচগে।

(ক-ছ) মজা ইবুংঙোনা মকম অদুদগী লেঙ্‌বিথ্রবদা ঐনা কেয়ুরক-কা হজিনখিদুনা হায়রগুম্না কাদম্বরী দেবীগী লৈগী কম্মুং অদুগী মথক্তা কময়দুনা অনৌ অনৌবা থোঙাল মথং মথং কংজদুনা হরাউনা লৈজরে।

করিবু হেন্না হংগংলুগনি, খুমিং চূপ্লদুনা কাদম্বরী দেবীনা ঐগী মিৎতা মিং থমদুনা, ঐগী ইশাদা মশা পকশিন্দুনা, মখুৎ থগ্গালনা ঐগী খুৎ পায়রিদুনা রাহৈ খুদিঙ্গী, ইমিং পনবীদুনা অমম্বুং ঐগী পেল্লনবক্ত' তোংনবদা পুক্লিঙ্ চঙ্‌থিখি।

মথংদা রাচঙ্‌বা মতম য়োঁরক্লবদা মনাহ অতৈ অমত্তা থোগল তোইন্দনা ঐবু পুদুনা হকচীক লাংকমদগী থোরক্লগা ভাহৌ-ভাহৌ চৎতুনা মুংঙাইরবা অনৌবা উপবন য়োঁরগা যমুনাগী ঈথক মপৈনা শাবা মাল্লবা মণি অশংবগী থাক থাক নেন্তুনা অঙৌবা বেদিগী মথক্তা কাখৎলকলে।

বেদি অদুগী মথক্তা খুংলিবা মণিগী যুথী হমা কোন্দুনা মতম চঙ্‌না থল্লগা মপুক্লিঙ্‌দা লেপচরক্লবা করিগুম্বা হিরম অমথক হায়নিঙ্‌দুনা মমিৎকী পা বুপ্তুনা মিৎনহা অনিমক ঐগী মায়দা অঙ্গম কুইনা লেঙ্গদনা থমখি।

অস্তুম অস্তুম য়েংলম্বদগী অপাম-মুংশি মৈরিদা চোংশিল্লগে থন্দুনা হুমাংগী ঈশিং ঈচেলদা ঈরুজথোক্তে তৌরুবদা, মহুগী ঈচেলনা চেনখুদুনা মশ নিক্লকপা উবদগী তুথথ্রগত্রা হায়বগী কিবনা মুংশ থীদুন হশ নিক্লা নিক্লা মাবু কোনশিল্লে।

মতুংদা, মপুক্লিঙ্ থঙ্‌লক্লদুনা মাগী মায়থোংদা নিং বুপ্তুনা য়েংলগা পুক্লিঙ্ চঙ্‌না হায়রকই—“দেবি। নিঙ্‌বিরিবক্ত করিনে' শোন' কোংদোকপীয়ু” অস্তুম্না থঙ্‌হল্লবদা তনিক তনিক নিক্লবা মাগী মশা অদুনা মহাকপু থামলকলে—অরোনবা পাউ তাখিগনি হায়না ঈকাহদুনা মণিগী লৈমায়থক্তা তারবা মমি অদুবু চথোকখিনবা ওইনা থোঙ্‌বীনা মশা লোক্লা ঈপ্তোরকলে. অস্তুমা মণিগী লৈমায়দা তক্লপদগী মথোন থোক্লকপা, নূপুর শিবা মথোঙ্ থম্মাল অদুনা অয়োকপা কাংঙো শিংবু তাম্বোকপগুম থোকখি, নাকোঙ্‌দা চিল্লিবা থম্মালদা ইল্লবা থোইমুশিংবু তাম্বোকপা শাদুনা হুমাং মরীক্তা লৈতেংলবী মায়থোংদা ফীজিনা হুমাই হুম্লকলে, শেন পীজদুনা থেম্বগুম্না অয়োকপা রাহোং অগুদা মরাদা শায়বা পানা ইনবী-রকলে অমম্বুং ‘উমং লাইশিংনা তাখিগনি’ হায়না পাথঙ্গুনা হন্না হন্না কোয়না য়েংলকলে, অমরোমদনা ঈকাইবনা লাংগোয় চনাথদুনা রা ভাঙ্‌বা থোকাখিগ্রে—মরম অদুনা রাম্না হায়নিঙ্‌লবস্তু করি অমত্তা হায়জবা ঙমখিদ্রে।

অরোইবী থাক য়োনা চাকখৎলক্লবা অপাম-মুর্শি-মৈরিনা মাগী মরাইহৈ পুম্নমক চাকথেকখ্রে, মিৎকী পিরাংনা মহু তাউথোকহনখ্রে ; থম্মোইগী মচি খুদিঙ্ খুংনা অরাবনা খুদুম চনশিনখ্রে, তারকদোরবা কামগী তেনবু মতেক মতেক

থুদেকপগুম—হোন্দোক্নে তৌরক্লবা হুংশামপীবু লোই থাথিবগুম—থম্মোই লকা হুংদা লৈবা রাথল পুম্নমক্কা মাবু চিংশিন্দুনা থমখ্রবগুম অমদি খোইমুশিংনা মাগী হুংশা শোরবু থক্তোকখ্রনগুম তৌথিবনা, মহাক্না কনা রানা হোৎনজহনস্থ করিগুম্বা রাইহে অমত্তস্থ মচান্দগী খোরকথিদরে।

মায়খোং লুক্না লুক্না অরাবা লৌশীং লৌশী'বু মশীং থিননবা জপমালাগী মশক ওইনা চায়কং শনি শোক্তনা শিস্থথিবা—মুক্তাগুম লুরবা পি মতুম মতুমগী পরেং লেংহুনা তুমিম্না অহুম্মক লৈখ্রে।

( জ-ঞ ) মতম অতুদ' ঈকাইবনা মঙোন্দগী ঈকাইবা তমজখ্রে, নোম্লুকপনস্থ হেম্না মরু লুকপা হৈননবা হোৎনজখ্রে, হৈজশিংজদবী অপঙ্‌বী হায়বহুনস্থ মাগী মফমদগী পঙথবা তমজখ্রে, নিঙ্‌থিবা কজবনস্থ হেম্না কজবা তাঞ্জবকলে, অকিবনস্থ হেম্না কিবা হৈননবা হোৎনরকলে, পুক্নিঙ্‌ লাঙ্‌বনস্থ তপথকম থঙদবা তমজরকলে, অরাবস্থ হেম্না রাবা তমলকলে অহুগা অকে-অমৌনস্থ হেন্না কেবা হৈজনব' হোৎনরকলে।

মানা মগুঙ্‌ অস্থুম লৈখ্রবদ' ঐনা হংলকই—"দেবি! মতৌ অসিদি করিনো?" মতম অতুদা মহাক্না ইড়াঙ ঙাঙশিল্লবা মমিৎ অনিমক নোইথোক্লগা হেন্ন' র'মনবদগী মথন্ত শিজনবনীদমক থাম্বৌ হরা মানবী থোৎলবা মপাম্বোমনা বেদি অহুগী লৈংকং শেম্বী মনাই নূপী অহুনা থনম্বা লৈপরেং অমা পায়হুনা পীশুম নামথক কাঙ্‌লগা অশি লম্বী য়েংবগুম 'য়'হুন' অস্থুম লৈরগা অশাবা অমস্থুং অশাংবা শোরমপী অনা হোন্দোরকলে।

ঐনা মাগী অরাবহু করি শুইবা য়াবগে হায়বহু হায়হম্নবগীদমক হম্না হম্না হায়জ চংচ তৌরবদা মহাক্না ঈকাইহুনা কেতুকী লৈকা অমদা থুজীন মতোম্না থোংলিবা লৈক্ত অহুনা হায়নিঙ্‌ব হাম্নরহুনা লাম্মোকপগুম তৌরকলে অমস্থুং মম্নুংশা শোর থকুপা লাকলাবা থে'ইমুশিংগী মকমদা লোম্না লোন্না পাউনমজবগুম হায়জনিঙ্‌বনা মচানবান অনিমক তনিক তনিক তৌহুনা, লৈমায়দা মিৎয়েং থম্নগা লেঙ্‌দনা অহুম্মক লৈখ্রে।

( ট ন ) মথ'দা অগুক হম্না ঐগী মায়দা মিৎয়েং থম্নগা কামগী মৈরি-মৈথুনা রাউথোকহল্লব, মাগী মরাইহেশিংবু মিৎস্না চোম্না লৈরম্নবা পিগী মরীক মরীক্না হম্না হম্না চামথোকপা হৌরকলে অনস্থুং ঈকাই হুংশি য়াম্নবা মীনোক্তা য়াগী মঙাল কাঙরক্লিবহু উরগা হ'ম্না লেপখ্রদ, রাইহেগী ময়েকশিং অহুনা কিবদগী কাউথোকখ্রহুনা পি-মরীক ওইন' লৈগেরিবা ময়েকশিং অদুবু য়াগী মঙালনা অমুক অস্থুম লংশিঞ্জবগুম তৌহুনা মতায়রগে হায়না মথন্ত্রা কম্না হোৎনজরকলে।

অদুগীতুংদা হায়রকই—"পত্রলেখা! মশক হেক উবদগী নঙ্বু ঐনা মুংশিজরকপগী হিরম অদো ঐগী অপোকপা ইপাদা, ইমাদা, মহাশ্বেতাদা, মদনলেখাদা অদুদগীসু হেন্দোক্লুনা ইথরায় অসি মক্তদসু লৈতে। করিগী দমক্তা ঐনা মরূপ মপিজা পুম্নমকপু থাপ্না হুন্দোক্লগা নঙবুতা থাজ'রিবনো, মদু ঐনা খঙদে।

কনাবু ঐনা ভাথীক্লগনি? ঐবু অসুম্না রাহনবশিগী মরমবু কনাদা রারী শাক্লগনি? অদুগা কনাদসু অরাবা অসিগী শরুক থাইক্লগনি?

মরম অদুনা ওসিদি নঙগী নকমদা থাঙডমত্রবা অরাবসি খঙহন্নগা থরায় থাত্রগে।

ঐ ইশাগী থরায় অসি পল্লগা রাশক্লুনা নডোন্দা হায়রিবসিনি—ইশাগী থম্মোই অসিনা রারম অসি খঙথিবা ফাওবদা ঈকাইজরিডে অসিদা অতোপ্পা থম্মোই অমগী রাদি করিবু হায়ক্লগদগে?

ঐগুম্বা নিংডোল অমনা, থা-মণ্ডলগুম মক্লক্কুবা শাগৈ অমবু মীনা থীনা ভাঙনহন্দুনা করম্না মিংচং থীহল্লুগদগে? লাইগুরু হাক্তকী লোয়নরক্লবা ঈকাইবা অসিবুসু করম ভৌনা থাদোক্লসিগে? অদুগা লমকেং লমহাইবী নিংঙোল অমগুম্না ইশাগী পুক্লিঙ অসিবুসু করম্না তয়াং তশোইহল্লসিগে?

ইপানা ঐবু থাজগে থন্দে, ইমানসু পীথিবা লৈতে, অদুগা অতোপপা লাইগুরু অহল্লম্মচিংবনসু রাবীথিবা লৈতে, অদুগী মথক্তা ঐনা করিগুম্বা পাউ অমা থাজথিবসু লৈতবগুম্না করিগুম্বা থুদোনপোং অমত্তসু থাথিদ্রি—অদুগা ঐগী ইশক ইতৌগী করিগুম্বা তোপন্তোপ্পা মঙঙ অমা উংচথিবসু লৈত্রি—অদুমক্তদা নাপল চাউরবা কুমার চন্দ্রাপীড়না ঐবু রারবী অমগুম—পীদং পাদংগী মচা·গুম অমদি অতোনবা শাগৈদা পোকপী অমগুম্না নমজা-হাজানদুনা রাম্না তাথিনিঙাই ওইবা শাজং চংপিরমলে। হায়দ্রু,—অথোইবা মীগী শাজংপু অসুম তৌবা হৌনবরা? খঙন চাম্লবগী মহৈদি অসুম ওইবা হৌনবরা? তনৌ তনৌবা থগৌ মশিংগী লংলাগুম থোৎচ নৌজবী ঐগী পুক্লিঙবু অসুম্না লাঙতক্লহনবীরম্বা মতৌ অসিগুমদি পাথং ওইবশিংনা নিংঙোল ওইবীশিংদা থক ওংপা হৌনদে।

মহৌশানা, মুংশি মৈচাক্লা অহানবদা ঈকাইববু, মথংদা থম্মোই লকাবু চাকথেকই অদুগা কামগী তেন্নদি লকাম্নংবু থিন্নংলুই।

মরম অদুনা নংঙোন্দগী হেম্ন' মুংশিজবা ঐগী অতো'প্প' কনা অমদি লৈজত্রবনা মপোক অমদসু অমুক তিন্নজবা ফংনবা ঐনা নংঙোন্না নিজরি। হুজিক্কি ইথরায় অসি থাদোক্লগা মতুনা প্রায়শ্চিত্ত ওইদুনা ইশাগী মিংচং থীবা অসি কোকহজরগে।"

অসি হায়রগা অমুক তুমিন লৈপ্রে।

(প-হ) তৌইগুম্বসুং ঐদি য়ারম করিগ্নু থঙ্জদবদগী ইথক্তা ঈকাইজবগুম, কিজবগুম, তৌকম থঙ্জদবগুম অমদি থয়ায় পান্দবী অমগুম তৌহুনা য়ানা হংজরকই—"দেবি! ঐবু ঙাহনবীয় ঙাকপীয়. মজাইবুংডো চন্দ্রাপীড়না করি তৌরম্লবগে, করম্থা মরাল লঙ্জরম্লবগে? য়াহনফম থোক্ত্রবী, থরো থারীকথাগুম নৌজবী ইবেম্মগী থম্মোই লকা অদুবু য়াচনবা য়াবা চুমদবা করম্থা শাজং চৎলম্বা লৈখ্রবগে? য়াকমশিং অসিদং ঙাজরগা ঐনা হায়া শিজখ্রবা তুংদা ইবেম্মগী থরায় থানবা তৌগনি।"

ঐগী য়াহৈ অসি ত বগা কাদম্বরীনা অমুক হায়রকই—"নডোন্দদি হায়রগে, পুক্নিঙ্ চৎনা ঙাও,—লোনম শাজংতা হৈশিংলবা চন্দ্রাপীড়না ঐগী মঙ্লান্দা মুমিৎ থুদিঙ্ লাক্লগা অরোন-অরোনবা মপাউ হায়হম্লবগীদমক পোনগী পোম্বী তেনবা লাবা অমোমশিংবু হেকহেক থাজিল্লকই।

ওইররোইদবা অপাম্বনা চন্দ্রাপীড়গী থম্মোই অহু শুম্মাংথিবনা ঐনা ভুমলি-ভৈদা ইনাদা চিনবা শামু ময়ানা শাবা লৈতেং অহুগী মথক্তা অরোনবা উয়ফম হেক ইশিল্লম্মী।

মান থারকপা কজ ফজরবা মুংশি মুংগুনগী চিঠিশিংগী ময়েক পুম্নমক অহু হুমাংগী ঈশিংনবুদি চামথোকখ্রবস্থ, মমিগুগী নম্বরকপা কাঁজলগা-তিম্নববা-মপি মরীক মরীকশিং অহুনা মশাগী কিবম উৎলকই অমসুং চিঠিমরোনশিং অহুনা মপুক্নিঙ্ শেয়ারম্নহুনা থল্লকপা ফেরেংনবা মাগী অাশা পুম্নমক্তা চপ চাবা মশক ঙাক্লকই।

মশাগী অনুরাগ মতৌগুম্না ঙাংশঙ্ ডাডবা যাবোৎ মহিনা, নমহুনা ঐগী থোঙ্ অনিমক হেক শঙ্জিল্লি।

অচাম্বা শাজং চৎপদা মহাক মথয়ায় পান্দবগুম্মী, মরম অহুনা ঐগী থোঙ্গী থুজৌন্দা মশাগী মমি ঙাবা উরগা মদুবু মান' য়াম্না লুনা তৌজে।

লৈকোন মনুংদা ইথক্তা চৎচবা ফাওবদা মানা ফাবিহুনা তোক্লরগনি হায়না মিপাইজহুনা চেনবা মতমদা ডবী ডনাদা কৌজি পনথিহুনা চেনবা মাখিত্রবদা ঐগী মরূপ ওইজবী উরী অহু ফাওবনা ঐবু ফারগা মডোন্দা শিম্নথোকদোরে থম্নুনা মায় লৈখোক্নুনা লৈরিভৈ চৈরক অহুদা, লৌনম্বা, ঈকাইবা-শরুক থুংত্রবা চন্দ্রাপীড় হায়বহু লাকুনা ঐবু হেক্ত কোনশিনৈ।

পুকচেল থোম্নরবা চন্দ্রাপীড়না ঐগী থবাক্তা ডনা ময়েক য়েকশিনবীহুনা ইপঙ্ পঙ্জবী ঐগী পুক্নিঙ্ বুম্ন মাগুম্না থোম্নবা তম্বীরম্মী।

ওইদবা য়া শাগত্তুনা ঙাঙ্বদা হালেংবা লৈত্রবা শক অহ্নুনা মাগী থম্মোইগী লাঙ্তক্লবা ঈথকৃয়া ঈংলবা মচীন্দগী কাময়োরকপা মুংশিংনা হুমাং মরীক মরীক কারবা ঐগী চায়রুং অনিদা হুমাই ওইনা হুমথি।

হুমাংনা চাত্তুনা নাকোঙ্দা থেংলম্বা থম্বালনা নাম্বখ্রবদা ওইদবদা-হৈশিংবা-নাপলনা-মাঙ্-ওইনরবা চন্দ্রপীড়না, মাগী অহাঙ্বা মথুং অহুগী যব-ময়োন মানবা-মথুঞীন-মঙাল অত্তুত্তনা ফাওবা ঐগী নাগী লৈতেং ওইনহনথি।

ঐনা লুনা তৌজবা অনৌবা বকুল পাম্বী অত্তুবু লৈ শাংহম্নবগীদমক য়াদগী ময়াই কাবা মহি কামশিনবীবা মতমদা. মায়থকপা চন্দ্রাপীড় হায়বত্নুনা মচীন্দা ময়াই কাবা মহি থর্‌বা উমশিল্লগা তুংলোমদগী ঐগী শম পায়হ্নুনা চিংলগা ময়াদগী মহি অত্তু ঐবু হন্না হন্না পীথকথি।

য়ুমদা তৌরিবা অশোক পাম্বীদা ঐনা থোঙ্না কাওবা মতমদা মবুদ্ধি চোইরবা চন্দ্রাপীড়না ঐগী খোঙ্গাওশিং অত্তুবু মকোক্কা হাপথি।

কাম কৌবা লাইনা মাগী থম্মোই অত্তুবু অক-ফত্ত ৱাথল থজবা ঙমহনথি-অবনা, মহাক্তি মথৱায় পান্দবগুম তৌখ্রে; মরম অত্তুনা হায়রু য়েংসি পত্রলেখা। ঐনা মাবু করম তৌরগা খিংগদগে? মাবু ঐনা লংনক্লরবসু কল্লত্তুনা তৌরিবনি থল্লি, চৈবা থাংবা তৌজরুবসু ফাগিনি হায়না লৌই, কৌবা ঙাঙ্বা তৌত্রবসু ওইনবনি হেক্কা থন্নোকই, মশাগী মরাল পুথোক্তুনা ঙাঙ্লবসু মত্তুবু নিঙশিংনবা পাম্বৈনি হায়না লৌই, থৌশাবীদত্নুনা য়েংলবসু অপনবা লৈত্রবা মুংশি মুংওন মতৌনি থল্লি অত্তুগা মীনা থীনা ঙাঙবসু মঙোন্দদি মিংচৎ ফংলবগুম হরাউই।”

(ক্ষ-ঞ) কাদম্বরীগী অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি তাজরগ ঐনা মুঙাইজমন-ব্রত্নুনা ইথত্তা অস্নুম থজরকই—“কয়াদা ঙকখ্রবা! কামদেবনা মহাকপু চন্দ্রাপীড়গী মায়কৈদা কয়া লাপ্প পৃথোকপিরকখ্রবা—? অশেংবমক কাদম্বরীগীদমক্তা কামদেবনা চন্দ্রাপীড়দা মপূক্লিঙ্ তশেং তশেংনা পেনবিরম্বা থোক্লবদি, লুনা চান্না য়োকথংলক্লবা মশাগী ওইবা ফজবা মশক্লচিংবা চন্দ্রাপীড়গী মশুপশিং অসিনা মাগী কান্নবা তৌবীবা ওইরে; মাগী মিংচৎনা মায়কৈ অপূম্বা ঙাম্মোকহল্লে; মথোন কাবা মতমগী কেনিঙ্-মৌনিঙ্বা-ঈপাক্কী ঈথক্লা মণিগী নোং ওইনা চুররে, মাগী পাথং-ওইবগী ঈরাং থাদা ‘মায়হিং-কাবা” হায়বা মমিং অসি য়েকৃলে, লাইবক কবা হায়বত্নুনা মশাগী নিঙ্থিজবা কোঙলক্লে অমস্নুং থাগী কলাগুম্না চন্দ্রাপীড়গী নিঙ্থিজবা মতৌগী অমৃতসু থীকথররে।

অত্তুগা লোয়না লোয়নলা মতম কুইনগী তুংদা মলয়া মুংশিংনা মাগী মতম ফংজরবে, থাবল মঙানসু পোথাজবা কংলে, লমদা থাগী লৈরাংনা পামজবা মহৈ

য়াঙ্করে—ময়াই কাবা পোৎনা ভাওহন কৈহনবগী মগুণ চেঞ্জরে—অদুগা কাম কোবা লাইগী যুগম্মু মশক পাম্না চোংথোক্লে।

মথংদা, নোক্নুনা ঐনা কোংনা হায়রকই—"দেবি। মসিমক ওইবা থোক্লবদি অশাউবা থাদোকপিয়ু, মুংঙাইথোকপিয়ু, কাম কোবা লাইগী মরালনা মজাইবুংভোদা দোষ তৌবা গন্নু, লৌনমচাউবা কামদেবতগী থুজৌন্ন। তপথক্ম থঙ্ংবিদবনি—মজাইবুংভোগী মরালদি নত্তে।"

ঐগী য়াহৈ অসি তারগা মহাক্না লাঙ্ংঙক্লনা হংলকই—"অপাম মুংশি হায়বত্তুরা, কামদেব হায়বত্তুরা ওহনিঙ্ংবা অমা ওহরসগ্ন অত্তুবু মসিগীবু করম করম্বা মশক মওঙ্ কৈবগে, মত্তু অমুক্ত হায়য়ু।"

ঐনা হায়খি—দেবি। মাগীবু মশক লেবা হোনবরা? মহাক্তু মশক লৈত্তবা মৈনি।

য়েংবীয়ু—মসিনা মেরি য়াওদনা মৈচাক ফংহল্লি, মৈথু চেন্দনা মীবু মপি তাহল্লি অদুগা উংং মরীক অমা মাওনা কেন্দনা মীগী মশাদা কুচু তাইকেং তাইহল্লি।

পাক চাউরবা মরোল ওত্তুম্মক অসগী মরুদ থরায় পানবা অমত্তম্মু কামগী তেম্না পানখিদবা য়াওদে, তুঞ্জীকম্মু পান্দবা লেতে—পাম্নকলোইদবসু নত্তে।

করম্বা মানা কামদেববু কিন্দব য়াওবগে—মহা ক্ত লৈগী পীক্লং পায়রগা লৈগী তেম্না, কল্লবা মীবু ফাওবা লায়না থিন্দংপা ভম্মা।

অদুগা, অপাম মুংশিন লাকহৎলবা নুপীনা মাগী মপুক্লিঙদা মাগী চাম্নবগী মায়থোং থম্বাল লাশিং লাশিং উরকপা মতম অদুদা মাগী থম্মোই লকাদদি চাম্নবা মীশক অদুগী মায়থোং অদুতন পাক্লবা অত্তয়া মকোয় অসি থম্না উরিবনি, মুংশিবগী শক্তম য়েক্লকপদা মালেম-লৈকোন্দ-'পুম্বা অসিবু শীকমল্লি থাল্লবনি, মুংশিজবা মী অদুগী মগুণ শীংথারকপা মত্তমদনা পরাদ্ধি কোবা মীনা থীডমত্রবা মশীং অদু ফাওবা থঞ্জীক্ত ওইনা উরকলিবনি, মাগী রা হেক তাবা হৌরকপদা ভাঙ্লিবা লোল অদুবু লোনশুদবী ওইনা থল্লকলিবনি অদুগা মৎয়ায়গা মান্নজরবা মুংশিবা অদুগা লৈপুন ওইবগী মুংঙাইজবা অদু হেক থনবা হৌরকপদনা মতম অদুবু ভাইহাক্তমক ওইরমাক্লে নিঙ্লিবনি।"

য়াহৈ অসি তারবা তুংদা কাদম্বরীনা ভাইহাক্তং য়াথল তৌরগা থুম্নকই—"পত্রলেখা। নঙ্না হায়রিবা পুম্নমক অত্তুমক মজাইবুংভোগী কাদা ঐবু ওইহল্লে—অদুগা নঙ্না থারিবা, কাম কোবা লাইগী মশক মতৌশিং অসিতম্মু নত্তনা

হেন্না লৈরিবা মওঙ্ মতৌ পূম্নমক অদু অমত্তা চিথ্নদবমথৈ ঐঙোন্দা লোইনা তুংলয়ে।

নঙদি ঐগী ইশানি, মরম অদুনা নঙোন্দা হংগে। হুজীক অসিদা ঐগী তোকম থোকপা করিনো—নঙ্না মতুগী পাউত্তাক পীয়ু, ঐদি অসিগুম্বা অসিদা করিস্সু থঙ্জদবীনি। অদুগা অয়েঙমদা য়েংউ—কামদেবনা ঐবু অহল্লম্মন্না তাথীনবা ওইহনবীবদগী ঐদি ঈকাইজবনা শিরে; মরম অদুনা ঐগী পুক্লিঙদা, হিংহুনা লৈবদগীদি শিজখিবন ফয়ে হায়না থল্লকলে।

(ট ণ) কাদম্বরীন অন্নুম্না হায়রক্লবদা ঐনা মদোন্দা অমুক হায়রকই—

"ইবেম্মনা হুজীক্তা অদুম্না তাকপিবা তৌবীগনু, তৌবীগনু। দেবি! মরম চাদনা শিগে হায়না থনবীরিবা করিগীনো? ইনিঙ নিঙ্বিরুন্না কাম কৌবা লাইনা পেনবিহুনা মথক্তনা ইবেম্মদা বর পীনবীরিবনি।

হিরম অসিদবু অহল্লম্মন্না তাথীগদবা করিবু লৈবগে? কামদেব মশামক্না মপুং ফারবী মচা নিংঙোম্বু মপাশক্না থাজরগে হায়না থনবিরকপনি, ইমাগুম্না মতুদা য়াবীবনি, ইবুংগুম্না কথোকপিবনি, ইত্তাগুম লাঙ্তক্লবা পোকহনবীবনি অদুগা য়োকচবী অমগুম অনুরাগগী মতিক চানবা কেবা-মোবা পূম্নমকপু অদুম্মক তম্বীজরকপনি।

মশা মথন মথন্তনা মপুরোয়বদা মশাবু কংথোকচগিবী লৈশাবী থরগী য়া ইবেম্মদা হংগৎচগে—

অসিগুম্বা অসিমক থোক্লবদি ধর্ম্ম-শাস্ত্রনা তাকলিবা 'স্বয়ম্বর' হায়বদুগী অর্থ অমত্তম্মু লৈরমলোইদবনি।

মরম অদুনা দেবি! য়াবিরুপন্নু, শিবগী য়াথল থাদোকপিয়ু, নথোঙ্ থঙ্গাল পায়হুনা ঐনা য়াশকচরিবসিনি—ঐবু থাবিয়ু- পাউ চেনবীয়ু, ঐনা চংলগা হবেম্মগী থরায় শকপহু পুজরকনি।"

(ত-স) ঐগী য়াহৈ তাবদা হরাউজরবী কাদম্বরীনা মুশিবা মিৎয়েংন ঐবু থকচিনবগুম তৌরকলে—কামগী তেন মথৈনা পুল্লপ চেনাথোল ফাঙহল্লবদগী ফনমক কন্না শিংবা হোৎনহুনস্সু ঈকাইবা লাংবু কাওদংখিহুনা মোমোন মীনোক্লচিংবা অন্নুরাগগা মতৌ পূম্নমক্না মশক উৎনরক্লুনা কাদম্বরীবু লৈতাফম থঙ্হনবীরক্তরে; মথয়ায়গী মবু ঙোগা মরী লৈনবা য়াহৈ তাজবদা হরাউজবনা হুমাং কাংলক্লুনা মশাদা নপশিল্লক্লব ইন্নফি অদুবু—মত্তম মায়না মশা অপুম্বা শীনব থুংন চুংলকপা মতু মথৈনা থাংগঙ্না থমখি। অদুগা ভাইহাক লৈত্তনা কেং কেং নোমহুনজা লৈরিবা নাপ-লৈতেংদা-য়াওবা ভা-কিয়োং-মতোন্দা-

লৌশিনজগ্রবা খাবলগুম তৌবা, কাম কৌবা লাইনা পীবা, মথন্তা মথাৎ্রায় থাজবা মতমদা মতম্তা হকবা থৌরীতবা শীক্লাং পরেং অহুবু লৌখোক লোখোক্লা, হয়াউ-মখোই-কাবমা থমোই ইবাঙ্ তৌরবস্তু নিঙোল ওইবীশিংগী মশানা লোয়নজক্লবা ঈকাইবা হায়বহুনা পাম্বৈ ওইনহুনা ভয়া মেঙ্না হায়খকই—

"পত্রলেখা ! ঐবু নহাক্লা ভমথৈ লৈতনা লুংশিবী হায়বা ঐ খঙ্ই ; অদুবু নৌরবা শিরীষ-কুসুম মপালগুম-থোংলবী নুপী ওইবীশিংগী ; থোইদোক্লদি— লৈশাবী মচাশিংগী মতৌনবু অহুক য়ায়া ইকাইবা খঙ্দবদি কয়য়া ওইগনি ?

মশানা পাউ থাখিবী নত্রগা মশামক্লা পাম্বু-কাদা-পুংনবা-চংপী মখোয়শিং অহুদি মখোনা লৈবীনি।

ঐদি নুপীমচা ওইবীনি—অহুনা ইশানা পাউ পীবদি ইকাইজে।

কন্নি পাউবুস্থ থাক্লনিংঙাই লৈগনি, "নঙ্দি ঐগী চায়থোইবনি" হায়বসিদি হজিনবা য়াহৈত ওইহুনা তোকই।

"ঐবু নঙ্না লুংশিবীবরা ?" মসিনা অপঙ্বগী য়াহংনি।

"নঙ বুদি ঐনা ওম্থোক্লা লুংশিজগ্রে"—মসিদি ওক্তবীশিংতগী য়াঙাঙ্নি।

"নহাক লৈত্রবদি ঐ হিংলরোই" য়াহৈ অসিদি থাজনিংঙাই ওইবা য়াঙাঙ্নত্তে।

"কাম কৌবা লাইনা ঐবু য়াহন্নে" অসিগুম্বা পাউ মতা অসিদি অচোম্বনি, অহুনা পাউপীবা মী অহুগী দোষ অহুবুহুম নিন্দা তৌনিংঙাই ওই।

"কামদেবনা ঐবু নঙ্গী নকাদা পীথোকপিরে"—মসিনা মাগী মনাক্তা চংনবা পাম্বৈনি।

"ঐনা নঙ্বু নমহুনা ক্ষারেদো" মসিদি লমচং নাইদবী নুপীনা থোয়চংনবা উৎপনি।

"লাকপিদবা য়াদে" মসিনা ময়াইবক কবীগী নাপলনি।

"ঐ ইশামক লাকচরে" মসিনা নুপীগী তয়াং ভশোইবা মতৌনি।

"ঐ অসি নঙ্ভগী শনাইনি" অম্বমনা পাউ পীক্লহবদি, মশাগী ভক্তি অহু মথন্তা কোংদোকচক্লবদগী য়াংথংলকই ( মমল লায়হল্লি )।

"নহাক্লা ভাবিনিঙ্লমলোই হায়হুনা পাউ পীজদবনি" মসিদস্থ, মহুম তৌবহু হায়া থঙ্লমদবা মী অহুদা ভাকলুবগুম থোকই।

"লুংশিবা মী কায়নয়বদা হাবদগী কনাস্থ হিংনিঙ্দে, অদুবু ঐদি অরাকহু

অসুম থাওচুল্লা লৈবাক্সী মরূপ মপাং পুম্নমক্না ঐবু থজোই কনবীগনি হায়না থঙনখরে"—মসিগী মাহে অসিন্থু মায়া হেক্লিগা পামশিনখনবা উৎলি।

অদুগা "ঐনা শিরবজুলা, নঙবু ঐনা কমাগী মতিক চুংশিনবগে হায়বদু থঙবিরকনি" মসিন্থু ওইবোকপা ওইনা লোকই।

মতাং অসিদা 'কাদম্বরী' অহানবা শরূক লোইরে।



# কাদম্বরী

## ( অনিশুবা শরুক )

### থাবীগী শরুকং শয়া লৌখৎপা

ডাইহাক অমুক খল্লগা কাদম্বরীনা মথা অমুক শম্মখরকই—“মহাক্কা অসিদা লাক্লগনু করিদি তৌগনি ? হকচীক-লাংকম-শঙ্‌দা ঐথোয় অনি উনরিবা মতমদা মহাক্কা না কয়া কয়া হায়রখি অদুবু মমাঙ্‌দদি ঐনা পুক্নিঙ্‌গী থাবোল অমত্তসু কোঙ্‌জবা ঙমখিদে। হন্দক অমুক উনজবা থোক্লবদি খোয়দনা ইশাগী পুক্নিং ঈরাং অদু কোন্দোকচদুনা মহাকপু মুংশিনলাংদা থুহনবা ঙমজগনি হায়বগী অরেমনা কদায়নো ? মদি পুন্নমক তোক্লসি, হক্তীক নহাক্কা মক্লগ অমগী তৌকয থোকপনি খনবমথৈ তৌবীয়ু। অস্নুম হায়গনা ঐবু থারক্লিবনি। অশেংমকনু, গন্ধর্ব্ব নিংথৌ মচানুপীগী অদুগুম্বা অবস্থা অদুদা মজা-ইবুংঙোনা মকম অদুদগী লেঙ্‌বি-খিবদু ওস্থোক্রমক মুংশি হৈতবগী মতৌ অমা ওইগনি—মদু যুবরাজ অমগী মডিক চাবা নংথিগনে।” অস্নুম হায়রগা পত্রলেখা অদু মথা ভাখিগনে।

কনমক মপূক তপ্পা মী ওইদুনসু পত্রলেখাগী থাহৈ পুন্নমক অসি তাবদগীদি চন্দ্রাপীড় তপথকম থঙ্‌খিগনে। তান্নক অসিদা থোঙ্‌শঙ্‌বা অমা চঙ্‌লদুনা হংগৎলৈ—“মজাইবুংঙো ! পত্রলেখা লাকলে হায়বা পাউ ফংবীবদগী মহারাণীনা মজাইবুংঙোবু ননাই পত্রলেখাগা লোয়ননা সজাই মদুংদা লেঙ্‌শিনবীরক্লবা সনা থাথং তাকপিরকনি।

চন্দ্রাপীড়না খল্লকই—“কয়াদা খুদোং থীগ্রবা ! অমরোমদা অহল্লমনগী মুংশি-লাং, অমরোমদনা কাদম্বরীগী প্রেম। ইমানা ঐবু ডাইহাক্নং উদবদা লৈজবা ঙমদে অদুগা পত্রলেখানা ঙমলিবা মাগী ফিবম মতা অসিদা ঐনা অস্নুম খিন্নহনবসু হৌনগনে। কয়ম তৌসিবা কদোমদা চংসিবা”—অস্নুরা খয়া খয়া পত্রলেখাগা লোয়ননা লৈমকোন-ফুদা লেঙ্‌শিনগনে।

কয়ম তৌরগা গন্ধর্ব্ব কোমুং চংপা থাগদগে হায়বা থাখল অসিত্তদা অহিং মুংখিল চুপ্পা মুংনাওগনে। অস্নুম তৌনা তৌনা মেন্দাকম খঙ্‌দনা মতম খরসু হৌগ্রবদা নোংমদি ‘শিপ্রা’ তুরেন মপান্দা অস্নুম চত্তুনা পুক্নিঙ্‌গী অরুথা থাংহম্নবা হোৎনদুনা লৈরিবৈত্তা তায়া—শগোল তোংবা মী খরা চঙ্‌শিল্লকপা উখি। মথোয় অদুনা নকশিল্লক্লবদা উরকলে—খ্‌ায়গী মাঙ্‌ থারক্লিবদু কেয়ুরকনি, অদুগা ফুং থংবা অতৈ পুন্নমক অদুনা গন্ধর্ব্ব মচা ভাকনি। কেয়ুরকপু উবদা ঙমথৈ লৈকনা

হয়াউরবা যুবরাজনা পামেয়াম অদি ডিংথোকুনা চেংনা য়াম্ব কোনবীরগা ঊ-পাউ হংনা হংনা য়ারী শাথিরদুনা কোয়ুং তান্না লাক্লগা কাদম্বরীগী য়পাউ হংলক্লবদা কেয়ূরকনা হায়রকই—"মজাইবেন্মনদি ঐতোন্দা করিগ তাকপিরকপা নৈতে। ঐনা পত্রলেখাবু মেঘনাদকী মনাক্তা থিরক্লগা হনখিদুনা মজাইবুংতোনা উজ্জয়িনী তম্না লেংখিবগী পাউ অহুতং তমজখি। মহু তাবদা মহাশ্বেতানা নোংথক্তা মেৎখৎলগা অশাংবা শোর অমুক্তং হোন্দুনা "উম, চপ চাবে" হায়বা য়াহৈ অসিদং হায়রম্লগা হৌগত্তুনা থুরক্তা অহুম্মক মাগী আশ্রম তান্না হনখ্রে।

কাদম্বরীদি পাউ অহু হেক তাবদগী মখিং উইথখ্রে অমসুং জ্ঞান তাথিজ্রে। য়ান্না কুইনা নৈরগা তপ্না তপ্না মিং পাওথোরদুনা মদলেখাদা হায়রকই—"মদ-লেখা। মানা তৌগ্রিবা মতৌ অসিবু অতোপ্পা কনানা তৌবা ঙমগ্রিগদগে?" অসিদং হায়রগা অহুম্মক কম্থুংদা য়াতাদুনা নৈগ্রে—অমসুং কনাগম্ম ওনশিল্লদুনা করিগুম্বা য়া-লান অমত্তা ডাওনবা নৈখিজ্রে। নোংতাঙ্লগা অমুক ঐনা চৎখিবদা কাদম্বরী দেবীবু অমুক জ্ঞান তাদনা নৈরম্বা উরুবে, কনাগী ময়াদম্ম পাউথুম পীবা তৌবমদে—অহুমদি ওইরগা মিংকী পিদি অতং অথম নৈতনা অম্তুম চেম্বরি। অসিগুম্বা মতৌ অসি উবদগী খুংঙাইমগ্রদুনা মহাক মশা থওদনা ঐনা মজা-ইবুংতোগী নাক্তা চেঙ্গরকলিবসিনি।"

অম্মুম তৌনা কাদম্বরীনা মহাক কায়নবগী মৈচাক্লা য়াহৌবা য়ারীত্থ তারম্বদগী চন্দ্রাপীড়না য়াম্প্রবদা ময়াম্না হমাই হমদুনা অমসুং চন্দন মহি থাকুনা য়ান্না কুইনা লাক্লবা মতুংদা মীয়োল তারকলে। শোর শাংনা হোন্দুনা হয়রকই—"কাদম্বরীনা অম্মুম তৌনা ঐতোন্দা পুক্নিং হাপই হায়বা অসি ঐদি হান্না থওং-লমদে। হৌজিক করি তৌগনি, করম তৌরগা মাগী মথল্লায় কনবা ঙমগনি। ককুবা নোংদম্বা-লাইনা তায়োম্নবতাক্তা থোকহন্দুনা ঐবু পাপ লওজনবা অমদি মিংচং থীননবা তৌগে থজমাল্লে। পুম্নমক অসি মহাক্তনা থোকহনবনি নত্রবদি করিগম্ম কান্নদবদা কিন্নর মতৈ মনাউবু করিগী তান্নরুপনি, অচ্ছোদ সরোবরদনা করিগীদমক চংলুগনি, মহাশ্বেতাগম্ম করম্না উন্নরুকম থোকই, গন্ধর্ব্ব কোম্নংদনা কৈদোবা চংলুগনি অহুগা কাদম্বরী-সু ঐতোন্দা করিগীদমক হুংশি-হুংওন মতৌ উৎলক্লনি—শোয়দে, মসি পুম্নমক মহাক্তগী থুজোলনা থোকহল্লিবনি। নত্রবদবু ওইথোক্নবা মও-হাওম্বা থৌওংশিং অসি করম্না ওইগনি?"

অম্মুম তৌনা তৌনা হুমিং তাথোকখ্রে। অহিং ওইরক্লবদা কেয়ূরকতা হায়লকই—"কেয়ূরক। লওদ্রি করি থল্লি—ঐথোয়না চৎখিবা মতম অহু কাওবা

থাদনবীবু হিংলমখিগদ্রা ? মাগী থা মাদনবী মায়থোং অদুবু ঐনা উদনবা ফংলুখিগদ্রা ?"

কেয়ূরকনা হায়রকই—"মজাইবুংঙো ! তাইবঙ পানবা অসিদা অশাঙ্গানা মরুনি। আশানা থাজবা পোকচন্দ্রবদি কনা অমত্তসু হিংনবা ঙমদে। মী ওইবনা আশা-উরী মান্দুনা থাঙ্নবনা অরাবনী ঈপাঙ্গা পুম্লুপ হেক লূপথখিব-মক্তি ঙমদে। হাক্লমক হকচিন্না রাবিরুপগদু—পুক্রিঙ্ নৈত্তানা, লেঙ্নবদুম হোৎনবীদু—। মজাইবুঙো লেঙ্লকনি হায়বা আশা অসিত্তনা পাইশ ওইনদুনা গন্ধর্ব্ব-নিংথৌ-মচানুপীনা মাপ্নবসু রানা ঙাইজরমখিগনি।"

মথংদা, চন্দ্রাপীড়না কেয়ূরকপু পোথাজনবা মাথং পীরম্লগা গন্ধর্ব্ব কোন্নুং য়েংবা ঙম্নবা পাইশ থনবা হৌরকলে। মানা থম্বরকই—"ইপা-ইমা অনিমক অমত্তা থঙ্হন্দনা লোম্না চংলুবনা ঐগী করি ফুংঙাইকম নৈ অচুপা অরুবনা করি ওইরকনি ? ইপানা পীনবীবা লৈবাক-ঙাকপগী থৌদাং অসিদি অন্নাবা পোৎলুম ননশিনবত্তনি—-ফুমিৎ থুদিঙ্গী কূপ্না য়েংশিন্দ্রবদি মসিদা খুদোংথীবা ঙাক্তা থোক্লিংঙাই লৈরিবা অচুগুম্বা থবকনি। মরম অচুনা থোক হুন্দোক্লমচুনা লোম্না হেক্তমক চংখোকখিবা মাবগী মরম করিসু লৈতে। অচুনদি ঙাকপা ঙাই—অচুদি করম্না ? গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মচানুপীনা ঐবু উবদগী ফুংশি লাংদা থুহোৎয়ে—ঐগী থবায় শকপী অচু নত্তনা ঐ হিংবা ঙমলোইদোয়ে, কেয়ূরকনা ঐবু লৌবা লাকলে, মরম অচুনা ঐ চৎচবা তারে—অস্তুম হায়না ঈকাইবা থঙ্দবা মত্তৌনসু ইপাইবুংঙোদা করম্না হংগৎলুসিবা। অস্তুক কুইনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎলুবগা হন্নক-পদসু ঙাম্নরিবঙে অসিদবু ঙঙাইকদবা করম্না থবক্তা অমুক মপান্দা তনচং চৎলুকম থোকপগে ? চান্নজবা মরূপ বৈশম্পায়নসু ইনাক্তা লৈত্তবনা রা তাম্নকমসু কনা অমত্তা লৈত্তে।" অসুম্না মেন্নাকম থঙ্দবা মাথলত্তনা হম্না হম। ওন্দুনা তুম্ফম থঙ্দনা অহুম্মক নোং-ঙাম্থোকখ্রে।

নোংঙাম্লগা অমুক অঙনবদা পাউ অমা তারকলে মচুদি—মাগী তেংগোল অচু লাকুনা "দশপুরী" হায়বা মফম অচু য়ৌশিন্নকলে। পাউ অসি ফংবদা—অনৌবা, অচৌবা লৈবাক কম্না কম্না ফংবদগী হেন্না ফুংঙাইরমচুনা হরাউ হরাউনা কেয়ূরকত্তা হায়রকই—"কেয়ূরক ! হুজৌক্তি ঐগী অথোইবা মরূপ বৈশম্পায়ন লাকলে, করিসু রানিঙাই লৈত্রে।"

তাবদা পেল্লরবা কেয়ূরকনসু হায়রকই—"মজাইবুংঙো ! অমংবা নোংনা নোং তারগনি হায়না থঙ্নবগুম, নোংপোক মায়কৈগী মঙাললা ফুমিৎ থোরকলে তাকপগুম, মলম্না ফুংশিং শিংপা হৌরক্লবদা বসন্ত লাকলে থঙ্বগুম অচুপা

শীংনাং মপাল শাবকনা ( মেংগৌ মপালশু হায়বা য়াই ) মরুৎ থা য়ৌরকলে তাকলঙ্গুম, অসিগুম্বা মঙ্গল ওইবা পাউ অসিনা থুনমক গন্ধর্ব্ব কোমুংদা লেঙ্‌লকপনি হায়বা তাকলি। চিংনবিরগমু, গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মজাইবেম্বা কাদম্বরীগা লোয়নমক উম্ববিরগনি। খোকলিবা থা অসিবু কনাম্বা মতাল চেন্দবা উনখ্রবগে ? উরীবা লৈতেংদবা লৈকোনবু কনাগী মিংত তাখ্রবগে ? অহুমদি ওইরগা বৈশম্পায়ননা মকম অসি য়ৌরকপা, মাগা অমুক থরখিবা—অস্তম তৌরিতৌদা মতম হৌজিকথিবনা গন্ধর্ব্ব কোমুং য়ৌবদদি য়াম্মা হেন্না খেঙ্‌থখ্রগনি হায়না থৈজে। কাদম্বরীগী কিবমদি হংগৎচখ্রবহুনি। মরম অদুনা ঐনা হায়' চৎথৎচখ্রগা মজাইবুংতো লেঙ্‌লকপগী পাউ তমজহুনা মথরায় চাউথৎহল্লগা খেমহুনা থমজরম্বনা হেন্না কপজ্রা নিঙ্‌জৈ।”

কেয়ূরককী অসিগুম্বা থুম্বা য়াউ অসি তাবদা চন্দ্রাপীড়না তমথে লৈতনা পেম্নহুনা হায়রকই—“কেয়ূরক! হায়রিবহু য়াম্বা চুম্ব' য়ানি। নহাক থুনা চৎথৎখ্রো অহুগা ঐখোয় লাকপগী পাউ তমহুনা নবেম্মগী মথরায় কম্মু। মানা থাজনবগী দমক্তা পত্রলেখাশু নহাক্কা লোয়নখ্রো।” মথংদা মেঘনাদপু কৌহনুরগা হয়রকই—“মেঘনাদ! ঐনা নঙ্‌বু হায়না থম্লম্বা মকম অহু তাম্না পত্রলেখাগা কেয়ূরক-কা পুহনা অমুক চৎখো। বৈশম্পায়ন লাকলে হায়না তারে, মাগা উম্নরগা ঐস্থু থুনা য়ৌরক্লগনি।”

মেঘনাদনা থুকমহুনা চৎননবা খৌরাঙ্‌ তৌরকলে। যুবরাজনা কেয়ূরকপু চেংনা কোম্নগা মমল য়াম্নবা নাকোঙ্‌গী লৈতেং অমা মন' ওইনা পীবিখ্রে। মিংথাজা ঈয়া চেন্দুনা হায়রকই—“কেয়ূরক! নহাক্কা মাগী মপাউ পুরকপা তমজবনা ঐনস্তু নাওোম্বা কবিশু হায়নিডাই লৈত্রে। মহাক্কা কবিগুম্বা তানিঙ্‌বা লৈরবস্থ পত্রলেখাদগী তাবা য়ানবা য়াবু থারিবনি।” অদুগী তুংদা পত্রলেখা য়েংহুনা হায়রকই—“পত্রলেখা! য়াম্না চেকশিন্না চৎলু। নহাক্কা গন্ধর্ব্ব কোমুং য়ৌরগা ঐগী মিং পদুনা কাদম্বরীনা হায়রু মহৃদি, ঐনা যুবরা হয়মলাইদা নখোয় পুম্নমক্কা অমত্তা উম্নরদবহু ঐগী অচৌবা ইরাংগনি। নখোয়না ঐবু ইতিং তিংনা নিঙ্‌থিনা লোয়নবীথিবহুগী মতিক চানা ঐনা কবিশু তৌথিজ্রে, মহু পুম্নমক তাকপিহৈবা মগুণনা তাকপিরবঙি ঐবু চানবী হায়রব থঙ্‌জগনি।”

অস্তম্বা পাওমেনবা লোইরহুনা মেঘনাদনা কেয়ূরক অমদি পত্রলেখাবু পুহনা চৎখ্রবদা মজাইবুংতো চন্দ্রাপীড়না বৈশম্পায়নগা উম্নবিঙ্‌লকপনা তপথকম থঙ্‌লক্তে। মমৈদদি মহাক্কা লাকপা তাইহুনা অস্তম লৈথবহু তম্নজহুনা মথামক্কা তেংগোল ওকপ, চৎলুবগে নিঙ্‌হুনা য়াথ' লোনবগীদমক মবাইবুংতোগী সনালাক্তা চঙ্‌লকলে।

নজাইবুংঙোনা থুকয়রদা মহারাজনা কোনথংশিনবা মনাথুংনা নজাইবুংঙোগী মশা অসুম মান্নবী নানথৌনা শুকনাস য়েংলদুনা সনা য়াথং তাকপীরকই—"মন্ত্রী! ঐগী ইচা অসি চাউবা শাংবা মপুং ফারকলে, মথুম-মরৈ ফাবগী থুদমসু উরকলে। হজীক্তি ইমৌ নূপীগী তনৌ তনৌজবী মশক অদু উনিংঙলকলে। মহারাণীগা তারদুনা মতিক চাবা নিংঙোল থমজুং থিনবা হোৎনরো।"

মন্ত্রীনা হংলৎলকই—"মহারাজ সনা য়াথং তাকপিবা য়াম্না চুপী। মহৈ পুম্নমক শুনা তনা লোইরদুনা হজীক্তি নজাইবুংঙোনা লৈবাক প্রজাসিং খিনা চাকপা চমলে। নমৌ-ইবেম্মা অমা থিবগী য়াকম অসিদি পুম্নমক্না থৌরাং-নয়রক্কবনি।"

চন্দ্রাপীড়না থরকই—"নোংদশা লাইনা ঐবু চানবীরে—ঐনা গন্ধর্ব নিংথৌ মচানুপীগী মকা য়োগে থরকপমক্তদা ইপা ইবুংঙোগী সনা পুক্রিংদা মমৌ থিবগী য়া থনবিরমলি। মতাং অসিদা বৈশম্পায়নদং লৈরম্লবদি ঐনা কাদম্বরী কংবগী লম্বীদা অপনবা করিস্তু লৈররোইদবনি। অসুম্না ভাইহাক লৈরগা তেংগোল ওক্লগে হায়না হংগৎপদা মহারাজ সনা য়াথং পীবিরকলে। বৈশম্পায়নগী মশক উনিংঙবনা লাংতক্কমন্দুনা অহিং অদু মিং উইশিনবা য়াথিত্রে। নোং ঙানফাত্রি-দৈঙনা মোইবুং খোংদুনা চৎননবা য়াথং লাউথোকহল্লকলে। মোইবুং মখোল হেক তাবদা পুম্নমক শেম শাবা লোইনদুনা সনা লপেন্দা খোক্লরকলে। লৈমায়থক্তা থাবম্না কীভৌ ফৌদুনা মায়কৈ পুম্নমক ইঙান ঙানবনা লম্বী চৎপদা খুদোং চাদবা করিত্ত থোকথিদে। চন্দ্রাপীড়না থুনা য়াঙনা চদুনা থংায়গী মাঙ থারি। অসুম্না নোংঙাল্লরৈঙেদা ফনা য়াম্না থাপ্না চঙশিল্লকলে। অসুম্না লাকপনা নোং-ঙাল্লকপগা লোয়না লোয়ননা লাম্না তেংগোল পৈরিবা মফম অদু উনরকলে। শুক্লা মমখ্রবা অহিংদা অঙানবা মৈরি উরগা হরাউবগুম যুবরাজনা মাপী তেংগোলবু অরাপ্পদগী উরগা চমথৈ লৈঙনা হরাউত্রে। মাঙদা চঙশিন চঙশিন্না থরকই—মহাক্না কনাসু থঙহন্দনা চঙলগা মাপী মরূপ বৈশম্পায়নবু পুমঙক হেক ঙকহনগনি।

অসুম অসুম নকশিল্লক্লুনা লানশঙ ফৌরকলে। মাবু মফম অদুদা মঙঙ অদুম্না থঙহৌদনা উবা ফংবদগী অঙকপা অাকবা য়াম্নবা লাম্না থরনা চেনশিন-নরক্লুনা নোল্লক্না থুক্লরকলে। করিগুম্বা য়াকোই অমত্তা ভাঙদনা চন্দ্রাপীড়না হংলকই—"বৈশম্পায়নদি?" লাম্নোশিং অদুনা নোল্লক্না হংলৎলকই—"যুবরাজ! উখোঙ অসিদা লেংশিন্দুনা পোথাবীসু পুম্নমক হংগৎচগে।" মখোয়গী য়াঙাঙ শঙাংশিং অসি তাবদা চিংনরক্কবা চন্দ্রাপীড়না অমুক হংলকই—"ঐনা চৎখ্রবদা কনাগুম্বগা লান থেংনথিবা লৈরা? নত্রগা করিগুম্বা অকবা লায়নানা ঐগী

মরক্ত্ খুদুম চনখিবরা ? করম্বা কত্তবা থোক্লমগে খুনা হায়রু।" মখোয় না হায়রকই—"কত্তবা করিস্ থোক্কে, সনা পুক্কিঙ্ লাঙ্জবীগনু।"

মখোয়গী ময়া জবদা বৈশম্পায়নবু শিগ্রবনি থল্লরবা চন্দ্রাপীড়গী মুংপা থীরম কোক্কুনা অরাবগী পিনা মুংজাইবা ঈরা ওন্দুনা হায়রকই—"অদুদি ঐগী মরুপকী নৈকম তাকউ, কদাইদা লৈ, হুজীক কাওবা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লদবা করিগীনো ?" মখোয়না হায়রকই "ময়ম পুন্নমক হংগৎচগে।" অসি হায়দুনা মখোয়না বৈশম্পায়নগী মরমদা মথাগী য়ারী অসি হংগৎলকলে—

"মজাইবুংতোনা বৈশম্পায়নদা লাম্নীতেংগোল পুন্নরুবা সনা য়াথং পীথিরম্লগা লেঙ্প্রবদা মচাক্লা হায়রকই—"অসি য়োনা লাক্লগা মীনা কংনঙমন্রবা অচ্ছোদ-সরোবর কৌবা মহাতীর্থ অদুদা স্নান তৌদনা অমদি মদুগী মপান্দা লৈবা মহাদেববু খুরুমজমদনা চৎপা হৌনদে" অসি হায়দুনা পুথ্রী অদুগী মনাক তাম্না চৎলে। মকম অদু য়োরগা ঐথোয় পুন্নমক্লা উনরে—শাংকায়রবা লৈ ময়াম, তরু তরুবা ঈশিং, নিঙ্থিজরবা-পুথ্রী-মপানগী কজবা মতৌশিং, পরেং পরেং হৌরিবা উপালশিং, অশাংপা লৈজনা য়োম্লবা উরীগী থাংপোকশিং পুন্নমক অদুবু উরগা বসন্ত লাইরেম্বীনা মকম অদুদা মচা মনাউ পুন্নমক লোয়নদুনা লেঙ্দনা লৈরমাক্লে থম্লকই। অদুগুম্বা পুক্কিঙ্ হুবা মকমদি মালেম লৈকোয়বু অসিদা য়াওরমগনি নিঙ্ দে। অসিগুম্বা মকমদা হংগৎ-হন্না চত্তুনা কজবা পুন্নমক কোয়রেং অন্নুম য়েংলকপদা বৈশম্পায়ননা পুক্কিঙ্ হুরবা উরীগী থাংপোক অমথক উরকলে। মদুগী মম্নুংদনা নুংপাক অমা লৈ। মতম য়াম্না কুইনগী তুংদা চায়জরবা মরুপ অমা উবগুম উরী-থাংপোক অদু উবদা হরাউদুনা মহাক্লা মামং কুপ্তবমথৈ অদুম য়েংদুনা লৈখ্রে। মখিৎ মনা মথরায়—পুন্নমক ফুক্কুনা মদুতদা য়েংথিকনা মহাক পুংখুন মুনখ্রে। য়েংনা য়েংনা ওয়গী মথুংনা চুবা মেত্তুনা মহাক্লা কাউজরবা পোৎ অমা নিঙ্শিংলকপগুম লোইবা নাইদনা থন্দুনা লৈখ্রে। মতৌ উবদা, নিঙ্থিবা উরীগী থাংপোক অমদি পুক্কিং হুরবা পুথ্রী অদুনা মাগী থম্মোয়বু থোয়রাঙ্হনবা ওইরমাক্লে হায়না ঐথোয়না থল্লি।

মীওইবগী পুন্সীদা মথোমকাবা মতমদি লুপ্রবা মতাংনি। মতাং অসিবু য়োশিরুবাদ ইকাইবা অকিবা থৌশারকপা হৌনদে। অদুবু অন্নুম তৌনা মকম অসিদা অন্নুম লৈনোকপা য়াবদি নত্তে—শাস্ত্রনা হায়, 'মীওইবগী কিবম কায়নবা ওইহন্নিবা মচাক অদুদি খুনমক থাদোকদবনি।' অসি থক্কদুনা, পুথ্রী অদুদা তীর্থ স্নানগী হৌদবী লোইথোক্লগা চৎননবা তৌরসি হায়না মতোন্দা হায়জরে। অমমোয়দা তেংগোল পুন্নমকপু শেম শাবা লোইদুনা মহাকবু তাকইদুনা লৈনরকলে।

ঐথোয়না হায়জবা অপূন্থা করিস্থ থুমলক্লে, অয়েকপা লাইগুম মমিৎ কুপ্তনা উরী থাংপোক অতুতদা য়েংহুনা লৈ। ঐথোয়না হন্না হন্না তক্লরবদা শাউরক্লুনা হায়রকই—"ঐদি মকম ম্পসিদগী লেঙ্‌লরোই। নথোয়না অতুম তেংগোল পুহুনা চৎথরো।"

হায়রিবশিং অসিগী অর্থ অমত্তস্থ থঙ্‌নবা ওমত্রহুনা ঐথোয়না অমুক নোঙ্লুক্লা হায়জখি—"মজাইবুংঙোনা ইবুংঙোদা লাম্মী তেংগোল পুহুনা লাক্লবা য়াথং পীবিরম্নগা লেঙ্‌খিবনি। মরম অতুনা কুইথনা লৈথোকপা চুমত্রে। ঐথোয়গা মরী লৈনত্রবগুম তৌবীবা করিগীনো। মী তাদবা চীক্লবা উমং অসিদা ঐথোয় কনানস্থ সেবা তৌদনা ইবুংঙোদমক লৈহৌরে তাবদা যুবরাজনা ঐথোয়বু করি হায়রমগনি? য়াথন শেরায়বিগমু—করিগুম্বা ঐথোয় থ্‌ায়না লঙ্‌জখিবা ইরাস লৈরবস্থ মতু ওাকপিযু। লেঙ্‌থত্তুনা স্নান তৌবীরে, পনবীরগনু—।"

মহাক্লা অমুক হায়রকই—"নথোয়না ঐবু অতুক য়াম্না থেম্বা নৌবা তৌরিবা করিগীনো? চন্দ্রাপীড়বু পুং অমা ফানা উদবা ওম্বা ঐ নত্তে, মসি নত্তবদি, ঐনা থুনা চৎকম থোকপগী অতৈ মরম করিবু লৈবগে? অতুবু মকম অসিদা লাক্লগা উরীগী থাংপোক অসি উক্লবদগীদি ঐগী ইশা অ'স লোইনা হিকথথরে, থোঙ্-থুংনচিংবা ইন্দ্রি পুম্নমকস্থ শিথথরে—চৎপা ওম্নবা ইপাংগল য়াওত্রে। নথোয়না নমতুনা পুরবস্থ চৎলম চৎকাংত্রিডৈনা থরায় থাখিবনা হানগনি। নথোয়না ঐবু লোয়ননিঙ্‌লগমু, তেংগোল পুতনা য়ুমদা হনথ্রগা চন্দ্রাপীড়গী থা মানবা মায়থোং অতু য়েংহুনা অরা অনা পুম্নমক কাউনরুরো। ঐদি মাগী মায়থোং-থা অত্ত অমুক হন্না উজবা ফংগদব লৈত্রে। ক'র পুণ্য তৌরক্লুন ঐগুহনবু পুন্সী চুপ্পা ইন্নুং মুংঙাইনা লেনজবা ফংলুগদগে; থীস্তরগমু, যুবরাজন চি নরম্নগনি, নথোয় পুম্বা চৎস্ত্রো।"—

মহাক্লা মকম অতুবু থাদোকওমদবগী মরম কনিনো হায়না ঐথোয়না হংলবদা মহাক্লা অমুক হায়রকই—"য়াশক্লুনা হায়রিবসিনি, ঐ মসিগী মরম করি অমত্তা থঙ্‌বা লৈতে। নথোয় থ্‌ায়গা লাক্‌নিম্নহুনা মকম অসিদা থুংনিম্নরবনি, ঐনা উরীগী থাংপোক অসি উবস্থ নথোয় পুম্নমক্কী নমাঙ্‌দনি অদুগা ঐগী পুক্নিঙ্‌ অস্নুক লাওবগী মরমদি করিনো ঐনা থঙ্‌দে। আসদ' হায়রম্নগা হৌগৎাখহুনা মহাক্লা অতৈ করি অমত্তবু হন্না য়েংবা তৌদনা মাঙ্‌খ্রবা পোৎ অমত্তবু হন্না হন্না থিবগুম উরীগী থাংপোক মমুংদ', উথা-য়াথাদা, পুথ্রী মপানদা লাইগী লাইশঙ্‌দা কোয়না কোয়না চত্তুনা য়ায়া য়ান করিনো অমবু থিরকলে। অসিগুম্বা চাক জীশিং চাগনি থকনি হায়বা ফাওবা কাউবা মতৌ অসি উবদা ঐথোয়না করিনো

চাবা-মাবা পোৎ থরদংদি চাবীয়ু হায়জরুই—মহুদা মহাক্না হায়রকই—"ঐগী ইথরায় অসিবু চন্দ্রাপীড়না মাগী মথরায়দগীম্নু হেন্না লুনা তৌজবনি। মরম অদুনা মহাক্না মুংঙাইজনবগীদমক মসিবুদি ঐনা মাঙ্‌হনবা য়াদে" অসি হায়দুনা অচ্ছোদ-সরোবরদা লূপ্নগা অচম্বা উহৈ রাহৈ থরদং চারে। অদুম তৌনা মুমিৎ হুমনি লেপ্লবদস্নু মাগী মপূক ফাবদি ঙমখিদে। মরম অসিদগী উপায় অমা লৈরক্ল্‌বদা মথৈদদি মনাক্তা লাম্মী থরদং থনমগা তেংগোল পুদুনা ঐথোয়না লাকচরিবসিনি। পাউ অসিনা সনাপুক্লিঙ্‌ য়াম্না রাবীগনি থন্দুনা মাঙ্‌জোননা মী থাদুনা হংগৎ-হল্লদবনি। অয়োন অরান পূমমক ডাকপিবা নিজৈ।"

ওইথোক্লবা অমদি থনবদা মেন্দাকম থঙ্‌ত্রবা বৈশম্পায়নগী মপাউ অদু তাবদা চন্দ্রাপীড় অদু পূমঙক ঙকখ্রে অমসুং মপুক্লিঙ্‌ ইরাঙ্‌ লাঙ্‌খ্রে। মপুক্না থল্লকই—"বৈশম্পায়ননা অসুম্না ঃপুক্লিঙ্‌ থংগো' .হা খিবগী মরম অদু করি ওইরিগবা? ঐনদি কৈদৌঙৈদস্নু মঙোন্দা লান্থিদ্রি—লোম্মতম্নু অথীবা রা হায়খিদ্রি, অতোপ্পা মীন মঙোন্দা অরানবা তৌরমগনি হায়না থল্লুবস্নু মদু ওই-থোক্লবা ওইবনা অরানব' ওইগনি। হুজীক মহাক্না অদুম ঙবা আশ্রম—(বাণপ্রস্থ) দা চঙ্‌বগী মতমস্নু ন'ত্রি—ঃ সঙ্কাঙবদস্নু ময়ুম পান্দ্রি (গৃহস্থ-আশ্রম), মরম অদুনা লাইশংগী, ইপা-ইপুগী, ঋষিশিংগী লম্মন তৌল্লি। অসি পূমমক অসি করি অমত্তা থম্বদবমথৈ অপঙ্‌বা অমগুম হেক্কমক লথা শেরাম্নখি-পদবা—রাথল লিংদবা অদুগুম্বা মীওইস্নু নত্তে।"

অসুম্না থম্না থম্না লানশঙ্‌দা লেঙশিল্লগ যম্মুঁদ হিপ্পুন মথ অমুক থম্নরকই—"ঐনা য়ুম য়ৌদনা মফম অসিদগী অদুম্মক ঐগী মরূপ্প খিবা চৎখ্রবদি ঐগী ইপা-ইমা অমদি শুকনাস অমসুং মনোরমানা পাউ অঁসি তাবদা ঙাওনরগনি। ইপা-ইমাগী য়াথং লৌরগা অমাদ শুকনাস মনোরমা অনিমকপুম্নু থেমজিল্লম্নগা কোম্না থিরুবনা চুমগদমাল্লে। ফনদুম ফরে—এগা মরূপ্প ফনমক চুমদবা থবক থৌখ্রবস্নু ঐগীদি ওস্নোক্না কান্নহনবীরমলে। হুঙাক্তি ঐনা নিঙ্‌বা থুংলগনি—কাদম্বরী উজবা ফংলগনি।" অদুগ মহাক মণানবু চৎখ্রবদি বৈশম্পায়নবু শোম্ন-দনা পুরকপা ঙমগনি হায়বসি মপূক্তা চিংনবা লৈতনা থাজবনা মরম ওইদুনা মরূপ কায়নবগী মুংঙাইতবা রাথল অদুস্নু হাঙক্কেৎ নম্নে' তাহল্লে।

অদুগী তুংদা চাবা থকপনচিংবা লোহরগা লানশঙ্‌ অদুগী মপান্দা থোরকপদা মুমিৎয়ুংবা মতমগী, মৈবুনগুম্না ঙাল্লিবা, হনগৎনা য়েংবা ফাঙবা ঙমদবা য়াক্লবা কালেন মুংশা অদুবু উরকলে। অশাবা মনিলনা মায়কৈ পুম্নমক চাকথেকহন্দুনা মনিল রাম্না কাবঙম তৌরি—মপান থোক্লবা ঙমদদুনা উচেক

ফাওবনা মহুম মহুমদা ভুমিন্না পোথাতুনা লৈনরি। মরক মরক্তা থোংলকপা নোংগোবী মখোল নত্তনা অতৈ মখোল অমত্তম্ব তাবা লৈতে—পুমচীক চীকুলি। ইরোইগী জাতনা লৈনাংদা লৈওন্দুনা থাঙুলি—ঈথৌ লাংবনা চরম ফুল্লবা শক্তি লাবা অমোংশিংনা অয়াকপা মুমিংকী তরঙ্‌ব্রু ঈশিং ওইনা উতুনা অরেম্বদা মথরায় তংপমথৈ চেন্নরি—হুই মথৈনা মরৈ হাহা তমলি, মৈগুম্না শিংপা অশাবা হুংশিংনা হকচাং প্রোক প্রোক চাকথেকহল্লি—লোইবা নাইদনা হুমাং থোকলি। যুবরাজনা মাগী লৈফম অদু ঈশিংনা চোংহন্নগা ঈংথহন্দুনা মমুংদা মৈশা থাঙ্‌লি। তোইগুম্বমুং অসিগুম্বা ওলাঙ্‌-থাগী ফুমিদাং য়াইরমদি পূক্লিং হুনবগী মশকনি। মতম অসিদদি মুমিংকৌ মঙাল গেঙথরক্লুনা তপ্না শিংপা মুশিংনা হকচাংগী হুমাং লোক্লুনা হকচীক লংহল্লকই অমসুং অনৌবা মপোক ফংজবগুম হয়াউনরবা মৌশিংনা মপান থোক্লুনা মুংঙাইনা হকচীক লানরকই। অসুম্না মী পুম্নমক মশা তেকথংনরক্রবদা মুমিং তাশিল্লক্লুনা থা মশক হেক উরকপদদি যুবরাজনা চংননবা পাউ শান্দোকপা ওইনা মোইবুং খোংগংহল্লকলে। মরৈবাক উনিঙ্‌লবা লাম্নী তেংগোল পুম্নমক্লু খুদক্তা শেন শাবা লোইনত্তুনা থাবলগা ঈরোয়নবা অরাবা থঙ্‌দনা অসুম চঙ্‌শিল্লকপনা, নোংতাল্লকপদদি ঙস্নানা উজ্জয়িনী সহর য়ৌরকলে। বৈশম্পায়নগী পাউ তান্না ফংনরম্বা মী মপৈনা যুবরাজ মথন্তা লাকপা উবদা কপ্পা লাউনবা তৌরকলে। যুবরাজনা মন্ত্রী শুকনাস অমসুং মনোরমা অনিগী মকমদ করি তায়না পাউনম্নগদাগা তায়বত্তু থম্না থম্না লাকপনা সনখোঙ্‌ য়ৌশিল্লক্লবদা শগোলদগী শংথোং। পাউ ফংলে মত্তুদি—নিংথৌ মহারাণী অনিমক বৈশম্পায়নগী মপাংমা অনিমকপু থেমজিন্নবগীদমক মন্ত্রীনী মুমদা লেঙ্‌খিবদগী লেঙ্‌লক্তি। যুবরাজনা মন্ত্রীগী মমুম পাংলকলে। যুবরাজগী মশক উবদা মনোরমানা মচা কৌদুনা তেংথাগ্রকলে। মায়খোং-মক্না চঙ্‌থিত্তুনা যুবরাজনা মবাইনুংতো মহারাজ অমসুং মন্ত্রী শুকনাস অনিমকপু থুকমলে।

মহারাজনা তাকপীরকই "চন্দ্রাপীড়! নঙ্‌গা বৈশম্পায়নগা কয়াগী মতিক চানবগে হায়বত্তু ঐখোয় পুম্নমক্লু থঙ্‌হই অত্তবু মানা তৌখিবা থবক অসিদা নঙ্‌গী করিগুম্বা দোষ অমা য়াওখিবা লৈনবা হায়না ঐনা চিনৈ।"

নিংথৌ সনা য়াথং তাকপিবা লোতপাক্তিনৈনা শুকনাসনা ওক্লুনা হায়রকই—"তুনিংথৌ! করিগুম্বদা থেক্লিবা থা অসিনা মৈশা কাওরক্লবা—অমুতদা অয়াকপা মহাউ চেন্নক্লবা অদুগা উননা মৈরি চেল্লক্লবা অদু ফাওবদা—লানবাহৈরক্লবা নজাইবুংতোগী মশাংদা করিগুম্বা অরোনবা দোষ লৈরম্বা য়াই হায়না চিংনক্লবা য়াবা মরম লৈতে। অমগুম্ন মরাল অমদা থংজিনবা হৌনদে। মমামপা

অনিয়কপু হাংপা ওয়া, তৌম্বীমল থঙ্দবা, লমচৎ মাইদবা অসিনচিংবা কস্তুবা কর্ম্মনা অহুগুম্বা দোষ অহুদা লমচৎ কজরবা চন্দ্রাপীড়বু চিংনরুবা য়াদে। মপা মমানা হায়বা ইন্দ্রবা, নিংথৌবু থৌওইদবা, মক্সাপনি হায়বগী য়াথল থমজবা মী অহুদবু চন্দ্রাপীড়না করি তৌরুগনি। ঐ অসিত্তনা ইমা-ইপাগী হিংনবা পোৎচঙ্নি, ঐবু উত্রবদা মথোয় করম হিংলমগদগে হায়বসি মপুক্ত অমুক্তসু থল্লক্তবরা? ঐথোয়বু য়াহয়বগী দমক্ত মহাকনা ইচা ওইনা চঙ্লকপনি।” অসি হায়না হায়না মথয়ায় য়ারবা শুকনাসকী মচীনবান তনিক তনিক তৌরকলে অমসুং চায়রুং অনিমক পিনা থুমখ্রে। মহারাজনা তাকপীরকই—“মন্ত্রী! ঐগুম্বনা নংত্তোন্দা পাউত্তাক পীবা শাবদি তন্দন মওানবু মৈ ওইনা অমদি মৈরীক মচা অমবু সুমিংকী মশক ওইনা লৌরুবা তাগদবতনি। অহুমদি ওইয়গা কুমগী নোংমা থল্লবা-ঈশিংগুম নঙ্গী নপুক অহু অমোৎপনা থল্লে। অমকপা পুক্তিঙ্দা অচুম্বা য়াথল থক ফাওরকপা হৌনদে। অহুগুম্বা মত্তাং অহুদদি অপঙ্বনা অশিংববু ফাওবা ঈরায় লায়না পাউত্তাক পীবা ওয়কই। মরম অহুনা ঐনা হায়বা তাও—মথোন কাবা মতমদা মশাগী ফিবম হোংলক্তবা অমদি করিগুম্বা দোষ অমত্তা চেনখিদবা মীওই কনা অমত্তা তাইবঙ্ পানবদা পোকখিবা নৈতে। মথোন কাবা মতমদি থ্বায়দগী লুবা মত্তাংনি। মতাং অসিদ্ য়োরক্লবদি মপা মমানচিংবা অহল্লম্মনগী মকাদা মাগী অডাং ওইরিবৈ-মতৌগী মুংশিবা অহু মহি চেম্বোক্তুনা মাঙ্থি, মথবাক ফল্লকপগা লোয়নন মাগী অনিঙ্বহুসু পাকথোক চাউথোরকই, মপাম্বোন অনিগা লোয়ননা মরৌশিংসু নোয়থোরকই, মথাঙ্গা লোয়ননা নোল্লুকপসু ময়েং তাশিল্লকই, অমসুং মরম লৈতনা মশাগী ফিবম তোংলকই। মরম অহুনা বৈশম্পায়নগী করিগুম্বা মরাল অমত্তা লৈক্তে, মসি মতমতগী দোষনি। করি মরমদগী অপাম্বা লৈখিদনা হায়বহু থঙ্দনা চেক্তমক মাগী মরাল পীবা হৌনদে। ইহান হানপদা নং ক মশা অহুবুত পুরক্লবা হোৎনখিসি। মথংদা মাগী মচান্দগী য়ারম পুম্নমক থঙ্গা তৌকম থোকপ কোম্না হৌসি।”

শুকনাসনা হংগৎলকই, “মহারাজ! ঐথোয়না ইচা ইশু ওইনা সুংশিবীবত্তনা সনা য়াথং অহু তাপিরিগনি। নংলমত্রবদি পিশক পীকালিত্তৈদগী লৈমিয়হুনা পুম্না মহৈ মশিন ওমহুনা থোইদোক হেন্দোক্লা সুংশিননা লেনমিয়রকপা থ্বায়দগী হেম্না লুনা তৌকম থোক্লবা অংগুম্বা মরূপ অহুবু থৌশাখিদবা ওম্বা—মসিদগী হেনবদি করম্বা মরাল অমা লৈথিগনি?”

মথয়ায় য়াম্না য়ারবা চন্দ্রাপীড়না নোম্লক্লা হংগৎলকই—“ইপাইবুংত্তো! পুম্নমক অসি ননাই ঐত্তগী ইরাওনা থোকখ্রিবনি। য়াথং পীনবীয়—ইশানা

লঙ্‌জখিবা ইপাপ অহু কোকচনবা প্রায়শ্চিত্ত তৌজবা ওইনা অচ্ছোদ সরোবর তাম্না চৎলগা বৈশম্পায়নবু মাগী লম্বী থজূনা পুজরক্কে।"

মথাইথুংডো মহারাজনা হয়াউনা য়াথং পীনবীরবদা পুম্নমক্কী বিদায় লৌরগা ইন্দ্রায়ুধ তোংথক্লুন' চায়বা মময়প খিনবগীদমক যাত্রা তৌরকলে। অস্নুম্না চৎপনা 'শিপ্রা' তুরেন মপান্দা থুংহুনা অহিং অহু লেম্লগা চৌংথৈ হেক উরকপদা অমুক চৎপা হৌননবা লোয়নরিবা মী পুম্নমক্কা য়াথং পীহুনা মহাক্না লমজিংলগা চঙ্‌-শিল্লকলে। পূক্লিঙ্‌না হ'নখ্রু— অইত্তে অমগা মায়ত্রবা য়াঙলবা ইন্দ্রায়ুধগী খোঙ্‌চৎ অহু কাওবা থাপ্না অস্নুম তুংওইনহৌরে। চংনা চংনা থল্লকই—"ইথঙ্‌ থঙ্‌হন্দনা চঙ্‌খ্রগা থংপেক খংহন্দুন' মথৌরী পায়রগা কদাইদা চেনগদৌরিবনো' হায়হুনা মাগী মুংশিবা মময়প অহুবু ইকাইবা কোকহনবীগনি। মথংদা মহাশ্বেতাগী আশ্রমদা চঙ্‌লগা মুংঙাইমিয়হুনা লাম্মী তেংগোলমথৈ মকম অহুদা থনয়গা হেমকুট তাম্না চত্তুনা থরায়গী মবেম্মা কাদম্বরীগ উয়রগ' চাউনা লুহোঙ্‌বগী থবক লোইথোক্লুনা চাক্লবা থম্মোইবু ঈংহনগে অমসুং মপোক মইচ য়ালহনগে। মথংদা মাগী য়াথং লৌহুনা মাগী মদলেখাবু ঐগী বৈশম্পায়নদা পীহুনা মথপকী য়াথন-শেরায়রিবা অসি কাকহনগনি।" অস্নুয়তা থন্দুনা অরাম্বা খৌরাংব', লম্বী চৎপগী অয়াবা, তুমদবগী চোকথবা, অসিনচিংবা পুম্নকপু নাচুংবা তৌদনা অহিং মুংখিল থাক্তনা চৎপা হৌরকলে।

লমথাঙ্‌দা কুমগী-নোং থেংনরকলে। অমুবা নোংনা আতিয়া মকোয় শীনখ্রু। মুমিং মশক উখিদ্রে। মায়কৈ তরামক্ত নাংতনা ইথন থনখ্রে—শূন্না মমশিনখ্রে, অতিং মুংখিল অমত্তা ওইখ্রে। ডাইহাক লৈতনা নোংথাঙ্‌ কূপলকলে, অথাক অরাউহনা ন'কোঙ্‌ য়েশিনখ্রে। মরক মরক্তা তারকপা নোংমৈ শীংজঙ্‌ মথোল অমদি কূ'ন ত'রকপ লেম্না অকিবগী মশক ওইরকলে। তূ-খোং পুম্নমক ঈনৌনা মপূক চোনখ্রে, কম্না চেনব' তুংরনগী ঈচেন্না লৈয়াই অনিমক নিঙ্‌থায়-হল্লকলে। অক'বা মফম লৈখিদ্রে, লম্বা পুম্নমক পৈথোম থোকলে। য়াহোং লাবা অমোমনা হয়াউনা চেম্না চোংনা অমদি মমৈ য়াংকোক শানা জগোই শান-রক্লে। কদম মপাল, মালতী, কেতুকীনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা লৈশিংনা কুমগী ঈনৌনা খিকপদ ঈংজরবী লেপাক লৈমগী মুংশিবা মশক শন্দোরকলে। অমরোমদা য়াহোংনা খোংবা মথোল, অমরোমদনা হজোইগী কুমদমথোল, অমদনা নোংগোবী মথোল, মায়কৈ মরিমক্তনা নোংলৈ-মুংশিং লোয়নরবা কুয়না চুথরকপা নোং মথোল, মচি মচিদনা চীং-ঈকুৎশিংনা চেস্থরকপা মথোল—মওঙ্‌ অস্নুম্না থা-মশক উদনা, থয়াম্মীচাক মডাল য়াওদন, পুমলাঙ্‌ লাঙ্‌ পুমনিল নিল, নিনবতদা

হয়াউঞ্জরবা নোংজুগানা মচু মুশিনমুবা অচৌবা লিনজাউ অমগুম্না চন্দ্রাপীড়গী লম্বী থংথরে। খুদোংচীবসি উরগা চন্দ্রাপীড়না হান্নদগী হেন্না ঈচঙ্ খৌনা মাঙ্দা য়ানশিল্লকলে। মানা থল্লকই—"লাইনা ঐবু চানবীহুনা লম্বীদা নোংথাঙ্গী মৈয়া থানবীহুনা, অমংবা নোংনা, শারবা নুংশা মঙাল থংপিহুনা ঐগী মরূপ অমদি কাদম্বরীগী মকা য়েঁাবদা অপনবা নৈতনবা মতেং পীবিরে।"

অস্তুম্না পন্দনা চঙ্শিল্লক্লবদা লম্বীদা মেঘনাদস্ত হল্লকপদা থেংনরে। পন্দনা যুবরাজনা হংলকই—"মেঘনাদ! নহাক অচ্ছোদ-সরোবরদা বৈশম্পায়নবু উরকপরা? মখম অহুদা মহাক করি তৌরিবনো, মহুগী মরম হংলকপরা? মানা করি খুম্নকই? মাগী মপুক্লিঙ্ খঙ্লকপরা, য়ুমদা হল্লকথিগনি হায়বরা? ঐ, গন্ধর্ব্ব কোন্নুং য়োগদোরি ভারগা মানা করি হায়রকই? ঐ:থায়না য়েঁাথিবা মতম অহু ফাওবা মহাক লেঙ্দনা অহুম্মক লৈরমথিগত্রা?"

মেঘনাদনা থুক্কম্নগা নোল্লুক্না হায়রকই—"বৈশম্পায়ননা উজ্জয়িনী য়োরক্লগা মাগা উম্নরবা মতুংদ গন্ধর্ব্ব কোন্নুংদা লেঙ্বিরক্কনি, ঐবু পত্রলেখাগা কেয়ূরককা অনি পুহুনা অহুম্মক চংথংচরমলো হায়না তাকপীবা সনা য়াথং মতুংইন্না লাকচবদা বৈশম্পায়নদি য়ুমদা হনবা য়াওথিদ্রে, অচ্ছোদ কোশ পুখ্রীগী মপান্দা লৈহৌরে হায়বসি কনাগী মচীন্দগীস্ত তাজবা ফংথিদে। ননাই ঐদি অচ্ছোদ সরোবরস্ত য়োজক্লদ্রবনা মহাক্না উন্নজরকপস্ত লৈতে। পত্রলেখাগা কেয়ূরক-কা অনিনা লমথাঙ্দগী ঐবু হনথিবদা নোংজুবা মায়োন্নক্নগনি হল্লাহৌরো হায়না থনমহুনা উজ্জয়িনী অমুক তমজরক্লিবনি।"

যুবরাজনা মেঘনাদপুস্ত পুহুনা অমুক লাকলে। অস্তুম্না লাকপনা মুমিং কয়ানিমক্লমগী মতুংদা অচ্ছোদ সরোবর মপান্দা থুংলরবদা মাবু হান্না মথন্নায় মংঙাইহনথিবা মফম অহুগী লুরবা চৈশিং, ফুগায়না শাংলবা লৈরাং, পুক্লিঙ্ হুনবগী মশক ওইরবা পুখ্রী মপানগী লমদম অমদি নিঙ্থিজরবা উয়াগী থাংপোক—পোংশক ময়াম অহুগী মরক্তা মমায় মকশিন্না মচা মনাই লোয়ননা মাগী চান্নবা মরূপ অহুবু অস্তুম কোয়না থিবা হৌরকলে। বৈশম্পায়ন লৈবগী করিং শুম্না খুদম অমগুস্ত উবা ফংথিদ্রে। চন্দ্রাপীড়না থস্তরকই মহুদি, বৈশম্পায়ননা পত্রলেখাগী মচীন্দগী মহাক লাক্লগনি হায়বা পাউ ফাহুনা থিবা ফংদনবা মফম অসিদগী চথোকথিবা ওইরম্বস্ত য়াই। থিবা হৌনবা থিরে, অসি মঙায়রে, হজ্জৌক মাবু থিক্কম ফদাইদনো? মাবু লোয়দনা উনগনি হায়বা য়াথল অসিনা হিংলম্বনি, হজ্জৌক্তি মহুগী য়াথল মক্ল ফুকথ্রে। থোঙ্থাংবা থোকলক্কে, লেঙবা ওৎপা

ঋায়কলে। হৈনিঙ্‌বসু য়াওখিজে, মায়কৈ পূম্নমক মমাখ্রে। মাগী মশক উত্রবদা ঐনা হিংগদবা কৈদনো?

আশাগী মতিক মগুণ অসিদি মপান নাইদে। পূথ্রী মপান্দা মরূপপু উত্রবদা চন্দ্রাপীড়না অমুক থম্বরকই—“অয়োইবা ওইনা মহাশ্বেতাগী আশ্রমদা অমুক্তদি য়েংলুথিগে। মকম অদুদা লৈরমত্রবসু মহাশ্বেতানদি মাগী মরম তাকপিবা ওম্নদস্থ য়াই।” অসি থন্দুনা ইন্দ্রায়ুধ তোংথংলগা মফম অদুদা থুনমক য়োরকলে। অদুবু ওন্থোকপনি—মাবু উম্নরগা চাম্নবা মরূপকী পাউ ফংগনি, অদুগা নুংঙাইবা য়াবা শামিন্নদুনা হরাউমিন্নগনি হায়না মশাগী অয়াবা পূম্নমক কাউথোক্তুনা লাক্লগা মহাশ্বেতাদি মরুলুক্কা কপ্পুনা লৈরমলে। মমায় মকশিন্না তরলিকানা মহাকপু মথন্নায় য়ানা কোন্দুনা লৈরি। মসিনা অমুক নোংদম্বা লাইগী করি থুজৌয়ো? উবদা চন্দ্রাপীড শ্বায় পাথংখ্রে, থম্নকই—কাদম্বরীগী করিগুম্বা ফত্তবা অমা থাক্লম্বা তারে নত্রংদি পত্রলেখাগী মচৌন্দগী ঐ লাকপগী পাউ ফংদুনা হরাউনা লৈরম্ফম থোকপনি। য়াথল অসি থম্নকপদগীদি চাম্নবা মরূপকী মশক উবা ফংদবগী য়াবনে, মথন্নায় শকচবী কাদম্বরীগী থনবদা নুংনাঙবনে, থাংওমদবা য়াথল অনি অসিনা পুম্নপ পূম্না যুবরাজগী থম্মোই নৈহৎখ্রে। হাইরং হাইরং চঙখিদুনা মহাশ্বেতাগী মনাক য়োরগা নাকল অমদা ফমথদুনা তরলিকাদা মহাশ্বেতানা কপ্নগা মরম হংলকলে। মচৌন্দা পাউথুম পীবা ওমত্রবী তরলিকানা মহাশ্বেতাদা তরক তংশোন অস্তুম য়েংদুনতা লেপ্রে।

ফাঁজিনা মপি তৈথোক্লগা মহাশ্বেতানা অয়াবা খোজেননা হায়রকই—“মজাইবুংভে! মজাহবুংভোদা হশাগী অয়াবা য়ায়া লৌদুনা তাহজখিবী, ইকাইবা শরুক থু ত্রবী অমদি মুংশি হৈত্রবী অদুগুম্বী পাপচেনবী অহুদগী ওসিম্থ অঙকপা থোদোক অমগী য়ায়া তাবীয়ু।

কেয়ুরককী মচৌন্দগী মজাহনুভোনা উজ্জায়নী লেঙবগী পাউ তাজদুনা ওমথৈ লৈতনা অয়াবা অমা ওইথি। মথংদা, চিত্ররথ অমদি মদিরানা পামজবা অমস্থং মজাইবুংভোগী নিঙবা থু বীথিদবা মত্তোশিং ওদুদগী ঐগী হৈনিঙবা করিস্থ লৈত্রদুনা কাদম্বরীগী নুংশি-লাং থদংলম্নগা হশাগী আশ্রমদা অদুম্মক লাকচরে। নোংমদি—ঐনা আশ্রমদা অস্তুম ফমদুন লোরিভৈদ মজাহবুংভোগ। চহি লেংমাম্নবা মশক মত্তৌ ফজবা, শাবান নিঙথিজবা ব্রাহ্মণ পাথং অমবু লাপতক্লা উথ। মওঙ মত্তৌ উবদা মাগী মাঙথ্রবা পোং অমবু থিবদা মথন্নায় হকচাং লুম্নগুম তৌবা মত্তৌ মাল্লি। অদুম তৌনা থিনা থিনা মহাক্লা ঐনা লৈবা মায়কৈয়োমদা অস্তুম চঙশিন্নকথি। নকাশফক্লগা মহাক্লা ঐবু মুম্না-শকথঙ-মায়থঙ-নবগুম মমিং

কুপ্তনা ভাইহাক ঋেংলম্নগা হায়রকই, "নিঙ্খিজবী। তাইবঙ্ পানবা অসিদা চহি মতাংগা অমদি মশক মতোগা ফুং চানবা কেবামোবগী থবক তৌনব্রবস্ম মী অহুবু কনানস্ম তাথীনবদি তৌনদে, তৌইগুম্বস্নুং নঙ্গীদি পূমওন ওম্নথরে। নঙ্গীদি নৌরিবা চহি মঙাংনি, থোৎচবনা হেল্লবী মশানি অহুগা শিরীষকুসুম গুম্না ভনৌ ভনৌজবী চেংলৌনি—মতাং অসিদা লাইনিঙ্বা তৌনদে। মহাক্না লাই নিঙ্গে হোৎনবদি থম্না থম্বালনা উনমরক্তা পক্কদবগুম নাতৈ চাবা থবক নত্তে। নঙ্গুম্বী মথোন কারকপী লৈশাবী অমনা ইন্দ্রি পূম্নমক্কী সুংঙাইবা থাদোক্তুনা, লাই নিঙ্তুনা অস্নুম্না লৈথোকখ্রবদি কাম কৌবা লাহগী ভেনাশং আসিদি করিদা চম্নকম লৈরি? মকোয় মান্নরবা আতিয়াগী থানিন, কোকিলগী সুংশিবা মথোল, সুংঙাইরবা বসন্তগী মতম অমদি ফুম্নবা হৌরবা নোংনা অতৎ অথম লৈতনা চুহুনতা লৈবা নোংজুথা—মথোয় পূম্নমক অসিনা অস্নুক অস্নুক থৌরাঙ্ চাউনক্নবগী করি কান্নবা লৈরি? ফুগায়না শাৎপী লৈরাং থম্বাল, অশাৎপা লৈনা থম্নবা হৈকোন-লৈকোন অমদি লিরি লিরি হুম্বা মলয়া সুংশিৎ—মথোয় অসিনা অমুক কদাইদা চান্নরুকম লৈরি?"

পুণ্ডরীকক্কী থম্মোই শোক্লবা থোদোক অহুদগী হৌহুনা করি অমত্তদস্যু হৈনিঙব পোক্তুনা ঈরাং মশক থঙ্জদনা লৈজরকপী অহুগুম্বী ঐগী ইকাদদি মাগী মন্নাহৈশিং অসিনা প্রোক প্রোক চাকথেকহম্নবা ওইথি। মানা ম্নাঙাঙ্বা লোইক্রিডৈদা হৌগত্তুনা ঐনা লৈ থিনা থিনা তরালিকাবু কৌহুনা হায়পি, "মরমচৎ ফত্রবা ব্রাহ্মণ মচা অসিবু অসিগুম্বা লমহেনবা ম্নাঙাঙ্-শঙাঙ্শিং অসি তৌহনগনু, মকম অসিদা মহাক অমুক হম্না লাকনু হায়থো, লাক্নবদি মাগী অফবা ওইরোই।" তরলিকানা মাবু থামহুনা, চৈবগা থাংবগা তৌহুনা অকিবা কয়া উত্তুনা স্নমিৎ অহুমদি মহাক্না হনথিবা তারবস্ম, মরাইবক থীরবা ব্রাহ্মণ মচা অহুগী মপূক্কিঙ্ অহুদি থক হোংথিদে। নোংমগী, থাবম্না ইচৌক হুনবা অহিং অমদা তরলিকাদি মৃংপাক মথক্তা তুমথুন হুন্দুনা করিস্ম থঙ্দনা লৈখ্রবদা ঐনা গুহা মঙ্গংদা লৈহুনা ওলাঙ্বা থাঙ্বা *মদবদগী মপান থোরক্তুনা মৃংপাক অমগী মথক্তা হিপথরগা, লিরি হুম্বা সুংশিংনা ইশা পুম্নমক হকচীক লাংহন্দুনা মথক্তা থোকলিবা থাবু উরগা পুণ্ডরীক্কী অঙকপা থোদোক অহু নিঙ্শিংলক্তুনা পূক্কিঙ্ সুংঙাইতনা ঐগী লাইবক থীবগী মরম অস্নুম থম্মুনা লৈজবিডৈদা অরাপ্পদা লাকপা থোঙ্থাং মথোল অমথক তাবা ফংলকলে। থোঙ্থাং অহু তম্না ঋেংথোকথিবদা থাবন মঙাকা লাপতক্না উরকলে—লাম্নিডৈদগী হৌনা ব্রাহ্মণ মচা অহুন অঙাওবগুম মপাম্মোম অনিমক ম্নাংনা থাগত্তনা ঐবু তম্না চেনশিন্নকথি। মাগী অহুতম্না

অকিবা শকক্তম অমসু উবদা পুক্নিঙ্‌দা চি'নবা পোক্লহনা থল্লকই—"করি পাপনো। অঙাওবা অসিনা য়োশিল্লকুনা থঙ্‌হৌদনা ঐগী ইশা হেক শোকখ্রবদি থূদক্তা ঐ থরায় মাঙ্‌বা তাবেদকো। অপুক কুইনা অয়াবা থাঙ্‌হনা ঐগী ইবুংঙোবু ঙাইজবা শাবদি ঙসি কৌবা ঊমিৎ অসিদা অৱেপ্পা ওইরেদকো।" অস্তুম্বা থল্লিহৈ চৈরক্তা মহাক্না য়োশিল্লকপনা হান্দুনা হনাক্তা লেপ্লগা হায়রকই—"থাজ-মানবী, নিঙ্‌থিজবী। লৈনা-তেন ওইনবা কাম কৌবা লাই অমসুগী অথোইবা মতেং ওইরিবা থা অসিন। ঐবু হাৎকদবগী তাম্নরকলে, ন'ঙোদা চঙ্‌জরবনি, ঐগী থরায়-ঙদি কনবীয়ু।"

মাগী তুক্তচরবা য়াঙাঙ্‌ অমসু তাৎদগী অশাউবা মেরি হৌরকলে, ইশা থক-থক নিকখ্রে, হোন্দোকপা শোরদা মৈরি কাপথোরকলে। হায়রকই—"হায়, লমচৎ নাইদবা! হজৌক ফাওবা নকোক্তা বল্লনা থায়দবা করিগীনো, হজৌক ফাওবা নরৈ অমসু তক্তূনা কেনথিত্রিবরা, হজৌক ফাওবা নশা অমসু মচেৎ চামা চামা থোক্না শেগায়থিত্রিবা করিগীনো? অক ফক্ত থবক্তা সাক্ষী ওইব, পঞ্চ-মহাভূতনা শোকহৈ শম্নৈহন্নবা নঙ্‌গী নশা অসিবু শারকপাদি ওইরম্লরোই, করিগুম্বা মসু ওইরম্বা থোক্লবদি ঙসা'য়না নঙ্‌গী পাপ চেল্লবা নশা অমসু উৎ ওইহনা ঈশিংনা তাউথোকখ্রগদবনি, পাতালদা নমথখ্রগদবনি, মু'শিংনা চামা চামা থোক্না শেগায়-খ্রগদবনি অমসুগা অহাঙ্‌বা শূণ্যদা হিনখ্রগদবনি। মীগী শক্তমদি লোই হায়ববু নরমচত্তি শা উচেককী মতৌগুম তৌরি। অক ফক্ত থঙ্‌দবা, হৌনৈ হৌনদে য়েংদবা নঙদি শা উচেক্তা পা'থকান- উচেক-য়ায়া ওহনা পোকফম থোকই।" য়াহৈ অসি হায়না হায়না পুম্নমক থঙ্‌দ উদবা লৈত্রবা থক্তা থোকলিনা থা কৌবা লাইদা মুম্না য়েংলগ খুং লোম্লহনা হায়জথি—"হে পুম্নমক থঙ্‌বিরিবা! ঐনা পুণ্ডরীকপু হেক উজবা শুমিত্তগী হৌহনা অতোপ্পা নিপা' অমগী য়াথল থঙ্গরক্তি্‌বী অমসুগা পুক্নিঙ না হকচাংনা অমাদ হয়াহৈন' মঙোভ্রদা চঙ্‌জবী অমসুং ঐগী থম্মোই অসিনা তশেং তশেংজবী-মকচাত্রবী তামা ওইবা থোক্লবদি, এগী ইয়াহৈ অসি লেম্না মাঙ্‌হনবীগম—পাপচেনবা অসিবু উচেক-য়ায়াগী মপোক্তা পোকহনবীয়ু।"

ঐনা অস্তুম্বা হেক হায়বা লোইবদা, থঙ্‌দে, কামগী মৈশানা কনমনথিবনরা, মাগী পাপকী মইহেনরা নত্রগ ঐগী মাংচৈ অমসুগী মপাগলনরা, ব্রাহ্মণ পাৎ অমসু থূদক্তা মরু য়াওত্রবা উপালগুম্না লৈমায়দা হাইথখিহনা অমসুমক শিরে। মাগা লোয়নরকপা মথৈনা য়াম্না কপ্না লাউনববদা মমৈদদি মহাক অমসু মজাহবুংঙোগী লুনা তিল্লবা মরূপ অমনি হায়বা থঙ্‌জরকলে।" অসি হায়রম্লগা য়াম্না হেম্না হকাইরবী মহাশ্বেতানা মায়থোং লুক্না অমসুমক কপ্পুনা লৈখ্রে।

ঙসায়মথৈ, মমিৎ উইশিন্দুনা অস্থম তারম্বা চন্দ্রাপীড়না মহাশ্বেতানা রাজাঙ্বা লেপশ্রবদা হায়রকই—"দেবি। হন্দক্কী মপোক অসিদদি কাদম্বরীগা ঐগা নৈপুন ওইনজবা ফংদ্রে, মপোক অমদা থখাল মানবী মায়থোং অহু অমুক উজবা ফংনবা হোৎনবিয়ু" অসিদং য়াম্না রানা হায়রম্লগ। ফমলম্বা নুংপাক মথক অচুদা অচুম্মক হাইথখিগে তেক তোরকপা থুদক্তু তরলিকানা মহাশ্বেতাবু থাদো-ক্লগা মখুৎ তিংথোক্তুনা যুবরাজবু ঙাক্লগা হায়রকই—"হাইমা মাঙলে ! মাঙলে ইবেম্মা ! মেংবীয়ু চন্দ্রাপীড রাস্তগ্রে, অশিবগুম মতক লেকথরকলে, মিৎ উতশিনখ্রে, শোর হোনখিদ্রে। হিংবগী থুদম অমত্তা লৈদ্রে। করি মতৌনো অসিদে। মজাই-বুংঙো। কাদম্বরীগী মবুংঙো ! কাদম্বরদি। কাব ওইরনি।" অদু হায়দুনা তর-লিকানা মথোল রাংনা কপসকলে। য়াম্না চ" লেম্ম মহাশ্বেতানা মমিৎ লৈহুনা মেংলকপদা চন্দ্রাপীডগী মতৌ অহু উবদগীদ জ্ঞান মাঙহুনা অয়েকপ। লাইগুম চপ হুংখ্রে। মনাই মথৈনা মহাশ্বেতাবু চেন্না খাংব তাহুন মথোল চীনা তেংথা-নরকলে—"হে পাপচেনবা ! থঙবা কাইনিঙ্বা বার ওইরে অসিদে, তাইবঙ পানবা পুন্নমক্কী থা ওইবা, মহারাজ তারাপীড়গী অমত্ত চয়অব মরল অসিবু নহাক্না মাঙহনদুনা মহারাণী বিলাসবতীবু মাংতাকহল্লে।—চসিদগী প্রথবা অসি মপু পাংস্রেদে। রাজ-পালবা উজ্জয়নী কোংমু চংদগীদ পুন্নহাঙ হাঙলেদো। ঐথোয় প্রজানা কনাবু মেংচল তেংবান, কনাগী মকাদ চন্ডজগানি। মথাইবুংঙো মহারাজনা "চন্দ্রাপীডদ" হায়না চকক্রবদ ঐগাঁয়লা। থুম্নগদবা করিনো ?" অসিগুম্না মনাই মশক মথৈনা তেংথ হুন কপ্পরিয়ে অসিদ। ইন্দ্রায়ুধ কৌবা শগোল অহুম্ম চন্দ্রাপীডবু চেনা চং মেংলগা মমিতগী মপি শিন্থবা হৌরকলে।

অহুগা গন্ধর্ব্ব কোংগু লোমদদি কমদোব। পত্রলেখাগী মচান্দগী চন্দ্রাপীড লাক্লগনি হায়বা পাউ ত জহুন। ঙংবে লেঙন। হবাউ মথাহ কাজববী কাদম্বরীনা মথরায়গী মবুংঙো অহুনা লাকপ ভাহহুনা অচুম লেথোকপ অহু ঋাওবা উমজ-ক্রহুনা নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতে তোরগা মনাহ থম্না পুদুনা কোম্বুংদগী থোরকলে। চৎনা চৎনা মদলেখাদা হংলকহ—"মদলেখা। পত্রলেখান হায়রবসিবু অচুম্বরনে, চন্দ্রাপীড়বু শোয়দনমক লাক্লবরনে ? মাগী হৃদয়গী শাজৎ অহু নিঙশিংলুরবদি মানা হায়বমথৈ ঐদি অমত্তম্ব থাজব ভমদে, লাকলে হায়ারবসিম্ব ঐদি করি অমত্তা অশোংবান লৌবা ভমদে। মহাক হেক লাক্তুনা তোকথোকত্রবদ করম্ন। অমুক হল্লকনি হায়বাস থল্লুবদা ঐগী থম্মোই আস নিকল" আস হায়না হায়না মাগী মেৎথংবা মমিৎ চোংলকপদগী হুংশাথীবা লেঙজুনা মথন্তা থলকহ—"করি

থোক্কদৌরিবনো ? নোংমম্না লাইনা পেল্লকুনা ঐবু অমুকন্তু অরাবা তাহনগদৌ-রিবরা ?" অসি খন্না খন্না চিংনা চিংননা লাক্লুনা মহাশ্বেতাগী আশ্রম য়ৌরক্লবদা মফম অদুদা লৈরম্বা মী পূম্নমক ওম্না মমায় ইমক মক্লরম্বন্থু উরকলে। অশেংবা থওনবা অস্লুম কোয়না লৈত্তুনা য়েংলকপদা লৈ শাত্তবা লৈকোনগুম, মরুকোকপা উপালগুম অংদি ঈশিং কংলবা পুখীগুম,— থম্নায় য়াওম্লবা চন্দ্রাপীড়গী অশিবা মশা অদু তাত্তুনা লৈরম্না উরকলে। মদু তেক উরুবদগীদি থওহৌদনা জ্ঞান মাঙখ্রবী কাদম্বরীনা লৈমায়দা হাইথরক্লবদা মদালেখানা ফকিং ফকিং ওক্লুনা কোনশিনখ্রে। পত্রলেখাদি য়াম্নকুনা অদুম্মক হাইথখ্রে। মতম কুইনা লাক্লরবা তুংদা জ্ঞান তানকত্তুনা কাদম্বরীনা চন্দ্রাপীড়বু চিংনচিংনা য়েংলম্লগা উরোংদগী নাম্থোক্লবী উনীগুম তম্না তম্না লৈমায়থক্ত হাইথত্তুনা কপখ্রে।

মদালেখানা কাদম্বরীগী মাথাংদা তুশিন্নগা কপ্পা কপ্প হায়রকই—"ইবেম্মা! নওতনা নমাইংবম্মা মংদিরাদেবী অমদি নবাইংবম্বো মহারাজ চিত্ররথকী অমত্তা হায়জ্জর মবন্দনি, মংখোয়গী হাংবব নহাক্না লংইক্ষ্ররগনি। লৌরবী নওগী থম্মোই অদু শোয়দনমক চিংখাম্নরম্ল গনি, মতম ওইনমক অয়াবনা লাকহংলপদি তৌহনবীগনু, থাওলিম্নু।"

মালেখাগী য়াংংব তাংগা কদম্বরীনা লোক্লুনা হায়রকই—"অজাওবী! করিগী কিকংরি? ঐগী থম্মোইদি মুংনা শাগনি, বজ্রদগীসু চেন্না কল্লিবনি হায়বসি নহাক্কি খেমি মলেবা থংদিবরা? থকিবগী মশক ওইরবা থোদোক অসি উরবমক্লদা নিংথায়মিক্র সিবু ফমুং চিংখায়রকি তাই কারি লৈরি? ঐনা হুজীক কাপ্পবা তিংনম্লামন কনিগীনে? শিক্তখনবগী অসিগম্বা তাম্না অসিবু করম্বা মতমদা অমুক ফংলকখিগনি; হোসিদি ঐগা অরাবা মেচাক পুম্নমক কোকচবা ফংনবগী মুমিং ঊর্মনি। পদ লাইবক থবান—শিরমদাইদা মাগী মায়থোং উব্জবা কংখ। মাবু অংম্ম থমুক চিংরকখিগনি হায়না থংজরমদবনি অদুবু লোংদম্ব লাইনা চানব হুনা মহুস্থ থ ক্রইনবাম্নরে। থীজ্ববগী করি কাম্নরি - কনাগী মন্ন ভাইরিবনো? অংহংবা মী অদুকনবু মনং মপা মক্তপ ময়াংনচিংবগী য়া ভাই-বনি, মতম অসিদবু বনানা হায়ব তোরংন লৌর? অসিত্তদা মেচাক মুংচরে, অহংবগী মংগৈ গংজররে। মশু লাংদমবা ইকাই হকি আচাপ অবেম পুম্নমক থাদোকখ্রগা, ইপাইবংবু কাপ্পবা লৌকংখ্রগা, মক্তপ মপাং কয়াবু য়াইললবা, ইশাগী লুমবা য়াংশক ফাওবা লোকলিম্লগা হফুগংগা থংমুনী মবুংথো অদুনা ইমাওমক্তদা শিত্তুনা তারগা লৈদি কুথীক ফংনবা ইংথন লৌরি। অমরোমদা নফাক্ল অদুগুম্বী — তুককচরবী, হকংইনংতোক্ত ওইরবা করি লেত্তনী থরায় অদুবু থাদোকখিগম্ন

হায়রিবা। অস্থুক হুংঙাইজবা মীশি অসিদ নঙ্‌না ঐবু অপনবা পীগন্থ। চান্নবী মরূপনি থন্দুনা নঙ্‌না ঐবু হুংশিবীররবা অহুগা ঐবু পেলহনগে, হুংঙাইহনগে থন্নবা অহু ওইররবদি ঐগী ইমা ইপা অনিমক্কা ঐগীদংক অরেম্বদা রাহুনা শিথিদনবা —অহুগা ঐ লৈত্রবদি কান্নদ্রে চায়হুনা মরূপ মপাং মথৈনা অমা অমদা চংথোক্ক-খিদনবা হোৎনবিহো। শূমাঙ্‌ ময়ায়দা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অহুগা মনাক্কা হৌজরিবা মাধবী লতা অহুগা অনিমক্ক থন্না লুহোঙ্‌-থোকপিয়ু। অহুগা ঐনা থাজরম্বা অশোক পাম্বী অহুগী য়েন্নিঙ্‌ অনৌবশিং অহু মী অমতবু হেক্কোকহনগন্থ। ঐগী লুথুমদা থেংলিবা কামদেবগী অয়েকপা মুর্ত্তি অহু নঙ্‌না হেক য়োথিবগা লৌথক্ক। কালিন্দী অমদি পরিহাস কৌবা তেনন্না লাবা অমোম অনিমক অহু থাদোকপিথো। ঐনঃ লুনা তৌজরম্বা শক্তি অহুবুনা তপোবন অমদা থন্না থদ্বীক্ক। থৈরোয় অমোম অহুবুদি নতম্বাক্কা লৈহল্লু। শান্নপূংদা লৈবা নোংইন মতৈ মনাঙ্‌ অমদি ঐগী ইত্তুং কোয়-ইন ইন্নবী কাংঙ মচা অহুবু হেক্ক কায়দনবা মিৎয়েং চঙ্‌বীয়; বনমানুষ অমোম অহু য়ুমলক্কা লৈবা হৈনররোই, মাবু বনদা থাদোকপিথো। ঐগী শান্নপূং অহু তপস্বী অমদা কথোকথ্রো। সে ঐগী ইশাগী লৈতেং পুন্নমক অসি লায়রবা ব্রাহ্মণ কনাগুম্বা অমদা কথোকথো। ঐগী বীণা অহুগা লৈরিবা পোংচৈ অতৈ পুন্নমক অহুদগী নহাক্কা অপাম্বা থন্দুনা লৌজো। হুজীক্তি কায়নরসি, চঙ্‌শিন্নকউ, মপোক অসিগী অরোইবা ওইনা ঐথোয় অনি অমুক্তং চেজেং কোন্নরগা থাবল মঙাম্ন, চন্দন মহিনা, অঙৈংবা ঈশিংনা, ঈংলবা নুংপাকনা, থম্না অশংবনা, থরো থাঙীকথা থম্বাল অমদি চন্নাং-নচিংবগী মথক্কদা হিপ্লুনা মৈশা লাংলবী ইশা অসিবু অমুক্তং ঈংহল্লগে। হুজীক্তি থন্নায়গী মবুংঙোগী মঙক কোনশিঙ্গুনা অচাকপা মৈরিদা ইশাগী মৈচাক অসি মুৎহল্লব্রগে।”

মদলেখাবু অস্থুম্না হায়বা লোইরগা মহাশ্বেতাগী মঙক অমুক কোন্দুনা হায়রকই—“লৈকংলাদা শক্তিনা ঈথৌ লাংহুম থাক্কবা আশাতনা শিবদগী হেন্নবা অন্নাবা কয়া মিকুৎপ থুদিঙ্‌ থেংনহুনা ইং নংঙাইনা লেল্লিবী চান্নজবী ইতারোয়। লাইবক থীবী ঐগীদি অহুগুম্বা আশা অহুম্ব লৈজদ্রে। মপোক অমদা নঙ্গা উন্নজবা ফংনবা লাইগী থৌজংল ফংবা লইজগেকো।” অসি হায়রম্নগা চন্দ্রাপীড়গী মথোঙ্‌ অনিমক মতম্বাক্কা থাংগৎজুনা ফমথ্রে। কাদম্বরীনা হেক শোক্লুবদা চন্দ্রাপীড়গী মশাদগী থংঙান ডান্নকপা মঙাল অমনা মফম অহুবু মিৎকুপ অমদি থাবল মঙালগুম পূমঙাল ডালহনথ্রে।

অসিগা লোয়ননা থংনবা মিৎকুপ্তা আতিয়াদগী থোক্কেল অমা ভায়কলে

মহুদি—"মহাশ্বেতা! ঐনা হায়বা থাজহুনা নহাক্না ভসি কাওবা হিংলিবদো, শোয়দনা নবুংঙো ফংজরগনি, চিংনরুগন্নু। ঐগী ভেজনা পুণ্ডরীক-কী মশা অদু মাঙ্‌বা ভাক্‌পা লৈত্রি, কিবম করি অমত্তা কায়দ্রি। চন্দ্রাপীড়গী মশা অসিস্থু ঐগী তেজগী মশক্কি—মাঙ্‌লোই তারোইদবনি থঙ্‌উ, কাদম্বরীগী মথ্‌ংনা শোকপনা অথোইবা মরম ওইহুনা চকচাং অসিগী মাঙ্‌বা লৈবরোইদবনি। কনাগুম্বগী শাপনা হকচাং অসিদগী থরায় মপান থোকখিবভনি, যোগিশিংগী মশাগুম থরায় অমুক হল্লকখিগনি। নখোয়না থাজনবগীদমক মহু মফম অদুদা অদুম্মক লৈরসন্নু—ঐন থাদোকখিগন্নু নত্রগ হুন্দোক্কুনা থংগন্নু। অমুক হিংগৎ-লক্লিবমখৈ অদুম্মক চেকশিন্না শেন্নহুনা লৈ য়ু"

আকাশবাণী অসি তেক তাবদগী পুণ্ডক ভক্করবা মখোয় পূম্নমক মহৈ মহৈ মমিৎ কুপ্পদবমখৈ আত্তিয়াদ' য়েংথংনরকলে। অশোমদা চন্দ্রাপীড়গী মশাদগী থোক্লকপা মঙাল অদুনা ঐবদগী জ্ঞান তারক্লবী পত্রলেখানা অভাওবীগুম্না কিংনা ফুক হৌগংলগা য়াম্না থুনা ইন্দ্রায়ুধগী মনাক্তা চঙ্‌খিহুনা হায়রকই—"মজাইবুংঙো লেঙ্‌খ্রবদা নহাক নথস্তা লৈহৌবা হৌনদে" অসি হায়হুনা ভাক শেল্লিবা মী অদুদগী নমহুনা চুক্‌পী মুন্দুনা লোরগা চিংখিহু৹ মখোয় অনিমক অচ্ছোদসরোবর মনুংদা চোংথহুনা লুপমিন্নগে। মিংকপ অমগী মনুংদা মখোয় অনিমক মশক উখিদ্রে। অদুগা অঙকপনি। থংনবা মিংকুপ অমদা জটা পুবা তাপস পাথং অমা ইথঙ্‌থহৌদনা ঈশিং মনুংদগী ফাঙগংলকলে—মকোক্তা চয়াংনা য়োম-লকপনা অমস্তুং মশাদগী ঈশিং তপ তপ তারকন, অহানবদদি মহাকপু ঈশিং-মী অমগুম উংখি। মহাশ্বেতাজনদি মহাকপু হান্নদগী শকথঙ্‌ মায়থঙ্‌নখিবগুম মুন্না য়েংহুনা লৈরি। নিপা অদুনা চঙ্‌শিল্লরুগা তপ্না তপ্না হায়রকই—'গন্ধর্ব্ব নিংথৌ মচানুপী। ঐবু খঙ্‌নিরিবরা ?"

য়াম্না ইকাই খুম্নবা হৌগদুনা মহাশ্বেতানা অহাবা অঙকপা অমস্তুং হয়াউজবা লোয়ননা মাবু দণ্ডবৎ তৌনা থুকমলে অমস্তুং শোর ফুনগংখিবনা য়াহৈ মতেক মতেক ভাগহুনা হায়রকই—"ভগবন কপিঞ্জল! লাইবক থীবীবু অদুম্না খ্‌বায়দগী ভেম্না থুদোং থীবা ফিবমদা থম্বীশিংগা মফম কৈদ লেঙ্‌বিকরিবনে ? নহাক্কী মরূপ অদুবুদি কদাইদা থম্বীরম্নগা কদাইদগী লাকপিবনো তাকপীয়ু ?

মহাশ্বেতানা হংলকপা য়াঙ্গংশিং অসি তাবদা কাদম্বরী, মাগী মচা মনাইশিং অমস্তুং চন্দ্রাপীড়গী মতুং ইল্লকপা কাওবুশিং, মখোয় পূম্নমক্না পূমঙক ওক্লহুনা তাপস-কুমার অদুদা শংত্রক শংত্রক য়েংনরকলে। মহাক্না খুম্নকই—"নিংথৌমচানুপী! পুক্নিঙ্‌ লৈতানা তাবিয়ু। ইবেম্মবু থরায় য়ানা কপ লাউহুনা অদুম্মক হুন্দোক্লম্নগা

ঐনা "হায় কত্রবা ! ঐগী মরুপ্ কদাইদা পুরিবনো" হায়না হায়না ঐনা মী অদুগী মতুং ইন্নহুনা আত্তিয়াদা পাইথংখিবনু ইবেন্মসু থগু বিতৌই হায়না নিত্তুই। ঐনা লাউবা খোংবা পূম্নমক্কা করিসু নাচুংবা ত্তৌদনা মতাক অদু স্বর্গগী লম্পীরোমদা অসুম অসুম নকশিল্লকলে, বিমান ত্তোংবশিংনা ইঙক ইঙক ঙক্না য়েংনরকলে। মইহৈ মইহৈ কিনরবী লাইনূপীশিংনা ভম্না লম্পী চায়খোক্লরকলে। ঐসু অদুম্মক মাগী মতুং ইনব থাদোক্তি। অসুম ত্তৌনা মৈমৈদদি মরূপ-পু পুরিবা মী অদু থাগী লৈবাক য়ৌরকলে।

মফম অদুদ লৈবা "মহোদয়" হায়না কৌবা সভা অদুগী ময়াদা চন্দ্রকান্ত মণিনা শাব কাংখোল অমগী মথক্তা ঐগী মরূপকী হকচাং অদু থম্নগা ওন্থোক্লুনা হায়রকই- "কপিঞ্জল ! ঐ চন্দ্রনি ঐন তাইবঙ্ পানবা অপুন্নগী মঙ্গল ওইনবগী-দমক আত্তিয়া মকোয়দ থোক্লুনা ঐগী ইথৌ পাংথোকলিবেদ নঙ্গী চান্নবা মরূপ অসিন, কায়না মৈহুম লাংহুনা মথরায় থাগদৌরবদ ইরাল লৈতবা ঐবু অসি হায়না শাপ ত্তৌখি মহুদি, 'পূকনিং ফজব থা কৌবা লাই। মুংশি-শেংনা মৈরিনা ভূকথরিব ঐগী ইশাবু নঙগী নভান্না অমুক চাকথেকহন্দুন ইথরায় থাহন-গদৌরি--মরম অদুনা ঐগুম্না মুংশি কায়না মৈচাক থাঙ্বদা লোংইবা নাইদনা অরাবা ফংলুনবা নহাক মীরমলেন্দা হন্না হন্না পোকলুব ওইসনু।'

ইরাল লৈত্তনা ঐবু মানা শাপ ত্তৌরকপা উবদ শাউবনা অক ফত্ত থঙ্লক্লে অমসুং কম্মন শিংবা ওহনা ঐনসু মাবু শাপ ত্তৌবে মহুদি, 'হায় অপঙবা ! নঙ্সু হজ্জাক ফংলিবা অরাবা অসিগুম্নসি হন্না হন্ন ফংবা ওইসনু।' অশাউবা নেমথরক্লবদা ধ্যান ত্তোংহুনা য়েংবদা ঐগী ইগুান্দগী থোকখিবা অপ্সরাশিংগী শাগৈদা পোকপী গৌরী কৌবা গন্ধর্ব নিংথৌ অদুগী মচানূপী মহাশ্বেতানা মুনিকুমার অসিবু মপুরোংযবা ওইনা হবগ ত্তৌজখ্রগনি হায়বসি থগুলকপদগীদি ঐগী পৃক্রিহদা লিংলম্নক্করে। অদুবু শাপতি ত্তৌথোকখ্রবন উপায় অমা লৈত্রে। ঐথোয় অনিমক মহৈ মহৈ ত্তৌনবা শাপনা মরম ওইহুনা মীরমলেন্দা মীওইনা অনিরক অনিরক হন্না পোক্লক্লবদি শোয়দ্রবনি। মরম অদুনা শাপকী মতম লোইদ্রিবা ফাওবদি নঙ্গী মরূপকী মশা অসি মফম অসিদা অসুম্নক লৈখিবা তারি। ঐগী অমৃত চেনবা ইথুং অসিনা নানবীবদা হকচাং অসি হাম্নগী ফিবমদগী করিসু হোংলকপা লৌরোক। শাপ তেক কোকপদা হুশিবা হকচাং অসিদা মথরায় চঙ্লব্ বিগনি--মরম অদুগীদমক্তা মসিবু ঐনা মফম অসিদা পুরকলিবনি। মহাশ্বেতাবুসু ঐনা থেমজিন্নরবনি। নহাক্তা হজ্জাক মহর্ষি শ্বেতকেতুগী মফমদা

চৎলগা য়ারম পূম্নক শুগায়না তমলু। মাদি মগুণ য়াম্না চেনখনি, কোক্নবা কম্নিশুম্বা পাইম্ব অমা শোয়দনমক তাকপিরক্নি।"

খা কোবা লাইগী য়াথং অসি পুত্থনা ঐনা শ্বেতকেতুগী মনাক য়োগে থন্দুনা লাইরম লেন্দা অসুম চৎলিভৈদা লমখাঙ দা, য়াম্না শাউগনবা বিমান তোংবা নিপা অমবু হেনগৎলুবদগী মহাক্না ঐভোন্দা শাউনা য়েংলকখি। মতৌ উবদা মাগী অশাউবা মৈরীনা ঐবু চাকথেকহনগদৌরমাম্নে হায়না খল্লকলে। মহাক্না হায়রকই—"হায় অপঙ্বা! করিসু লৈত্রবা তপ থরদং তৌজবগী নাপলনা মাঙ্ওই-নহুনা শগোলশুম চোংহুনা ঐবু হেনগৎলিবা—নঙ্ শগোল ওইরো অসি হায়হুনা শাপ তৌখোরকলে। কপ্তুনা ঐনা খুৎ লোম্নরগা য়াম্না নোম্না হায়জখি—"ঐগী মরূপ কায়নবগী রাবমক্তনা হম্না-তুনা য়েংজহৌদবদগী অসগুম্বা ইরাল অসি লঙজখিবনি; থৌওই উশীভবনা নচ্চদে, ডাকপিহৈবা গুণনা ঐবু ডাকপিহুনা শাপ অসি হঙ্কিনবীয়ু।" মহাক্না হায়রকই—"ঐগী শাপতি হোংবা য়ারোই, নহাক্না মীরমলেন্দা শগোল ওইনা পোক্লগা নঙ্বু মাগী কায়দোং ওহনগদৌরিবা মী অহুনা শিরবদা নশা ঈক্নজখোক্লগা হাম্নগী নশক অমুক ফংজবা ওইয়ু।" ঐনা অমুকসু নোম্নক্না হায়জখি—"ভড়াহ থদনা শগোলগী মপোক ফংজক্নবা তারবদি শাপনা মী ওইনা পোক্নগদৌরিবা থাকোব লাইগী শদোং ওইব ফংহনবীয়ু।" খান তৌবদা পূম্নমক উরহুনা মহাক্না হায়রকই—'উন, উজ্জয়নী কোম্নংদা তারাপীড়না মচা পোক্নবা ধৰ্ম্ম কৰ্ম্মগী থবক য়াম্না তৌজবদগী থানা (চন্দ্র) মাগী মচা ওইনা অবতার তৌরগদৌরি। নঙ্গী মরূপ ঋষি পুণ্ডরীকসু নিংথৌ অসিগী মন্ত্রী শুকনাসকী মচা ওইনা পোক্নগনি নহাক্না নিংথৌ মচা ওইনা অবতার তৌরবা থা-গী শাদোং ওহক্নগদবনি।" মহাকনা অসি হেক হায়রবা লোই-বদা ঐ অসি সমুদ্রদা তারকলে অমসুং খুদক্তা শগোল ওন্দুনা ফাওগৎলকলে। শগোল ওহহুনসু ইশাগী হাম্নগী সংস্কার মথৈদি কারসু মাঙ্খিবা তৌদে। মরম অহুনা ঐনা চন্দ্রাপীড়বু কিন্নর লাবা অমোমগী মতুং হলহল্লক্তুনা মফম অসি তাম্না পুরকখিবনি। চন্দ্রাপীড় অসি থাগী অবতারনি। অহুগা মপোক অমদা চেল্লকখিবা অনুরাগনা লমাজংহুনা হবেম্নবু পাংজবনা মফম অসি য়োরক্নবদা হবেম্নগী শাপনা মাঙ্হনখিবা ব্রাহ্মণকুমার অহুনা ঐগী চাম্নবা মরূপ পুণ্ডরীক্না ওম্নকপা মন্ত্রী মচা অহুনি।"

অসুম্না কপিঞ্জলনা তখদগী মহাক্না শাপ তৌহুনা শিখিবা বৈশম্পায়নবু মথ-য়ায়গী মবুংভো পুণ্ডরীক অহুমক্নি হায়ব. থঙ্লবদা মহাশ্বেতানা হাম্নগী অরাবা চৈনা-খোল অহুগী মখক্তা নিঙ্ভমদবা মৈশানা অমুক চাকথেক্নহুনা হৌনা তেংথারকলে

—"ইবুংঙো ! মপোক অমা ওল্লক্রবা ফাওবদা ঐবু থুংশিবীবদি কাউবীরমত্রিবনা মকম অসিদা ঐবু থিবীংক্লশ্বদা থুংশি কৈতবী, হিংচা কোংচাবী অসিত্তনা নহাক্কী হন্না হন্না মাঙ্নবা মরম ওইহনখ্রে। ফত্রবা নোংদম্বনা ঐবু অস্মুক শাংলবা পুন্সী হাপ্তুনা করম্বা মাগী শিন্থা পাঙথোকহন্নব। শোম্বিরমলিখনো।"

কপিঞ্জলনা থেমজিন্দুনা হায়রকই—"নিংথোমচানুপী ! থোকখ্রিবা 'পুম্বা শাপতনা ওইহনখিবনি—ইবেম্মগী করি দোষ লৈগনি ? হুজীক্ক পোলোই ফননবতা থনবিয়ু—চংথর'ক্লবা ত্রঙ অদু থাদোকপিগনু। তপস্যানা ভমদবা করিস্থু লৈতে। অকনবা তপ তৌদুনা পার্ব্বতীনা মহাদেবগী সেবা ফংখিবগুম ইবেম্মসু শোম্বদনা পুণ্ডরীককী থম্মোই ভানবা ওইখিগনি।" অস্মুম্না কপিঞ্জলনা থেমজিনবদগী মহাশ্বেতানা মপুক ফাদুনা লৈজখ্রবদ। কাদম্বরীনা মায়থোং মক্কা হংলকই—"ভগবন। পত্রলেখাস্থ ইন্দ্রায়ুধগা ঈশিংদ চাংথামন্নখিবনি, মহাক্কি হুজীক কদাইদা চংখ্রবগে, চানবীদুনা অভকপা কোকহন্নবীয়ু।"

কপিঞ্জলনা হায়রকই—"মদু পুম্নমক ঐ করি অমত্তা থঙ্দ্রে—মরম অদুনা থাগী অবতার ওইবা চন্দ্রাপীড় অদুগ পুণ্ডর'ক্কা ওহরকপা বৈশম্পায়নগা অনিমক্কা হুজীক কদাইদা অমুক পোকখ্রবগে অদুগা পত্রলেখানা মফম কদাইদা লৈরিবগে হায়বদু থঙ্নবা—উদবা থঙ্দব লৈত্রবা ভগবান শ্বেতকেতুগী মফমদা ঐ অমুক্তং চংচক্লখিগে" অসি হায়রম্লগা কপিঞ্জলন। আত্তিম্না মথক্তা পাইখংখ্রে।

মাগী মন্না তাবদা অমস্তুং তৌখ্রবা থৌভঙ্ মতা অদু উবদা নিংথৌ মনাহংশিংনা পুমণক ডক্লখিদুনা অরাবা থ'থল পুম্নমক কাউনখ্রে। চন্দ্রাপীড় অমদি বৈশম্পায়ননা হিংগৎনরকপা ফাওবা অস্নুম লেরগদবনি থম্মদুনা মাগী মাগী লৈফম শেম্বরকলে। কাদম্বরীনা মহাশ্বেতাদা হায়রকই—'চান্নবী ! লাইবক থীবী ঐথোয় অনিমকপু নোংদম্বনা অরাবা শন্নক চাং মাম্লনা তমদুনা হাম্নদগী হেম্না থুংলিনবা লাচিং কনথংহনবীরে। ভসিদি নহাকপু ঐনা 'চান্নবী' হায়না কৌজবদা ইকাইজবা লৈত্রে, ভসিত্তদ ঐনা নঙ্গী অশে'বা মরূপ ওইজবা ভমলে। হুজীক্কি ঐনা তৌফম থোকপা করিনো তাকপিদুনা লমাজংবীয়ু। করিনা অফবা ওইগদগে হায়বদু ঐদি করি অমত্তসু থঙ্জবা ভমত্রে।"

মহাশ্বেতানা হায়রকই—"হুতারোয় ! নঙ্বু ঐনা করি অমুক তাক্লগনি ? মীওইবা কনানম্থ নপুরিভগী আশাবু থক লাংথোক্নুনা চংপা ভমদে। আশানা মীবু পুনিঙ্বা মায়কৈদা পুদুনা চংলি। ঐদি চুম্নগী ইনানা তাখিবা আকাশবাণী অদুগী রাহে থরত্তদা থাজরুবনা অস্নুক কুইবসি হিংলকপনি। নঙ্গীদি মদু নত্তে—কপিঞ্জলমক্কা সংশঙ্ তম্নদুনা রাবম পুম্নমক শেংনা থঙ্লে। মরম অদুনা

চন্দ্রাপীড়গী মশা অহুবু তেক্ক কায়দনবা নিঙ্খিনা ডাক শেন্দুনা তহুম কৈয়। মশক উবস্থু যদবা অহুগুম্বা লাইগী মূর্তিনি হায়হুনা মীনা অফবা ফল যংনিঙ্হুনা উনা, লৈপাক্লা, অমদি নুংনা শাহুনা ফাওবা ঈড়াং পূজা তৌনরি। নঙ্গীদি মিৎনা উবা লাই—থামক্তী মূর্তিবু ফংজবা ওইরি—হুমহুনা খোক্তুবা নরাইংবনি। মরম অদুনা হুজীক্তি য়াম্না চেকশিন্না অমদি ভক্তিগা লোয়ননা মাগী সেবা তৌহুনা পূক্নিঙ্ লৈত্তানা লৈনবা হোৎনরো।"

মদলেখা অমসুং তরলিকা অনিমক্না চন্দ্রাপীড়গী মশা অদুবু নোংজু মুংশা-নচিংবদা অঙৈং-অশা ফংলোইদবা মফম য়েংহুনা নুংপাক অমগী মথক্তা থাংজিন্দুনা থমলে। নিঙ্থিনা ফিজেৎ লৈতেংহুনা পূক্নিঙ্ হরাউ মথোই কাজহুনা, মিৎয়াদা মুংডাইবা ঈয়া হোনা, মুংশ কা-দা থুংজরগনি হায়না কেনা মৌনা অমদি য়াম্না হুংগোইনা খোকচরকপী অহুগুম্বী কাদম্বরীনা হুজীক্তি লাইনিঙ্বী অমগী ফিজেৎনা মশাগী লেতেং ওইনহুনা অতোন অতাংগুম্না লৈনবা তারকলে। ফুগায়না শাৎলবী লেরাংশিং—মনম মুংশিনবা চন্দন, ধূপনচিংবা কেজ-মোজনবগী পোৎলম পুম্নমক অদুনা হুজীক্তি লাইগী ঈড়াং পূজাতগী ওইনখ্রে। হুজীক্তি চৌংগী ঈফুৎনা শকয়েং মিংশেল ওইনরে, চৌগী গুহানা লৈনফম ওহয়ক্লে, উয়ী য়ারীনা চাম্নবা মক্ম মপাং শক্লরে, উপাল য়াপাল মথৈনা মাগী ডাক-শেনবীনবা ওইথরে, মনাপুংবা উশা-মথৈনা মথক্তা থানবা থাকল শকথরে অহুগা য়াহোংনা খোংবা মখোলনা মুংশিবা বীণা মখোল ওইনরে। লমদম থাপ্না চংলকপগী য়াবনে অহুগী মথক্তা খুদক্তা হেক্তুংক য'লবা থাঙ্চংদ্রবা অয়াবা মৈরি অসিনগা থংচাক চাকথিবনে, কাদম্বরীগী খোয়াচরম অহু পুমকং কংখিরম্মী— অহুবু মহু ফাওবদা মাগী মচৌন্দা কারস্থু অমত্তা তাহনবা তৌখত্রে। অচ্ছোদ-পুখ্রীদা ঈরুজখোক্লগা ফি অনিথক্তংনা শেংপা ইনবা তৌহুনা মবুংতোগী মখোঙ্ অনিমক মতম্বাক্তা কোন্দুনা থম্নগা মুমিৎ চুম্না লেনখ্রে। আহং ওইরাশম্নকলে—নোংজুথাগা ওতবগা শুক্লা মমশিনখ্রে। মায়কৈ মারমক্তা নোংনা কোয়না শীনাগ্র, য়োংশুকমুক চাউনা নোং মরী হৈথরল্লি; মিংবূপ থুদিঙ্গা থাকংগা লাউংগা তৌদুনা বজ্র তাবগী মখোলনা আকবা থংল, ডাইহংক লৈহনা নোংথাঙ্না মিৎ থক্পমথৈ কুফেৎ কাফেৎ ডাংঙ, উংবা থুদিঙ্মক্তা ওলক্না পুময়োম পুময়োম য়োমহুনা অকিবা মশক অমা ওইহল্লি; চৌংগী ঈফুৎনা শফু কম্না হাইথরক্লুন নুপাক্তা হাইহৎলবগী মখোল, হংলোইশিংগী ঈমাং, মখোই কাবা য়াহোংশিংগী খোজ্জেল—অসি পুম্নমক্না পুমলাঙ্লাঙ্, পুমদিল নিন মওঙ্ অমা ওইনা লাঙ্লি। করি অমত্ত উদে, করি অমত্তা তা দে। মথৌনা লৈরবা নিপা ফাওবনা ফিনরবা অসিগুম্বা মতম

অসিদা কাদম্বরীনা মপুক্কিথ্‌দা অথুকপা করিম্মু লৈতনা নিংঙায়দনা ফমদুনা মাগী মুংশিবগী অশিবা মশা অহুবু মমাঙ্‌দা থম্লগা অকিবগী মশক ওইরবা নোংজু অহিং অহু লেপ্লি।

অয়ুক নোংঙাল্লক্লবদা উরে—মাগী মুংশি থোইবগী থরায় য়াওরবা হকচাং অহু করি অমত্তম্মু পথ্ৰ-পুমথরক্লুনা হায়দগী থীজিল্লকপা ত্তোরমক্রি হেন্নহুম লংথত্তুনা ফজবা হেল্লমলি। মতৌ অসি উবদা হরাউজহুনা মদলেখা কৌরগা হায়রকই—“য়েংঙোয় মদলেখা! থরায়গী মবুংঙোগী হকচাং অসি থরায় পাল্ল-বগুম নিঙ্‌ঙ্গ্রা?” মদলেখানা মুপ্না শংঙ্রক য়েংলগা হায়রকই—“ইবেম্মা! থরায় য়াওদবহনা লেঙ্‌বা ওৎপদং ত্তোদবনি, মজাহবুংঙোগী মজবা শকফম, অরংবা কুচু অমদি নিঙ্‌থিবা মঙাল—পুম্নমক করি অমওম্মু ময়েং তাদ্রে। কপিঞ্জলনা লৌরম্বা শাপকী রাফম অমাদ ঐথোয়না তাখিবা আকাশবাণী—পুম্নমক অহু শোয়দনা অচুম্বা ওইরগনি হায়বদা চিংনফম করিম্মু লৈত্রে।”

হরাউজরবী কাদম্বরীনা মহাশ্বেতা অমম্মুং যুবরাজগী মনাই মশন মথৈবু—লোইনা কৌশিন্দুনা য়েংহঞ্জরকলে। মনাই মথৈনা যুবরাজবু য়েংলগা মথুং লোম্নহুনা কাদম্বরীদা হায়রকই—“দেবি! আশবা হকচাংনবু অম্মুম্না ত্তেক্ক-কায়দনা লৈবসিদি, ঐথোয় কৈদৌঙৈদম্মু উবা তাবা ত্তোজরক্লি। মতৌ অসিদি মনাঈ ঐথোয়গী ওকপা থোংলে। ঐথোয়না য়াম্না রানা ঙাহজরিবা হায়বমক্কবু ইবেম্মগী গুণনা অমদি অকনবা তপকী পাংগলনা যুবরাজনা অমুক হিংগৎ-পিরক্লুনা ঐথোয় পুম্নমকপু য়োকপিরবা অদুত্তান।” অম্মুন ত্তৌনা থংনবা মুমিত্তম্মু মওঙ্‌ অহু করিম্মু কায়রমদবা উবদগী আকাশবাণীগী রাফম অহুদা কনানম্মু চিংনবা লৈনত্রে। মতম অহুদা কাদম্বরীনা মদলেখাদা হায়রকই—“মদলেখা! ঐগী নিঙ্‌জবা আশাগী পংথৈ য়োত্রিবা ফাওবদি মফম অসিদা অম্মুমক লৈরগদবা ওইবনা নহাক্না কোম্লুংদা চৎলগা ইপা ইবুংঙো অমাদ হমা হবেম্মা মহারাণী অনি-মক্কা অঙকপা পাঙ্‌ অসি নিঙ্‌থনা হংগৎলগা মথোয়না ঐবু শেরায়না লৌবীদনবা অমদি ঐগীদমক রাংদনবা অহুগ মফম আসদম্মু খোঙ্‌লেক্ত্‌বিরক্কনবা মরম থরা-পীম্ন। মথোয়না মফম অসিদা লাকপা থোক্লবদি ইমা ইপাগী মশক উরগা ঐগী ফরাবা মৈচাক অসি থিংবা হুমথ্রুরোই। অম্মুক খুদোং থীরবা ফাওবদা ঐগী ইবুংঙোগী ফত্তবা ওইগনি থন্দুনা হাযত্তগী পি মরীক অমা ফাওবা শিন্নজ-রাক্ক্‌রনি। চৎলো, নহাক্না ইহুৎ শিন্দুনা অমুক্ত নিংথৌ মহারাণীদা হায়জক—” অসি হায়হুনা মদলেখাবু গন্ধর্ব কোম্লুং তান্না থাগ্রে।

গন্ধর্ব্ব কোম্বুং য়োক্লরগা হুন্নকুনা মদলেখানা হায়রকই—"ইবেম্মা ! ইবেম্মনা নিঙ্গ্বা থুংবীবে। মহারাজ মহারাণী অনিমক্না য়ারোল পুন্নমক তারগা তাকপীরকলে—"কাদম্বরী ! থাগী পোয়নবী রোহিণীগুম্না নপুরোয়বগী পেগাদা থুপ্লুনা নঙ্গ্না লৈজরবনু ঐখোয়না উবা ফংগনি হায়না খল্লমদববু নশানা খঙ্গহুনা থা-মক্কী অবতার ওইবা মশক মাতৌ চঙ্গখোল্লবা অমবু নপুরোয়রবা ওইনা ফংজরে তাবদা ভমথৈ লৈতনা সুংঙাইরে। শাপকী মতম লোইহুনা নপুরোয়বনা অমুক হিংগৎলক্লবদা নখোয় অনিমকপু উরগা ঐখোয়গী পেনবা ওইগনি। হকৌক্তি আকাশবাণী তৌখিব মত্তুংইন্না ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌতুনা পোংলোই ফননবা লম্বী য়েংহুনা অতম্মক লৈখো।" মবাক্তিগী অমদি মমা ইবেম্মগী অসিগুম্না সুংশিনবা য়াথংশিং অসি তাজরবদগীদি কাদম্বরীগী চিংনরম্না পুম্বা কোকচথরে।

মথং মথং নোংজু-থা লোইখিত্তুনা শরৎ-থা চঙ্গলকলে। আতিয়া মকোয় ঈশং শংলকলে—মুংশা মচান্না নৈংখোম থোক্লম্বা লম্বী পুম্নমক কংলকলে, ভু-খোংপাং পুম্নমক্কী ঈশিং তক তকবক্লে। থরায় পানবা পুম্নমক অনৌবা মপোক অমা হোংলবগুম ওয়া তশিং তখিঙ্গনরকলে, আতিয়াদা তেনয়া শঙ্গ পাইরকলে; সুংশিবা লৈনম চেনবা, অমদি লৌক্লা মনীক্লা চোংলবা ঈংলবা সুংশিংনা লিরি খোঙ্গদোয় তল্লকলে। থক্কা থাকলিবা থাগী মথালস্তু লংবা হেনগৎলকলে—য়েংখি য়েংখিবা মায়ৈকদা ওয় ইনৌ নৌরকলে। সৌবুক লমহাঙ্গনা তাইবঙ্গ মিৎ পুম্নমক ঈংহল্লকলে, অসিগুম্বা শরৎকী ফজবা শক্লম অসি উরগা অরাবা কোকখোং হক্লবী কাদম্বরীগী থম্মোইস্সু হাইক্কেৎ ময়েং তাজরকলে।

নোংমদি মেঘনাদ লাক্লুনা হায়রকই—"দেবি ! যুবরাজনা থীনমল্লবসিদা নিংথৌ মহারাণী অনিংক্কা লৈফম খঙ্গনম্লহুনা হন্না হন্না মী থারকলে। পাউপুবা মীশিং অহুদা ঐখোয়না মথম পুম্নমক তমলবদা মপোয়না যুবরাজবু অমুক্তদি উজথিগে হায়জরি। অস্লুক থাপ্পা লাক্লগা মজাইবুংচোবু উদনা হনখ্রবদি করি হায়না পাউদমলুগনি হায়না হংগৎচরকলি ? ইবেম্মগী য়াথং অমত্তং নিজরি।"

মেঘনাদগী য়াঙ্গাঙ্গ তারগা, থোকলিনা থোদোক পুম্নমক অসি খঙ্গহনখ্রবদি উজ্জয়িনী পুম্নমক্কী ওইক্নগদবা অরাবা মতৌ অতু খল্লুবদা কাদম্বরীগী মায়খোং লাংশিনখ্রে। মিংম্না ঈরা চেন্দুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"মখোয়না হায়জবা চুম্মী। অঙ্গকপা অমদি ওইখোক্লবা থবক্তি লিংনা উরবমক্তদা থাজখ্রিবনি। মখোয় মশানা উদনা চৎখ্রগা মহারাজদা করি হংগৎলুগনি, মহারাণীদনা করি তম্নগনি ? মিংকুপ অমত্তং উজখিবদা পুক্নী চুম্না কাউডমখ্রিবা অদুগুম্বা মবুংঙো

অসিবু মথোয়না করম কাউবা ওয়্গনি? থুনমক মথোয়বু পুবীরকউ। মবুংঙোগী তদেক তদেকপা হকচাং অসি উজরগা মথোয়না লমশাং লাকপগী অয়াবা কোক্লজবা ওইসনু।"

অসুম্না য়াথং ফংলবদা নিংথৌ মনাইশিংনা আশ্রমদা চঙ্লকুনা মোমুন্না কাদম্বরীবু থুক্নয়গা মমিংকৌ পি লোয়ননা যুবরাজগী নিঙ্থিবা শকম অদু য়েংজরকলে। কাদম্বরীনা হায়রকই—"নথোয়গী অয়াবা থাদোকউ। লোইবা থম্বা লৈতবা অদুগুম্বা অয়াবা অদুতবু অয়াবা কৌবনি, মসিদি মদু নত্তে। ঐথোয়দি পোলোই ফাওবা য়াগদবা নত্তে, মত্তেক থরদং থাঙ্বগী মথৈতনি। থয়ায় য়াওত্রবা হকচাংনা অসুম্না তদেক তদেক লৈবা হায়বসি অমুক্তম্ তাখি উথিত্রিবা মওঙ্নি। নথোয়না হনথ্রগা মহারাজনা 'অস্ছে'দ-পুথ্রী মপান্দা যুবরাজবু উজরকলে' হায়বা অসিদগী হেন্না হংগৎলুগনু। মহারাজ সনা নাকোঙ্না তাবদা থাজবীয়মগদবা মওঙ্ নত্রবনিনা থৌদোকশিং অসিদি হংগৎলুরগনু, অমরোমদা মজাইবুংঙো কায়নবা মৈচাক্লা থরায় থাদোকপি খিবস্ত য়ানা লৈ।"

নিংথৌ মনাইশিংনা হায়জরকই—"ঐথোয়না হনথিত্রব' নত্রগ' হনখ্রবস্তু পাউ তম্জ্রবা অদু ওইরবতদা থৌদোক অসি থুপ্পুনা থম্ব য়াগনি অদুবু অনি অসিমক ওইথোকপা য়াবা অমত্তা নত্রে। বৈশম্পায়নবু থিব' চৎথিবদগী হল্লকমন্ত্রবদা মুংশা থীদুনা থোঙ্গুল লৌক্লনবগীদমক ঐথোয়বু থাবীরকপনিনা ঐংথায়না হনখিত্রবদি অমাঙবা য়াম্না থোক্লিংঙাই লৈ। চৎথ্রগস্তু, মজাইবুংঙোগী পাউত্তবু থোরাংনা ঙাইজরবা মহারাজনা মহারাণী অমদি শুকনাসকী লাঙতক্লরবা মত্তৌশিং অদু উবদা থম্মোই ফাদুনা অসুম থম্বা ঙমগনি হায়বা অসিস্তু ওইথোক্কবনি।"

কাদম্বরীনা হায়রকই, "চুম্মী, ণ্দদবা য়'হৈনা নমথাক তৌরুবস্তু হৌনদে অদুবু—গুরুজনশিংগী অয়াবা কোক্কদ থন্নুনা হায়রুবত্তনি। করে মেঘনাদ! পাউ লাক্লিবা মীশিং অসিগা লোয়ননা 'দাক পুম্নমক অসিবু মমিংনক্লা উদুনা তশেং তশেং থঙ্লবা অমসুং মরম শেন ন 'উবম্না উম্বা মীওই অমা থাখ্রো।" মেঘনাদনা হায়রকই—"দেবি। যুবরাজনা অমুক হিংগৎলক্কিবা কাওবদি ঐথোয় মকম কদাইদস্তু চৎলরোই, বনদা অসুম্মক লৈরগনি হায়না য়াশক্লজরবনি, অদুবু ইবেম্মগী য়াথংস্তু লৈবাক তাহনকদে" অসি হায়দুনা 'ত্বরিতক' কৌবা থাজবা নিপা অমবু কৌদুনা নিংথৌ মনাইশিংগা চৎমিন্নহনখ্রে।

অশোমদা মজাইবুংঙোবু কুইনা উজবা ফংদবদগী লাঙ্তক্লরবী মমাইবেম্মা মহারাণীনা লাইদা পোৎ লেপ্পনবগীদমক্তা মন্দিরদা লৈরিঙৈদা মনাই থরনা

'যুবরাজগী পাউ থুংলরে' হায়না হংগৎলবা তাবদা মিংস্নাদা ক্লুংঙাইবা ঈরা হৌহনা মচা মাঙ্খ্রবী শক্তি অমোমগুম মায়াইক মরিমক্না তথক তথক কোয়না শেংলকলে —। "কনানা পাউ পুরকই? ঐগী ইচাবু তেক্ত কায়দ লৈরি হায়বরা?" অসিনচিংবা রাইহে অসি হন্না হন্না ঙাঙহুনা মখোয়না থোংবা পাউ চৎপা মীশিংগী মনাক তান্না লাক্লগা হংলকই—" কদায়, ইচাগী পাউ থুনা তম্মু, উস্রা ঐগী চাক্লিবা থম্মোইসে? ইচাবু নখোয়না মকম কৈদা উরকই, মতৌ করম লৈ়েৌই, হক্তীক ফাওবা নচৌন কাওদবা করিগীনো?" মহারাণীগী মতৌ উবদা শেন্না রাররা পাউ চৎপশিংনা মমিংকৌ পি ঈরোয়ননা হংগৎলকই—"ননাই ঐখোয়না নঙ-ইবুংঙোবু অচ্ছে়দ-সরোবরগী মপান্দ উন্না ফংলকই, অকুপ্পা মরোল অতৈদি ননাই হৃরিতকন হংগৎলগনি তাবিয়ু।"

মখোয়গী মশক উবগী হোৌনা লাহ্তক্লরম্নবী মহারাণীনা 'অতৈ পাউদি হৃরিতকন তম্লগনি' হায়রবা অসি শেক তাবদা লৈমায়না হাইহত্না তাখ্রে। কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"হৃরিতক! নখোয়গী মকশিন্নবা নশক, রা ভাঙ্বদা রাবা মতৌ অমদি নংগোয়গী নঙঙ্ নাতৌ অত্তু উংবা পুয়মক থঙলে। তা ইমাগী ইবুংঙো! তাই-বঙ্ পানবগী শনি শুদ্রব থা-মানঙ্গা। নহাকপু ঙসি করি ওইখ্রবগে, হক্তীক ফাওবা ইমাগী নাক্না হন্নক্তবা করিগীনো? থুনা হন্নকনি হায়রবা নত্রা? কৈদৌ-উৈদস্সু ওইদবা ভাঙনা হৈতবা নহাক্না ঙসি নমা ঐবু নমথাক তৌবা করিগীনো? নঙগী যাত্রা মতমদা ঐগী থম্মোইদা থুক লাউবা অমা ফাউথিবদগী অস্থুম চিংনরম্বত্তু মসি থাক্তনি হায়না লাইনা তাকপিথিবদা খৌনাংগৌবনা মসি খোক-লিবরা? ইমাগী মাড্না শেপ্লগা ইমা হায়না কৌহুন চাক্লবা থম্মোই অসি অমুক্কা ঈংহন্নখোগনা ইমাগী ইবাংঙো! নঙ্ নত্তুনা কনানা ঐবু ইমা কৌবীগদবা লৈরি—মসিস্তু নহাক্কী থংদবরা? নঙনা লৈত্রবদ বিলাসবতীনা হিংহুনা লৈগনি হায়না নিঙত্রা? পাউ পুবা মীগী মচৌন্দগী নপাউ হংহুনা তাগদবা ফাওবা অকিবা পোকলে।"
—অসুম হায়না হায়না রাবনা হন্নক্লবী মহারাণী অত্ত অত্তুম্মক পঙথখ্রে।

মহারাণীনা পৎখিবা পাউ তবগী শুচনাসক লোয়রবা তক্কা তকিং লেঙলক্লবা মহারাজনা তৌরমলিবা মতৌ অত্ত উবনা তপথক্কম থঙখিদ্রে। মহাক্না উরে—ননাই মশাম মখোয়না মহারাণীবু কনানা হুমাই হুম্নলি, কনানা ঈশিং চাইরি, কনা অমনা ঈশাব মখুংনা মহারাণীগী মশা নানবীরি। ভাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারক্লুনা মিং পাঙলক্লবদস্সু মহারাণীনা হান্নগী মৈচাক অত্তুনা অত্তুম্মক কপ্পদি তোকখিদ্রে। মহারাজনা থেমজিনবা রাইহনা তাকপিরকই, "মহারাণী! চন্দ্রাপীড়গী করিগুম্বা ফত্তবা থোক্লম্বা ওইরবস্সু নহাক্না কপ্লগা

ফয়জদবা নত্তে। য়ারম্ম পুম্নমক লোইনা তাবমকস্তু নংত্রি—পাউ পুম্নমক অমুক্তং চিঞ্দনা তাথোকখিসি, মতুংদা তৌকম থোকপা অমা লাক্কনি।" সনা য়াথং অসিগা লোয়ননা লোয়ননা ত্বরিতকপু কৌত্থনা হংলকই—"ত্বরিতক। চন্দ্রাপীড় কদাইদা লৈহৌই? য়ুমদা হল্লকুবা ঐনা চিঠি ইখিবনি, হুক্তীক কাওবা য়োরক্তবা করিগীনো, করি পাউ পীরকই?"

ত্বরিতকনা নিংথৌ সনা য়াথং ফংহুনা যুবরাজনা উজ্জয়িনী থাদোকখিবদগী চৌনা য়াম্থখিবদগী হিংপংলকখিদবা অত্থু ফংওবগী মরম পুম্নমক শুগায়না হংগং-লকলে। থগ্গোই পায়ত্থনা থাঙ্লগা মহারাজনা হায়রকই—"ওকলে ওকলে, ত্বরিতক। মথা তারক্লগন্থ, তোকলো। ইপাগী ইবুংঙো চন্দ্রাপীড়! মবাপকী-দমক্তা থরায় ফংওবা থ দোকপা ওয়—ইচাদি; জগং পুম্নমক্তী থাগংনক্তমনি! নঙদি পোকপগী মহৈ য়ানখ্রে, মীবক্তগী থোইদোকপা ইচানি। অস্থক ভকপা থাংভমত্রবা পাউ অসি তারবা ফাওবদা হুক্তীক ফাওবদা শিব ভমত্রিবা ঐথোয় অসিদি পাপ চেনবনি, ফত্রবা অমদি তোনখ্রবা মীওইনি। পাঙ ত্রবা থরায়!—হুক্তীক ফাওবা ঐগী থনুংদা লোত্তুনা করিগী লৈরি? লোত্তুনা হিংগত্রা, তারাপীড়না নঙবু নমদুনা মপান্দা চিংথোকনি। মহারাণী! শেম শাবা লোইয়ু, মতম মাঙহনফদে—ইচাদো মথস্তা চংখ্রে, তবক তরক্লয়গনি শুকনাস! করিগী পস্থরি? থরায় থাজনবগী অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিবু কনম্বা মতমদা ফংগদৌরিবনো? যজ্ঞগী শীং শেম্মু। চাক্লবা মৈরি অত্থ কোজরগা ইশাগী মৈচাক মুংহল্লগে।"

য়াম্না কিনা অমস্তং য়াম্না নোম্না ত্বরিতকনা হংপংচরকই—"মহারাজ সনা পুক্রিঙদ থনবিরিবা অত্থমক্তি নত্রি—থরায় হামচংনখ্রবস্থ নজাইবু ত্তোগী সনা ছকচাং অত্থদি অঙকপা অম ওইনা হুক্তীক ফাওবদ অত্থম্মক তাদেক তাদেক লৈরি।" অসি হায়ত্থনা আকাশবাণী তৌখিবগী য়াবোল পুম্নমক লোয়ননা ইন্দ্রায়ুধনা কপিঞ্জল ওল্লকপা অনস্থং মহাক্তা তমখিবা শাপ তৌনবগী বারী পুম্নমক অত্থ অমত্তা চিঞ্দনা তম্লকলে।

মাগী অকোনবা মপাউ অসি হেক তাবদা বারম্নবা নিংথৌ মহারাণী অনি-মক পুমহক ভকখ্রে। মহারাজনা তিতক তিতক শুকনাসতা য়েংলকলে।

শুকনাসন মশামক অরাবা জীপাক্তা কোয়ডাওনবা তাউহনা লৈরিবৈ তাঞ্জা ওইহনস্থ অরাবা মতৌ পুম্নমক কন্না ফাজিদুনা থম্নগা নিংথৌদা মমল য়াম্নবা পাউভাক পীরকই—'মহারাজ! অভকপনা তিক্কবা সংসার অসিদা মহৌশা হায়বসিগী পোলোই, তাইবঙপানবা মপুগী থোশীন, অফ ফত্ত থবক্তী মহৈ অমদি মাগী মাগী হৌনবা মতুংইন্না মথম মথা অয়াম্না থবক—অসিনচিংবা পুম্নমক অসি মশক

পাম্না হেক হেক চোংথোক্লকই অমসুং য়াংপা লৈতবা থোঁদোক্লসু পীকথল্লকই। শাস্ত্র লেংবশিংনা করিগুম্বা যুক্তি তর্ক অমত্তা চঙবা য়াদ্রবা ওইথোক্লবা থোঁদোক কয়া কয়াগী য়া ইরম্মী—ওইথোক্লবা ওইরবসু মথোয় অদু মীনম্বদি অমত্তা নত্তে। লিম্না চীক্লুনা হুনা কুপশিনখ্রবা মী অদু মমগী পাংগলনা হুগী ময়াই চমহন্দুনা অমুক মম্লিং মমায় পাঙ হল্লকই, যোগীশিংনা অচেৎপা যোগগী পাংগলনা পৃথিবী পুম্নমকপু মখুবাক ময়ায়দা হাপ্না পোং অমগুম উবা ঙম্মী। ধ্যান তৌবগী মহৈনা থরায় পানবনা মতম কুইনা হিংবা ঙম্মা। আগম, রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা অয়াম্বা পুরাণদা অসিগুম্বা শাপকী য়াফম কয়া কয়াসু য়েক্লুনা লৈবনা মসিগী প্রমাণ তৌরি। রাজর্ষি নহুষ-মকসু অগস্ত্যমুনিগী শাপনা লিন ওনখি। বশিষ্ঠ মুনিগী মচানিপানা তৌবা শাপন সৌদাসনা হিংচাবা ওইখি। যযাতি নিংথৌনা নহা ইওই ওইনা শুক্রাচার্য্যগী শাপ্না অহল ওইখি। ত্রিশঙ্কুনা মপাগী শাপ তগী চণ্ডালগী মপোক ফংখি। পোকপা নিবা কেত্রবা ভগবান নারায়ণমকসু করিগুম্বদা জমদগ্নিগী মচা ওইখি, করিগুম্বদনা রঘু শাগৈদা পোকখি, করিগুম্বদনা মাগী মপোক লৌহুনা লীলা শাম্নাখ। মরম অদুনা লাইশিংনা মীরমলেন্দা মীওহনা পোক্লববা হায়বাস ওহথোক্লবা, থাজবা য়াদবা মরম অমদি নত্তে। মহারাজসু হাম্না পানাথবা নিংথৌশিংদগী কারসু হম্বা নিংথৌ অমা নত্তে অদুগা থা কৌবা লাইসু বিষ্ণুগী হেম্না মপাংগল চাউবা লাই অমা নত্তে। মরম অদুনা শাপনা মরম ওইদুনা থা না নজাহবুতো ওহনা পোক্লবা অসিসু অঙকপা অমা নত্তে। অদুগা মমাংদৈদা মহারাজনা মপু ফারব থানিননা ননাউ ইংেম্মা মহারাণীগী গর্ভদা চঙ থিবা ওইনা সনা মঙলান্দা উবীখিবা অমসু লৌখি। ঐসু মঙদা পুণ্ডরীকপু উর্জাখি। সনা পূরিঙ লেতাবীয়ু, শাপ অসিনা মমৈদা ঐখোয়গী বর ওইনা থোক্লগনি। নজাহবুংতোগী মঙ্গল ওহনবা পুণ্যগী থংক্লুম পাম্নথংপিয়ু, ঐখোয়গী লাহবক ফবনা মথোয়বু ইচা ওইনা ফংজরবনি।”

তৌহগুম্বসুং শুকনাসনা অসি য়েনা তাক্লবা ফাওবদা মহারাজগী অয়াবা অহুদি কোকহনবা ঙমখিদে—সনা য়াথং তাকপিরকই—‘শুকনাস! মহাক্লা হায়রিবা পুম্নমক অদু ওইবা য় বাফঙনি অদুবু ঐগী থরায়নদি মহু য়ানিঙবা মরৈখিত্রে। ঐমক্লা পূরিঙ থাঙমজ্রবদা মহারাণীদি কমদৌরমগনি। চৎসি, কায়দে, ঐখোয় পুম্নমক মফম অদু তাম্ন চৎতুনা ইমিৎমরা য়েংলগা পাউ অসিগী অরেম্না থঙলুসি। অদুম্বা ওইরম্নবদি থবদং ওইরবসু পূরিঙ ফাবা ঙমগনি।”

নিংথৌগী সনা য়াথং অসি তাবদগীদি অমুক খিম্বনবা থৌদনা মফম অদুদা থুনা চৎননবা থৌরাঙ তৌনক্লবদা, মচাগী পাউ তাবদা রাজরষী বৈশম্পায়নগী

মমা মনোরমাস্থ মহারাণীগী মনাক্তা লাকুনা কাওবু অহুদা তিল্লরে। নিংথৌবু মুংশিবা, চন্দ্রাপীড়বু নিঙজবা অসিনচিংবা লৈবাক অহুগী মী ১ লৈশু ৫ছু। হৃগুনা চংকনি হায়না তিল্লরবদা মহারাজনা য়াম্না থেম্না লৌনা শায়হুনা মথোয় অমত্তবু ইলহল্লে-- মচা মনাই থরতনা থৌগন ইনথরে।

মতম থরগী মতুংদা অচ্ছোদ সবোবরগী মনাক য়োরক্লবদা পাউ ফংলবী মহাশ্বেতা অমস্তুং কাদম্বরী অনিমকনা য়াবগী পান্দম লৈনখিল্লে। মহাশ্বেতানা ইকাইজহুনা মন্দির ময়ুংদা চঙ্শিনখ্রে অহুগা কাদম্বরীদি মথয়ায় য়াবত্ত হুকচিন মনথিহুনা নুংপাক অমগী মথক্তা য়াম্বহুনা তাখ্রে। থম্বাল লৈকাগুম থোংলবা কমুংদা য়াতাম্বনস্থ তুমজবা ওমদবী অহুগুম্বী কেথোকনা য়োক্লবী, থোংচা লোজবদা মপা লৈতবী গন্ধর্ব্ব নিংথৌমচানূপী অহুনা নূংপাক্তা জ্ঞান তাদনা লৈরম্বত্ত উবদা মহারাণীগী মথয়ায় য়াবগী পান্দম লৈখিল্লে। মচাবু কয়া কোল্লে, কয়ারক চুপলে অমস্তুং লয়াই লেম্ফুদা কয়ারক হুম্না মচাগী মলম নমলকলে। মহারাণীনা কপ্পা তোকপা ওমদ্রবদা মহারাজনা থেমজিল্লকই—"কপ্লগম্নু মহারাণী! মপোক অমদা নহাক্না তাঞ্জরকপা পুণ্যনা চন্দ্রাপীড়বু নচা ওইনা ফংজর্বন - মাদ লাইগী অবতারনি, মতম অসিদা নঙনা মাবু শোক্লুখিগম্নু। অম্বক মকারাংথ ইচাগী মায়থোং অসি উরবদবু ঐথোয়না হৌজীক করিগী য়াক্লখিগনি? মাগী মগুণতনা ইচাগী মথয়ায় হুল্লক্কদবী, মাগী মঙাম্বনা পোলোই ফংগদোরিবা—ঐথোয় পূমমক্না মহাক্কগী মপান তাংজগদোরিবী অহুগুম্বী নমৌ নূপী অহুনা য়াম্বহুনা লৈরিবসিদি নঙ উদ্রবরা? মাবু জ্ঞান তাহল্লবা হোংনবনা অচানবা থবক ওইগদবনি।"

মপুরোয়বগী য়াথং তাবদগী মহারাণীনা কাদম্বরীগী মনাক্তা চঙহুনা মতম্বাক্তা মকোক থাংগংলগা ফুগায়না শাংলবা থম্বালমক্তংগীস্থ হেল্লবী মমো নূপী অহুনা লুখ্রা ওইরবান হায়দুনা মশাদা লৈত্তেং অমত্তা পক্তবমথৈ অচম্বা লাহানঙবা অমগী মত্তৌগুম ফিজেংনহুনা নৌরবী থম্মোইদা কায়না মৈশা লাংবদগী জ্ঞান মাঙহুনা লৈরম্বা মত্তৌ অহু উবদগী লোইবা নাইদনা হিক হিক কপ্লকপদা শিম্বরকপা ঈরানা কাদম্বরীগী ম য়থোংদা ঈশিং মরীক মরীক থিকপগুম থোক্কুনা অমাদি ঈংলবী মখুংনা লানবীবদা মৈশা পূমমক কোকাথহুনা জ্ঞান তাজরক্লবা অমাদি ঈকাহজবনা মরু চুকরেবা কাদম্বরীনা ওপ্পা ওপ্পা হৌগহুনা গুরুজন পূমমকপু খুরুমজরকলে। মহারাজনা নদৌথাবু য়েংদুনা হায়রকই—"হবেম্মা! ঐথোয় পূমমক্না হচাগী ফিবম উরে, ঐথোয়গীদ য়েংলবা অসিতনা লোইরবনি। অহুনা, হজাক ঐথোয় লাকপদগী ঈকাইহনা নহানমথৈ চথরকলিবা নিয়ম পূমমক অহু কায়থিদনবা

হোৎনৌ।" অসি হায়রদুনা মীয়াম পুম্নমক অদুবু পুথোকখিদুনা মহারাজনা আশ্রমগী মপান্দা লেঙ্‌থোকখ্রে।

আশ্রমদগীদি পঙ্‌লাপ লাপ্তবা উরীগী থাংপোক অমদা লৈকম শেম্লগা, থৌগল ইল্লকলিবা নিংথৌ পুম্নমক্তা সনা য়াথং তাকপিরকই—"ইচিন ইনাউ পুম্নমক ভাবিয়ু। চন্দ্রাপীড়বু লুহোঙ্‌বিদুনা মতোন্দা লৈবাক্তী অরাম্বা কোকথোং পুম্নমক শিন্নরম্লগা অদুম শুবা আশ্রমদা চঙ্‌দুনা অরেম্বা পুন্সী অসি লাইনিঙ্‌-দুনা লেনজগে হায়না ঐনা থল্লকপা কুইরবনি। মদু ঐনা নিঙ্‌জরবতা মঙায় পাঙ্‌থোকপদি ভমথ্রি। হুজাক্কি ঐ গুমবা অমুক হন্নিঙ্‌বা পোক্লে। নথোয় পুম্নমক হাচন ইনাউমক্তনি, লুনা ভিম্নজবা মরূপনি। হন্নথ্রগা, লৈবাক মরা ভপহল্লা প্রজাশিংবু য়োকপিরুরো—ঐদি লাইরমলেনগী লম্বা য়েংজখ্রগে। চরকম লৈত্রবা ঈশাগী লূ.তাঃ অসিনা মপাংগল থরদং লৈরিডৈ অসিদা মানা ভমজবা ধর্মগী থবক থরদং তৌহল্লদুনা ঐগী কারব লম্বী চংচখ্রগে। হুজাক নথোয় পুম্নমক নঙ্‌গী নঙ্‌গী নবৈবাক্তা হন্নদুনা মুংঙাইনা পাম্নবিরুরো। ঐদি মকম অসিদা অঙম্মক পুন্সী লোমহঞ্জরগে"

অমুম হায়দুনা পুম্নমকপু বিদায় পীখ্রবা তুংদা মত্তক মঙাল চাউরবা নিংথৌ তারাপীড়না নিংথৌগী সনা ফিগে থাদোক্লুনা লাইনিঙ্‌বগী অচম্বা ফিজেৎ হোংলগা তাইবঙ্‌ মপুগী খুয়া থম্বালগী ঞাথল তৌবতনা অথোহবা থবক ওইনরকলে। উথাবু, মুংঙাইরব ফূরা-দকান ওইন নিঙ্‌ঙুনা অমম্মুং শজি মচাশিংদা মচা মশুগী মুংশিবা হাপ্তুনা, মুমিং খুদিঙ্‌গী চন্দ্রাপীড়গী মায়থোং য়েংজদুনা পূক্নিঙ্‌ লৈতানা মখ্রী মতৈ মনাউগা লোয়ননা অচ্ছোদ-সরোবর মপান্দা মতম লেল্লকলে।"

× × × × !

মঙুঙ্‌ অশুম্না রারী লীবা লোইরবদা মহর্ষি জাবালিনা মুনিকুমারশিংদা নোক্লুনা হায়রকই—"য়েংউ, ঐগী ঋারাদা য়াওখ্রিব কামগী তেন্না থাবদা চৈনা-থোল থাঙ্‌বা ভমদবদগী মীরমলেন্দা শুকনাসকী মচা ওইনা পোক্লরবদা হোৌনা-লোনচং রাংমা লাল্লুবদগী মহাশ্বেতাগী শাপনা উংচেক ওনখিবা বৈশম্পায়ন হায়বদু মসিনি" অসি হায়দুনা ঐডোন্দা মথুং খিন্দুন তাক্লকলে।

মহর্ষিনা অমুম্না রারী লীবা হেক লোইবদা ইথঙ্‌ থঙ্‌দুহৌদনা মপোক রাংমদা তৌথিবা ঐগী থবক থনা পুম্নমক অমত্তা খাক্তুনা লোইনা নিঙ্‌শিংলকলে অমম্মুং মহুগা লোয়ননা হান্নগী মপোক্তা তাল্লকপা বিস্তা পুম্নমকসু ঐগী লৈয়েঙ্‌দা ফাওরক্লুনা খুদক্তা মীওম্না শেংনা রাঙাঙ্‌বা থোক্লক্লে। অমুক কুইবসি তুমদুনা লৈরুবদগী ওসিত্তদা মিংকপ খোরকপশুম থম্লকলে। ঐগী ইশা অসিনা মী

ওইবা ঋংদবা অদুতং নত্তনা, ঐনা চন্দ্রাপীড়বু হুৎশিজবা অমসুং মহাশ্বেতাবু ঋংজনবগীদমক লাঙ্‌তক্করব্বা পূম্নমক অদুস্তু পূক্নিঙদা লোইনা অমুক নৌনা অমসুং ইপা ইমা, মহারাজ তারাপীড়, মহারাণী বিলাসবতী, অদুদগীসু হেন্দোক্তুনা ঋাওরকলে ইহান হানবা মপোক্কী মরূপ কপিঞ্জল—পূম্নমক অসি মতম অমত্তদা পুন্নপ নিঙ্‌শিংলকলে। মতম অদুদা ঐনা থনখিবা পল্লেপক্ম থঙ্‌ব্রেবা রাখলশিং অদুগী অরেপ্পা মশক করিনো হায়বদু হায়কম থঙ্‌দবমখৈ মওল মওল থল্লকলে। ঐবু লমচৎ ঋত্তে হায়না মুনিনা হায়খিবা অদুনা মরম ওইদুনা ইথক্তা ঈকাইজবনা হেম্বুনা লু-লুক্কা লুক্কা অমদি য়াম্না কিনা কিনা মুনিদা হংগৎচরকই—

"ভগবন। মুনিগী কৃপানা ঐগী অহানবা মপোক্কী থৌদোক পূম্নমক নিঙ্‌শিংজবা ভমহনবীরে, মরূপ মপাং পূম্নমক পূক্নিঙ দা উজরকলে। অদুবু ঐগী নিঙ্‌শিংবগী পাংগল অসি লৈহনবীরমত্রবদি ঐভোম্না য়াম্না কান্নজরমগদবনি—হুজীক্তি ননাই ঐগী কায়ন মৈচাক অদু অমুক থাংগমদনা ঋাওরকলে—থরায় অসি কুইনা হিংদুনা লৈগনি হায়বা নিঙ্‌ব্রে। থোইদোক্লদি—ঐ শিখ্রে হায়বা তাবদগী থম্মোই পুবা ভমদদুনা থরাম হামচৎনরিবা চন্দ্রাপীড়বু উজনিঙ্‌বনা থরায় মপান থোকখিগদবমুক রাখ্রে। মহাক হুজীক মফম কদাইদা পোকখ্রবগে—চানবীদুনা তাকপিয়ু। উচেক্কী মপোক্কা পোক্লবসু মহাক্ক লৈমিন্নজবা ঋংলবদি ননাই ঐগী অরাবা করিসু লৈজরোই।"

মহৰিনা ঐবু য়েংলগা রারকপিবগী থোনফমদা হুৎশিনা তাকপিরকই—"অপঙ্‌বা। হুজীক অরাবা তারবা অদু ঋাওবদা হান্নগী লম্বী অদু চৎনিঙ্‌লি? হুজীক্তি নশা পাম্রি—নপাংগল চাউরকখিসম্ন—কোম্না তাকপিগে।"

হারীতনা হায়রকই—"ইপা ইবুংঙো। মুনিকুমার অদুগী মপুক্নিঙ্‌দা মথরায় থাগদবগুম রাবা মত্তৌ অদুবু করম তৌনা, থঙ্‌হৌদনা হেক্কমক থুদক্কা ঋাওরকখ্রিবনো অদুগা মহাক্কা শেংলবা লাইরৈবাক্কা পোকপা ওইদুনসু অদু য়ৌনা মপুজ্জী তেনখ্রিবনা করিদগীনো? কৃপা তৌবীদুনা ঐথোয়গী অভকপা অসিদংগা কোকহনবীথো।"

হারীতকী ময়া তারগা মহৰিনা হায়রকই—"মরমদি—মমাগী গর্ভদা লৈরিভ্রে মতমদা মমা অদুনা থনখিবা রাখল অদু পোক্লকপা মতমদা অভাং অদুগী মপূক্নিঙ্‌দসু অদুম্মক চেক্লকই। পুণ্ডরীকনা পোকলকপা মতমদা মমাইবেম্মা লক্ষ্মীবু কায়না লাকহংখিবদগী পুণ্ডরীকপুসু অদুগুম্বা কাম অদুনা লাকহৎলুনা মমুং মতম চাদনা শিখ্রিবনি।. শাপ্পনা হায়রি—'করিগুম্বা মরম অমগী অক-কত

গুণ অচু থবক্তা হেক হেক চঙ্‌লকই—হায়বদি হিরম থুদিঙ্‌মক মথোয়না ওইরকপগী মরমশিং অচুগী মশক হেক হেক লৌই।' অদুবু শাপকী মতম লোইশ্রবদি, মাগী মপুক্সী য়ায়া শাংলগনি।"

ঐনা অমুকস্থু হংলকই—"ভগবন! ননাই ঐস্থু করম তৌরগা কুইনা হিংজবা ঙমগদগে মচুগী উপায় তাকপীয়ু।"

মহাত্মা হায়রকই—"ঐনা তাক্ত্রবস্থ মচু পুম্নমক নথস্তা অস্থম থঙ্‌জরক্লগনি।"



# পোলোই

অসুম য়ারী শানা শানা অহিংগী মতম লোইখিদুনা নোংপোক মায়কৈদা য়াউথোকপা মচু ফাওরক্লে। পম্প-সরোবরগী কাংজশিংনা থোংনরকলে। অমুক অগুনবগী হুংশিংনা তপোবনগী উরী-উনা পুন্নমক লেংলেঙ্ তৌহন্দুনা ভগা ঈংনা শিংপা হোৌরকলে, আত্তিয়াগী খা-মণ্ডাল মকশিন্নকলে। তিংখৌ মত্তোন্দা পকপা অহিং লৗক্লানা মুক্তা মতুম মতুম চাইথোকপগুম ঈরং ঈরং লংলকলে। হোমগী মতম ওইরক্লদুনা মহর্ষি লেঙ্থংখ্রে।

য়ারী তাবদা মুমখ্রবা মুনিকুমারশিং অদুস্ মহর্ষিবু থুকয়বা ফাওবা কাউদুনা অমুক্তা মথৌ পাঙ্থোক্লনবা অদুমক হৌগংনখ্রে। হারীতস্ ঐবু মাগী উনা থাংপোক-তা পুশিনবীদুনা থম্বীরম্মগা মপানথোককখ্রে। মচাক্লা থোকখ্রবদা ইথস্তা ঐনা খল্লকই— "হুজীক ঐনা তৌগদবা করিনো? ঐগী হুজীক ফংলিবা মপোক অসিদি করিগুম্বা থবক অমত্তদস্ চম্মগদবা নত্রে। পুণ্য য়াম্না চেন্দ্রবদি মীওইনা পোকপস্ পাক হেক ওমগদবা নত্তে। অদুগী মথক্তা বর্ণ পুম্নমক্কগী থোইদোক্লবা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপদি অমুক্তা হেন্না লুনা থোক্লিবনি, মরম অদুনা ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা লাইনিঙ্বগী ফিজেং শেংদুনা তাইবঙ্ মপুবু নিঙ্জদুনা অয়ানবা থুবম ফংনবা হোৎনজবা হায়বসি পঙ্না ফংনবা ভম্বা নত্তে। অদুগা লাইরৈবাক্তা লৈজনবা হোৎনবগী য়াদি অমুক করিবু হায়রুরগনি। পুন্নমক অসি ফংজরম্নবা ঐনি, কর্ম্ম ফত্তবদগী মাঙ্জরে। করিগুম্বা মতমদা অয়াবা অসি কোক্কদগে হায়বগী উপায়স্ অমত্তা উবা লৈথিদ্রে, মরম অদুনা হাম্নগী মপোক্তা লুনা তিম্নজরম্বা মরূপ-মপাংশিংগা অমুক উন্নজবা ফংলক্কনি হায়বগী থাজবস্ করি অমত্তা লৈথিদ্রে। করিস্ কাম্নদ্রবা ইশা অসিবু পুদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিজথিবনা ওস্থোক্লা হেন্না ফরবনি। নোংদম্ব-লাইনা ঐবু মথং মথং অয়াবতা ফংননবা তম্বীখ্রমাল্লে; ?রে, মাগী নিঙবা থুংলসন্নু।"

অসুম্না খন্দুনা লৈরিবৈদা হ'ৗত লাক্তুনা নোক্লা নোক্লা ঐগী ইনাক্তা চঙ্লক্লগা য়াম্না হুংশিনা হায়বিরকই— "হৈচিল ইনাউ। ভগবান শ্বেতকেতুগী মকমদগী লাকতুনা নঙ্গী মাঙ্লম-কী মরূপ কপিঞ্জলনা নহাক্কী থোঙ্গুল লৌরকলি। মহাক হুজীক মপানদা মহর্ষিগা য় ভাঙ্নহৌরি।"

হয়াউজবনা লুত্তোন কারদুনা ঐনা ওকিং ওকিং হংলকই— "কদায়, মহাক কদাইদা লৈ? ঐবু মাগী মনাক্তা পুবীয়ু।" ঐনা য়াহৈ অসি হায়রিবৈ চৈরক্তা কপিঞ্জল মশামক চঙ্লকতুনা ইনাক্তা লেপ্পরে। মশক হেক উবমক্তদা অঙং-অথম লৈওনা মিত্তগী পি শিন্থরক্লে। ঐনা হায়রকই— "কপিঞ্জল!

মহাকপু উদবা কুইখ্রেদকো—মহাকপু চেংনা কোনশিল্লত্তনা চাক্রবা থম্মোই অসি ইংজ্জনিঙখ্রেদকো।" মসি হেক তাবদা মহাক্না ঐবু মথবাক্তা থাংগত্তুনা নানবী-মকলে অমস্থং ঐগী তোল্লবা ইতৌ অত্তু উবদা মথয়ায় মুংথাইতনা কপলকলে। ঐনা খেমত্তনা হায়রকই—"মহাক্তি ঐগুম্না অপঙবা অমা নত্তে। মপুক্লিঙ্ কাবা ওম্বা নহাকনি. ছজ্জীক অস্থুম্না তয়াং তয়াংলিবা করিগীনো? কমত্তনা থাইহাক্তং পোথারগা ঐগী ইপাগী মপাউ তগ্গীয়। করিগুম্বদা মহাক্না লাইবক থীবা মচা অসিবু নিঙশিংবীরকপা নৈবরা? ঐগী নোংদম-থীবা ইরাইবক অসিগী ব তারগা ইপানা করি ত'কপিবগে—য়ায়া শাউরম্নগনি নত্রা?"

কপিঞ্জলনা মচিন মথ' তেংথোক্তুনা কম্নগা অন্না-পোৎ-খোক্রবদা হায়রকই—"উদ-থঙদবা নৈত্রবা নপাইবুংতোনা ঐখোয়গী থৌদোক পূম্নমক থঙবিরত্তুনা কোক্লনবা যজ্ঞ অমা হৌগৎপিরি, মত্তুগী মপান্না ঐনা শগোল ওইরম্বা তোক্তুনা মাগী মনাক য়োঞ্জবা গুম্লুই। ঐবু উরগ' তাকপিরকই—"নখোয়গী দোষ করিস্থ নৈতে য়ারুগল্গু। হাম্নদগী থঙন থঙনমক মত্তু কোক্লবা পাৈ খিছৌদবা ঐনা লানবনি। য়েংউ, ঐনা ঐগী ইচা পুণ্ডরীক-কী মপুন্সী চাওথৎনবা তৌরিবা যজ্ঞ অসি লোইশিন্নকলে—.ল'ইত্রিবা কাওবদি নহাক মকম অসিদা অম্বুন্মক নৈথো।" অকিবা কোক্লত্তুনা ঐনা হংজৈ, "ইপাইবুংতো! ঐবু পুণ্ডরীক-কী পোকফম অত্তু তান্না চংচনবা য়াথং পীনবীয়ু।" মহাক্না তাকপিরকই—"থাইথো, নঙগী মরূপ অত্তু তেনয়াগী মপোক্তা পোক্তুনা নৈখ্রে। ছজ্জীকমক চংলুয়বদি নঙনস্থ মাবু শঙবা ঙমলোই, মহাক্তস্থ নঙবু লাকশিনবা ঙম্নরোই।" অসি হায়ত্তুনা ঐবু থয়া পম্বৎনবীরগা ওসি অম্বুক্তি ঐবু কৌত্তুনা তাকপিরকলে—"নঙগী মরূপ অত্তু ছজ্জীক্তি মাগী হাম্নগী মপোক নিঙশিংজবা ওম্নবনি—ছজ্জীক্তি মানা নঙবু উরগা থঙলমলগনি—মাগী মনাক্তা চৎচরুবা য়ারগনি, চংলো, মহর্ষি জাবালিগী আশ্রমদা দৈবনি। মাগী কর্ম্মফল অত্তু লোইত্রিবমথৈ জাবালিগী আশ্রমদা অত্তুম্মক নৈথো হায়য়ু" হায়না তাকপিরকই। অত্তুগা নমাইবেম্মা লক্ষ্মী দেবীনস্থ নঙগীদমক কম্না হোৎনবিহৌরি। ছজ্জীক্তি মথোয়গী আশীর্ব্বাদ লৌ" অসি হায়ত্তুনা কপিঞ্জলনা মথয়ায় য়ানা ঐগী ইশা নানবীরকলে। মথংদা মুমিৎ য়ুংবা মতম ওইশিন্নক্রবদা চাবা থকপা লোইরগা কপিঞ্জলনা মহাকস্থ ইপানা তৌবা যজ্ঞ অত্তু য়াওগদবনি চংলগে হায়ত্তুনা আতিয়াদা অত্তুম্মক পাইথৎখ্রে।

× × × ×

মথংদা মতম হৌখিবা মতুংইন্না হারীতনা ঐবু লূনা চান্না য়োকপিবদগী অম্মুম অম্মুম চাউরক্তুনা ইশা ইরেং কল্লকলে, কোয়না পাইজবা ভম্বগী পাংগল নৈরকলে।

অস্তুম্মা কোম্নপাই পাইবা ওয়পনি হায়বা উরবদা মোংমদি ইথত্তা অস্তুম থল্লকপদা মহাশ্বেতাগী মনাক য়ৌনিগু লক্লুনা অরাং পাংনা পাইখৎলকলে। অস্তুম্মা অমুক্তস্থ পোকৈডেদগী শাংনা চৎলক্লি বনা থরদং চৎলগা রাবনা শদৌ থোংলকলে অমস্তুং ঈশিং থোরাংবনা চরম কংলকলে। পুণ্ড্র অমগী মপান্দা, জাম পাম্বী ওাক্তা হৌবা মকম অমদা পন্দূনা অহাউবা উঁহে থরা চারগ অঈংবা ঈশিং থক্লুনা অরাবা কোকহল্লবদা তুম্মিঙ্লকলবদগী ইশ' শ'রুংদা ইচিন লোংশিন্দুনা মুংঙাইনা ভাই-হাক তুম্মুরে। মিংকপ থোক্লকপা মতমদদি ঐ অসি লাংদা থুবমলে। মাঙদা অকিবগী মশক ওইরবা শাত্তানবা অমা লেপলি। মশক অত্থু উবদা হিংগনি হায়বা উদ্রহুনা কিবনা থোজ্জেল নিক্লহুনা হায়রকই—"লৈবাক মচা ইবুংঙো। নহাক কনানে', কবিগীদমক্তা ঐবু কারিবনো? ঐগী ইশা অসি চানিঙ্হুনা কাবা ওইরবদি স্নান তাদনা তুমলিডৈদা হাক্তোকপিবা য়াদবরা? ইত্তৌ য়েংনিঙ্-হুনা কাবা ওইরগনা হজীক্তি থঙলবনিন' ঐবু থাদোকপিরো। ইরান লৈবস্থ নক্তবদা ঐবু অস্তুক য়াঙল্লিবা কবিগীনো? ইপাং উনিঙ্বনা থরায় অসি লৈকম থঙ্ত্রে। থরায় পানবা মশেম্নি, মুংশিবা মী উদ্রগা কয়াগী মতিক তপথকম থঙ্দবগে হায়বস্থ নহাকস্থ থঙলিবনি।"

শাত্তানবনা হায়নকই—"ঐ চণ্ডাল অমা ওইহুনস্থ নঙবু নশা চানিঙহুনা কাবদি নঙে। "পক্কণ" কৌবা লৈবাকী নিংথৌ অত্থু ঐগী ইবুংঙোনি। মাগী মচানুপীনা জাবালি মুনিগী আশ্রমদা মীওয়া রাদান্নবা. অঙকপা তেনরা অমথক লৈ হায়না তাদদগী মত্তুতা ফংনবা মী অয়াম্বদা য়াথং পীহুনা অস্তুক কুইবসি কোয়থি থিনরকপদা লাইগী নোংদম্না ৳সিত্তদা নহাকপু লাংদা থুহনবা ওম্বনি। হজীক ঐনা নঙবু পুরগা মঙোন্দা কংলুগদবনি—নঙবু পুম্নুনা থম্বা নত্রগা থাদোকপা অনিমক মহাক্লা তৌগদবনি, ঐনদি ওমদে।"

মাগী মরা তাদদা পুক্লিং য়াম্না শোক্তখ্রে। ঐনা থল্লকই—"ওস্থোকপগী ইরাইবক্তি! স্বর্গী ঋষি শমা ওইরম্বদগী মী ওইনা অমুক পোক্লুরে, মমৈদনা তেনরা ওন্দুনা হজক্লা অমুক লাংদা থুহনা চণ্ডালগী মযুমদা চঙবা তারি। চণ্ডালমচাশিংগী শাংপাং ওইহুনা, মথোয়গী অমাংবা পোৎ চাহুনা ইথরায় হিংনক্লনা তারি। ইমাইবেম্মা! ঐ অসিনা ইমাগী গর্ভদা অহুম্মক মাঙখিত্রিবা করিগীনো? ইপা ইবুংঙো! নচাগী অরাবা পস্থেংলে। হে নোংদম থীবা বিধি! মসিস্থ নহাক্লা তম্নখাইকো!" অস্তুম্মা কয়া অমা তেংথাহুনা কপ্লগা শাত্তানবা অত্থদা অমুক হয়া য়াম্না নোম্না হায়জরকই—"ইচিন ইনাউ! ঐদি হাম্নগী মপোক নিঙশিংবা ব্রাহ্মণ মচা অমনি—ঐবু চণ্ডালগী মযুমদা পুশিল্লুনা

মাংথোকপিগদৌরিবা করিগীনো ? ঐবু থাদোকপিহনা চাউরবা পুণ্য ফংবা ওইবীরুপবা !" অসুম হৌনা মথোঙদা খুরুমজনা হায়জরবা ফাওবদা মাগী নুংগুম কল্লবা থম্মোই অহু পেংপা হৌখিদে। মানা হায়রকই—"অপঙবা! মীনাইনবু মপুগী য়াথং হিক্তোকপা ঙম্বা হৌনবরা ?" অসি হায়বগা লোয়না লোয়নবা মহাক্না ঐবু "পঙ্কণ" কোনুং তাম্না পুহনা লাকলে।

থরা চংলগা উরকলে—কনানা শক্তি পুনফম শেমলি, কনানা লীকং তেম্নোং শারি, কনা অমনা কুংলবা-লাং শারি, কনানা লীকং পায়রি, কনাগী মখুত্তনা য়োংশুক পায়রমলি। মথোয় অহু হেক য়েংবদা অকিবগী মশক ঙাক্তনি। যু থকমনবনা মমিং ঙাংশঙ্ শাংশঙ্ ঙাঙই। মচি অমদা শক্তি মচা অশিবা অমা তাহনা লৈরি। কনা অমনা থাঙনা শক্তিগী মশা নচেৎ মচেৎ বকুলি, পোন-মন্নুংদা কাজিন্দুনা থম্বীরবা উচেক মবৈনা অনাম খোরাংনবনা মথরায় রাংনা থোংলরি। মথোয়দা ঊশিং চহীক অমা থ থব পীরনবা ক.ন্তু হুংনদে খুমশিং অসি উবদগী মফম অহু চণ্ডালগী লৈংাকনি হায়না অহুম্মক থওলে। মফম অহুবু ঐনা যম লৈবাক্তুম থল্লকলে। মফম অহুদ খোজ্জাক মন প অংও চেনবা মী অমা ফাওবা উবা ফংদে।

অসুম হৌনা পুম্নমক অসি উনা উনা লাকপনা ঐদা ঐহাকপু চণ্ডাল নিংথৌ মচানুগী অহুগী মনাক তাম্না পুশিল্লকলে। চণ্ডালমুবী অহুনা য়াম্না হরাউ-হনা ঐবু উনা শাবা পোন অমগী মহুংদ হাপচিন্না পোমুদ লেনা লৈনা ঐনা থল্লকই—"য়াম্না নোঙ্গুরু নুগী অসিদ ঐবু থাদোক য়ু হায়লক্করবদি মানা ঐবু কাইনবগী মরম অহু তশেং তংশংনমক ইশানা ফাওনা কখিবা তারে হায়বদি মীগুম্না বা শেংনা ঙাওবা ওম্মী হায়বা অহুম্মক থঙ হবা তারে। তত্তুগা অসুম তুমিন লৈথোকপনস্থ নমথাক তোরে হায়তুনা অমুকা হেক্ক অরাংবা হাপথংলকান। ঐ থনকম থঙত্রে মমলে। বা লাঙ পুনবদি কৈদোংগুমস্থ থাদোকদবা লত্রে, তুমিন্না অসুম লৈরবদি থৌশারক্তবদগী থাদোকপিরকপস্থ ময়াই হায়বসি থন্দুনা বা অমত্তা ঙাঙবা শকপা হৌখিত্রে। মথোয় পুম্নমক্না ঐবু রা চাঙ হম্নবা কয়া হোংনহনস্থ ঐগী চিন কাঙ থোকপা মরৈত্রবদা কনানা ফুরকই, কনানা লাউহং-পিরকই। চণ্ডালমুবী অহুনা মাঙদা উটৈ রাটৈ কয়া পুশিল্লকই, মহু পুম্নমক ঐনা য়াদা অমত্তস্থ তাহনখিদে। মতৌ অহু উবদ মহাক্না হায়রকই—"মচাপ্পাক উরবদা উচেক্না চাদবা হায়বসি অঙকপনি। নহাক মপোক পঙবা উচেক ওইবা তাউ অহুনা চাহৈবা, চাহৈদবা থল্লিমাক্তে হায়বদি চণ্ডালনা শোকপা পোংনি,

অমাংবনি হায়ভুনা চাত্রিমাল্লে। হায়গী মপোক্তা নঙ্না অমা অমা ওইজরুম্বরম্বু হৌজিক্তি উচেকনি। ঐনা পুরকলিবসি লূথাক নত্তে, অশেংবা উহৈ রাহৈ মক্তনি, উহৈ রাহৈদি বেরা লৈত্তবনি চাও?"

মাগী অচুম্বা রাঙাঙ্ ভাবদগী ভক্লতুনা ঐনা উহৈ চারে অমশুং ঊশিং থকলে অতুগা রাদি অতুম্মক মঙাঙ্ত্রে। ঐ মাগী মনাক্তা লৈনা লৈনা পাথং কাজিল্লকলে। মোংমদি পোন মনুংদা অস্তুম ভুম্রবদগী মিংকপ থোরকপদা ইভক ভকয়ে—ঐ অসি সনাগী পোন অমগী মনুংদা লৈরমলে অতুগা পক্কণ-পুর অতুম্ভু লাইরৈবাক্ুম ফজরমলে। অঙকপা থোদোক অসি হংদুনা মরম থঙ্নবা হাংনজগে ভৌরিজৈদা ঐবু মহারাজগী নাক্তা পুরকপনা হানখ্রে। চণ্ডাল লৈশাবী অসি কনানো, করি মরমদগী মশাবু চণ্ডাল নিংঙোলনি হায়না উংলিবনো, ঐবুনা করিগীদমক ফারম-লিবনো অতুগা ফারবমক্তদা অমুক মহারাজগী নাক্তা পুরকলিবনা করিগীনো— মহু পুম্নমক্তি ঐ করিস্নু খঙজবা ভমখ্রে।

মহারাজ শূদ্রকনা, তেনবাগী শাংলবা রানী অসি ভারগা মহুগী পোলোই করিনো হায়বহু খঙনিঙলদুনা থোঙলঙবা কোদুনা হায়রকই—"চণ্ডাল নি ভোল অতুবু থুনমক পুশিল্লকউ।"

নিংথৌ সনা য়াথংনা চণ্ডাল নিংঙোন অতুবু পুশিল্লক্লে। নি থৌনা ভাকপীবা য়াথং মতুংইন্না মহাক্না হায়রকই—"হে ভাইবঙ্ মালং-পান পূম্নক্কী লৈত্তেং ওইবা! হে রোহিণীগী মবুংঙো! কাদম্বরীগী থম্মোইদা ভানবা থাংনগী মশক ওইবা! হেনরা অসিনা ভমদুনা মহাক মশাগী অমদুং মহারাজগী অহানবা মপোক্কী রানী পূম্নমক থঙবিরে। উচেক অসিনা অপাম মুংশ রাথলদা অফ-ফত্ত কাউদুনা মপাগী য়াথং ইন্দনা মহাশ্বেতাগী মনাক্তা চৎলুবনি হায়বাসিমম্বু ভাবিরেদনা। ঐনা, মরমচৎ ফক্তবা অসিগী মমা লক্ষ্মী হায়বী অদুনি। মতম অতুম্মক থঙ্বিবা ভম্বা মপাইবুংঙো মহৎষিনা অমুক হন্না মসিবু লত্তবা লক্ষ্মী চৎপা উবীবদগী ঐবু মীরমলেন্দা চৎলগা মাগী কমণ্ডল চাবা লোইহত্রিবা ফাওবা মহাকপু ফাজন্দুনা থম্নগা মাগী অনুতাপ (নিংঙম্নত্তবা) ফংলক্কবা মরম শীমু হায়দুনা থাবিরকপনি। কনানা থঙ্গনি, শা-উচেক্তগী হেন্দোক্নুনা ভীল, কাঙ্ অমুক ওইথিবম্ভ য়া", মরমদি— ফত্তবা থবক্কা তৌরমদবা করিস্নু লৈত্তে। মরম অদুদগী ঐনা মাবু ফাদুনা থমলুবনি। ভসিদি—মাগী মতম ভুরদুনা নখোয় অনিমকপু উমহল্লিবাসান। হৌজিক্তি লাইথুং যত্তবনা থল্লবা, শিবঃ নাইবা অরাবগী মশক ওইরবা নশা নশা অহু থাদোক্করগা নঙ্না নঙ্না নিঙ্বা থুংনজরুবো" অদি হায়রম্নগা লক্ষ্মীদেবী অতুম্মক উথিন্রে।

লম্বীগী হাইকেশিং অসি তানা তানা নিংথৌনা মাগী মপোক তরং তরং নিং৺ শিংলকলে অমসুং খুদক অদু মতমদা কাম কৌবা লাইনা মাগী মীরংবা ফেনগা খোংচুনা কাদম্বরীবু মাগী থম্মোইদা উতলকলে। খুদক্তা গন্ধর্ব-কুমারীগী কাবনা মৈচাক্না নিংথৌগী থম্মোই অদু নৈহৎলকলে।

অমরোমদা বসন্তসু থোঙ্দোয় হুললকলে, তপ্না শিংপা হুংশিংনা মৈনৌ মপানবু ভাগু থেংথুনা শিংপা হৌরকলে, কোকিলগী কুহু খোঞ্জেলনা মায়কৈ পূম্না নিললকলে, অম্বাংবা অনেম্বা হৈপাল লৈপানদা শাংপা লৈরাংশিংনা মায়কৈ ইঙাল ভাললকলে, অশাংপা নকুল মনমদা মমিং তাঙ্লবা থোইমু মপৈনা মায়কৈ মরিমক্তা লৈনা কোয়না ভুংলকলে, মেল্লিঙ তনা তঙাং তম্লাংলে, উইহেন্না পাম্বী কোম্থনরকলে, ফগায়না শাংলবী থম্বাননা পৃথ্বীগী লৈতেং ওইরকলে।

অসুম তৌনা থোঙ্দারক্লবা বসন্তবু ওক্লনবা হৌনবী ভাকপা ওইনা নোংমগী তুমিদাং রাইরম্দা কাদম্বরীনা অচ্ছোদ-সরোবরদা মশা ঈকজখোক্লগা ভক্তিপা লোয়ননা কামদেবগী পূজা কচ্চখি। মতুগা লোয়ননা চন্দ্রাপীড়গী মশা অদুবুসু ঈকজখোলপিনগা নিঙ থিনা ফিজেং লৈতেংবীদুনা, চন্দনমচিংবা থিনবীরে। তত্তা লৈ পরেং শিজিন্ন— নাকোঙ্দা নাচোম চিনবীরে। অসুম তৌনা মপুক্লিঙ্ পেম্না লৈতেংজন লোইরগ মথবায়গী মনুংচোবু পেঙ্গব লৈতনা চিংনা চিংনা য়েংজলকলে। য়েক্নৌ থাগা ওইরানা, অতুগী মথক্তা অচৌকপা লমদমগা ওইবনে, কাম কৌবা লাইনা তাক্না য়েংদুনা চাপশিল্লকপা তেনগী চৈনাথোনগা কাওবনে—হুংশি হুংওন মতৌদা ভাওরবী কাদম্বরীনা রাথল চুম্না পুজবা ভয়ক্তদুনা চন্দ্রাপীড়বু হিংলিবমক ওইনা নিঙ্তুন মাগী কন্নিবা মশা অত্তবু চেৎনা কোঞ্জগে হায়না হেক তৌরবা মতমদা চন্দ্রাপীড় অদু হিংগৎলক্লনা তৌগৎলকলে।— মমঙ্ মহাশুম থোকুনা কিবনা নিকচরবী কাদম্বরীব য়েংদুন হায়রকই "কিগনবী। করিবু কিবি ? ঐ থাংগৈমক শেংনা হিংলক্লবনি। ভসিদি শাপ মতোন লোয়রে। নহাক্নথৈ ঐ বিদিশা হায়না কৌবা লৈবাক্তা মক হায়বা নিংথৌ অদু ওইনা পাল্লম্মী, ভসিদি মপোক অদু থাদোক্লম্বনি। অদুগী চায়জবী মরূপ মহাশ্বেতাসু ভসি মনিঙ্ থুংজরগনি, পুণ্ডরীকসু ভসিদি মাং শাপ অদু কোকথ্রে।

মহাক্না রাংরম অসি হায়বা লোইরম লোইকাত্রিভৈদা পুণ্ডরীকসু থাগী লৈবাক্তগী কুমরথরকলে। মতক্তা অমগী লীকপরেং অদু অতুম্মক শিরি অদুগা মাগী ওয় থংবা নাকন্দনা কপিঞ্জল ফকলি। কাদম্বরীনা মাগী মরূপতা পাউ অসি তাক্লবা চেম্নোকখিবা খুদক অমতদা পুণ্ডরীকসু চন্দ্রাপীড়গী মনাক্তা থুংলরে। চন্দ্রাপীড়না য়াম্না নুনা ওঙ্গা মাগী মতক্তা কোল্লগা মেঙ্না তপ্না

হায়রকই—“মরূপ। নঙ্‌না ঐবু লুনা তৌবীবা ঐনা থক কাউরোই। ঐনদি মহাকপু ঐগী বৈশম্পায়নমকনি থজগনি, মহাক্তসু ঐবু মরূপ অমনি শীংথাবিয়ু।”

কেয়ুরকনা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথ অমস্তুং মহারাজ হংসদা নুংঙাইবা পাউ অদি তাক্লনবগী দমক চেনখ্রে। অতুগা মদলেখানা তারাপীড় অমস্তুং মহারাণী বিলাসবতীদা তাক্লরে। নিংথৌ, মহারাণী, শুকনাস অমস্তুং মনোরমা মথোয় মরিমক্না অঙকপা পাউ অসি হেক ৎবগা হরাউ তুজুংনহুনা আশ্রম তাম্না চেল্লরকলে। চন্দ্রাপীড়না মবাইবুংঙো অমস্তুং মমাইবেম্মা মহারাণী অনিমকপু উহুনা খুরুমগে হেক তৌরকপদা নিংথৌনা মপাম্বোম অনিমক তিংথোক্লুনা থাম্লগা হায়রকই—“ইপাগী ইবুংঙো। ঐগী তৌজরকপা পুণ্যগী কলনা মহাকপু ইচা ওইনা ফংজরবনিদি হায়রবু নহাক্তি পূময়ক্তা খুরুম্নফম ওইবা থাজ্ঞ শেংবা থা কৌবা লাইগী মশকনি, ওসিদি নঙ্‌বু উজবা ফংবদা লাইমক্তশীসু ঐনা হেন্না লাইবক ফবনি থল্লে। ওসিদি ঐগী মপোক মহৈ য়াল্লে অমস্তুং তৌজবা ধর্ম্ম কর্ম্ম পূময়ক অমত্তা লেয়া মাঙ্‌দ্রে।

মহারাণী বিলাসবতীনা মিংস্নাদা নুংঙাইবা ঈয়া হৌহুনা মচাবু চেৎনা কোল্লরগা মকোক্কী মশম নমজরে। মথংদা চন্দ্রাপীড়না মন্ত্রী শুকনাস অমস্তুং মাগী নূপী মনোরমা অনিমকপুসু খুরুমলে অতুগা পুণ্ডরীকপু উৎলগা হায়রকই—“ঋষি অসিনা ঐগী মরূপ বৈশম্পায়ন ওইনা পোক্লম্বনি।” পুণ্ডরীকনা মন্ত্রী অমস্তুং মনোরমাবু ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমলবদা কপিঞ্জলনা মন্ত্রদা হায়রকই—

“হে মন্ত্রী অথোইবা। মহর্ষি শ্বেতকেতুগী য়াথং মতুদি; মহাক্না পুণ্ডরীকপু য়োকপি থাকপি তৌবীরক্লবসু পুণ্ডরীক মশানদি মক্তবু লুনা নিঙ্‌জবনা মহাকপু মন্ত্রীগী নাক্তা থারকপনি। মহাকপু বৈশম্পায়ন অহমক্তি থঙ্‌বিহুনা লৌশিনবীয়ু।” মন্ত্রী শুকনাসনা মখুৎ লোয়হুনা শ্বেতকেতুবু ভাবনা খুরুম্নগা পুণ্ডরীকপু আশীর্ব্বাদ তৌবীথরে। অস্নুম্না নুংঙাইবা ম'থী মথং মথং গানহুনা অহিং অদু লেল্লবদা নোং তাল্লগা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ চিত্ররথ, হ ং অমস্তুং ম'গা অমদি গৌরী—পূময়কসু মকম অতুদা লাক্লহুনা ভয়া অমুক নুংঙাইনিল্লরে। মদলেখা অমস্তুং তরলিকা অনিসু মাগী মাগী মবেম্মনা অপাম-নুংশি কাদা থুংনবা উদা মথোয়না হেন্না নুংঙাইজখ্রে।

চিত্ররথনা মাগী কোম্নুংদা চত্নুনা হরাউবা লুহোঙ্‌ থোঙ্‌দোংবগী থবক পাঙ্‌খোকমিয়ক্লনবা তারাপীড়দা হায়জবদা তারাপীড়না খুমকই—“মহারাজ। ইশাগী নুংঙাইজনবা ওইবা মকম অতুনা অশেংবা ইয়ুমনি। আশ্রম অসিবু ঐগী নুংঙাংইজবা লৈফমনি হায়না লেপচরহুনা অমখা পুন্সী অসি মকম অসিদা অমুম্বা লোল্লগে থল্লে। ইচা ইমৌ অনিমক পুবীরগা মহারাজনা অতুম্বক লুহোঙ

খোঙ্দোখেরগী থবক পাঙ্খোকপিররো। ঐবুদি আশ্রম অসিদগী হেন্দোক-হনবীরগনু।"

তারাপীড় মহারাজনা অসুম্না আশ্রম থাদোকনিঙ্ঙবদা চিত্ররথ অমসুং হংসে অনিমক্না মাগী মাগী কোন্নুংদা মচা মন্নাক অনি অনি পুত্তুনা চৎনথরে অমসুং য়াম্না চাউনা হয়াউ কূমৈ তৌত্তুনা নুঙোঙ্বগী থবক তৌনখ্রে। মমৈদা মন্নাক মন্নাকশিংদা মাগী মাগী লৈবাক শিন্নখোক্তুনা মখোয় অনিমক লৈতানা লাখানখ্রে।

মতৌ অসুম তৌনা চন্দ্রাপীড় অমসুং পুণ্ডরীক অনিমক্না মাগী মাগী মনিঙ্ লৈনরবদা নোংমদি কাদম্বরীনা মপুম্বোয়রবদা মায়খোং মকারায়া হংলকই—তো! পুম্নমক শিরুবদগী হন্নরকলে অতুগা পত্রলেখাতদি কদাইদা চৎখিত্তুনা রুবনো তাকপিয়।" চন্দ্রাপীড়না হায়রকই—"মহাক্তি রোহিণীনি। শাপ না ঐনা মীরমলেন্দা পোক্লরবদা ঐগী সেবা তৌনবগীদমক মহাকসু মী ওইনা থনি। থাগী লৈবাক্তা মহাকপু অমুক উবা ফংগনি।

মথংদা—চন্দ্রাপীড়না মতম থয়দং হেমকূট-তা লৈরম্লগা মশাগী কোন্নুং য়িনীদা অমুক লাকলে। মফম অদু য়ৌরগা মাগী চান্নবা মরূপ পুণ্ডরীকতা ক শিন্নখোক্লগা মশানা গন্ধর্ব্ব লৈবাক্তা অমুক লৈ, থাগী লৈবাক্তা অমুক করিগুম্বদনা আশ্রমদা মবাইবুংতোগা অমুক লৈমিন্ন', করিগুম্বদনা লৈনিঙ্ঙ্বা নুংঙাইজবা মফমদা হেক হেক অমুক চৎ—অসুম তৌত্তুনা নুংঙাইবা মপুং মতম লেন্দুনা লৈখি।

কাদম্বরী অনিশুবা শরুক লোইরে।

---